*It has been translated under the instruction of the Secretary Education Dept. Govt. of Manipur vide his No. 17.1.66/S E. dated 7.3.1967.*

---

# ৱাহৈ খরদং

'ভারতকি সাধকশিং' হায়বা লাইরিক অসি vol. তরুক্নি। ইমালোন্দা হন্দোক্লবা মনিপুর সরকারনা খন্বিবা বাঙ্গালা লোন্‌গী লাইরিকশিংগী মন্নুংদা অমনি। লাইরিক্ অসি ঐগী ওইনা খন্বিবনা শ্রীময়েংবম্ আনন্দমোহনসিংহ, সেন্ত্রেল লাইব্রেরীগী মকোক্ ওইবিরিবা ইবুঙোননি। ঐ ইশাস্থ পাম্জবা লাইরিকমক্ ওইনা থোকচৈ। ইবুঙোবু থাগচ্চরি।

লাইরিক্ অসিনা তাক্পদি,—লাইনা মীরক্তা লাইগী শক্তি কোন্নবা পোক্পা কাংবু অমা, অদুগা, মীনা হোৎনদুনা হিংলিঙৈদা লাই ওইরক্পা কাংবু অমা। মসিনা তাইবং-মীবু খরতা ওইরবস্থ, অপিক্পা, অতোপ্পা, ইন্দ্রিগী মখাপোপ্পা মচৎ থাদোক্‌হন্দুনা লাই মচা অমমম্তা ওইরবস্থ, নত্রগা, শক্তি য়াম্না পুবা লাই অমমম্ ওইরক্লবা হোৎননবা থোনা, লম্বি তাক্কনি খন্বদা ইপুক্তা হরাওবা পোক্চৈ।

লাইরিক্ অসি শ্রীশঙ্কর কোবা অমনা ইবনি হায়রি। মাসি অরোপ্পা মিংনি। অচুম্বা মমিং ফোংদোক্লিংদে। মরম্দি মীরম্লেন্‌গী মিংচৎ পাম্বা ৱাফম্ য়াওদবা লাইরিক্তা অরেংবা মীগী মমিং শন্দোক্নিংদে।

মনিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মথল্-মথেল্ হাপ্পবা হোৎনজবতনি। মতুংদা খরগা ফোংবা ঙম্লবদি ইথৱাই অসি পেঙ্গগনি। ঊশ্বরগী থৌজান্নি।

পিঃ সিংহ

# হিরম লমাই





[illegible] পুস্তক অইবগীনি ]

[ মমল্ লুপা ৮·০০

# ভারতকী সাধকশিং

## শ্রীত্রৈলঙ্গ স্বামী

বারাণসীগী অতিয়াগী মকোয়দা অয়ুক্পী চিংখৈহুম্বগী অহানবা মঙান্ অহু হুন্দোক্লকপদা মঙায়রি। বিশ্বনাথকি মন্দিরদা মঙ্গল আরতি কৎকদবা ঙাইহাক্তু মঙাইরে। পুং-শেল, মোইবুংগী খোঞ্জেল্না লৈরক্-খুল্লক্ পুম্নমক্ নিঙ্গরক্লে। শিবশম্ভো-হর-মহাদেও হায়বা খোন্থোক্লা মাইকৈ পুম্নমক্কগী পুম্নিন্-নিঙ্গক্লি।

বেণিমাধবকি থোংজিল্ মনাক্তা পঞ্চগঙ্গাগী থাইনগী হিদেল্না ঙান্থোইরি। মুঙগী সিড়িশিং অতূনা মথারোম্দা মথং মথং কুম্থখিহুনা থাপ্পা ঈশিংগী মহুং ফাওবা চংথখি। মাঙ্দা থা মচেৎ শানা পুণ্যগী ঈচেল্ পুবী জাহ্নবীনা ঙান্থোইরি।

মুক্তি ফংনিবা, ভক্ত ওইরবা-মুপী-নিপা কয়া কয়ানা গঙ্গা স্নান তৌরগা হিদেল্ অসিদা কাখত্তুনা চৎপা মতম্দা শুতিগী অশেংবা ভক্তি-শ্রদ্ধাগা লোয়ননা গঙ্গাজল, হৈ-লৈ অমম্মুং হৈ-থাগোক্ মনাশিং চাও-শাংলবা,—মফি-শেত্তবা সন্ন্যাসী অমগী কোক্থক্তা হৈথহুনা মহাক্কি চরণ-শোক্লা থুরুম্জহুনা ভক্তি কচ্চরি; অশেংবা অপেন্বগা লোয়ননা ময়ুম ময়ুম্দা হল্লরি।

ধ্যানগম্ভীর ওইরবা যোগীবরনা লেং-খোংপা অমদি কনাদস়ু য়েংবা তৌদনা, তুমিন্না ফম্থ়না লৈরি।

মূর্ত্তিপান্না চোংথোক্লকপা বিশ্বনাথমক্কি হায়না লৌনথ়না ভক্ত কাংলুপ্--কাংলুপ্না সমাধিদা লুপ্তু্না লৈরবা মহাপুরুষ অসিবু দর্শন তৌবা স্তুতিগী লাক্লরি; শ্রদ্ধাগী অর্ঘ্য কৎনথ়না থমোই পেন্না হন্নরি ময়ুম্ ময়ুম্দা।

কাশীধাম্গী মীপুম্ খুদিংনা মহাক্পু কৌনরি "বিশ্বনাথনা মীগী মূর্ত্তি ওইনা ফাওরক্লবা "ত্রৈলঙ্গ মহারাজ"। চহী চাম-য়াম্থে চুপ্পা মহাক্না ভাম্থোইরি শিবপুর অসিদা। মহাক্পু ময়াম্না য়েংনৈ অঙকৃপা অমস্তুং শ্রদ্ধাগা লোয়ননা; লৌনৈ মহাক্পু মশা মশাগী নক্লবা মীওই ওইনা। অথ়না মহাত্মা অসিদা চংজথ়না অন্না-অনাগী মতম্দা লেন্নরি মখোয়গী নোংম-নোংমগী পুন্সি।

চৎলক্লিবা খোংচৎ অসি ঙসি, ঙরাংতগী ব্রাক্কম নত্তে। ঙসি যোগীবরদা শ্রদ্ধাগী অর্ঘ্য কচ্চরিবশিং অসিগী মবুধৌ অমদি মবুধৌ-পুরেন্শিং অথ়স়ু লাইমক্লা তান্বা ফংত্রবা মহাপুরুষ অসিগা শমজবদগী পুন্সি মহৈ য়াম্লে থঞ্জখিবনি।

চহী চনীথ়ুম্ফ্ তরামঙাগী শাংলবা পুন্সিদা অকন্বা তপস্যাগী মহৈ ওইনা মহাক্না ফংখি মপান্ নাইদবা যোগবিভূতি। মমল্ নাইদবা লল্ অসিগী মপু ওইথ়নস়ু তোঙান্না লৈখিদে মীওইবা সমাজদগী। মুক্তি ফংনিংবা লাংতক্লবা মীওইশিংগী য়াইফনবা পুন্সিগী লম্বিগী য়েৎলোম্-ওইরোম্দা মাগী মপান্-নাইদবা লল্ অসি চাইথোক্কু্না থম্মি।

স্বামীজী অসি যোগসাধনাগী ওাল্লা থাল্লবা থাওমৈনি। সাধক কয়া কয়ানা অমস্তুং দর্শনপামজবা মীওই কাংলুপ্ কয়া কয়ানা মওাল্লা য়োম্শিন্দুনা লৈরবা মহাপুরুষ অসিগী যোগ-বিভূতিগী মওান্দা স্নান তৌজহনা পুন্সি মহৈ য়াঙ্গরি। অদুবু মী কয়ানা মহাযোগী অসিগী অশেংবা মশকপু থম্মোই-ক্রাওনা খঙ্নরবগে? মী কয়ানা মাগী অথুপ্পা আধ্যাত্মিক পুন্সিগী মতিক্পু মতিং ফংনা খঙজখ্রবগে? অদুগা থৌজালগী মপং ওইরবা, 'মূর্ত্তিপাল্লা চৎলিবা বিশ্বনাথ' অসিনা শোকপিবনতা জীব কয়ানা 'শিবত্ব' ফংজখিবা হায়বা অদু মী কয়ানা খিজিন্বগে?

বারাণসী মহাতীর্থদা লৈরিবা ভক্ত সাধকশিংগী মশিং অসি ওখাক্লা য়াম্লিবনি। চহী চামায়াখ্ৰে চুপ্পা স্বামীজী অসিগী পাউতাক্ অমস্তুং আশীর্ব্বাদ ফংজহনা মখোয় অয়াম্বনা মশা মশাগী সাধন পুন্সিবু হেন্না হেন্না লংখৎহন্দুনা মহৈ য়াঙ্গখিবনি।

তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী হৌরক্পা মতম্গী ৱানি। অন্ধ্র-দেশগী ভিজিয়ালাগী মনুং চম্বা হোলিয়া কৌবা খুল্ অমা লৈ। নরসিংহ রাওনা মফম্ অসিগী জমিদারনি। অক্ষ-অক্ষবা থবক্ তৌবা অমস্তুং ধর্ম্মদা মাই ওন্শিন্বগীদমক্ ময়াম্না মাবু ইকাই খুম্মৈ, ভক্তি তৌই। মাগী ইমুং-মনুং বিদ্যাবতীসু ধর্ম্মগী থবক্তা মাই-ওন্শিন্বীনি। মতৈ-মনাও অনী চংহনা তত্তনা দেবপূজা, ব্রাহ্মণ সেবা অমস্তুং অতৈ অতৈ ধর্ম্মগী থবক তৌহনা পুন্সি লেঞ্জৈ।

মতম্ কুইনা পুন্সি লেঞ্জরবা ফাওবদা মতৈ-মনাও অসিগী

মচা অমত্তা পোক্লে। শাগৈ ধারা মুত্তনবা মানা অনী:শুবা মতু অমা লুহোংজরে।

মতম কুইনা শিব-পূজাদা মথল্লাই লুপশিন্দুনা লৈজরকপগী মহৈ ওইনা বিদ্যাবতীনা অফবা খুদম্ পুন্নমক্লা মশাদা য়াওরবা মচানিপা অমা ফংজরে। ইমুং-মন্নুংগী মী পুন্নমক্ হরাওবনা লুতোন্ কামরে।

শিবগী থৌজান্দগী ফংজবনি হায়হুনা মচাগী মমিং শিবরাম্ থোণ্ডরে। শিবরাম অসিমক্তি মমৈদা ভারতকি অধ্যাত্ম-আতিয়াদা মহাযোগী ত্রৈলঙ্গ স্বামী হায়না ভানখিবা অহু।

শিবরাম পোক্লবা মতুংদা নরসিংহগী মতু অতোম্বীগী গর্ভদগী পোকখি মনাও অমা। মহাক্পুনা খঙনখি শ্রীধর হায়না।

নোংমা বিদ্যাবতীনা মহাদেবগী ধ্যান্দা লুপ্লুনা লৈজরি। মচা শিবরামনা মাগী মনাক্তা শান্নহুনা অম্হুম্ লৈজরম্বদগী ৱারহুনা তুম্থোকখ্রে। মমানদি খঙজদে। পূজা লোইরহুনা মমিৎ পাং-থোকচরকপা মতমদা অঙকপা থৌদোক্ অমা থোক্লম্মি। মানা উরে শিব-মূর্ত্তি অহুদগী মঙাল্ অমা মরি-মরি ওইনা থোক্লক্লি। মন্দির মন্নুং অহু পুমঙান্ ঙানখ্রে। য়েংনা য়েংনা মঙাল্গী মরি অমা পাইশিল্লক্লুনা তুমহুনা লৈরিবা মচা অহুগী মশা মন্নুংদা জর লাওনা চংখিহুনা অহুম্ মুৎখ্রে।

অঙকপা থৌদোক্তি। বিদ্যাবতীনা ইপ্পা-পাখত্তুনা অকিবগা লোয়নবা মচা অহুবু মতম্বাক্তা কোন্খত্তুনা ইমুংদা হোৎচিনখ্রে।

য়াকম্ অসি তাবদা মপুরোইবনা মাবু কিদনবা থেমজিল্লম্মি। “অঙাং অসি নংনা মতম্ ফুইনা মহাদেব নিংজবদগী ফংজবনি। লাইগী অথোইবা ওইবা প্রভুনা মাহুগী ইঙ্গিত তৌহুনা নঙোন্দা তাকৃপিবতনি।”

অঙাং ওইরিবা শিবরাম য়াম্না চীংলেম্মি। অঙাং অতৈদগী পুম্তোপ্ তোপ্ই; শান্ন খোৎনবদা করিমত্তা পাম্শিন্বা লৈতে। হরাও-তয়াম্দা লুপ্তুনা লৈবা, তথক্-তথক্পা মমান্নবশিংগী মরক্তা তারুরবদি, মহাক্না ইওক্-ওক্কুনা তৌফম্ খঙ্দনা লৈজে। পাথং ফাজিল্লক্লবা ফাওবদস্মু মাগী নাপ-শেম্বান্নবা মচরিৎ অসি অস্নুম মহেঙ্গৎলম্মি। সাংসারিক বিষয়দা পামদবা অমস্মুং বৈরাগ্যগী ভাব লৈরিবা অসি মাগী পোকপদগী কোম্নজরক্লবনি।

সাধিকা ওইবী মমাগী মরুম্দা লৈহুনা পুন্সিগী শৈহৌদগী বিধিনা তম্লক্লবা মাগী পুন্সিগী লম্বি অসি থিবা ফংজখি। অধ্যাত্ম-পুন্সিদা অহান্বা খোংদাবা মতম্ অসিদা মমানা মাগী ওঝানি। মমানা তাক্পা লম্বিদা তনৌ-তনৌরিবা সাধক অসিনা চংশিঙ্গরি।

মচাগী বৈরাগ্যগী ভাব অসিদা মপা-ইবুংঙোদি য়াম্না লাংতক্লরে। মচানিপা অহন্নি; হৌজিক্ মহাক্ পাথং ফাত্নে। মপা অম্না ওইবগী হৌনবা মচাগী লুহোংনবগী রাধননা মহাক্ মপুক্লিং য়াম্না লাংতক্লরে। মচানদি অশোম্দা সংসারগী লেপ্তবা মওং অসি মুননা খঙ্লে, ময়েক্ শেংনা থম্মোইদা ফাওরে, য়ুম্-পাম্বা তৌদনা সাধন-ভজন তৌহুনা পুন্সি লেন্গে হায়না চপ্ মুংনা

লেপ্খ্রে। মপানা মাগী লুহোংবগী ব্রা হৌদোক্পদা মানা হেক্তা ময়াখিদ্রে।

অওক্পা ব্রাফম্ অমনা, মমানত্থম্ মাগী মিচংদা অশুম্না হায়রক্ই ;—শিবরামনা য়ুম্ পান্নিংদে। শিদ্রিবা ফাওবা সাধন-ভজন তৌগনি, ভগবান ফংগনি,—অশুম্না লেপ্চরি, মাসিবু ফত্তরাও ? অশুম্বা ব্রারেপ্তা য়ৈখাইবা পীবিবা করিগী ওইরবনো ? ইচানা ঈশ্বর ফংসনু, শাগৈগী মাইথোং লংবা হেক্সৎসনু। য়ুম-পান্বগী ব্রাফম্ হায়রগদি ঐখোয়গী শ্রীধর লৈরিদনা।

মাসি তাবদা ময়াম্ পুম্ওক্ ওক্লরে। নরসিংহ রাওস্থু মতুংদা অমুক্ মচা অহন্ অসিগী লুহোংবগী ব্রা অসি পন্দুনা করিমত্তা থক্ ওাংখিদ্রে।

শিবরাম্ চহী নিফু শুরক্লে। মতম্ অসিদা অহল্ ওইরবা মপা নোঙ্গাখ্রে। অত্থুদগী চহী তরানিথোই লৈরগা মমা ইবেম্মস্থু নোংমা মরিমতা পুম্নমক্কি মায়া পুম্নমক্ ককৃথত্তনা মাগী সাধনাগী মতিকচাবা ধাম অত্থুদা লেংখ্রে। হৌজিক্তি শিবরামদগী সংসার-বন্ধন হায়ত্থনা লৈরম্বা পুম্নমক অত্থু পুম্তৎ তৎখ্রে।

থুন্গী পোৎলোইফমগী মচী অমদা শং মচা অমা শাজরত্থনা অধ্যাত্ম-সাধনাদা লুপ্তুনা লৈখ্রে। মনাও-নিপা অমম্নুং মরি-মতা মরুপ-মপাং পুম্নমক্তা হায়জবা-খোচ্চবা অমদি কপ্-লাওবা পুম্নমক্ অসিনা মাগী চপ্-য়ুংনা লেপ্খিবা অত্থুদগী খজিক্ত য়োনা চিংথোক্পা ওম্মম্দে। মপানা থনম্বা লম্থুম্ পুম্নমক্ মনাওদা পীথোক্তুনা সংসারদা লৈনবা মরি পুম্নমক্ থদংখি।

সাধন তৌফম্ শং-মচা অহুগী মনাক্ অমদা উং-মৈতাল্-না থল্লা লৈরবা মহাশ্মশান, অহুগী নাকল অতোপ্পদনা ঈরাও-খোল্গা কোন্নবা চেল্লিবী গঙ্গা। অচংবগা অশিবগা অনীগী পুন্নফম্ অসিদা খঙ্‌ঙমদ্রবা মহাসত্য অমবু শিবরাম্না উপলব্ধি তৌনিংই। মতোম্তা ভুমিন্না, থল্লাই লুপ্‌শিন্না মাগী সাধনা অসি চথরি। শাংলবা চহী কুন্ চংনা মফম অসিমক্তদা ধ্যানদা লুপ্তুনা লেন্খি।

থাদোক্পা, খাঙ্‌ব-কম্বা অমদি হকচাংগী থন্দবা পুন্নমক্তা কোন্নবা সাধনগী মহৈ য়াল্লরে। করিগুম্বা মশক্ উদবা শক্তি অমগী ইঙ্গিত-তগী মোংফম্ অসিদা নোংমা ভগীরথানন্দ সরস্বতী লেংবিরক্লে। শক্তিমান সাধক অসিদি পঞ্জাবকি বাস্তব খুন্দগীনি। মহাক্ অসিনা ওইখি শিবরামগী ঈশ্বরনা থাবিরক্পা লম্জিংবা ময়েক্-নাইবা যোগী-গুরু।

স্বামী অসিগী ইঙ্গিত-তগী শিবরামনা থাদোক্খি মাগী মথুল্ হোলিয়া মপোক্ অহুমগী ওইনা। তুংদা ভারতকি অল্লাং অমসুং খা-থংবদা তীর্থ কয়া কোয়রুরবা মতুংদা মখোয় অনীমক্ লাক্খি পুষ্কর কৌবা মফম্দা। পবিত্র তীর্থ অসিদা সাধক শিবরামনা স্বামীজীগী মফম্দগী সন্ন্যাস লৌখি। মতম্ অসিদা মহাক্ চহী হুম্ফুতরানিপাল্ শুরে। সন্ন্যাসাশ্রমদা থোংদারবা মতম্ অসিদগী থোন্খি মমিং গণপতি সরস্বতী। তেলঙ্গ দেশতগী লাক্পা সন্ন্যাসীনি হায়দুনা মমৈদদি কাশীগী সাধারণ মীওইশিংনা ত্রৈলঙ্গস্বামী হায়না অহুম্ কৌনখি, খঙ্‌নখি।

মহাক্কী গুরুজীনা পুষ্করতীর্থ অসিদা মাগী শিবা-নাইবা পুন্সি-লীলা লোইশিন্খি। মতুংদা পবিত্র তীর্থ অসিমক্তদা ত্রৈলঙ্গ

স্বামীজীনা চহী কয়া চুপ্পা অকঙ্বা সাধনা তৌরবা তুংদা ভারতকী অক্যাওবা তীর্থশিং দর্শনগীদমক্ থোরক্লে। মতম্ অসিদা মহাক্ চহী মরিফুনিপাল শুরে। অদুবু চহী মতাং অসি য়ৌরবা ফাওবদা অহল্ ওইবগী শোন্থবা অমদি ৰুরিগুম্বা লাইনানা নাবগী খুদম্ ফংদে। নিংথিবা সাবান্‌গা ওইবা যোগী অসিগী হকচাং অদু উবদা ওক্লখি পুন্নমক্লা।

চহী কয়ামুক্কী মতুংগী রানি। অসুম্ তীর্থ কোয়রক্পদা নোংমা স্বামীজিনা সেতুবন্ধ রামেশ্বর ধামদা লেংওকখি। মতম্ অদুদা চাওরবা মেলা অমা তৌরম্মি। লাইরবা ব্রাহ্মণ মচা অমা শিরে। মী খরনা মাগী সংকারগী শীল্লাংদুনা হোৎনরি। মরিমতাশিংগী, থোইদোক্লা মমা-মপাগী মুংশিনা কপ্-লাওবা অমসুং তেংথা-নাওইবা অদুদা মী পুন্নমক্কী থম্মোই য়াম্না শোক্লা মুংশিবা পোক্লরম্মি।

মতম্ অসিদা রাং-চাউরবা মাইথোং মকা লাম্লবা নিংথিরবা সন্ন্যাসী অমনা মখুত্তা দণ্ড-কমণ্ডলু পায়রদুনা মফম্ অদু লান্দুনা অসুম্ চৎলি। ময়ামগী মীকপ্-মীরাউখোন্ অদুনা মাগী থম্মোই অদু ঈরাং হৌহন্‌খে। মীমুংশিনা থল্লবা থম্মোই মপু মহাপুরুষ সন্ন্যাসী অদুনা কমণ্ডলুদগী ঈশিং খরা মখুত্তা লৌরগা করিনো মন্ত্র অমা শোঞ্জিন্দুনা অশিবা হকচাং অদুদা হেক্ থিকচিল্লে; খুদক্ অদুমক্তদা ব্রাহ্মণ কুমার অদু তপ্পা তপ্পা মমিৎ পাংথোক্লক্লে। মীয়াম্ পুন্নমক্ পুম্ণক্ ওক্লরম্মি। মহাত্মা অসিগী যোগ বিভূতিগী পাক্কনা শিরবা ব্রাহ্মণ মচা অদু হিঙৎখি।

যোগী অসিনা মীয়াম্না কোয়শিন্দুনা মাগী দর্শন কংনববা হোৎনরকপা অহুদগী নাম্বোক্কুন্না মফম খঙদনা খুদক অহুদা অহুম মাঙথিরম্মি।

মেকা অহুদা তিল্লিবা মীয়াম অহুনা খুদক অহুদা সন্ন্যাসীগী পরিচয় খঙনখি। মহাযোগী ভগীরথজীগী মহৈ ম্নাল্লবা শিষ্য, গনপতি স্বামী, খঙনখি মতুংদা ত্রৈলঙ্গ মহারাজ হায়না।

ময়ক্তা শাংলবা চহী কয়া হৌখ্রে। খুদোং থীরবা শাংলবা লম্বি কয়া লান্দুনা তীর্থ কোয়রকপদা স্বামীজীনা নোংমদি নেপালদা থুংঙরে। মফম অসিগী গুরুবা উমংদা মতম খরা অকনবা তপস্যাদা লুপশিন্দুনা লৈরম্মি।

নেপালগী রাণা অহু মতম অহুদা মনাই-মশল্ পুরহুনা উমং অহুমক্কদা শাতান্‌বা লাক্লমই। মতম্ চংনা শা থিরকপদা কৈ অমা থেংনরে। নোংমৈনা কয়ারক্ কাপ্পবদসু মুকপান্ পান্দনা কৈ অহু নাম্বোক্কুন্না চৈনখ্রে।

রাণা অহুনা থৌগল্লোইশিং হুন্দোক্লমহুনা কৈ অহুবু অম্মম্ তাম্নরক্লে। মতুংদা ওম্বোকপা দৃশ্য অমা উবদগী রাণাগী ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

রাং-চাউরবা যোগী অমনা উখোংদা কল্লহুনা লৈরি, অহুগা নাম্বোক্কুন্না চেন্‌খিবা কৈ অহুনা হোৎচনখিহুনা মাগী আসন মনাক্তা ফুন্দুনা লৈরুরি, যোগীবর অহুনা নুংশিনা শিৎ-নাল্লহুনা অয়োকপা হৌদোংদা তৌরগুম্না তৌরি। চংজরকপা কৈ অহুবু নুংশিনা কোন্‌শিন্দুনা থম্বিরি। মাহু উবদা রাণা অমম্ভুং মাগী মীশিং অহু অঙকপা অমম্ভুং অকিবগা লোয়ননা কেন্দুনা

কুম্মৈ ওইনা য়েংহুনা লৈরম্মি। যোগীবরনা মখুৎ হত্তুনা রাণাবু করিমত্তা কিদনবা ইঙ্গিত তৌহুনা মনাক্তা কৌশিল্লমই।

রাণানা খুরম্নগা হেক হৌগৎলকৃপমক্তদা স্বামীজীনা হুংশিনা, —"য়েংউ বাবা, নংনা মসিদা করিমত্তা কিনিংঙাই লৈতে নপুক্লিংদগী হিংসা তাম্বোকখো, কৈ অসিনা নঙোন্দা করিম্নু তৌবা ঙম্মোই। জীব পুম্নমক অসি ঈশ্বরনা শেম্বা ঙাক্তনি; জীব পুম্নমক্তা নংনা অশেংবা প্রেম পীনৌ; মখোয়নসু—চপ চানা প্রেম হল্লকনি।"

রাণানা কাঠমণ্ডুদা হেক হল্লকপগা ব্রা পুম্নমক প্রধান মন্ত্রীদা তল্লুরে। মন্ত্রীসু থিন্দনা মতিকচানা—শ্রদ্ধার্ঘ্য কচ্চহুনা স্বামীজীগা উনজখি; মাগী আশীর্ব্বাদ ফংজহুনা ধন্য ওইরে খল্লখি।

স্বামীজীগী অঙকপা ব্রাফমশিং অসি মাইকৈ শীন্না শন্দোক্লরকপনা শুক্লবা উমং অহু মাগী দর্শন ফংনবা লাক্লখিবনা মীগী মী ঙাক্তনা থন্‌খ্রে। মমৈদা যোগীবরনা মীয়ামদগী নাম্বোক্লবা উমং অহু তন্না থাদোকপা তাখি।

মতম অসিদগী হৌরহুনা স্বামীজীগী বিভূতি লীলা অসি মফম কয়াদা ফোংদোকপা হৌখি। পুন্সিদা অরা-অনা, লাইনা কয়ানা নৈহৎপিরবা মীওইবশিং কয়াবু অব্রাব কোকপিনব-গীদমক মাগী যোগবিভূতি লীলা অহু থৌজান্‌গী লীলা ম্নক লৌনা শাম্নরম্মি। মশাবু পুমকাও কাওজরবা শক্তি চেল্লবা সন্ন্যাসীগী থম্মোই লৈথাদা অব্রাবা তারবশিংগী অব্রা

খোঙ্খাং অহু অমুক্তং য়ৈহন্‌বা হেক ঙমজবদা মাগী থম্মোই থুন্নংখি থৌজাল ঈচেন্না।

নেপাল থাদোক্‌না তিব্বত অমসুং মানস-সরবোর কোইনা লেংলকখি হিমালয়দগী তম্পাক তান্না নোংমদি লম-খাংদা থেংনরুরে মীয়াম তিনবা। লৈপাক্তা ফল্লি লুখ্রাবী অমা; থব্রাই শোক্না তেংথারি শিন্নবা মচাগী হকচাং কোন্দুনা মথাদা। অঙাং অসিনি মাগী পুনসিগী অয়োইবা লন্, মমিৎকি মণি। কনাগী থেমজিন্‌বা, অথাম্বা ব্বাহৈনা মাবু তপথহনবা ঙমখিদ্রে; তোল্লবীগী থম্মোইদা অব্রাব সমুদ্রগী ঈথক হৌখ্রমাল্লে থিংবা য়াদনা।

মৈ চুগদবা ঙাইহাক্তা মঙাইরবা মতমদা কদোমদগীনো স্বামীজী অহু ফুৎ ফাওরক্লে ইংনা চীংলেম্না।

মরেপকা মঙাল্‌গা চুনরবা হাং চাওরবা সন্ন্যাসী। কনানো সিদে? মাবু হেক তাবদা তেংথারিবী মমাদো খংলেপ হেক লেপখি। অব্রাবা অসিদগী কোকপিনবা অঙাং অসিবু হিঙ্গৎ-হন্দুনা ফাওরক্লিব্রা মহাপুরুষ অসিনা? লাইমল্লা শীগ্নহুনা থারক্লিব্রা লাই অসিবু? অব্রা ঈপাক্তা তারবা মমা অহুনা অশিবা মচাবু থাংথরগা হোৎচিন্দুনা তুরুরে সন্ন্যাসীগী থুয়া থাদা।

মুপী অসিনা কপ্পা অমসুং হায়জবদা যোগীবরগী মমিত্তা শিস্থরক্লে পিগী ধারা। চীং লেম্লবা মাইথোং পুহুনা তপ্পা লোংশিল্লক্লে অশিবরোমদা; লাইরম্নেন্‌গী ওইবা খুৎ অদুনা হেক নানবদা অশিব হক্‌চাংদা চংখ্রে থব্রাই মঙা, ছনুখ্রে

মিছন ইনৌ নৌনা। কয়াদা অঙকপা থবক্লো। মমা অমম্বুং মরিমতানা অঙাং অসিবু অমুক হননা কংজবদা হন্নাওবনা লুত্তোন কানখি।

ঙাইহাক্তং লৈরগা অঙকপা থবক পাংথোকপা ওদ্বা সন্ন্যাসী অসিবু লৈবাক্লা কোইথি থিনরকখি। মহাক্তি অত্তবু কদাইদনো? কনামত্তনা মাগী লৈফম্ খঙ্ নখিদ্রে। কনাবু উহন্দনা, খঙহন্দনা অনিংবদা তৌবা সন্ন্যাসী অত্থু মনাক্তা লৈবা চীংগী লোকম্বুং অমদা চংখিহ্নুনা তন্না অত্থুম্ মাঙ্থোকখ্রে।

উত্তরা-খণ্ডদগী খারোম্দা কুম্মক্তুনা স্বামীজীনা থুংখি নর্ম্মদা মপান্দা। মী পুন্নমক্লা ইরাৎ-পূজা কংনবা তুরেল্লি; মাগী মপান্দা লৈরি পুরাণদা হায়নবা মার্কণ্ডেয় ঋষিগী আশ্রম্। ঙসিস্থু মতিক মগুণ চেন্নবা সাধু মহাত্মা কয়ামুক্ তপস্যা তৌরি পবিত্রস্থান অসিদা। আশ্রম্গী চিদাই অমদা মশাগী আসন অমা শেম্নহ্নুনা ত্রৈলঙ্গ মহারাজস্থু ধ্যান-দা লুপ্তুনা লৈখ্রে।

খাকীবাবা কৌবা মহাপুরুষ অমা মতম্ কুইনদগী মফম্ অসিদা লৈরক্লি। লম্দম্ অসিদা মাগী যোগসিদ্ধিগী মিংচংস্থু য়াম্না লৈরম্মি। নোংমা নর্ম্মদা মপান্দা অস্থুম্ লাক্ত-নিংহ্নুনা লৈরম্বদগী খঙ্হৌদনা তুরেলগী ঈশিং লোম্দা মাগী মিৎয়েং অত্থু তাখি। তন্না উখি অঙক্পা দৃশ্য অমা। শঙ্গোম্ ঙাক্তগী ঈচেল্ পুরহ্নুনা নর্ম্মদা দেবীনা য়া, য়া লাওনা চেঙ্গরি। অহুগা ঈয়াইদা কুম্থহ্নুনা চপ্ তিংনা লেপ্তুনা ত্রৈলঙ্গ স্বামীনা শঙ্গোম্গী ঈচেল্ অত্থু খুজোক্, খুজোক্ থক্লি।

মহাপুরুষ খাকীবাবানা নৌনা লাক্‌পা সন্ন্যাসী অসিগী যোগশক্তিতনা থোক্‌হল্লিবা থৌদোক্লি হায়বা অসি খঙ্‌লে। মশাবু পুম্‌কাউ-কাউবা মিকুপ্‌ অমদা ত্রৈলঙ্গ-স্বামীনা নর্ম্মদা মমাংগী মখোম্‌ থক্লিংলক্‌পা ভাব পোক্‌খি; ব্রহ্মাণ্ড পুরুষগী অনিংবা অপাম্বা থিংবা য়াদবনা ওন্‌খি ঈশিং অদু শঙ্গোম্‌ ওইনা খোম্‌গী ধারাবু চিংশীন্দুনা পুরক্‌খি।

মীওইবগী ব্রাখল্‌গী থৌদোক্‌ ওইনা নর্ম্মদা তুরেল্লা অস্মুন্না ওন্‌খি শঙ্গোম্‌ ধারা পুবী তুরেল্‌ ওইনা। খাকীবাবাস্মু শঙ্গোম অসি য়াম্না থক্লিংলক্লে। অদুবু কয়াদা ঙকথ্রবা! খাকীবাবানা ঈচেল্‌ অদ্‌ মথুংনা হেক শোক্লুবদা হাম্নগুম্না লোইনা ঈশিং ওন্‌খ্রে। পুমঙক ঙকথ্রদুনা খাকীবাবানা তোর্ব্বান্দা চপ-য়ুংনা মতম শাংনা লেপ্তুনা লৈখিরম্মি।

মার্কণ্ডেয় আশ্রমগী সন্ন্যাসীশিংনা ত্রৈলঙ্গস্বামীবু য়াম্না শ্রদ্ধা তৌই, লুনা মুংশিনা তৌজে। খাকীবাবানা স্বামীজীগী যোগ-শক্তিগী ব্রাফম অসি ময়ামদা তম্বদদি সাধনাগী লম্বিদা চীংদোন য়েখ্রবা অনৌবা যোগী অসিগী শক্তি অসিগী চাং ওনগে হোৎনবদা ময়ামদা চমম্না থোকখি।

নর্ম্মদা মপান্দা চহী নিপাল্‌ চুপ্পা লৈরবা মতুংদা যোগীবরনা প্রয়াগ-তা লেংলকখি।

নোংমা ত্রিবেণী-সঙ্গমগী ঘাট অদুদা স্বামীজীনা কমণ্ডুনা লৈরি। কালেন থানি, নোংনা অতিয়া অসি পুমকুপ কুপখ্রে। অমুবা নোং মপাকশিং অদুগী মখবাক শেগাইদুনা নোংথাংনা

তোয়না তোয়না কুপ্পকলি। মী পুম্নমক তোর্ব্বান থাদোকতুনা চেন্নখ্রে।

রামতারণ ভট্টচার্য্য কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অমনা স্বামীজী অসিবু য়াম্না ভক্তি তৌজে। মানা যোগীবরগী নিংঙাইদবা মতৌ অদু উরুরে। মথন্নাই ন্নানা হঙ্গচ্চরকই,— "মতম অসিদা বাবানা মফম অসিদা কৈদৌবিরিবা ? অকন্বা নোং-মুংশিং অসিনা য়াম্না খুদোং থীরগনি।"

স্বামীজীনা ইংনা চীংলেম্না,—"ঐগীদমক্ করিমত্তা ন্নারুগন্নু, ইবুংঙো; ঐগী খুদোংথীবা করিমত্তা থোক্লোই, অদুবুআদা মাং-লোম্দা য়েংউ, হীদা তোংলিবা যাত্রীশিং অসিবু কন্দবা য়াদ্রি।"

যোগীবরনা থিল্লিবা খুদোম্বী অদুগী মতুংইন্না অস্নম য়েংখিবদা অথাপ্পদা ঈয়াইদা হী অমা ঈথক্লা লংহুনা, হুম্‌হুনা পুরিবা অদু রামতারণনা উরে। হীথক্তা মী খরনা লেপ্লহুনা ঘাট লোম্দা হী অদু হোঙ্গিন্নবা কন্না লাক্লরি। অন্নাবনি; উনা উনা হী অদু তুরেলগী গর্ভস্নুংদা তোংলিবা মী পুম্নমক্তা লোয়ননা চংখ্রে।

থন্নাই শোক্‌পা দৃশ্যনি। রামতারণনা অন্নাবা থোম্থোক্তা কপ্লক্লে। স্বামীজীনা মাগী মনাক্তা ফম্‌হুনা লৈবনি, অদুবু মানা লৈহুনা য়েংলক্‌পদদি, কদাই মাদি ফম্ফম্ অদুদা লৈরম্‌দ্রে। আসন অদু হাঙ্‌লম্লে। মিকুপ্‌ অদুদা কদাইদা, কম্‌দৌনা মহাক্তা মাঙখিব্রা ?

তুরেল্লোম্দা অমুক্ য়েংবদদি রামতারণ অদু মিত্রংনা শুম্মাৎ-লবা মী ওইখ্রে। করিনো তৌরিবসিবো ? হী অদু যাত্রী পুম্নমক্তা লোয়ননা ঈয়াইদা অমুক্ ফাওগৎলক্লে।

মীয়াম্ অমসুং পুরক্লদুনা হী অদুনা তোর্ব্বাল্ য়োরক্পদদি মাগী গুরুগী ওন্থক্তা লৈখিদ্রে। যাত্রীশিং অদুগী মরক্তা স্বামীজী মশামক্ হেক্ য়াওরদুনা ঘাট-তা কাখৎলক্লে। করম্বা মতমদা করম্না ফি শেত্তবা সন্ন্যাসী অসিনা মখোয়গী মরক্তা হীথক্তা কারক্লুনা তোংথিবনো হায়বা অদু কনা অমত্তনা খঙহোদরে। অঙকপা ম্বাকম অদু অঙকপা ওইনা অদুম মরেখে।

নোং মুংশিং অদু হৌজিকসু নেমদ্রি। ঘাট অদুদা মী পোং অমত্তা লৈত্রে। রামতারণনা স্বামীজীবু শাষ্টাংনা দণ্ডবৎ তৌরগা ভক্তিগা কোননা তনিকপা খোম্থোক্লা,— “বাবা, অসি ওইরেকো নংগী বিভূতি লীলা; নংগী থৌজাল্লগী মাদু ইমিৎমক্লা উজরে; মাদুদা ঐদি জ্ঞান পুম্নম মমখে। মীওইবনা করম্না অসিগুম্বা ওইথোক্তবা শক্তিবু ফংই, তাবা? ম্বাকম অসি ঐঙোন্দা শেংনা তাকপিদবা য়াদে।”

স্বামীজীনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা, “রামতারণ, মাসিদা করি ঙক্লিঙাই লৈবগে, ইবুংঙো? ঈশ্বরগী শক্তি অসি মীওইবগী মসুংদা তমদুনা, কুন্দুনা লৈরিবনি। অদুদনে, ইবুংঙো, মীনা তৌগদবা হায়বমক্তবু শক্তি অদু হৌগৎহল্বা অসিতনি; অদু ওইরবদি পুন্নমক্ ঙম্লেদনা। মসি মীওইবগী স্বভাব নত্তবা, স্বভাবতগী হেন্দোকপা হায়বদি অস্বাভাবিক ওইবা করিসু নত্তে। চুম্না হায়রবদা, মীওইবনা মশাগী অশেঙবা স্বভাব অদু মাঙহন্দুনা ঙসি ‘অস্বাভাবিক’ হায়বদি শেঙদবা স্বভাব অদু ঙাক্তগী ওইবা মচৎ চৎনখে। অদুনা মশাগী

তশেংবা শক্তি অছুবু মঙোন্দা অঙকপা পোৎশক্ ওইনা থোক্লরি।"

থৌরাংক্ অসিগী মতুংদা ত্রৈলঙ্গ স্বামীজী বারাণসী ধামদা লেংখে। সাল ১১৪৭গী য়াকচিং থানি। ত্রং, ত্রং চিংশিন্না ইংবা মতম্। মতম্ অসিদা নোংমা অম্বুক্তা অসিঘাটতা য়াং চাউরবা, মখি শেত্তবা সান্নাসী অসি কোং ফাওরক্লে। কাশীধামগী প্রজা পুম্নমক্ ইওক্ ঙক্লহনা থোইদোক্লা মথুম মরাং হৌনখি।

শাংলবা চহি চামা-য়াংখৈ চুপ্পা পুণ্যতীর্থ অসিদা মানা উৎখি যোগৈশর্ষ্য লীলাবু অমগী মথংদা অমা। শিবপুরি কাশীধামদা মাবু খঙনখি 'মূর্ত্তি পান্না লেংথোক্লরবা বিশ্বনাথ' হায়না সাধক সমাজদা ফংখিবা অতৈনা ফংনখিদ্রবা মর্য্যাদা।

ভারতকি মফম্ পুম্নমক্তগী মশিং লাকওমদবা তীর্থ যাত্রী-শিংনা পুণ্যতীর্থ অসিদা চহী থুদিংগী লাক্লরি। বিশ্বনাথ, অন্নপূর্ণা, দশাশ্বমেধ অমসুং মণিকর্ণিকা ঘাট দর্শন তৌরবা মতুংদা মথোয়না চেন্নরি ত্রৈলঙ্গ স্বামীজীগী দর্শনগীদমক। ফাওরবা মহাযোগী অসিগী আশীর্ব্বাদ ফংদনা কনামত্তনা থাদোক্লিংলমদে পুণ্যতীর্থ কাশীধাম।

অসিঘাটকি তুলসীদাসকি বাগানদগী নোংমদি অনিংবত্তা তৌবা মহাপুরুষ অসি তপ্পা তপ্পা হাইর হাইরহনা লোলার্ক কুণ্ডদা লেংলক্লে। মমাংমক্তদা তম্‌খিবা লাইনাগী মৈচাক খাওবা য়ারহনা তেংথাহনা কপ্পনা লৈবা লাইবক খিরবা নিপা অমা থেংনরদে।

নিপা অসি ব্রহ্মসিংহ কৌই আজমীরদগীনি। পোকপদগী মনাস্থ পুম্বং পংই; কুষ্ঠি থুংহুনা মশা পুম্বা শীনুখে। অনাম্বগী মৈচাক্লা মিকুপ খুদিংদা শিজরবদি মুংঙাইজরগনি থঙ্গরবা মীওইনি শকৃকম্ কায়রবা অনাবা অসিগী অবা ভেংথাখোন তাবদা ত্রৈলঙ্গ মহারাজগী থমোই অহ্ থৌজান্না থুঙ্গংখে। কনানা হুম্না য়েংবিদ্রবা নিপা অসিগী মমাংদা তপ্না চংশিনৃখিহুনা মহাক্লা চপ লেপ্প্রে।

মহাযোগী অসিগী দর্শন হেক ফংবদা মাগী লাইনাগী অরা অনা পুন্নমক খংকোক্ কোকৃখে। মকম্ ইখঙ খঙহৌদনা মহাদেবমক্কা হেক্ মান্নরবা মহাপুরুষ অসিবু স্তুতি ভৌননবা রাখন থমতদা শিবারাধনাগী স্তোত্ররাশি মচিন্দা ব্রং, ব্রং থিথরকই।

অম্বাবদা তারবা ভক্তগী মচিন্দগী অমুক্ত হায়দোকখি-দ্রিবা অঙকৃপা স্তুব-বন্দনানি। মহাযোগী মুংশিনা নোকপা মিনোক্লা মকালান্নবা মাইথোংনি। মুংশিনা হৈথাগোক্ মনা অমা থাঙ্গত্তুনা ;—'ইবুঙো, করিমত্তা রাগস্থু; লোলার্ক কুণ্ডদা হৌজিকমক্ ইরুজখোকৃউরো; অহুগা হৈথাগোক্ মনা অসি নকোক্তা থেৎচৌ; অহুদগীদি নহাক্ লাইথুং অমম্বুং অনাবা অসিদগী পুমকোক্ কোক্লগনি।"

ব্রহ্মসিংহগী অনাবা অহ্ অহুম্ পুম্ক কখে; অমম্বুং স্বামীজীগী অচেৎপা ভক্ত অমা ওইনা লৈজখি।

অসিগী মতুংদা স্বামীজীনা বেদব্যাস আশ্রমদা মতম খরা লৈরম্মি। থোংরা গঙ্গা মপানদা অস্থুম কোয়খোক্লকৃপদা মকম্

অমদা মীয়াম পৈত্থনা লৈবা থেংনরুরে। মাংদা চংশিন্দুনা য়েংবদা অহল্ ওইরবা ব্রাহ্মণ অমা অশিবাদৌনা তাত্থনা লৈবা উরুরে।

নিপা অসি সীতানাথ বন্দোপাধ্যায় কৌই। যক্ষ্মারোগনা মতম্ কুইনা নারত্থনা মশা অসি উন্না-কুপ্পা শরূ-মপুন অমা ওইখ্রে। ওসি গঙ্গাস্নান লাক্চবদা খওহৌদনা তোর্ব্বান্দা ৱাম্থত্থনা তুত্থনা লৈখিবনি। স্নান তৌবা লাক্পা মীশিংনা চংশিন্দুনা লাইকন্নবা লাক্লরি। মাগী মতৌ উবদা মীয়াম অত্থ মথৱাই শোক্খ্রে।

ত্রৈলঙ্গ স্বামীনা মনাক্তা খংলেপ লেপ্লী। শিগদৌরবা অনাবা অসিনা মাগী থমোই ইরাং হৌহল্লব্রা ?

মাঙ্দা চংশীন্খিত্থনা নুংশিনা মাগী খুদোম্বী অত্থনা সীতা-নাথগী মথবাক্তা শোক্পিরে। খঙ্হৌদনা মিত্থন্ চোংলে; মাঙ্খ্রবা জ্ঞান হঞ্জিল্লে, অনৌবা পুন্সি ফংজরে সীতানাথ। মমিৎ পাংথোক্ক্না কোইয়েং য়েংজরক্পদা উজরে মহাযোগীবু।

মমিত্তা মপি ও-রো-রো শিন্থনা, মখুৎ লোন্নজত্থনা হঙ্গচ-রক্ই সীতানাথনা মাগী অনাবগী রাফম্। স্বামীজীনা মাবু নুংশিনা থেম্জিন্দুনা, গঙ্গামৃত্তিকা খরা পীরগা,—“ইবুংঙো, করিস্নু ৱারুগনু, মৃত্তিকা অসি নুতিগী গঙ্গাস্নান তৌরগা খরা খরা চাজো থুনা লাইকোক্কনি।” সীতানাথ থাঙ্গৈমক্ শেংনা লাইকোক্চখি মতম খরতগী মনুংদা। অস্নুম্না তত্তনা ত্রৈলঙ্গ মহারাজনা খৌজাল্গী লীলা উত্তুনা শাংলবা মতম্ চত্থখি পূণ্যভূমি কাশীধামদা।

স্বামীজীনা হনুমানঘাটতা লৈরিঙৈদা নোংমদি ওম্থোক্পা থোঁদোক্ অমা থোক্খি। মম্দম্ অসিদা মারাঠা শাগেগী কনাগুম্বী অচৌ-অশাং ইমুংগী মুপী অমনা পূজাগী পোৎচং পুরম্লুনা বিশ্বনাথদা পূজা কৎনবা অথুবা মম্বী অমদা লাক্লম্ই। অতোপ্পা মাইকৈদগী ত্রৈলঙ্গ মহারাজম্মু হাইর-হাইরম্লুনা মম্বী অম্লুমক্তদা লেংলক্লম্ই।

মুপী অম্লুনা কিবোই, হঙ্গোইবোই থৈদোক্লগা অয়াক্পা মীচৈনা চৈরক্ই, "ফি শেত্তুনা সন্ন্যাসী ওইগে হায়রগদি উমংদা হ্রামংদা লৈবনা ফত্রা ? মীনা থম্না লৈবা সহরদা লৈবগী করি দরকারনো ? ফৈজোম্ থোক্তুনা কোইচং চৎপনা করি কান্নরিবা ?"

চৈজৈ হায়ম্লু মঙাই, কনানা তাবিনি ? বীতরাগভয়ক্রোধ ওইরবা মহাযোগীনা মঙোন্দা কনানা করিমত্তা হায়দবগুম্ ইংনা তপ্পা মাইথোং-মকা লাম্না অম্লুম চৎকদবা মম্বীদা হন্নামক্তা য়েংঙম-দনা লেংখ্রে।

নিয়ম মতুংইন্না বিশ্বনাথকী পূজা কৎপা লোইরগা মুপী অম্লু ময়ুম্দা হন্খ্রে। মুমিৎ অম্লুগী অহিং অম্লুমক্তদা মুপী অসিগী মমংদা বিশ্বনাথ মশামক্ লেংলক্তুনা মাবু য়াম্না শাওনা চৈহৎলরে; "নংনা নপুরোইবগী য়াইফনবা, অনাবা লাইকোক্লবা ঐঙোন্দা পূজা কৎপা শারি। অম্লুগা মফি-শেত্তবা মহাযোগী অসিবু চৈ-থাংলুবা শাই; খঙ্ঙু নংনা নিংবা থুংজগে হায়রবদি মাগী থৌজান্ নত্তুনা অতৈ পাম্বৈ লৈতে।"

মিকপ হেক্ থোক্পদা মুপী অসি কোক্চাঙবী কাখ্রে।

খঙজদহুনা মহাযোগী অহুবু চৈন্নরে। মহাপুরুষ অহুনা হৌমিত্তিকৃপু মহাকৃপু খোজানবিরকত্রা ? মপুরোইববু ছিংহবা য়াখিগদ্রা ?

খন্নকৃই,—"করিস্থ খোশাবিদবা মহাযোগীনা ঐনা চৈবা অহু মনাদা কাওবা হাপখিদে। মশাগী ভাব অমদা পুন্নপ লুপ্তুনা লেংখিবনি। চানবিরকপা য়াই, মাগী খোজানগী মিৎয়েং ফংজবস্থ য়াই।"

মতুং নোংমা কোনবদা মুপী অসিনা মথন্নাই ন্নানা চেনখ্রে, স্বামীজীগী মনাক তাম্না; কপ্পহুনা হায়ন্দকরে মখোং অনী কোন্নহুনা মাবু তাকপিনবা অমস্থং মপুরোইববু কন্নিনবা।

খিন্দনা কুপা ফংজখি। ত্রৈলঙ্গ স্বামীজীনা উৎ থুনাম্ অমা পীবিরে; তাকপিরে মহু তৈরগা মপুরোইবা অহু লাই-কোকনি হায়না। মুপী অহুগী মমিৎ অহু অপেন্নগী পীনা লুপ্পা লুপ্পা হপ্পখি।

অমুক্তি কাশীগী নিংথৌ অমা ঘাটতা স্নান তৌবা লেং-খোক্লকই। মুমিৎ অহু মহা পুণ্য যোগ তারি। দশাশ্বমেধ ঘাটতা রাণী অমস্থং মাগী মীশিং স্নান তৌগদৌরি। মাহুগীদমক কোন্নুংগী মীশিংনা চ্যেকশিন্না লীল্লি।

কোন্নুংদগীনা ঘাট য়োবা অহু কাওবা ফিনা কোয়শিন্দুনা থাজিনখ্রে; সন্ত্রিশিংনা মী অমত্তা চংদনবা কন্না তাক শেনখ্রে।

নিংথৌ অমস্থং রাণী অনীস্থ ঘাট অহু তাম্না লেংখোক্লক্রে। অহুদগী কদোম্দগীনো, কনামত্তা উহোদে, মফম্ ইথঙ্ হেক্ খঙ্হোদনা ন্নাং-চাউরবা, মকি-শেত্তবা সন্ন্যাসী অমা মখোয়গী

মমাংদা ফুৎ হেক্ কাওরক্লুনা লেপ্পরে। স্বামী অহুনা ইপা-পাখত্তুনা লাউরক্লে; নাকল্ অমদা থৈদোক্লুনা চেন্‌খ্রে। নিংথৌ অহু শাওবনা মৈ হৌখ্রে। নিংথৌগী মী পুম্নমক্ অহুস্থু ইপা-পাখৎনরে। মখোয়না হোৎচিন্নরক্লুনা সন্ন্যাসী অসিবু ইকোয় কোয়শিন্দুনা থমখ্রে।

কদাইদগী অঙাওবা, কাওজ্ঞান য়াওদবা সন্ন্যাসীনো? নিংথৌ অহুনা শাওমন্‌খ্রহুনা মাবু দণ্ড পীদনা থাদোক্কে থন্‌খিদ্রে। সন্থিশিংনা সন্ন্যাসী অসিবু কোয়শিন্দুনা কোন্নুং তান্না পুহুনা চৎখ্রে।

অহুদা দশাশ্বমেধ ঘাটকি মীশিং অহুনদি সন্ন্যাসী অসিবু খঙদবা মী অমত্তা হেক্ য়াওদে। খুদক্ অহুমক্তদা ত্রৈলঙ্গ মহারাজবু কাখিবগী ব্রা অসি ব্রা, ব্রা নিন্নরক্লে।

খুদক্ অসিমক্তদা মাগী অথোয়বা ভক্ত থরনা নিংথৌ অহুদা স্বামীজীগী মাহাত্ম্য তাক্লুনা মশক্ খঙহল্লরে।

কোন্নুংদগী স্বামীজী তন্না থাদোক্লক্লে। কোন্নুংদগী থোরক্পদা মপান্দা মনাই থরনা স্বামীজীবু ইকাইবা চোপ্পা নংহনখি।

মুমিৎ অসিগী সুংদাং অসিমক্তদা নিংথৌ অহুনা য়াম্না অকিবা মঙ অমা মঙলে। —মকোক্তা জটা পুবা, কৈ মউন্ শেৎপা নিপা অমনা মখুত্তা ত্রিশূল পায়রহুনা শাউবনা মমিৎ ভাংশং ভাংনা নিংথৌ তন্না হোৎচিল্লক্লুনা হায়রকই,—"হাই, পাপী! নংনা অশুক চাওথোক্পা, অশুক্ মচোং-মপাক নাইদবা! নংনা মহাযোগী ত্রৈলঙ্গ স্বামীবু মশক্ খঙলে, অহুমক্তদা নংগী ননাইশিংনা মাবু চোপহুম্বা ইকাইবা পীহুনা

থিনা তৌবা ! নংগুম্বা ফত্তবা মচৎ চৎপা মীদি শিবপুর অসিদা লৈবদা মতিক চাদে। নং ঙসিদগী মফম্ অসিদগী থাপ্পা চথোক্খে্া।

নিংথৌ অহু কিবনা থক্, থক্ নিক্লা মিকপ্ থোক্লক্লে ; য়াম্না মীপাইনা লাওরক্লে। মনাই পুম্নমক মিকপ্ থোক্লরে। অহিং চুপ্পা কিনবনা মিপাই, মিপাইনা লেঙ্গরে। নোং হেক ঙাম্বদা নিংথৌ অহু চেন্খিহুনা ফৈজোম্ থোক্পা সন্ন্যাসীগী চরন্দা কোন্দুনা তুরুরে।

অশাওবা মশক্ খঙ্দবা থৌজান্গী প্রতিমূর্ত্তি ওইরবা স্বামীজীনি। মথম্বাই চাক্লবা তৌখিবা পাপকি নিংঙম্মক্তবা নুংঙাইতবা পোকচরবা নিংথৌবু চাম্বিনা আশীর্ব্বাদ তৌবিরে।

মহাশক্তি পুবা স্বামীজী মহারাজদি অহুগীস্থ মথক্তা থৌজান্তনা থল্লবা মাগী থমোইনি। অম্রা অনং তারবা মীওই লাইথুং মখল্ মখল্গী অনাবা মীওইশিংনা মাগী থৌজাল্ ভিক্ষা নিননবা তত্তনা মতুং ইন্নরি। অহুনা মহাপুরুষ অসিনা মতম্ অয়াম্বদা গঙ্গামাইগী মফম্দা মাগী চংজফম্ লৌজরি। ঘাট ঘাট খুদিংদা ফম্ই ধ্যান-দা লুপ্শিন্দুনা লৈরি। মীয়াম্ তিল্লক্পা হেক উবদা মথুৎ অনী তি থোক্তনা গঙ্গাগর্ভদা ফন্ হেক্ চোংথহুনা শান্নহুনা লৈখি। পুং কয়ানি মাগী গঙ্গাবিহার অসি। মীয়াম্না তোর্ব্বান্দা লেপ্তনা মমিৎ কুপ্তনা য়েংনহুনা লৈরি মনিংতম্বা মহাপুরুষ অসিগী গঙ্গাবিহারগী কুম্মৈ।

স্বামীজীনা গঙ্গামাইবু থোইদোক্লা নুংশিজৈ। খুদোংচাবা হেক ফংবগা মহাক্লা গঙ্গা-তোর্ব্বান্দা মত্রগা ঈম্নাইদা-ই থক্তা

কোইতাউ তাউদ্রুনা চৎলি। গঙ্গাদেবীগী মচানিপা ভীষ্মমক্লা যুগ অসিদা অমুক হল্লক্লব্রা হায়না মীয়াম্না ঙাংনৈ।

স্বামীজীগী গঙ্গা বিহারগী মরমদা মাগী শিষ্য শ্রীউমাপদ মুখোপাধ্যায়না অস্মুন্না ইদ্রুনা থনম্মি ; "..........ঐখোয় অনীমক্ গঙ্গাদা ইরুজবা কুম্থমিন্নরে। মহাক্লা ব্বা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা ঈশিং মথক্তা লোংনা অস্মুম্ তাওদ্রুনা লৈরে। অদুদগী ইখঙ্ খঙহৌদনা হক্চাং কায়াৎ অমা ফাওবা লেং-খোৎপা তৌদনা ঈচেল্ হঙ্গৎনা জ্ব, জ্ব তাওদ্রুনা চৎখ্রে। অস্মুন্না খরা তাওখৎ-লবা মতুংদা ঈনুংবুং অদুদা চুপ্ লুপ্থখ্রে ; কুইনা মশক্ উখিদ্রে। অদুদগী পুং অনীরোম্গী মতুংদা ঐগী ইনাক্তা ফুং হেক্ ফাও-গৎলক্ই। অদুদগী কাখৎলক্লুনা সিড়ি মথক্তা ফম্লরে ; ঐনা স্বামীজীগী হকচাং অদু তৈথোক্-খোত্তোক্ তৌজরবা মতুংদা ঐখোয় অনী আশ্রমদা হল্লক্মিন্নে।"

গঙ্গাগী ঈচেন্দা তাউদ্রুনা শান্নবা মতম্ অসিদা স্বামীজীনা অঙাংগীগুম্বা ওন্থোক-ওন্থোকপা মচৎ চৎথোক্লকই, অউবা মীয়াম্দা কুম্মেগুম্ থোক্ই। মফি শেত্তবা, মশাবু কাউজরবা ব্রহ্মাজ্ঞ পুরুষ অসিগী গঙ্গাবিহারগী ব্বা অসিদি কাশীগী মীশিং মরক্তা খঙদবা য়াওদে।

উজ্জয়িনীগী মহারাজ অদু নোংমা কাশীধামদা লাক্লম্ই। ব্যাসকাশী অমস্তুং রামনগর দর্শন তৌরগা হী তোংদ্রুনা হল্লক্লম্ই ; জাহ্নবীগী ঈচেল্-থক্তা তাওদ্রুনা লৈবা চাউ-শাংলবা নিপা অসিবু উরে। হী-তোংলিবা কাংবু মরক্তা স্বামীজীবু শক-খঙবা মী কয়া

অমস্থু য়াওরি। নিংথৌগী মফম্দা মখোয়না স্বামীজীগী পরিচয় হুঙ্গচ্চরম্মি।

ঙাইহাক্তং লৈরগদি স্বামীজী মখোয়গী হীয়োমদা অস্থুম ইরোইত্থনা চংশিল্লকপা উরে। নক্ত-নকশিল্লক্লবা মতম্ অত্থুদা মখোয় ময়াম্ অত্থুনা স্বামীজীগী মতেং পাংত্থুনা পায়ন-খোৎনত্থুনা হীথক্তা মাবু চিংখৎলে।

মহারাজ অমস্থুং মাগী মীশিং অত্থুনা স্বামীজীদা নোল্লক্লা থুরুম-থারুম্ তৌজরে। য়া মচেং অমত্তা ঙাংদবা যোগীবরবু ময়াম্ অত্থুনা ইকোয়-হেক কোয়শিল্লা ঙল্লত্থুনা য়াম্না মুংঙাইনরি। মতম্ অসিদা অনিং অনিংবদা তৌবা যোগীবর অসিনা অঙাং অমনা তৌগদবা থবক অমা কোক হেক তৌথোক্লক্তুনা ময়াম্ অত্থু ইঙক ঙক্লরম্মি।

মহারাজগী মখাংদা থাংশাং অমা য়ান্দুনা লৈরি। যোগী-বরনা মাত্থু হেক উক্লরে। মানা থাং অত্থু নিত্থুনা লৌরগা শিত্তুনা, নান্দুনা, ওস্থোক-ওন্শিন্ ঙাইহাক শান্নরগা, করি থল্লুর-বনো খঙদে, থাং অত্থু গঙ্গাগী গর্ভদা মানা শৎ লংথোকখ্রে। ময়াম্ অত্থু ইঙক ঙক্লখ্রে, কিনবস্থু য়াওনরে নিংথৌনা শাউরগনি খন্নদা। স্বামীজীদি য়াম্না নোক্লিংবা য়াবা থবক অমা থোক্লবদৌনা অঙাং অমগুম্না কাক, কাক নোক্লত্থুনা পেঙ্গরি।

থাংশাং অসি ইংরেজ সরকারনা নিংথৌ অসিদা ইকাই-খুম্নবা উৎপা ওইনা খুদোল পীরকপনি। মঙোন্জদি মমল্ পংয়াম য়াম্না থোক্লচরবা পোৎশক্লি। মহাক্কি মথন্নাই মুংঙাইত্নবগী অকক্লুং

শাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অঙাওবা সন্ন্যাসী অসিবু তমথিবা শান্তি পীগনি হায়না হন্না হন্না হায়রক্লে।.

হৌথক অহুদা স্বামীজীগী মফমদা য়াম্না ভক্তি-শ্রদ্ধা লৈজবা নিপা অনী য়াওরমই। মখোয়না থেমজিন্বা ৱাহৈনা, —"মহারাজ, তপ্থবিয়ু; ইরপ্পা কাংবুবু থিহল্লগা থাং অহু শোয়দনা অমুক্ ফংবিগনি। স্বামীজী অসি মহাব্রহ্মজ্ঞ পুরুষনি। মনিং-তম্না তৌনিং তৌনিংবা থবক্তা পংতৌ-তৌরবস্ম মানা হৌজিক ফাও-বদা কনামত্তগী মাঙননবা তৌদ্রি। অহুনা তপ্থবিয়ু, মহারাজ!"

হৌ অহু ঘাট য়োরে। মহারাজ অহু হৌজিকস্ম মৈ হৌনা শাওরি; খজিক্ত নেমথদ্রি। সন্ন্যাসী ফৈজোম্-থোক্ অসিবু মানা লেম্না থাদোক্পগী ৱা লৈরে। ঙাওশিন্নবা নম্থাক্ তৌবা নিপা অসিবু শান্তি পীদবা য়াদে হায়না মহারাজ অসিনা কন্না কন্না ঙাংলি।

স্বামীজী ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে; চৈ-থাংবা পুন্নমক তুমিন্না তারি। অহুদগী মোমোন্, মোমোন্ নোক্তুনা মাগী অচৌবা, অশাংবা মখুৎ অহু গঙ্গা-গর্ভন্নুংদা থিংজিন্খ্রে। মখুৎ অহু হেক থাঙ্গৎলকপদা থাংশাং অনীখক য়াওরক্লে। অনীমক অহু ঙসাই মানা লংথোকখিবা অহুগা চপ হেক মান্নৈ।

স্বামীজীনা নিংথৌ অহুদা মাগী থাং অহু অনী অহুগী মরক্তগী খন্দোক্তুনা লোরো হায়বগী ইঙ্গিত তৌরকই। নিংথৌ অহু জ্ঞান তাদ্রে। করম্ববু মহাক্লা লোৌগনি? অনী অহুদি চপ হেক মান্নরি।

হৌজিক যোগীবর মচিন্ থোক্লক্লে। মহারাজ অহুবু তাথিনা

চৈরক্লে,—"হায় মূর্খ! নংনা নপোৎমকুস্থ মশক্ খঙ্জ্রি, অদুগা মাদুগী দাবীস্থ তৌবা শারি! ঐনা উরি,—নংগী থম্মোই অসি মোহ, দম্ভ অমস্থুং অজ্ঞান-না পিক্ থন্খ্রে। ঐখোয়গী অশেংবা ইপোৎ হায়বসিবু করিনো? মপোক অসিদা অমস্থুং তুংগী মপোক্তা ঐখোয় মীওইবগা থাদোক্লবা লৈতবশিং অদু ঐখোয়গী ইপোৎ অশেংবনি। শিরবা মতুংদা নংগী থাংশাং অসি নংনা থক্ পুদুনা চৎপা য়ারোই। অদুদি মসিবু করম্না নংগী নপোৎনি হায়রিবা? নংনা শোয়দনা হুন্দোক্না চৎ-খ্রগদবা অস্থুম্বা পোৎ অসিবু করম্না নংগী নপোৎনি হায়রিবা? অদুগা নংগী নপোৎস্থ নত্তবা অদুগুম্বা পোৎশক্ অদুগীদমক নংনা অস্থুক চাউথোকচরিবা, অস্থুক্ শাওরিবা অসিবু অচুম্বা মচৎলা?"

ঙক্চানরবা, কিরবা নিংথৌ অদুগী মমাংদা মাগী থাংশাং অদু লংশিল্লক্লে; অদুগা অতোপ্পা অমা অদুনা গঙ্গাদা লংথখ্রে। নিংথৌ অদু হৌজিক্ত মশাগী মুঢ়তা অদু খঙজরক্লে। স্বামীজীগী মখোং অনী কোল্লগা ঙাকপিনবা হন্না হন্না হায়জরক্লে।

থৌজাল্গী মপং ওইরবা স্বামীজীনা তন্না মাবু থৌজাম্বিরে। অদুদগী তপ্পা তপ্পা লেংথখ্রে গঙ্গাগী ঈচেন্দা মনিং তম্বা যোগীবরনা।

অসিঘাটকা মাইয়োক্লবা লম্বী অদুদা নোংমা স্বামীজীনা লেঙ্লি মহাক্কি অচৌবা মশা অদু হাইর-হাইরদুনা; তন্না উরুরে থম্মোই শোক্পা দৃশ্য অমবু। লুখ্রাবী ওইবতা ঙায়রিবী

মুপী অমনা মপুরোইবগী অশিবা মশা অহু কোল্লহুনা মথল্লাই শোল্লা তেংথারি।

মমাংগী অহিং অহুদা মপুরোইবা অহু লিল্লা চিক্তুনা শিরে। মতম্ অহুগী চৎনবী মতুং ইল্লা লিল্লা চিক্তুনা শিবা মীবুদি মৈ থানদে, গঙ্গাদা থাদহুনা অস্নুম্ তাওথহল্লি। অহুদা লুখ্রাবী নহা অসিগী মতৌ য়েংবদা কনামত্তনা মপুরোইবগী হকচাং অসি গঙ্গাদা থাদখ্রসি হায়বা ব্রাকম্ অসি হৌদোকনবা ওল্লদ্রে।

মতম অসিদা স্বামীজীনা মকম্ অহু তাল্লা লেংশিল্লক্লে। খওহৌদনা তপস্বীগী পুক্লিংগী থোংজাও হাংখ্রে; য়ৈরুরে কল্লা মপুরোইবা কায়নরবী মুপী অহুগী তেংথাখোল্লা যোগীবরগী থমোই নৈথাদা। যোগেশ্বর মহাপুরুষকি থমোই নোইহত্তুনা ঈশ্বরগী থৌজাল্ ঈচেল্ অহু কুমথরক্খি মর্ত্ত্যদগী লৈত্তোই-লক্তা। থৌজাল্গী মপৈগী মশক্ ওইরবা স্বামীজীনা গঙ্গামৃত্তিকা থল্লা পুরক্তুনা লিল্লা চিক্পা মকম্ অহুদা তল্লা তৈশীন্বিররে। ব্রা অমত্তা ভাংলমদনা পরমানন্দ-দা তাউহুনা চোংথখ্রে, গঙ্গাগর্ভদা, লেঙ্খ্রে, স্বামীজী হন্নমক্তা য়েংঙম্দনা।

ভাইহাক্তং লৈরগা অশিবা নিপা অহু তপ্পা তপ্পা মমিৎ অনী পাংথোক্লক্লে; চেতনা ফংলে অমুক্ হল্লা। মশাবু পুন্শিন্দুনা থমল্লিবা মওং অহু উবদা মহাক্ ভক্পনা লোইরে। ঘাট অহুদা মীয়াম্ তিল্লরে। অশিবা অমা হিংগৎলক্লে হায়বা ব্রাকম অসিদা ময়াম পুন্নমক মওং অমা ওইনা নিল্লরক্লে; হরাওনবগী খোঙ্গেলনা পুল্লিল্ নিন্খ্রে।

শাসনগী থবক পুবা সাহেব অনী-মন্নি বারাণসীদা লৈ।

মরক্ মরক্তা লম্ য়েংবা নত্রগা লংফৈ চৎপা ওইনস্লু সাহেব মেমশিং মফম্ অসিদা মরাক্পস্লু কোঙ্গাইনি। যোগীবর ত্রৈলঙ্গ মহারাজস্লু মানা নিংঙক্ নিংঙক্পা মতুং ইন্না কনাবু থৌশাদনা মফম্ মফম্ থুদিংদা কোয়না পংচৎ মচৎলি। মাগী মফি শেত্তবা মশক অসি উরগা মথোয়না হঙ্গোইনা, তুক্কচনা য়েংই ; থোই-দোক্লা মেমশিংনা কৈজোম্-থোক্ সন্ন্যাসী অসী ওক্লরগা মুমিৎ অত্তমগীদি মহা অমঙ্গল ওইরবগুম্ লৌই।

ব্রাকম পুন্নমক অসি ম্যাজিষ্ট্রেট অত্তগী মনাকোং য়ৌখ্রে। চৎনবী ব্রাংমা লাম্বা মচৎ অসি থিংদবা য়াদে হায়না মানা থন্খ্রে।

স্বামীজীনা নোংমা গঙ্গাগী ঘাট অমদা ফম্তুনা লৈরি। পুলিসকি থবক্তৌবা মী অমা লাক্তুনা মহাকপু থানা তান্না চৎনবা হায়ররে। ধ্যান-দা লুপ্তুনা লৈরিবা যোগীবরনা কনানা ঙাংবা করিমত্তা তাদে। পুলিসকি হৌনবা ব্রা ঙাংদবা মীগী মফম্দা চৎপা হৌনবা মচৎ, তৌবা হৌনবা থবক পায়খৎকদবগী থৌরাংলে। যোগী মহারাজবু ফুগদবগী থৌরাংলবদা ভক্ত থরনা থিংতুনা মহাক্লা য়ৈবমক্তি য়ৈখিদ্রে।

মতুংদা অফিসার অসিনা মী থরা লৌক্লরে ; ব্রা ঙাংদবা যোগী মহারাজবু দোলায়দা ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবকি মনাক্ তান্না তন্না পুরক্লে।

সাহেব অত্তনা য়ান্না শাওনা অয়াক্পা থোঞ্জেন্দা, "করিগী নংনা নকি অমত্তা শেত্তনা মফম মফম থুদিংদা কোয়চৎ-চৎলিবা ?"

মহাপুরুষ অসিনা মাগী মন্না অত্ত মনাদা হাপ্পিদে ; ব্রাইনা অমদি ইঙ্গিতনা করিগুম্বা পাওখুম্ অমত্তা পীবিদ্রে।

ম্যাজিষ্ট্রেট অদু শাওবনা মৈ হৌখ্রে ;—"নিপা অসি হাত-কড়া চন্‌শীন্দুনা হৌজিকমক্ হাজত-তা থম্মুচো।"

মিকুপ্ অমগী মনুংদা ভক্লবা থৌদোক্ অমা থোক্লে। মাবু কোঃশীল্লিবা সত্রিশিং, ম্যাজিষ্ট্রেট মশামক অমসুং মাগী অতৈ অতৈ মনাক্তা লৈমিল্লরিবা মীশিং— পুম্নমক্ অসিদগী কনা-মত্তা উহৌদনা স্বামীজী অদু শ্বাই মাঙ্‌থোকখ্রে।

এজলাসগী কা অদুগী মনুং, মপান্ অনীমক্ হন্দুনা হন্দুনা ময়াম্ চংদুনা মাবু থিনরক্লে ; থিবদা মফংখিদ্রে। অদুদগী ভাইহাক্ লৈরগদি যোগীবর অদু কা মনুংদা মাগী হাম্নগী লেপ্ফম অদুদা চপ্-চানা লেপ্তুনা লৈরম্লে।

মহাক্কী মমিত্তা, মচিম্বান্দা অঙাংগী ইচম্-চম্বা মীনোক্ অদুনা ভাস্থোইরি ; ম্বাদি অমত্তা ভাংদে। "অপংবশিং অসিনা তৌরিবসে নুংশিদা!" হায়বগী মাইথোংনি, মনোক্লি।

থৌদোক্ অসি উবদা সাহেব অদুগী জ্ঞান মমখ্রে। হৌজিক্ত মহাক ভাব তারক্লি সন্ন্যাসী অসি অচম্বা নত্তে হায়বা!

চৈরক্ অসিদা যোগী মহারাজগী অথোইবা ভক্ত খরনা উকিল পুরক্তুনা কোর্টতা থুংলরে। মীরম্লেন্‌গী কল্লকৃপা, মীহৌবা, য়েংথি-নবা, হঙোইবা-তুক্কচবা পুম্নমক্কী ম্বাংমা লাল্লবা মমিং চৎলবা মহা-পুরুষ সন্ন্যাসী অমনি হায়না ময়াম্না সাহেবতা তাক্লে। অদুগা চন্দনগা অমাংবগা চপ মান্নবা লৌই 'নির্ব্বিকার' ওইরবা যোগী-বরনা, অমদি ফি শেৎপা-শেত্তবগী খেন্নবা লৈতে মঙোন্দা, হায়বনচিংবা ম্বা কয়া অমসু সাহেবতা তাক্লে। বাঙ্গালী ডেপুটি

ম্যাজিষ্ট্রেট অমনস্থু ময়ামগী য়াকমশিং অসি শৌগত্তনা সাহেব অত্থুদা হায়বিরে।

সাহেব অত্থুস্থু মীনা হেক্ হায়জিল্লগা পংথা-থাজগম্বা মীওং অত্থু নত্তে; থোইদোক্লস্থু ম্যাজিষ্ট্রেটনিদনা। অত্থুনা মানা চপ্ চাবা প্রমাণ পাম্মি;—হায়রকই,—"য়াম্না ফরে; নিপা অসিগী মমিত্তা পোৎ পুম্নমক চপ মান্নবা উরবদি মহাক্না ঐগী 'খানা' অসি চাও হায়বা য়াগত্রা? চাবা অত্থুস্থু মাসিদা, ঐগী ইমাংসিদা।"

সন্ন্যাসীনা চানদবা অথোংবা-শা অত্থু চাত্রা হায়বা য়েংগ-দবগী থৌরাং তৌরক্নি—

য়াকম্ অসি-স্বমীজীদা তন্না হংলক্লে। য়া মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না লৈরম্বা-যোগীবরনা হৌজিক ময়েক্ শেংনা হায়-দোক্লক্লে:—"সাহেব নংনা ঐগী খানা অত্থু হান্না চাবা তাই অত্থুগা ঐস্থু নংগী খানা অত্থু চাবিগে।"

ম্যাজিষ্ট্রেটন—পাক্ হেক্তা য়ারক্লে। মানা খল্লি—"হিন্দু সন্ন্যাসী হায়বসিদি উহৈ-য়াহৈ চাবনি; মাত্থু খরদং চাববু করি তৌনি হায়বগে? অত্থুগা মহাক্তি হিন্দু সন্ন্যাসীনি, মানা শা করম্না চাবগে য়েংবা তাইদনা।

মীনা চোন্না লৈরবা লোইশং মন্থুং অত্থুদা স্বামীজীনা ওন্থোকপা অঙকপা থবক অমা তৌথোক্লক্লে। মখুবাক মথক্তা তন্না অমাংবা থননা কাইদোক্লগা মখুৎ অত্থু তিংথোক্লক্লনা,—"সাহেব, মসিনি ঐগী ওসিগী খানা"।

ব্রহ্মবিদ্ মহাযোগীগী মফমদদি চন্দন অমস্থুং অমাংবা—

মশা অমত্তনি। ময়াম মমাংদা শক্তিরুফাওবা ফিবম কায়দনা তননা চাথোক্‌খরে অমাংবা থুবামহুমা।

কাহেম্বা যোগবিভূতিগী শক্তিনা থুদক্তা ওহ্লন্‌খি তুরুচরবা অমাংববু হাওরবা মনম হুংশিরবা সন্দেশতা, মাহুতা নত্তনা খওহৌদনা বিচার লোইশং অহু থহ্লন্‌খি থেংনখিত্রিবা হুংশিরবা মনম্‌ অমনা।

সাহেব অহু হৌজিক্ত চনিং তানা খও্লে সন্ন্যাসী অসিগী মপান্‌ নাইদবা যোগশক্তি; সাধারণ মীয়ামগী-গা মান্নবা মাগী তোপ-তোপ্পা মচং। থিন্দনা মানা লাওথোক্লে,--"ত্রৈলঙ্গ স্বামীজীনা ফৈজোম্‌ থোক্তুনা মনিংতম্না সহর অসিদা কোয়না চৎপা য়াগনি; মাসিদা কাননস্থ করিগুম্বা মওংদা মঙোন্দা বেরা তৌবা অমদি থিংবা য়ারোই।"

সাহেব অসি খরা লৈরগা অত্তোপ্পা মকম অমদা থাং-দোকখরে। মাগী মহুত্তা লাকপা অনৌবা সাহেব অসিদি য়াম্না শাওগন্‌বা মীশক্লি।

দশাশ্বমেধ ঘাটতা নোংমদি স্বামীজীগা সাহেব অসিগা কোক্‌ হেক্‌ থেংনরুরে। মাগী মফি অমত্তা শেত্তবা ফিবম অসি উবদা সাহেব অসি শাওবনা মৈ হৌখরে।

যোগী মহারাজগী ভক্ত কয়াগী অমদি নাগরিক কয়াগী হাইন্দ-খোৎচবা অমত্তা মনাদা হাপ্তদা সাহেব অহুগী অকন্না হুকুম মতুংইন্না মহাকপু থমখরে ফাজিল্দুনা হাজত-তা।

মতুং নোংমা কোম্বদা অয়ুক্তা মাগী অনৌবা বন্দীগী মরা হংননবা সাহেব অসিনা হাজত-তা লাক্লে। মহাক পুম্নমক ঙকখে! করিনো তৌরিবসিদে!, স্বামীজীদি হাজতকি মাঙোন্দ দুগুাইনা,

চিন্তা অমত্তা চংদনা হন্সং-হন্দা চংলহনা হৱা চাহুনা লৈরম্মে। মহাত্মা করম্বা মতমদা মতৌ করম্না কৈশুম্-শংগী কা-মনুংদগী থোরক্কুনা মঙ্গোন্দা হৱা চারিবনো হায়বদো কনামত্তা খণ্ডহৌদ্রে।

সাহেব অহুনা হাজত অহু শেন্নরিবা থবক্ তৌবশিং অমসুং অতৈ মী কয়াগা লোয়ননা স্বামীজীবু থনম্বা কা অহু হন্দুনা হন্দুনা পরিক্ষা তৌবা হৌরক্লে। য়োংকি থোংজাও হান্নগুম্না ৱাইখু অহুম মরোল্লি; ফক্লাংদসু মথুল মচা পিশক্ অমা ফাওবা অহো-অরাক্ লৈতে। থক-খা পুন্নমক য়েংনহুনা বিচার তৌবদা স্বামীজীনা মপান্ থোরকপগী লম্বি অসি খণ্ডনবগী লংজিন পুথোকপা ওন্নদ্রে।

অকৃপনা তৌকম্ খণ্ডদ্রবা ম্যাজিষ্ট্রেটনা,—"সাধু, নং চুম্না হায়ৱু, করম্না নংনা হাজতকি কা মনুংদগী মপান্দা থোরক্পগে ?

স্বামীজীনা অশম্বা, অরায়বা অমসুং অচম্বা পাউথুম্না হায়ররকই —"নোংঙাল্লকপগী য়াম্না ওল্লিঙৈ অয়ুক অহুদা মপান্দা থোক্লিংবগী ৱাখল অমা হেক ফাওরকই; অহুনা হেক্ মপান্দা থোক্লকপনি; করিসু অথিং-অরাক্ থোইদোকপা থেংনদেনা।"

কা মনুং অহু ঈশিংনা পুমচোৎ চোৎপা অহু উবদা সাহেব অহুনা মাহুগী মরম্ হংলকপদা যোগীবরনা ;—"অহিংদা ঈশিং চৎনিংলকই, মপান্দা থোক্লিংবগী ৱাখল্সু পোক্তে; অহুনা ইমুংদা হিপ্প। হিপ্না ঈশিং চথোকপনি। অহুদগী অহিং মমৈ ওইরক্লবদা অহাওবা মকমদগী হৱা চানিংবগী ৱাখল্ পোক্লক্লে, অমম্বা কা অহুদা অহুম্ লৈবা অহু পাম্মক্তে ; অহুনা মপান্দা মাঙোন্দা

হৌরগা চারম্মিমনি। মসিদা করি তৌরগে? নংনা করি ওইনা খল্লরিবনো?"

সাহেব অমু ইঙাও ঙাওরে; শাওবনা মৈহৌরে। স্বামীজীবু হায়গী কা অতুদা ইন্শিল্লগা থাইখ্রে শো ভবন লোন্শিন্নগা মাগী এজলাস অতুদা চংখ্রে।

কৈজোম্ খোকপা সন্যাসীগী কন্নাদা ওকখ্রবা থৌদৌনো? কৈগুম্বং, মাতুগী মপুং চথা কা পুম্নমক অসিগী থাদি লাইরকনা ম্যাজিস্ট্রেট অমুনা মাগী এজলাস অতুদা থুংকাত্রিঙেদা স্বামীজীবু মাগী লোইশং অমুগী কাচিন্ অমদা চপ লেপ্পুবা দৌরে। মক হেবা কত্তবা অঙাং অমগী মতৌগুম্না কুম্মৈ অমুদা হুঙাইরকুনা মমিত্তা, মচিন্নান্দা নোম্নি নোম্নি তৌরকুনা নিঙাইদনা লৈরি। ম্যাজিস্ট্রেট অমু জ্ঞান মথখ্রে। করিনো তৌরিবসিনো! খাজনিঙাই ওইরবা দৃশ্যনি!

সাহেব অমুনা থা মচেং অমা কাওবা ঙাংলিন্ডদা মরাক্ত চংশিল্লকখ্রনা,—"বেটা, নংনা সাধারণ মী অতেগুম্না অশিবা পোৎশিংদু অমন্থং মথোয়গী শক্তি অমুকা মথঙ্ই। অশিবা জগৎ অসিগী মক্তুদা মপান্দা ওম্মোইনা, তোরোৎ-খোইরোৎনেনা মতম্ পুম্নমক্তা লেংদনা লৈরিবা মহাচৈতন্যলোক' অমুবুদি খঙদে, উদে; মামুগী ই-পাও থম্দে, খঙদে। চৈতন্যলোক অসিগী তথনদবা মরি থমখ্রবা মীশিং অমদবু কনাগী অথিংবা, অপন্বা পীবনা মাগী মনিং তম্বা বিচারবু থুগাইবা, অথিংবা পীবা ঙম্গনি? নং মূর্খনি। ভারতকী যোগী পুরুষশিংগী মফম্দদি পৃথিবীদা ঙম্দনা থবক লৈরবনি। নংনা অরেম্বা এঙম্বা সাধু সন্যাসীবু ওৎলিবনি;

মাতুদা নংগী করি তোংজবা লৈবগে ? অতুগা মাতু তৌনবগী নংগী করি শক্তিবু লৈজবগে ?”

সাহেব অতু হৌজিক্ত অ্যান তারক্লি। মখা তম্না হুকুম তৌরে,—“ওসিদগী হৌরতুনা স্বামীজীনা বারাণসী সহরদা মনিং তম্না কোইচৎ-চৎপদা কনানন্থু থিংবা য়ারোই, অতুগা কনামত্তনা য়নিংতম্বা সন্ন্যাসী অসিগী মথক্তা ওৎ-নৈবা অমত্তা তৌবা য়ারোই।”

পুন্সিগী অরোইবা শরুক অসিগী অয়াম্বদি ত্রৈলঙ্গ মহারাজনা লেন্থি পঞ্চ-গঙ্গাঘাটতা ফমতুনতা। অনকৃপদা মঙ্গলভট্ট কৌবা মারাঠি ভক্ত ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুম লৈ। চহী তরেৎ চুপ্না সাধ্য-সাধনা তৌরবা তুংদা ভট্টজীনা মহাযোগী অসিবু মাগী অপিকৃপা ময়ুম্‌দা পুরকৃপা ওমজখি।

স্বামীজীগী অরেপ্পা লৈফম্ অমা নাইদে; অতুবু কনানা মনিংতম্না বিহার তৌবা শক্তিধর মহাপুরুষ অসিবু মফম্ অমত্তদা লেঙদনা থম্বা ওমগনি! হৌজিক্লা দশাশ্বমেধ ঘাটতা, অতুগা হোরেম্না মণি কর্ণিকাগী শ্মশানদা মনিং তম্না আনন্দদা তাউহুনা কোয়রি, বিহার তৌরি মহাযোগীনা; অতুগা অমুকন্থু জাহ্নবীগী অকম্বা ঈচেন্দা কদাইদনো তাওথতুদা আনন্দদা লুপ্তুনা বিহার তৌরি। মরম হংবগী রাকম্ চংদে; সংসারদা পুন্দুনা লৈবা মীওইনা করি খঙগনি মুক্ত মহাযোগীগী মচৎপু ?

রা কয়া ভাংত্রবন্থু ত্রৈলঙ্গ মহারাজনা রারি-রাতাই শাবন্থু মরক্ মরক্তা মতৌই। অতুদা মফম্ অমদা লেঙদনা হেক্ লৈবদা অরা-অনং তারবা, ফত্তবা লাইনানা নাররবা অমদি অধ্যাত্মিক-পুন্সি লম্বি খঙনিংবা,—মীওই মথল্ মরাম্ \অসিনা অতৎ-অথম্

নাইদনা লাক্পনা মঙোন্দা য়াম্না ম্বাই-চিম্না খোকই। অতুনা অয়াম্বা মতমদা ম্না ওাংদনা লৈবা তাখিরম্মি। ময়াত্রবা মতমদতা ম্না ওাংখিরম্মি।

মনিং-তম্না গঙ্গাবিহার তৌরুরবা অমদি ঘাট অমদগী অতোপ্পদা কোয়রুরবা মতুংদা মহাযোগীনা হন্নকৃই মাগী আশ্রমদা শিষ্যশিং অমস্তুং দর্শন ফংনিংবা মীশিংগা ইঙ্গিত-তনা ম্না ওাংনৈ; মাতুগী মতেংনা ভট্টজীনা পাংই। গুমাংদা অহাঙ্‌বা অতিয়াগী মখাদা মুংগী ম্নাংলবা বেদী অমা লৈ। স্বামীজীনা মাতুদা হিপ্তুনা লৈরি। বেদী অসিগী অকোয়বদা শাস্ত্রগী শ্লোক অমস্তুং পাওতাক্না থম্না ইতুনা লৈরি। অশেংবা সাধক অমদি মুক্তি ফংনিংবা কনানা করিগুম্বা ম্নাহং অমা হংজরক্পদা স্বামীজীনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লি শ্লোক অমদা নত্রগা অমদা; ভট্টজীনা মখোয়গী মস্তুং হুজ্জিন্বা অর্থ অতু অমুক্ শব্দোক্না মী, মী অতুদা তাকৃই, অস্তুম্না পেহ্লল্লি খঙ্নিংবশিংগী খোৱাংবা।

স্বামীজীগী আশ্রমগী নাকল অমদা চাউরবা শিবলিঙ্গ অতুগী মনাক্তা লৈরি মী-মকোক্না-লৈতেংবী মহাকালীগী মুঙ্গী প্রতিমা,—অনী অসিনা ওইরি শক্তিধর মহাসাধক-কি আধ্যাত্ম-পুন্সিগী মরু ওইবা প্রতীক। শিবশক্তিগী আরাধনাগী লম্বিদা যোগ অমস্তুং তন্ত্র-সাধনা অনীগী অপুম্বগী মস্তুংদা তপ্পা তপ্পা শাগৎখি মহাযোগী ত্রৈলঙ্গ স্বামীগী মপান্-নাইদনা পাক-চাউরবা আধ্যাত্ম-সত্তা।

কাশীধামদা লৈরিঙৈ মতমদা শ্রীরামকৃষ্ণনা স্বামীজু দর্শন তৌজখি। দর্শন হেক্ তৌবগা মহাক্না হায়,—"বিশ্বনাথদা শ্ণামক

যোগীশ্বরগী হকচাংদা চংহুবা ভাস্বোইহুনা লৈরি ; অমাংবা [illegible] চুমলকম ওইরি। হক্চাং অসিগী রাকম মওোন্দা চংদে ; চুম্না মূর্ত্তি অমা পাঙ্গবতনি। মী অতোপ্পনা মখোং অমুক্তং শাস্ত্র লাওবা ওয়লবা প্রোক্, প্রোক্ চাক্লবা লৈঙোই মগম্না মানা নিংঙাইদনা হিপ্পুনা লৈথোক্ই।”

সাল ১৮৭৮ গী রানি। শ্রীরামকৃষ্ণনা মথুরবাবুগা লোইননা কাশীদা তীর্থ-কোয়বা লেংলক্খি। বিশ্বনাথ দর্শন তৌরগা “কোয়চৎ চৎপা বিশ্বনাথ,” ত্রৈলঙ্গস্বামী দর্শন তৌবা চৎলমই।

মতম অসিদা স্বামীজীনা অয়াম্বা মতমদা মণিকার্ণিকা ঘাট-তা লৈগল্লি। মচম্না পোকপা হৃদয়বু পুরহুনা শ্রীরামকৃষ্ণনা মফম অদুদা থুংলরে। মোংকমদতা লৈগব্বা কোয়চৎ-চৎপা শিবগী মীচং মীথোককি অমস্তুং মীতিম্নবগী জ্ঞান শাথিনা মাঙ্খিবদি নত্রি। মমিৎ হেক পাংথোক্লকপদা লাকদোরিবা আধ্যাত্মলীলাগী অথম্নরবা নায়ক, দক্ষিণেশ্বরগী মহাসাধক শ্রীরামকৃষ্ণবু মানা তম্না হেক্তা মশক খঙখি। ত্রৈলঙ্গ মহারাজ মুমিৎ অসিদা মাইথোং মকা লামখ্রে। মোমোন্ মোমোন্ নোক্লহুনা অরিবা ব্রহ্মবিদ্-না অনৌবা ব্রহ্মবিদ্বু খঙবিরে, য়াবিরে।

শ্রীরামকৃষ্ণনা মশক্কা হেক উবদা স্বামীজীগী হকচাংদা মাও-রিবা যোগীচিহ্নশিং অহু তাপ হেক্তা খঙখি। মহাত্মা মাগী মমাক হৃদয়দা হায়খি,—“নং খঙব্রাও, স্বামীজীগী হকচাংদা পরমহংসগী লক্ষণ পুম্নমক য়াওরিবসে? মহাক অসি সাক্ষাৎ [illegible]।”

ঠাকুরনা শুম্বিং কয়াবিমুক তম্ভনা স্বামীজীগী মফমদা চংলম্ই। বিরাট মহাপুরুষ অনীগী অন্তর্লোকতা করি করিনো পীথোক-পীশিন ভৌনরি; করিনো হায়বা অত্থু কনানা খওগনি? খওনবগী কন্নাগী মতিকপু লৈবগে?

মথোয় অনীনা ঙাংনবা ৱাফম্ অসিগী মতাং অমা নোংমা ঠাকুরনা মাগী নরুবা মীওইশিংদা অমুম্না হায়দোকুলম্লি,—"মতম্ অত্থু মহাক ৱা ঙাংলমদে। ঐনা মঙোন্দা ইঙ্গিতনা,—ঈশ্বর হায়বসি অমরা, নত্রগা ময়াম্না হায়না হংই। মানা ইঙ্গিত-না থুম্লকৃই,—ঈশ্বর অমত্তনি, সমাধিস্থ-ওইরগা য়েংউদনা, মরাইনা খওজনি; ঐ, নং, জীব, জগৎ অসিনচিংবা জ্ঞান ময়াম অসি তোঙান তোঙান্না লৌবিবমথৈদি—ঈশ্বর হায়বসি ময়াম্ ওইমেদনা।"

নোংমদি পরমহংস দেবনা স্বামীজীবু শঙ্খোমক্ষীর য়াম্না পীজনিংলে। মথুর বাবুদা হায়তুনা মণ মথাই অমগী ক্ষীর শেমতুনা মথুৎমক্না মাত্থু স্বামীজীদা ইন্দুনা পীজখি; মাত্থুদা ঠাকুরগী থোইদোকনা মথন্নাই পেঞ্জখি।

স্বামীজীনা চাবা থকপগী মরম্দা মতম্ পুম্নমক্তা করিমক্তা থোশাদে। চানবা পোৎকি য়াম্বা য়াম্দবগী চাংবী অরম্লম্বু মহাক্না খবা লৈতে। চাননবা পোৎ লাংশিন্বগী ৱাস্থ মঙোন্দা চংদে। করিগুম্বদা মথুৎনা লৌতুনা পোৎ অমত্তা চাবা থকপম্বু থেংনদে। অত্থুগা কনাগুম্বনা অচাপোৎ অমা মচিন্দা হেক্ থম্বদা মাত্থু মানা চাশিল্লি।

চাবা ম্বাবা, য়াদবা পোৎকি মরম্লম্বু মানা থম্বুবা তৌদে পীজ-পীজবা হেক্তা মচাশিল্লি। অত্থুনা অভাং কম্ববা থম্না

ঈশিং বালত্তি অমদা শুমু অহিংবা ঙাক্তা নৈশিল্লগা মঙোন্দা পীথকৃই। মখোয়গী নত্ত-হ্রাখল অহু যোগীবরনা খঙলকম্নু থেঙ্গাইনবা, খংনবা লৈতবা লোক অমদা চংহুনা, লৈখ্রবা মী অসিনা মদোম্দা খল্লবা, য়েংশিন্নবগী ব্রাখল অমদি মতম্ লৈতে। শুমু মহি পুম্নমক্ লোইনবা থক্তোক্লগা মাইথোংদা করিদা করিগুম্বা ফিবম অমত্তা খজিক্ত ফাওবা কায়দনা অহুম্ মরৈরম্মি।

পরম গম্ভীর ওইরবা মহাযোগীগী ফিবম্ সুকাই কায়দবা অহু উবদা কত্তবা মীশিং অহু কিরক্লহুনা মাগী মখোঙ্ পায়হনা হায়জরে। ত্রৈলঙ্গ মহারাজদি মাগী বাহ্যজ্ঞান অহু হৌজিক্তা হল্লক্লি। তৌখিবা থবক্ অহু হেক খঙবদা মহাক্না শুমু-মহি অহু লোইনা ঈশিং থোংদা হন্দোকৃখি।

বারাণসিগী শেঠ অমসুং নিংথৌশিং য়াম্না তীর্থ কোয়বা লাকৃই। মখোয়না শ্রদ্ধাগা লোয়ননা করি করিগুম্বদা স্বামীজীবু সনা লুপাগী লৈতেংনা লৈতেংহনা মখোয়গী মথক্লাই অহু পেঙ্গে। ভক্তশিং অসিনা হেক্ উদবগা হুরাম্বা, ডাকুশিংনা লৈতেংশিং অহু মশাদগী লৌথোক্লনা পুখি। নাপীগা সনাগা মান্নবা উবা মহাযোগীনা মাহুদা য়েংবিগদ্রা? করি থৌশাদনা পরম প্রশান্তি ওইবা মাইথোংনা মানা হুরানবশিং অহুদা মখোয়না তৌরিবা অহু অহুম্ য়েংহুনা লৈবদগী হেন্দে।

নোংমা ত্রৈলঙ্গ স্বামীনা ভিজিয়ানা গ্রামগী মহারাজগী দলাল ময়াদা লেংলম্মি। পাও হেক্ ফংবগা মহারাজ মশামক্ চেল্লক্তনা লুনা তৌহনা যোগীবরবু কোম্বংদা পুশিন্খ্রে। রেশম অমসুং লিকফি নিংথিজরবা ফিজেৎ ঙাক্তা শেংচিনরে, অহুগা খুদাংদা,

পাম্বোমদা অমসুং ওকৃশমদা নিংথিরবা সনাগী লৈতেং ঙাক্তা শিজিন্নিরে।

স্বামীজীনা মানা শেৎ চারিবা অহু য়েংলুবা লৈতে, থল্লুবা লৈতে। কোন্নুংদগী কয়া থাপ্লবু চথোক্তি, মচৎ ফত্তবা মী খরনা মাগী মশাদগী লৈতেংশিং অহু লোথোক্লে। স্বামীজীনা তুমিন্না লেপ্তুনা হুরান্বশিং অহুদা মখোয়না তৌরিবা থবক অহু লোইত্রিবা ফাওবগী মতম পীবি।

নিংথৌগী মীশিংনা পাও ফংলহুনা ডাকুশিং অহু তন্না ফারে। মহারাজ অহু শাওবনা মৈ হৌরে। ফত্তবা মীশিং অহু পুন্দুনা পুরক্কুনা স্বামীজীগী মখোঙদা লংশিল্লরে। নিংথৌনা,—'বাবা, নংনা তাকপিয়ু, ফত্তবশিং অসিবু করি দণ্ড পীজো হায়বগে?"

ময়াইকানা নিন্‌খোংব, চরাং খোইরাংনবা অহুগী মরক্তা ত্রৈলঙ্গ মহারাজনা তুমিন্না ব্রা ঙাংদনা লৈবগী চীং লেম্বা পুন্নমক্তা লোয়ননা থম্মোইগী ইরাং হৌদনা য়েংলি পুন্নমক অহু চপ লেপ্লহুনা, ইংনা হায়রকই,—"লৈতেংশিং লোথ্রে, অহুবু কনাগী করি মাঙবা, ফত্তবা থোক্লবগে? হান্নগী ঐ অদুম্ হোংবা লৈতনা লৈত্রবরা? অপংবশিং অসি থাদোকপিথো।"

মাগী য়াথং ঙাক্তুনা মখোয়বু অহুম থাদোকপিখ্রে। প্রভূপাদ বিজয়কৃষ্ণ গোস্বামীগী যোগ সাধনাগী লম্বিদা স্বামীজীগী আধ্যাত্ম-শক্তিনা মপান্নাইদনা মতেং পীবিখি।

গোস্বামীনা মুক্তি ফংনিংবগী চাক্লবা থম্মোই পুত্থুনা কোয়চৎ

চংলক্পদা নোংমা কাশী ধামদা থুংখি ; খিন্দনা স্বামীজীগী কৃপা ফংজহনা পুন্সি মহৈ য়াম্লে খঙখি।

মফি-শেত্তবা স্বামীজীনা গঙ্গাগী ঈচেন্দা ঘাট অমদগী ঘাট অমদা তাওথরি ; অদুগা গোস্বামীজীনা তোর্ব্বান্দা চেল্লহনা তাম্লরি। পংনা থোক্তবা মুংঙাইরবা দৃশ্যনি।

করিগুম্বদা কাখৎলক্ত্না মকম্ অমদা হেক্ ফমহনা তুমিল্লা লৈথোকই। গোঁসাইজীনা স্বামীজীগী চাননবা থিবা চৎচরি। ভক্তশিংনা অথুম্-অহাও, সন্দেশ কৎলরি। অদুগা স্বামীজীনা মুংশিনা ইঙ্গিত তৌরি গোঁসাইদা মাহু চাও হায়না।

প্রভুপাদ বিজয়কৃষ্ণনা মতম্ অসিদা থোক্খিবা মুঙাইরবা থাক্ম অমা ইহনা থম্বিরম্ই :—"করি করিগুম্বা মতমদা স্বামীজীনা গঙ্গামাঈগী ঈমুংবুংদা চুপ্ হেক লুপথখি ; অদুগা মণি কর্ণিকা ঘাটতা ফোং হেক্ ফাওগংলকই। অদুগা ঐনা তোর্ব্বান্দা চেল্লহনা মাগী মনাক্ তাম্না চৎচৈ।"

"নোংমদি কালী মন্দির মমুংদা স্বামীজীনা ঈশিং চথোক্ত্না হকি ঈশিং অহুনা কালীদা তৈশিল্লে। ঐনা হংজে,—"করিমো তৌরিবা অহুবো ? বিগ্রহদবু হকি ঈশিং তৈশিন্বা হৌনব্রা ? মানা কন্নি নিংঙাইদনা লৈপাক্তা ইরে,—'গঙ্গোদকং' (গঙ্গাগী-ঈশিংনি)।

"ঐনা হায়জে,—'করিগী কালীগী হকচাংদা তৈশিল্লিবা ?' মহাক্না করিম্ব খোঁশাদনা,—'পূজা'।"

গোস্বামী প্রভুনা মন্দিরগী সেবা তৌবা পূজারী অমম্বু মী মটেনদা স্বামীজীগী অত্তুংদা চৌথং অসি তমবগা ময়াম্ অহনা

খুমকই,—"মহাত্মা সাক্ষাৎ বিশ্বনাথ-মনি। মানা তৌবা থবক্তশ কনানসু হায়নিংঙাই লৈতে। মহাক্কী হক্কি ঈশ্নিংদি থাঙ্গেশেংনমক গঙ্গোদক-নি।"

স্বামীজীগী মকমদা কাশীদা লৈবা মীশিংগী অচেৎপা ভক্তি শ্রদ্ধা উবদা গোঁসাইজীগী ওকপগী ওমথৈ লৈখিদে।

নোংমদি ত্রৈলঙ্গ মহারাজনা গোঁসাইজীবু দীক্ষা পীগে তাকপিরে। মাসি তাবদা গোঁসাইজীদি ইঙক ওকখ্রে।

গোঁসাইনা হায়রকই,—"নংদি দেব-বিগ্রহদা হক্কি ঈশিং তৌশিল্লি। করিগীনো হংলগসু 'গঙ্গোদকং' হায়না থুম্মি। নংদি মচৎ নাইদে; করম্না ঐনা নঙোন্দা দীক্ষা লৌগনি? অদুগীসু মথক্তা ঐদি ব্রাহ্মণনি; মহাক্না করম্না ঐঙোন্দা দিক্ষা পীগনি?"

যোগীবরনা মোমোন, মোমোম নোক্ক্রনা,—বেটা, নংবু দীক্ষা পীগে হায়বসিদা অথুপ্পা মরম অমা লৈরি। অদুবু অশেংবা দীক্ষাসি ঐনা পীরোই। গুরু নাইত্রবদি নংগী হকচাং অদু শুদ্ধ (শেংবা) ওইরোইদৌরি; অদুনা গুরু নাইসি হায়বতনি। তৌইগুম্বসুং নংগী অশেংবা গুরুদি ঐ নত্তে।"

বিজয়কৃষ্ণনা অসুম্না ইদুনা থমম্মি,—"অদুগী মতুংদা মাহাক্না ঐঙোন্দা মন্ত্র অহমথক পীবিরে। অদুগা অসুম্না হায়রকই, 'ভগবান-না তাকপিবা য়াথং অদু ঐনা পাংথোক্লে। হৌজিক্তি, নং চৎলো'।"

মতুংদা গোসাইজীনা সন্ন্যাস অমম্না যোগ সাধন তৌরবা মতুংদা কাশীধামদা লেংওকখি। যোগীবরনা উরবা মতমদা

গোঁসাইজীদা নোকমি নোকমি তৌদুনা হংলকই,—"নংবু থাইনগী ব্রাক্ষমশিং অদু নিংশিংলিব্রা ?"

গোস্বামী প্রভুনা মখুৎ লোয়নদুনা তনিক-তনিকপা খোম্থোক্লা, "অহোই, মহারাজ, লোয়না নিংশিংজরি।"

যোগী শ্যামাচরণ লাহিড়ীস্থ নোংমা যোগীবরগী খুয়াথাদা লাকচখি। মুমিৎ অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা স্বামীজীগী ভাবকি ঈপোম হৌগৎলকপগী মওং উনরে। মাদুগী মরম হংবদা স্বামীজীনা খুম্মকই,—"অব্রাংবা থাক্কি সাধকশিংনা লেঙটি ফাওবা শেৎনদে। অদুবু ফৈজোম পাঞ্জাবি শেৎপা মহাপুরুষ অসিমদি হায়রিবা থাক অদুদা কাবা কুইরবনি।" হেক্তা উনবদা করম্না খঙবা ? যোগীবরগী অঙকপা আধ্যাত্মিক শক্তিনি!

পঞ্চগঙ্গা ঘাটকি মনাক-নকপা মফম অয়াম্বদা অমস্যুং মঙ্গল-ভট্টগী ময়ুমদা স্বামীজীনা চহী মরিফুরোম লেনখি। অদুবু মহাক্না করিগুম্বদা আশ্রম, মঠ অমস্যুং মণ্ডলী শেমগৎপা, লিংখৎপগী ব্রাক্ষম অদু থক খল্লুদে।

মী অতোপ্পা কনাগা তিন্না-তোৎনবা তৌদনা মতোম্মতনা মহাযোগীনা পাংথোক্লি ঈশ্বরগী থৌদা ভুংইন্না অধ্যাত্ম লীলাবু, সচ্চিদানন্দ ওইবা মহাসমুদ্র ঈপাক্তা মনিংতম্না শান্নবা ভাগী মতৌগুম্।

হৌজিক্তি মীথোই-মীহেৎনা মহাপুরুষকি শিব নাইবা মপোক্তি লীলা অদুগী তপ্না তপ্না য়ৌশিল্লক্লে অরোয়রবা অক্ষ। নোংমদি গঙ্গাদগী লেংথৎলকপগা মশাগী নকশিল্লক্রবা 'তিরোধান-গী' ব্রাক্ষম্

কোংদোক্লে যোগীবরনা ভক্তশিংগী মফম্‌দা। মম্নাম্‌ অদু মাদু ত্তাবদা লুপ্লখ্রে অরাবা ঈপাক্তা।

মঙ্গলভট্টগী মশু গোবিন্দ ভট্টনা হুমিৎ অসিগী রাকম্‌ অসি ফজনা ইত্থনা থনখি,—

ভট্টজী অমসুং মন্নুংগী ওইবা ভক্তশিংবু মথুৎ হত্তুনা কৌশিল্লগা স্বামীজীনা নোক্লা নোক্লা,—"ইচাশা, হৌজিক্তি নখোয়না ইপাবু বিদায় পীরো। ঙসিনক ইপাদি সমাধি-যোগ-দা চংহুনা হক্‌চাং অসি থাদোক্লগে।"

থরাই-শোক্‌পা রাফম্‌ অসি ইথা থাজদনা খংতা হেক্‌ ত্তাবহুদা ভক্তশিং অদু মথরাই চাক্লখ্রে। অরাব খোস্থোক্লা হায়রক্‌ই,—"করি রানো বাবা! করিনো তাক্‌পিরিবা অদুবো? নহাক্‌ চৎখ্রগা ঐখোয়দি করম্না হিংহৌগনি?"

স্বামীজীনা,—"করিনো নখোয়না ঙাংলিবসিবো? ঐনা নখোয়বু পুম্‌থা থাদোক্তুনা চৎলগে হায়বা নত্তেদনা?· হকচাং অসি য়াম্না মল্লে; মসি অমা শিন্দবা য়াদ্রে; অদুনা মাসি হুন্দোক্‌খ্রগে হায়বতনি।"

মঙ্গলভট্টনা মুংশিনা ওইনবগী খোস্থোক্তা,—"য়ারোই বাবা মাদু শুক্‌য়া য়ারোই। হান্না তাকপি খোৎপিবসু তৌদনা চৎলগে হায়হুনা খংহায় হেক্‌ হায়রগা ঐখোয়না য়াগত্রা? নংনা চৎলগে মহায়রবনিনা ঐখোয়না থিংবসু ঙম্‌দে; অদুগা নংনসু য়াররোই। অদুবু ঐখোয়দা মতম্‌ খজিক্তদি পীনবিয়ু। পুক্লিং অসি অরাবা থোদোক্‌ অদু মাইয়োক্‌ য়াবা ঙম্‌জনবা শেম্‌-শাহন্‌বিয়ু। অদুগা নহাক্কি মুঙ্‌গী মূর্ত্তি অমত্তংসু শাগে খল্লি।"

স্বামীজীনা,—'হাই, ভট্ট অঙাওবা। ঈ-তোংগী হকচাং স্নুঙগী মূর্ত্তি, ঙাইহাক্তংদা মরৈবা পোৎশিং অসিগী করি মমল্ লৈরগে? অমসুং অস্নুক কুইনা ঐগা লৈমিন্নরগা নখোয়গী নচিন্দগী ঙসি অসিগুম্বা রা তাহল্লিবা-কো?

"বাবা, ঐখোয়দি সংসারদা পুন্দুনা লৈবা জীবনি। ঐখোয়-নবু মহাকপু করি থঙ্গনি? বাবা, নংনা যাহা তাকপিরবসু, নংগী নুংগী মূর্ত্তি অমত্তদি শাক্তনা মাসিদা মথমজরগে। নংনা থুপ্‌খ্রবা তুংদা মুতিগী বিগ্রহগী কোক্থক্তা ঐখোয়না হৈথজবা ঙমগনি গঙ্গাগী ঈশিং, কচ্চবা ফংজগনি ভক্তিগী অর্ঘ্য-পুষ্পাঞ্জলি।"

থৌজানগী মশক ওইরবা মহাযোগীগী মাইথোং অত্তু লৈতেংখ্রে মোঃমোন নোকপা মিনোক্না; হায়বিরকই,—"ফরে, ফরে অতুদি। চৎকদবা মুমিৎ অসি থা অমা য়েথোক্লগে। মূর্ত্তি হায়বদো শানবা থৌয়াং তৌজরো।"

মতমসি য়াম্না খুয়ৌনৈ। ভক্ত পুন্নমক মথুম-মরাং হৌনখ্রে; তম্না কৌরুরে নুং-হকপা মী; অশুম্না মূর্ত্তি শাবা লোইশিনখি থামুক্কি মনুংদা।

মহাপ্রয়াণগী নোংমা মমাংদা ভক্তশিংনা হায়বা মতুং ইন্না সাধনগী মরমদা পাওতাক থরম্নু তশ্বিরে। অদুগা চন্দনগী কু অমদা য়াগী অশিবা হকচাং অত্তু হাপচিন্দুনা গঙ্গাগর্ভদা থাদৌ হায়নম্নু মহাক্না তাকশিরে।

সন ১২৯৪ গী পোইস্নু থাদি। পানথংলকপগী একাদশীগী পুণ্যতিথিদা ব্রহ্মরন্ধ্র-লম্বিদা পাইথত্তুনা থোকখ্রে মহাযোগীগী অমরাত্মা।

চন্দনগী উপাক্লা চম্বা কৃ মন্নুংদা চনশিনথুবা মাগী অশিবা হকচাং অহু পঞ্চগঙ্গা ঘাটতা হীথক্লা থাঙ্গৎলে। চৈরক অসিদা স্বামীজীনা থুপখিবগী পাও অসি শন্দোকৃখি বারাণসী শীন্থুংনা মী পুম্নমক্লা ইরাৎনরবা মহাপুরুষকী অমুক্তা থোকখিদ্রিবা গঙ্গা-সমাধি-গী কুম্মৈ অসি য়েংননবা লাক্লখিবনা গঙ্গাগী তোর্ব্বান অসি মীনা পিক্-থন্‌খি।

অসিঘাট-তগী বরুণা-ঘাট ফাওবা মহাযোগীগী অশেংবা হকচাং অহু হি-থক্তা পুতুনা চৎলগা মতুংদা গঙ্গাগর্ভদা বিসর্জ্জন তৌখি।

শিবধাম বারণসীদা শিবমক্তা মান্নরবা মহাযোগীনা চহী চামা-য়াম্থৈ চুপ্পা লীলানাট্য শান্নখি, মী লিশিং লিশিংগী মমিংকি মমাংদা লীলাগী দৃশ্য অহু অমগী মথংদা অতোপ্পা অমা হাংদোকখি। অহুবু ওসিগী য়াচংলকৃপগী মমৃথরকৃপা মতম্ অসিদা লীলা অহুগী অরোইবা অঙ্কগী অরোইবা দৃশ্য অসিমদি লোইশিন্‌খি ভাবোক পুম্নমক্কি মিংকি পি-গী ধারাগা কোম্ননা।



# আচার্য্য শঙ্কর

মরুকোকপা, মখোঙদা করিমত্তা উপু-তোংদবা লম্বোইবগী ফিজেৎনা লৈতেংবা নম্বুদ্রি নিপামচা অমনা মপুক্লিংদা করিনো অমা চপ্‌য়ুংনা খল্ল-খল্লতুনা মতোম্‌তা মাঙ্‌লোম্‌দা অস্থুম্ পংচত্তা চৎলি। মশাদা কৌপীন অত্থুগা বহির্ব্বাস নত্তনা অতৈ শেৎ-ইন্দে। মখুত্তনা দণ্ড, কমণ্ডলু। য়ৌনা নিংথিজরবা, থমোই ইংনবগী শকফম্না মাগী ওইবা লম্বোইবা নহামচা অসিবু লম্বিচৎপা মীশিংনা মিৎয়েং অমত্তা ওইনা য়েংনরি; অঙকপা পোৎশক অমা ওইনম্বু থোক্লি। বয়সতি চহী নিপান্দগী হেল্লোই; অদুবু ময়ুম-মকৈ, মায়া পুম্নমক থাদোক্তুনা খঙদবা পোৎশক অমবু থিগে, খঙগে হায়না মপান্দা থোরক্লিব্রা?

দক্ষিণাত্যগী থাপ্পবা কালাড়ি কৌবা খুল অদুদগী হৌরদুনা নহা অসিগী পদ যাত্রানি। শাংলবা হুমিৎ কয়া হৌখ্রে, শাংলবা লম্বি লাম্বোক্লে। থুংলরে হৌজিক পবিত্র ওইরবা নর্ম্মদা মপান্দা। মাগী মথক্লাই পেঞ্জবগী মপান্ নাইদ্রে।

স্নান-তর্পণ, পূজা-বন্দনা লোইজরে; অদুদগী অমুক তোর্ব্বান্ তুংইন্না হাম্নগী খোংচৎ অহু শম্থরক্লে। নর্ম্মদাগী তোর্ব্বান্দা করম্বা পরশ-মণিবু থিরিবনো কনানা খঙগনি?

করম্বা হুমিৎকি ফরবা পুংফম অমদা মহাযোগী গোবিন্দ-পাদ-গী মমিংবু মহাত্মা তাবা ফংজখিদুনা মিং অসিবু মাগী থমোইগী থুপ্পবা কাচিন্দা চেৎনা কোন্‌শিঞ্জদুনা থম্‌জখিবা! মতুংদা

থেংনা-থেংনবা সাধু-সন্তশিংগী মফম্‌দগী অমস্তুং অধ্যাপকশিংদগী মহাত্মা অসিগী মরমদা মানা কয়া অমস্তু তাজখি। মপান্নাইদবা তত্ত্বজ্ঞান অমস্তুং যোগবিভূতিগী মপু ওইবা স্বামী গোবিন্দপাদ-নি। দক্ষিণাত্য-তূনা মাগী ঋদ্ধি সিদ্ধিগী মপান্নাইদবা মিংচৎনি। পাতঞ্জলিমক্তা মহাত্মা অসিগী সিদ্ধিদেহদা চংতুনা লৈ হায়নস্তু হায়নৈ। মীওইবগী মিৎ-য়েংগী খ্রাংমদা থাপখ্রবা, চিকখ্রবা চীংঙ্গী লোক্লুংদা শাংখ্রবা মতম্ অসি সমাধিদা লুপ্তুনা লৈরি।

নহা অসিগী থম্মোইদা থিংবা ঙমদবা অনিংবা অপাম্বা অমগী ঈহৌ ইন্‌থৎলক্লি। কদাইদা লৈরিগবা মী কয়া, কয়ানা দর্শন অমুক্তা ফংজগে তান্নরিবা মহাযোগী অত্থু? কদাইদনো রহস্যনা থল্লবা, অথুপ্পা ধ্যান-গুহা? লম্বিদা খুন্দাইদা, উমংদা চীংলক্তা কোয়রি, থিরি মহাত্মা অসিবু; মঠ কয়া, লাইশং কয়া অমস্তুং সাধক কয়া কাগী থোংজিন্দা নহা-মচা অসিনা চংজরি খ্রাহং অসিমত্তা কোইপু-প্ন, কোইহং-হংজত্নুনা।

লাইবক্ ফবা স্নুমিৎ অহু থুংলরে। লাইগী নোংদম্না অহল ওইরবা সন্ন্যাসী অমগা নর্ম্মদা মপান্দা মহাক্তা থেংনরে। সন্ন্যাসী অহুনা হুংশিনা,—"লাইবক ফৈদা, ইবুংঙো, নহাক অসে; অস্থুক নহা ওইনা অশেংবা অরানবা খুবক্স তাল্লিবা। অনক্পদা মাওদা ওঙ্কারনাথ কৌবা চীং লৈরেসে। মাসি তান্না চৎলো, আশীর্ব্বাদ তৌরি, পামজরিবা মমল নাইদবা লল্ অহু ফংজবা ওইজৌ।"

নর্ম্মদাগী ঈচেলবু খাইদোক্তুনা লেপ্তুনা লৈরি ওঙ্কারনাথনা। পুরাণ সাহিত্যদা কৌনৈ মাসিবু বৈদূর্য্য-মণি পর্ব্বত। মতম্

অমদা মাসিদা ওইরম্মি আজ্ঞাতাগী কোম্নুং। মহাকালদগী হৌরহনা ওঙ্কারনাথ হায়বা শিবলিঙ্গনা চৌং অম্নিগী তম্পাক্তা ঙাম্হোইহনা লৈরি যুগ কয়াগী মন্নুংদা। ঙসিস্থু তীর্থযাত্রী মপৈ মপৈ তিল্লরি পবিত্র তীর্থ অসিদা; পেঙ্গরি ভক্তিগী শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চহনা।

অহল্ ওইরবা সন্ন্যাসীগী আশ্বাসবাণীনা মনাকোংদা তত্তনা ঙংহনা লৈরি। লাংতক্লনা ওঙ্কারনাথ পর্ব্বত কাখৎলে। হন্দুনা কোইথি থিরকৃই; অত্থু কদাইদনো? মহাত্মা অত্থুদি থিবদা মফংদ্রে। জঙ্গলনা লুম্‌শিন্দুনা লৈবা অথুবা গুহাগী মচিন্ অমা থঙ্ক্ হেক্ উরুরে।

মন্নুংদা চংশিল্লি, ঙরুহনা খংলেপ্ হেক্ লেপ্পি। সুরুং অত্থু অস্থুম অস্থুম লাউথোকৃখিহনা অপাকৃপা লোক্লুং অমা ওইখে। মমাংদা মহাক্লা অঙকৃপা দৃশ্য অমা উরে। জটানা লৈতেংবা অহল্ ওইরবা যোগী কয়ামুক্ ধ্যানদা পুংলুপ্-লুপ্তুনা লৈরম্মি। মঙাল্ নিংথিনা চংদবা গুহা মন্নুং অত্থু তাইবংদা থেংনদবা গাম্ভীর্য্যনা ঙাম্হোইরি।

সন্ন্যাসী নহা অসিনা থমোই-ঈপোম হৌরকৃপা অত্থু থিংবা ঙমখিদরে; ইনক্-নক্লা অহল্ ওইরবা তাপস অমনা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরিবা অত্থু উরে। হোৎচিন্দুনা সাষ্টাঙ্গ প্রনাম তৌজরগা খোঞ্জেল্ রাংনা হায়জরকৃই;—"প্রভো, ঐবু ঙাকৃপিগনি। মহাযোগী গোবিন্দপাদগী থৌজাল্ নিজবা ঐনি। অথাপ্পা লম্‌দম্‌দগী মাসিতা কংজগে হায়না লাকৃচরি। মহাকী লৈকম তাকৃপিহনা চাক্লবা নিপামচা ঐগী ইথবাই কম্বিয়ু।"

মপাম্থোংগী থোঁদোক্ অমত্তা মপুক্লিংদা চংগ্রবা সাধক অসিগী নাকোংদা খোঞ্জেল্ অসিনা য়োৌবা ভমগ্রে। খোঞ্জেল অহু খোম্থাং য়ৈহুনা গুহা মনুংদা ভংহুনা লৈখ্রে। তাবিদ্রে হায়হুনা তোক্থোকপা মীওং অহুদি নত্তে। নহা অসিনা মুংশিনা হুন্না হুন্না হায়জরক্লে। ভাইহাক্ কান্নরবা মতুংদা তপ্না, ইংনা মহাত্মা অহু মমিৎ পাংথোক্লক্লে।

মখু অনী লৈতা, মখুৎ অনী লোন্ননা সন্ন্যাসী নহা অসিনা মপী ওরো-রো শিন্থনা মাগী রাক্ষম অহু অমুক্তা হায়জরকৃই।

মহাত্মা অহুনা নহা মচা অহুবু মুংশিবিরে। অকিবা লৈতনবা মওং উত্তৃনা মখুৎ নামা থাঙ্গত্তুনা; অইংবা খোঞ্জেন্না হায়রকৃই, "ইবুংঙো, লাও; ইপাগী তুং ইল্লক্উ।"

খরা চংশিল্লগা লোক্ অমগী মপান্দা যোগী অহু লেপ্তুনা লৈখ্রে। গর্ভগুহা অমদা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লি। গুহা অহুগী মমাইদা কয়া চাওদবা মুংপাক্ অমনা চংননবা লম্বি অহু থিংহুনা লৈরি। থুম্না মুংশিরবা খোম্থোক্লা,—'ইবুংঙো, গুহা অসিগী মনুংদা মহাযোগী গোবিন্দপাদনা সমাধিস্থ ওইহুনা লৈরি। ওঙ্কারনাথ পর্ব্বত অমমুং নর্ম্মদাগী তোর্ব্বানবু মাগী তপঃ-প্রভাবনা শেংদোক্তুনা ভাহ্লন্দুনা থম্লিবনি। অকুপ্পা অথুপ্পা মিয়েং লৈজরবা মীওইতমা মাসি উবা ফংবনি। ঐখোয়গু মকম্ অসিদা অমুক্ কুইরবা অসি তাহুনা লৈজরি মাগী থোজালবু আশা তৌজহুনা। অহুবু কৈদৌঙৈ মহাযোগীনা সমাধিদগী হৌগৎলক্কনি হায়বা কনানা খঙগনি! হায়নিংবা থিবিক্ মকম্ অসিদ লেপ্তুনা হঙ্গচ্চৌ।"

"অদুবু প্রভু, ঐদি যোগীরাজ অসিবু অমুক্তা দর্শন তৌজগে হায়বগী আশাদগী চৎঙমদ্রবা লম্বি কয়া লান্দুনা লাকচরি। মাদুতা নত্তনা মহাক্কি আশ্রয় ফংজদ্রিবা মখৈ ঐগী শান্তি লৈজ-রোইদৌরি।"

"খঙেঙ ইবুংঙো,—নহাক্ অসি মহাভাগ্যবাননি। হৌখ্রবা মপোক্কি সাত্ত্বিক সংস্কার অদু চহী মতাং অসিতদম্মু ফুদোক্লকৃপনি। নহাক অসি অচম্বা মীওং নত্তে; মহা শক্তিধরম্মু ওইরি। ফরে, নুংপাক অসি হাইদোক্কুনা মহাযোগীদা নংগী প্রার্থনা অসি হঙ্গচ্চৌ।"

সন্ন্যাসী নহামচা অসিগী থমোই লৈখাদা ফাওখ্রে যোগী-রাজগী কৃপা ইঙ্গিত। মানা খঙখ্রে,—নুংপাক অসিগী মরুম্দা লৈরিবা মহাপুরুষ অসিতনা মাগী অধ্যাত্ম-পুন্সিগী মঙাল্-মাইকৈ তাকপিগনি অমসুং মহাক্কী হন্দকি অমসুং তুংগী মপোক্কি অমত্তা ওইবা চংজফন্নি হায়বা।

থিংবা য়াদবা থৌনানা মাগী ওইবা নহানি। থমোইদা ঙাল্লি তত্তনা থাজবগী মৈরিনা। চিংনবা লৈতনা নুংপাক্ অদু ইস্থোক্কে হোৎনজে। সাধক অতৈম্মু ধ্যান কায়রদুনা মাগী মতেং পাংবিরে; নুংপাক অদু তপ্পা হাইদোক্লে।

থাওমৈগী মঙান্দা উরে মহাযোগীগী মহিমময় মূর্ত্তিবু মমিৎ অনী উইশিল্লে, তপঃসিদ্ধ ওইরবা হকৃচাংদগী থোরকপা মঙান্না গুহা মন্নুং অদু পুম্ঙাল ঙাল্লি। মশাদা হিংলি হায়বগী খুদম্ অমত্তা উদে; অদুবু অশিববু মাইথিবা পীদুনা আত্মজ্ঞানগী অৱাংবা মতোন্দা তোংলদুনা ঙাস্থোইদুনা লৈরি।

নিপামচা অসিনা মখুৎলোম্নহুনা মপ্নিতানা স্তবগাথা শকৃপা হৌরক্লে। তিল্লিবা সাধকৃশিং অহু পুমৃঙক্ ঙক্কুনা মাবুত য়েংনহুনা লৈখ্রে! লাইগী শক্তি অমনা মশাদা তোংলবা মীওই ওইবা তাই মহাক্ অসি, নত্রবদবু কনানা সমাধিস্থ ওইবা গোপিন্দপাদগী মমাংদা লেপ্তুনা অস্মক থৌনা ফনা ব্রা হঙ্গৎ-কদবা? যোগীগুরু মশামক্লহুম্ অথন্নবা সাধক অসিবু চিংশিন্দুনা মনাক্তা পুরক্লিব্রা?

তপ্না, ইংনা গোবিন্দপাদ মিৎ পাথোক্লক্লে। থৌজালগী অমৃতগী ঈচেল হৈথবিরক্লে। অরাম্বা-খুবম্ ফংনিংবনা ঙাওরবা নহা অসি যোগীবরগী আশীর্ব্বাদ অমস্থুং আশ্রয় ফংজরহুনা ধন্য ওইজরে।

মুমিৎ অসিদা মরাইবক ফবা ওইরিবা নম্বুদ্রি ব্রাহ্মণ মচা অসি অতৈ নত্তে,—ভারত শিম্ম্বুংনা ফাওরবা মহাপুরুষ শঙ্করা-চার্য্যনি। 'কৌপীনবন্ত খলু ভাগ্যবন্ত" হায়না মতুংদা শ্লোক লেংখিবা মহাজ্ঞানী আচার্য্য অহুমক্লা কৌপীনশেৎপা চহী নিপালগী নহা মশামক্তি পুন্সিদা "মরাইবক্ ফবা" হায়বা অহুমক্ পুজরকখি।

ওঙ্কারনাথকি গিরিগুহা অসিদা মুমিৎ অসিদা শঙ্করগী অধ্যাত্ম পুন্সিগী দৃশ্যপট অহু থাঙ্গৎখি। চহী নিপালতা ঙাইরিবা নহানি। চহী মরিগী মন্নুংদা পংনা ঙম্নদবা, ফংনদবা যোগসিদ্ধি অমস্থুং শাস্ত্রজ্ঞান মখুৎ চন্‌শিন্‌খি। মতুংদা গুরু গোবিন্দপাদগী য়াথং তুংইন্না হিমালয়গী অয়ুপ্পা ধাম বদরিকাশ্রমদা বেদান্ত-ভাষ্যনচিংবা লেংহুনা লৈখি। গুরুদেবনা তাকৃপিরকৃপা অচৌবা দায়িত্বগী থবক্ অসি হেক্ পাংথোকৃপা মুমিৎ অসিদা শ্রীপাদ

শঙ্কর অসি চহী তরাতরুক্কি নিংথিজরবা পাখং মচা অমনি।

মতম্ অতুগী মতিক্ লৈরবা পণ্ডিত অমম্তুং সাধক কয়া কয়ানা নহামচা আচার্য্য অসিগী খুয়াদা মশা কৎথোক্চত্নুনা পুন্সি ঙহে য়াল্লে থঞ্জখিবা মাগী শিষ্যশিংগা লোয়ননা লাম্বা লৈত্রবা শঙ্করনা ভারত বিজয় তৌগে হায়না যাত্রা তৌখ্রে।

হিমালয়দগী কন্যাকুমারী, দ্বারকাদগীনা কামাখ্যা ফাওবা শন্দোকখ্রিবা অচৌবা লম্দম্ অসিগী মফম্ খুদিংদা অথোইবা নিপা অমদি যুগাচার্য্য 'অসিগী জয় জয়কার। মীওইবা অমগী পুন্সিদা মপান্নাইদবা জ্ঞান, থবক্ত-হৈশিংবা অমম্তুং অঙকপা অধ্যাত্ম-শক্তি পুন্নমক অসিনা পুন্না লৈবা অসি অতাংবনি। পৃথিবীগী ইতিহাসতা মহাক্কা চাংদম্নিংঙাই ওইবা কনানত্তা লৈখিদ্রি।

দিগবিজয় তৌরগতা শঙ্করনা পেন্দুনা পোখাত্নুনা লৈথোক্পা তৌদে। মাগী অনৌবা ব্রাখল অমম্তুং ভাষ্যনা অদ্বৈত-বেদান্তগী মথন্নাইনি; মাসিগী মতেংনা ভারতকী অধ্যাত্ম-পুন্সিদা পুরকৃখি অনৌবা ঈচেল্। জ্ঞানগঙ্গাগী ঈচেল্বু ভারতভূমিদা পুরকৃখি; মাত্নুগী ঈফাংলবা ঈচেন্না শন্দোকৃখি বিশ্বমানবকি পুন্সিদা।

চহী কুম্ন্রানিথোইতগী তেল্লবা পুন্সিগী মন্নুংদা পাংথোকখি অঙকপা ফংনা চাউরবা থবকশিং অসি। নাটক-কি মন্নুংদা থুজিন্না থোকপা থৌদোকশিং অত্নুগা মান্নুনা থুজিন্না মওংদা শঙ্করগী পুন্সিগী মহাপ্রকাশনি। নাটক-কি ভঙ্গীদা মাগী পুন্সিগী অঙকপা মতাং-মতাংগী পট-পরিবর্ত্তন-নি। অত্নুগা অমুকন্তু মাগী পুন্সিলীলা মতোল্ লোম্নিবা মওং অসিন্তু থাঙ্গৈশেংবা নাটক-কি মরোইশিন অত্নুমক্কি।

শঙ্কর যুগাচার্য্যনি; ভগবান-না থারকপা মীনি। মাপল শুবা শতাব্দীগী অহানবা শরুক্তা বিরাট পুরুষ অসিগী মহাজীবন অসি ঐশ্বরিক লীলাগী অঙকপা রঙ্গমঞ্চ-নি। ভারতকি সন্ন্যাসী অমসুং সাধকশিংগী মমিত্তা মহাজ্ঞানী আচার্য্য অসিনা ঙানখি দেবাদিদেব শঙ্করমক্কি অবতার ওইনা।

খা-নোংচুপ ভারতকি কেরল দেশ অসি ফজবদা চাংদম্লিং-ঙাই লৈতবা প্রকৃতিগী শান্নফম অমগুম উরি। মাগী অশংবা পাম্বিশিং অমসুং অমুবা লৈপাক অত্থু উবদা দেশ অসি ঙরাংতা সমুদ্রদগী ফাওগৎলকপ্রা হায়না খল্লি। জামদগ্ন্য পরশুরামনা যোগশক্তিনা মাসিবু সমুদ্রগী লৈখাদগী থাঙ্গৎলম্বনি হায়না পুরাণ-দা য়াওরি।

কালাড়ি কেরলাগী অপিকপা খুঙ্গং অমনি। অচুম্বা চৎচবা নম্বুদ্রি ব্রাহ্মণ আচার্য্য শিবগুরু খুল অসিদা লৈ। পুন্সিগী অয়াম্বা মতম অসি মহাক্না শাস্ত্র-নৈনদুনা অমসুং জপ, ধ্যান তৌদুনা লেপ্লে। মাগী মতু বিশিষ্টা দেবীস্ন ধর্ম্মদা য়াম্না মাই ওন্শিন্বীনি। খুন্দোন্দা চন্দ্রমৌলীশ্বরগী মন্দির লৈ। মখোয় অনী পুম্না খমথেংবা ভক্তিগা কোম্ননা তত্তুনা শিবলিঙ্গ অসিবু ইরাৎ-পূজা তত্তুনা কচ্চে।

মতে-মনাও অনীমক্কি থম্মোইন্নুংদা অন্নাবা অমদি ওমথুনা লৈরে। চহী মতাংদি ফনা লৈশীনখ্রে; অদুবু মচা হায়বা অদুগী মাইথোং উজদুনা মমা-মপাগী থম্মোই পেঞ্জবা হায়বা অদুদি মখোয়গী মরাইবক্তা হৌজিক ফাওবা থোকচদ্রি।

নোংমদি শিবগুরুনা মন্দিরদা ধ্যান তৌহুনা লৈরি মতম্ অসিদা মহেশ্বরমক্কি দৈববানী অমা তারে,—"ইবুংঙো, ইপা পেল্লে মুংঙাইরে ; বর পীগে তারো—শিবমক্না মাম্নবা মহাজ্ঞানী ওইরবা মচানিপা অমা ফংজৌ ; অহুগা মাগী জয়বার্ত্তানা মাইকৈ থুংনা নিন্নবা ওইসনু।"

তফিং-তফিংনা ময়ুমদা চেল্লক্কনা সহধর্ম্মিনীদা ব্রাহ্মম অসি তমজরে। ঙসিদি মতৈমনাওগী মুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

খৃষ্টাব্দ ৭৮৮ গী ব্রানি। শজিবু থাগী নিম্মাংগী মঙানি পানবগী নুমিৎ য়ুংবা মতম্নি। শিবগুরুগী ময়ুম অহু খঙহৌদনা হরাও-তয়ামগী খোঞ্জেলনা নিন্নরকই। পোক্লে চাংদম্নিঙাই লৈতনা নিংথিজরবা অঙাং অমা। নৌনা ফংজবা অঙাংগী মমিং থোন্খি শঙ্কর হায়না।

অঙাং অসি পিশক্ পিক্লিঙৈদগী য়াম্না মবুদ্ধি ফৈ ; কাহেন্বা নিংশিংবগী শক্তিস্থ লৈ ; অমুক্কং তাখ্রবদা মতম্ কুইনগীদমক নিংশিং-লাইয়ুমদা য়েক্কুনা লৈ। চহী অহুমতা মশুরি, মালয়ালম্ সাহিত্যগী লাইরিক পুন্নমক লোইনা পাবা ঙম্লে। পাখরবা মশিং লাকঙমদবা হিরমশিং ইরাই-লাইনা ব্রং ব্রং থিথবস্থ ঙম্মি। কাহেন্বা বুদ্ধি লৌশিং অনস্থং মতিক্ মগুণ অসি উবদা খুন্গী মী পুন্নমক পুম্ঙক্ ঙক্লখি। মচা অসিবু শাস্ত্র পুন্নমক্ হৈহন্বা হায়বা অসি মপাগী পুন্সিগী অথোইবা পামজবনি। অহুনা চহী অহুমগী অঙাং মচা অসিবু লাইরিক্ তম্বা কন্না হৌহনখি।

প্রতিভা লৈরবা মচাগী তাংথক-নাইদনা ইন্খৎলক্পবু কুইনা উহুনা লৈবগী লাইবক্ ফবা অহু শিবগুরুদা তম্নমন্ত্রমাম্লে।

মতম্ খরদগী মতুংদা মহাক্লা অশিবা হায়বা অত্থগী খুত্থম মখাদা মরৈরবা জগৎ অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রে। বিশিষ্টা দেবীগী মকোক্তা আকাশ অসি নিংখাইরক্কুনা নম্বগুম্না থোকৃখ্রে। হৌজিক মাগী সংসার করম্না চালাইগনি? অঙাং ওইরিবা শঙ্করগী দায়িত্বনা কনানা পুবিগনি? কনানা মমামচাবু য়োকপিগনি?

মমৈদা মপী তৈথোক্কুনা থৌনা খোম্জিঞ্জরে। মপুরোইবনা মচানিপা অসিবু শাস্ত্র পুম্নমক হৈহন্দুনা শাগৈগী মাইথোং লংহন্গনি হায়না খল্লম্বনি। মাগী অনিংবা, প্যামজবা অসিদি থুংহন্দবা চুমদে। শঙ্করনা চহী মঙা হেক শুরকপদা মমানা মনা হুৎপিরে; অত্থগা মতিকৃচাবা ওঝাগী ময়ুম্দা শাস্ত্র তম্নবা থারে।

অঙাং অসি মশক ফজৈ, ইংই অমস্থুং তপ্পী। ওঝাগী চাঞ্জরবা সেবকনি। টোলগী কাচিন অমদা ফম্লত্থনা অহান্বদা তম্খৎনবা লাইরিকৃশিং তম্থরি, অমস্থুং পাক, পাক্ হৈজিল্লি। অহেম্বা শ্রেণীগী ছাত্রশিংদা ওঝানা তাক্লিবা, অমদি শাস্ত্রগী লুর-লুরবা তত্ত্বশিং নৈনবত্থস্থ তুমিন্না তাশিন্দুনা হৈজিল্লি।

চহী মঙাগী অঙাং অসিনা নোংমদি ওঝানা অরুবা ব্লাফম্ অমা তাক্লিঙৈদা মাগী মোত অত্থ হেক ফোংদোক্লকই। মী পুম্নমক পুম্ঙক ঙকনখ্রে। অঙাং অসিনা কাচিন্দা তুমিন্না ফম্ত্থনা শাস্ত্র পুম্নমক হৈদোক্লম্লে হায়বত্থদি কনামত্তনা খঙনরম্দ্রে। ওঝা অত্থ হৌজিক্তি মমিৎ পাংলে; লোইনবা উরে,—ঈশ্বরনা পীবা মহাপ্রতিভা অমা পুরত্থনা অঙাং অসি পোক্লকপনি, অমস্থুং করিগুম্বা মপান নাইদনা পাক চাউরবা ওইরক্কদবা

অমগী মরম্ন অমা অঙাং অসিগী মন্থুংদা ফুম্‌হুনা লৈরিবহু। হন্দক্কি অসিদগী হৌরহুনা ওঝা অহুনা হেঙ্গংপা অমত্মাংবা থাক্কি লাইরিকশিং শঙ্করগীদমক তোঙাম্না লেপ্পিরে। চহী অনী চুপ্পা কম্না হোৎনহুনা চতুষ্পাঠি অহুগী তম্ফম্ থোকপা পুম্নমক হৈদোক্লে। বেদ, বেদান্ত, স্মৃতি পুরাণ পুম্নমক হৈরহুনা মশাগী বয়স চহী তরেৎতগী হেন্ত্রিঙৈ অসিদা ময়ুম্‌দা হল্লক্লে।

মমিং চৎলবা মচা অসিনা মমাইবেম্মগী চরন্দা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কচ্চরে। মমাগী মুংঙাইজবগী মপান্ নাইখিদ্রে। লমদম্ অসিগী মীশিং অহুনমু মাগী লাইরিক হৈবগী অমম্মুং মীথোই মীহেন্‌বা গুণগী মা অসিতা মঙাংনখে।

মমাইবেম্মগী মিৎলু অনীহু মুংঙাইবগী পিনা থন্‌খে; হরাও ঈথক হৌনা তনিক-তনিক্না হায়রকই,—"ইবুঙো, ইমাদি ঙসি মুমিৎ অসিদা মচাগীদমক চাউথোকপা ম্নাখম্না থমোই থুম্মৎখে। নপা ইবুংঙোগী মাইথোং নংনা ঙাহ্নল্লে। মহাক্না নিংজরম্বা, পাম্‌জরম্বা পুম্নমক অহু নংনা ঙসি লোইনা মহৈ য়াহ্নল্লে।"

শঙ্করনা হায়রকই,—"ইমা, হৌজিক্কি য়ুমদা অম্মুম লৈজরগা লাইরিক-লাইস্মু তৌজরগে। ইমাগী চরণ সেবা তৌহুনা মতম লেপ্পরগনি। পীনবিয়ু আশীর্ব্বাদ, থবক অসি পাংথোকপা ঙমজগে।"

মচাবু মতম্বাক্তা পম্নহুনা মমানা হম্না হম্না আশীষ তৌবিরে।

শঙ্করনা চতুষ্পাঠি অমা লিংখৎলে। অঙাং ওঝা অসিগী শিক্ষা কেন্দ্র অসি মীয়াম্‌দা অঙকপা পোৎশক অমা ওইরে। অনৌবা পুন্সি-লম্বেল্ অসিদা য়ৈথাইবমু কোঙ্গাইনি। লমদম

অসিগী পণ্ডিতশিংনা অপংবা অঙাংমচা অমনস্থ শাস্ত্র তম্বিগনিককা তৌবশাই হায়নহনা কেন্দ্র অসি লিংখৎহন্ত্রে।

মনা তৌজৈ হায়বহ মঙাই, কৈদৌনি। মপান্-নাইদবা শাস্ত্রজ্ঞানগা কোন্ননা পোল্লকপনি; মীওইবনা তানবা ফংলরোইদৌবা নিংশিংনবা শক্তি, বুদ্ধি অমস্তুং তর্ক-প্রতিভাস্থ মাগী ওইবা, অহুগী মথক্তা শাস্ত্রগী মন্নুং-হঞ্জিন্‌বা অর্থ পুথোক্লবগী অথোইবা শক্তিস্থ মাগী ওইবা মীশক্লি। শ্রুতি-স্মৃতি হৈবদা মখোয় মঙাইরে খঞ্জবা চাউর-চাউববা পণ্ডিত পুম্নমক মাগী-মফমদা মকোক নোনবা মতাখ্রে।

যুগাচার্য্য ওইননবা ফাওলকপনি হন্দক শঙ্করনা; অহুগা অঙাং-পুন্সিগা চুনদবা মপান্-নাইদবা পোৎশক অমা ওইনা লাক্‌খিবনি মহাক্লা। নত্তে, অযুক্তি অমেঙবা মুমিৎ-নহা অহু, কোক্‌থক্ চপচানা থোক্‌পা মঙাল-মৈবুল হৈথবা কোরৌহম্বা অহুমক্লি।

অঙাং শঙ্কবগী মফম্‌দা মাইথিবে অহল্ পণ্ডিত অমস্তুং ওঝাশিং। অহুদগীদি থিন্‌খিদরে ছাত্রশিং লাক্লবা মাগী চতুষ্পাঠী অহুদা।

মমাগী মফম্‌দা মহাক্কি মপান্নাইদবা শ্রদ্ধা লৈ। নোংমগী মাগী তৌবা হৌনবা পূজানচিংবা অমস্তুং লাইরিক-লাইশু পাবা হেক লোইবগা মতম্ পুম্নমক মমাগী সেবাদা লেপ্লে। অহল ওইরবী মমানা কেন্দ্র ওইহনা মাগী পুন্সিনা উক্ল-ক্ল লৈহনা চপ্লরি। মমা নিংজবনা হেক ঙাওখ্রহনা নোংমদি শঙ্করনা ওন্থোক্‌পা অঙকপা থৌদোক অমবু থোকহন্‌খি।

বিশিষ্টা দেবীনা শাগেগী ইষ্টদেবতা শ্রীকেশবতা পূজা কচ্চবা থোরকই। খুঙ্গংদগী থাপ্লপ্না চেল্লিবা আলোয়াইদা ইরু-মাইথঙ্করগা পূজা কৎকদবনি। অহল্ ওইশিন্‌খিবনা মশা অসি কয়া হৈ-শিংদ্রে। অতুনা পূজাগী পোৎচং পুরতুনা মন্দিররোম্‌দা রানা চচ্চরি।

নুমিত্তি ফনা চাইশিল্লক্লে। মমানা অয়ুক্কগী ইরুজনবা থোক্‌খিবনি, অতুবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তে। লাইশং তান্না মানা চেন্‌খে; লমথাংদা মমা ইবেম্মনা চৎপগী অরাবা অতু খাঙবা ঙমদ্রতুনা উফুলথক্তা রান্থতুনা লৈরম্বা অতু থেংনরুরে। অচৎ-অওক পুন্নমক ওম্‌শিল্লক্লে। ময়াম চংতুনা লাইয়েং-খুৎয়েংতুনা উচিন্না জ্ঞান তারক্লে; রানা মমিৎ অনী অতু পাংথোক্লক্লে।

মমানা উফুলথক্তা অশিবগা পাংখক্ ওইনা তাতুনা লৈবতুদা শঙ্কর মথরাই পুবা ঙমখিদরে। মমিত্তা মপি ওরো-রো শিন্থতুনা হিক্লা হিক্লা কপচখি।

পাপ চংদ্রিবা, অশেংবা পুন্সিনা মাগী ওইজবা মমানিংবা শঙ্কর; অরাবনা মাগী থমোই নোইহৎখিতুনা খঙহৌদনা মচিন্দগী প্রার্থনা বানী থোরকখি, হায়জরকঈ,—"হে ঈশ্বর, ঐগী ইমা অহল ওইরে; খোংনা চৎপগী অরাবা অসি মানা পুঙমদ্রে। মাগী অরাবা অসি ঐ অস্নুম য়েংতুনা লৈবা ঙমজদ্রে। নংনা কৃপা তৌবিতুনা আলোয়াই তুরেলগী ঈচেল অসি খজিক্ক নক্‌শিল্‌হন্বিয়ু। ঐগী মীওইনা পোক্লিবা মপোক অসিদা অতৈ থোইদোকপা প্রার্থনা লৈজদে, প্রভু, অহল ওইরবী ইমাগী ইরুজফম হিদেন অসি খজিক্কদি নকশিলহন্বিয়ু।"

থমোই শেংনা হায়জবা অঙাংগী প্রার্থনা ভগবাননা তাবিরে। খঙহৌদনা আলোয়াই তুরেল অহু মাগী তোর্ব্বান্ নিঙ্খাই-নিঙ্খাইরহুনা অস্থুম অস্থুম চংশিল্লক্কুনা শঙ্করগী ময়ুমগী মমাং-মক্তদা চেল্লরে। অউবা, অখঙবা মীওই পুন্নমক্কি মমাংদা অঙাং অধ্যাপক অসি অনৌবা মশেক মঙানগণ কোন্নবা শকক্ষম অমা ওইনা লেপখ্রে। শন্দোক্‌খ্রে মাইকৈথুংনা মীওইবনা ঙম্নদবা থবক পাঙথোকপা অঙকপা প্রতিভা চেনবা শঙ্করগী ম্লাক্ষম।

কেরলগী নিংথৌ চন্দ্রশেখর, মশামক লাইরিক য়াম্না হৈবা অমস্থুং মহৈতেম্ববু থোগৎপা, পুকচেল চাউবা মীনি। নিপামচা শঙ্করগী মতিক-মগুণ অমস্থুং মপান নাইদনা লাইরিক হৈবগী ম্লাক্ষম অসি নিংথৌ অসিগী নাকোং য়ৌখ্রে। মীওইবনা ঙম্নবা হৌনদ্রবা আলোয়াইগী ঈচেল্ থৈবগী ম্লাক্ষম্ তাবদা নিংথৌনা শঙ্করবু মতিকচাবা মর্য্যাদা উৎনিংই; য়াম্না লাংতক্করহুনা মাগী মন্ত্রিমক থারক্কুনা শঙ্করদা নিংথৌগী আমন্ত্রণ কৎহল্লরুই।

মতিক মগুণনা মশেক মঙান ওইনা ঙাল্লবা নিপামচা অধ্যাপক অসিনা,—"হে অথোইবা মন্ত্রি, ঐদি চাক্লিবা ব্রাহ্মণ মচানি; রাজসভাগী মিহৌবা ঐঙোন্দা লৈজদে; অহুগা ঐদি চুম্না শাস্ত্রজ্ঞানবু য়েঙ্গবনি, শন্দোকচবনি, শাস্ত্র লপ্লোনবা মী নচ্চদে। কৃপা তৌবিহুনা নিংথৌগা নকশিন্নবাগুম্বা মীহৌববু ঐগী পুক্লিংদা পোকহল্বিগনু।"

মন্ত্রি নিংবা কায়রে।

নিংথৌদি শঙ্করগী মন্না তাবদা অমুক্ হেন্না মাগী মক্তম্‌দা শ্রদ্ধা, ভক্তি পোক্‌খ্রে। থিংবা ঙমদবা ঊননিংবনা নিংথৌ অসিনা

নোংমা মশামক্ কালাড়ি খুল্ তান্না শঙ্করগা উনবা লেংলক্লে।

উনরদুনা তত্ব কয়া নৈনবে। নিংথৌনা খঙলে, শাস্ত্র পুন্নমক মাগী খুদোম্বী-মতোন্দা লৈ হায়বসি, ঐশ্বরিক শক্তিগী মপু নত্তনা মীওইবনা ওন্বা হৌনদে। মশিং লাকৃঙমদনা থাগৎলগা নিপামচা অসিবু নোলুক্না খুরুমজবে; অদুদগী বিদায়গী মতমদা স্বর্ণমুদ্রা লিশিং অমা কচ্চরে।

অপাম্বা, মীহৌবা লৈত্রবা নিপামচা অসিনা সনা অদু মিৎচিনা ফাওবা কন্না য়েংদনা মন্ত্রিশিং অদুদা হায়দুনা লাইরবা-শিংদা য়েম্বোক্হন্থি।

নিংথৌ চন্দ্রশেখরগী অঙাং অসিগী মফমদা লৈবা ভক্তি শ্রদ্ধা মপান্-নাইদনা হেঙ্গৎখি; মপুন্সিদা মাখোই-মীহেনবা অঙাং অসিবু স্নুকাউ কাউবা ঙমজখিদে।

নোংমদি মমিং চৎলবা শাস্ত্রজ্ঞ ব্রাহ্মণ কয়ামুক শঙ্করগী ময়ুমদা থুংলরে; মাগা ব্বা কয়া ঙাংনরে, শাস্ত্র কয়াস্থু নৈনরে। হান্ননা মাগী প্রতিভা অমস্থুং জ্ঞানগী ব্বা চুম্না তানরম্বদগী চিন্থেংননা ঙাংনরবা অসিদদি পণ্ডিতশিং অসিগী নিপামচা অসিগী মথক্তা লৈবা শ্রদ্ধা অদু মপান্-নাইদনা হেঙ্গৎখ্রে।

অঙাং অসিগী মরমদা হেঞ্জিন্না ব্রাহ্মণ খঙনিংবনা বিশিষ্টা দেবীগী মফমদা মখোয়না অঙাং অসিগী জন্মপত্রিকা য়েংগে হায়রে। জন্মপত্রিকাগী বিচার হেক্ লোয়বদা মখোয়গী ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মখোয়না খঙখ্রে,—মতুংদা অঙাং অসি যুগা-চার্য্য ওইনা ফাওরকদৌরি, অদুগা অধ্যাত্ম-জগৎকি লুচিংবা ওইনা মুনিং-থানা পাল্লিবা মথৈ ঙাল্লগদৌরি। মমা ইবেম্মনা লাংতক্লনা

হংজরকই,—'অহুবু, ঐগী ইচা অসিগী পুন্সিবু কয়া শাংবগে?' মাহুস্ হোৎপিরব্রা? মহাক য়াম্না শাংনা পুন্সিগনিকো; মাহুমতা ঐঙোন্দা তাকপিয়ুবা।"

চুম্মি; পিশুম শুক্তুনা পণ্ডিতশিং অহুনা মতম চংনা অমুক হোত্তুনা য়েংলে। মতুংদা খোর্জ্জে পোপ, পোপ থাদনৈ; ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদে; পুম্নমক তুমিন্, তুমিন্ লৈনখি মাইথোং লাংশিন্না।

তকশিল্লকই বিশিষ্টা দেবীনা মচাগী পুন্সিগী আয়ু খঙজগে হায়না। পণ্ডিতশিং অহুনা হায়জরকই,—ইমা, ঐখোয়না করি হায়নি, নচা ইবুংঙো অসিগী পুন্সি অসি য়াম্না তেনখে। চহী তরাতরুকতা অমসুং কুন্থ্রানিথোইদা অচৌবা লাংফম লৈ; মাগী পুন্সি মতোল্ লোম্নিংঙাইনি।"

লুখ্রাবীগী মমিৎকি মণি—শঙ্কর। মহাকপু মাঙবা!

জন্মপত্রিকাগী ফল তাবদা মমা ইবেম্মানা অৱাবা খোন্থোক্তা তেংথাজরকই। শিবরাত্রিগী অমম্বা অহিংদা থাম্বা থাওমৈ মচাগুম্নবা মমাগী পুন্সিগী অমত্তা ঙাইজৱবা মচানি; মহাক্তনা ওইজরি মমাগী অপুন্বা লন্। মচা অসিতবু মথাদা কোন্দুনা ফিজিনা য়োমহুনা চৎথজরকপনি পুন্সিগী শাংলবা লৈতোং-লৈকুৎনা থল্লবা লম্বিদো।

পুন্সি তেম্বগী ব্রা অসি হায়রম্লগা দৈবজ্ঞ ব্রাহ্মণশিং অহু হন্খে। অহুবু নহা ওইরিবা শঙ্করগী চেতনাগী মৱাদা অকন্বা চৈফুনা য়ৈররি; ওইরক্কদবা ফিবমগী ইঙ্গিত-অমা থম্মোইদা

ফাওখি। মহাকালগী খোংথাংগী ময়েক শেংদবা মখোল অমা মহাক্কী হন্দক্কি পুন্সিগী থোঙ্গান্দা মানা মনা থাঙ্গৎনা তার্জরি।

হৌখ্রবা মপোক কয়াগী স্বাত্ত্বিক সংস্কার পুন্নমক হৌজিক লোয়না মিকপ থোক্কনা মরাই কাংখৎলক্লে; আরান্ খুবম ফংনিংবগী লাংতক্লবনা মাগী মশা পুন্নমক তনিক তনিকহনখ্রে।

সন্ন্যাস লৌহুনা সদগুরু থিনবা ময়ুম্ থাদোকপা মতাখ্রে। আত্মজ্ঞান তানশিন্দবা য়াদ্রে। ব্রহ্ম ফংদবা ময়াখিদ্রে। বিধিনদি পুন্সি তেন্না তম্বিরক্লে; হৌজিকপু মতম খজিক্ক ফাওবা মাঙহম্বা য়ারিব্রা?

মপুক্লিংগী ব্রাফম পুন্নমক মমাদা ময়েক শেংনা হঙ্গচ্চরে। তাবদা মকোক্তা বজ্রনা থাবগুম্ থোকখ্রে। পাম্বৈ লৈজদ্রবা লুখ্রাবীগী পুন্সিগী অমত্তা ঙাইজবা আশা-ভরসা শক্করনি। অহল ওইরবা চহী মতাং অসিদা মহাকপুস্থু অমুক মাঙবা তারবা? হন্নুবী অসিনা করম্না হিংগনি? ইন্খৎলকপা চহীমতাং অসিদা সন্ন্যাসকি ওইবা লাকশিনবা পুন্সিবু করম্না লেনগনি? মমাগী থমোই তমথিনা শোকপা ব্রাফম অসিবু অপংবা মচানিপা অঙাং অসিনা করম্না হায়দোকলিবা! মমা ইবেম্মা ব্রাবনা হাহাকার লাওখরে।

সংসার থাদোক্পা শঙ্করগী অচেৎপা ব্বারেপনি। অছুদা মমাগী য়াথং ফংদনদি য়ুম্ থাদোকপা য়াদে। মহাক্লা হৌজিক করি তৌনি? নোংমা খঙহৌদনা তমথিবা খুদোংথিবা অমগী মতেং লৌহুনা বিধাতানা মঙোন্দা ওম্থোকপা খুদোংচাবা অমা পুশিম্বিরক্লে।

নোংমা মমামচা ইরুজবা চৎমিন্নরি। আলোয়াই অথেন্‌বা তুরেম্নি; অত্তুবু কদাইদগীনো কুমীর অমা ফুৎ ফাওরক্কু্না শঙ্কর তম্না হোৎচিল্লক্লে। ঈশিংদা মথন্নাই কঞ্জনবা কোইচেন্ চেঞ্জরি। নুপী-নিপা অউবা পুন্নমক অন্নাবা অকিবগী খোম্থোক্লা অমুক-তোইবা পুম্নিন্ নিন্নখরে। শঙ্করনা লৈরাইদা তোংতক তৌবা মফম্ অমদা উচিন্না চোংখচ্চরে। অত্তুবু কৈদৌনি, কুমীর অত্তুম্ন মথক কাখৎলক্কু্না মাবু হান্নগুম্না তান্নবা হৌরক্লে। অকিবগী মশক ফংলবা দৃশ্যনি। মী পুন্নমক কপ্পরে, লাওনরে।

শঙ্কর হৌজিক্তি নাম্থোক্লবগী উপায় উদ্রে; মহাক শিবদা মতাখে্র। অথাপ্পদগী চেন্না চেন্না মমাবু কৌজরত্নুনা লাউজরকই, "ইমা, ইমা, ঐ হৌজিক্তি শিবদা মতারে, অত্তুবুনে ইমা অন্নাবা অমত্তং, নিংবা থুংদবা অমত্তংদি মরৈহৌরে। সন্ন্যাস লৌবা ঙম্‌খিদ্রেদো, মপোক অসিদা মুক্তিম্ন ফংদ্রেদো। ইমা য়াথং পীনবিয়ুগবা ঐ পুক্লিং-সন্ন্যাস লৌজগে, ভগবানগী নাম শোন্দুনা পুন্সি মতোল্লোম্‌জগে। ইমা, থিল্লে, য়াথং, য়াথং।"

মমিৎ অনীমক পুন্মম্-মম্‌শিন্‌খ্রবা মমা ইবেম্মনা কপ্পা কপ্পা লাওজরকই,—"ইবুংঙো, ননিং থুংজরো, ননিং থুংজরো। নংনা সন্ন্যাস লৌগে হায়বদো ইমানা য়ারে, য়াথং পীরবনি।" মাসিদং লাওরম্লগা বিশিষ্টা দেবী তোর্ব্বান্ অত্তুদা হাইথত্নুনা রাম্থত্নুনা লৈখে্র।

ঙসাই মথৈ তোর্ব্বান্দা অকিবা অন্নাবগী খোম্থোক্লা লাও-খোংন-রিবসি খজিক-খরাক্তি নত্তে। ময়াম্‌গী খোল্লাও অসিদা ঙা-ফাবা মী কয়ামুকম্ন চেল্লক্কু্না থুংলরে। মখোয়না তা পুরক্কু্না কুমীর

অহু হাত্তোক্লে। শঙ্করস্থু খয়া শোকপা-পন্‌বগা লোয়নমা উচিন্না হিংহৌরে।

পুক্লুংদা সন্ন্যাস লৌথিবগী ৱাখন্‌ অসিদি সত্যসন্ধ ওইরবা নিপামচা অসিগী লকাদা য়েক্তুম্না লৈখ্রে। ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোংচাবগা কোন্ননা ফংজখ্রে, মমাগী অতাওবা য়াথংস্থু। চৎনবী অনুষ্ঠান তুংইন্বা লৌবা নত্রগস্থু মহাক্‌ হৌজিক ৱাখন্দা, থন্নাইদা তশেংবা সন্ন্যাসীনি।

মুমিং অসিমক্তদা মমাদা মাগী চপ্‌-য়ুংনা লেপ্লবা ৱাফম্‌ অহু হঙ্গচ্চরে,, সন্ন্যাসীনা য়ুমদা লৈবা হৌনদে, মহাক্‌ হৌজিক য়ুমগী মপান্দা উখোংদা অহিং লেনবা তারে। অহুগা উখোং অসিদা অস্থুম লৈবস্থু য়াদে। হয়েং নোং হেক্‌ ওাম্বগা মহাক পুন্সিগীদমক সংসার থাদোক্লগনি।

মকোক্তা মখুৎ হাপ্লহুনা বিশিষ্টাদেবীনা কপ্প-কপ্পা হায়রকই, ইমানবু নংবু সন্ন্যাস লৌরো হায়না থাঙ্গৈমকশেংনা খায়খ্রবরনে? হায়খিবা অহুদি চিল্লাম্‌-খরাম্‌ হায়খিবনি; চনিংতানা হায়খিবদি নত্তেদনা। করম্বা মমানা হৌজিক্কি ঐখোয়গী ওইরিবা ফিবম্‌ অসিদা মচাবু অহুম্না হায়গনি? মাহুস্থু তোক্লো, নংগুম্বা তনৌ তনৌবা অঙাং অমনা করম্না তমথিরবা সন্ন্যাসকি পুন্সি লেন্‌গনি?

শঙ্করনা মমাদা তাক্লকই,—ইমা, মমা অমা ওইরগবু মচাগী য়াইফ-ৱাখন্তা খন্না-খন্না করিগী ঐগী অফবা তৌনিংবা ৱাখল, ৱারেপ্‌পু ইমানা থুগাইবিগদৌরিবনো? মিনম্বা, ওইদবা লম্বীদা চৎহন্বিহুনা ঐবু করিগী নরক্তা ইন্থবিগদৌরিবনো? করে, ইমা ওসি কুমীরনা ঐবু লাক্কে তান্নবা অহুদা অশিবগী থান্নাত্তগী

কনানা ঐবু কন্বিখিবনো? ইমা, অমুক্ত খঙ্হনা য়েংবিয়ু; ভগবাননা নত্রা? ভগবানমুক্ শক্তি চাওবা, থৌজাল হৈবা অতৈ কনা লৈবগে, ইমা? অহুগুম্বা ভগবান অহুদা, ইমা, নংনা ঙসি নচা এবু শিন্নবিয়ু।"

অঙাং অসিগী সংসার পামদবগী চাং অসি অঙকপনি। মচাগী অচেৎপা পুক্লিং অসি মমানা উরে; সংসার-পুন্সিদা ফাজিন্দুনা থম্বা য়াগনি হায়বা উদ্রে। শঙ্করনা মমাবু মঙং মঙং তৌহুনা থেমজিন্বা হৌরক্লে; লুর-লুরবা জ্ঞান-না থল্লবা শাস্ত্রগী ব্রাফম্ কয়া অমম্ব মমাবু তাহল্লে, খঙহল্লে। মমানা তুমিন্না তাই, অহুবু মপুক্লিংদি থেমজিন্বা ময়াখিদ্রে। পান্থে লৈত্রবী হনুবীগী থবাক্কি শরূশিং অহু থুদেকপগুম্ থোকখ্রে। থমোইগী লল্, মিৎকি মণি শঙ্কর য়াওদনা মমাইবেম্মনা হিংহুনা লৈবা ঙম্বগী ব্রাফম অসি খম্বা ঙমজদে।

মুংশিনা অমুক্কা হায়রকই,—"নংনা চৎখ্রবদা অসুক অহল ওইরবা মতম অসিদা ইমাদা কনানা চেং খুয়া অমত্তং পীবিরক্কনি? মুক্তিনা করম হায়না ফংগনি? পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ্তা ইচাগী মশক উদনা করম্না অরোইবা মুংশাম্বর হোনগনি? ইমাগী চিতাদা অহান্বা কনানা মৈ চুগনি?' শঙ্কর, ইমা নংবু থাদোক্পা ঙম্মোই।"

অহানবদা মমাবু ঙম্বামথৈ থেমজিঞ্জরে; অহুদগী মমাগী মফম্দা মচাগী অহানবা দায়িত্ব-ভারবা অদোমদা চংশিন্নক্লে। শাগৈ নাতৈ কৌজরুরে,—"ঐগীনি হায়হুনা লৌ, ইখোল্ লৈজরিবা থরা অসি নখোয়দা দান তৌজরম্নগে, অহুগা নখোয়না

ইমাবু থাক্লবগী ভার অসিতদি লৌবিয়ু।” পুন্নমক হরাও হরাও য়ানরবদা শঙ্কর মমা থাকপগী, য়োকপগী অচৌবা দায়িত্ব অতুমদি কোক্‌চরে।

অঙাং অসিগী থমোইদা থিংবা য়াদ্রবা আশা, মাইথোংদা মিয়েংদা মশা মতোমতবু থাজজবগী মঙান। মমাবু থেমজিন্দুনা হায়রকই,—“ইমা, নংগী থৌজাস্তনা ঐগী সাধনা মহৈ য়াল্লগনি, অতুগনে ইমা, ঐনা হায়রিবসিনি, সন্ন্যাস লৌরবস্তু, মকম কৈদা লৈরবস্তু, নংগী পুন্সিগী অরোইবা মতাংদা ঐ শোয়দনা ননাক্তা লাক্কনি। ইষ্টদেববু দর্শন তৌজহুনা আনন্দদা তাউহুনা অমরধামদা চৎলগনি। নহাক্কি পরলোককি করিগুম্বা লম্বিদা অপনবা অমত্তা লৈরোই।”

নিপামচা অসিনা হৌজিক্ মখুৎ-লোন্নরহুনা স্তবগাথা শকৎ-লক্লে। হৌদোকখে থৌজানগী মশক্ ওইরবী মাতৃ-শক্তি। বিশিষ্টা দেবীনা হৌজিক্ নিংশিংলক্লে শঙ্কর পোক্তি,ৡগী রাকম, মপুরোইবনা তাখিবা দৈববাণী। মমিত্তা মপি শিম্বনা হায়দোক্লক্লে আশীর্ব্বাণী।

মচানা সন্ন্যাস লৌবদা চংগদবা পোৎচং পুন্নমক্ খোম্‌জিল্লহুনা মথংগী হুমিৎ অতুদা পুজরক্লে। মমাগী মতৌ অতু উবদা কালা-ড়িগী মী পুন্নমক ঙরুখি।

শাস্ত্র পুন্নমক্ হৈরবা শঙ্করনি। হৌনবী নিয়ম কায়দনা মশানা মশাগী শ্রাদ্ধ শোঞ্জরে অমসুং বিরজাহোম পাংথোক্‌চরে। অতুদগী মরু কোক্‌থোক্‌না নহা সন্ন্যাসী অসিনা নর্ম্মদা তম্না যাত্রা তৌরক্লে।

অশুম্ কোয়রকৃপদা নোংমদি তুঙ্গভদ্রাগী মপান্দা লৈবা কদম্ববন হায়বা অত্তুদা থুংলরে। চৎলক্লিবা লম্বেন্ অসি য়াম্না শাংলক্লে। মুমিৎ-মুংবগী মুংশাম্ম য়ক্ লাওনা শাখ্রে, খাঙবদা য়ারে। চোকৃথমন্খ্রত্তুনা উজাউ মখোঙদা পোৎথানবা ফম্থরে। মতম্ অসিদা অঙকৃপা দৃশ্য অমা উরে। মুংপাক অমদা ফম্ত্তুনা লৈবা হঙেঙাই মচা ময়াম্ অমবু চাওরবা লিন্ অমনা মতোক্ ফন্দোক্কুনা অয়াকৃপা মুংশাগী মৈশাদগী য়াম্না নক্লবা মরি-মতাগুম্ মুংশিনা মরুম্ তাহন্দুনা কম্বিনবা হোৎনজরি। মফম্ অসিদা জীব পুম্নমক্ হিংসা বৃত্তি থাদোক্লখ্রে।

মাসি উবদা শঙ্করনা খল্লি,—কনাগুম্বা মহাতাপস অমগী তপ প্রভাবনা মফম্ অসি শেংদোক্কুনা থম্লি অমমুং লৌকিক সংসারগী য়াংমগী থৌদোক্ থোক্হন্বা ঙম্লি।

থাপ্তুনা কদম্বগিরিগী মশাদা অহল্ ওইরবা সাধক অমগী থাং-পোক্শং। মাত্তু তম্না মানা তপ্না তপ্না কাথৎলক্লে। সাধক অসিনা মাসিদা সাধন ভজন তৌজৈ। মহাক্না মফম্ অসি থাইনা মহামুনি ঋষ্যশৃঙ্গী আশ্রম্ ওইরম্বনি হায়বত্তু শঙ্করদা তাকপিরে। মাত্তু তাবদা মফম্ অসিদা লৈবা লিন্-নচিংবা জীব-শিংনা হিংসাবৃত্তি থাদোক্পগী মরম খঙ্জরে।

মশিং য়াম্লবা সাধকশিংগী তপস্যানা শেংদোক্লবা বন অসি অচিক্পা সাধনাগীদমক য়াম্না খুদোংচাবা মফম্লি। মফম অসিদা মতম অমদা আশ্রম লিংখৎকে হায়বসি শঙ্করনা খনখি। নিংখিবা অসি মমৈদা থবক্তা ওস্নোকখি। মহাক্কি মতুংগী পুন্সিদা মফিং চৎলবা শৃঙ্গেরী মঠ মফম অসিদা লিংখৎখি।

থা অনী চুপ্না অমুক্কা তত্তনা চংলক্লে ; মমিং চংলবা মাহিষ্মতী সহর লান্খে। মথংদা থুংখি ঈশিংনা কোয়শিনবা ওঙ্কারনাথ কৌবা চীং অতুদা। চীং অসিমক্তুদা ওইখি মহাক্কী মরাইবক থম্বাল্-শাংপা, ফংজত্নুনা মহাযোগী গোবিন্দপাদগী আশ্রয়। অধ্যাত্মগী স্পর্শমণি অসিমক্না নিপামচা সন্ন্যাসী অসিগী রূপ ওন্থোক্নুনা থাঙ্গংখি মহাকপু যুগাচার্য্যগী ভূমিকাদা।

গোবিন্দপাদনা আশ্রয় পীনবিরিবা সাধকশিংগী মনুংদা শঙ্করনা অথোইবনি। মপোক কয়া কয়াগী পৈশিল্লবা অধ্যাত্ম-ঐশ্বর্য্য পুরক্নুনা ফাওরকপা অঙাংনি। বৈরাগ্যদা, থাঙবদা, মশাগী মুংঙাইবা-ওইজবা থাদোকপদা অমশুং সাধন-দা লুপশিন্দুনা লৈবদা মাগী লাম্বা লৈতে। মহাব্রহ্মজ্ঞ ওইবা গুরুগী থৌজাল-মপৈবু পুবা-থাংবা ঙম্বা মীওই ওইনা ফাওরক্লবা শঙ্করনি।

গুরুগী খুয়াদা ফমজত্নুনা অনৌবা সাধক অসিনা চহী অহুম চুপ্না অকন্বা সাধন তৌজরে। মতম খজিক্ত অসিগী মনুংদা মথুংচনখি অথোয়বা যোগসিদ্ধি অমসুং তত্ত্বজ্ঞান। গুরুনা হুন্বা সাধনগী মরু অতু মপান-নাইদবা মহিমা ওইনা মপাল্ শাংখ্রে, মহৈ য়ানখ্রে। মীরমলেন্দা ওইথোক্কবা প্রতিভা অমসুং শক্তি অসিগী মপু ওইরিবা শঙ্করবু ঐশ্বরিক লীলানাট্যগী অথুপ্পা লংজিন পুথোকপা মীনি হায়না লৈনরিবা সাধকশিংনা খঙবা ঙমখি।

মতম অদো নোংজ্থানি। নোংনা অতিয়া অসি পুমকুপ কুপ্নুনা অত্তংপা লৈতনা ওরো-রো হৈথরি। নর্ম্মদা তুরেল্লা জর-জর হেঙ্গংলক্লি। তোর্ব্বান অনিমক ঈশিংনা পাথোক্তুনা

অকিবা শকক্ষম লৌখ্রে। ওঙ্কারনাথকি চীংমাইদা বম্ বম্ য়েন্থনা ঈশিংগী মপৈ মপৈনা মতুম ওইনা অমুক হন্দোক্লনা চেন্‌খি।

মহাযোগী গোবিন্দপাদ মহাক্কি গুহাদ হুমিৎ কয়ানিমুক অসি সমাধিদা লুপ্লনা লৈরি। ঈচাউগী ঈশিংদি অস্থম তত্তনা হেঙ্গৎলক্লি; শিষ্যশিংনা গুরুদেবগী শিবা য়াবা খুদোংথিবা থোক্লগদ্রা হায়না কিনরে; ব্রানরে। ঈশিংদি য়েংন-য়েংনা গুহাগী মচিন্ য়ৌশিল্লক্লে। পুন্নমক চিন্বান্ মথক্-মখা খ্রক্, খ্রক্ কংশিন্‌খ্রে, মাইথোং লাংশিন্‌খ্রে। ফনা চাওবা খুদোং থিবা থোক্লনস্থু যোগীরাজগী সমাধি থুগাইবদি ঙম্মোই। অন্থবু ঈশিংগী ঈচেল্ অমস্থুং ঈচাওবুদি কননা থিংগনি?

অঙকৃপা শক্তিপুবা শঙ্করনা খোংথাং লুম্লপ্পা ময়ামগী মমাংদা চংশিল্লক্লে; হায়রক্‌ইঃ—'হে তাপস পুন্নমক্ অরেম্বদা লাংতক্লরি? ঐখোয়গী গুরুদেবদি মহাব্রহ্মজ্ঞনি; প্রকৃতিগী করিগুম্বা নত্তবা মচৎনা মহাক্কি ফত্তনবা তৌবা ঙম্মোই। অন্থগা সমাধিদা লুপ্লনা লৈরিবঙৈ অসিদা মাওনবা তৌবা হায়বা ব্রাফম্ অন্থ থোরক্তে। মশাবু পুম্‌কাও কাওন্থনা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈরিবঙৈ মতমদা মহাযোগী অসিগী পোইরৈ তুংইন্না প্রকৃতিনা থবক্ তৌবা নত্তনা ওন্না তৈনবা করিমত্ত তৌবা মতিক্ নত্তে। মান্থস্থু তোক্লো মহাক্কি আশীর্বাদতগী ঐ ফাওবা,, ঈশিং অসিগী ঈচেল মমাই-লৈবা অমদি থিংবা ঙম্‌গনি।

শঙ্করনা লৈপাক্কি চক্ষু অমা লৌরুন্থনা গুহামচিন্ অন্থদা থম্লে। ঈশিংদি অতৎপা লৈতনা হেঙ্গৎলক্লি। অন্থবু কয়া ঙক্‌খ্রবা থৌ-ওংনো। ঈশিংগী মপৈ অন্থ গুহামচিন্ হেক্ য়ৌরক পদা চক্ষু অন্থদা

চংখিহুনা মিংকুপ্ অমগী মনুংদা খাই, খাই মাওথি। ঈশিং মরিক্ অমা ফাওবা গুহা মচিন্দগী হেন্না হাইজিন্বা ওম্‌দে। মীরম্লেন্দা থোক্‌পা হৌনদবা দৃশ্য অসি উবদা ময়ান্না ওমখৈ লৈতনা থাগৎনখি মহাশক্তিগী মপু শঙ্করবু।

সমাধিদগী লেংখৎলক্‌পদা যোগীবরনা ব্রাকম্ পুন্নমক্ লোয়না তারে। মাইথোং মকা লান্না হুংশিনা শঙ্করদা হায়রকৃই,—"ঐগী আশীর্ব্বাদতগী নিংবা থুংজরেদনা; ব্রহ্মবিদ্যা-নখুৎ চপ্লে; শাস্ত্রতত্ব পুন্নমক্ অমস্তুং যোগ বিভূতিস্থ নখুৎ চপ্লে। ইপাগী ইবুংঙো, ঐগী ইকম্‌দা করি অমুক্ হায়নিঙাই, নিনিঙাই লৈরিবগে ?'

নোল্লুক্না দণ্ডবৎ প্রণাম কচ্চরে, মখুৎ অনী লোম্নজরে, হঙ্গচ্চরকৃই শঙ্করনা যোগীবরগী চরন্দা,--'প্রভু, নহাক্কি থৌজান্দগী লৈজদ্রে ননাইগী অব্রাৎপা। কৃপা তৌবিহুনা হৌজিক্কি য়াথং পীনবিরো সমাধিদা লুপ্‌চহুনা শিবা-নাইবা হকচাং অসি থাদোকৃচরগা ব্রহ্মসাগরদা তিন্দুনা মাঙজখ্রগে।"

গোবিন্দপাদ য়ান্না চীংলেম্না,—"ইবুংঙো, হক্‌চাং থাদোক্লবগী মতম্ অহু হৌজিক্ ওইদ্রি। ঈশ্বরগী য়াথংদি, যুগ অসিদা তৌদবা য়াদ্রবা কান্নবা থবক্ অমগীদমক্ নংবু শীরক্‌পনি; অহুদি নংনা পাংথোক্নি অদ্বৈত ব্রহ্মাত্মজ্ঞান অসি ইনৌ-নোনা নংনা শন্দোক্‌পা তারি। মাংখ্রবা তীর্থশিংবু উদ্ধার তৌবগী ভার অসি নংনা পুবা তারি। সন্ন্যাসীশিংগী মরক্তা পাপ অমস্তুং নত্ত নচৎ য়ান্না চংখ্রে। সংস্কার অসি তৌহুনা দেশ অসিগী অধ্যাত্ম-পুন্সিবু নৌনা অমুক্ শেমগত্তবা য়াদে। মীওইবগী সমাজ পুন্নমক্ ঈশ্বরদগী —মমাই

লৈখোরুখে । মসিবু অমুক্ চিংশিন্দুনা পুরকপা তারি অধ্যাত্ম-পুন্সি লেন্নবা, অথোয়বা য়াইফবা ফংজনবা।”

“অদুদি পীনবিরো য়াথং, ঐবু হৌজিক্ করি তৌজো হায়বা।” “নঙোন্দা অদ্বৈতজ্ঞানগী মৈরিনা ইভান-ভান্না চাকৃখৎলক্লে। মাদুবু শন্দোক্পা তাই মাইকৈ থুংনা; মাসিতবু ঐনা ভাইরম্বনি। হৌজিক্ ঐগী থবক লোইরে। অদুনা হকচাং অসিগী কান্নবসু লৈত্রে। নং হৌজিক্ কাশীদা চৎলো, বিশ্বেশ্বরগী য়াথং লৌরগা কর্ম্মব্রত অসিদা লেল্লুরো।”

শিষ্যশিংদগী বিদায় লৌরগা গোবিন্দপাদ লুপখে, সমাধি সাগরদা। সমাধি অসিদগী মহাক্ অমুক্ হৌগৎখিদ্রে।

মহাযোগীগী প্রাণবায়ু অদু পাইখত্তুনা চৎখে ব্রহ্মরন্ধ্রগী লম্বিদা। ভারতকি অধ্যাত্ম-আতিয়াগী মপা লৈতনা লংলবা মৈবুল অদো মাঙ্খি অস্তুম্না।

গুরুয়াথং তুংইন্না শঙ্কর কাশীদা তন্না থুংখে। মহাতীর্থ অসি ভারত অপূম্বগী ধর্ম্মজীবনগী ময়াইদা ভাম্বা মণিনি। দণ্ড, কমণ্ডলুনা মথুত্তা লৈতেংবা সন্ন্যাসী, শাস্ত্রহৈবা পণ্ডিত, তীর্থচৎপাশিংনা অতৎ অথম্ লৈতনা চৎথোক্-চৎশিন্ তৌনবা মফম্নি। শাস্ত্র-নৈনবা, মন্ত্র-শোন্বা অমদি লাইখুরম্বগী ইশৈনা সহর অসিগী লম্বি, হিদেন্ পুম্নমক্ মতম্ নাইদনা পুন্নিল্নিল্লি। অনৌবা ধর্ম্ম অমা শন্দোকপা তারবা, অনৌবা শাস্ত্রব্যাখ্যা অমা লেংবা তারবদি, মাদুগী হৌরক-ক্ষম্ বারাণসীনি।

কাশীগী মণিকার্ণিকা ঘাটতা পরিকরশিংগা লোয়নননা মহাক হৌজিক লৈতানা লৈরে। মশেক-মঙাল্ য়াওরবা, নিংথিজরবা সন্ন্যাসী

নিপামচা অসিবু কনানো ? মীয়াম্গী অঙকপগী ওম্থৈ লৈখিদরে। মহাক্না শন্দোক্লকপা অদ্বৈতবাদনা কাশীগী মীয়াম্গী মফম্দা মথুম্ মরাং হৌনবু পুরক্লে।

অহল্ ওইরবা দণ্ডী সন্ন্যাসীশিং অমস্যুং শাস্ত্রবিদ্ কয়া কয়ানা ইকোই-কোইশিল্লহুনা শঙ্করনা ফম্লি, মতিং উৎনা প্রতিপক্ষগী মোত পুন্নমক্ ককথত্তুনা অদ্বৈতসিদ্ধান্ত লিংখৎলি। শাস্ত্রবিচারগী লান্ফম্দা লাম্বা লৈতবা যোদ্ধানি। অরান্-খুবম্থু পাম্জবা সাধনগী লম্বি থিজবা মীওইশিংনা মখোয়বু লান্বিনবা মপু ওইনা আত্ম-প্রকাশ তৌরি—চুম্নগী পাওতাক অমস্যুং দর্শনগী ৱাফম্তনা মীওই-বনা মশাবু পুল্লিবা সংসার-থৌরি থদংপা ওমজরি।

অঙকপনি নিপামচা আচার্য্য অসিগী থৌওং অসি। মীনা তান্বা ফংদবা জ্ঞান অমস্যুং যোগবিভূতিগী ঐশ্বর্য্যনা মানা বারাণসীহুপ্পা অঙকপদা লুপশিন্দুনা থম্লি।

নোংমা চোলদেশকি ব্রাহ্মণ পাখং অমা মাবু দর্শন তৌবা লাকই ; দর্শন হেক তৌবগা শঙ্করগী মফমদা মশা অহু পুংকৎ কৎথোকচখি। শাস্ত্রবিত্যাদদি পাখং অসিস্থু থোইদোক্লা হৈশিংবা ওইরম্মি। অহানবদা ব্রহ্মচারীগী হৌনবী-তুংইন্না জ্ঞান সাধনাদা চংজরম্বনি, মতুংদা বৈরাগ্যদা চংনিংলহুনা নোংমা ময়ুম থাদোক্তুনা মপান থোকখিবনি। মতম্ কুইরবা তুংদা মহাসাধক শঙ্করবু মাগী অথোয়বা চংজফম্ ওইনা ফংজখি। হন্দক্তা লাক্লিবা পাখং অসিনা আচার্য্যগী ইহান হানবা দীক্ষিত শিষ্য সনন্দনি। মশামক মমৈদা অথোয়বা যোগবিভূতিগীদমক মমিং চৎখিবা পদ্মপাদ-হায়বহুনি।

নির্ব্বিশেষ পরব্রহ্মতত্বগী অথোয়বা শন্দোকৃপ্যাশিংগী মন্নুংদা স্বামী গোবিন্দ পাদনি। মহাক্কী মানসপুত্রনা শঙ্করনি। শঙ্করগী মপুক্লিংদা মতম্ কুইনা ওম্‌থুনা লৈবা ৱাফম্‌দি--গুরুগী মহাবানি অসি শন্দোককনি, মীওইবা জাতিগী মমাংদা আত্মজ্ঞানগী পরমতত্ত্বু ইঙান্ ঙান্না উৎকনি, অসিনি। হৌজিক্তি থবক হৌনবগী য়াথং ফংলে; যোগীগুরুনা মহাক্কি মন্নুংদা শক্তিসু হাপ্ চিন্‌বিরে। অদুবু কদোম্‌দগী থবক্ অসি পায়খৎকনি? পরম্‌গুরু, আচার্য্য গৌরপাদ হায়রিবসি অদ্বৈতবাদকি ঈফুৎকি মশক্নি। মহাক্না লেংলম্বশিংগী ব্যাখ্যা তৌথুনা থবক্তা অহান্‌বা খুৎ থাবদা অকায়বা লৈতে। শঙ্করনা মাণ্ডুক্যকারিকা হান্না লেংলে। কর্ম্মব্রত হৌগংখি গুরুগী। গুরুবু মর্য্যাদা উত্তুনা।

অদ্বৈতবাদকি ঈচেল্ অসি মতম্ অসিদা য়াম্না পীকশিন্‌খ্রে; কংখিগদৌগুম্ উরে। ঈচেল্ অসিবু অনৌবা থৱাই হাপ্তুনা কন্‌খৎহন্বা হায়বা অসিদা শঙ্করনা পুন্নুপ্ লুপ্‌শিন্না হোৎনখ্রে। ময়াইকাবা পুক্নিং থৌগৎপগা লোয়ননা অনৌবা সিদ্ধান্ত লিংখৎপা অমসুং তত্ত্বগী ব্যাখান তৌথুনা শঙ্করনা থবক্ পায়খৎখি।

ব্রহ্মতনি অচুম্বদি, জগৎ অসিদি মিথ্যা ঙাক্তনি, মরু য়াওদবা মঙগুম্বনি? জীব হায়রিবসিসু ব্রহ্ম-নত্তনা অতৈ অমা নত্তে হায়বা ৱাফম্ অসি অৱাংবা খোম্থোক্তা লাউরথুনা শঙ্করনা শন্দোক্লক্লে।

অমুক্তসু, ব্রহ্মদি নির্গুণ-নি, নির্ব্বিশেষ-নি; অসিগুম্বা ব্রহ্মদা করিগুম্বা (মপান্ থোকৃপা) শক্তিগী মফম্ লৈতে অদুগা হায়রিবা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম অসিতনা ওইরি অমত্তা ঙাইবা পরমার্থতত্ত্ব; অরাম্বা খুবম্ তাম্বা মীওইবনা তত্ত্ব অসিবু খঙগনি, মশাগী পুক্নিদা উপলব্ধি তৌগদবনি।

নহাওইরিবা আচার্য্য অসিগী মীথোই-মীহেনবা জ্ঞান অমসুং যোগ বিভূতিগী ৱা তারক্লদুনা মাগী পাউতাক্ ফংননবা মী কাংলুপ কাংলুপ্ কয়া লাক্লরম্মি। মাগী সভাদা তিন্থি পণ্ডিত অমসুং মূর্খ, সাধু অমসুং বিষয়ী। অদুদা মাগী অদ্বৈতবাদ-কি খম্‌থেংবা অয়োবী ব্যাখ্যাবু মী কয়ানা খঙবা ঙম্মগনি? কনানা অরুবা তত্ত্ব অসি খঙনবগী অধিকারীনো, কনাগী থমোই মন্নুংদা তত্ত্ব অসিনা ঙাল্লু-গনি,—ৱাফম অসি শঙ্করনা কাউথোক্লম্মি খঙহন্নিংবগী ঈরাঙহৌবা অদুনা কন্মন্থিবনা।

কাশীগী অধিষ্ঠাত্রী দেবী অন্নপূর্ণানা নোংমা শঙ্করবু—লম অসোমদা রারক্পিরম্মি।

মণিকর্ণিকা ঘাটতা স্নান তৌবা লেংলি শঙ্করনা। নৌনা লুখ্রাবী ওইবী নুপী অমনা মপুরোইবগী অশিবা হকচাং অদু কোল্লদুনা কপ্লুনা লৈরি। লম্বি অদু য়াম্না খুই, মচিন অদু হেক ফুনজিন্দুনা নুপী অদুনা ফমদুনা লৈরি। পোৎলোইনবগী পৈশাসু লৈজদে; অদুনা মরক মরক্তা অচৎ-অওক্তা ভিক্ষা নিজরি।

লম্বি থিংজিনখ্রে, মাঙলোমদা চৎনবগী পাম্বৈ লৈত্রে। শঙ্করনা য়াম্না নুংশিনা, "ইমা, অশিবা হকচাং অদুবু করিগীনো ফৈনা থমদুনা লম্বি থিংলিবদুবো, মাদু চুম্না লম্বিগী ময়ুংইন্না থম্মুবা; অদু ওইরবদি ঐখোয়স্ত্র চৎপা য়াগনি।"

অদুবু কনানা মাগী মৱা তাবিগনি। নুপী অদুদি কপ্পা নত্তনা অতৈ খঙদে, তাদে; লেং-খোৎপগী ৱা লৈতে। শিষ্য-শিংনা ইকোয়-কোয়শিল্লদুনা শঙ্করনা লেপ্লুনা লৈরি তৌফম

খণ্ডদনা। গঙ্গাদা করম্না চৎকনি? অতুনা মুপী অতুদা হন্না হন্না হায়জরকই।

ইখণ্ড-খণ্ডহৌদনা মুপী অতুনা অয়াকপা খোঞ্জেম্না, "সন্ন্যাসী, খরা খজিক্তং থৈদোক-খোত্তোকৃউ হায়গে হায়রগদি অশিবা হকচাং অসিদা হায়জোদনা। মানা য়ানিংলগদি মরাইনা থৈদোকচনি।"

কয়াদা অঙকপা ব্বানো। মুপী'সি মব্বা কায়নবা অতুদা মকোক অসি ঙাওবা তারে।

থৌজালনা থুম্মৎখ্রে শঙ্করগী থমোই। মুংশিনা অমুক্তা হায়রকই, "ইমা, মাতুম্থ তুক য়াবা ব্রাক্ম নত্তেদো। অশিবা হকচাংনবু করম্না মতোমতা মাগী লৈরিবা মফম থাদোকচবা ঙমগনি?"

লুখ্রাবী অতুনা কম্থাননা, "হে আচার্য্য, শক্তিশূন্য ওইবা ব্রহ্মনা ওইরি জগৎ-কর্ত্তা,—সিদ্ধান্ত অসি নত্রা নংনা মফম খুদিংদা লিংখৎলিববু? ফরে, মাসিনা অচুম্বা ওইরবদি মথব্বাই পান্দবা শক্তি য়াওদবা অশিবা হকচাং অসিনা মশাবু থৈদোকচবা করি ঙম্মোইদগে?"

ব্রাক্ম খরসি হায়দোকপগা কোন্ন-কোন্ননা মুপী অতু অশিবা হকচাং অতুগা লোয়ননা মাঙমিন্নখ্রে। অঙকপগী মশক ওইবা থৌদোক্নি। করিগুম্বা অথুপ্পা তত্ত্ব অমবু শঙ্করগী মমাংদা হাংদোকপিগে হায়না থৌরাংবিব্রা?

ধ্যানস্থ ওইখ্রে আচার্য্য; তম্না খঙখি,—লীলা অসিগী নায়িকা অন্নপূর্ণা মশামক্নি হায়বদো। মহাক্না খঙহন্নিংই,—সগুণ ব্রহ্মতত্ত্বগী মরমদা পীবা পাওতাক্তনা সাধারণ মীওইশিংগীদি

মতিক চাই, কান্নজগনি। শক্তি য়াওবা ব্রহ্মবু মথোয়না কল্পনা তৌবা লাইনা ঙমগনি। অদুগা নিগু'ণ,নির্ব্বিশেষ ওইবা পরব্রহ্ম-তত্বদি অরাংবা থাক্তি জ্ঞান সাধনা লৈবা অথোয়বা সাধক থুজোক্-মুক্তগীদমক্তি।

অতোপ্পা ঙুমিৎ অমগী য়াফম্নি। শঙ্করনা গঙ্গাগী ঘাট-তাম্না লেংলি; মতুংদা ভক্ত অমসুং শিষ্যশিংনা থোগল্লি। মমাংদা য়াং-চাউরবা চণ্ডাল অমা লেপ্পুনা লৈরি, মাগা লোয়ননা য়েংবদা অকিবা পোকপা মশক্ থিরবা হুই মপৈ অমসু।

মপোক্তসু চণ্ডালনি, অদুগী মথক্তা অপুম্বা, নম্থিরবা মীশা মরক্তা মোংখ্রবা মোংফম্ অদুদা কোইচৎ হেক্ চৎলি। চ্যেক্-শিন্না হঙ্গোইনা শঙ্করনা নিপা অসিনা শোক্-পন্দনবা খরদং থৈদোক্তুনা লেপ্‌লি অদুগা হায়রকৃই,—'হাই, নং অসোম্‌দা খরদদি থৈদোক্তুনা লেপ্পদনা।"

চণ্ডাল অদুনা ফাক্, ফাক্ নোক্লকৃই। অদুদগী মাগী মখনাও-দগী হৈথরকৃই জ্ঞানগর্ভ ওইরবা অঙকপা শ্লোক মপৈ।

শঙ্কর জ্ঞান মাঙ্‌তুনা হুইঙক্-য়েংঙক্ চাদুনা লৈখ্রে।

চণ্ডাল অসিনা থিখিবা শ্লোকশিং অদুগী মসুং হুঞ্জিল্বা অর্থদি, "হে আচার্য্য, নংনা থৈদোকউ হায়রিবা অসিবু কনাবু ওইরবনো? ঐগী আত্মাবুরা নত্রগা ঐগী হকচাংবুরা? আত্মাদি থবক তৌদে, লেংদে,—মহাত্মা থৈদোকদবা অসিবু কদাইদনো? অদুগা কয়িগীসু থৈদোকনি? মতোন্দবু অশেংবনা করিনো, অমাঙবনা করিনো? গঙ্গাগী ঈমাইদা থাগী মমি তারি, য়ুগী পাত্র অমগী মনুংদসু মাগী মমি তাই; অদুবু মমি অনী অসিগী খেন্নবা ঐতোন্দা

তাকপিবা গুম্বিগদ্রা? অদুগা, হে আচার্য্য, নহাক্না আত্মাবু নত্তনা হকচাং অসিবু; থৈদোকউ হায়না হায়বা ওইরগস্থু, মান। মত্তৌ করম্না মাহু ৎাকপা ৎম্গনি? মহাক্কি মথক্লাই পান্দবা অশিবনি। হে সন্ন্যাসী, নহাক্না আচার্য্য অমা ওইরদুনা, আত্মজ্ঞানগী মরমদা অফাওবা তাকপিবা্ পাওতাক পীবা অমনিককা হায়রজিন্দুনা মীয়াম্ অসিবু নংনা লৌনম্ তৌরি, নত্রা?"

কয়াদা অওকপা থোদোকনো? অরোন্বা ফিজেৎ-শেৎপা চণ্ডাল অসিবু কনানো?

মিকুপ অমগী মনুংদা আচার্য্য শঙ্করগী মমিৎকি মমাংদা ৎাম্থোক্লক্লে দেবাদিদেব মহেশ্বরগী চিন্ময় মূর্ত্তি। শঙ্কর মশামক্কি থম্মোঈদস্থু উপলব্ধি তৌজরে। মহাজ্ঞানী গুরুগী য়াথং মতুংইন্না যুগাচার্য্যগী ভূমিকাদা মানা কুম্লিবনি। মানা তৌবা সংস্কারদা অমোৎ-অকাই, অহো-অরাক লৈবদি কৈদগী য়াগনি? অদুননি চণ্ডাল শাজিন্নদুনা বিশ্বেশ্বর মশামক্না ৎসি ফাওরক্লিবসে। জ্ঞানগী মৈরি থান্গত্তুনা মমিৎ পাংহল্লিরে ইনৌ-নৌনা।

লুপাগী চীংদুমগুম্বা ইনং লংনা প্রজ্ঞানঘন ওইবা মূর্ত্তিনা মহাক্কি মমাংদা ৎাম্থোইদুনা লেপ্লি। কয়াদা নিংখিরবা কয়ামুক্ মহিমময় ওইবা মূর্ত্তিনা দেবাদিদেব বিশ্বেশ্বরনা মাগী মমাংদা অবির্ভাব ওইররে। মমিৎ সুকুপ্ কুপ্তুনা শঙ্করনা চপ্ লেপ্তুনা য়েংজরি।

মাইথোং মকা লাম্না হায়দোকৃপিরকৃই বিশ্বেশ্বরনা মু শিরবা থোম্থোক্লা,—"ইবুংঙো, সংসার পুরমক্কি মথক্তা হায়গত্তুনা হৌজিক্তগী হৌনা অশেংবা অদ্বৈততত্ত্বগী ধারক অমসুং বাহক ওইরো। মংগী থবক্তা ইপা পুন্সেল্ পেল্লে। হন্দক্তগীদি জগৎ কল্যাণগী

দমক্ অদ্বৈতজ্ঞান শন্দোক্লবা থবক্তা চংশিল্লো। হান্না উপনিষদ অমস্যুং ব্রহ্মসূত্রগী ভাষ্য লেংলগা বৈদিক জ্ঞানগী খক্‌খ্রবা ঈচেল্ অসি অমুক্ হন্না মাইকৈ থুংনা চেহ্লল্লু। অদুগা জ্ঞান সাধনাগী অনৌবা ওইনা প্রাণশক্তি হাপচিল্লু”

বিশ্বেশ্বরগী য়াথং ফংলে; থবক্ চংথনবা লন্থী লেপ্পদা থিন্থনিংঙাই লৈত্রে। হিমাচলগী তম্পাক্তা, ব্যাসদেবগী তপস্যানা শেংদোক্লবা লম্‌বেল অদুদা লৈতানা লৈরগা ঙাক্‌পিরন্বা য়াথং ঙাক্লবা লাইরিক্ লেংলগে ব্লারেপ্লে। লেংখ্রে শঙ্করনা সনন্দ অমস্যুং নক্লবা শিষ্য খরগা লোয়ননা। হুমিৎ খরগী মন্নুংদা থুংখি হৃষীকেশদা।

পুরাণগী মতমদগী অশেংবা যজ্ঞভূমি হৃষীকেশনি। মফম্ অসিদা থাইনদগী হৌনা মতম্ কুইনা যজ্ঞেশ্বর শ্রীবিষ্ণুগী বিগ্রহবু পূজা কত্তুনা লাক্লরম্মি। মতম্ কুইখ্রবগী মমাংদা চীনা দস্যুশিংনা মফম্ অসি আক্রমণ তৌখি। মাদুদা পণ্ডিতশিং অদুনা কিখ্রদুনা বিগ্রহ অসি গঙ্গাগী গর্ভন্নুংদা লোৎশিন্দুনা থম্‌খি। অমুক কুইরবা অসি মূর্ত্তি অসি থিবা ফংদনা লাক্লি। হন্দক্তি শঙ্করনা অশেংবা বিগ্রহ অসিবু থিবা হৌরক্লে।

শঙ্করনা ধ্যানাবিষ্ট ওইনা য়েংলক্‌পদা দেবমূর্ত্তিনা লৈরিবা মফম্ অদু ইঙান্ ঙান্না-উরে। মীয়াম কৌরদুনা ঈন্নুংবুংদগী মাদুবু উদ্ধার তৌখি।

বদরিকাধামগী ফিবম্‌স্যু অসি মঙাই। সীমান্তগী দস্যুশিংনা তোইনা তোইনা আক্রমণ তৌরম্মি; লুটপাট তৌরগা হেক্ হেক্ ময়ুম্‌দা হন্‌খি। বিগ্রহগী পবিত্রতা অমস্যুং তেক্তকাইদববু

ঙাক্‌পা ঙম্‌গনি হায়না খন্বা ঙম্নদন্তুনা মনাক্‌ নক্‌পা কুণ্ড অসিদা থাদত্তুনা লোত্তুনা থম্‌খিরম্মি। দর্শন ফংজবদা থম্মোই ইংনবগী মশক্‌ ওইরবা থাইনগী নিংথিবা শ্রীনারায়ণগী মন্থুত্তা শালগ্রাম চক্র অমা লাত্তুন পূজা কৎনরি। শঙ্কর খাঙবা ঙম্‌দনা ব্রাখে। ময়াম্বু কৌরগা মানা হায়রকৃই—"নারায়ণগী থাইনগী মূর্ত্তি অদু উদ্ধার তৌগে হায়না চপ্‌-য়ুংনা লেপ্লবনি। অদুনা নখোয় খ্বাইনা থুনা বিগ্রহ অভিষেক তৌনবা অমস্তুং নৌনা হান্নগী মফম্‌দা লেংশিন্নবা থৌরাং তৌরো।"

অতাবা মী পুন্নমক কিনবনা থবক হুঙ্গৎনখ্রে। কুণ্ড অসিগী লৈখাগা লাকঙম-ফাঙমন্দ্রবা চীংগী তুরেল অলকানন্দাগা শন্নরি। মী কয়াম্ব মাসিদা লুপ্পুবদা মথন্নাই মাঙখি। নহা ওইরিবা আচার্য্য অসিনা শিনিংঙাই ওইবা খুদোংথিবা অসিদা করিগী চংশিল্লিবনো? অদুবু শঙ্করনা তৌগে লেপ্‌খ্রবা থবক্কগী খাম্‌গদবা অসিবু কনানো? মহাক্না কনাগী মন্নাম্ব তাখিদ্রে।

ভাবাবিষ্ট ওইদুনা কুণ্ড মনুংদা তপ্না কুম্‌থখ্রে। পদ্মাসন-দা ফম্‌দুনা লৈবা চতুর্ভূজ মূর্ত্তিবু কোকথক্তা থোংলদুনা ফাওগৎলক্লে। মীয়াম্‌ অদু নুংঙাইবগী ঙম্‌খৈ লৈখিদরে। মাইকৈ মরি নিক্না জয়ধ্বনি লাউরক্লে,—"বদরী বিশাল লালা কী জয়! বদরী বিশাল লালা কী জয়!"

অদুদগী আচার্য্যনা মাগী তুংইন্বা কাংলুপ অদুগা লোয়নননা ব্যাস তীর্থদা থুংখি। অলকানন্দা অমস্তুং কেশবগঙ্গা-অনীগী সঙ্গমস্থান অদুগী মথক ওইরপ্না, হিমবন্তগীদি মতম্বাক অদুদা লৈরি ব্যাসদেবগী থাইনগী আশ্রমগুহা। মফম অসিগী

ঈচেল্ খুদিংদা, তত্তনা হুম্লিবা নুংশিত্তা; থক-খা তুনা অরেপ্পা লৈতনা চোংলি দিব্যভাবকি মিহুন্না; মফম খুদিং কুপ্লি ওই-থোক্কবা ধ্যান-গাম্ভীর্য্যনা, অচিকপা গিরিগুহা অসিমক থোইদোক্না পায়মঙ্করে শঙ্করনা।

চহীমরি চুপ্পা পোত্থাবা লৈতনা হোৎনদ্না মফম অসিদা লেংখি শাস্ত্রগ্রন্থ তরাতরুক্কি মহাভাষ্য। মীওইবনা ফংনখিদবা প্রতিভাগী মঙাল্ ওইনা, অথুপ্পা তত্ত্বগী য়ারেপ-য়াকোং ওইনা ঙসিসু লৈরি বিশ্বমানবকি জ্ঞানগী পুক্কৈদা অমাঙ-অতা লৈতবা মল্ ওইনা।

শঙ্করনা লেংবা ব্রহ্মসূত্র, দ্বাদশ উপনিষদ্, ভগবদ্গীতানচিংবগী ভাষ্যশিং, বিষ্ণু সহস্রনাম অসিনচিংবা খিবিক অসি মীওইবগী অঙকপা পোৎশক ওইনা ঙান্দুনা লৈরি। অদ্বৈতবাদকি অনৌবা মঙাল্না ভারতকি সাধকশিং অমসুং পণ্ডিত সমাজবু অমুক্তোইনা মথুম্-মরাং হৌহল্লম্মি।

আচার্য্যগী মীথোই-মীহেন্‌বা শক্তি অমসুং প্রতিভা অসিবু উবদগী জ্যোতির্ধামগী নিংথৌ অত্থু শুহ্মৎখে। আচার্য্যগী খুয়াখাদা আশ্রয় ফংজখি। শিষ্য ওইরবা নিংথৌ অসিগী মতেংনা নৌনা লেংবা লাইরিকশিং অসি শিন্দোকহন্দুনা মফম পুম্নমক্তা শন্দোক-হন্‌খি। অসুন্না পায়খৎলিবা থবক্কি মহৈ য়াম্নবা খুদোংচাবা ফংখি।

অসিদসু নত্তে, মহাক্না মাঙলুরবা তীর্থ কয়াসু উদ্ধার তৌরে অমসুং অদ্বৈতবাদ শন্দোকপগী মতুংদা উত্তরাপথগী বৌদ্ধ অমসুং তান্ত্রিক ধর্ম্মনা হেন্না চৎপা লমদমশিং অত্থুদা তপ্পা তপ্পা বেদাচার লিংখৎলে।

হংনিংবা, খণ্ডনিংবা সাধক, সন্ন্যাসী অমসুং শাস্ত্রবিদ কাংলুপ কাংলুপ্ লাক্তুনা ব্যাসগুহগী আশ্রম অসিদা মী য়াম্না তিল্লরে।

মশাগী মপুন্সি তেল্লি হায়বসি আচার্য্যনা খঙই। অতেম্বা পুন্সি অসিদা মপান্-নাইদনা পাক্ চাওবা থবক্ অমবু পাংথোক্পা —তারি, মতোম্তনদি মসি ওইবা য়াবোইদৌরি। অদুনা থবক্ অসি কোক্থোং নাদুনা পুবা ওম্ব শুদ্ধ ওইবা, অখণ্ডবা, অদ্বৈবা, মুক্তাত্মা ওইরবা সন্ন্যাসী খর পাম্মি। অদুনা মহাক্না শিষ্যশিংগী জ্ঞান অনসুং শক্তি-সঞ্চারগী থবক্ পায়খৎলে। মখোয়গী মন্নুংদা খরদি থুনমক্ যোগসিদ্ধি অমসুং শাস্ত্রজ্ঞান মখুৎ চন্খে।

শিষ্যশিংগী মরক্তা সনন্দনবু শঙ্করনা য়াম্না লুনা তৌই। যোগ সামর্থ্য অমসুং শাস্ত্রজ্ঞানগী মরম্দা ব্রাফম্ কয়া অমসু মহাক্না মাবু খর চ্যেকশিন্না তম্বিরে। গুরুকৃপা অসিগী দমক্ শিষ্য খরনাদি মাবু কল্লক-মিৎয়েংনা ইয়েং-য়েংনখিদবা নত্তে।

নোংমদি অচাম্বা শিষ্য অসিগী গুরুভক্তিগী অশেংবা মশক্ অদু ময়াম্দা শঙ্করনা ফজনা থাঙ্গত্তুনা পুথোক্খি।

অলকানন্দাগী তোর্ব্বান্দা শিষ্যশিংনা ইকোই ক্কোইশিন্দুনা ফম্তুনা লৈরি। শিষ্য পুম্নমক্ গুরে, অদুদা সনন্দন-দদি য়াওদে। মহাক্তি করিনো হিদাক্ অমা থিবা তুরেল ব্রাংমদা চৎখিরম্ই।

চীংগী তুরেল অসি কয়া পাক্তে; অদুবু ঈচেন্দি কল্লি, কোঙ্গোল্গী মপৈ মপৈ কাহন্দুনা য়ং য়ং লাওনা ওংলদুনা চেম্মি। মসিদা ইরোইদুনা লাম্হোক্পদি কনাগী মতিক্ লৈতে। মাইল কয়া-মুক্ থাপ্লবা গঙ্গাগী খ্বাইদগী অথুবা মফম্ অমদা উজাওগী মউদা,

ময়রাদা পুন্নহুনা থোংগুম্বা অমা লৈ। অহু লান্দুনা সনন্দন-না তোর্ব্বান্ খ্বাংমদা চৎখিবনি।

মতম্ অসিদা শঙ্করনা শিষ্যশিংদা দর্শনগী অরুবা তত্ত্ব অমা ব্যাখ্যা তৌরি। অরুবা ৱাফম্ নৈনবা য়াওরো হায়না পুন্নমক্ পুমানা য়াথং পীরম্মি। য়াম্না চয়েৎ-খোয়েৎনবা অরুবা ৱাফম্নি। কনা অমত্তনা করিম্মু হায়দোক্লক্পা ঙম্দ্রে।

আচার্য্যনা নোকৃমি নোক্মি তৌরহুনা হায়রকই,—"নখোয় কনামত্তা মাসি লেপ্পা ঙম্দ্রেদনা? মুংঙাইতেদা। সনন্দন-দে! মা উদেনা? কদাই চৎখ্রে? মা অমুক্ত কৌরকউ, য়েংসি,—মানা করিগুম্বা মাসি খঙ-লাকপ্রা হায়না?"

তুরেল্গী খ্বাংমদা শঙ্করনা লৈহুনা য়েংলকই। "আই! সনন্দন-দি আদা পাকদগিগী উমংগী লম্বীদা চত্তুনা লৈরেসে।"

আচার্য্য মশামক্না তিঙ্খত্তুনা হোনা,—'হো সনন্দন, ঐখোয় পুন্নমক নংতবু ঙাইহুনা লৈরি; থুন হৌজিকমক হল্লক্লো, ঙাইরে।"

'হেক ভাবদা সনন্দন ইপা-পাখংখ্রে মথন্নাইদগী হেন্না মুংশিবা আচার্য্যনা কৌবা! মিকুপ্ অমা কাওবা থিন্বা য়াবা নত্তে। মানা ঙসাই লাল্লকৃপা থোং অহু তান্না চৎলবদি মতম্ য়াম্না হৌথ্রগনি। অহুনা গুরুদেবগী পাদপদ্মবু থমোইদা চেৎনা কোল্লহুনা ইপন্-পন্দনা তুরেন্দা হেক্তা কুমথরক্ই।

ঙাওনা লৈন্না তুরেম্না চেল্লী। মীগুম্বা অমবুদি অকংবা নাপীগুম্না চেম্বহুনা পুথখিগনি। গুরুনিংবা সনন্দন মশাগী খুদোংথিবগী ৱাকম্বু মিংশিংবিগদ্রা?

অসোম্দদি মী পুন্নমক্ থরক্ হুঙৎনখ্রে। ইংবদম্

উন্‌মহিনি, চীংগী তুরেল্‌শি তেনজৈমুক য়াংনা অকিবা শাফুদা হুন্থহনা চেল্লী ? থম্মোই শোকপা তমথিবা থৌদোক অমত্তু ওসি থৌককদৌরিব্রা ?

থীন্দনা ওকখ্রবা দৃশ্য অমা উরে। শিষ্যগী কাংবু অহু ওকপগা, মুংঙাইবগনা ফুম্বংনখ্রে। থরাই-হকচাং পুম্নমক গুরুদেবদা কৎথোকচখ্রবা সনন্দন-না নিঙাইদনা হরাওনা মাংলোম্‌দা চৎশিল্লি,—মাগী মখোঙ অমুক অমুক হেক থাংহনা অলকা-নন্দাগী ঈশিংদা নেৎপা খুদিংগী মপা খুদিংদা থম্বাল অমমম্ ফাওগৎলক্লম্মি ; মশাগী অরুম্বা পুম্নমকপু থম্বালশিং অহুনা ইরাই -লাইনা মথং মথং পুরম্মি। অঙকপা শক্তিবু পুরবা শিষ্য অসিনা তুরেল অহু লাম্থোক্লক্লহনা গুরুগী চরন্দা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম কচ্চরে।

শঙ্করগী মমিং অনীহু শিষ্যগৌববতগী পোকপা পংনা ওইথোক্লবা মঙাল অমনা ইরং-লংখ্রে ; মাইথোংনা মুংশিনা থুম্না নোকপা মিনোক্কা কোম্না ঙাল্লি। থৌজালগী পাম্বোম থাঙগত্তনা সনন্দনবু আশীর্ব্বাদ তৌরক্ই ; মুংশিনা হায়রক্ই—'ইবুংঙো সনন্দন, নংগী গুরুভক্তি, যোগৈশ্বর্য্য অমসুং জ্ঞান অসিদি মী পুম্নমক্কি তমজনিঙাইনি। থম্বালবু খোংনেত্তনা নংনা অলকানন্দ লাল্লে, অহুনা ওসিদগী নমিং অসি পদ্মপাদ হায়না ক্লাওরসনু।'

অহুগী মতুংদা সনন্দনগী মচিন্দগী তত্ত্বগী মরম্‌দা নৈনরিবা ব্লাকম্‌শিং অহুগী অরেপ্পা পাওথুম্ তাবদগী মাবু ময়াম্না অমুক্কা হেন্না পেন্নখি।

ভাষ্যনচিংবা লেংবগা কোন্ন-কোন্ননা অদ্বৈতবাদ অসি কন্না শন্নোক্লক্লে ; শেম্‌খে অনৌব য়ুম্ফম্ জ্ঞান সাধনাগী। শিষ্যশিং অয়াম্বা ওইরক্লে সিদ্ধ অমস্যুং শাস্ত্র পুন্নমক হৈবা। হৌজিক্তি শঙ্কর লোকখ্রে, ব্যাসগুহগী মপান্দা।

উত্তরাখণ্ডগী য়েৌবদা খুদোংথিরবা অথাপ্পদা লৈরবা তীর্থশিং অদু দর্শন তৌরগা মাগী মীশিংগা লোয়ননা উত্তর কাশীদা থুংলক্লে। অসিদগীদি মহাক্ অসি হান্নগুন্না ইবা অমস্যুং পাবদা অমস্যুং তত্ত্ব-তম্বিবদা থরাই য়াওরম্বা পুন্নমক অদু লৈখিদ্রে। হৌজিক্তি মহাক্না মতম্ পুন্নমক্তা অন্তর্মুখীন ওইনা ধ্যান-দা লুপ্‌ুনা লৈরি।

পুন্সিগী লামাই হাইদোক্লি আচার্য্যনা, পুক্নুংদা ফাওব্লি গুরু গোবিন্দপাদগী অনিংবা, অপাম্বা তুংইন্না পাংথোক্লে হৌজিক্তি থবক্ অপূম্বা; ভাক্লে প্রভু বিশ্বেশ্বরগী য়াথংসু; ভারতকি অধ্যাত্ম-ক্ষেত্রদা জ্ঞানগঙ্গানা ঙসি শীন্‌বা থুংনা চেন্‌খ্রে। মাগী নিংবা পুম্বা থুংজরে। পুণ্যভূমি উত্তরকাশীদা মাইখুম্বীগুম্বা হকুচাংদু অসিবু থুগাইদুনা লংশেক্‌পদা করি অমাঙবা লৈগদগে?

পদ্মপাদনচিংবা মনুংগী নকুবা শিষ্যশিংদি য়াম্না ৱানরে। আচার্য্যম্বু হন্দক্তি চহী তবাতরুক মপুং ফাগদবা কুইদ্রে। মহাক্ কয়া কুইনা পুন্সিরোই হায়বসিপু মখোয়না তাখি। অদুদি অশেংবমক্ আচার্য্যনা হন্দকি মপোক্ অসি লোইশিল্লগে খল্লক্লব্রা? ময়াম্ পুন্নমক্ অসি মাইথোং লাংশিন্নরম্মি।

অম্লুম্না হায়নৈ,—মতম্ অসিদা উত্তর কাশীদা লৈরিঙৈদা ব্যাসদেব মশামক্ লেংঙক্লনা শঙ্করগা উন্নখি। পুরাণ-দা থারিবা মশক্ অদু ইক্যায় হেক ফায়দ্রে। চাঙ-শাংই, কুচু মুই, জটানা লৈতেংঙি। শঙ্করনা স্তব-স্তুতি তৌজরবদা পেন্নিরক্লনা আম্লক্ল

বন পীবিরকৃই,—"ইবুংঙো, নংনা ভগবান-না তাকৃপিরকৃপা থৌদা নিংথিনা পাংথোক্লে। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি,—নংনা লেংবা অদ্বৈতবাদকি ভাষ্যশিং অসি জগত্তা অমাঙ-অতা লৈতবা ওইরসনু।"

শঙ্করনা মথুং অনী লোন্নরতুনা হায়জররকৃই,—"প্রভু, অদুদি য়াথং পীনবিরো, হৌজিক অশেংবা স্বরূপ অদুদা চংজতুনা লৈজরগে, হকৃচাং অসিগী অপুন্‌বা অদুদগী মতম্ কুইনগীদমক্ থাদোকৃ-চরগে।"

"মাদু নত্তে, ইবুংঙো, ঈশ্বরগী বিধানদি মাদু নত্তে। নহাক্ মতম্ খরগা হিংথিবা তারি; অকক্লবা নথৌ খরা তৌথিবা তারি। রাফম্ অসি হায়গে হায়তুনা ঐ ইশামক্ লাক্লিবনি। অদ্বৈতবাদ ব্যাখ্যা তৌবগী মহুংদা নংনা শাস্ত্রগী যুদ্ধম্ শেম্নে হায়বসি অচুম্বনি, অদুবু মরাচেৎনা লিংখৎলে হায়বদি য়াল্লি। দিগ্‌বিজয়ী পণ্ডিতশিং অদুম্ নহাক্কী মোত অসোমদা পুশিল্লক-দ্রনি। অরুবা থবক্ অসিমদি হৌজিক ফাওবা পাংথোক্লি। নহাক্কি সিদ্ধান্তশিং অসি মখোয়না লৌশিনখৈদি সাধারণ প্রজানদি কুদাইদগী য়াবিগনি? ঈশ্বরনা থারকৃপা মীশক্ অমা ওইনা নংনা আবির্ভূত ওইরে; মাগী থৌদা অদু মপুং ফানা পাংথোক্লমও। চহী তরাতরুক অমগা থবক্ অসিগীদমক্ নহাক্ পুল্লিখো।"

যুগাচার্য্যগী পুন্সি নাট্যদা অনৌবা অঙ্ক অসিনা হাপ্‌চিল্লে।

হৌজিক্কি দিগ্বিজয়ী পণ্ডিতশিংবু জয় তৌবা শঙ্করনা থোরক্লে। উত্তরাখণ্ডদগী রামেশ্বর, দ্বারকাদগী পরশুরাম কুণ্ড, মনকল

পুন্নমক্তা পাইহল্লে, অদ্বৈতবাদকি বিজয়পতাকা। ভারত শীন্-থুংনা শক্তিধর মহাপুরুষ অসিগী মঙান্না ইঙাল্ ঙাল্লে।

শঙ্করমক্তা অদ্বৈতবাদ হেক হৌদোপকনি হায়বদি য়াদে, থাইনা, আঃ মমাংদগী হৌনা তত্ব অসি দেশ অসিদদি অত্তুম্ লৈরম্লবনি। মহাক্তা মসিবু শিথরুরবদগী অমুক্ মথল্লাই হাপ্লনি। মহাক্কি শাস্ত্রব্যাখ্যা অমস্তুং মত্তুগী প্রচার, মহাক্কি ব্যক্তিত্ব, শেম্-গৎপগী প্রতিভা অমস্তুং অথোইবা শক্তি পুন্নমক্ অসিনা ভারতকি রাখলগী জগৎতা পাক্লা-চাওনা শন্দোক্লবা অওম্বা অমবু পুরক্খি।

যোগবিভূতিগা লোয়ননা রাখল্ অমস্তুং থৌশিল্দা হৈশিংবগা অঙকপা ফংনা পুন্শিন্না লৈ আচার্য্যগী পুন্সিদা। লৈপাক্ অসিতদা নত্তনা বিশ্ব অপুম্বগী ইতিহাসদা মসিগা চাংদম্নিংঙাই ওইবা অমা থিবা ফংলোই।

শঙ্করনা হায়রি,—ব্রহ্মনা সত্যনি, জগৎনা মিথ্যানি। নির্গুণ ওইবা, মশক্-মমিং পান্দবা জ্ঞানস্বরূপ ওইবা পরব্রহ্মতনা অমত্তা ঙাইবা লেঙদবা বস্তুনি অমস্তুং পরমতত্ব-নি; অত্তুগা বিশ্ব-সংসারদা হেক লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্ মায়াগী লীলা বৈচিত্র্য ঙাক্তনি,—অনিত্য-নি। সত্য অসি মমাঙগী অদ্বৈতবাদী আচর্য্য শিংনশু শন্দোক্ত্না লাকখিবনি। অত্তুদা মাসি শিথরক্লবা মতম্দা শঙ্করনা অনৌবা থল্লাই হাপ্লুনা তিং তিং লাওনা মিহুল্ হুল্ হন্খি; অনৌবা ঈথক্-ঈচেন্ পীত্তুনা লাউনা খোংনা ভারত ভূমিদা চেম্বহন্খি। চহী চা কয়াগী মতুংদা ঙসিসু মসিগী প্রভাব লেঙদনা লৈরি।

ভারতকি অধ্যাত্ম-পুন্সিদা বেদগী কর্ম্মকাণ্ডগী প্রভাব অমস্তুং প্রধান্য য়াম্না-কয়া মতম্নি। যাগযজ্ঞ অমস্তুং মপাম্থোংগী অনুষ্ঠান খিবিক্ত মতম অদুগী মী পুন্নমক্ অদু ইঙাও-ঙাওনদুনা লৈনরম্মী। শঙ্করগী অদ্বৈততত্ত্ব অমস্তুং মায়াবাদ-না মতম্ অদুগী ভারতকি পুক্নিংগী ফিভম্ অসিদা অকন্বা চৈফু ফুজিল্লম্মি। বেদগী জ্ঞান-কাণ্ডগী ব্যাখ্যাদা তোংদুনা মশাগী মতবাদ অসি য়াংনা চিংখত্তুনা থাঙ্গংলম্মি।

বেদ-দা সগুণ অমস্তুং নির্গুণ ব্রহ্মতত্ত্ব অনীমক্ য়াওরি। অদুবু নির্গুণ, নির্ব্বিশেষ ওইবা ব্রহ্মবু, মায়িক জগৎকা করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈতবা পরমাত্মাবু উপলব্ধি তৌদ্রিবমখৈ জীবগী পরম মুক্তি লৈতে হায়বা য়াফম অসিনি শঙ্করনা কম্না হায়রিবদি, তাক্লিবদি। ব্রহ্মগা জীবগা খেন্নবা লৈতে, মশা অমত্তনি, মায়াতনা কুপখিবনা জীববু ব্রহ্মদগী অতোপ্পা ওইনা, খেন্নবা ওইনা উনবনি, লৌনবনি হায়বা য়াফম অসিমস্তু মহাক্না কম্না শন্দোক্লম্মি। জ্ঞানগী মঙাল্লা হেক তাবদা অবিদ্যাগী, মায়াগী অমম্বা অসি তম্না মাঙখি; জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী খেন্নবা লৈতবা তত্ত্ব অদু ঙাম্থোক্লকৃই,—মতম্ অদুদা "তত্ত্বমসি" হায়বা মহাজ্ঞান অদু ইঙান্-ঙান্না ফাওরকৃই।

শ্রুতিগী সগুণ ব্রহ্মবু শঙ্করনা স্বীকার তৌইদি হায়রবশু মহাক্কি মায়াবাদনদি সগুণ ব্রহ্ম অসিবুস্তু মিথ্যানি, আনত্যানি হায়রি। শক্তি অমস্তুং গুণগী অস্তিত্বদি সগুণ ব্রহ্মতদনি। মাগী সিদ্ধান্ত (conclusion) মতুং ইন্নদি 'সগুণ ব্রহ্ম অসিদি মায়িক-নি, অনিত্যানি। অদুনা' যুক্তিনিষ্ঠা য়োম্দগী য়েংলবদি শঙ্করনা সত্যানি

হায়না লৌরিবদি নির্বিশেষ ব্রহ্মতত্ব-তনি। অদুগা মহাক্না অসিগুম্বা পরমতত্ব অসিবু বিশ্বগী মমাংদা লেঙদবা ওইনা তিংথকখি।

আচার্য্যগী অদ্বৈতবাদ অসি দার্শনিক ওইনা মরৈ য়েংননবা পোৎশক অমা ওইহল্লগা হেক্কি ত্তোকপা নত্তে; মহাক্না তাকপা বেদান্ত-বিচার অমসুং সাধনগী লম্বিগী মতেংনা শিষ্য ময়াম অমসু আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমজখি। মখোয় অসিগী প্রভাবতগী জ্ঞানপন্থী সিদ্ধ সাধক কয়া অমসু ভারতকি মফম মকম "খুদিংগী" মতিক মঙানুগা লোয়ননা ফাওরকখি। মীথোই-মীহেনবা শাস্ত্রবিদ অমা ওইনতা নত্তনা মহা-শক্তিপূবা আত্মজ্ঞানী মহাপুরুষ ওইনসু শঙ্করবু লৌনখি। ভারত অপুম্বগী অধ্যাত্মনেতাগী আসন্দা মহাক্না লৈতেংখি। অরান্-খুবম ফংনিংবা সন্ন্যাসী অমসুং অহল ওইরবা শাস্ত্রবিদ কয়া কয়া নহা ওইরিবা আচার্য্য অসিগী মনাক্তা তিল্লরি।

অমোমা সাধক সাধারণ (অচম্বা) মীওইশিংগীদমক শঙ্করনা ব্রহ্ম-সাধনাগী লম্বী অমসুং পদ্ধতি কয়া কয়া পুথোক্লনা তাকই, মায়ামনি হায়দুনা মখোয়শিং খাদুবু শঙ্কশকপা ত্তৌদে। অদুনমি মায়াবাদী অদ্বৈতবিজ্ঞানী অসিনা অন্নপূর্ণা প্রশস্তি, শিবাষ্টক অমসুং গঙ্গা-যমুনা স্তুতিগী শ্লোক কয়া কয়া লেংদুনা ভক্তিনা থল্লবা খোম্থোক্লা পারিবা। সন্ন্যাসীশিংগীদমক জ্ঞানোপাসনা থম্বিরে, অদুগা সাধারণ ভক্তশিংগীদা পূজা অর্চনা তামসুং ভজন-কীর্তন। নির্গুণ, 'নিরুপাধিক ব্রহ্মবাদকি অথোইবা ব্যাখ্যাতগী কন্নমনা ঙংদুনা শকচরি, 'ভজগোবিন্দং, ভজগোবিন্দং ভজগোবিন্দং মূঢ়মতে।' মাসি থোইদোক্না ওক্লিংঙাইদি।

ভারত শীন্‌বা-থুংনা বেদান্তগী ধর্ম্ম লিংখৎকদোবনি, অদ্বৈত-বাদকি ফিরাল্‌ থাংনা পাইহন্‌গদোবনি। হৌজিক থিস্থবা অমুক য়াদ্রে। থুনা-য়াঙনা কুমথখে্‌ শঙ্করনা উত্তরাখণ্ডদগী।

চোলদেশদা লৈবা মীমাংসাদর্শনগী অথোইবা পণ্ডিত আচার্য্য কুমারিল ভট্টনি। মাইকৈ মরিমক মহাক্কি মগুণনা, মহাক্কি জয়-জয়কার-না পুম্নিল্‌ নিল্লি। মহাক্কি পুন্সিগী অথোইবা ব্রতনা, যাগযজ্ঞগী থাফম্না তিন্‌বা বৈদিক অথোইবা কর্ম্মকাণ্ড। বৌধ অমস্তুং জৈন ধর্ম্মগী ফাওরবা লুচিংবশিংনা মহাক্কি অচৌবা প্রতিভাগী মমাংদা অমমম্‌তা ওইনা মকোক নোল্লি।

প্রয়াগধাম চত্‌না শঙ্করনা কুমারিলগা উন্নরে। তরাম্না ওকপা-খোৎপা লোইনরগা শঙ্করনা, "মহত্মানা, নহাক্কা উন্নজগে হায়বগীদমক্তা অসিদা লাকচরি। বেদান্তগী অদ্বৈতসিদ্ধান্ত শন্দোক্ন-বগীদমকঐনা ভারত থুংনা কোয়জরি। অত্থুদা নহাক্কুম্বা দিগ্‌-বিজয়ী শাস্ত্রবিদনা য়ানিদ্রবদি ঐগী থবক অসি চৎথবা য়াদ্রে। নহাক অসে বেদগী কর্ম্মকাণ্ডগী অথোইবা সমর্থক-নি হায়না ঐনা খঙজে। অবুত্থু ঙসিদগী ঐনা নহাক্‌পু ঐগী মতবাদ অসি লোইহঞ্জনিংই। ঐগা ঙাংনবদা মাইথিরবা মতুংদা নহাক্না ঐগী ভাষ্যগী বার্ত্তিক অমা লেংবিয়ু। নহাক্কুম্বা মহাপণ্ডিত অমবু মাসি তৌহন্বা ঙম্‌জরবদি অদ্বৈতবাদ মরা চেৎনা লিংখৎপা ঙম্লগনি।

শাওবনা কুমারিল ভট্টগী মমিৎ অনী অত্থু ঙাংশিন্‌খে্‌। শঙ্করবু খোঙদগী তোন্‌ ফাওবা মমিৎ কুপ্তনা য়েংলম্মি। চহী তরাতরুক্কি পাখং সন্ন্যাসী অসিবু কনানো? কদাইদগীনো মাগী

অসিগুম্বা থৌনা-সিনা ? অরেম্বদা চাওথোক্চবা মচরিংলা, নত্রগা লাইনা পীবা প্রতিভাগী শক্তিমক্করা ?

ভট্টপাদগী শিষ্যশিং অদু য়াম্না ময়াই কানখ্রে। শঙ্কর অমস্তুং ছুংইম্বশিং অদু ইকোই-কোইনা লেপ্তুনা লৈরম্মি।

শঙ্করগী অরেপ্পা পরিচয় অদু থুনা মফম্ অদুদা খণ্ডনরক্লে। কুমারিলনা হায়রক্ই,—'আচার্য্য, নহাক্ গোবিন্দপাদ স্বামীগী শিষ্যনি, ঐ খঙই ; নহাক্কি অথোইবা প্রতিভা অমস্তুং শক্তিগী ৱাস্থ ঐ তারে। উত্তরাখণ্ডদা লেংবা নহাক্কি ভাষ্যশিং অদুগী মিংচৎ ভারত শীন্বা থুংনা শন্দোক্খ্রবনি।"

মশাগী অথোইবা ভাষ্য খর ইন্শিল্লক্কুনা শঙ্করনা,—"ভট্টপাদ ! ঐগী লাইরিকশিং অসি পাবিরগা নহাক্না ঐগী সিদ্ধান্ত অসি য়াবিয়ু নত্রবদি ঐগী থবক চথবা য়াদ্রে।"

"অদুদা আচার্য্য, নহাক্না খুদোং য়াম্না চাদবা মতম্দা ফাওরক্লে। ঐদি হৌজিকমক ৱাইগী মৈদা ইশা অসি মৈ থাদোক্চরগে হায়না ৱাশকথোকউরে।"

"এঃ, করি ৱানো ? নংগুম্বা মহাপণ্ডিত অমনা আত্মঘাত তৌগদৌরিবা ?"

"অদুদি শম্পৎনা ৱা অমা হায়গে, তাও। বৌদ্ধ ন্যায়শাস্ত্র হৈগে হায়দুনা মতম্ অমদা ঐনা বিহারগী নালন্দাদা চৎলম্মি। আচার্য্য ধর্ম্মকীর্ত্তিগী মফম্দা চহী কয়া তম্লে। ঐগী বৌদ্ধ আচার্য্য অসি মমৈদদি নোংমা ঐগী ইফম্দা ৱাফম্ অমগী তর্ক-বিচারদা মাইথিরে। ইকাইবা, মথৱাই-মুংঙাইতবদগী ৱাইগা

মৈনুংদা চংহনা পুন্সি লোইশিন্খি। হৌজিক পুন্সিগী মুংদাংব্রাইরম অসিদা ঐনা গুরু হাৎপগী প্রায়শ্চিত তৌগে হায়না লেপ্পে। মাংদা ঝাইগী মপৈ লৈরিবা অসে উরেদনা; ঐনা মাসিদা তোংহনা মৈ চুরগা আত্মাহুতি কৎকদৌরিবনি।

"অহুবু মহাত্মন্, ঐগী হায়জরিবা বিচার অসিদগী লৈথোক্পিরবদি নহাক্কি ফত্তবা মিংচৎ লৈহৌরগনি।"

"আচার্য্য, মাহুগীদমক্তদি ঐ খন্দে, ঝাদে—বিচার অহুগীদি ঐনা শীন্দুনা থনম্গনি। বেদ লিংখৎনবা ঐনা পুন্সিচুপ্পা হোৎনরক্পনি। অহুদা বৌদ্ধ, জৈন-নচিংবা অবৈদিক ময়াম্ অসি মুত্থৎনবা হোৎনবদা ঐগী পুন্সিগী মতম্ অয়াম্বা চংথোকখ্রে, অহাংবা মতম্ ইফং ফংখিদ্রে। মরুদি বেদ মশা পুন্নমক অসি পুন্সিং-লিংখৎপনি ঐনা পাম্মম্বদি। অহুনা নহাক্কি মোতকা ঐগীগা অনী অসি অস্থম্ অস্থম্ নকশিন্নরকপা অসিতনি ঐনা আশা তৌজরিবা। নহাক হৌজিক ঐগী শিষ্য মণ্ডন মিশ্রগীদা চৎলো। শিষ্য ওইরবস্থ ঐগী শ্রদ্ধাগী পাত্রনি। মাগী প্রতিভা অমস্থং ন্যায়বিচারদা হৈশিংবা অসিদি মপা লৈতবনি। মণ্ডন্না করিগুম্বা নহাক্কি মফমদা মাইথিরবদি ঐ ইশামকপু মাইথিবা পীরবনি হায়না লৌবা য়াগনি।

বৈদিক জগৎকি অতোপ্পা অথোইবা পণ্ডিত কুমারিল মৈ মন্থুংদা লেংশিন্খ্রে।

দক্ষিণদা মাহিষ্মতী সহরদা মণ্ডন মিত্রগী ময়ুমনি। নর্ম্মদা অমস্থং মাহিষ্মতী তুরেলগী সঙ্গমগী মনাক্তা কোন্নুংগুম্বা মাগী

সঙ্গাইনা ওাল্লি। বেদবিদ্যাদা মণ্ডন্ লাম্বা লৈতবা মীশক্লি, অফাওবা যাজ্ঞিক অমস্তুং ধর্ম্মগুরু ওইনা মাগী ঐশ্বর্য্যগী ওম্থৈ লৈতে।

শঙ্করনা থুংলুবা মতম্ অসিদদি চেক্‌পম্না কোইশিল্বা চাউরবা যজ্ঞস্থল অদু মৈথুনা কুপ্‌শিন্দুনা লৈরম্মি। বেদবিদ ব্রাহ্মণ অমস্তুং শিষ্যশিংনা কোইশিন্দুনা মণ্ডন্‌না পুক্লিং-লুপ্‌শিন্না হোম তৌরম্ই। থোংশংবনা শঙ্করবু চংহন্ত্রে; হন্না হন্না হায়জরবদস্তু মহে য়াম্রে। মহাক য়াম্না শাওরে। শঙ্করনা ক্বিভন্না ময়াখিদ্রহনা, বিভূতি ফোংদোক্‌পদা মতাখে. যোগশক্তিনা শুন্দা পাইখত্নুনা ফক্লাং লানশিন্দুনা চংখি।

মণ্ডন্ মিশ্র প্রতাপ চাওবা যাজ্ঞিক অমনি। ইনাক্ খুনথ্‌বশিং অমস্তুং নিংথৌ কয়া কয়া মাগী শিষ্যনি; মখোয়স্তু মাগী য়াথং ফংদ্রবদি যজ্ঞ ক্ষেত্রদা চংনদে। অদুদি তৌওম্‌দবা নহা সন্ন্যাসী অসি কনানো? কদাইদগীনো মাগী থৌনা অসিদে? মণ্ডন মিশ্রনা শাওবনা ক্বি, ক্বি হেক কাম্মদুনা শঙ্কররোমদা প্রপ, প্রপ হেক চংশিল্লকই।

শঙ্করনা ইংনা চিংলেম্না হায়রক্‌ই,—'আচার্য্যবর, ঐগা নহাক্না শক খণ্ডনদ্রি, ঐদি মহাযোগী গোবিন্দপাদগী শিষ্যনি—ইমিংনা শঙ্করাচার্য্য। নহাক্না বিচারদ্বন্দ্ব শিংনগে লাক্লি ওসি ঐনা। নোংমা নহাক্কি গুরু ভট্টপাদ কুমারিলবু মাইথিবা পীগে চংলুবনি। অদুবু মাদুগী খুদোং চাবা ফংলক্ত্রে। মহাক্না মাগী শিবা-নাইবা হক্‌চাং থাদোক্লিদৈদা ঐওোন্দা হায়রম্ববু নহাকপু মাইথিবা পীবনা মহাকপু মাইখিবা পীবা শক্তনি। ঐনা পাম্মিবদি,

—নহাক্লা বেদগী কৰ্ম্মকাণ্ড থাদোক্তুনা ঐনা শন্দোক্লিবা জ্ঞান সাধনা অমস্তুং অদ্বৈতবাদকি মত অসি নহাক্লা লৌবা—অসিনি।"

গুরুবা অমস্তুং শাওবনা মৈ হৌরবা মণ্ডননা মিৎয়েং অমত্তদা য়েংলকই,—খল্লি,—অঙাং সন্ন্যাসী অসিনা কনাগী মফমদা বাঙাংলিবনো হায়বদো মানা খণ্ডলমদবা তাই।

তৌইগুম্বস্তুং মণ্ডননা মশাগী অরানবা বাখল্ অসি মশানা ফাজবা পংকুই কুইনা চংলমদে। বা অমা অনিদং ঙাংনরবা তুংদা নহা সন্ন্যাসী অসি মীচম নত্তে, মীওইবগী মরক্তা থোক্কবা শক্তিনা শক্তিমান ওইবনি হায়বসি মণ্ডননা খঙখি। অদুদা লুরিবদি মানা হন্দক শিংলকইবা বিচার-দ্বন্দ্ব ( তর্কযুদ্ধ ) অসি য়াদবস্থু য়ারোইদৌরি।

মণ্ডননা হায়রকই,—'যতিবর, নহাক্লা শীংলরিবা তর্কযুদ্ধ অসি ঐ য়ারে। তৌইগুম্বস্তুং তৌনত্রিভৈগী মমাংদা মাইথিবা মী অদুদা করি দণ্ড পীগদগে হায়বদো হায়না লেপ্পখিসি।'

ময়াই-কাবা নাওংদা শঙ্করনা থুম্লক্ই,—'আচাৰ্য্য, মাইথিবা নিপানা অঙম্-অঙম্বা নিপাগী শিষ্যত্ব লৌনসি, নহাক্লা ঙম্মগনা ঐনা নহাকপু গুরুত্ব বরিজগনি, নংগী শিষ্য ওইজগনি, দণ্ড-কমণ্ডলু পুন্সি অসিমগী থাদোকচগনি। ঐনা ঙম্লবদি নহাক্লা য়ুম্বান্বা ( গাৰ্হস্থ্য ) থাদোক্তুনা সন্ন্যাসব্রত লৌবিবা অমস্তুং ঐগী শিষ্য ওইবিবা তাই।'

"য়াম্না করে। অদুদি বিচার সভা অসিগী মধ্যস্থ কনানা ওইগনি?"

"আচার্য্য, ঐনা মক্কম্ কয়াদগী নহাক্কি সহধর্ম্মিনী উভয়-ভারতীগী মিংচৎ তারক্লে। মহাক্না বিচারসভা অসিগী নেত্রী ওইবীহ্নুনা জয়-পরাজয় লেপ্পিসনু।"

"তাকপিরিবা বাফম্ অহু মুন্না অমুক্তা খন্থবিখো উভয়-ভারতী অমরোমদা হায়রে মুপীনিদো; অহুগীসু মথক্তা ঐগী গৃহিনী-নি। মণ্ডোন্দগী সুবিচার ফংবিগনি হায়না থাজবিব্রা?"

"থাজৈ; নহাক্কি মুপী অসি কাহেন্‌বা বুদ্ধি-লৌশিংগী অমসুং শাস্ত্রজ্ঞানগী মপু ওইবতা নত্তনা অচুম্বা চৎপগী লম্বি-রোম্‌দগী খন্নবদসু মাগা চাংদম্নগদবা মী অসি পংনা ফংলোই। মহাক্না ঐখোয়গী মধ্যস্থা ওইবা অসি ঐদি য়াম্না পাম্মি।"

মণ্ডন্‌সু হায়রিবা অসিদা য়ারে। মাহিষ্মতী সহরগী পণ্ডিত সমাজগী মমাংদা তর্ক-বিতর্কগী লাল অসি হুমিৎ তরানিপালনি চুপ্পা চথখি। মতুংদা উভয়-ভারতীনা আচার্য্য শঙ্করনা ওন্মে হায়না লাউথোকখি। মতিক লৈরবা মণ্ডন্ মিশ্রগী মাইথিবগী বাফম অসি মাইকৈ মরিদা শন্দোকখিহ্নুনা মী পুন্নমক্কি বাখন্দা মথুম-মরাং হোৌবা অমা পোকহন্‌খি।

অনৌবা জয়গৌরবকি হরাওজবনা শঙ্করগী মাইথোং মকা লাম্‌খরে। বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডগী অথোইবা আচার্য্য অমা ওসি মাগী মকম্‌দা মাইথিরে। মহুগী মহৈনা হৌজিক্তি অদ্বৈতবাদ শন্দোক্‌পদা পীরম্বা অচৌবা য়ৈথাইবা অমা কোক্‌খ্রে। মণ্ডন-না হৌজিক্তি শঙ্করগী শিষ্যত্ব লৌবা তারে। সন্ন্যাস দীক্ষা পীনবগী দমক্ মানা থবক প্রপ্ প্রপ্ পায়থৎলক্লে।

মাতুদা উভয়-ভারতীনা থিংহুনা,—'যতিবর, ঙাইবিখো ; ঐ রা অমত্তা হায়খিগে। হৌজিকৃমক্ ইপুরোইববু সন্ন্যাস লৌহন্‌বা য়াদ্রি। ঐ মহাক্কি হকচাং-তথাই ওইবনি। নহাক্কা ঐবুদি তর্ক যুদ্ধদা মাইথিবা পীত্রিদনা। অচুম্বদি নহাক্কি জয় অসি তথাইতমক্ মতৌরি। অতুনা, ঐনা নংবু শাস্ত্র--বিচারদা শীংলিবা অসিনি।"

য়াম্না ঙকৃপা মণ্ডংদা তর্কদ্বন্দ্ব শীংলক্লি। উভয়-ভারতীগী রাফম্ অসিগী অচুম্ অরান্গী বাদি লাইরহুনা শীংলক্লিবা অসিদা শঙ্করনা য়াদহুনা লৈখোক্ক‌ুনা চৎনিংদে। উভয়-ভারতীবু মাইথিবা হেক্ পীবদা মণ্ডন্গী ইমুং-মনুংতা নত্তনা দক্ষিণ-ভারত শীম্বুংনা অদ্বৈতবাদ-কি জয়পতাকা পাইররনি।

মোমোন্ নোক্কুনা,—"হে আচার্য্যপত্নী, লান্শীংবিরকৃপা অতু ঐ য়াজরে। তাকৃপিয়ু হৌজিক্ করম্বা শাস্ত্র পায়খত্তুনা লাম্থেংনসিগে হায়বদো।"

"যতিবর, ঐখোয়গী তর্কযুদ্ধ অসিদি কামশাস্ত্রগী মরম্দা তৌনসি।"

তাবদা শঙ্কর য়াম্না ঙকৃখ্রে। করিনো হায়রিসিবো ? পাক-চাউরবা শাস্ত্র-সমুদ্রদদি কামশাস্ত্র হায়বসিদি গুহামচা অম-গুম্বনি। অতুগা মহাক্কি পুন্সিগী শৈহৌদগী ব্রহ্মচর্য্য অমসুং সন্ন্যাসব্রত লৌরকৃপনি। অতুবু হৌজিক্কা কামশাস্ত্রগী বিচারদা কুম্বা ? মণ্ডোন্দা মসি য়াম্না লুনা খোকৃখ্রে ; শঙ্কর জ্ঞান তাদ্রে, তৌকম্ খঙখিদ্রে।

নোঙ্গ্ক্লা হায়রকৃই,—'দেবী, হিরম্ অসি নত্তবা অতোপ্পা তর্ক তৌথিয়ু। ঐনা নোঙ্গ্কচরি" নঙোন্দা।

"আচার্য্য, সর্ব্বশাস্ত্রবিদ অমসুং মহাজ্ঞানী অমনি হায়না মহাক্ ফাওরিবনি। অত্তুদি ঐনা নৈনসি হায়রিবা কামশাস্ত্র অসিবু নহাক্কি জ্ঞানগী মথান্দা লৈবা রাকমদি নত্তেদনা? অত্তুগী মথক্তা নহাক্ অসিদি ব্রহ্মবিদ অমনি। রাকম্ অসি নৈনবদা নহাক্কি চিংনবা পোক্পনা করিগী ওইরবনো? অত্তুগা রাকম অমনা, ঐগী ইপুরোইবনা হায়খিবা রাকম্ মতুং ইন্না সন্ন্যাস লৌগনি হায়রি? অত্তুগী মমাংদা নহাক্কি জ্ঞানগী পরিধিনা কয়া চাউবা অমদি নহাক্কি যোগ সামর্থ্যনা কদায় ফাওবা ওইরিবা —মসি ঐনা পরিক্ষা তৌত্তুনা য়েংনিংঙি।"

শঙ্করনা মুপী অসিনা লান্শীংলকৃইবসি মায়োক্ য়াবদা মতাখে। অত্তুদা শেম্শানবগীদমক্ থা অমগী মতম্ শঙ্করনা নিজরে।

মাহিষ্মতী সহরগী ঙম্খৈদা বন অমদা আচার্য্যনা শিষ্যশিংগা লোয়ননা লেংশিন্দুনা লৈরি। তৌনগদৌরিবা বিচার অসিগী মরম্দা খবদা য়ান্না রাখে। কামশাস্ত্রগী তাত্ত্বিক বিচার খণ্ডলগতা মহাক্না জয়ী ওইবা য়ারোইদৌরি;—শাস্ত্র অসি করম্ হায়না থবক্তা পান্শিন্গদগে হায়বা লম্বেন্ অদোম্দদি মহাক্কি পুম্বং পংই। প্রত্যক্ষ অনুভূতি অমসুং জ্ঞান অত্তু নত্তনদি মুপী অসিগী মমাংদা মহাক খাঙ্বা ঙম্মোইদৌরি। মশাদি পোক্পদগী ব্রহ্মচারী অমনি। অত্তুনা মাসিগীদমক্ শেম্-শাগে হায়রবদি, মাত্তুগী লম্বি হায়ববু অতোপ্পা মী অমগী হক্চাংদা চংবা তারি।

অতোপ্পগী হকচাংগী মতেংভনা শাস্ত্র অসিগী ব্যবহারিক জ্ঞান অমসুং অনুভূতি অসি কংবা নত্তনা অতৈ পাম্বে লৈত্রে। অদুবু মসিগী খুদোংচাবা অসিদি হৌজিক্তি কদাইদগী ফংগনি? শঙ্কর তৌকম্ খঙ্দবা খুদোংথিবদা তাখে।

লাইবক্ ফবদগী খুদোংচাবা অমা তন্না ফাওরক্লে। কয়া থাগুনা উমং অদুগী মনুংদা অশিবা হকচাং অমা মৈ থাগদবগী শেম্শারি। শিরিবা মী অদু অমরুক কৌবা নহা ওইরিবা নিংথৌ অদুনি।

আচার্য্যনা খুদোংচাবা অসি নাম্বোক্‌হল্লরোই হায়না লেপ্‌খে। গুহাবা বন অদুগী মনুংদা চীং পরেং লৈরি। চংবদা পাক্ ওম্নররোইদবা গুহা অমা হেক্ য়ৌবদা শঙ্করনা শিষ্যশিংদা হায়রকই,—“মণ্ডনগী মুপী অসিগী বিদ্যাগী চাওথোক্‌পা অসি থুদেক্তনদি ঐখোয়গী অদ্বৈতবাদ শন্দোক্লবা হোৎনরিবসি মতোল্লোম্মরোই। অদুনা ঐ হৌজিকমক্ যোগগী শক্তিনা নিংথৌগী অশিবা হকচাং অসিদা চংলগে। থা অমগী মনুংদা হন্দোক্লম্লবা হকচাং অসিদা ঐনা অমুক্ হল্লক্কে। মরক্ অসিদা নখোয়না ঐগী হকচাং অসি চ্যোকশিন্না ভাক্-শেন্দুনা লৈগদবনি। অখুপ্পা মকম্ অসি কনামত্তনা থিবা ফংহল্লোইদবনি। অদুগা ঐগী হকচাং অসিসু কনামত্তবু শোকহল্লোইদবনি।”

অসোম্দা নিংথৌগী অশিবা হকচাং অদু মৈ থাননবা শেম্ শানরে। চন্দন-কাষ্ঠ অমসুং ঘি মীপোৎ, মীপোৎ পুরক্লুনা পৈররে। মন্ত্রিশিং অমসুং পুরোহিতশিংনা ধর্ম্মগী হোমবী কায়দনা

কর্ম তৌননবা শীল্লে। খঙ্‌হৌদনা অশিবা হকচাং অহু লেং-খোৎলক্লে; তপ্পা তপ্পা মমিৎ পাংথোক্তু্না কোইয়েং য়েংলক্লে। মসি উবদা মী পূম্নমক্‌ ঙক্লবনা লোইরে।

নিংথৌ অমরুক হিঙ্গৎলক্লে; অরূম্বা মফি-মরোন্‌ অমস্তুং লৈপরেংশিং অহু কম্থোক্তু্না হৌগত্তু্না ফম্লে।

লাইগী কৃপাদগী নিংথৌ হিংলে। মরিমতা অমস্তুং মনাই-মশন্‌ স্তুংঙাইনবগী ঙম্‌খৈ লৈখিদরে। পুং শেন্‌ য়ৈহুনা, যন্ত্র কয়া খোংহুনা আড়ম্বর চাওনা নিংথৌবু শঙ্গাই তাম্না পুহুনা চৎখি।

চুম্না অমুক্‌ হিঙ্গৎলকপদা নত্তুনা নিংথৌ অসি হন্দক্তি পুমওন ওল্লবা অনৌবা মীওং অমা ওইখ্রে। হান্নগী মাগী রাজসিক ওইবা পুক্লিংগী ফিবম্‌ অহু মাঙ্‌খ্রে। ভোগস্থখ অমদি কেথোক্‌ মৌথোকপা পুম্নমক্তা হন্দক্তি য়াম্না হঙ্গোইনা তৌই। অমরোমদনা লৈবাক্কি শাসনগী থবক্তুদি হেন্না হৈশিংবা উৎলি অমস্তুং অনৌবা জ্ঞানগী মঙাল্‌ অমা মঙোন্দা ঙাম্থোক্লকপগুম্‌ তৌই; তৌইগুম্বস্তুং লৈবাক্‌ ঙাকপগী মশাগী হান্নগী লৌশিং লৌরাং অহুদি পুম্মাঙ্‌ মাঙ্‌খ্রে।

নিংথৌগী অশিবা হকচাংদা যোগবিভূতি লৈবা কনাগুম্বা মহাপুরুষ অমনা চংহুনা লৈরব্রা হায়না রাণীনা য়াম্না চিংনরে। মন্ত্রিগী মপুক্লিংদস্তু চিংনরিবা অসিমক্‌ পোকখ্রে।

রাণী অমস্তুং মন্ত্রী অনীমক্‌ অসি লোম্না য়া তাম্নরে। যোগী নত্রগা সন্ন্যাসী অমনা হকচাং অসিদা যোগবিভূতিগী শক্তিনা

চংহুনা বিহার তৌবা ওইরবদি মহাক্‌পু অমুক্‌ হন্না চখোক্‌-হনখিবা য়াদ্রে। পাম্বে অমা তৌহুনা নিংথৌ অসি হিংহন্দুনা থম্‌দবা য়াদে।

হৈশিংবা, বুদ্ধি য়াম্না কুপ্পা মন্ত্রীনি। অতোপ্পা হক্‌চাংদা চংবা গুম্বা যোগী অমগী মশাগী হক্‌চাং অহু অনকপদা অরো-নুবা মফম্‌ অমদা ঙাক্‌-শেন্দুনা শোয়দনা লৈরম্মনি হায়না মানা কন্না থাজরি। মাহু থিরগা হান্না মাঙ্‌হন্বা তাই। মাহুম্‌ তৌর-বতদা নিংথৌগী হক্‌চাং মন্নুংদা চংহুনা লৈরিবা সূক্ষ্মদেহী সাধক অসি মহাক্কি হৌজিক্কি আধার হায়বদি নিংথৌগী হকচাং অসি থাদোক্কুনা চৎহল্লোইদবনি।

কনাগুম্বা যোগী নত্রগা সন্ন্যাসীগী অশিবা মশা থেংনরবদি খুদক্‌ অহুমক্কুদা মাবু মৈ থাদোক্কদবনি হায়না অকনবা হুকুম্‌ তৌরে।

নিংথৌগী মীশিংনা মফম্‌ পুম্নমক্‌ হন্দুনা থিরক্লে। শঙ্করগী শিষ্য পুম্নমক্‌ য়াম্না ৱানরে, কিনরে। করিগুম্বা মখোয়গী গুরু-দেবগী হকচাং অসি নিংথৌগী মনাইশিংগা থেংনখ্রবদি মাহু কন্নবগী উপায় লৈতে।

অমুক্‌ থিহুবা চুমদ্রে, পাম্বে অমা হোৎনহৌদবা য়াদ্রে হায়না অথোইবা শিষ্য পদ্মপাদনা খন্‌খ্রে। মতম্‌ লৈরিঙৈদা আচার্য্যবু চোক্‌শিন্নবা হায়হৌদবা য়াদে। ভিক্ষার্থীগী মশক্‌ লৌরহুনা শিষ্য কয়ামুক্‌ নিংথৌ অমরুক-কি মফম্‌দা থুংলরে।

নিংথৌগী হকচাংদা চংতুনা লৈরবা শঙ্করগী মফমদা শিষ্যশিং অসিনা হায়জরকই,—"প্রভু, নিংথৌগী মীশিংনা মফম্ পুম্নমক্ হন্দুনা থিরক্লে। নহাক্কি থাদোক্লম্লবা হকচাং অসি অমুক্তং কন্না-শুম্বনা হেক্ খেংনবদা মুন্দুনা নমথুনা মৈ থাদোক্খিগনি। অমুক্ থিম্বা তৌদনা অশেংবা মশাদা হঙ্গিন্‌বিরক্লো।

অশিবা হকচাংদা চংতুনা লৈবগী কাম্লবস্থ হৌজিক্তি লোইরে। মসুং অসিদা কামশাস্ত্রগী তত্ব অমসুং তথ্য পুম্নমক্ লোইনা মথুং চল্লে। মাম্না লোম্না শিষ্যশিং অতুদা হায়রকই,—"করিমত্তা কিগনু। নখোয় হৌজিক গুহাদা থুনা হন্দুনা পাইতুনা লৈরুয়ো। ওসিমক্ ঐহাক্ হকচাং অসি থাদোক্তুনা তম্না লাক্লগে।"

অসোম্দা কিনরম্বা অতুমক্ চপ্-চানা থোক্লম্লে। সন্ন্যাসী ময়াম্ পৈথুনা লৈবা অতু উবদা নিংথৌগী মীশিংনা মাম্না চিংনরুনা গ্রিবগী থবক্ অতু কন্না চপ্পনবা অসুম্ চংশিল্লক্লে।

থিনা থিনা অসুম্ চংশিল্লক্তুনা লাম্মী কাংলুপ্ অমদি গুহা অতুদা থুংলরে। শিষ্য পুম্নমক্ মখোয়গী গুরুদেবগী হকচাং অতুতদি মশোক্হল্লরোই হায়তুনা লাম্মীশিং অতুবু থিংননবা শেম্শাখ্রে।

মরৈ কন্না য়েংনরে; ইন্না-খোংনবা কন্না তৌনরক্লে। মতম্ অসিদা ইখণ্ড্ খণ্ড্ হৌদনা শঙ্করগী অশিবা হকচাং অতু লোং-খোংপা হৌরক্লে।

তুম্ বদগী হৌগৎলক্পা মীগী মতৌ গুম্না শঙ্করনা কপ্পা হৌগৎ-লক্তুনা ফমুং মথক্তা ফম্লে। খোক্পা হৌনদবা দৃশ্য অসি উবদা লাম্মীশিং চক্থিবনা ফুম্বাইননা লেপ্তুনা য়েংতুনা লৈরে। মসুদগীদি থিন্দনা কোম্নুং তম্না হুম্লখে।

শঙ্করনা মশাদা হন্নকপা মমিং অমিংঙদা নিংথৌ অমরুককি পুন্সি মতোন্ লোমখি।

শঙ্করগী থোইদোক্লা অঙকপা ওইবা যোগবিভূতিগী রাফম্ অসি লৈম্বেগী মতৌগুম্না মাইকৈ মখিদা শন্দোকখি। মাহিষ্মতী সহর অমসুং মাসিগী মনাক্ নক্প লম্দম্ পুম্নমক অসি আচার্য্যগী মরমদা চাংনবা বা অসিনা পুন্সিন্ মিন্খি।

ময়াই-কানা, চাওথোক্লা শঙ্করনা হৌজিক্তি মণ্ডন মিশ্রগী থোঙ্গান্দা থুংলরে; উভয়-ভারতীগা তর্কযুদ্ধ তৌনবা মথুংকানা শেম্-শারহনা লাক্লবনি।

মণ্ডনগী মুপী ( মতু ) অসি য়াম্না কিরে। কামশাস্ত্র মথুং কানা হৈরহনা আচার্য্যনা লাক্লবনি; হৌজিক্ কনানা মায় মাইথিবা পীবা ঙম্গনি? অহুগী মথক্তা মীওইবা মরক্তা থোক্লরোইদবা শক্তি পুবা মীশক্ ওইরিবা আচার্য্যগী অপেংবা স্বরূপ অসিমু উভয়-ভারতীনা মুন্না খঙজরে। ঈশ্বরমক্তা থারকপা আচার্য্যনি; যুগকি অবতারনি। কনানসু মাগী লায়া ওইর গুইথোক্লবরি। উভয়-ভারতীনা মথুং লোন্নবা মাইথিরে হায়না য়াজরে। মরম্ খরগী মতুংদা মতিক্-মণ্ডন চেলরী মহিরো অসি রোগগী শক্তিনা শ্রিবা-নাইবা হকচাং থাদোক্লমহনা চংখি হায়রে।

হৌজিক্তি মণ্ডন মিশ্রনা শঙ্করদা মরিহনা সন্যাস দীক্ষা লৌজরে; অনৌবা মমিংনা সুরেশ্বরাচার্য্য। মহুংদা ভারতকী অথোইবা বৈদান্তিক অমনি হায়না মহাক্ মমিং চংখি।

মণ্ডনগী মাইথিবগী মহৈ অসি পাক্লা—থাপ্পা শন্দোকুম্লে। দক্ষিণাত্যগী পণ্ডিত সমাজদা অদ্বৈত বেদান্তগী প্রভাব শন্দোকুম্লে।

থিন্দনা বেদগী কর্ম্মকাণ্ডগী মহুত্তা জ্ঞানমার্গগী শাস্ত্র অমসুং সাধনাগী ঈচেল্ অমা ইনৌনৌনা পুরক্‌খি।

শঙ্করনা হৌজিক্ মশাগী মতবাদ শন্দোক্লবগী দমক্ নাস্তিক অমসুং পন্‌চারপুর লম্‌দম্ কোয়বা হৌরক্লে। মথংদা দিগ্বিজয়ী আচার্য্য অমা ওইনা থুংলরে শ্রীশৈলদা। পুণ্য-ঈচেল্ পুবী কৃষ্ণা অমসুং তুঙ্গভদ্রাগী সঙ্গমস্থলদা, হৌজিক্কি শ্রীশৈলগী মতোঙ্গা ভাস্থোইরি জাগ্রত শিবলিঙ্গনা। মাসি মমিং চৎলক্‌পনি পৌরাণিক যুগতগী হৌনা। শাক্ত, শৈব অমসুং কাপালিক সাধক কয়া তপস্যাদা লুপ্তুনা লৈনরি শিবলিঙ্গ অসিতবু কেন্দ্র ওইহন্দুনা। শক্তিধর আচার্য্যগী মমাংদা মখোয় অয়াম্বা মকোক্ নোন্নখি হুমিৎ অসিদা।

উগ্রভৈরব কৌবা অহল ওইরবা কাপালিক অমসু মফম্ অসিদা সাধনা ভৌহনা লৈরম্মি। মহাক্ অসি মমিংগা চুননা য়াম্না কিনৈ। লম্‌দম্ অসিদা মাগী শিষ্য অমসুং মাবু খনবা তুংইন্বা মী মশিংসু ওখাল্লা য়াম্মি। মহাক্না শঙ্করগী অদ্বৈতবাদ অসি য়াম্না তাথি; মাসিগী শন্দোক্‌পা অসি থিংনবা কন্না হোৎনৈ। মশামকসু শন্দোক্লকইবা শঙ্করগী প্রভাব অসিদা খাঙবা ঙমদনা হুংঙাইতে। ক্রকচ কৌবা উগ্রভৈরবপু লুনা তৌবা, মাগী মোত তুংইন্বা নিংথৌ অমা অনকপা লমদম অমদা পাল্লম্মি। মখোয় অনী কত-রা তাম্নরক্লে; শঙ্করবু হাত্তোক্‌নুনা পুক্নিংদা চাক্লিবা মৈ অহু মুথৎকনি; অহুগা অদ্বৈতবাদসু মরু ফংনা ফুক্তোক্‌নুনা মাঙহন্‌গনি,—অসিনি।

নোংম অচিকপা চৌংথক্তা ফমত্বনা শঙ্করনা সন্ন্যাগী নাম শোন্বা অমস্নুং লাইথুরম্বা লোইবতা মঙাইরি। মতম অসিদা ক্রকচনা থারকপা মনাই কাংবু অমনা শঙ্করবু খণ্ডহৌদনা লাকশিল্লক্কনা ফারে, অদুগা বন্দী ওইনা চৌংগী অথাপ্পা লোক্লুং অসিদা পুত্বনা চৎখ্রে।

অমাবস্যাগী শুক্লা মম্বা অহিংনি। কাপালিক-কি অনুচরশিংগী মথুত্তা চাওর-চাওরবা অরংবা মৈরা, অদুগা তা-গী মতোন্‌শিং অথনা ইরং, ইরং লংলি। ভুৎ, প্রেত হেক মাল্লবা মী কাংবু অমনা আচার্য্যবু ইকোই-কোইশিন্না শেন্নত্বনা লৈরি। মনাক্তা গুহা মনুংদা মহাভৈরবকি বিগ্রহনা ঙাম্থোইরি। পীঠদা আচার্য্যবু বলি কত্তুনা ঙসি মথোয়গী লমন্‌ খুম্নিংবা হিংসাগী মচরিৎ অদু পেম্নগদৌরিবনি।

অচেৎপা ধ্যানদা মমিৎ উইশিন্দুনা, মিহুন্‌ মুংশা স্বর পুন্নমক লেপ্পা শঙ্করনা ফমত্বনা লৈরি। অপাম্বা, অকিবা, অশাওবা অমস্নুং মপান্‌গী জ্ঞান অমত্তা য়াওদনা শঙ্করনা লৈরি; মপান্‌গী অকোইবদা তৌরিবা থবক্তা মানা মিৎচিনা ফাওবা য়েংবগী ৱা লৈতে।

অসোম্‌দদি শঙ্করগী শিষ্যশিং অদু য়াম্না চিংনরক্লে, ৱানরক্লে। অহিংদি থেংজিল্লক্লে, অদুবু আচার্য্যদি কদাইদা লেংখ্রে? অচিক্‌পা মফম্‌ অমদা ধ্যানদা লুপ্তুনা লৈখ্‌বরা নত্রগা অনৌবা লমদম্‌ অসিদা করিগুম্বা অৱাবা খুদোংথিবদা তাখ্রবরা? ময়াম্‌ অদু ওম্থোক্না ৱানরে।

খাংপোক্‌শংগী কাচিন্‌ অমদা পদ্মপাদনা ধ্যানদা লুপ্তুনা লৈবা অসি ফনা কুইরে। খণ্ডহৌদনা ধ্যান কায়রে। হেক্‌

কায়বগা অঙকপা ফংবা লাইগী শককমৃগুস্বা অমা লৌখে। ময়াইকাবা খোঙ্গোক্তা অকিবা ফংবা হুঙ্কার লাউরদুনা মহাক্না মপাঙ্গোম্‌দা চেন্‌খে। শিষ্য অতৈ অমস্তুং অনুচর পুন্নমক লাং-তক্লনা মাগী মতুং ইন্দুনা ওম্না চেন্নখে।

চীংলৈবাক্কি লাম্হোকপদা ব্রারবা লম্বি কয়া লাল্লকলবগী মতুংদা পুন্নমক থুংলয়ে ভৈরবগুহাদা। মতম্ অসিদদি শঙ্করবু হাংননবা শীল্লাংবা পুন্নমক লোইরম্লে। মাতু উবদা শাওবনা মৈ হৌরবা শিষ্যশিং অতুনা মথল্লাই পাম্মুবা লৈতনা য়েক্রবশিং অতুগী মথক্তা অকন্‌বা আক্রমণ তৌরক্লে। খঙহৌদনা মাইকৈ পুন্নমক পুন্নিল্ নিহ্লন্‌খি পুঙক্ ঙক্লখি মহা হুঙ্কার খোঞ্জেল্লা ভাবাবিষ্ট ওইবা পদ্মপাদ মিকুপ অমগী মনুংদা হোৎচিন্‌খি কাপালিকশিং অতুগী মরক্তা। শঙ্করবু বলি কৎনবা সিন্দুর তৈবা থাংপাক লৈরি। নোংথাংমুক য়াঙনা পাইশিন্‌খি পদ্মপাদ মাতুতম্না। কাপালিক গুরু উগ্রভৈরবকি ককোক তম্না ককথত্তুনা আচার্য্যগী মহুক্তা মাবুতুম বলি কংপগুম থোকখে। মাগী শিষ্যশিংতু জ্ঞান তাদনা চেন্নখি কায়তুনা মাইকৈ মরিদা।

পদ্মপাদগী হুমিৎ অসিগী ভাব উন্মত্ততা অসি য়াম্না অঙকপা মওংনি। মী পুন্নমক্ মাসিগী মরম্ খংনিংবনা য়াম্না লাংতক্লরম্মি। অশুম্না তাখিবা অমা লৈ মতুদি,—মহাক্ন অহান্‌বা সাধন-পুন্সিদা চংলকপা মতমদা নৃসিংহ দেবগী আরাধনাদা লুপ্ শিঞ্জরম্মি। থিন্দনা সিদ্ধি ফংজখি। মতম অসিদা মাগী বর ফংজখি,—পুন্সিদা শাথিবা খুদোংথিবা অমা তারবা মতমদা নৃসিংহ দেবনা মাবু কল্বিনবা লৈংথিরকমি হায়না। মাগী গুরুদেবগী অল্লাবা খুদোংথিবা তারবা

মুমিৎ অসিদা ভগবানগী মতেং অসি নিংশিংজহুনা ফংজবনি শক্তি।

শিষ্য অমসুং লুনা তৌবা মাগী মীওইশিংগা লোইননা হৌজিক গোকর্ণদা শঙ্করনা লেংলক্লে। ফাওরবা শৈব পণ্ডিত নীলকণ্ঠগী ময়ুম্নি। পণ্ডিত অসিবু বেদান্তগী মোত অসি লৌহল্লবা মতুংদা মৌনাম্বিকা কৌবা শক্তিপীঠ অহুদা আচার্য্যনা থুংখি।

মতম্ অসিদা করিগুম্বা মফম্ অসিদা শঙ্কর লেংলক্কনি হায়বা পাউ অসি থুংঙদ্রিবৈগী মমাংদনা হান্নবা হেক্তা তানরম্ই।

দেবী দর্শন তৌহুনা মন্দিরদগী লেংথোক্লকপা মতমদা লাইরবা ব্রাহ্মণ অমগা মাগী লুপী অহুগা মথৱাই শোক্লা কপ্তুনা লৈবা অহু থেংনরুরে। মখোয়গী মমাংদা শিবদা ঙাইরিবা নিপামচা অমা তাহ্নুনা লৈরি। মখোয় অনী অহুগী অমত্তা ঙায়জবা মচানি; পুন্সিগী অপূন্বা লন্নি। রাখিবনা মতৈ-মনাও অহু অঙাওবহু মঙাইখে।

শঙ্করগী লাইগী ওইবা শক্তিগী রাফম অসি মখোয়গী মনা-কোংদসু য়ৌখিরম্মি। মহাক্লা ঙাস মন্দিরদা দেবী দর্শন তৌবা লেংঙক্কনি হায়বা তাহুনা মখোয় অনীনা অশিবা মচাবু মতম্বক্তা কোল্লহুনা মফম অসিদা লৈরম্বনি। আচার্য্য হেক উবদা মখোয় অনীনা মহাক্কি চরণ কোল্লহুনা মথৱাই-চাক্লা তেংথা নাউওইহুনা কপ্লক্লে।

মহাপুরুষ অসিগী থম্মোই ইপেৎ পেৎখে; থৌজান্তনা হৈহুনা ওইবা শক্যম্ ওইখে। দেবীগী নির্ম্মাল্য অহু হৌজিকসু মখুত্তা পায়রি। মাহু মহাক্লা নুংশিনা অশিবা অঙাং অহুগী মকোক্ মথক্তা থম্বিরে।

মীরম্লেন্দা খোক্পা হৌনদ্রবা দৃশ্য অমা খুদক্ অদুদা উনরে। নিপামচা অদু মমিং পাংথোক্লক্লে, মচিন্বান্ লেংলক্লে। মশা পুন্নমক তপ্না তপ্না লেংবা হৌরক্লে। অশিবা অদুনা অমুক্ হিঙ্গৎলকৃপা অসি উদুনা ময়াম্ পুন্নমক্ আচার্য্যগী জয়গান শরুরক্লে। সঙ্করনা শিষ্যশিংগা লোইননা পীঠস্থান থুনা খাৌক্তুনা লেংখি।

ঈশ্বরগী থৌদা ওইবা অচৌবা থবক্ অমগী লম্লবা পোৎলুম অমনা নল্লি আচার্য্যগী কোকথক্তা। মমাংদা তারি খুনৌংথিরবা শাংলবা লম্বিনা। অদুগা মশাগী পুন্সিন দৌরা থোইদোক্না তেল্লি, খুত্তুদি মতম ইরৈ নৈশিল্লক্তে। অদুনা মতম অসিদদি মাগী কর্ম্মক্ষেত্রদা তত্তুনা উৎপা তাখি মাগী অকুপ্পা রাখল অমসুং বিদ্যাগা লোইননা যোগ-বিভূতিগী ঐশ্বর্য্যস্ত। মানা চৎখি-চৎখিবা মফমদা মতম্ খজিক্তগী মনুংদা সাধক অমসুং আচার্য্যশিংবু চিংশিন্দুনা পুরক্লমই; মীরম্লেন্ অমসুং লাইরম্লেন্ অনীমক্কি শক্তি শিজীন্নদুনা মথুং চন্শিন্খি মখোয়বু ইরাই-লাইনা।

অদ্বৈতবাদ শন্দোক্লবা ভারত শিন্বা থুংনা পাকচাওরবা প্রতিষ্ঠা অসি বিজয়ীগী-দোলাই চাকানা তকথাইদুনতা শাগৎখিবা নত্তে। দিগ্বিজগ চৎলকপদা লম্বিদা অনৌ-অনৌবা প্রতিভা লৈবা মী পুথোকখি মহাক্কি মীথোই মীহেন্বা শক্তিদুতনা মখোয়বু মাগী ফিরান মখাদা চিংশিল্লকখি। মখোয়গী মরক্তগী মহাক্না বেদান্ত-বাদকি মাইকৈ ভাকপা ওইনা অমমম্ শেমগত্তুনা থনম্মি। শেমগৎ-নবগী শক্তিগা, শেমগৎপগা অনী অসি মাগী অধ্যাত্মকর্ম্ম অসিদা অভকপা ফংনা পুন্না চৎমিন্নখিবনি।

শ্রীবলীগী প্রজাশিংগী মরক্তা য়াম্না ইশাং-লাংনদুনা মথ্ুম মরাং হৌনরে। আচার্য্য শঙ্করনা মাগী তেঙ্গোলগা লোয়ননা মফম অসিদা থ্ংলরে। মফম অসিগী সাধক অমস্তুং শাস্ত্রজ্ঞ পুন্নমক য়াম্না লাঙ্নরে।

মফম অসিদা প্রভাকর কৌবা মতিক্-মগুণ লৈবা আচার্য্য অমা লৈরম্মি। মিংচৎ অমস্তুং চাওখৎপা অনীমক মতিক চানা ফংজে; অদুবু পুন্সিদা মুংঙাইবা মরিক অমা ফাওবা মহাক্না ফংজদে। হোৌনা-ঙ্কোনো তৌবা, মরোন্স্থু স্তুকথোক থোক্তবা মচা অমত্তং পোকচৈ। বুদ্ধি. জ্ঞান অমত্তা য়াওদে, অঙাং অসি শত্নুম অমনি হায়বমক হেক য়াবা মওংনি। মচা অসিগী ৱাখিবনা পণ্ডিত অমস্তুং মাগী মুপীগী পুন্সিদা নোকপা অমদি হরাও-তয়াম্ হায়বা অসি তম্মক্ত্রবগুম থোকখ্রে।

শঙ্করগী মতিক মগুণ অমস্তুং যোগবিভূতিগী ৱাফম প্রভাকরনা হান্ননা তাজরম্ই। মচাগী লাইকোক্নবা মহাপুরুষ অসিগী আশ্রয় লৌজদুনা অমুক্তং লাইবক য়েংগে হায়না খঞ্জরমই। অদুনা মচানিপা অসিবু আচার্য্যগী চরন্দা থমজরগা প্রভাকর ও-খোংনা কপচদুনা হায়জরকই,—"লাইবক থিরবা ঐগী পুন্সিদ হায়দোকপা থোক্তবা অৱাবা তারিবা অসি অমুক্তা খন্থদুনা য়েংবিয়ু। অঙাং অসিগী হাক্তকতা অশিবগা পাংখক ওইবা পুন্সি লেঞ্জরি। অমুক্তদি থৌজান্বিয়ু, প্রভো! নহাক্কি চরন্দা চংজদুনা শিরবা মীস্থু অমুক হিঙ্গৎখি হায়বা তাজরে; ইচা অসিবু ৱা ঙাংবতদি থোকহন্বিয়ুবা। অমুক্তা থৌজানগী মিৎয়েং অদু য়েংবিরম্মু।"

নিপামচা অসি ৱা-লান্ ঙাংবা তৌদে, লেঙস্ল লেঙদে। থাঙ্গৈ-শেংবা মথৱাই য়াওদবা শত্নমগুমই। অঙাং অসিনা শঙ্করগী চরণ-খানা, অদুগা মপা প্রভাকরনা কপ্লহনা হন্না হন্না হায়জহনা লৈরি।

মাগী মথৱাইশোক্লা হায়জবদুদা শঙ্করগী থমোই পেৎখ্রে। নুংশিবা খোম্থোক্লা অঙাং অদুদা হংলক্ই আচার্য্যনা,—"ইবুংঙো, অমুক্ত খুম্মসে,—নং কনানো? কদাইদগী লাকপনো? অদুগা কদাইদা অমুক্ চৎকনি? জগৎ অনিদা নংনা পাম্মিবনা করিবুনো?"

শত্নম অদু মিৎনা কুপ্পগী মন্নুংদা পুমওন্ ওন্খ্রে। জ্ঞানগী মঙান্না ইরং-লংখৎলক্পগুম তৌখ্রে। মমিৎ অনী অদুস্মু ইরং-লংনা তথক্-তথক্ পাংলক্লে। অঙক্পা লাইগী শক্তি অমনা মশা অদুদা মঙান্ অমা ফাওরক্পগুম্ তৌখ্রে। মচিন্দগী অপন্বা লৈতনা সংস্কৃতকি শ্লোক মথং মথং থিথরক্লে? অথুপ্পা অর্থ অমস্মুং ব্যঞ্জনানা থল্লি শ্লোক্শিং অদুস্মু।

অঙাং অসিগী মপা প্রভাকর অমস্মুং মহুদা তিল্লিবা মীয়াম অদু দৃশ্য অসি উবদা পুম্ঙক্ ঙক্লখ্রে। অদুদা নত্তনা শঙ্করগী অথোইবা শিষ্যশিং, পদ্মপাদ, সুরেশ্বরাচার্য্যানচিংবস্মু ঙক্পগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে। ঙসি অঙাং অসিনা থিথরক্লিবা শ্লোকশিং অসি ফজবদা চাং-দম্নিংঙাই লৈতে। আত্মা-স্বরূপ খণ্ডনবগী অস্মুক্ ফজবা শ্লোকতি মখোয়মা অমুক্তা তাখিদ্রি।

ভাবগম্ভীর ওইরবা খোম্থোক্লা শঙ্করনা,—"নখোয় পুন্নমক্ তারেদনা; মাসিনিদো "হস্তমলাক স্তোত্র" হায়বদো।" মাসিগী

মন্নুংগী অর্থ অসি থমোইদা নিংথিনা ফাওরবদি সাধক অমগী আত্মজ্ঞান ফংবদা লায়না থোক্ই ; খুত্তা পায়বা হৈক্রু অমগুম্না জ্ঞান অসি খুৎচন্বা ওম্মি। নখোয় পুনমক্ শ্লোক অসি নুতিগী অভ্যাস তৌ।”

কান্নদ্রবা মচাগী ওল্লক্লিবা মওং অসি উবদা অহল ওইরবা মপা অদু হরাওবনা লুত্তোন্ কাখ্ৎনা মমিৎ অনী অদু নুংঙাইবা, অপেন্বগী পিনা পুম্নপ্ লুপ্খ্রে।

ইংনা, ঙংশিনা শঙ্করনা,—‘পণ্ডিত, নচা অসি অচম্বা নত্তে, মীথোই-মীহেন্বা মীনি। চৈতন্য য়াওদবা শত্নম্ নত্তে ; চৈতন্যগী মত্নম্ অমনি। মাগী মনুংদা য়ৈশিন্দুনা লৈরম্বা আত্ম-জ্ঞান, অদু ওসি খংঙান্ ঙাম্হোল্লক্লে। থাঙ্গৈ হেক্ শেংবমক্তি মহাক্ অসি অচম্বা মী নত্তে ; মহাপুরুষনি। অদুগা মসিমক্সু তাবিয়ু, মহাক্ অসি সংসারিক ধর্ম্মদা পুন্দুনা থম্বা য়াবা মীশক নত্তে। অদুগা নঙোন্দা কান্নবা করিগুম্বা হিরম্দা মাবু পুশিন্বস্ম য়ারোই। মহাকপু ঐগী ইখুত্তা ঙসিমক্ শিন্নবিয়ু। ঙসিদগী হৌনা ঐনা মাগী ভার অসি লৌজরগে।”

পণ্ডিত প্রভাকর অমুক কপ্লক্লে। হন্দক্তি ঙুংঙাইবগী নত্তে, অরাবগী মিকপ্নি। মচাবু মীমান্নবা মওদা ফংজবদা ঙাইরিবৈদা অমুক্ তন্না মাওবা তাবা,—মাদুগীদমক্ অরাবগী—মিকপ্নি।

শঙ্করনা পুথোক্চবা থোইদোক্লা জ্ঞানী ওইরবা শিষ্য নহা অসি মতম অসিদগী হৌনা মহাক্না থাদোক্লবা লৈতনা লৈ-মিন্নখি। সন্ন্যাস দীক্ষা লৌরবা মতুংদা মহাক্কি মমিং থোন্খি হস্তামলকাচার্য্য। পদ্মপাদ, সুরেশ্বরাচার্য্যগুম্না শঙ্কর—মণ্ডলীদা

মহাক্কিস্থ অব্বাংবা নক্ষম্নি, অথোইবা মর্য্যাদানি।

মথং মথং অস্থুম্ কোইরক্পনা মমৈদা শৃঙ্গেরীদা শঙ্করনা থুংখে। মক্ষম্ অসি পৌরাণিক যুগকি বিভাণ্ডক অমস্থুং ঋষ্যশৃঙ্গী পুণ্যনা শেংদোক্লবা মক্ষম্নি। মতম্ অমদা শঙ্করনা থন্খি মক্ষম্ অসিদা আশ্রম্ অমা লিংখৎকে হায়না। মক্ষম্ অসিগী নিংথিবা পরিকর অসি উবদা নক্লবা শিষ্যশিংনা আচার্য্যনা নিংলিবা অহু কন্না শৌগত্তুনা থোগৎলে। মতম অসিদা কর্ণাটক্কি নিংথৌ স্থধন্বানা আচার্য্যগী চরন্দা মশা কৎথোক্চরে। নিংথৌ অসিনে অমস্থুং শিষ্যশিংনে অসিনা কন্না ইনশিন্দুনা লিংখৎখি চাওরবা শৃঙ্গেরী মঠ। আচার্য্যনা মক্ষম্ অসিদা য়াম্না ধুম-ধাম্ তৌনা লিংখৎখি সারদাদেবীগী বিগ্রহ।

মঠ অসিদা শঙ্করনা ফনা কুইনা লৈখি অমস্থুং মহাক্কি অয়াম্বা লাইরিকস্থ মক্ষম্ অসিদা ইখি। শাস্ত্র নৈনবা সাধ্য-সাধনগী মরম্দা করি তৌগদগে হায়বগী ব্রা লেপ্লবা মতম্দা করি করিগুম্বা মতমদা মহাক্ ময়াই অস্থুক্ কাখৎলক্তুনা মমল্ নাইদবা শ্লোক্শিং মথং মথং শ্রীমুখদগী হৈথরক্ই। থোইদোক্লা পণ্ডিত ওইরবা শিষ্যশিংনা মাহুত্র খুদক্ অহুদা হেক্ হেক ইশিন্দুনা থম্জহৌই।

শৃঙ্গেরীদা লৈবা মতম্ অসিদা গুরুগা য়াম্না নক্লনা হক্থেংননা লৈমিন্নবগী খুদোংচাবা অহু ফংজখি। মতম্ অসিদা আচার্য্যগা নক্লজবা অমস্থুং মাগী ব্যক্তিত্বনা শোকপদগী শিষ্য পুম্নমক অসি শক্তি হেঙ্গৎনখি। গুরু থোজান অমৃত-না খিক্থবিরক্তুনা শিষ্য-শিংগী মরক্তা মশা মশাদা পংনা ওইররোইদবা ওম্বা অমা পুরক্পা ওম্লখি।

লমকোয়বা, তর্কযুদ্ধ অমস্তুং শেম্‌গৎ-শাগৎপগী থবক্লা মরোল্‌, মরোল্‌ কুংশিল্লক্‌পনা পুন্সিদা শঙ্করগী অহাংবা মতম্‌ ইরৈ লৈতে। অদুবু অম্বুক্‌ কুংশিন্না মথৌন থন্‌থ্রবা পুন্সিদা মহাক্না শিষ্যশিংগী মরক্তা মখোয়গী মনুংগী অথুপ্পা পাও ফাওবা খঙ্‌দবা লৈতে। চ্যেক্‌শিন্না তুমদ্‌-হিপ্তনা চংজরকপশিংগী সাধনা অমস্তুং সিদ্ধিগী লম্বি মতম্‌ পুম্নমক্তা য়াৎপিদুনা লম্‌জিংই। মখোয়গী "অহং বোধ" গী খ্বাইদগী পিক্‌পা ঈথক্‌ অদু ফাওবা মাগী কুপ্না শেম্নবা মিৎয়েংদগী নাম্থোক্‌খিবা ঙমদে।

ময়াম্‌দগী হেন্‌বা শিয্যশিং অদুদা পংরা অমা তম্বিনবা, মকা-লাম্‌থোক্লক্‌পা 'আত্মা ভিমান' অদু কোক্‌হন্নবা শৃঙ্গেরী অসিদা নোংমদি আচার্য্য অসিনা অঙক্‌পা যোগবিভূতি অমা উৎখি।

মহাক্না গিরি কৌবা ময়েক্‌ চত্তবা শিষ্য অমবু য়াম্না চাঞ্জরম্মি। গুরু-সেবাদা, ভক্তিদা অমস্তুং সাধনদা মথন্নাই লুপ্‌চবদি মাগা পাবিনবা শিষ্য মরক্তদি ময়াওদ্রে। শাস্ত্রজ্ঞান মনা অমত্তা লৈতে; অদুবু মাগী লম অসিদা তোল্লিবা অসিগী ব্রাখন্দগী খজিক্তুং মুংঙাই-জদবা ভাবস্তু নোংমতা উদে। গুরু সেবাদা পেঞ্জবা অসিনা মাগী পুন্সিগী অরোইবা পামজবা ওইজরি।

শঙ্করনা থন্নাই য়াওনা লুর-লুরবা তত্ত্ব কয়াগী ব্যাখ্যা তৌদুনা শিষ্যশিংবু য়াম্না তোয়না তম্বি। পুম্নমক মথন্নাই লুপ্‌শিন্না তাজৈ। তৌইগুম্বস্তুং গিরিদি হিরম্‌ অসোম্‌দা কয়া পুক্লিং চংদে। লাংতক্লবা অমদি করিগুম্বা ব্রাহং অমা হংদুনা খঙ্‌নিং-হৈনিংবগী ব্রা মঙোন্দা লৈতে। অরুবা সাব্রাল অমগী বিচার বিতর্কগী উমং চংবগী মহুত্তা গুরু সেবা অমস্তুং গুরু কৃপাগী মথক্তা মশা পুম্‌কং-কংথোক্তুনা

লৈজবনা মাগী পুন্সি ওইজরি ; অদুগা গুরু কৃপাবু ফংলক্পা মতম্ অদুদা বিদ্যা পুন্নমক সিদ্ধি পুন্নমক মখুৎ চন্বা ঙমগনি হায়বা থাজবা অসিদা মানা নঞ্জরি।

আচার্য্যনা শাস্ত্র ব্যাখ্যা তৌবা মতম্দা ময়েক্-চত্তবা গিরিনা মখুৎ লোম্নমনা কাচিন অমদা লেপ্তুনা লৈজে। শাস্ত্রগী ময়েক্ অমত্তা খঙদে, খঙবস্তু পাম্মুদে। মাগী হায়ববু গুরুগী অমৃত চেন্বা খোন্থোক্ অদুতদা পুমপেন্ পেঞ্জবা অসিতনি ; মাদু তাদ্রিবা মখে হুমিং অদু মঙোন্দদি হুমিং ওইদ্রে।

গুরুনা নোংমদি নুরবা তত্ত্ব অমা ব্যাখ্যা তৌগদৌরি। শিষ্যশিংনা লাংতকনা ঙাইনরি। অদুবু কবিনো. গুরুদেবনদি লাইরিক শুক্হাং হাংদোক্লে। কনাবুনো অমা অস্তম ঙাইবগুম্ তৌদুনা লৈরি। ময়াম্ অদু মপুক্কিংদা পংখন্ খন্নদুনা অমগা অমগা য়েংদুনা লৈনরি-।

মমৈদা পদ্মপাদনা থৌনা খোম্জিঞ্জরদুনা কিনা কিনা হায়জরক্ই,—"প্রভু, ননাই ঐখোয় পুন্নমক্ শুজরে ; ব্যাখ্যা তৌবা হৌবিরো।"

শঙ্করনা ইংনা, চীংলেম্না,—"নখোয় পুন্নমক্তি লাক্লে ; অদুবু গিরিতবুদি উদ্রি ; মহাক্ কদাইদা চংখ্রে, খঙ-লাক্প্রা ?"

শিষ্য খরনা গিরি থিবা থোক্খ্রে। মাদি মতম্ অসিদদি অনক্পা তুরেল অমদা গুরুগী বহির্ব্বাস শুদোক্লুনা অমস্তুং কমণ্ডলু ফেংদুনা লৈজরি।

আচার্য্যনা তুমিন্না ফম্দুনা মাবু ঙাইবিরি ; লাইরিক্কা হাংদোক্পগী ভাব উদ্রে।

পদ্মপাদনা মাগী অঙকপা. খঙনিংবা ৱাফম্ অত্থু নম্শিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রে; হায়জরক্ই,—"প্রভু, গিরিদি ময়েক্ শুক্চং-চত্রিবা মীনি। মাদি ঙসিগী লুরবা শাস্ত্রগী ব্যাখ্যাগী মন্নুংগী অর্থদি শুকখঙ-খঙবা ঙম্মোই।"

আচার্য্যনা ৱাফম অসিগী চপ্-চাবা পাউখুম্ পীদতুনা কোইনা তপ্না, ইংনা তাক্পিবক্ই,—"ঐখোয়না মাবু ঙাইবিবা ফৈ। মানা ঐখোয়গী নৈনবা পুন্নমক্ লেপ্না-লেপ্না খম্-থেংবা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তাজবনি।"

ঙাইহাক্ লৈরগা গিরিনা গুরুদেবগী মমাংদা মখুৎ লোন্নতুনা লেপচররে।

শঙ্করনা নোক্মি, নোক্মি তৌনা,—

"গিরি, নংবু শ্রুতিগী শাস্ত্র পাবা, নৈনবা অসি ভারবা নত্রা? ঙসিদি ঐখোয় খ্বাইবু নংনা শ্লোক্ খরতদি থিতুনা তাহল্লুবা। ঐনা খন্বদি, নং নশামক্ ফজবা শ্লোক্ লেংবা হৈরবনি।"

কয়াদা থাজনিংঙাই ওইদবা ৱাফম্নো! ময়েক ফাওবা পাবা হৈতবা মীনা সংস্কৃত শ্লোক লেংবা! গুরুদেবনা তাক-পিরিবা অসিবু করিনো?

মিকুপ অমগী মন্নুংদা গিরি ভাবাবেশ ওইখ্রে, মমিৎ অনী উইশীনখ্রে। আচার্য্যগী মমাংদা ভক্তিনা থুম্মত্তুনা লেপচরগা থিথরক্লে। পংনা তানখিত্রিবা শ্লোকশিং মথং মথং, অপম্বা লৈতনা চেন্থরক্লে তোটক-ছন্দদা হৌজিক্ত লেংবা গুরু-মহাত্ম্যগী

বর্ণনা। ভক্ত-প্রাণগী নিংজবা পামজবা অতু ঙসি ওইখে—মথরাই-পানবা, রাহৈগী বিভূতিগী চাংদম্লিংঙাই লৈতবা ঐশ্বর্য্য।

শ্লোকশিং অসি তাবদা শিষ্য পুম্নমক্ পুম্ঙক্ ঙক্লখে। মখোয়না খঙখে, সর্ব্বশক্তিমান ওইবা গুরুগী কৃপাবু কংখে ঙসি গিরিনা; বিদ্যা পুম্নমক্ ফংজত্না মাগী নিংজবা পুম্বা মহৈ য়ানখে। নৌনা শাংকাইরক্পা বেদগী মঙান্না, বুদ্ধিগী মঙান্না মূর্খগী রাখল, ভাব, অনুভব, প্রজ্ঞ পুম্নমক্ পুম্ঙান্ ঙানখে।

মীয়ম্লেন্দা থোক্কবা লীলা অসিগী মতেংনা আচার্য্যনা গুরু-ভক্তিগী মাহাত্ম্য ফোংদোকখি শিষ্যশিংগী মরক্তা। মমিং চৎলবা শিষ্যশিংগী থমোইদুংদা ফুমত্না লৈবা বিদ্যাগী অভিমানগী মথক্তা অকল্বা চৈকুনা ফুখি।

সন্ন্যাস দিক্ষা লৌরবা তুংদা শিষ্য অসিগী মমিং থোনখি তোটকাচার্য্য হায়না। মতম্ খরদগী মহুংদা মহাজ্ঞানী সাধক অমা ওইনা ভারত পুম্বগী বৈদান্তিক সমাজদা মমিংচৎপা মীশক্ অমা ওইখি।

শৃঙ্গেরীদা নোংমা অম্মুম্ লাইরিক্ পারিঙৈদা শঙ্কর মশামক্ খংপ্রেক্ হেক্ খংই। করি অঙক্পা অনুভূতিনো? মাগী মরৈদা হন্না হন্না মমাগী মখোম্গী রস ফাওরিবা অসিনা করি-গীনো?

ধ্যান তৌত্না য়েংই, তন্না খঙলে, মমাগী কৌবগী মহৈনা থোক্লিবা থৌদোক্নি। মমা অতু পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ্তা ফমুংদা তাত্না লৈরি। সন্ন্যাসী ওইখ্রবা মচাগী মশক্ অমুক্কং ঊদনদি শান্তি ফংনা পুন্সি লোইশিনবা ঙম্ত্রে।

নিংশিংলক্লে শঙ্করনা থইনগী ৱাফম্ ; নিংশিংলক্লে য়ুম্ থাদোক্লম্দাইদা মমাগী মꯐম্দা শক্লম্বা ৱাশক্ মমানা পুন্সিগী অরোইবা মুংশাম্বর হোন্দ্রিৱৈগী মমাঙ্দা মমাগী খুয়াখাদা ফম্জদুনা লৈজগনি হায়রম্বদো, মফম কদাইদা লৈরবস্থু কালাড়িগী খাংপোক্-শংগী মাঙ্গোন্দা থুংজগনি হায়রম্বা অদু। পুম্নমক লোয়না নিংশিংলক্লে।

লম্দম্দি য়াম্না তাম্লনা লৈনরি, অদুবু মতম্দি কদাই ? থিন্দনা য়ৌবা ভম্ব্রগদি মমাগা উনবা ফংহৌদবস্থু য়ারি। যোগবিভূতিগী মতেংনা শাংলবা লম্বি লাম্থোক্তুনা তন্না য়ৌখি মমাগী মꯐাক্তা।

শাংলবা চহী কুন্মরিগী মতুংদা মমা-মচা উনখি। হরাওবনা লুতোন্ কাখ্রবা মমা ইবেম্মগী মিৎলুদগী চেম্থরক্পা পিনা মখজাই অনী অদু পুম্চোৎ চোৎখে। অরোয়বা বিদায়গী মতম্ থুংভরে। অচম্বু করে, পেল্লে, মচাগী থা-মান্বা মাইথোং পুন্সিগী অরোয়বা ওইনা য়েংজরে।

অরোয়বা মতম্ অসিদা মমাগী লুখুম্দা ফম্তুনা মচানিপানা ভগবৎ-মহিমা শকপা হৌরক্লে, অদ্বৈত ব্রহ্মাত্মবাদী আচার্য্যগী খোনাওদা ভসি তারে সগুণ ব্রহ্মগী নিংথিরবা স্তুতিগান ; মমা ইবেম্মস্থু ভাবগম্ভীর ওইবা সুরদা পান্দুনা পীক্লবা খোপ্লেল্না শোগ্গখি মহাক্কি অরোয়বা প্রার্থনা। অদুদগী উইশিন্খ্রে মমিৎ অনীদো মতম্ কুইনগীদমক।

মাগী শাগৈ-নাতৈদি জ্ঞানমার্গগী সাধনা অসি স্নকয়া য়ান-রমদে। শঙ্করদি নহাম্না সমাজগা তিম্নবা য়াদবা মী ওইনা ইথোক্তুনা লৈবা মীনি। ফত্ত-চক্রী কাংবু অমনা হন্দক মমা

লৈতবগী খুদোংচাবা অসি লৌতুনা মী অতৈবুস্থ মাগী মতেং পাংদনবা কন্না ইন্‌শিল্লি ; ওৎনবা অমস্থং চোপ্পা নংহন্নবা হোৎনরি। নোঙ্গাখ্রবী মমাগী স্বর্গ কাননবা লম্বিগী থবক্তা মী অমত্তগী মতেং ফংখিদ্রে।

চৎনবী সংস্কার পুন্নমক্কী মুক্ত ওইরবা সন্ন্যাসী অসিনা মশক্ ওন্থোক্‌না ঙসি মমানিংবগী অরোইবী খম্ থেংবা খুদম্ উৎখ্রে। মমাগী হক্‌চাং অহুগী সংকার ( মৈথাবা ) অহু মতোম্-ডনা পাংথোক্লে। মতুংদা পরলোকতা মমাগী য়াইফনবা হৌনবী চৎনবী কর্ম্ম পুন্নমক্ পাংথোক্লে। অমুম্না কালাড়িদা লৈরিঙৈদা ব্লাশক্লম্বা অহু ঙাক্‌না মমাগী মফম্‌দা মচা অমগী মথৌ পাং-থোক্‌খি।

মীথোই মীহেন্‌বা প্রতিভা অমস্থং যোগসিদ্ধিগী বিগ্রহগী মশক্ ওইরবা শঙ্করনা বেদান্ত-ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী পরিক্রমাদা পুন্সিগী অরোইবা ওইনা লেংথোক্লক্লে। ফংইল্লিবা শিষ্যশিংগীস্থ ত্যাগ, বৈরাগ্য অমস্থং জ্ঞানগী ঐশ্বর্য্যগী ঙমখৈ লৈরক্লে। অমমন্না জ্ঞানদা, নেতৃত্বদা অমস্থং ব্যক্তিত্বদা মাইকৈ ঙাক্‌পা লাই অমমম্ ওইখ্রে। মহাক্কি নিংখিনা শেমগৎলবা মণ্ডলী অসি পুরহুনা মানা হেক্ থুংলু-থুংলুবা মফম্‌দা অন্নাংবা থাক্কি সাধক অমস্থং পণ্ডিত পুন্নমক্না মহাক্কি মতবাদ্ অসি হেক্তা মন্নানখি ; মন্ত্রনা শুক্নৎলবা মীওইগুম্ মরাই-নোম্না মাগী মমাংদা তাহুনা লৈখি।

মতম্ অসিদা বৌদ্ধবাদ অসি ভারতভূমিদা মরাই চায়থখে। শঙ্করগী অদ্বৈতবাদনা শাথিবা চৈক্নুনা য়ৈহুনা মরাই কাংথৎহন্‌খিদ্রে। বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড শন্দোক্লক্‌পগী অহোবা লম্বিদা সমাজদা মপাঙ্থোংগী

অনুষ্ঠাণ কয়ামুক্ অমস্থুং নত্ত-লম্বি কয়া হাইজিল্লক্খি। মাইকৈ ময়িদা কুসংস্কারগী মপৈ পৈশিল্লক্খি। আধ্যাত্ম-পুন্সিগী আদর্শ মুংখিবনা মীওইবা অসি মাইকৈ খঙ্বা ওম্‌দনা লম্মাংনখ্রে। শঙ্করগী লুরবা, শেংলবা অদ্বৈতজ্ঞানগী ঈচেল্লা মতম্ অসিদা সমাজদা চংলক্পা অমোং-আকাম্ কয়াবু চাম্‌থোক্কনা মুত্থৎখি।

আত্মসাধনাগী বাণীগী মনুংদা অমরোম্‌দা আচার্য্যনা লিংখৎখি আত্ম-তত্ত্বগী বিচার, অদুগা অতোপ্পা অমরোম্‌দনা সাধারণ-প্রজাগী মমাংদা রাংনা থাঙ্গত্তনা থমখি ঈশাগী ওইজবা থাদোকপা, বৈরাগ্য অমসুং অশেংবা পুন্সিগী অনৌবা আদর্শ। লৈবাক্ অসিগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী পুন্সিদা পুশিল্লকখি অনৌবা মওংগী পুন্সি। তীর্থদা, সহরদা, লৌরাইদা অনৌবা পুন্সিগী অনৌবা মিহুন্ মচোং অমা। পুন্নমক্তা য়ানবা ধর্ম্ম-নায়ক ওইনা, যুগা-চার্য্য ওইনা নত্তা মচা বৈদান্তিক অসি ভারত পুম্বগী ওইখি পূজা তৌনফম্।

বদরিধামদগী রামেশ্বর, দ্বারকাদগীনা কামাখ্যা ফাওবা অসিদা লৈরিবা—অধ্যাত্মসাধনাগী কেন্দ্র পুন্নমক্তা য়ানখি শঙ্করবু মতম্ অদুগী ঈশ্বরনা থারক্পা মীওইনি হায়না।

ভারতকি চিদাই মরিদা,—অথোইবা থাম ময়াইদা আচা-র্য্যনা লিংখৎখি মহাক্কি কর্ম্মকেন্দ্র—দ্বারকাদা সারদামঠ; পুরীদা গোবর্দ্ধন মঠ, জ্যোতিধাম্মা যোশীমঠ অমসুং রামেশ্বরদা শৃঙ্গেরী মঠ। মমিং চৎলবা শিষ্য মরি,—সুরেশ্বরাচার্য্য, পদ্মপাদ, তোটকাচার্য্য অমসুং হস্তমলকাচার্য্য মরি অসিনা মথংশিংনা মথক্কি মঠশিং অসিগী দায়িত্ব লৌখি।

চহী কয়ামুক্ অভন্‌বা পোখাবা লৈতনা কোয়চৎ-চত্তুনা অস্তুম্না ভৌগদবা থবক্ পাংথোক্লবা মতুংদা শঙ্করনা উত্তরা খণ্ডদা হল্লক্‌খি। মাগী গুরুদেবনা তাক্‌পিবা কর্ম্ম পুন্নমক পাংথোক্লে। ঈশ্বরগী মরিদা ভৌগদবা কর্ম্মস্ত্র মতোল্ লোম্লে। অদ্বৈত ব্রহ্মাত্ম-জ্ঞানগী ফিরাল্‌স্ত্র হৌজিক্তি পাইবে ব্রাংনা ভারতকি মফম্ অয়াম্বদা।

ধ্যানগম্ভীর ওইরবা হিমালয়গী মতম্বাক্তা মাগী মতম্ কুইনা পোখানবা মতাং লাক্লে। লাংতক্লনা ভাইজরিবা অথোইবা পুক্নম্ থুংলরে। দেবাদিদেব মহেশ্বরদা পান্‌বা নিংথিবা স্তবগাথা অমা লেংলে। পুন্সিগী অরোইবা আরাধনা অমস্তুং অর্ঘ্য কচ্চরগা লুপ্‌খে, মহাসমাধিদা।

মাঙ্‌দা শন্দোক্তুনা লৈরি ওম্‌খৈ-নাইদবা আতিয়া। লুপা-মচুগুম্ ভৌরোক্-ভৌবা হিমগিরিগী মতোন্ খুদিংদা কজবনা ইথক্-হৌনা লাইরৈবাক্তদা ওইগদবা শকৃফম্‌দা শান্নরি। মহা-মৌন (অচিক্‌পা) অমনা আতিয়াদা, নুংশিত্তা তোংতুনা হায়-দোক্‌পা ওম্‌দবা চীংলেম্বা অমনা শীস্থুংনা লৈরি। শিষ্যশিংনা আচার্য্যবু কোইশিন্দুনা কম্মি। লাইগী সভাদা মহেশ্বরমক্তা ভাম্বোইবগুম্মি। মখোয় পুন্নমক্তা হন্দকি অসিদগী আচার্য্যনা অমুক্ লেংখৎলক্লরোই হায়না খঙ্‌জরে। ব্রাফম্ অসি নুমিৎ কয়ানিগী মমাংদগী ইঙ্গিত তৌতুনা মখোয়দা খঙ্‌হনখ্রবনি।

ভক্ত শিষ্যশিং অতুনা নিংশিংখি মতম অসিদা আচার্য্য মশানা লেংবা আত্মদর্শনগী মহাবাণী :—

কিং করোমি কঃ গচ্ছামি
কিং গৃহ্ণামি ত্যজামি কিম্।
আত্মনা পূরিতং সর্ব্বং
মহাকল্পাম্বুনা যথা॥

"মহাপ্রলয়গী মতম্‌দা ঈশিং ঈচাওনা বিশ্ব-সংসার পুম্বা থৃম্বগুম্ আত্মানা পোৎ খুদিংদা লৈরি, পোৎ খুদিংমক্ আত্মাদা লুপ্তুনা লৈরি। অদুদি, ঐগী করি তৌনিংঙাই লৈরি? ঐনা চৎকদবনা কদাইদনো? করিবু ঐগীনি হায়না লৌসিগে? করিবু অমুক্ ঐগী নত্তে হায়না খত্তোক্কনি?"

---

# আচার্য্য রামানুজ

নোং ঙানফুং-ঙানফুংত মতৌরি ; মুমিৎ অতুদা দাক্ষিণাত্যগী পার্থসারথিগী মন্দিরদা মী য়াম্না তিন্খে। ইনক্-নক্লা কৈরবিণী সাগরসঙ্গম তীর্থ লৈরি। চহী খুদংগী চন্দ্রগ্রহণ থোক্পদা যাত্রীশিং মপৈ মপৈ মফম্ অসিদা তিল্লরি। ইরুজথোরক্লুনা তর্পণ তৌনরবা মতুংদা মন্দির অসিদা বিগ্রহ দর্শন তৌনবি, ভক্তিগা লোইননা পূজা কৎনরি। হন্দবস্মু মী কাংলুপ্ কাংলুপ্ লাক্লরে।

পেরেম্বুত্তুরগী মী পুন্নমক্লা লুন-তৌনবা কেশবাচার্য্যস্থু ঙসিদি মাগী মুপীগা লোইননা মফম্ অসিদা লেঙলক্লে, বেদ-হৈবদা, যাগ-যজ্ঞ তৌবদা খঙব-হৈবা অমস্তুং থরাই লুপ্শীন্না তৌবগী মপা-লৈতন মমিং চংলবা ব্রাহ্মণনি। মাসিগীদমক্ প গুরাজ্যগী ব্রাহ্মণশিংনা মহাক্পু "সর্ব্বক্রতু" হায়বা মিংথোল্ পীরবনি।

বিগ্রহগী মমাংদা লেপ্চরদুনা মতৈ-মনাও পূন্না অর্ঘ্য কচ্চরে। ফোংদোক্চরে মখোয়গী পুক্নিংগী ক'চিন্দা ফুমদুনা লৈরিবা মথৱাইনা পামজবা বাফম।

শাংলবা লুহোংলবগী পুন্সি লেপ্পরবা মতুং কাওবদা মখোয়গী পুন্সিদা মুঙাইবা হায়বদো ফংজদ্রি। মরম্দি, হৌজিক ফাওবদা মখোয়না ফংজদ্রি মচাগী মাইথোং উবদগী পোক্পা মুঙঙাইবা। পূজা লোইরবা মতুংদা পণ্ডিত অসিনা মুমিৎ অসিদা মন্দিরগী মনাক্ত লৈবা তিরুইল্লি-কেণিদা, কুমুদ সরোবর মপান্দা পাংথোক্চরে 'পুত্রেষ্টি যজ্ঞ'।

মুমিৎ অতুগী থবক লোইজরে। মুমিৎচুপ্পা নোম্মুবনা মশা চোকৃথখিতুনা তুম্‌খুন্‌ হুম্বনা তুমথখে কেশবাচার্য্য। মংজখি অঙকৃপা মঙ অমা অহিং অতুদা ;—

ভগবান পার্থসারথিনা জ্যোতির্ম্ময় মূর্ত্তিদা ফাওরক্লুনা মহাক্কি মমাঙদা চপ্‌ লেপ্পুনা লৈররে। মকা লাম্নবা মাইথোংনা মুংশিবা খোম্থোক্তা তাকৃপিরকৃই,—“ইবুঙো সর্ব্বক্রতু, নহাক্কি ভক্তি অমসুং নথরাই লুপ্‌শীন্না ঐঙোন্দা চংজবা অসিদা ঐ পেল্লে। ব্রারুরম্নু, ঐনা বর পীরিবসিনি, নহাক্লা থুনা পরম-ভাগবত ওইবা নচা-নিপা অমা ফংলগনি। অরেম্বদা চাওথোকৃচরিবা পণ্ডিতশিং অসি লাকৃশিন্নবা শক্তি লৈরবা আচার্য্য অমা ওইনা নচা অমা ফাওরক্লগনি। ঈশ্বরনা থারকৃপা মীশকৃ অমা ওইনা লাক্কনি ; অতুগা জ্ঞানমিশ্রা ভক্তিগী ঈচেলবু যুগ অসিদা মহাক্লা পুরক্কনি।

লাই অতু তন্না মাঙখে। মুঙাইবগী ঈপাক্তা তাউবগা লোইননা মিকপ্‌ খংথোকৃ থোক্লে। তাহা-তথুনা মাগী নুপী অতুবু হৌদোক্লুনা মুঙঙাইরবা লাইগী মপাও অতু তম্‌জরে।

চহী অমা ফাবাত্রিঙৈনা প্রভু পার্থসারথিগী মঙ্‌গী য়াথং মহৈ য়ান্‌খি। খৃষ্টাব্দ ১০১৭ তা অফবা পুংফমদা লাইগী মঙান্‌ অমসুং শক্‌ফম্‌ পুবা নিংথিজরবা অঙাং অমা পোকৃখি কেশবাচার্য্যগী ময়ুম্‌ অতু ইঙাল্‌-ঙাহ্নলন্দুনা। অঙাং অসিনি মহাক্কি মমৈগী পুন্সিদা মহা- পুরুষনি হায়না ফাওখিবা —আচার্য্য রামানুজ। মতিক্‌-মঙাল্‌ চাওরবা সাধক অসি ফাওরকৃপনা দক্ষিণ ভারতপু অনৌবা থরাই হাপ্পুনা হিংহম্বদ নত্তনা ভারত অপুম্বদা ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী

পুন্সিদা পুরক্‌খি অনৌবা ঈধক্‌-ঈরৈগা কোন্নবা ঈচাউ অমা।

ঈথক্‌শিং অতুগী মতোন্দা উনখি মহাক্কি ফাওরবা দার্শনিক তত্ত্ব—বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ।

বৌদ্ধ অমসুং শঙ্কর-য়ুগকি মতুংদা অথোইবা ভক্তিবাদী আচার্য্য অমা ওইনা রামানুজ ফাওরকই। মহাক্না শন্দোক্‌ই,—ব্রহ্ম অসি ঐখোয় মীওইবনা ইরাৎ-পূজা কৎপা অমসুং সেবা তৌবদা মতিক চাই, তৌবা য়াই; মীওইবগী মফমদা ভগবৎ-প্রেম অমসুং চংজমম্‌গী পরম তত্ত্বনি হায়না মহাক্না শন্দোক্‌খি ইনৌ-নৌনা। কাহেন্বা ৱাখলগী শক্তি অমসুং সাধন শক্তিনা মহাক্কিদা ওইবা ভক্তিতত্ত্ব লিংখৎখি। মহাক্কি বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ অসি চুম্না শঙ্করগী মোতকি লাম্বা ওইবদা নত্তনা চপ-মান্নবা রাংবা থাক্কি মতবাদনি হায়না লৈবাক্‌-ফাওনা মমিং চৎখি।

ভারতকি ধর্ম্ম-পুন্সিদা অমসুং সাধন-ক্ষত্রদা মহাক্কি মত-বাদ অসি থোইদোক্না পাক্‌-চাউনা শন্দোক্‌খি। মহাক্কি আবির্ভাব অসিনা বৈষ্ণবমত অসি মরা চেৎনা য়াংশীন্না চৎশীন্‌খি। মহাক্না শন্দোক্‌পা বিষ্ণু-উপাসনা অমসুং ভক্তিগী ৱাফম্‌ অসিনা মধ্ব, বল্লভ, চৈতন্যনচিংবা আচার্য্যশিংগী বৈষ্ণব-মত অসি মপাঙ্গল কহল্লন্‌খি। মহাক্কি মতিক্‌ মঙান্‌ চেল্লবা সাধন পুন্সি অসি মতোম্‌তা ঙাম্থোক্লকখি য়ুগ অসিগী ভক্তি-ধর্ম্মগী যমুনাগী ঈচেল্‌ ওইনা।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক্কি অথোইবা বুদ্ধি-শক্তিবু ময়াম্না খঙ্‌নখি। লুর-লুরবা ৱাফম্‌শিং মহাক্না হেক্তা ইরাই-লাইনা খঙ্‌বা ঙম্মি। মহাক্কি অথোবা বুদ্ধি উবদা ওঝাশিং পুম্নমক পুমঙক্‌ ঙক্লে। মতুংগী পুন্সিদা অথোইবা ধর্ম্ম-পুন্সি অমা ফুদোক্লককদৌরিবা

অতুগী শৈহো অত্থ মহাক্কি নহা ওইরিবা পুন্সি অসিদা ময়াম্না উনখি। ধর্ম্মগী ৱারি শাবা অমদি সাধু সজ্জনশিং তিন্নবা ফংলবা অত্থ ওইরবদি মহাক্না অঙাংমচা অমগুম্না পুন্নকাও কাওই পুন্সিগী লম অতৈ পুন্নমক্।

রামানুজগী অধ্যাত্ম-পুন্সিদা মাইকৈ অনীদগী চেন্‌শীল্লক্পা ঈচেল্ অনীনা তিন্নরবা মওং উবা ফংই। মপাইবুঙেঙা কেশবাচার্য্য শস্ত্রা-হৈবা, ধর্ম্মদা মাই-ওন্‌শিন্বা যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণনি।

মঙোন্দগী মচানা ফংজৈ জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী ঈচেল, অতুগা মমারোম্‌দগী ফংজৈ ভক্তি। মমাইবেম্মা কান্তিমতীগী বংশদা ভক্তি-লন্‌গী অরাংপা লৈতে; মহাক্কি মবুং অহল ওইরবা ভক্ত অমসুং সাধক শৈলপূর্ণ হায়বসিনা ওইরম্মি অথোইবা শিষ্য বৈষ্ণবনেতা যমুনাচার্য্যগী। নহা ওইরিঙৈগী চাংদম্লিংঙাই লৈতবা ভক্তিবু মমাগী মাইকৈরোম্‌দগী মহাক্না ফংজখি।

নোংমা সন্ধ্যাগী অমম্বনা তপ্না তপ্না পেরেমবুত্থগী লম্বিদা, খুন্দোন্দা কুপশিল্লকই। নহামচা রামানুজনা চতুষ্পাঠীদগী ময়ুম্ তম্না হঙ্গরক্লি। লম্বিদা কয়া লাপফাত্তনা মশক্ ফজরবা সাধু অমা চৎপা উরত্থনা থুনা মহাক্না সাধু অত্থ তম্না চংশিন্‌খে। অঙক্পা ফংবা লাইগিত ওইবা শক্ফম্নি মহাক্কি। আনন্দ-দগী পোক্পা লংলবা মমিৎ অনী অত্থনা মফম খঙদনা চিংশিল্লি মীওইববু, অতুগা পুক্লিংদা পোক্‌হল্লি মথুম্-মরাং হৌববু। সাধু অসি মশক্ খঙনদবা নত্তে, লম্বি অসিদা তোয়না তোয়না চৎপা উই; মহাক্না কাঞ্চী সহরদগী পুনামেলি খুল তাম্না দেবপূজাগী দমক্ চৎলিবনি।

রামানুজগী ময়ুমগী মমাঙ-মক্তদা মহাত্মা অসিগী নুতিগী চথোক্-চংশিন্‌গী লম্বি অতু লৈরি। অথোইবা ভাগবত মহাপুরুষ অমনি হায়না লমদম্ অসিদা মমিং চংলিবনি,—মিংনা কাঞ্চীপূর্ণ। বিষ্ণু-কাঞ্চী জাগ্রত বিগ্রহ বরদরাজগী মহাক্ পরম ভক্তনি, হাক্-থেংননা নক্লবা মশাগী মীনি। অথোইবা ভক্ত অসিনা শ্রীবিগ্রহগী ওইনা মহাক্কি লীলা কাহিনী ফোংদোক্ই অতুগা ভক্তশিংদা পাও-তাক্ পীরি,—অস্লুম্না থাজনরি মীয়াম্ প্রজানা।

অঙাং ওইরিবা রামানুজনা অস্লুক্ য়াম্বা ব্রাফম খঙ্জবা নচ্চদে। অতুবু মহাসাধক অসিগী ভাবনা থল্লবা মিংয়েং, আনন্দগী মপং ওইরবা মশক্ অসিনা অঙাং অসিগী মথক্লাই, পুক্লিং পুন্নমক মুন্দুনা লৌখিবগুম্ তৌরি। ঙসি খুদোং চাবা ফংবা নুমিৎ অসিদা মহাক্না কাঞ্চীপূর্ণ তম্না চেন্‌শিল্লক্লে।

হায়জরক্লে মথক্লাই শোক্না অহিং অসিদা মহাত্মানা মহাক্কি ময়ুম্‌দা আতিথ্য শোয়দনা লৌবিনবগীদমক্; অতুগা নোং হেক্ ঙাম্বদা লেংবিগে তাম্বিরিবা পুনামেলিদা লেংবিনবস্নু হঙ্গচ্চে।

কেশবাচার্য্যগী মচানিপা অঙাং অসিগী মশাদা থিংবা য়াদবা কন্না চিংশিন্বগী লিচিং অমা লৈবগুম্ তৌরি। মমিত্তা, মাইথোংদা মহাসাধক অমগী শক্‌ফম্ অমা মকালান্না ফাওরি। মশাপুম্বা শিন্থুংনা লাইগীত ওইবা নিংথিজবা অমনা য়োম্‌থুনা লৈরি। সাধু কাঞ্চীপূর্ণনা অঙাং অসিগী হায়জবা অতু য়াদবা ঙম্‌খিদ্রে। মহাক্কি আতিথ্য লৌবদা মতাখ্রে।

মচানিপা অঙাং অসিগী মতৌ অসিদে। মপাগী ঙকৃচবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অতুবু কেশবাচার্য্যগী মথক্লাইদদি পেঙ্গরি। সাধু

অসিব্ নিংথিনা পিজপিথক্ তৌজরে। অহিংদা সাধুনা ফমুংদা হিপ্তুনা পোথারি ; মতম্ অসিদা রামানুজনা মাগী মখোং নোইহনা সেবা তৌজনিংই।

ভক্ত কাঞ্চীপূর্ণনা ইথক-থক্কত্তুনা ফুক্ হৌগত্তুনা ফম্নগা,—"হিঃ! করি ব্রানো ইবুঙো, নংনা ঐগী খোং নোইগে হায়বা? হায়হৈদে, তৌগনু। নংদি ব্রাহ্মণ মচানি, অদুগা ঐনা তোল্লবা শূদ্রগী জাৎতা পোক্‌পনি; অদুগুম্বা ব্রা ককা হায়গনু।"

পাক্‌ হেক্‌ হম্বা মীওংদি রামানুজদি নত্তে। খুম্‌জরক্‌ই,—প্রভু, লুগুণ হেক্‌ থাংলগা ব্রাহ্মণ ওইরব্রা? হরিভক্তিদা মাই ওন্‌শিন্বা মীতবু অশেংবা ব্রাহ্মণ কৌগদবনি। লৈবাক-ফাওরবা তিরুপ্পান আড়বার অসি চণ্ডাল-শাগৈদা পোক্তুনসু ব্রাহ্মণ চামা, চামানা সেবা তৌদবরা? নহাকুম্বা মহাপুরুষ অমগী সেবাগী অধিকার ফঙবা ঙম্‌দবা ঐ অসি ওন্থোক্লা লাইবক্‌ থিবনি হায়বসি মুন্না খঙ্‌জরে।"

অঙাংমচা অসিগী মচিন্দগী ঙাংথোক্লক্‌পা কয়াদা ঙক্‌খ্রবা ব্রাফম্লো? কাঞ্চীপূর্ণগী ঙক্‌পগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অঙাং অসি উৎনা কুপ্তুনা লৈবা মৈ-নি ; মঙোন্দগী তুংদা ওইরক্কদবা অঙক্‌পা ব্রাঘম্ অদু মকালাম্না, ময়েক্‌ শেংনা মহাপুরুষ অসিনা উখ্রে।

অহিং অমত্তগী মনুংদা লিংখৎখিবা নক্লবা মরি অমসুং থমোইগা থমোইগা শম্নখিবা,—অদুবু অঙাং ওইরিবা রামানুজগী পুন্সিদা থিন্দনা শন্দোক্‌খি থাপ্না, পাক্লা মসিগী প্রভাব অদু। শ্রীবরদরাজগী অচাম্বা ভক্ত, কাঞ্চীপূর্ণনা মহাক্কি পুন্সিগী মরুদা কন্না খংনিক্‌ নিক্‌পগুম্না থোক্‌খি।

চহী তরাতরুকৃতা খোংদারবা মতুংদা শাগৈ-জাং ফরবী মুপী অমা কৈশবাচার্য্যনা মচাগা লুহোংবিরে। পণ্ডিতকি ময়ুম অসি ঙসিদি হরাও-তয়াম্‌গী খোঙ্গেন্না পুম্‌নিন নিন্‌খ্রে। অতুবু নুঙাইবা অসি মতম্‌ কুইখিদ্রে। মহাক্কি লুহোংবা অসিগী থা খরগী মতুংদা নোংনা ইমুং-মনুংগী মী পুম্নমক্‌পু অরাবা ইপাক্তা তাহন্না কেশবাচার্য্য নোংগাখ্রে।

অস্নুম্‌ অস্নুম্‌ অরাবগী মৈচাক্‌ অতু হন্থরক্লে। রামানুজ হৌজিক্তি মশাগী মপুন্সি শাগংনবা (শেম্নবা) থবক্তা পুংলুপ্‌ লুপ্‌শিন্না চংশিন্‌খ্রে। অহান্বদা,—অরাংবা থাক্‌ শাস্ত্র পুম্ন-মক্‌ তমহন্না মীনা ইকাইখুম্নফম্‌ ওইবা মহাপণ্ডিত অমা—ওইরগে হায়না লেপ্‌খ্রে।

কাঞ্চীদদি অদ্বৈতবাদী যাদবপ্রকাশ মতিক্‌ মগুণ লৈবা মীনি। শিষ্য ময়াম্না মতম্‌ পুম্নমক্তা কোইশিন্দুনা লৈ। মহাক্কি পাণ্ডিত্যগী ইকাইখুম্নবা মপান্‌ নাইদে। রামানুজনা মহাক্কি মফমদা থরাই য়াওনা শাস্ত্র তম্বা হৌগংলে।

নৌনা য়াওরবা শিষ্য অসিগী বুদ্ধি ফবা, থরাইয়াওবা অতুদা পণ্ডিত অসি য়াম্না পেঙ্গখি। মুমিং খরদগী মনুংদা রামানুজ অসি মাগী ওঝাগী অথোইবা শিষ্যশিংগী মনুংদা অমা ওইখ্রে।

নোংমদি অয়ুক্কি লাইরিক্‌ তম্বিবা অতু লোইরহন্না পণ্ডিত অসিনা ইরুজরুনবা থৌরাং তৌরিঙৈ মতম্‌ অতুদা ফাওবা খরা অরাংবা থাক্কি ছাত্র অমা মহাক্কি মমাংদা চংশিল্লক্লুনা ছান্দোগ্য উপনিষদকি শ্লোক্‌ অমা ব্যাখ্যা তৌবিনবা হঙ্গচ্চররে।

মতম্ অসিদা রামানুজদি গুরুগী মশা অত্থদা থাও তৈত্তুনা লৈজরি।

"তস্য যথা কপ্যাসং পুণ্ডরীক মেবমক্ষিনী" হায়বা শ্লোক্ অসিনি। মন্ত্র অসিদা য়াওরিবা 'কপ্যাসং' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদগী য়ানদবা, নুংঙাইনদবা অমা থোক্খ্রে। সূর্য্যমণ্ডলদা লৈরিবা পুরুষকি মমিৎ অনী অসি ঙাংশং ঙাংই—অত্থদি কয়ামুক ঙাংই ? য়োংগী মথুন্-মুক ঙাংই। হায়বদি,—সনামচু মান্বা পুরুষ অসিগী মমিৎ অনী অসি য়োংগী মথুন্না ঙাংবা অত্থন্না ঙাংবা থম্বালগী মশক্কি। মন্ত্রগী ক্ইনা চৎনরক্লবা ব্যাখ্যা অত্থমক পণ্ডিত-নম্ব তৌরে।

পরমপুরুষ শ্রীভগবানগী থম্বাল-মান্বা মিৎস্না অনীগী মরমদা অম্বক মশকথিবা, হন্থবা উপমা শিজীন্নবকো ? ৱাফম অসিনা ভক্ত রামানুজবু থমোই ঈরাং হৌনা নুংঙাইতবা পোক্হনখ্রে। ফজবা পুন্নমক্কি হৌরকফম ওইবা, সর্ব্বকল্যাণ ওইবা অমত্থুং গুণ পুন্নমক্কি ইফুৎ—ভগবানগী নয়ন-কমলবু য়োংগী মথুন্-ময়াগা চাংদম্নবা! মসি খাঙবা ঙম্বা ৱাফম থোক্কে!

নুংঙাইতবা, অৱাবা অমত্থুং অভিমানদগী পোক্পদগী ভক্ত ওইরক্লবা রামানুজ ও-খোংনা কপ্থোক্লক্লে। মমিৎতা তন্থনা শিন্থবা পি-গা লোইননা ৱাখল্ তৌরক্ই,—"মাসি ওইকম থোক্কে, ব্রহ্মজ্ঞ ওইরবা ঋষিগী মচিন্দগী থোরকপা মন্ত্র অসিগী ফজরবা অর্থ ইঙান-ঙান্না লৈক্কম থোকই।"

অধ্যাপককি ফি-কুপ্তবা কৈবাক মথক্তা লুম্ব-লুম্ব শাবা ঈশিং-মরিক অনীথক পোপ হেক তারকই। মহাক থংপ্রেক

হেক খংখ্রে। মহাকপু থাও তৈত্রুনা লৈরিবা শিষ্য রামানুজদা মহাক্লা হঙ্গৎনা য়েংলকই, উরে, নহা ওইরিবা শিষ্যগী মমিৎ অনীদা পি-গী ঈরা চেল্লি। করিনো অসিদে। মথৱাইদা য়াম্না চাকপা ব্রাফম অমনা জ্ঞান মাঙহল্লব্রা! নুংশিবা খোম্থোক্লা মরম্ হংলক্লে।

পাউথুম তাবদা অধ্যাপক-কি অঙকৃপগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে।

অব্রাবনা তুকথরবা খোম্থোক্তা রামানুজনা হঙ্গচরকই,—"প্রভু, মীথোই-মীহেম্বা আচার্য্যগুম্বা অমগী চিন্দগী হায়দোক-পিরক্লিবা ব্রাফম অসিবু করিনি হায়রশিগে? হৌজিক তৌবিখিবা উপনিষদকি ব্যাখ্যা অদু তাবদা ঐ থৱাই-শোক্লা নুংঙাইজদে। সচ্চিদানন্দবিগ্রহগী মিৎস্না থম্বাল অনীবু য়োং মথুনুগী অকোয়বা হুকচাং-শরুক অদুগা উপমা তৌনা চাংদম্নবা! মাসি চুম্না মশক থিবদা নত্তনা পাপকি মশক্লি। আচার্য্যগুম্বা অশিংবা মী অমগী মচিন্দগী অসিগুম্বা মশকথিবা অর্থ অসি ঐনা খক আশা তৌজাদে।"

অধ্যাপক যাদবপ্রকাশ থুনা চীংলেম্শিন্না লৈখ্রে। হায়রকই,—'ইবুংঙো নংগী চাওথোক্রবা ব্রাফম্ অসিনা ঐগী থৱাই শোকহল্লে। ফরে, অদুদি অসিদগী হেন্না ফজবা ব্যাখ্যা অদু নং অমুক্ত তৌদনা।

"প্রভু, আশীর্ব্বাদপু পীনবিরবদি ওইথোক্তবা করিগুম্ব লৈরোই।"

"এ, ফরে, ফরে; নহাকি অনৌবা ব্যাখ্যা অদু ঐবু অমুক্তা তাহল্লু।"

রামানুজনা মখুৎ লোন্নজরগা হঙ্গচ্চরক্‌ই,—"প্রভু, আশীর্ব্বাদ ফংজরবনিনা ওইথোক্কবা, ঙম্মোইদবা লৈজদবা য়ারে। প্রভু, ননাই ঐনা মন্ত্র অসিগী হৌজিক্‌ ত্তৌনরিবা হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা উপমা অসি মাঙ্‌হঞ্জনিংই। 'কপ্যাস' শব্দগী কং পদগী অর্থদি ঈশিং হায়বনি। অদুগা 'পির্বতি' গী অর্থনা—থক্লিবা নত্রগা চিং-শিল্লিবা মহাক্‌ অদু হায়বদি-মুমিৎ হায়বনি। অদুগা মন্ত্র অসিদা 'আস' শব্দ অসিনা আস্‌ ধাতুদগীনি, মসিগী মনুং হুপ্তিন্‌বা অর্থনা —'শাৎকাইহন্বা'। মরম্‌ অসিনা রাহৈ পরেং অসিগী অর্থনা,—'মুমিৎনা শাৎকাইহন্‌বা অদু'—হায়বদি,—'থম্বাল' হায়বনি। অসোম্‌দা পুবগা মন্ত্রগী শরুক্‌ অসিগী অর্থনা—সনামচৃগী মুমিৎকি মকোইগী ময়াইদা লৈবা পুরুষকি মমিৎ অনী অদু মুমিৎনা মকাফন্না শাৎকাইহন্‌বা থম্বালগুম্‌ই—হায়বনি।"

ব্যাখ্যা অসি হেক তাবদা আচার্য্য অসি শাওবনা মৈ হৌখে। হায়রক্‌ই — "অং, অদুবু মাদুদি মুখ্যার্থ নত্তে, গৌণার্থনি। মাদুদি নংনা পামজবা, ওইহল্লিংবা মওংদা অর্থ ত্তৌজবনি। অদুবু ফরে, নহাক্কি ব্যাখ্যান তৌবদা হৈশিংবা অসি থাগৎনিংঙাইনি।"

শিক্ষার্থী রামানুজনা চুম্না ভগবদ্‌ভক্ত অমসুং সুপণ্ডিত ওইবতা নত্তনা থৌরবা বুদ্ধিনা মাগী ওইবা দ্বৈতবাদী শাস্ত্রবিদ্‌ অমা ওইরক্ল-বগী অচেৎপা ভঙ্গী অদু তপ্না তপ্না মকা-লায়া শাৎকাইরকদৌবি হায়বা অসি হৈশিংলবা যাদবপ্রকাশনা মুমিৎ অসিদা খঙ্‌বা ঙম্‌খি। মতিক-মগুণ লৈরবা মাগী শিষ্য রামানুজনা মহাক্কি মতবাদ পুদুনা শন্দোক্লগনি হায়না মহাক্লা অমুক্‌ কুইবা অসি খঞ্জরক্‌পনি।

অদুনা অনৌবা নহাওইরিবা শিষ্য অসিবু খজিক্ খরাক্তা লুনা মুংশিনা তৌবা নত্তে। অদুবু ঙসিগী থৌদোক্ অসিদগী আচার্য্য অসিগী মাগী মফম্দা লৈরম্বা মুংশিবা, লুনা তৌবা অদু য়াম্না চাং হন্থরক্লে। মপুক্ মনুংদা শাওবা হেন্গৎলক্লে, অদুবু মহাক্না মাদু করিমত্তা ক্ষোংদোকপদি তৌদে।

আচার্য্য যাদবপ্রকাশ অসি চুম্না শাস্ত্র হৈবতা নত্তনা মন্ত্রবিদ্যাস্থ নিংথিনা হৈরম্মি। কাঞ্চীগী নিংথৌ-মচানুপী অদু ফত্তবা প্রেতাত্মা অমা তোংহনা কন্না মশা ঙম্খিদ্রে ; ঙাও-ফৈনা ঙম্দবনি। কয়া লাইয়েংহনা হোৎনরে অদুবু খজিক্ত য়ৌনা লাইকোক্হন্বা ঙম্দ্রে। মমৈদা নিংথৌ অদু তৌফম্ খঙদ্রহনা মন্ত্রবিদ্যাদা হৈশিংলবা যাদবপ্রকাশ কৌরুনবা মনাই থাখিরম্মি।

শিষ্যশিংগা লোইননা আচার্য্যনা কোন্নুংদা থুংলরে। থোইদোক্লা আড়ম্বর চাওনা মন্ত্রপাঠ তৌবা হৌরক্লে।

প্রেতনা রাজকুমারীগী মচিন্দা তোংহনা অঙক্পা রাফম্ অমা হায়দোক্লক্লে,—"পণ্ডিত; ঐ নিংথৌমচা মুপী অসি থাদোক্লগে, অদুদা তৌবদদি থাদোক্তিদ্রৈঙগী মমাংদা মাঙ্দা লেপ্লিবা নংগী শিষ্য রামানুজবু ঐগী ইকোক্ অসি মখোংনা শাক্হল্লু। নংগী শিষ্যগী মশা অসি থোইদোক্লা পবিত্র ওইবনি, মহাক্ অসি শক্তিমান বিষ্ণু-ভক্ত ব্রাহ্মণ-নি।"

রা অসি তাবদা যাদবপ্রকাশকি ঙকৃপগী ঙম্থৈ লৈখিদ্রে। প্রেতাত্মানা হায়জরিবসি ঙাক্পদা মতাখে ; নত্রবদি আনাবা অদু ফংলোইদৌরি। আচার্য্যগী ইঙ্গিত মতুং ইন্না রামানুজনা ময়াম্ মমাংদা নিংথৌ মচানুপীগী মকোক্ মথক্তা মখোঙ্ অদু থাঙ্গত্তুনা

শোক্লুরে। মতুগা লোইন-লোইননা নিংথৌমচানুপী অতু লাই-কোক্লতুনা হৌগৎলক্লে।

থৌদোক্ অসিদি করিস্ন লৈতবনি, অতুবু থুনমক্ কাঞ্চীগী রাজসভাদা অমস্থং প্রজা মরক্তা রামানুজগী মিংচৎ অসি নুমিৎ অসিদগী শন্দোক্পা হৌখি। পুণ্যচেন্বা সাধক অমস্থং অথোইবা পণ্ডিত অমা ওইনা তপ্না তপ্না মফম্ অয়াম্বদা মহাক্পু খঙনখি।

আচার্য্য অমস্থং শিষ্য,-অনী অসিগী মিৎয়ংগী ভঙ্গীদা মরুদা খেন্নবা অমা লৈখ্রে। খেন্নবা অসি অস্নুম্ অম্নুম চাউথোক্লক্লি। রামানুজ অসি কর্ম্মকাণ্ড থাজে, অতুগা মমিং চৎলবা বিষ্ণু-উপাসক শাগৈদা পোক্পনি। অতুদস্নু নত্তনা য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক্কি থমোইগা শম্নখি পরম ভাগবত কাঞ্চীপূর্ণগা অতুনা পোক্খি লেংদনা থাজবা শুদ্ধা ভক্তিদা। অতুগা অম-রোম্‌দনা অধ্যাপক যাদবপ্রকাশনা ওইরি অকংবা অদ্বৈতবাদী পণ্ডিত। শঙ্করমত-তগী খেন্নবা মওং অমদা ব্যাখ্যা তৌবা অদ্বৈত-বাদী অমা ওইনা মমিং চৎলি। চাওথোকচবনা পৃথিবী অসি উৎ ওইনা উবা মীওংনি।

অস্নুক্ কুইবা অসি অধ্যাপক অমস্থং ছাত্র অনীগী মোত খেন্নবা অসি ময়েক্ শেংনা অতুম্ লৈরক্লি;—অতুবু হন্দক্ মরক্ অসিদদি তোইনা তোইনা থেঙ্গাইনবা হৌরক্লে। মীথোই-মীহেন্বা বুদ্ধিগা কোম্ননা পোক্লক্পা রামানুজনি; শক্তি অসিত্তনা যাদবপ্রকাশকি মোত অসি মহাক্লা কক্থৎলি। মরৈ-য়েৎনবদা ওম্মত্তবা খুদিংগী আচার্য্যগী থমোই চাক্পা অস্নুম্ অস্নুম্ হেঙ্গৎলি।

নোংমদি মরৈ-য়েংনবগী পন্দোন্ লোয়খ্রে। আচার্য্য শাওবনা ফি, ফি কাম্খ্রে। ময়াম মমাংদা রামানুজবু ইকাইবা পীবদি অদুম্ মপীরবনি; অদুগীসু মথক্তা মহাক্ আশ্রমদগী তাম্থোক্খ্রে।

ওঝাগী মখোং-শোক্লা খুরুম্জরগা রামানুজনা মরাই-লুকথদুনা মফম্ অদু থাদোক্খ্রে। ঞাখল অমস্থুং বুদ্ধি মতিক্চানা লৈরবা রামানুজনা হৌজিক্তি ময়ুম্দা অদুম্ শাস্ত্র নৈনবা হৌরক্লে।

রামানুজবু তাম্থোক্খ্রবা মতুংদা যাদবপ্রকাশকি অল্লাবা হেঙ্গৎলক্লে। মহাক্কি মতুংদা লৈরিবা অথৌবা শক্তি অসি অধ্যাপক অসিনা খঙদবা নত্তে। নুমিৎ খরগী মমাংদা নিংথৌমচা-নুপীগী অনাবা লাইকোক্হন্খিবা নুমিৎ অসিদা শক্তি অসিগী খরদি ফোংদোক্খ্রবনি; নুমিৎ অসিগী থৌদোক্ অসিনা কেন্দ্র ওইদুনা রাজসভাদসু পণ্ডিত অসিগী মাঙখিবা ইজ্জৎ অসি ইয়াম্ য়ামদবদি নত্তে।

অদুদগী হেন্দোক্তুনা আশ্রমদা অদ্বৈতবাদ অমস্থুং দ্বৈতবাদকি মরম্দা মরৈ য়েংনবদা রামানুজনা মহাক্পু কয়ারক্ হন্না মায়থিবা পীখ্রবনি। শিষ্যশিংগী মমাংদা মাইথিরে হায়না তুক্ য়াদবতা মঙাইরে; অদুবু মখোয় অয়াম্বনদি মাদু খঙ্বদা লুনা থোক্পদি নত্রে।

রামানুজনা চতুষ্পাঠী ( লাইরিক তম্ফম্ ) থাদোক্লগা আচার্য্যগী সমস্যা করি পাংথোক্লবগে? মহাক্কি ( রামানুজগী ) মীথোই-মী-হেম্বা পাণ্ডিত্য লৈ। পাণ্ডিত্য অসিগী চৈফুনা, দ্বৈতবাদকি কক্পদা

য়াবা যুক্তিনা থুনমক্ আচার্য্য অসিগী মান মর্য্যাদা পুন্নমক লৈখা তাখিগদৌরি। মতম্ অদুদা কাঞ্চীনগরদা মহাক্না করম্না মমাই উত্তুনা লৈগনি ?

নম্থখ্রবা অভিমান অসিনা নোংমা নোংমগী অধ্যাপক যাদবপ্রকাশ-কি মশাদা অকন্বা তম্থিবা কল্লক্-য়েংথিবা ওইবা হৌরক্লে। অফবা মচরিৎ খরা লৈজরম্বা অদুস্ন হিংসা অসিনা নম্নাত্তুনা লোইনা মাঙখ্রে। অসিগুম্বা অখোয়বা পুক্চেল্ অসিনা থৌইন্শিন্ ওইদুনা শিষ্য খরগা মহাক্না ফত্ত-বাতান্নবা হৌরক্লে।

রামানুজনা হিংলিবা মখৈদি আচার্য্য অসিগী মর্য্যাদা ঙাক্পদি শুক্ঙম্ ঙম্মোইদৌরি। অদুতস্নু নত্তনা লম্দম্ অসিদা অদ্বৈতমত শন্দোক্পদস্নু য়ৈখাই থিঙ্গাইবা লৈতনা পাংথোক্পা থক্ ঙম্মোই-দৌরি। ছাত্রশিং অসিগী মমাংদা ফিরেপ্ অসিদি মঙোন্দা খাঙ্বা ঙম্বা মওং নত্রে। মখোয় পুন্নমক্ য়ারেপ্নরে,—রামানুজবু অথাপ্না লম্দম্ অমা তান্না পুথোক্লগা মাগী মপুন্সি লোইশিন্গে।

ফত্ত-বাতান্নবা লোইনরবা মতুংদা নোংমা যাদবপ্রাকাশনা রামানুজবু কৌহল্লুরে। তরাম্ তারাম্ কৌশিন্দুনা মুংশিনা হায়রক্ই,- "তম্বিবা ওঝাগা ছাত্রগগী মরি অসিদি সুক্থৎ থৎদৎনবা য়াবা বা নত্তে। অদুগী মথক্তা বুদ্ধিদা, লৌশিংদা, শাস্ত্রজ্ঞান-দা নংদি মীথোই মীহেন্বনি। অদুনা আশ্রম অসিদা হান্নগুম্না অদুম্ মরৈরো। ইপাগা তৎন-থানবা য়াবা নত্তে।" রামানুজ আশ্রমদা লৌশিন্খে।

নুমিৎ খরা লৈরগা আচার্য্যনা মহাক্কি শিষ্যশিংগা লোইননা তীর্থদর্শন তৌবা অমস্নুং গঙ্গাস্নান চৎকনি হায়না লাওথোক্লে।

মপুক্লিংদনা হু,—অথাপ্পদা অশুক্‌পা জঙ্গলদা পুথোক্লগা রামানুজবু লোইশিন্‌গে, অসিনি।

আচার্য্য অমসুং মমান্নবা শিষ্যশিংগা তীর্থ কোইবা,—মহাক্কি মরাইবক্‌ ফবা খুদোংচাবা অমনি। রামানুজ হরাওজরে; মমান্ন-শিংগা তীর্থ কোইবা থোরক্লে। খোংবু অসিদা মাগী মন্দোন্না পোক্‌পা মনাও গোবিন্দসু য়াওরি।

অসুম্‌ অসুম্‌ চৎলক্‌পদা নোংমদি বিন্ধ্যপ্রদেশকি গোঙা কৌবা উমং অত্থদা থুংলরে। মাইকৈ মরিদা থাপ্না পাক্লা শন্দোক্‌পা অশুক্‌পা উমং ঙাক্তা। মী পোং তাবগী বা লৈতে। তম্‌থিরবা শানা মফম্‌ পুন্নমক্তা থন্না লৈরি। চক্রী ফত্তবা মীওইশিং অসিনা মফম্‌ অসিমক্তদা রামানুজবু হাৎননবা থৌশিল্লী। মখোয়গী তম্‌থিবা থবক্‌ পাংথোক্লবা মতুংদা মহাক্কি কৈনা হাত্তুনা চাখ্রে, অসুম্‌ হায়না লাউথোক্লগা লোইরেদনা।

ফত্রবশিং অসিনা অচিক্‌পদা অসুম্না বা তান্নহুনা রারেপ্লখ্রে। অত্থদা বাফম্‌ অসি খঙহৌদনা গোবিন্দগী নাকোং য়ৌখ্রে। মহাক্‌ অন্নাবা রাথন্দা লুপ্‌খ্রে। করম্না রামানুজবু কন্‌গনি? হুমিৎ তারক্‌পদা রামানুজনা পুখ্রী অমদা মখোং-মখুৎ হাম্‌দোক্‌পা চৎখ্রে। খুদোংচাবা অসি হেক্‌ ফংবদা গোবিন্দনা মাগী মনাক্তা তন্না চেন্‌খিহুনা ফত্ত-রা-তান্নবগী রাফম্‌ অসি লোইনা তাক্লুরে। মহাক্লা হৌজিক্‌মক্‌ চেন্নবদি হিংবগী রা লৈতে। ঙসি অহিং মাবু ফত্তবশিং অসিনা শোয়দনা হাৎকদৌরি।

গোবিন্দনা কন্না তক্‌শিল্লক্‌পা অত্থমক্লা রামানুজনা খুদক্‌ অত্থমক্তদা মাগী শুক্লগা লোইনবা অত্থ থাদোক্লবদা মতাখ্রে।

মাইকৈ অমা অমদা স্থকৃয়েং য়েংদনা মনা বন জঙ্গল ক্ষাওহনা চেল্লক্লে। কাঞ্চী সহরদি খারোম্‌দনি ; অহুনা মাইকৈ-লাক্লগা হেক্তো পংচেস্তা চেন্‌বনি।

অহিংদা মখোয়গী কাংবু অহু রামানুজবু থিনরক্লে। করি-নো'সিদে? মহাক্ কদায়দা চৎখ্রে? করম্না মাঙ্‌খি্রবনো?

শুক্রবা বনগী লম্‌দম্‌দা হৌজিক্ কুম্‌থরক্লে অহিংগী শুক্র-মম্বনা। শা-কৈনা থন্না লৈরি মফম্ খুদিং ; অস্থুম্বা লম্‌দম্‌দা মতোম্‌তা চৎপা হায়বদি শিবাবু লেঙ্গোম্নবা হায়বনি।

যাদবপ্রকাশ অমস্থুং মাগী শিষ্যশিংনা খল্লি,—শিখ্রে রামানুজ কৈগী খায়াত্তা তাহুনা। মতুং নোং হেক্ ঙাম্বদা হরাওনবগা লোয়ননা চৎনখি গঙ্গাতীর্থ তন্না।

অসোম্‌দনা রামানুজ চেন্না চেন্না চংশিল্লি মাংলোম্‌দা। শাহিংচাবা কৈ, শরোম্ অমস্থুং শা অতৈ অতৈনা থন্না লৈরি বনগী লম্বি খুদিংদা। অস্থুম্বা তম্‌থিবা অৱাবা মতম অসিদা কনা লৈরি শ্রীভগবান নত্তনা ভাইবংগী চংজকম। ইবুংঙো মহাক্কি মিংথৈবু মচিন্দা তত্তনা শোঞ্জহনা খুদোংথিরবা লম্বি লান্না লান্না চচ্চরি ঙসি রামানুজনা।

খোংহৌ অমুক্তং অসিদা ফনা থাপ্না চৎথোক্‌চরক্লবা মতুংদা মহাক্লা লেঞ্জরে অহিং অমা উজাও অমগী মথক্তা। মতুং নোংমা কোম্বদা অশুক্‌পা জঙ্গল ময়াইদা হৌরক্লে হান্নগুম্না চখবা অমুক্ হন্না। মুমিৎ চপ য়ুংবা মতম অহু ক্ষাওবা চচ্চরে? হৌজিক্ ঙম্মক্তে, মখোং থাংবা চোক্‌থখিবনা হক্‌চাংদো ; খৌরাংবনস্থ মথবাক্ শেগাইগদৌরে। উরুম অমদা

ভাইহাক্তং পোথাগে হায়না হেক ফমথবদা ৱাম্বত্থনা তাখে খঙহৌদনা।

জ্ঞান তারকৃপা মতমদদি মুমিৎ অত্থু য়াম্না থেংজিল্লম্লে তৌইগুম্বস্নুং মাগী ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে ; মহাক হৌজিক ইকল-কল্লে ; মশাগী চোকথবনচিংবা করিমতা লৈখিদরে। করিনো , মন্ত্রশক্তি অমনা মহাকপু য়াম্না মপাঙ্গল কলহন্‌বাগুম্না তৌখে।

অত্থুগা য়াম্না ঙকপা অমনা,—শাদাম্বা মতৈমনাওনা মাগী লুখুমদা হেক ফম্লত্থনা মাবু সেবা তৌত্থনা লৈরম্মি। শুরুবা বুন অসিদা মী থেংনবা অত্থদা মহাক্‌ হরাওজবনা লোইখে।

রামানুজনা তপ্না হৌগত্তুনা ফম্‌জরে। শাদান্‌বগী মতু অত্থনা মুংশিনা হংলকৃই,—"ইবুংঙো, নহাকৃপু কনানো ? জঙ্গল অসিদি ডাকু-ডাকাত ফাওবনা চংবদা কিনরিবনি। নংনা কদাই-দগী, করি তৌবদগী মফম্‌ অসিদা লাক্লিবনো ? অত্থুগা কদাই তাম্না নংনা চৎকদৌরিবনো ?"

"ইমা, ঐদি লাইরিক্‌ তম্‌জরিবা ব্রাহ্মণ মচা অমনি। তীর্থ-কোয়বা থোকৃচরকৃপনি। মমৈদা খোংবু ওইরিবা মীশিং অত্থুগী য়েক্লবা মচাত্তগী হিংননবা অসিদা চেঙ্গরকৃপনি। ঐদি খারোম্‌দা কাঞ্চী সহর তাম্না চচ্চগনি। ভগবান-না ঙসি নখোয়গা ঐগা থেংনহম্বিবনি। থৌজান্‌বিত্থনা লম্বি তাকৃপিয়ু।"

শাদান্‌বা অত্থনা,—"এ, ফরেদা ইবুংঙো, ঐখোয়স্নু কাঞ্চী তাম্না চৎকদৌরিবনি। ফরে, পুন্না চৎমিন্নরসিসে।"

শাদান্বগী মতু অহুনা পীজবা উহৈ খরদং চাজরগা রামানুজনা মখোয়গা লোইননা চৎপা হৌরক্লে।

মুমিৎ তাখিবা ফনা কুইখ্রে। অহিংগী অমম্বনা তপ্না তপ্না কুম্থরক্তুনা পৃথ্বী কুপখ্রে। মুমিৎ অহুগী খোংচৎ অহু মাহুম্ লোইশিল্লে।

রামানুজনা তুম্নবা শেম্-শারিবৈ অহুদা ইনক্-নক্লনা হিপ্লিবা মতৈমনাও অহুনা ঙাংনরিবা ৱা অহু ময়েক্ কয়া শেংফাত্তনা মানা তাবা ফংজরে। মুমিৎ-চুপ্পা লম্শাং চৎলকপদা মুপী অসি ঈশিং য়াম্না খৌরাংলে। মপুরোইবদা হায়জরি,—"য়েংঙোই, মমিং য়াম্না চৎপা কুয়া অহু ইনক্-নক্লা লৈরেদনা! মাহুদগী ঈশিং খিত্তদি শোক্লুচোবা; খৌরাংবা কোক্কে হায়বনি॥"

মপুরোইবনা হায়রকই,—"জঙ্গল অসিদা, অহিং অসিদা অমুক্ কোইচেন্ চেন্নহুনা কান্নদে; অহিং অসিতা অস্তুম্ মখাংলো; হয়েং অয়ুক কোইথি-থিহুনা শোক্লুগে।"

রামানুজ ফুক্ হৌগত্তুনা ফম্লে। মীনুংশিনা থল্লবা থমোইগী মপু মুপী অসিনা মাবু কয়া লুনা তৌবিরে, চংজফম্ পীনবিরে অহুগা লম্বি তাকপিহুনা মথরাইস্তু কন্বিরে। অহুগা মহাক্লা অস্তুক্ খৌরাংলবা অসিদা ঈশিং পীদবা? মসি ওইহন্বা য়াদে। ওইজসনু অমম্বা অহিং, ওইজসনু অশুকপা জঙ্গল। মা মশামক্লা ঈশিং থিবা চৎকনি।

শাদান্বা মতৈ-মনাও অহুগী মনাক্তা চংশিনখিহুনা কুয়া তান্না চৎনবা লম্বি হানা হংজরকই। অহুদা মখোয় অনীঅহুনা অহিং অহুদা মানা চৎকে হায়রিবা অহু মুক্স্না য়াদ্রে। মখোয় অনীমক্লা হায়রকই

"নত্তে, ইবুংঙো, নহাক্ অসুক্ য়াম্না লাংতক্লগনু। নোংস্থ মঙাল্লক্কদোরে। হয়েং অয়ুক্ শোক্লরগা লোইরে। করিগী অশুকৃপা উমংগী লম্বিদা অহিং অসিদা নংনা ঈশিং থিবা চৎকদগে?"

নোং হেক্ ঙাম্বদা সুপী অতুনা রামানুজদা হায়রক্ই,—"নংনা ঙরাং মুংদাং ঈশিং শোক্লগে হায়বদো, কূয়াদি ইনক্ নক্কা লৈরে। চৎসিসে, ঐখোয় অহুম্মক্ পূন্না।"

উমংগী অরোইবা চিদায় য়োৌরক্লবা মতম্দা কয়াদি থাপ্তনা শালকুঞ্জ মখাদা চাউরবা কূয়া অমা লৈবদো উরে। সুপী, নিপা ময়াম্ পুন্না সুঙ্গী থাক্ কানতুনা ঈশিং শোক্লরিবদো উরে। রামানুজনা হরাওনা চৎখিতুনা মচিন্-ময়া শেংতুনা মখোাং-মখুৎ হাম্দোক্চরে। ঈশিং অতু খুজোক্ য়ানা শোক্চরুতুনা শাদাম্বগী মতু অতুবু পীথক্লে। অহুম্মক্ হন্না পীথক্চরে অতুবু মাগী খোী-রাংবা অতু কোক্পা কোবদা মরৈখিদ্রে। রামানুজনা অমুক্কা হন্না ঈশিং শোক্পা চচ্চখ্রে। মাগী ঙক্পগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে, মানা হল্লক্পা মতম্দা মতৈ-মনাওদো লৈরম্দ্রে; শরাই মাঙ্-খিবগুম্ তৌখ্রে। মাস্থ থিবা হৌনবা মখৈ থিজরে, অতুবু মফং-খিদ্রে।

হৌজিক্ মহাক্না মীয়াম্ তিল্লিবা কূয়া-মনাক্ অতু তান্না চংলক্ক্না সুপী মচা অমদা হংলরে,—"ইবেম্মা লম্দম্ অসিবু করি কৌবগে? কাঞ্চী হায়বা অতুবু মাসিদগী কয়া থাপ্লিবগে খঙ-লাক্প্রা?"

অসুক্ ঙক্পা রাদি কনানস্থ করিগুম্বদা তাখিদ্রিমাল্লে য়বা

অতুমক্ হেক্ য়ৌই ! মীয়াম্ অতু ইঙক্-ঙক্লখ্রতুনা রামানুজবু ইকোই-কোইশিল্লরে।

মাগা হান্না খঙনবা মীওইশিং অতুনা নোক্ল-নোক্লতুনা,—"করিনো তৌরিবসিবো ? নংবু ভুত চংলবরা ? নংনা নপূন্সিচুপ্পা খঙজরক্লবা কাঞ্চীনগর অসিবু ঙসি নোংমা-নিনি অসিদা থংকাউ হেক্ কাউখ্রবরা ? নহাক্ অসি আচার্য্য যাদবপ্রকাশকি শিষ্যনি, অতুগা লম্‌দম্ অসিবু নিংশিংবা থোক্‌খিদ্রবকো ? আদা বরদরাজগী মন্দির মতোন্ উরেসে! অতুগা কূয়া অসিনা য়াম্না শেংলবা শালকূপ-নিদনা,—মসিবু খঙ্‌দ্রবরা ? নংবু নকোক্ অতু করিনো অমা তৌরব্রা ?

মাসিবু মিত্রংলা ? করিনো তৌরিবসিবো ? রামানুজ ব্রা ঙাংবা থোক্‌খিদ্রে। মহাক্কি মশা পুন্নমক্ তু-মান্ চুংখ্রে খঙহৌদনা আনন্দগী পি চতুম্ চতুম্ শিন্থরক্লে। মধ্যপ্রদেশকি উমংদগীদি কাঞ্চী হায়বা লম্‌দম্ অসিদি থোইদোক্লা থাপ্পরি ; অতুবু চাক্-চমাং অমত্তং খোংনা চৎপদা হেক্ য়ৌবকো ! মাসি হেক খব্বদা মাগী থমোইদা খঙ্‌হৌদনা দিব্য অনুভুতিগী মঙাল্ ফাওখ্রে। শাদান্বগী মশক্ লৌতুনা বৈকুণ্ঠপতি অমস্তুং লক্ষ্মী দেবী মশামক্লা মাবু মফম্ অতুদা থিন্বিরম্লগা মাঙ্‌থোকৃখ্রে হায়বসি মাগী থমোইদা ফাওখ্রে।

অকন্বা ভাব অসিদা লুপ্ত্না মশা পুম্বা থক্‌থক্ নিক্‌পা হৌরক্লে ; খঙ্‌হৌদনা শালকূপ মনাক্তা বাম্থতুনা তাখ্রে।

য়াম্না কুইনা বাম্থরুরবা মতুংদা মহাক্কি বাহ্যজ্ঞান লাক্লে। উরে, অকোয়বদা খঙ্‌নবা খঙ্‌নদবা মীয়াম্ তিন্দুনা লৈরি। কনানা

করি হংলকৃপদা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীবা ওম্বগী ফিবম্ লৈজদ্রে ! মমিৎ অনী অতুদা অতৎপা লৈতনা পি-গী ঈচেন্ চেম্বরি ; থমোই-নুংদা কন্না ফাওখে ভগবৎ-প্রেম।

রামানুজগী পুন্সিগী মবুংঙোনা নুমিৎ অতুদা চাম্বিতুনা মমাংদা ফাওরকৃথিবনি। মীরম্লেন্‌গী নত্তবা দিব্যলীলাগী মনুংদা মথুৎনা থিন্দুনা লম্বি তাকৃপিথি। অম্মুন্না মহাক্না ওসিদগী হৌনা চংজখি পুন্সিগী অনৌবা অধ্যায় অমদা।

মযুম্ য়ৌরবদা মহাক্না ধ্যান অমস্মুং শাস্ত্র নৈনতুনা লৈজরে। নোংমদি শ্রীবিষ্ণুবু মতম পুম্নমক্তা দাস্যভাবতা নিংজবা মহাসাধক কাঞ্চীপূর্ণনা মহাক্না উন্নবা লেংবিরক্লে। মহাকৃপু দর্শন ফংজবদা রামানুজ থোইদোক্না পেঞ্জরে।

বিন্ধ্যগী অচৌবা উমংদা থোকৃখিবা থৌদোক্ পুম্নমক্ মহাক্না হঙ্গচ্চরে। অম্মুক্ য়াম্বা অরা-অনাগী মনুংদা লক্ষ্মী-নারায়ণনা শাদানবা মতৈ-মনাও শাজিন্নতুনা করম্না মাগী মথরাই কম্বিখিবা অসিগী বাফম্ অসি শন্দোক্না মতু-মমান্ হেক্ চুংনা মিৎকি পিগা কোম্ননা তম্‌জরে।

সিদ্ধ-ভক্ত কাঞ্চী-পূর্ণ অসি বরদরাজ-বিগ্রহগী লেংদবা মনাইনি। প্রভুগী ধ্যানদা লুপ্‌শিন্দুনা লৈজে মতম্ অপুম্ব। ভাবাবেশ ওইতুনা কপ্‌চৈ করিগুম্বদা, অমুকৃম্মু নোকৃচৈ অতুগা করি করিগুম্বা মতম্‌দনা অমুকৃম্মু বারি শাতুনা লৈজে প্রভুগা। আনন্দগী মশক্ ওইবা শ্রীহরিগী অথোইবা ভক্ত অসিগী মশা-পুম্নমক্ শীনবা থুংনা তত্তনা চেন্দুনা লৈ আনন্দগী ঈথক্না। মহাক্কি প্রভাব অমস্মুং মহাক্না লেংবিরক্‌পদি বসন্ত ঋতু চংলক্পগা অন্দানি, কাঞ্চীগী

করিগুম্বা খুল্লক্তা নত্রগা কনামগী ময়ুম্দা মহাক্না হেক্ লেংশিন্থিবদা মফম্ অতুদা আনন্দগী ঈথক্ হৌনরিবনি ।

ৱারম্ পুন্নমক্ অসি তাবদা ভাবাবিষ্ট ওইখ্রে ভক্ত কাঞ্চীপূর্ণ। হায়রকৈ, "শ্রীবরদরাজনা নংবু চাম্বিরে ঙম্থৈ লৈতনা ; অদুনা কম্বিরে নথৱাইস্নু । নহাক্ হৌজিক্ ওইরিবনি মহাক্কি অথোইবা মনাই ; মাসিদা চিংনিংঙাই লৈত্রবনি। মশক্ ওন্থোক্তুনা লক্ষ্মীদেবীনা থক্পিখ্রে ঈশিং নখুৎমক্তগী। নংগী পুন্সিদা খৌরাংবা পুন্নমক্ কোক্হম্বিগে হায়বগী ইঙ্গিত তৌদুনা কোক্শিন্নবা শাজিন্নবনি মশাগী খৌরাংববু নখুত্তগী ঈশিং থক্পিদুনা। ইবুংঙো, নং হৌজিক্তগী হৌরদুনা প্রভুগী সেবাদা তত্তনা চংজো। শালকুপতগী ঈশিং হোন্দুনা নুংতিগী প্রভুবু চায়জো, অভিষেক তৌজো। ঐনা হায়রিবসিনি,— ননিং থুংগনি, ফংজগনি অথোইবা খুবম্।"

কাঞ্চীপূর্ণগী মফম্দা রামানুজগী লৈজৈ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মশাগা কোন্নজবা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা। হন্দক্কি মাহু য়াম্না কন্শিন্বা, মরা-চেৎপা হেঙ্গৎলক্লে। সিদ্ধ মহাপুষ অসিদা দীক্ষা লৌজগে হায়না কুইনা নিংজরক্লবা অদু হন্দক্কি ফোংদোক্তুনা কম্না তক্শিল্লক্লে।

অদুবু কাঞ্চীপূর্ণদি দাস্যভাবকি অকোংবা বিগ্রহগী মশক্কি। অদুনা কনাবু মানা দীক্ষা পীগনি। লম্ অসিদা মাবু য়াহন্বা থোইদোক্না অরুবা ৱাফম্নি। কাঞ্চীগী প্রজাশিংনদি মাবু চপ্ মান্নবা ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা পীনরি ;অদুবু মাতনদি বৈষ্ণব অমগী অত্তোন্বা ভাব অদু থাদোক্পা লৈতনা খ্বাইদগী হেন্না তোল্লবা

শূদ্র অমনি হায়না তোঙাম্বা ব্রাখন্দা লৈজরি। অদুনা রামানুজনা দীক্ষা লৌনবগী মরম্দা হায়রবা ব্রাফম্ অসি মহাক্ন স্নুকয়া য়াদ্রে।

রামানুজনদি অদুবু মহাভক্ত অসিগী চরণদা মতম্ কুইনগী মশা কথোক্খ্রবনি। মহাক্কি পুন্সিদা অশেংবা দাস্য-ভক্তগী মরু হুন্দুনা ময়োন্ চোংহন্বস্মু কাঞ্চীপূর্ণনি।

তীর্থ কোয়বা লোইরদুনা যাদবপ্রকাশস্থ্ কাঞ্চীদা হল্লক্লে। রামানুজ শিদে হায়বা পাওস্থ তারে।

নোংমা মাগা রামানুজগা উন্নবদা য়াম্না লুনা নুংশিনা তৌশিন্নরে। হায়রকুই,—“ইবুংঙো, নংগা হেক্ কাইনবা নুমিং অদুদগী অব্রাবা ব্রাখস্তনা থমোই অসি চিকুখ্রবনি। মাদুবু নঙোন্দা করি হায়না তম্দুনা ফোংদোকৃপা ঙম্গনি? লস্মুক্লদুনা নংবু শা-কৈনা শোকৃখ্রমান্নে হায়বা ব্রাখন্না ঐ অসি ঙাওকরবনি। ফরে, হৌজিক্তি নংনা হিংদুনা লৈরম্বসিদা পুম্নমক্ কোক্খ্রে; থব্রাই অসি চনিং তাজরে। আশীর্ব্বাদ তৌরি, নহাক্ কুইনা পুন্সিবা ওইয়ু ইবুংঙো।”

আচার্য্যগী চরণ বন্দনা তৌজদুনা নোল্লুক্না থুরুমজরগা,—“প্রভু, শাহিং চাবা শানা থন্না লৈরবা জঙ্গল অদুদা থব্রাই হিংবা হায়বা অসি ওন্নবা হৌনদে। অদুবু প্রভুগী থোজান্ অমস্মুং আশীর্ব্বাদতনা হিংহন্বিবনি; মাসিদা করিস্মু চিংননিংঙাই লৈজদে।”

হান্নাগুন্না ফজবা মচৎ অমস্মুং শ্রদ্ধা ফোংদোক্পা উবদা আচার্য্য অসি চনিং খরা তাজরে। মাগী লৌনম্বা মচৎ অমস্মুং হাৎনবগী ফত্ত-থৌরাং তৌখিবা অদু রামানুজনা খঙ্‌দ্রিমান্নে হায়না খঞ্জরে।

আচার্য্য অসি মশাগী ফত্ত-মচৎকিদমক্ ইয়িক্-ইকাইদবদি নত্তে। মতুং নোংমা কোম্বদা রামানুজবু চতুষ্পাঠীদা অমুক্ হন্না

য়াওননবা তাক্‌পিরে। হান্নাগুম্না মহাক্‌ চথোক্‌-চৎশিন্‌ তৌবা হৌরক্লে।

মতম্‌ খরগী মতুংগী রানি। ফাওরবা সাধক শ্রীরঙ্গনাথতবু নিংজরবা ভক্ত যমুনাচার্য্যনা নোংমদি লেংবিরক্লে কাঞ্চী নগরীদা। মরম্না, থরাইপাম্বগুম্না লৌনরিবা বিগ্রহ ( মূর্ত্তি ) শ্রীবরদরাজগী দর্শন অমস্তুং আরাধনাগী দমক্‌। মন্দিরদগী হেক্‌ থোরক্‌পগা মহাক্না চৎখ্রে বেদান্তবিদ আচার্য্য যাদবপ্রকাশকা উন্নবা।

চহী চামা শুরবা অহন্নি ; মী পুন্নমক্কি শ্রদ্ধা লৈনরবা মহাপুরুষ অসিগী দর্শনগী দমক্‌ লম্বিদা মী য়াম্না তিন্‌খ্রে। আশ্রমগী ছাত্র পুন্নমক্‌ যমুনাচার্য্য ওক্‌পা থোক্লরক্লে। রামানুজমক্কি মরেংবান্‌ কোল্লহুনা অহল্‌ ওইরবা বৈষ্ণব অসিনা তপ্না তপ্না যাদবপ্রকাশকি চতুষ্পাঠী অহুদা চংলক্লে।

মহাপুরুষকি মুংঙাইবা, অপেম্বা মিৎয়েং অহু মতম্‌ অসিদা রামানুজগী মথক্তা তাখ্রে। লাইগী মশেক্‌-মঙান্‌গুম্ববু মাগী ওইবা, নিংথিজরবা শাবান্‌-পুবা নহা পাখং অসিবু কনা ওইরিগবা? হেক্তা উবদা থরাই, পুক্লিংবু লাইনা হুখ্রে। যমুনাচার্য্যনা মাগী পরিচয় য়াম্না হেক্তা মখঙনিংখে।

মহাক্না হংলক্লবদা কাঞ্চীগী পাখং অমনা খুম্‌জরক্‌ই,—"আলওয়ান্দার, ( মী পুন্নমক্‌পু কোন্‌বিরিবা ) কাঞ্চাগী পাখং অসিদি রত্ন অমনি হায়বা য়াই। প্রভু বরদরাজগী পরম ( অথোইবা ) ভক্তনি ; অহুগা মহাপুরুষ কাঞ্চীপূর্ণনসু য়াবিহুনা লৌশিন্বিরিবনি। অহুগীসু মথক্তা মহাক্‌ অসি প্রতিভা চেম্বা শাস্ত্রবিদ অমনি। হন্দক্তা মহাক্না 'সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম' হায়বা মন্ত্র

অসিগী ভক্তিপ্রধান ওইবা শন্দোক্পা ব্যাখ্যা ইত্তুনা পণ্ডিত অমস্তুং ভক্ত সমাজদা মহা য়োনা মথুম্-মরাং হৌনবা অমা থোক্হল্লে।"

যমুনাচার্য্য হায়রিবা অসি দাক্ষিণাত্যদদি অথোইবা ভক্তিধর্ম্ম চৎচবা অমস্তুং শন্দোক্চবা মীশক্ অমনি। মহাক্না পাও অসি হেক্ তাবদদি থোইদোক্না হৃরাও-তুজুংখে। খঞ্জরক্ই, লাইগীগুম্বা মঙাল্পুবা নহা পাখং অসি শ্রীহরিগী অখন্নবা সেবক ওইবা তাই। মহাক্ অসিগী মনুংদা মপান্নাইদনা ওইরকপা য়াবা অমা লৈরি। য়াম্না অঙক্পা অমনা,—অকংবা রস য়াওদবা তর্ক-তবু পাম্জবা অদ্বৈতবাদী পণ্ডিত যাদবপ্রকাশনা তন্বিত্নুনা য়োক্খৎপিরবস্তু অস্তুক্ কুইবা অসি মহাক্না অস্তুম্ চাওত্নুনা লৈরি, ( হায়বদি, -ওঝা অতুগী থাক্তা কুম্থদে। ) যমুনাচার্য্যনা মহাক্না রা ঙাংনলিংলবস্তু মী য়াম্না তিম্মন্বনা খুদোংচাবা ফংখিদ্রে। মীয়াম্না ইকোই-কোইশিল্লত্নুনা চতুষ্পাঠীদা চংখে। অত্নুদগী আচার্য্যনা ফজবা মচৎকি হৌনবী পাং-থোক্লগা অমস্তুং রারি ব্রাতাই খরা শারম্নগা বিদায় লৌত্নুনা হন্খে।

খংউন্-উন্নবা ভক্ত নহা অসিবু মতম্ কুইনা যমুনাচার্য্যগী থমোই লাইয়ুম্দগী মুৎপা হায়বা মনাইখিদ্রে। অতুদস্তু নত্তনা মহাক্ মশা শিদ্রিঙৈগী মমাংদা রামানুজবু ভক্তশিংগী মমাংদা তুংগী বৈষ্ণব জগৎকি মাইকৈ ঙাক্পা ওইনা মহাক্না খন্দোক্নুনা থনম্মি। ভক্তি-রসকি অথোইবা ভাণ্ডারীগী মখনাওদগী ঙসি লাক্লিবা ( ওইরক্কদবা ) বৈষ্ণব লুচিংবা অমগী মঙ্গলগী মশক্ ওইবা তরাম্না ওক্পা শ্লোক্ অমা থোরক্খি। যমুনাচার্য্যনা লেংবা শ্লোক্ অসিগী অরোইবা শরুক্তি :—

লক্ষ্মীশ পুণ্ডরীকাক্ষ কৃপাং রামানুজে তব।
নিধায় স্বমতে নাথ প্রবিষ্ট কর্ত্তামর্হসি॥

"হে থম্বাল-মিত্তা তাবা লক্ষ্মীগী মবুংঙো। নহাক্না রামানুজবু থৌজান্বিয়ু। মহাকৃপু নহাক্কি মোত-তা পুশিন্বিয়ু ইবুংঙো।"

রামানুজদি হান্নগুম্না আচার্য্য যাদবপ্রকাশকি মফম্দা অহুম্মক্ তম্জরি। কাহেন্বা মেধা অমস্তুং প্রতিভাগা কোন্ননা শাস্ত্র সমুদ্র নৈনরি, অদুগা লোইন-লোইননা পোক্পদগী কোন্নরক্লবা ভক্তি অমস্তুং ভাবুকতানি মহাক্কি। শ্রীহরিবু দাস্যভাবতা নিংজহনা মতম্ পুন্নমক্তা লুপ্তুনা লৈবা কাঞ্চীপূর্ণগা নক্লনা শম্নবদগী মহাক্কি পুন্সি অসি রসনা থুক্নৎপা ওইরি।

নোংমদি যাদবপ্রকাশনা মাগী ছাত্রশিংদা উপনিষদ ব্যাখ্যা তৌরি। লম্ অসিদা মহাক্কি হৈশিংবদি অঙকৃপনি। অদুদা পুন্নমক্ অসি খম্থেংবা অদ্বৈত মোতকি ব্যাখ্যা ঙাক্তনি। জীব অমস্তুং ঈশ্বরগী মরি সেব্য-সেবক ভাবকি মমি ফাওবা তাদে। ভক্ত রামানুজদা মাসি তাবদা খাঙবা ঙম্দনা থোক্খে। নোল্লুক্না মহাক্না আপত্তি তৌজরক্লে।

যাদবপ্রকাশসু লেম্না হেক তোক্পা মীশক্ থোক্লে। মখোয় অনীগী মনুংদা হৌগৎখে অকন্বা মরৈ য়েৎনবা। চাংদম্নিংঙাই লৈতবা প্রতিভাশক্তিনা রামানুজনা মাগী আচার্য্যগী ব্যাখ্যা পুন্নমক্ শাথিনা কক্থৎলে।

মহাক্কি সিদ্ধান্ত পুন্নমক্ শোগৎনবা শ্রুতিদগী যুক্তি কয়া কয়া পন্দুনা হায়থরক্লে। আচার্য্যনা মাগী শিষ্য অসিগী তর্কগী লাং অসি কক্থৎপা করিগুম্বা লম্দগী মুকক্তম্ ঙম্খিদ্রে।

মমৈদা শাওবনা মৈ হৌরতুনা নক্ষ্ তৌরক্লে। হায়রক্ই,—"রামানুজ, নংগী লমহেন্‌বা, মচোং-মপাক্ নাইদবা মচৎ অসি ওসিদি হৌন-লমচৎকি ব্রাংমা লাল্লে। নংনা শাস্ত্র অত্তুক্ য়াম্না হৈরবদি করিগী ঐগী টোল অসিদা লাইরিক তম্বা লাক্‌পিরি ? হান্নস্থ নংগী মচোং-মপাক্ নাইদবা লমচৎ অসি ঐনা অনীরক্ ওাক্‌পিখ্রবনি ; অত্তুবু ওসিদি অমুক্ ওাক্‌পিবা ওম্মরোই। নংগুম্বা চাওথোক্‌পা শিষ্য অমগী মাইথোং ঐ য়েংবা ওম্মরোই। হৌজিকমক্ থুনা ঐগী ইমাংদগী থাপ্লা চৎথোক্‌খ্রো।

রামানুজ টোল থাদোক্লে। খঞ্জরি,—মহাক্কি মনাক্তা লৈরগা ভগবৎ-ভক্তি মাওবা অসিগুম্বা আচার্য্যগা নক্লবা, শম্নবা থাদোক্‌পদি প্রভু শ্রীবরদরাজ-মক্কি থৌজান্ননি। মমুম্‌দা মথল্লাই লুপশিন্না দ্বৈতবাদী শাস্ত্র নৈনবা হৌজরে। আসদস্থ নত্তনা অচৌবা সেবাগী থবক্ অমস্থ মথক্তা নন্‌শিল্লবি। নুতিগী থল্লাই য়াওনা পবিত্র শালকূপতগী মানা ঈশিং হোঞ্জতুনা শ্রীবরদরাজবু স্নান তৌজরি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা পরম ভাগবত কাঞ্চীপূর্ণগা নক্লন শম্নজবস্থ ফংজরে। অসিগুম্বা পরিবেশকি ( environment ) মনুংদা লৈজবদগী মহাক্কি অধ্যাত্ম-পুন্সি অসি তপ্না তপ্না ফুগাইনা ওান্থোক্লক্‌পা হৌরক্লম্মি।

অহল্ ওইরবা যমুনাচার্য্য নুমিৎ খরতগী মনুংদা য়াম্না কন্না নাশিন্‌খ্রে। মহাক্কি পুন্সি অসিগী অরোইবা নুমিৎ অত্তু থুনা য়ৌশিল্লক্লে হায়বসি পূম্নমক্না খঙনরে। অওক্‌পা ব্রাফম্‌দি শ্রীরঙ্গদা কম্নতুনা মহাপুরুষ অসিনা মশাগী শিরম্‌দাই অসিদা ফাওবা নহামচা ভক্ত রামানুজবু কাওবা লৈত্রি।

রামানুজনা অধ্যাপক যাদবপ্রকাশকা মরি পুন্নমক্ থদংনরে হায়বসি মহাক্না কাঞ্চীগা ব্রাহ্মণ অমদগী তারে। অদুগা সাধু কাঞ্চীপূর্ণগী থৌইন্‌শিন্দগী মহাক্না হৌজিক্ ভক্তি সাধনাগী লম্বিদা থল্লাই য়াওনা চংশিল্লি হায়বা ব্রাফম্ অসিস্থু তাবদা যমুনাচার্য্যগী হরাওজবগী থম থেংখ্রে। থুদক্ অসিমক্তদা মহাক্কি শিষ্য মহাপূর্ণবু থিন্দনা কাঞ্চীদগী রামানুজ কৌরুনবা থাখ্রে।

রামানুজনা স্মৃতিগী লম্বি অসিদা পবিত্র শালকূপতগী ঈশিং শোক্পা চৎলি, অদুগা প্রভুগী স্নাননচিংবা লোইরগা ময়ুম্‌দা হঞ্জখি,—হায়বা পাও অসি কাঞ্চীগী বরদরাজগী মন্দির হেক্ য়ৌবদা মহাপূর্ণনা তারে। অদুনা মহাক্না মন্দিরগী মনাক্তা লেপ্লদুনা পুক্লিংচংনা যমুনাচার্য্যনা লেংবা নিংখিজরবা শ্লোকশিং অদু শক্পা হৌরক্লে।

রামানুজনা রাজপথদা চৎলি; মকোক্তনা শ্রীবিগ্রহ চাইথনবা ঈশিংগী পাত্র। ভকথদুনা থংলেপ্‌ লেপ্পি মানা। তারিবসিবো করিনো? অস্থুক্ নিংখিবা লাইশোন্ পরেংদি তাখিদ্রিনা! প্রপ্‌ প্রপ্‌ চংশিন্‌খিদুনা মহাক্না হংজরক্ই লৈঙাং-শেৎপা বৈষ্ণব সাধক মহাপূর্ণদা, "প্রভু অস্থুক্‌ থুম্বা রসনা থল্লবা লাইশোন্ শৈরেং লেংবনো কনানা?"

"ভাই, মাসিদি ঐগী প্রভু যমুনাচার্য্যনা লেংবনি। মহাক্‌ অসিদি শ্রীরঙ্গনাথজীগী লেংদ্রব সেবকনি, দাক্ষিণাত্যগী বৈষ্ণব ভক্তশিংগী মধ্যমণি-নি। দাস্যভাবকি মহাতত্ত্বগী মনুংদা মহাক্না অস্থুক্ কুইবসি শুদ্ধা ভক্তি (অশেংবা ভক্তি) শন্দোক্লনা লাক্লি। নহাকপু মহাক্না লেংবা লাইশোন্ ইশৈ থক্‌ তাদ্রিবরা?

রামানুজনা য়াম্না লাংতক্পনা মহাপূর্নদা হায়জরক্ই,—হে পুক্চেল্ চাওবা, নহাক্পু হৌজিক্ কদাইদা লৈবিগদৌরিবনো ? চাম্বিত্নুনা ঙসিদদি তোল্লবা ঐগীদা লুক্ হাবিখোগবা।”

মোমোন্ নোক্তুনা মহাপূর্ণনা হায়রকই,—“নুংশিরবা ইনাও, ঐনা লাক্লিবসে নংবুতা উন্নগে লাক্পনি। ঐগী প্রভূ মহামুনি যমুনাচার্য্যগী পুন্সিগী অরোইবা মুমিং নক্শিল্লক্লে। অত্নুনা মহাক্না নহাক্না থীন্দনা উন্ননিংই। নংবু কৌগে হায়ত্নুনা লাক্লি অত্নুনা ঐনা কাঞ্চী অসিদা।

পংনা তাররোইদবা, ফংঙরোইদবা ৱাফম্নি! খারোম্গী বৈষ্ণব-জগৎকি পজেং-ফিরান্ থেৎলবা অথোইবা পণ্ডিত, মহাপুরুষ যমুনাচার্য্যনা মহাক্না করিস্ নৈতবা মীওই অমবু ঙসি নিংশিং-বিরক্পকৌ ! শ্রীবিগ্রহ চাইথনবা ঈশিং অত্নুনা মন্দিরদা থিল্লরগা রামানুজ তন্না হল্লক্লে। মহাপূর্ণগা লোইননা শ্রীরঙ্গগী লম্বিদা খোংশাল্লক্লে। ময়ুম্দা হন্দুনা মমা অমস্তুং মাগী নুপীদা পাও অসি পীরম্বা ফাওবা নংজখিদ্রে।

মুমিং মরিনি থোংনা চৎলবা মতুংদা কাবেরীগী ৱাংমদা রঙ্গনাথজীগী মন্দির-মতোল উরক্লে। কয়া থাপ্তনা মীয়াম্ তিনবা উবদা মথোয় অনীমক্ ইঙক্-ঙক্চরে। মনাক্ নক্শিল্লক্পদা মথোয়না উরুরিবা অত্নুদি থরাই শোক্লবা দৃশ্যনি। বৈষ্ণবগুরু যমুনাচার্য্য পুন্নমক্পু অৱাবা ঈপাক্তা তাওহন্দুনা নোঙ্গাখিরম্লে।

মহাপুরুষপু কোইশিন্দুনা লৈরি মশিং লাক্ঙম্দবা মীশিংনা। থরাই চখোক্খ্রবা মহাক্কি হকচাংদা রামানুজনা মুন্না য়েংত্নুনা লৈজরি ; অত্নুদা মহাক্কি মখুং য়েংবকি থুংশা অত্নুম্থক্, কোন্শিন্দুনা

লৈবা অহু তম্না উরুরে। খল্লক্ ই, মহাপুরুষ অসিনা শিরম্‌দাইদা করিনো খরা মপুক্লিংদা চপ-য়ুংনা নিংলম্বরা? কোন্‌শিল্লিবা খুৎ-শাশিং অসিনা করিনো অমা ইঙ্গিত তৌহুনা তাক্লিবরা?

অস্থুম্ য়েংনা য়েংনা রামানুজনা দিব্যভাব-তা লুপ্তুনা লৈখে। খরাই-য়াওদ্রবা, তাহুনা লৈরিবা যমুনাচার্য্যগী হকচাং অহুদা য়েংলহুনা হৌজিক্ত-লেংবা, মশানা অস্থুম্ তৌগে হায়না লেপচবা ব্রাফম্ য়াওবা শ্লোক অহুবু য়াম্না লাওনা রামানুজনা থিথরক্লে। মাসিগী মহুংগী অর্থদি,—ঐনা শ্রীবিষ্ণুবু কন্না নিংজহুনা অজ্ঞান ওইবনা পংথহুনা লৈরবা সাধারণ মীওইশিং অসিবু পঞ্চসংস্কার য়াওরবা দ্রাবিড়বেদ হৈহন্‌গনি, অহুগা শ্রীনারায়ণদা চংজবশিং অহুবু মতম্ পুম্নমক্তা ঙাক্ শেন্দুনা লৈগনি"।

শ্লোক অসি থিবগা লোইন লোইননা মহা য়ৌনা ঙক্রবা থৌদোক্ অমা থোক্লে। শিরবা আচার্য্যগী কোন্‌শিন্দুনা লৈবা খুৎশা অমা চপ্ তিংথোক্‌খে। মাসি উবদা তিল্লিবা মীশিং অহু ঙক্রখিবনা জ্ঞান মাঙনখে।

ভাবাবিষ্ট ওইরবা রামানুজনা তপ্না অতোপ্পা শ্লোক্ অমা শক্লক্লে,—"মীওইববু কন্ননবা ঐনা লেংগনি শ্রীভাষ্য; মাহুনা ওইগনি মীওইবগী কল্যাণ অমস্থুং তত্বজ্ঞান ঙাক্তা।"

উনরে তন্না যমুনাচার্য্যগী অনীশুবা খুৎ-শা তিংথোক্লকপা। অহুগী তুংদা রামানুজগী মখনাওদগী থোরক্লে অহুমশুবা নিংথিবা শ্লোক,—"থৌজাল হৈরবা পরাশর মুনিনা মায়ানা পুন্দুনা লৈরিবা জীবগী লাম্নবগী দমক ঈশ্বরতত্ব অমস্থুং সাধনপদ্ধতি শম্নোক্-পিরম্মি, পুরাণরহ্ন বিষ্ণুপুরাণ লেংবিরম্মি,—হায়রিবা মুনি

অসিগী মমিং অসি য়োনবা ঐনা কনাগুম্বা অথোইবা পণ্ডিত বৈষ্ণব সাধক অমবু পুখৎকনি।”

অঙকপনি, শ্লোক অসি থিবা হেক্ লোইবদা, যমুনাচার্য্যগী অহুম্শুবা খুৎ-শা অহু চপ্ তিংথোক্খে।

রামানুজ মপুক্লিংগী রাফম্ অহুম অসি হায়দোক্পগা লোইন-লোইননা হুমিৎ অসিদা শিরবা যমুনাচার্য্যগী কোন্শিন্দুনা লৈবা খুৎশা অহুম্ অহু তিংথোক্খে। অসিগুম্বা মীরম্লেন্দা থোক্লোইদবা থোদোক্ অসি উবদা অহুক্ য়াম্বা তিল্লিবা মীয়াম অহুগী ঙক্পগী ঙম্থৈ লৈখিদ্রে। অঙকপা শক্তি লৈবা ব্রাহ্মণ মচা অসিবু কনানো? অস্নুম্না মুরুম্ মুরুম্ শোন্নরি; মাইকৈ পুন্নমক্ পুন্নিন্নিল্লি। রঙ্গনাথজীগী অখন্নবা সেবক্, খা-ভারতকি বৈষ্ণব সমাজ পুন্নমক্কি লুচিংবা যমুনাচার্য্য ঙসি মতম্ কুইনগী য়াহিপ্ তানখে। অহুবু নহামচা অসিগা মহাক্কা করম্বা মীনা খঙবা-ঙম্নদবা মরি অমা লৈরবনো?

মতম্ খজিক্ক অসিগী মনুংদা রামানুজনা লম্দম্ অসিদা অঙকপা মিংচৎ তান্শিন্খে। যমুনাচার্য্যগী মশিং য়াম্খ্রবা শিষ্য অহুগীস্নু মথক্তা মন্দির অসিদা তীর্থচৎপা মী কাংলুপ্ কাংলুপ্। হুমিৎ অসিদগী হৌরহুনা মখোয় ময়াম্ অসিনা রামানুজগী মিংচংপু মাইকৈ থুংনা শন্দোক্খে থোক্ইবা থোদোক্ অসিদা তোং-শিন্দুনা।

অস্নুক্ রানা চেঙ্গরক্কুনস্নু রামানুজনা যমুনাচার্য্যগা উন্নবা নংহৌদ্রে; মথর‍াই য়াম্না রাখে। শ্রীরঙ্গদা কুইনা পম্বহুনা লৈনিংখিদ্রে; চাক্লবা থমোই পুহুনা তপ্না ময়ুম্দা হল্লক্খি।

কাঞ্চীপুরদা হল্লক্লবা মতুংদগীদি মহাক্ অসি অনৌবা মওং অমদা পুম্ওন্ ওন্‌খে ; মা ইঙাং ঙাংখিদ্রে, অদুগা মতম্ অম্নাম্বদা ভাবগম্ভীর ওইনতা লৈখে। অদুগা মাগী থমোইম্নুংদা পরম-তত্ত্ব ফংনিংবগী প্রোক্ প্রোক্ চাক্‌পা অমসু পোক্‌খে। থিন্দনা দীক্ষা লৌনিংবদগী লাংতক্লবা অমসু পোক্‌খে।

কাঞ্চীপূর্ণগী পুণ্যময় ওইবা মনাক্ তোইনা নক্লবা অমসুং মহাক্কি ভক্তিগী প্রভাব,—অনী অসিনা মতম্ খরা রামানুজগী ধর্ম্মগী পুন্সি শাগচ্চরি। শ্রীহরিগী অচান্‌বা সেবক অমসুং সিদ্ধ ভক্ত অসিগী মফম্‌দা মহাক্কি মপান্নাইদবা শ্রদ্ধা লৈজে। হৌজিক্‌সু মহাক্না অথোইবা ভক্ত অসিগী মফম্‌দা দীক্ষা লৌজনিংই। অদুদা লুরিবদি কাঞ্চীপূর্ণবু য়াহম্বা অসিনি। দাস্যভাব-তদা লৈরবা মহা-পুরুষ অসিনা রামানুজদগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনরি। হায়রকই, -"ইবুংঙো, ঐগুম্বা তোল্লবা শূদ্র মচা অমবু পাপকি লম্বিদা চিংশিল্লগনু। নংগুম্বা পূর্ণ্য চেল্লবা ব্রাহ্মণ মচা অমগী গুরু ওইবগী ব্রাদি থাপ্না থম্লদুনা,—কনামত্তগীসু গুরু ওইবদা ইতিক্ চাজদে।"

নোংমদি রামানুজনা কন্না হেক্তা মতক্‌শিল্লক্লে। কাঞ্চীপূর্ণনা মুংশিনা হায়রকই,—"ইবুংঙো, নহাক্ লাংতক্লবা তৌখিগনু। নংনা ব্রাহ্মণনি, অদুগা ঐনা শূদ্রনি ; চৎনবীসু খরা মখল্দবা য়াদে। নংসু খঙ্‌লিবনি, শূদ্রগী ব্রাহ্মণদা দীক্ষামন্ত্র পীননবা অধিকার লৈতে। শ্রীবিষ্ণুমক্না নংগীদমক্ অখন্নবা গুরু অদু মতম্ চানা মরাইনা থাবিরক্কনি ; নহাক্ হৌজিক্ নিংঙাইদনা সাধন ভজন অদুম্মক্ তৌথৌ।

নোংমদি রামানুজনা কাঞ্চীপূর্ণবু ফাজত্নুনা দীক্ষা লৌবা অমস্থুং সাধন ভজনগী লম্বি অত্থু মহাক্ মশামক্না শ্রীবরদরাজমক্কি মফমদগী য়াথং, পাওতাক্ লৌবিরক্উ হায়না কন্না হেক্তা মতক্ শিন্নরে। কাঞ্চীপূর্ণ হন্দক্তি য়াদবা ঙম্খিদ্রে। হায়রকুই,—"ফরে ইবুংঙো, ঐ ইশামক্না প্রভুগী মফম্দা নংগী ৱাকম্ অসি হঙ্গংল্লুরগে।"

নুমিৎ অসিদা অহিং অথেংবদা কাঞ্চীপূর্ণ ধ্যান তৌত্নুনা লৈখ্রে। মতম অসিদা শ্রীবরদরাজ মহাক্কি মমাংদা ফাওবিরক্লে। প্রভুগী শ্রীমুখমত্তগী শ্লোক খরা থিবিরক্লে। মখোয়শিং অসিনা রামানুজগী অধ্যাত্ম-পুন্সিদা অমস্থুং মহাক্না শন্দোক্পা দর্শনতত্বগী মথক্তা অকন্বা প্রভাব য়ৈত্নুনা লৈখি। শ্লোক্শিং অসিগী মঙ্গুংগী অর্থদি,—"নং নশামক্না ঐনা থীরিবা শ্লোক অসিগী অখন্নবা তত্বশিং অসি রামানুজগী মফম্দা তাক্উচো,—ঐমক্না জগৎকারণনি, প্রকৃতিগী কারণ পরব্রহ্মনি ; জীবগা অমস্থুং ঈশ্বরগা খেন্নবা হায়বসিদি মশানা ভাবা অচুম্বা ৱাফম্নি। মুক্তিগী অমত্তা ঙাইবা কারণদি ঐগী ইখোং-থম্বালদা চংজবা অত্থুতনি। শিরম্দাই মতম্দা ঐবু নিংশিংবা ঙম্ব্রবস্থু মখোয়গী মুক্তিদি শোইদ্রবনি। ঐগী ভক্তশিংনা হেক্ শিবগা অথোইবা ধাম অমস্থুং খুবস্থু ফংজে ; হে রামানুজ, হৌজিক্তগী নহাক্না মহাত্মা মহাপূর্ণগী আশ্রয় লৌজো।"

ভগবানগী ৱাথং অসি ভাবদা ভক্ত রামানুজগী হয়া ওক্তবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। ৱাহং কয়ামুক্কি ৱাফম্না মাগী পুক্নি-ইরাং হৌহল্লম্বত্থু ঙসিদি প্রভুগী বানী অসিগী মঙ্গুংদা মাত্থুগী পাওখুম্ লোইনা ফংজরে। দীক্ষা লৌননবগী মহাক্না ল্যাংতক্নুবগনি ;

অদুবু ওসিদগী গুরুগী মমিংস্পু প্রভুগী কৃপাদগী খঙজরে। হৱাওবনা লুতোন্ কানা মহাক্না, কাঞ্চীপূর্ণনা খাম্বা খোৎপা স্নুকয়া য়াদনা, মহাক্কি খুয়াদা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজরে। অদুদগী চেম্বোকখে অঙাওবগুম্না যামুনাচার্য্যগী শিষ্য মহাপূর্ণ থিবা শ্রীরঙ্গ তম্না।

যামুনাচার্য্যনা থুপখ্রবা মতুংদা শ্রীরঙ্গম মঠগী মকোক ওইবা মীশক্তি—শ্রীতিরুবরাঙ্গনি। দাস্যভাবকি অরোইবীদা সাধক অসিনা ভজন তৌজৈ। শাস্ত্র-ব্যাখ্যাদগী ভগবানগী পূজা, আরাধনাদনা হেন্না মতম্ লেঞ্জে। অদুনা মহাক্না মঠগী মকোক্ ওইদুনা পুবা অসি থ্রানা থোক্লক্লে। অদুগা যামুনার্য্যনা লৈরিঙৈদা শাস্ত্র-ব্যাখ্যাগী লম্-রোম্‌দগী মঠ অসিগী লৈরম্বা মিংচৎ, ইকাইখুম্নবনচিংবা অদুস্পু নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লক্লে।

তিরুবরাঙ্গনা নোংমদি মঠগী ভক্ত সাধকশিংবু কৌরগা মপুক্লিংগী থ্রাফম্ভু ইতিং-তিংনা হায়দোকৃচরকৃই। হায়রকৃই—"নখোয় পুম্নমক্না নিংশিংলম্বা ঘাই, প্রভু যামুনাচার্য্যনা নোঙ্গাত্রিঙৈগী মমাংদা কাঞ্চীনগরদা লৈবা মহা-সাধক শাস্ত্রবিদ্ রামানুজ কৌরুনবা মী থারম্বা অদু। নহা-আচার্য্য অসি মীথোই-মীহেম্বা প্রতিভা চেম্বা অমস্তুং শুদ্ধসত্ত্ব বৈষ্ণব অমনি। মহাক্কি হৌজিক লৈরবনি কাহেম্বা সাধন-ঐশ্বর্য্য। দক্ষিণাত্যগী বৈষ্ণব-সমাজ অসিগী লুচিংবা অমা ওইবা মতিক চপ চারবনি।

মহাত্মা কাঞ্চীপূর্ণগী আশীর্ব্বাদ অমস্তুং শিক্ষানা শাগৎখিবনি বৈষ্ণব আচার্য্য অসিগী অধ্যাত্ম-পুন্সি। প্রভু যামুনাচার্য্যনস্পু লুচিংবগী অসি ওইননবা খন্দোক্লুনা থনম্নবনি। অদুগীস্পু মথক্তা,

মহামুনি অসিগী শিরবা মতুং মৈ থাদ্রিবৈঁদা তৌকম্ থোক্পা বৈদিক কৃত্যশিং অদু তৌবা মতম্দা মীরম্লেন্দা থোক্কবা থৌদোক্ খর নহা আচার্য্য অসিনা কেন্দ্র ওইবদুনা থোক্খিব অদু নখোয়না খঙদবা নত্তে। যামুন মুনি মশামক্কি মতবাদ শন্দোক্কনি হায়না রামানুজনা নুমিৎ অদুদা লাওথোক্খিবনি, অদুগা থৱাই-য়াওদ্রবা মহামুনিগী উম্শিন্দুনা লৈবা খুৎশাশিং অদু তিংথোক্কদুনা মানা হায়জরিবা ৱাধম্ অদু য়াবিরে হায়না উৎপিখিবনি। ঐভোন্দা থোক্পদি রামানুজতনা বিশিষ্টাদ্বৈত মোত শন্দোক্পগী শক্তি মতিক চানা লৈ। মাবু কৌহল্লগা মঠ অসিগী লুচিংবা হাপ্সি।

পুম্নমক্না য়ানরে হায়রিবা ৱাফম্ অসি। মহাত্মা মহাপূর্ণ মশামক্ চত্তুনা রামানুজবু দীক্ষা পীরুগনি।

শ্রীতিরুবরাঙ্গনা মহাপূর্ণদা অসিমস্থু হায়রকই,—"রামানুজদো দীক্ষা হেক্ ফংবগা অসিদা লাক্পা ঙম্দবস্থু য়াই। অদুদা মতা য়েংদুনা নহাক্ নশামক্ কাঞ্চীদা চহী খরা লৈথোক্পস্থু কৈ; অদুগা মতম্ অদুদা দ্রাবিড় লোন্স্থু তম্বিগদবনি। মফম্ অদুদা মতম খরা লৈতানা লৈরবস্থু য়ারি, অদুনা নংনা নহাক্কি নুপীস্থু পুদুনা চৎলো।"

য়াথং অসিগী মতুং ইন্না মহাপূর্ণ, নুপীগা লোইননা তন্না যাত্রা তৌখে, কাঞ্চী তন্না।

অসোম্দস্থু রামানুজস্থু শ্রীরঙ্গম তন্না যাত্রা তৌরক্লি। লম্বি লম্দখাংমক্তুদা মাদুরান্তক-কি ফাওরবা বিষ্ণুমন্দির লৈরি। মনাক্কি 'পুখ্রীদা ইরুজরগা বিগ্রহ দর্শন তৌগে হায়না খল্লে। মসিগী মপান্

হেক্ য়োরক্পদদি মাগী ঙকৃপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে,— শ্রীবরদরাজনা ত কৃপিবা মহাপূর্ণন মাগী নুপীগা লোইননা লৈবিবা অদু মহাক্না থক্ হেক্ থেংনরুরে। মখোয় অনীগী মিলন অসিদা আনন্দগী ঈচাও অমা পুরক্খি।

ইরু-মাইথজব লোইবগা বৈষ্ণব মন্ত্রদা দীক্ষা লৌজরে রামানুজনা। অদুদগী মহাক্না নৌনা ফংজরবা গুরুগা মহাক্কি নুপীগা অনীমক্পু লুনা তৌজহনা মযুম্ তান্না পুবক্খি।

রামানুজনা যাম্না হায়জবদগী মহাক্কি নুপী জমাম্বাবুস্থ দীক্ষা পীবিরে মহাপূর্ণনা। মহাক্কি মযুম্গী কা অমদা গুরুগা গুরুগী নুপীগা লৈননবা শীল্লে। অদুগা মথক্তাই য়াওনা অনাগী সেবা তৌদুনা লৈজরে রামানুজনা। গুরু অসিগী মফম্দগী বৈষ্ণব -শাস্ত্র তম্জহনা অসোম্দা মাগী জ্ঞান অদু য়াম্না মপুং ফাবা ওইখ্রে।

দ্রাবিড় আম্নাদা হায়বদি তামিল-বেদদা ভক্তিরসনা থল্লবা শ্লোক লিশিং মবিস্থ লেংলে। মাসিগী মমিংনা তিরুবাইমুড়ি হায়না ফাওরি। মাসি পুম্নমক্ অসি মহাক্না থা তরুক্তুগী মন্থদা লোইশিনখিবনি। হৌজিক গুরুদক্ষিণা পীনিংবনা য়াম্না লাংতরবা অমা পোক্খ্রে মাগী মপুক্কিদা। অমুক্ হন্দা হৌগত্লুনা লৈ-স্থ, উহৈ-রাহৈ থিজরুরে; অদুদগী অনৌবা যি-.হান লৈননবা মানা চংখ্রে কৈথেন্ তান্না। চৈরক্ অসিদা মানা কৈথেন্দা চংখিবৈদা মযুম্দা য়াম্না ঙংঙাইতবা থোথোক্ অমা থোক্খ্রে।

ভক্তিশাস্ত্র পাবদা অমসুং ভক্তি সাধনাদা রামানুজনা লুপ্শিন্দুনা লৈজরি মতম্ পুম্নমক্তা। অদুগীস্থ মথক্তা গুরু অমস্থং মাগী

মুপীগী সেবাদা মথরাই অহু মুংঙাইজবগী মপান্ শাইদে। য়ুম্বান্‌বগী মুংঙাইবা অহুনা মশানা তাবা, নোংম-নোংমগী অম্মুম্ হুম্বরক্লি। মহাক্কি মুপী জমাম্বাগী পেন্দবা, খোইরাং-খোইশাও-নবস্ মাহুগী চাংদা হেঙ্গৎলি নোংম-নোংমগী। মপুরোইবনদি মুমিং-চুপ্পা ধর্ম্ম-নৈনবা অমসুং গুরুসেবাদা লুপ্তুনা লৈখ্রে। নোংম-নোংমগী মঙোন্দগী, য়ুম্বান্‌বগী লম্বিদগী মপুরোইবনা থাপ্তোক্‌খি। শুঙ্গহুনা লৈববা মাগী পেন্দবা অসি মমৈদা নোংমদি ফুদোক্লবগী খুদোংচাবা লৌহুনা থোক্‌খিবা মুংঙাইত্রবা থৌদোক্লি।

নোংমা অয়ুক্ অঙবদা জমাম্বানা কুয়াদগী ঈশিং শোক্‌পা চৎলি। গুরুগী মুপীস্ সনাবুন নাকন্দা য়েপ্তুনা মকম্ অহুদা থুংলরে। মতম্ অমত্তুদা ঈশিং শোক্‌মিন্নবদা গুরুগী মুপীগী সনাবুন্দগী ঈশিং খর জমাম্বাগী ঈশিং পুন্ অহুদা খর তাখোক্‌খ্রে।

জমাম্বা শাওবনা মৈ হোৎখ্রে। মখোন্ য়াপ্পা হায়রক্‌ই,—“করিনো’সিদে, নমিৎ পান্দ্রবরা? ঐগী ঈশিং অসি লোইনা মাংথোক্লেদো! নংগী নপাগী শাগেনা ঐগী ইপাগী শাগেদগী কয়া হুম্ববনো হায়বদো খঙদ্রাও? নংনা শোক্‌পা ঈশিংবু ঐনা করম শিজিন্নগনি? গুরুগী মুপীনি হায়হুনা করিনো কোক্‌থক্তা কারগে হায়রব্রাও?”

খৎন-চৈনবগী মতাং লোইরে। জমাম্বানা দারিদা মখোং হেক্ য়াম্বরহুনা কপ্পা হোৌরক্লে। মশম-মনা শ্রু, শ্রু মৈরহুনা হায়রকই,—“পুন্নমক অসি ঐগী কর্ম্মফল-নি; নত্রদবু

চৎনবী-লোন্‌চৎ খঙদবা মুপা অসিগী মথৎ্তা ঐনা তাওগদরা, অশুক্‌ য়াম্না অন্নাবা ফংগদরাও ?"

মহাপূর্ণগী মতুদি য়াম্না তপ্পী, ধর্ম্মলৈবী মুপীনি। অদুবু হন্দক্কি তৌনরিবা রাকম্‌ অসিদি মহাক্‌ খাঙবা ঙম্‌খিদরে। য়ুম্‌ হেক্‌ য়ৌবগা কপ্না কপ্না পাও পুন্নমক্‌ মপুরোইবদা তম্‌জরে।

ভক্ত মহাপূর্ণনা ঙাইহাক্কুং তুমিন্না লৈরুরগা,—"ইবেম্মা, নং মাসিদা করিম'তা মুঙাইতবা তৌগনু। মাসি শ্রীনারায়ণমক্কি ইঙ্গিত-নি হায়না ঐনা লৌরি। ঐখোয় অনীনা মাসিদা অশুম্‌ লৈখোক্‌পা অসি প্রভুনা পাম্‌দবা তাই হায়না খল্লি ; প্রভুনা শীন্‌বিবা খুদিংমক্‌ মঙ্গলগী দমক্তনি। অদুগা শ্রীরঙ্গনাথজীগী মখোং-থল্বাল পূজা কত্তবা ফনা কুইরে ; অদুনা চৎসি-চৎলো হৌজিক্‌মক্‌ শ্রীরঙ্গম তান্না। "

মখোয় অনিমক্‌ তন্না খোরক্লে। হৌজিক্‌ ফাওবা রামানুজদি হল্লক্ত্রি। মাগা থেংনরবদি থিংলবা য়াই হায়না চিংনদুনা মহাপূর্ণনা মিকুপ্‌ অমা ফাওবা পম্মনিংদ্রে।

ঙাইহাক্‌ কান্নরগা রামানুজ হল্লক্লে। করিনো তৌরিবসিদে ? পূজা কৎকদবা গুরুগা, মহাক্কি মুপীগদি কদাইদা লেঙ্‌খ্রে ? মখোয়বু কাঞ্চী থাদোক্তুনা চৎখ্রবরা ?

জমাম্বাদা হংলুবদা মহাক্না অচুম্বা রাকম্‌ লোৎশিন্দুনা খুম্লক্‌ই, -"কৈ, তারোসে ; ঙসিদো অয়ুক্তা ঈশিং শোক্‌ফম্‌দা গুরুগী মতুগা ঐগা খরা চিন্দা-পাওদাননা থৎনৈয়ে। ঐদি করিশুবু হায়জদে। মতুনা পংতম্‌-তম্‌শিন্‌বা অদুতা লৌদুনা মংগী গুরুদো

শাওবনা হেক্তা লুত্তোন্ কাই। অদুদগীদি মতৈ-মনাও য়ুম্ থাদোক্নুনা হেক্তা চৎখি। সাধু মহাত্মা হায়বসিদি খক্ শাও-লাক্তে হায়না তাই। অদুবু নংগী স'ধু পুরুষ অসিদি করম্না মও গী সাধুনো ঐদি খঙ্জদ্রে। অসিগুম্বা সাধু অসিদি ঐদি অস্তুম্ অথাপ্পদগী খুরুম্জরগে।"

রামানুজনা অচুম্বা ব্রাফম তম্না খঙ্খ্রে। ধর্ম-পুন্সিদা রামানুজনা কন্না চংশিন্বা অসি জমাম্বানা স্নক্পাম্ পাম্দে। অদুনা গুরুগা মাগী ঙ্গপীগনা য়ুম্ অসিদা লৈবা অসি মানা ঙুংঙাইজদে। মরম্ অসিদা কবিশ্ব-লৈতবা ব্রাফম্ অমদা থোদোং-দুনা খৎনরগা মানা মখোয়বু ওসি তাম্হোক্খিব্রনি। ঙুংঙাইতবা অমস্তুং শাওবদগী রামানুজনা মতু অদু তাম্হোক্খ্রে। অদুদগী শ্রীবরদ-রাজগী মন্দিরদা চত্তুনা থমোইগী চাক্লিবা অদু খরা ইংথহল্লরে।

খেন্নবা অপাম্বা, খেন্নবা পুক্লিংগী ফিবম্ লৈবা ঙ্গপীনি। মহাক্না মরম্ ওইদুনা রামানুজনা পুন্সিদা মথব্রাই চাক্পা কয়া কয়া নংখ্রবনি।

নোংমদি লাইরবা ব্রাহ্মণ অমা রামানুজগী ময়ুমদা লাক্ই। মানা জমাম্বাগী মফমদা চাননবা করিনো খজিক্ত পীনো হ য়জরক্ই। জমাম্বানা চাননবা পোৎকি মহুত্তা অয়াক্পা তাখি-রা পীদুনা তাম্হোক্খ্রে। নিংবা কাইরবা ব্রাহ্মণ অসিগা রামানুজগা লম্বিদা কোক্ হেক্ থেংনরুরে।

লাম্লবা ব্রাহ্মণগী মশক্ উবদা রামানুজগী থমোইদা থৌজান্গী ঈচেল্ চেন্খ্রে। মহাক্কি ময়ুম্দা করিনো খরদং চাবিনবা হায়জ্-রুরে। অদুদা হৌজিক্ত মাগী ময়ুম্দগী তথি-তথি তৌদুনা তাম্হোক্-

পিরক্লবা মতুংদা. জমাম্বাগী অয়াকৃপা মিচৈ তারবা তুংদা অমুক্ হন্না য়ুম্ অতুদা চৎসি হায়বসি ব্রাহ্মণ অতুনা ময়াখিদ্রে।

রামানুজগী শাওবা, মথল্লাই চাক্পগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে। মহাক্কি ময়ুম্দগী লাম্লবা ব্রাহ্মণবু পীজদনা তাম্থোক্খিবকো! মসিদি মহাপাপ-নি! খুদোংচাবা লৌহুনা জমাম্বানা অমুম্না অতোম্বা মচৎ চৎপা অসি তোয়শিল্লক্লে; অতুবু মহাক্না মচিন্-মরৈ ফাজিন্দুনা অমুক্ কুইবা অসি খাংজরক্পনি। মওং অসিদা অম্মম্ চৎথহন্বদি চুমদ্রে। ধর্মগা ওন্নবা মচৎ চৎপী নুপী অসিগা শাথনা লৈমিন্নবা চুমদ্রে। অতুনা চপ্-য়ুনা লেপ্খ্রে রামানুজনা ময়ুম্ থাদোক্লগে হায়না পুন্সিসিমগী দমক্।

মাতু তৌগে হায়রবদি মতু অসি হৌজিকমক্ থাখিবা তাই অথাপ্পা লম্দম্ অমদা। রামানুজগী পুথোক্লে মসিগীদমক্ পাম্বৈ অমা।

ব্রাহ্মণ অসিবু মহাক্না হুকান্ অমদা পুশিল্লগা নিংথিনা পীজ-পিথক্ তৌরে। অতুদগী ব্রাহ্মণ অসিবু অনৌবা ফিজোন্ হোংবিতুনা নশক্ খঙহন্দ্রে। অতুগা রামানুজদা মাগী মকু-ইবুংঙোনা পীরক্পা-শাবা চিঠি অমা ব্রাহ্মণ অসিগী মখুত্তাপীরে। অতুদগী করি করিনো খর ভুম্বিরগা মাবু রামানুজগী মশাগী য়ুম্দা থাখ্রে।

ব্রাহ্মণ অসিনা রামানুজগী ময়ুম্ হেক্ য়ৌবদা মাগী মতুগী মখুত্তা অশাইগী চিঠি অতু পীরগা হায়রক্,—"ইবেম্মা, ঐনা নংগী নপাম্দগী লাক্পনি। নংগী ননাও অতু লুহোংগদৌরে। অতুনা নপাবুংনা নংবু লৌরুনবা ঐবু থারক্লিবনি।

চিঠি অসিনা রামানুজদা ব্রাহ্মণ অসিগী মরম্‌দা নপাবুংনা পীরক্লিবনি।"

জমাম্বা য়াম্না হরাওজরে। হন্দক্তি থুনা-য়াওনা চান-থরুবা শীল্লাংবদা খজিক্ত-য়োনা তপ্‌থবা তৌদ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা রামানুজন্‌ মযুম্‌দা হল্লক্লে। মকু-ইবুংঙোগী চিঠি পারব্লনা হরাওবা অমস্রুং লাংতক্লবা মওং উৎলে; মতুদা হায়রকই,—"ইবেম্মা, অফবা থবক্তা পন্থবা ফত্তে; হৌজিকমক্ ব্রাহ্মণ অসিগা লোয়নব্লনা চৎলো। ঐদি অথুবা থবক খরা লৈরে, মাসি হেক লোইবগা ঐস্রু তম্না লাকনি।" জমাম্বা হরাওনা মপোৎ-মচৈ য়োমজরগা যাত্রা তৌরক্লে।

হৌজিক্তি রামানুজগী থবক্তা য়েংখাইবিনিংঙাই লৈত্রে। খুদক অথুমক্তদা বরদরাজগী মন্দিরদা চংখ্রে। লাইমাং-মক্তদা নুমিং অসিদা সন্ন্যাস-দা দীক্ষা লৌখ্রে। কাঞ্চীপূর্ণনা মফম অসিদা নুমিৎ-চুপ্পা ভাবাবিষ্ট ওইব্লনা ফমব্লনা লৈরি। সন্ন্যাস-দীক্ষা লোইরবা মতুংদা রামানুজবু তরাম্ন কৌশিল্লগা হায়রকই,—"ইবুংঙো, ঙসিদগী নহাক ওইরবনি যতিরাজ।"

লাইগী ওইবা মশক্-মঙাল্ য়াওবা নিংথিবা হক্‌চাংগী মপু অনৌবা সন্ন্যাসী অসিবু ঙসি দর্শন তৌবা লাকনখি বরদ-রাজগী মন্দির তম্না; মীয়াম্ তিন্‌থি মন্দিরগী অকোয়বদা।

রামানুজগী মতিক্-মগুণ, লাইরিক্-হৈবা অমদি অশেংবা পুন্সিগী রাফম্, মহাকৃপু যামুনাচার্য্য অমস্রুং কাঞ্চীপূর্ণনা চেংনা মুংশিবা,—পুম্নমক্ অসি বৈষ্ণবশিংনা খঙ্‌দবা নত্তে। হন্দক্লা কজরদী মতু অমস্রুং মুস্নানুবা থাদোক্তুনা সন্ন্যাস লৌবা; মী

পুন্নমক্না মাবু হৌজিক্ নুংশিনরিবা অসিগী ওম্থৈ লৈখিদ্রে। থিন্দনা মাবু বরদরাজগী মঠ অসিগী লুচিংবা হাপ্‌খ্রে।

রামানুজগী মচেনা পোক্পা দাশরথি ( আণ্ডান ) মণ্ডোন্দা ইহান্-হান্না দীক্ষা লৌরে। অনৌবা শিষ্যদা হরিভক্তিগা কোন্ননা বেদান্তগী অচেৎপা, অপাক্পা জ্ঞানস্থু লৈরম্মি। রামানুজগী অনীশুবা শিষ্যনা কুরেশ ( আলওয়ান ) না ওইরম্মি। মহাক্ অসিস্থু চাংদম্নিং-ঙাই লৈতবা নিংশিংনবা শক্তি অমস্থুং শাস্ত্রজ্ঞান লৈবগীদমক্ হান্ননা মমিং চৎলবা মীশক্নি। মহাক্ অসি সংসারাশ্রমদা লৈরিঙৈদা অচৌবা লম্গী মপুনি, অমস্থুং দান য়াম্না তৌবগী মমিং চৎলি।

মঠগী মাঙ্গোন্দা মগুণ চেল্লবা শিষ্য অনী অসিগা ফম্মিন্নদুনা লাইবক্তা হঙ্গৎনা থিন্‌বা চন্দন, থবাক্ অমস্থুং পাস্বোম্-মরুদস্থু চন্দন, মতিক্-মণ্ডাল্ চেল্লবা রামানুজনা শাস্ত্র নৈনদুনা লৈরি। ভক্তশিং অমস্থুং মুক্তি ফংনিংবা মীশিংনা ইকোই-কোইনা লেপ্তুনা লৈররি। অস্তুন্না হৌখি রামানুজগী আচার্য্যগী পুন্সি।

নোংমদি রামানুজগী হান্না আচার্য্য ওইবিরম্বা যাদবপ্রকাশকি মমা ইবেম্মা অদু মন্দিরদা লেংবিরক্লে। লাইমক্কি শক্ফমগা মান্নবা অনৌবা সন্ন্যাসী নহা অসিবু উবদা মহাক্ শুক্কৎখিরম্মি। রামানুজগী অথুম্বা মরাহৈ অমস্থুং শাস্ত্র-ব্যাখ্যা ভাবদা মহাক্কি থমোই ইরাং হৌখিরম্মি অঙকপা মওং ফংনা। ময়ুম্দা হেক্ হল্লক্পগা মচা-নিপা যাদবপ্রকাশকি মফম্দা রামানুজগী রাতা হন্না হন্না ঙাংদুনতা লৈরে।

মচা যাদবপ্রকাশনা রামানুজগী মফম্দা নত্ত-নত্তবা মচৎ চৎখ্রে হায়বসি মমানা মুন্না খঙ্‌জৈ। অদুগা মশানা চৎখিবা

মরম্চৎশিং অহু নিংশিংহুনা যাদবপ্রকাশস্ু ইমুং হেক্ ম্নুংঙাইজব্রে। অহল্ ওইরবা মমানা মচাদা থোইদোক্না কন্না হায়জবা হৌরক্লে, হায়রক্ই ;—“ইবুংঙো, নংনা নশাগী চাওথোক্চনিংবা ব্রাখল্ পুন্নমক্ থাদোক্কুনা হৌজিক্মক্ লাইমক্কা মান্নরবা সন্ন্যাসী অসিগী মফমদা দীক্ষা লৌচনা মাগী শিষ্য ওইয়ু।”

করিনো হায়রিবা অসিবো? মহাক্কি ছাত্রগী শিষ্য ওইবকো? যাদবপ্রকাশ শাওবনা মৈ হৌখে। মমানা হায়রিবা ব্রাফম অসি করিগুম্বদা পাংথোকপা ঙম্লোই হায়না কন্না ময়াদ্রে অবুহু মানা তৌখিবা পাপকি ব্রাফম, মশাগী কাহেন্না চাও-থোকপা শাজৎ, মরাল্ লৈজদবা শিষ্যবু হাৎকে থৌরাংলুবা, —ব্রাফম পুন্নমক অসি অমগী মথংদা অমা লোইনা নিংশিংলক্লে, —নিংঙমদবগী মৈরিনা মাগী থমোই চাকপা হৌরক্লে। নোংমদি মশামক চত্তুনা রামানুজগা শোয়দনা উন্নরুগে হায়না মমাদা হায়রুরে।

মুমিৎ অসিদা আচার্য্য যাদবপ্রকাশনা অঙকপা মও অমা মঙজরম্মি। লাইগী শকফম পুবা নিপা অমনা মাগী মিৎকি মমাঙদা ফোং ফাওরক্কুনা হায়রকই,—“যাদব, থিন্দনা অনৌবা সন্ন্যাসী নহা রামানুজগী মফমদা সন্ন্যাস-দীক্ষা লৌরু। নংনা তৌখিবা মহাপাপ অহুগী অতৈ লৈতে প্রায়শ্চিত মাসি নত্তনা।”

অয়ুক্তা ঙস্তা হৌগত্তুনা ব্রাফম্ অসিমত্তা অম্নুম্ পংখস্তা খন্দুনা লৈরিঙৈদা ভক্ত কাঞ্চীপূর্ণ হেক্ উন্নরে। আচার্য্যনা হায়রকই'—“ঐগী থমোই-মুং অসি মতম্ পুন্নমক্তা চাক্কুনতা

মরৈখে। নহাক্‌পুদি বরদরাজগী শ্রীমুখস্বরূপনি, অমস্তুং পুন্নমক্ খঙবা মহাপুরুষনি হায়না তাজে। থৌজান্‌বিত্নুনা ঐগী চাক্লিবা অসি কোক্লনবা পান্থে তাক্‌পিয়ু ”

কাঞ্চীপূর্ণ মশানা নোলুক্‌পগী প্রতিমূর্ত্তিনি। হায়রক্‌ই,—“হে মহাত্মন্, তোল্লবা, ইচম্-চম্বা মীনি ঐহাক্তি। অত্নবু তাক্‌পিবা য়াথং ইম্বা ওইনা প্রভুগী মফমদা হঙ্গচ্ছরগা হয়েং অসি তাক্‌চগে।”

মতুং নোংমা কোন্‌বদা মহাক্না খঙ্‌হল্লরে,—“সন্ন্যাসী রামানুজগী শিষ্যত্ব লৌবিয়ু। মাত্নতদা আচার্য্যগী য়াইফবা ওইগনি।”

হুমিৎ অসিমক্তদা চৌংলেম্না, তপ্লবা খোংথাং থাংত্নুনা থুংলরে আচার্য যাদব রামানুজগী মঠ-দা। মঙ্‌দা পীরম্বা পাউতাক অমদি কাঞ্চীপূর্ণদগী ফংবা নোংশিল্লক্‌পা য়াথং,-পুন্নমক্ অসিবু অরোইবা ইন্‌গদবা ব্রাহ্মম্ ওইনা হেক্ লৌহায়বা য়াবা মীওংদি যাদব-প্রকাশতি নত্তে। রামানুজনা ওইরক্লিবা অনৌবা শক্লোন্‌বু মানা পরিক্ষা তৌত্নুনা য়েংখিগনি।”

মহাক্কি হান্নগী ওঝাবু হেক্ উজবদা রামানুজনা ফুক্ হৌগত্তুনা তারাম্না ওক্লগা ফিদা অমা থাজরে।

যাদবপ্রকাশনা হায়রক্‌ই,—“ইবুংঙো, নহাক্না চন্দন পাক্‌না হঙ্গৎনা থিল্লি, অত্নগা পান্থোম্ অনীদা পদ্ম অমস্তুং চক্রগী খুদম্ য়েক্লি। অসিনা তাক্‌পদি নহাক্ হৌজিক্ ফাওবা সগুণ ব্রহ্মবু ইরাৎ-পূজা তৌবদা থাজারমান্নে। অত্নুনা ঐনা হৌজিক্ নংগী মতবাদ অত্ন শন্দোক্না তানিংই।

রামানুজনা ইংনা নোল্লুকপা খোম্থোক্তা হায়জরক্‌ই,—“প্রভু, ঐনা লৌজরি ব্রহ্মবু সগুণ-নি অমস্তুং সবিশেষ-নি

হায়না। মরম্দি মহাক্কি মশাদা বিশেষ লৈতবা, অদ্বিতীয় ওইবা, রস অমত্তা মরৈবা অতুগুম্বা অতুদগী করম্না ময়াম্ পোক্লক্পা য়াগদগে? তোংঙান্-তোংঙান্বা মমিং, মশক্-কি পোৎশক্ অসিবু করম্না থোরক্কনি? মরূদা দ্বৈতহীন ওইবা সত্তা অতুনা করম্না দ্বৈত পোক্কনি? দ্বৈতহীন সত্তানা দ্বৈত পোক্ই হায়বা তারবদি কারণ য়াওদনা কার্য্য থোক্লে হায়বদা মতারে। মাসিবু যুক্তিগী মাইকৈদগী দোষ লৈতে হায়বা য়াব্রা? মরম অসিনা অম্মুম্না হায়বা তাই মতুদি জগৎ প্রপঞ্চগী মরূদা লৈরি উশা ফংদবা অমম্বুং অতিসূক্ষ্ম (য়াম্না কুপ্পা) ওইবা প্রপঞ্চময় ব্রহ্ম নত্রগা কারণ বস্তু। সৃষ্টিগী মরু ওইবা কারণ ওইনম্বু লৈরি চিদ্ অমম্বুং অচিদ্ বিশিষ্ট ব্রহ্ম হায়বদি সৃষ্টিগী মূল কারণ ওইনা। নির্গুণ অমম্বুং নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মবু ময়াম্গী সৃষ্টি কারণ-নি হায়না লৌবদি অরান্বা ওইবা তাই। শ্রীবরদ-রাজ মক্না তত্ত্ব অসিবু মহাক্কি নিত্যসেবক কাঞ্চীপূর্ণগী মচিন্দগী হায়দোক্‌হন্দুনা ঐঙোন্দা তশ্বিখি কৃপা তৌবিতুনা।"

যাদবপ্রকাশকি রাহংগী পাওখুম্ পীবদা মতাং চানা চানা রামানুজনা মহাক্কি বিশিষ্টাদ্বৈতবাদকি মরম্দা হায়জখি—"প্রভু, ননাইনা মরু ওইনা খণ্ডজবদি মুক্তি ফংলগা জীবনা ব্রহ্ম-দা তিন্দে; জীব হায়বসিদি ভগবানগী নিত্যদাসনি; জীবগীদি মহাক্কি নিত্যদাস্য -তনা অশেংবা মুক্তিনি। অতুগা দাস্য অসিদতা মানা ফংজগনি তত্তনা আনন্দ। মাসিতদা লৈগনি পরমা মুক্তি, মরম্দি জীবগী স্বরূপতি ভগবানগী মনাইনি। ভগবানগী দাসত্ব মশাগী স্বরূপ ওই-হন্দতুনা জীবনা সংসারগী অন্না-অুংঙাই ঈপাক্তা পুথতুনা লৈবনি।"

আচার্য্য যাদবপ্রকাশ,—"য়াম্না ফরে; হৌজিক্তি নংগী মতবাদ অসিবু শোগৎপা শাস্ত্রগী যুক্তিশিং অদু হায়রো, তারসি"

শিষ্য কুরেশ-তা খুদোম্নী-থিল্লহুনা মহাক্না, "প্রভু, শাস্ত্র প্রমাণ পাম্বিরবদি কুরেশনা লোইনা হঙ্গচ্চগনি। মহাক্ অসি মবুদ্ধি ফবগী মতিক্ শাস্ত্রস্ হৈ!"

অদুদগী গুরুগী য়াথং মতুংইন্না কুরেশ-গী মচিন্দগী চেন্থরক্লে শাস্ত্র-প্রমাণ পুন্নমক অতৎপা লৈতনা।

মমাংচৎতা তৌখিবা পাপ্কি অনুতাপনা মথল্লাই চাক্‌্না লাক্লি যাদবপ্রকাশনা। অদুগী মতুংদা লাক্লে মমাগী য়াথং। মঙগী রাফম্ অমসুং শ্রীবরদরাজগী য়াথং—পুন্নমক্ নিশিংলক্লে মহাক্না ইনৌ-নৌনা। মমৈদা কুরেশগী মখনাওদগী থোরক্পা ভক্তি মার্গগী শ্লোকশিং তাজবদা পণ্ডিতকি থমোই অদু ইপেৎ পেৎশিন্খ্রে। মমাংদা মশেক্-মঙাল্ পুরবা রামানুজনা ভাবাবিষ্ট ওইদুনা লৈরি। মহাক্ হৌজিক্ ইংনা, তপ্থনা লৈবা ঙম্মক্রে। মতম্ কুইনগী নুংহুম্-ওইনা কন্শিন্খ্রবা মশাগী চাওথোক্চবা অদু নৌনা পোক্লক্পা ভক্তিগী ভাব-ঈচেন্দা তাওথদুনা চৎখে মিৎনাকুপ্পা অমগী মন্নুংদা।

পণ্ডিতনা কপ্ল-কপ্লদুনা হাইথদুনা তাখ্রে রামানুজগী মমাঙদা। নোল্লুক্না হায়জরক্ই,—"রামানুজ, নহাক্ অসি থাঙ্গেশেংনমক্ শ্রীরামচন্দ্রগী মনাওমক্লি। ঐনা ঐগী বিদ্যাগী অরেম্বদা চাওথোক্-চনিংবা রাথল্দগী নতিক্-নগুণ খঙলুব্রে। ইরান্ পুন্নমক্ ঙাক্-পিদুনা ঙসি চংজকম্ পীনবিয়ু নঙোন্দা।"

আচার্য্যগী মওং অসি উবদা তপথনা লৈবা য়াখিদ্রে রামানুজ। ফুক্ হৌগত্তুনা আলিঙ্গন তৌখ্রে হন্না হন্না থোইদোক্পা প্রেমগা লোইননা।

মুমিৎ অসিমক্তদা যাদবপ্রকাশ সন্ন্যাস দীক্ষা লৌখি রামানুজদা। অনৌবা মিংনা ওইখি গোবিন্দ দাস। মতম্ অসিদগী মহাক্পু খঙনখি অথোইবা ভক্তি লৈবা বৈষ্ণবনি হায়না। হান্নগী, চাও-থোক্লবা, মরৈ-য়েৎনবা পংপামৃতা পাম্বা, অদ্বৈতবাদী আচার্য্য অদু হৌজিক্তি লৈত্রে। হৌজিক্ ওইখ্রে মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা খাঙ্বা কন্বা, অথোইবা ভাগবত সাধক। ভক্তি অমসুং প্রেমগী ঈহৌনা মমিৎ অনীদা তত্তনা চেন্থরি পিগী ঈরা। থোইদোক্লা তোল্লবনি হায়না মচৎ চৎখ্রবা, মশাপুম্বা পবিত্র ওইরবা ভক্ত মহাবৈষ্ণব অসিবু উবদা মী পুন্নমক্ অসি ঙক্পগী ঙম্খৈ লৈনখিদরে।

মুমিৎ কয়ানিমুক্কি মতুংদা রামানুজনা নোংমা গোবিন্দদাসবু কৌরুরগা হায়রকৃই,—"য়াম্না মুংঙাইবা ৱানি,-হৌজিক্তি নহাক্কি চিত্ত অসি থোইদোক্লা তরু-তরুরে, অদুগা ভক্তি-সাধনাগী লম্বিদসু মতিক্-চানা চংশিন্খ্রে। থাইনা নহাক্লা বৈষ্ণবশিংবু খজিক্ খরাক্ত নত্তনা নোক্লখিবনি। হৌজিক্ অনৌবা শক্তম্দা ওল্লবনিনা বৈষ্ণব-শিংগী তৌগদবা মথৌগী মরম্দা প্রমাণ্য ওইবা লাইরিক অমা লেংবিয়ু; অদুতদা নহাক্লা মপুংফানা শান্তি ফংবিগনি।

গোবিন্দদাসনা পায়থৎখ্রে থবক্ অদু থিন্বা তৌদনা। লাইরিক্ অসি লেংবা হেক্ লোইবদা মাগী চহী অসি মরিফুনি।

মহাক্না লেংবা "যতি ধর্ম্ম সমুচ্চয়" হায়বা লাইরিক্ অসি অথোইবা ভক্তিগ্রন্থ অমনি হায়না মমিং চৎলি।

ফাওরবা অদ্বৈতবাদী যাদবপ্রকাশপু শিষ্য ওইনা লৌশিন্বা অসিদা দাক্ষিণাত্য অপূর্ব্বদা রামানুজগী মমিং অসি নিন্নখি। লাব্বা-লৈতবা বৈষ্ণব আচার্য্য অমম্পুং সিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষ অমা ওইনা নিংথিবা মিংচৎখি অধ্যায় অমগী ব্রাহৌদোক ওইখি মাগী পুন্সিদা।

আচার্য্য রামানুজগী মিংচৎ অসিদা শ্রীরঙ্গম মঠকি ভক্তশিংগী হরাওজবগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে। মহাপূর্ণনা রামানুজগী ময়ুম্দগী চৎখ্রে মতুংদা মফম্ অদুগী ভক্তশিং অদু মথল্লাই য়াম্না ন্নুংঙাই-নরম্দে। রামানুজনা মখোয়গী লুচিংবা ওইবিয়ু হায়বা য়াগনি-য়ারোই হায়বগী অরেপ্পাস্নু খঙ্দে। অদুবু হন্দক্তা মহাক্না সন্ন্যাস লৌবা অমম্পুং বিশিষ্টাদ্বৈতবাদী আচার্য্য অমা ওইনা ফাউগৎ-লক্পাসিদদি মঠ অদুদা হরাওবনা লোইনখ্রে।

মতম্ অসিদা মহাপূর্ণনা শ্রীরঙ্গনাথকি মফম্দগী য়াথং অমা ফংজখি। প্রভুনা মঙোন্দা অম্মুন্না তাক্পিরে,—"য়েংঙোই, নখোয়নদি রামানুজবু কাঞ্চীদগী পুরক্কনি হায়না ইরাং-লাংলি। অদুদা নখোয়না হেক্ হায়রুরগা মহাক্না হেক্তা য়ারক্কদবা নত্তে। ভক্তি-সঙ্গীত-তা হৈশিংলবা বয়রঙ্গবু হৌজিক্মক্ থাখো কাঞ্চীদা। স্তুতি ( প্রার্থনা তৌবা ) ইশৈ শক্তুনা মহাক্না পেহ্লন্সনু প্রভু বরদরাজবু অদুগা প্রভুগী মফম্দা রামানুজবু মফম্ অসিদা পুজগে হায়না হঙ্গৎসনু। য়াথং ফংদনা রামানুজনা করম্না প্রভুগী মখোং থম্বাল্ থাদোক্পা ঙম্গনি ?"

য়াথং অসিগী মতুংইন্না ভক্ত অথোইবা বররঙ্গ থুংলরে শ্রীবরদরাজ মন্দিরদা। হায়জরুবা য়াথং পীনবিরে প্রভুনা। শিষ্যশিংগা লোয়ননা রামানুজ থুংলরে মঠদা। ভক্তশিং অমম্বুং সন্ন্যাসী পুন্নমক্না চপ্-মান্ননা য়ানহুনা রঙ্গনাথজীগী সেবা ভার শিন্নখ্রে মতোন্দা। মঠগী লুচিংবা ওইহনা মীয়ামগী ইকাই খুম্নবা ফংখ্রে মহাক্না।

শেষনাগশায়ীদেব শ্রীরঙ্গনাথনা রামানুজদা পীনবিখি অথন্নবা বিভূতি অনিগী অধিকার। অমনা,—মীওইবগী অরা-অনা কোক্পিবা ওম্বা শক্তি, অতোপ্পা অমনা,—ভক্তশিংবু য়েক্-থাক্পা ওম্নবগী মতিক্ চাবা ঐশ্বরিক শক্তি।

শ্রীরঙ্গনাথগী পুণ্যভূমিদা শক্তিমান মহাবৈষ্ণব রামানুজনা হাংদোক্লুনা থম্খ্রে ভক্তি-প্রেমগী দানসত্র। মাইকৈ পুন্নমক্তগী বিষ্ণুভক্ত নুপী-নিপাশিংনা কাংলুপ্ কাংলুপ্ লাক্লখি মহাপুরুষ অসিগী থৌজাল্ ফংনিংবনা।

আচার্য্য রামানুজনা হৌজিক্ ওইরে মঠগী মপু, যামুনা-চার্য্যগী আসন মহাক্না ফংজরে। নিংথৌমক্কিগা মান্নবা সন্মান অমম্বুং চাওরবা বৈষ্ণব সমাজগী লুচিংবগী অধিকার ফংখ্রে মহাক্না। অহুবু পুন্সিগী মহাব্রতদগী তাইহাক্তং ফাওবা নিংহন্নবা তৌদে মহাক্ন। ভারত-তা বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ লিংখৎনবগী ভার মহাক্কি মথক্তনি। মহান্ কার্য্য অসি পাংথোক্লবগী দমক্ শাস্ত্র-সমুদ্র নৈনবা তারি মহাক্না; অহুগী মথক্তা অধ্যাত্ম সাধনদা সিদ্ধি ফংবগা লোইন-লইননা লোকগুরু ওইবগী অধিকারসু তান্শিন্বা তারি। চাওথোক্পা পক্লবা মহাবৈষ্ণব রামানুজনা

হৌজিকৃস্থু গুরু মহাপূর্ণগী মফম্‌দা শাস্ত্র তম্বা, নৈনবা অতু অতুম্‌ চত্থরি। মহাত্মা মহাপূর্ণগী অথোইবা ভক্তি-ব্যাখ্যাগী মঙাল্‌ ফংজতুনা মতম অসিদা মহাক্না ন্যাসতত্ত্ব, গীতাসংগ্রহ, সিদ্ধিত্রয় ব্যাসসূত্র, পঞ্চরাত্রাগম-নচিংবা অসি হৈত্তুনা লোইথোক্লে।

মহাক্কি মীথোই-মীহেম্বা প্রতিভা উবদা মহাক্কি শিক্ষাদাতা অমসুং গুরু মহাপূর্ণগী ঙকপগী ঙম্‌খৈ লৈখিদে। নুমিৎ খরগী মতুংদা মহাপূর্ণনা মহাক্কি মচানিপামকপুস্থু রামানুজগী শিষ্যত্ব লৌহন্‌খি।

নোংমদি মহাপূর্ণনা রামানুজস্বু কৌরগা হায়রকই,—“ইবুংঙো, হৌজিক্কি নহাক্না ভক্তি-শাস্ত্র ফনা নিংথিনা হৈরে। অতুমকপু তত্ত্ব কয়া অমসু খঙখিবা তাই। অতুনা তত্ত্ব অতৈ অসি তম্নবা পরম ভাগবত ওইবা গোষ্ঠিপূর্ণগী খুয়াখাদা চংজবা তাই। অহল ওইরবা, মী পুন্নমক্না ইকাইখুম্নরবা বিষ্ণু-উপাসক অসি মহাত্মা যামুনাচার্য্যগী মনুং-হুজিম্বা লুনা তৌরবা শিষ্যনি। ভক্তি শাস্ত্র হৈবদা মহাক্কি লান্‌বা লৈতে দাক্ষিণাত্যদদি। সাধনগী মতেংনা ফংবা মনুংহুজিন্‌বা অর্থগা কোন্ননা বিষ্ণু-মন্ত্রগী মপু ওইগে হায়রবদি মহাক্কি থোজাল্‌ নত্তনা পাম্বৈ অতৈ লৈতে। অনক্পদা তিরু কোষ্টির-দা মহাক্‌ লৈবনি। নংনা থিন্দনা চংজো মাগী খুয়াখাদা।

রামানুজনা ভক্তিগা লোয়ননা গোষ্ঠিপূর্ণগী মফম্‌দা চংজরুই। অতুবু অহল্‌ ওইরবা বৈষ্ণব সাধক অসিনা মহাকপু লৌশিন্‌বিয়ু হায়বদা সুকয়া ময়াখিদ্রে। রামানুজস্থু য়াবিদ্রে হায়দুনা পাক্‌ হেক্‌ তোক্‌থোকপা মীওং নত্তে। হন্না হন্না তিরু কোষ্ঠিরদা

চচ্ছতুনা মশাগী অনিংবা অপাম্বা অতু হঙ্গছে।

মথব্রাই শোক্লা হায়জবা অসি হন্না হন্না য়াবিদ্রে। তরা-নিপাল্লক্ হন্না ময়াবিদ্রবদা রামানুজনা শ্রীরঙ্গমদা নিংবা কাইরতুনা হল্লক্লগা মমিত্তা অতৎপা লৈতনা পিগী ঈচেল্ শিন্থতুনা কপ্তু্নতা লৈজখি।

গোষ্ঠিপূর্ণগী চাঞ্জরবা অহল্ ওইরবা শিষ্য অমা মতম্ অসিদা মফম্ অসিদা থুংলৈ। মহাক্লা দৃশ্য অসি উবদা মথব্রাইদা য়াম্না মন্নুংঙাইখিদ্রে। তিরুকোষ্ঠিরদা হেক্ হল্লকপগা মানা গুরুদা কন্না তক্করুরে। হায়জরক্ই,—"প্রভু, ঐখোয় পুম্নমক্কি আশা ভরসাগী তুংনক্ষম্ ওইরিবা রামানুজনি। অতুগা গুরুদেবনা মহাক্কি মক্ষম্দা থমোই অম্নুক্ কন্না মহাকপু হাক্তোক্কদোরিব্রা?" আচার্য্য অসি পেথখ্রে হৌজিক্। মাইথোং মাকা লাম্না তাকপিরক্ই,—"ইবুংঙো য়াম্না ফরে। রামানুজবু মহাক্লা পামজরিবা মন্ত্রগী অর্থ তাকপিরগে। অতুদা ব্রা অমা লৈরি,—মহাক্লা মফম্ অসিদা মতোমতা দণ্ড অমস্নুং কমণ্ডলুতা পুতুনা লাক্কদবনি। মহাক্লা অসিদা লাকপা খুদিংগী চেলা অনীখক্ তত্তনা লোইনরকপা অতু করিগীনো? মাতুদি য়াদে।"

পাও অসি হেক্ ফংবদা রামানুজনা তন্না চেন্খ্রে মফম্ অতু তান্না। হান্নগীগুম্না হন্দক্সু লোইনরি মহাক্কা দাশরথি শ্রীবৎসাঙ্ক। রামানুজবু হেক্ উবদা গোষ্ঠিপূর্ণনা তাকপিরক্লে চীংলেম্না,—"ঐনদি নহাকপু দণ্ড-কমণ্ডলুতা পায়তুনা নতোম্মতা লাক্উ হায়-খিবনি; অতুগা হৌজিক্লা মী অনী অমস্নু লোইনরক্লিবা?"

রামানুজনা ইরাই-লাইনা খুমজরক্ই,—"প্রভূ, দাশরথি অমসুং শ্রীবৎস অনি অসিমক্কি ননাই ঐগী দণ্ড অমসুং কমণ্ডলু।"

শিষ্য অনী অসিবু আচার্য্য রামানুজনা কয়াগী মতিক্ মুংশিনা তৌজখ্রবা! অঙক্পা ফংবা মওংদা অমত্তা ওইশিন্খ্রবা থমোইনো! গোষ্ঠিপূর্ণগী থমোই ইপেৎ-পেৎখ্রে। হন্দক্কি মহাক্না থৌজাল উত্তবা ঙম্খিদ্রে; পীনবিরে বিষ্ণু-মন্ত্র।

মন্ত্র অসিদি খুদক্-খুদক্তা মতিং পান্বা মন্ত্রনি। মসি হেক্ ফংবগা লোইন-লোইননা মাগী থমোই-মুং অদু লাইগিতা ওইবা মঙাল্ অমনা পুম্ঙান্ ঙান্খ্রে। মহাক্ হৌজিক খংনৌ-নৌবা মীশক্ অমা ওন্খ্রে। গোষ্ঠিপূর্ণনা হায়রক্ই,—"ইবুংঙো, মন্ত্র অসিগী মতিংদি মী খজিক্তনা মখঙ্বনি। নহাক্ শক্তিমান ওইরবা মীশক্কি, অদুনা পীবনি মতিক্-চাবা আধারনি খঙ্না। মাসিবু মন্ত্র চৈতন্যগা কোন্ননা লৌজরবা মী'দুনা শোইদনা চৎকনি বৈকুণ্ঠ-দা। তশেংনা মতিক্ চাবা অধিকারী নত্তবদা অথোইবা লল্ অসি পীগনু খক্।" মীরয়েন্দা থোক্লরোইদবা অনুভূতি অমসুং লাইগী ওইবা আনন্দদা লুপ্খিদুনা রামানুজগী মশা অদু থক্ থক্ নিক্পা হৌরক্লে। ভক্তিগা কোন্ননা মহাত্মা গোষ্ঠিপূর্ণগী চরণদা খুরুমজরগা বিদায় লৌজরে।

অমুক্না হায়নৈ,—দিব্য আনন্দদা ঙাওখ্রদুনা রামানুজনা তিরুকোষ্ঠিরদা লৈবা বিষ্ণু মন্দির তান্না চেন্খিরম্মি। থোইদোক্না পুক্কিং-ইরাং হৌবগা লোইননা মহাক্না তিল্লরিবা মীয়াম্ অদুদা মন্ত্র অসি পীনবিখি।

পাও অসি গোষ্ঠিপূর্ণগী মনাকোং য়ৌবদা কুইনা চংদে। মহাক্ শাওবনা মৈ হৌখ্রে। রামানুজনা নোকৃমি, নোকৃমি তৌদুনা মহাক্কি মফমদা লাক্লরবা মতমদা মানা তাথিনা চৈরদুনা হায়রকৃই,—"হাই তোল্লবা, নশক্ অদু ঐঙোন্দা অমুক্ উৎলরনু; তুক্কচৈ, য়েংনিংদে। ঐনা ঙসি শেংলবা অমস্থুং থুপ্‌খ্রবা মহামন্ত্র নঙোন্দা পীথোক্উরে; অদুগা নংন ম দুবু অস্থুক্ ফত্তবা মওংদা শিজীন্নবকো! নহাক্ অসি মহাপাতকী নত্তনা অতৈ-অমা ওইবা য়ারোই। অতৎ-অথম্ লৈতবা নরোক্লা নংগী মতিক্ চাবা মফম্লি।"

তথিনা চৈরবা মতুং অসিদস্থু রামানুজনা কিব-খোৎপা খজিক্ক উৎপা তৌদনা, চৌংলৈম্না খুমজরকৃই,—"প্রভু, নহাক্কি শ্রীমুখ মক্তদগী তাজখি, মহামন্ত্র অসি ফংবা মী অদুদি পরমা গতি ফংগনি হায়না। ঐদি শিংথানফম্ লৈত্রবা তোল্লবা মী-শক্ অমনি। ঐনা অতৎ-অথম্ লৈতনা নরোক্ তাবগী মহে ওইনা মী লিশিং লিশিংনা মুক্তি ফংগদবা লৈরবদি, অদুগুম্বা নরোক্ অদু মতম্ পুম্নমক্তা হাংদোক্লুনা লৈরসনু। বৈকুণ্ঠদগী মাদুনা হেন্না থোইনা পামজবা ওইনা লৌজরি ননাইনা।"

গোষ্ঠিপূর্ণ ঙক্‌পগী লোইখ্রে। হায়রিবসিদি চুম্মিনা! জগৎ মঙ্গলগী দমক্ মশাবু পুমকাও কাওবা ঙম্বা, মশাগী মুক্তিলনবু থৌশাদনা খোংনেৎনবা ঙম্বা অসিগুম্বা মী অসিগা চাংদম্নন্বা পৃথিবীদা কনা অমা লৈরম্‌গনি? মিৎনা কুপ্পগী মন্নুংদা মহাক্ ইথোং-থোচ্চখ্রে।

রামানুজবু নুংশিনা আলিঙ্গন তৌরগা অহল্ ওইরবা বৈষ্ণব

অসিনা হায়রক্ই,—"রামানুজ, ধন্য-নি নহাক্—ধন্যনি নংগী মীনুংশি চাওবা। শিষ্য ওইহল্লনসু-নংনা ঐবু তম্বিরে ঙসি অরুবা তত্ত্বজ্ঞান। অসুক্ চাওবা থমোই-মপু অহুনা শোইদনা ওইগনি লোকপিতা,—ওইগনি শোইদনা শ্রীবিষ্ণুগী অংশ, চিংনানিঙাই লৈতে মাসিদা।"

রামানুজনা গোষ্ঠিপূর্ণগী চরণদা তাজরহুনা মখুৎ লোন্নরগা হঙ্গচ্চরক্ই,—"প্রভু, নহাক্তি ঐগী নিত্যগুরুনি। নহাকি কৃপাশক্তি ফংজবদগী ঐগী য়াইফবা ওইজরি। অহুগা কৃপা অহুমক্তা ঙসি পীনররি মশিং লাক্ঙম্দবা মীওইবগী য়াইফবা অহুনা খুরুম্জরি চরণদা কোটি কোটিরক্।"

অসিগী মতুংদা গোষ্ঠিপূর্ণনা মচামক্পু রামানুজগী শিষ্য ওইহন্খি। রামানুজগী মতবাদ অমসুং সিদ্ধান্ত পুন্নমক্কি মনুংদা অশেংবা বৈষ্ণব-তত্ত্বগী মরু অহু উবা ফংবদগী মহাক্না পেঙ্গখি। অহুতসু নত্তনা, অহল্ ওইরবা সাধক অসিনা শ্রীবিষ্ণু ইরাৎ-পূজা তৌননবা সিদ্ধান্ত পুন্নমক্পু রামানুজ-সিদ্ধান্ত" হায়না কৌনগদৌবনি হায়না মহাক্কি শিষ্যশিংদা য়াথং তাক্পিখি।

হন্দক্তি রামানুজনা শিষ্যশিংগা লোইননা শ্রীরঙ্গমদা হল্লক্লে। মীয়াম্না মাবু লাইগী অংশনা পোক্লকপনি হায়না খন্নরক্লে। ভক্ত ময়াম অমগী মিৎয়েংদা মহাক্পু লৌনখি শ্রীরামচন্দ্রমক্কি মনাওনি, লক্ষ্মণমক্কি অবতার-নি হায়না।

চাঞ্জরবা ভক্ত কুরেশনা মতম্ অমদা রামানুজগী মফম্দগী গীতাগী চরমতত্ব, কৃষ্ণগী শরণাগতি-ধর্ম্মগী মরম্দা মনুং-হুঞ্জিন্বা ব্যাখ্যা তাজহুনা মশাবু ধন্য ওইরে খঞ্জখি।

মতুংদা ভক্ত দাশরথিস্থু লাংতক্লব অমা পোক্লে। কুরেশগুন্না গীতাগী মন্নুংগী অর্থ খণ্ড্রিবমখৈ মহাক্সু তোক্লরোই খল্লে, হন্না হন্না কয়া হায়জররে। দাশরথিগী মফম্দদি রামানুজগী ব্যবস্থা অসি অতোপ্পা মওং অমা ওইনা তৌরক্লে। দাশরথি হায়বা অসি অথোইবা ভক্ত অমা ওইহৌনস্থু বিদ্যাগী চাওথোক্চবা ৱাখল্ অমা লৈ। শিষ্যগী সাধন-লম্বিগী অকায়বা অসি অফবা-গুরু রামানুজনা নোইহৎপা তাই। অদুগীস্থু মথক্তা গীতাগী মূলতত্ত্ব খণ্ডহনুগে হায়রবস্থু হান্ননা অহঙ্কার অসি থুদেক্লবা য়াদে।

মঙোন্দা তাক্পিবক্লে,—"ইংবুঙো, মসিগীদমক্তি নহাক্ মতম্ খরা পুম্নমশেং-শেংবা ভাবকি মচৎ অদু চত্তুনা ঙাইহৌনা লৈথিবা তাবি।

চৈরক্ অসিদা ওস্থোক্লা ঙক্লবা থৌদোক্ অমা থোক্লে রামানুজগী গুরু মহাপূর্ণগী মচান্নুপী অমা লৈ। মমিংনা অত্তুলা কৌই। থাপ্লবা খুঙ্গং অমদা লুহোংখিহৌনা থাজবিখি। মন্না মযুমদা চাক্থোং-কৈথোংবনাচিংবা ইমুং-মন্নুংগী থবক্তা মহাক্ ওস্থোক্লা ৱাজরে। অনক্পদা ঈশিং শোক্ফম্ লৈতে। য়াম্না থাপ্লদগী ঈশিং হোল্লগা থোং-থাক্পা তৌবা তাই। অহল ওইরবা মকু-বোক্তা ৱাফম অসি হায়জক্লবদা অহল্ অদুনা শাওনা চৈ-থাংবা হৌরক্লে,—"ইমৌগীদমক্ পূজারি হাপ্লবা লন্থ্মক্কা অদুক্ হাক্লা লৈজদে। অত্তুলা, ৱাদ-ৱারগদি নপাবুংদা ঈশিং হোন্নবা মিনাই অমত্তং উল্লকুউ হায়য়ুদনা?" মপাম্দা লাক্তুনা উত্তলানা ৱা পুন্নমক্ মপা ইবুংঙোদা হঙ্গচ্ছহৌনা য়াম্না কপ্লরে।

মহাপূর্ণনা হায়রকই;—“ইবেম্মা, মাসিদা ইপাগী করিশ্নু গতি লৈতে ; নংনা ব্রাকম্ অসি রামানুজদদুম্ হায়রুবনা ফগনি। মহাক্পু নবু'মক্লি হায়না খল্লু, তৌফম্ থোক্পা অদু মানা মরাইনা তৌজরক্কনি।”

শ্রীরঙ্গম মঠদা লাক্কনা অক্তুলানা মাগী অরাবগী ব্বারি অদু লিজররে। শাস্ত্র পুন্নমক্ হৈববা দাশরথিশ্নু মতম্ অসিমক্তদা হেক্ খুংলরে। রামানুজনা গুরুগী মচানুপীবু থেম্‌জিল্লগা,—“ইবুংগী ইবেম্মা, মাসিগীদমক্ নং পংব্রা-ব্রারুরগনু ; ইবুংনা হৌজিক্‌মক্ লম্ পুন্নমক্ ফননবা শীন্‌গে। ঐগী অথোইবা শিষ্য দাশরথিমক্লা নখোয়গী পূজারী ওইরসনু। মশক্ ওন্থোক্কনা মানা লৈবসনু নকু ময়ুম্‌দা।”

ব্রা অসি তাবদা মী পুন্নমক্ পুম্‌ঙক্ ঙক্লখ্রে। পণ্ডিত খিবিক্কি অথোইবা দাশরথিগীদমক্ ঙসি শীল্লি অঙক্পা থৌরম্‌বু গুরু.দবনা। দাশরথিনদি গুরুদেবগী তম্‌থিবা য়াথং 'অসিবু থোইদোক্লা হরাওনা কোক্‌থত্তা হাপ্‌চখে। মানা থঙ্‌জখ্রে,—মাগী চাওথোক্পা কৌবা তিংখংবু মরু ফংনা ফুক্তোক্কদৌরি গুরুদেবনা। চাক্‌থোংবা মী অমগী মথৌ তৌদুনা ঙসিদগী লেন্‌খ্রে মহাক্কি মতম্।

অম্নুন্না হৌখ্রে থা তরুক্‌লোম্। নোংমদি অক্তুলাগী মকু ময়ুম্‌দা অফাওবা বৈষ্ণব অমনা শাস্ত্র-ব্যাখ্যা তৌরি। অম্নুম্ নৈনরক্পদা মহাক্লা শ্লোক অমগী লান্না ব্যাখ্যা তৌশিল্লে। মাসি তাবদা দাশরথিদো তুমিন্না লৈবা ঙম্মক্ত্রে ; য়ান্না কন্না মরৈ য়েৎলক্লে। ব্রাগী ব্রাগী অম্নুম্ ঙাংনরক্পদগী মশা অসি য়ান্না

ময়াই কাখ্রে। শাওখিত্বনা শ্লোক্ অসিগী মনুংগী শব্দোকপা অর্থ অদু ময়াম্ তিল্লিবা অদুদা ফজনা তাকলক্লে।

মীয়াম্ অদু চাকথোংবা নিপা অসিগী পাণ্ডিত্য উবদা পুম্ঙক্ ঙক্লখ্রে। অরোন্বা ফিজেং-শংপা পূজারী অসিগী তশেংবা মশক্-মমিং অমুক্ লোৎপা য়ারক্রে।

মহাক্ রামানুজাচার্য্যগী শিষ্য লাকঙম্ ফাঙমদবা পণ্ডিত দাশরথি হায়বা অদু অমা-অমনা অম্মুম্ হায়নরক্পদগী লোইনা খঙ নখ্রে।

দাশরথিবু পুরত্না হৌজিক্ মী ময়াম্ অমা রামানুজগী মফম্দা থুংলরে। মখোয় ময়াম্ অসিগী হায়জ-খোৎচবা অদু পাক্ হেক্ য়াদবা ঙম্বা পোৎ নত্রে। মরম্ অদুনা নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা দাশরথিগী অজ্ঞাতবাস অমস্তুং পূজারীগী বৃত্তি অদু লোইশিল্লে। মতৌ অম্মুনা চাওথোকপা লৈত্রবা, শুদ্ধসত্ত্ব ওইরবা মতুংদা দাশরথিনা পরমতত্ত্ব তম্জখি গুরুগী মফম্দগী।

মাসিগী মমাংদা হান্ননা রামানুজনা খৌজাল ফংজখ্রবনি যামুনাচার্য্যগী অখোইবা শিষ্য অহুম্,—কাঞ্চীপূর্ণ, মহাপূর্ণ অমস্তুং গোষ্ঠিপূর্ণগী। হৌজিকস্মু রাংলি ফংগদবা মালোধর অমস্তুং বররঙ্গী খৌজাল্। অদুনা হন্দক্লা মহাপুরুষ অনী অসিগী খুয়া-খাদা চংজদুনা মহাক্না লোইশিন্খ্রে বৈষ্ণবতত্ত্ব পুন্নমক্ তম্-শিন্দুনা। যামুনাচার্য্যগী অখোইবা শিষ্য মঙা অসি,—মখোয় খুদিংনা গুরুদেবগী তোঙান্-তোঙান্বা ভাবধারা লৌজদুনা (হৈজদুনা) পুন্সি মহৈ য়ান্খিবনি। হৌজিক্লা ঈচেল মঙা অসি পুন্না রামানুজগী পুন্সিদা চেন্মিন্নরে। গুণ পুন্নমক্লা তিল্লবা

বৈষ্ণব-লুচিংবা অমা ওইনা দাক্ষিণাত্যগী ভক্তশিং অমস্থুং মীয়াম্না কৎনখ্রে অভিনন্দন। করি অমুক্ হায়গনি,—মতম অসিদা মী অয়াম্বনা শ্রদ্ধা-ভক্তি কৎনখ্রে মঙোন্দা শ্রীরঙ্গনাথগী অনৌগুব বিগ্রহমক্তি হায়না।

রামানুজগী প্রভাব অমস্থুং মকোক্ ওইবগী ফিবম্না কা-হেন্না চাওথোক্লকপা অসিদা শ্রীরঙ্গম মঠগী পূজারী মকোক্ অতু মপুক্লিংদা অকিবা অমা পোক্লক্লে। যাহা উপায় অমা তৌতুনা মহাক্ মশাগী স্বার্থ অমস্থুং ময়ামগী মকোক্ ওইবা ফিবম্ অসি লেওদনা থম্দবা য়াদে। থিন্দনা রামানুজগী মথৱাই লৌরগে হায়বসি চপ্-য়ুংনা লেপ্খ্রে।

মহাক্কি ময়ুম্দা রামানুজবু চক্ হারনবা নিমন্ত্রণ কৎখ্রে। অতুগা অতিথিনা চাননবা হেক্ ফম্থবমক্তদা মাগী চানবা চাক্-য়েঙ্খাংদা হু হাপ্চিন্নবা মাগী নুপীগা ৱা তান্নজরে।

য়াম্না লুনা মিকৌ-মিরেম তৌরবা মতুংদা রামানুজনা থোইদোক্না হরাও-হরাওনা লুক্ হাননবা ফম্ফমদা লেংলীন্খ্রে। পূজারীগী মতুনা পুখম পায়রতুনা মমাংদা লেপ্লরে অতুবু চাক্ত্তা চাক্ হাপ্লম্দাইদদি নুপী অতুগী মপুক্লিংদা ওন্থোক্না হুংঙাইতবা অমা তিং লাওনা ফাওরক্লে। মী পুম্নমক্না শ্রদ্ধা তৌনরবা মহাপুরুষকি কয়াদা নিংখিজববা দিব্যমূর্ত্তি! করম্বা থৱাইনা হু হাপ্পা চিঙ্গাক্পু মহাক্পু পীজবা ঙমগনি? রামানুজগী মমাংদা লেপ্তুনা মহাক্না মথৱাই চাক্না হিক্ হিক্ কপ্পা হৌরক্লে।

তপ্লপ্পা হায়রক্‌ই,—"বাবা, হিংবিনিংলবদি অতোপ্পা মফম অমদা লুক্ হাবিরু। মফম্ অসিদদি চাক্-য়েঙ্খাংদা হু হাপ্পনি।

চাবদা হেক্তা শিগদবনি। চাক্ অসি ঐদি নংবু পীজবা ঙম্জরোই।”

ঙরুবা রামানুজনা হোৌগত্তুনা লেঙখ্রে। হাৎননবা থোৌরাংবা মুমিং অসিদদি মহৈ য়ানখিদ্রে।

হোৎনবা মহৈ য়ান্দ্রবা মতুং অসিদনা হেন্না পূজারী অসিগী অশাওবা অত্থু য়াম্না হেঙ্গৎখ্রে। মথুৎমক্তা মানা রামানুজবু হাৎলগে হায়না চপ্-য়ুংনা লেপ্খরে। নোংমদি রামানুজনা সন্ধ্যা মতম্দা শ্রীরঙ্গনাথ দর্শন তৌবা লাকৃচরি। পূজারী মকোক্ অসিনা থুনা য়াঙ্না চেন্থোক্লক্তুনা শ্রীবিগ্রহ চাইথবা-ঈশিং অত্থু তন্না মাবু পীথক্লে। ঈশিং অসিদি শোইদনা শিগদবা অকনবা হু য়ানশিনখরবনি।

থোইদোক্লা অচেৎপা শ্রদ্ধাগা লোইননা রামানুজনা ঈশিং অত্থু থক্খ্রে; অত্থুগা থীন্বা তৌদনা মশাদা, ব্রাখন্দা খঙ্হৌদনা অমুক্তা থোক্খিদ্রিবা ভাবাবেশ ফাওরক্লে। মতম্ অসিদা হুগী মহাওদি থাপ্পা থম্খ্রে; মাসি মতম্ অসিদদি মঙোন্দা অমৃতগা চপ্-মান্নবা পোৎশক্ অমা ওইখ্রে।

পুণ্য পোক্পা ঈশিং অসি হেক্ থক্লুবদা মহাক্ আনন্দদা লুপ্তুনা ময়াই-কানা নৈলখরে। শ্রীরঙ্গনাথদা হঙ্গচ্চরক্ই,—“থোৌজাল্গী মশক্, ওইরবা প্রভু, ননাইগী মফম্দা ঙসিদি নহাক্কি মরম্ য়াওদবা মপান্-নাইদবা থোৌজাল্লি। ঙসি ঐনা স্বর্গগী অমৃতবু নহাক্কি চাইথবগী-ঈশিং ওইনা থক্চরে। নহাক্ ধন্যনি, নহাক্কি থোৌজালসু ধন্যনি!

লাইশোনবু মচিন্দা শোঞ্জরহুনা রামানুজনা মন্দিরদগী থোরক্লে;

অমুক্ত থোক্‌খিদ্রিবা মওংদা আনন্দাবেশ-তা লৃপ্তুনা মশা অসি থক্ থক্ নিক্লা চেন্থোক্লক্লে। মখোং অনী অদু হাইরং-হাইরং তৌরি। অসুমা ভাব-তা ঙাওখিবা মওং অসি উবদা পুজারীগী হরাওজবগী মপান্-নাইখিদ্রে। হূনা মাগী মশা কুপশিল্লক্‌পা হোরে হায়না খঞ্জরি।

অহিং অদু অসুম অসুম্ হৌখিদুনা নোংঙাল্লক্কদৌরে। পূজারী অদুনা রামানুজগী অশিবা মশা অদু মৈ থাবগী মৈরি অদু উরগদবোই নিংদুনা পুং অমগী মতুংদা পুং অমা মশিং থিরদুপা আশানা ইন্দুনা অসুম চংখরি। মথুংমক্লা পীথক্‌খরবা হূ অদুনা মাবু হাংপা শোইদ্রবনি খঞ্জরি।

ঙাইহাক্তং নৈরগা কয়া থাপ্তুবা মফম্‌দা হরি-সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেল্লা অতিয়া হোগাইনা পুন্নিল্-নিল্লক্লে। মন্দিরগী মপান্দা থোরক্তুনা পুজারী অসিনা উরুবা দৃশ্য অদুদা পুম্ঙক্ ঙক্তুনা লেপ্তুনা লৈখরে। শ্রীরঙ্গম্‌গীভক্ত নুপী-নিপা লিশিং লিশিংনা ঙসি রামানুজবু ইকোই-কোইশিন্দুনা কীর্ত্তনানন্দদা ঙাওনদুনা লৈরি। অথোইবা ভক্ত অসিনা দিব্যভাব-তা তাওদুনা মখোয়গা লোইননা লেঙলি। অরাওবা মিৎ অনী অদু উইশিন্দুনা লৈরি, অদুগা মাইথোংদনা লাইগী ওইবা মঙাল্ ফাওরি। পুক্নিং-হক্‌চাং পুন্নমক্ প্রভু রঙ্গনাথকি মখোং থম্বান্দা পূমকৎ-কৎথোকপগুম তৌরি।

মীরম্লেন্‌গী নত্তবা অঙকপা শক্তি তুংনফম্ মহাপ্রেমিক্ বিরাট পুরুষ অসিবু মানা হূ পীথক্লুরবকো! পূজারীগী থমোইনুংদা নিংঙম্মক্তবনা প্রোক্ প্রোক্ চাক্‌খ্রদুনা কপ্‌থোক্লক্লে। মীয়াম্

হাইদোক্না হোৎচিল্লক্লগা রামানুজগী মখোংদা বোম্ লাওনা তুজররে। অরাবা খোঙ্গোক্লা হায়জরকই,—"যতিরাজ, ঐ অসি মহাপাতকী-নি, নংনা ঐবু ঙাক্পিয়ু। ঐগুম্বা ফত্ত-পুক্চেল্গী মীওইশিংবু লান্বিনবা নহাক্লা ফাওরকপনি; মাসি ঙসিদি ঐনা মুন্না খঙ্জরে। ঐবু থৌজান্বিয়ু, চরণদা চংজক্কম্ পীনবিয়ু।"

নিংঙম্দবা-মৈনা চাক্লবা পূজারীগী মকোক্তা মথুং থম্লগা রামানুজনা আশীর্ব্বাদ তৌবিরে। হায়রকই,—"শ্রীরঙ্গনাথদি মপান্-নাইদনা থৌজাল্ হৈবনি। মহাক্কী নরাল্ পুম্নমক্ ঙাক্পিরবনি। হৌজিক্কী হৌনা মানবপ্রেমদা লুপ্পুনা জীবগী সেবাদা নপুন্সি কখোক্চৌ।"

অসুম্না ওন্থি অথোইবা ভক্ত বৈষ্ণব ওইনা ফত্রবা লাক্ঙম্ ফাঙ্মদ্রবা পূজারী মকোক্ অদু।

দক্ষিণাত্যগী অদ্বৈতবাদী পণ্ডিত অমথক্ মতম্ অসিদা অরাং ভারত-তা দিগ্বিজয় তৌদুনা কোইনা চংলি। মমিংনা যজ্ঞমূর্ত্তি।

রামানুজগী ইন্থৎলক্পা অমস্তুং মায়াবাদ কক্থৎখিবগী পাও অসি মহাক্কি মনাকোং য়ৌখরে। অদুনা রামানুজবু মাইথিবা পীগে হায়দুনা নোংমদি মহাক্ থুংলরে শ্রীরঙ্গমদা। পুরক্লি গাড়ী মপোং থন্না শাস্ত্র-গ্রন্থ, লোইনরক্লি শিষ্য ময়াম্ অমসু।

মুমিৎ তরাতরেৎনি চুপ্পা মখোয় অনীগী অকন্বা তর্কযুদ্ধ অমসুং অকুপ্পা শাস্ত্র-বিচার চথরক্লে। শক্তি লৈরবা সন্ন্যাসীগী ঙাংবদা হৈ-শিংবা অমসুং অকুপ্পা-তর্কগী মমাংদা রামানুজ অসি মাইথিগদৌবগী মওংদুম্ মান্শিল্লক্লে। মতাং অসিদা মহাক্লা শ্রীবিগ্রহগী মমাংদা কপ্পা-কপ্পা হঙ্গচ্চরকই,—"প্রভু, ভক্তি ধর্ম্মগী

মপান্-নাইদবা মতিক্-মগুণবু জগৎ অসিদা ঙাম্মোক্লকদগে কৈদৌঙৈ নহাক্কি থৌজাল্ মিৎয়েংদগী ? মায়াবাদী তার্কিকশিংগী প্রচার অসিনা কয়া কুইনা চথহনা লৈখিগদগে ?"

অহিংদা প্রভুগী য়াথংদো ফাওরক্লে মাগী থমোইদা, মওংদি অমুম্মা,—"ইবুঙো যতিরাজ, নং লাংতক্নবা তৌগনু। বিষ্ণু-ভক্তিগী মাহাত্ম্য শন্দোক্নবগী থবক্ অমসুং ভক্তি-ধর্ম্ম লিংখত্তুনা লৈবাক্ অসিদা শন্দোকপদি তৌরগনি নহাক্কনা।"

অয়ুক্ অঙনবদা রামানুজনা ফমুংদগী হেক্ হৌগৎলকপা মতম্দদি মহাক্কি মশাদা অঙকপা শক্তি অমা থংফাও-ফাওরক্-পগুম্ তৌখ্রে। স্বর্গগী ওইবা মশেক্-মঙাল্ অমনা মমিত্তা, মাইথোংদা, ইরং-লংনা ফাওরক্লি। মমাংঙৈদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মওংদা মশা মতোম্তবু কন্না থাজবা অমা পোক্খ্রে। মায়াবাদী সন্ন্যাসীগী মমাংদা আচার্য্য রামানুজ ফাওরক্লে মীথোই-মীহেন্বা লাইগী শক্তি চেন্বা মীশক্ অমা ওইনা। মহাক্কি কা-হেন্বা শক্তিদগী পোকপা চীং-লেম্লবা শাথেক্-নাথেক্ অমসুং মশেক্-মঙাল্ চেল্লবা মাইথোং উবদা তর্কবীর যজ্ঞ-মূর্ত্তি বুদ্ধি-লৌশিং পুম্মাং-মাঙখ্রে। মহাক্কি থমোইদা ফাওখ্রে বৈষ্ণব লম্বোইবা অসি চুম্না কা-হেন্না শাস্ত্র হৈবতা নত্তনা মহাক্ অসি তশেংনা ঐশ্বরিক শক্তি চেন্বা মহাপুরুষ অমনি হায়না। অশেংবা পুন্সি, প্রেম অমসুং চাওথোক্নবগী মপান্না মহাক্না অথোইবা পোৎশক্ অসি ফংখ্রে। অদুগা অকংবা, রস য়াওদবা মরৈ পংয়েত্ত-য়েৎনবদগী যজ্ঞমূর্ত্তি ঙসি ফাওবা অসিদা করি মহৈ ফংলবগে ? ঈশ্বর ফংবগী

ৱাদি থাপ্না থম্খ্রে, শেংদোক্লবা চিত্ত অমস্থং পুক্লিংগী শান্তিস্থ পুন্সিদা ফংখিদ্রি করিগুম্বদা।

থিংবা য়াদবা অঙকৃপা শক্তি অমনা চিংশিন্খিদ্রনা দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত অসি রামানুজগী মখোং অহুদা তুথহুনা তাখরে। মসিগী মতুংদগীদি ওইখি পণ্ডিত অসিনা চাওথোকৃপা য়াওদ্রবা বিষ্ণু-পন্থী সাধক। খা-ভারতকি মফম্ পুন্নমক্তা খণ্ডনখি মহাকৃপু দেবরাজ-মুনি হায়না।

রামানুজগী য়াথং মতুং ইন্না বৈষ্ণব পণ্ডিত অসিনা লেংখি তামিল-দা "জ্ঞান সার" অমস্থং 'প্রমেয় সার' কৌবা মমল য়াম্লবা শাস্ত্রগ্রন্থ অনীথক্।

শিষ্যশিংগী মফম্দা বৈষ্ণবকি অতোন্‌বা-লাইরবগী মচং, ওইজবা থাদোকৃপা, থাঙ্বা কন্বা পুরক্লবস্থ রামানুজগী হোৎনবগী অরোইবা লৈতে। মাইকৈ অমদনা মহাক্কি মপান্ নাইদবা স্নেহ অমস্থং প্রেম, অতোপ্পা মাইকৈ অমরোম্দনা অমুকৃস্থ তম্থিবা চাংয়েংবা,—অনী অসিগী মন্নুংদা লৌরি মশক্-মওং মাগী আচার্য্যগী পুন্সি-লীলানা।

অমুক্তি রামানুজনা শিষ্যশিংগা লোইননা লেংথোক্লক্লে তীর্থ কোয়বা। লম্বি-মতাং অমদা থুংলুরে অষ্টসহস্র কৌবা খুল অমদা। খুল্ অসিদা লৈ আচার্য্যগী অথোইবা শিষ্য ব্রাহ্মণ-মচা অনীথক্। অমদি ইনাক্ য়াম্না খুল্লি, মমিংনা যজ্ঞেশ। অতোপ্পা অহুনা বরদাচার্য্য; লাইরবা ভক্তনি, -ব্রানা হিংজৈ ভিক্ষা তৌহুনা।

আচার্য্যগা লোইনরিবা শিষ্যদি য়াম্না য়াম্মি। অহুবু মখোয়গী লৈফম্-চাফম্গী শীন্নাংবদি যজ্ঞেশ-তদি অরুবা ব্রাফম্ ওইনা থোক্কে।

অদুনা আচার্য্যনা মাগীদা চাব-থকপা তৌরগে লেপ্লে। খুঞ্জিন্ হেক্ য়োরকপদা রামানুজনা মহাক্ থুংলবগী পাও হায়নবা মী থাখে।

ছাত্র নহা অনীথক্ থুন-য়াংনা যজ্ঞেশকি ময়ুম্‌দা থুংলরে। আচার্য্য রামানুজনা চান্‌বিদুনা মাগী ময়ুম্‌দা লেংবিরক্লে তাবদা হরাওজবনা লোইখরে ঙসিদি যজ্ঞেশ অদো। গুরুদেববু ওক্লনবগী শীল্লাংবদা অমসুং পোৎ অরাৎ-অপা থিজিন্‌বদা মহাক্ লৈখরে ইরাং-লাংদুনা; অদুদা চোক্‌থরবা, অরাম্-খৌরাংবনা ব্রাজরবা শিষ্য অনী অসিগী সেবাগী ব্রাফম্ অদুদি পুম্‌কাউ কাউথোক্লরে মহাক্লা।

করি অমুক্ হায়রুনি, যজ্ঞেশকি ঙসিগী মচৎ অসিদা শিষ্য নহা অনী খিক্তং ব্রারোই। মখোয় অনীনা হঙ্গচরুরে ব্রাফম্ পুন্নমক্ গুরুদেবগী চরণদা। যজ্ঞেশকি কয়াদা লান্‌খরবা মচৎনো? য়ুমদা লাক্‌পা বৈষ্ণব অতিথিবু মানা মতিক চানা তরাম্-তরাম ওক্তবকো? রামানুজ শাওখরে; হায়রকই,— "তাও, ঙসিদি ঐখোয় যজ্ঞেশকি ময়ুমদা চৎলরোই। লাইরবা বৈষ্ণব বরদাচার্য্যগী ময়ুমদা ভিক্ষা লৌরুরসি।"

মী কাংলুপ অদু পুরদুনা ঙসি থুংলরে রামানুজনা লাই-ররবা শিষ্য অদুগী থোংজীন্দা।

শেগাইরবা ঝুলি পুদুনা বরদাচার্য্যনা চৎলি নুতিগী ওইনা ভিক্ষা নিবা। অকংবা খর অদু শিজিন্নজৈ নারায়ণ বিগ্রহগী সেবাদা। অদুগা চাজৈ প্রসাদ অদু মাগী মতু সতী লক্ষ্মীদেবীগা পুন্না।

শিষ্যশিংগা লোইননা গুরুদেববু উবদা লক্ষ্মীদেবী হরাওজবনা লুতোন্ কাখ্রে। তরাম্না ওক্তুনা মহাক্পু লেঙশিল্হল্লবা মতুংদা মথব্রাইদা ফাওরক্লে তম্থিবা অব্রাবা ব্রাখল অমা। মল্লুমদা চেং খুয়া অমা ফাওবা লৈজদে, মপুরোইবস্মু মপান্দা চৎথোক্খি। কনাদগীনো করিগুম্বা খরদং খিরুবদা ফংলকনি হায়বগী আশাস্মু লৈজদে।

লক্ষ্মীদেবীনা আচার্য্যদা হঙ্গচ্চরক্ই,—"প্রভু, ইপুরোইবস্মু ভিক্ষা নিবা চৎখিবা ফনা কুইরে, তন্না হল্লক্লগনি। ঙাইহাক্তং পোৎথাবিরগা মমাংগী পুখ্রি অসিদা চাইথবিদ্বনা তর্পণ-নচিংবা তৌবা লোইথোক্পিয়ু। চৈরক্ অসিদা ননাই ঐ ঠাকুরগী ভোগ ওইনবা নৈবদ্য লাংজরুখিগে।"

ঠাকুর-মন্দিরদা চংলগা ব্রাহ্মণী কপ্লক্লে,—"করম্বা পরিক্ষাদা লংশিন্বিরে ননাইবু? নারায়ণ, নহাক্না খুদোংথিবা অসিদগী লাম্বিগদ্রা? ঙাইহাক্তং অসিগী মন্নুংদা কদাইদগী নো ঐনা থিরুগদবা মীয়াম অসিগী চান-থক্লবা?" খংনিং নিংশিল্লক্লে মাগী লৈকাইদা লৈমিন্নরিবা শ্রেষ্ঠিবু। লল্লোন্বা ইনাক্-খুন্বা অসি লক্ষ্মীদেবীগী মশক্তা শুম্বাক্তুনা লৈরি। ফত্তবা ব্রাফমস্থ দূতী থারক্তুনা হায়হল্লম্বনি; তুক্কচবগা লোইননা মাহু হন্না হন্না য়াবিখিদ্রবনি সতী অসিনা। নিংবা কাইরদুনা নিপা অসিনা মখা অমুক্ তাখিদ্রবনি। লেপ্‌খরে লক্ষ্মীদেবীনা ঙসিদি লৌরগে নিপা অসিমক্কি মতেং; লেপ্‌খরে চিংনররোই মহাক্না করিগুম্বা মহাক্কি কামগী মৈরিদা সতী অসিগী মশা কথোক্তুনা চাক্থেক্হন্বা তারবস্মু।

তোয়ন-তোয়না খল্লক্লে শ্রীগুরু তাযবসি ঈশ্বর-স্বরূপনি!

মহাক্কি সেবাদা করিগী খল্লুনি হকৃচাংগী ব্রাফম্ ? লেপ্তুবা শত্থম্‌গী য়াইফবা নত্রগা মাংথোকৃপা হায়বা ব্রাফম্না করিনো, মাসিগী চিন্তানা করিগীনো ? দ্রাবিড় পুরাণদা কলিঘ্ন কৌবা ফাওরবা ভক্তগী ব্রা সতী অসিনা হান্না পাখে্। মহাক্কি ইষ্ট-দেবগী সেবাগী দমক্ মহাক্না হুরান্‌বা ফাওবা চিংনদে। ভগবান্‌না মহাক্কি সেবানিষ্টাদা পেন্‌বিত্থনা মঙোন্দা দর্শন পীনবিখি, তাকৃপিখি অস্থুম্না মঙোন্দা,—"মন্নিমিত্তং কৃতং পাপমপি পুণ্যায় কল্পতে। মামনাদৃত্য তু কৃতং পুণ্যং পাপায় কল্পতে।"—হে ভক্ত, ঐগী মরম্‌গী দমক্ তৌবা পাপতি, নহাক্কিদি পুণ্যনি মাত্থ। অত্থগা ঐবু থৌশাদনা নংনা তৌবা পুণ্যদি, ওইগনি মাত্থ পাপ।

তৌগদবা থবক্ লেপ্পদা কুইনা চংদে মঙোন্দা। খুদক্ অত্থমক্তদা লল্লোন্‌বা নুপা অত্থগা উন্নত্থনা অতিথি-সেবাগী দমক্ হৌজিমক্ দরকার লৈরে চান-থক্লবা পোৎশিং, থুনমক্ থাবি-রক্কদবনি ; অত্থগা নুংদাং হেক্ চংলকৃপদা কৎথোকৃচগনি মশাবু মহাক্কি মখুত্তা।

মথা তাত্থনা কান্নদে, মিৎনা কুপ্পদা থুংলরে অতিথি সেবাগী পোৎ মিপোৎ, মিপোৎ বরদাচার্য্যগী ময়ুম্‌দা। সতী অসিনা থোং-থাকৃপা তৌত্থনা কচ্চরে ভোগ ইষ্টদেব নারায়ণদা মতুংদা রামানুজ অমস্থং শিষ্যশিংবু পীজরে মপুক্ পেন্না।

য়ুম্থুরেন্ বরদাচার্য্য ময়ুম্‌দা হল্লকৃপদদি ওকৃখিবনা জ্ঞান মাওখরে। লাইরবা মাগী ময়ুম্‌দা শিষ্যশিংগা লেংলকৃপা গুরুদেববু চুম্না তরাম্না ওকৃপদা নত্তনা মরাং কাইনা পীজ-পীথক তৌরম্লে।

ইমুংদা কৌশিল্লগা মাগী ব্রাহ্মণীদা হংজরকৃই,—“করিনো, তৌরম্মিবসিবো ? চান-থক্লবা অস্থক্ য়াম্বা অসিদি নংদি কদাইদগী লৌরুই ?”

লক্ষ্মীদেবীনা ইংনা, তপ্পা মপুরোইবদা ব্রা পুন্নমক্ শেংনা তম্লে ; অদুগা ঙসি অহিং অসিমক্ পাপ-লংজরবা ললোন্‌বা অসিগী ইন্দ্রি পেন্নিংবা অসি থুংহন্‌গনি হায়না ব্রাশক্‌খ্রে হায়বা ব্রাকম্‌সিমস্থ মপুরোইবদা খঙহল্লরে।

মতুগী ব্রা পুন্নমক্ তারগা মহাভক্ত বরদাচার্য্যগী হরাওবগী মপান্‌-নাইখিদ্রে। ময়ায়কানা হন্না হন্না হায়রক্‌ই,—“নংগুম্বী সহধর্ম্মিণী ফংজবা ঐ অসি ধন্যনি। হক্‌চাংগী ব্রাখল্ থাদোক্তুনা নংনা ভগবৎস্বরূপ শ্রীগুরুদেবগী সেবা তৌবা ঙম্‌জরম্লিবাকো। নহাক্কুম্বা নুপীবু ফংজবা অসি মী কয়াগী মরাইবক্তা থোক্লি-গদগে ?

অহিংদা থুংলরে ব্রাহ্মণী ইনাক্‌খুন্‌বা নিপা অসিগী ময়ুম্‌দা। মপুরোইবনা মপান্দা লেপ্তুনা লৈজরি। মতুনা শ্রীবিষ্ণুগী মহা-প্রসাদ পুথম্‌দা পুরতুনা ইমুংদা চংখরে। কাম-না ময়াই কারবা ললোন্‌বা নিপা অসিগী মখুত্তা পীরুরে প্রসাদ অদো। মাতু মহাও হেক্ তংবদতা করিনো অমা খঙহৌদনা থোক্‌খরে। মহাক্কি পাপকি শাজৎ অদু মিৎনা-কুপ্পদা পুম্মাং-মাঙ্‌খরে।

লক্ষ্মীদেবীগী চরণদা তুথরক্তুনা কপ্পা, কপ্পা হায়রক্‌ই,—“ইমা নহাক্না ঐবু ঙাক্‌পিয়ু। ঐনা কাম-গী মখা পোন্দুনা মী-শা হায়বতু ওইহনা লাক্‌পনি। গুরুদেবগী সেবাগীদমক্ নহাক্না অথেংবীদা নশাগী ওইজবা থাদোক্‌পা অদু ঙসি উত্তবসিদা ঐগী

মিং পাংজরে। ঙসিদি নহাক্না ঐগী ইমামক্কি মূর্ত্তি ওইনা মাঙ্দা লেপ্লিররি। ঐগী প্রার্থনাদি গুরুদেব অদু লেঙকৃপনা মরম্ ওইদুনা ঐগুম্বা মহাপাতকীগী অনুতাপ পোকৃপা হৌখি্রবনি; কৃপা তৌবিদুনা নহাক্না ঐবু মহাক্কি খুয়া খাদা অমুক্তা পুশিন্বিয়ু; ঐবু অমুক্তা উদ্ধার তৌহন্বিয়ু।” মহাপ্রসাদ-কি অঙকৃপা শক্তি উবদা বরদাচার্য্য নুংঙাইবগী ঈথক্তা তাওদুনা লৈখরে। প্রেমগা লোইননা মহাক্না কোন্শিন্বিরে লল্লোন্বা নিপা অসিবু।

অনুতাপনা চাক্লবা লল্লোন্বা অসি রামানুজদা চংজখরে অমস্তুং মাগী শিষ্য ওইজরে। অদুগা গুরুদেবদা লম্থুম্ য়াম্নস্তু দান তৌজরে। লাইরবা ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাও অসিদা লন্-শিং অসি পীথোক্কুনা মখোয়গী লাইরবা কোকৃহল্লগে খল্লক্লে রামানুজনা। তৌইগুম্বস্তুং বরদাচার্য্যনা মখুৎ লোন্নরদুনা হঙ্গচ্চরক্লে,—“প্রভুগী আশীর্ব্বাদতগী ননাই ঐখোয়গা করিস্তু অৱাৎপা লৈজদে। ভিক্ষাদগী ফংজরকৃপা অদু চাজদুনা লেঞ্জরিবা অসি মঙাইদনা। লম্থুম্ হায়বসিদি পুক্লিং ইরাং-হৌবতমক্ মহেঙ্গংলি; ননাইদা লল্ অদু লৌননবা পুক্লিংদা পোকৃহন্বিগনু মিহৌবা।” নুমিৎ অসিদা রামানুজনা আশীর্ব্বাদ তৌখরে ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাওবু পুক্লিং পেম্বগা লোইননা; লীদুদা তাহল্লে ময়াম্দা মখোয় অনীগী ভক্তিলন্গী ৱারিসে।

অমরোম্দনা ইনাক-খুন্ব শিষ্য যজ্ঞেশনা রামানুজগী কৃপালীলাগী ৱা অসি তারে। কিথি-কিকম্ তৌনা মহাক্না থুংলরে লাইরবা বরদাচার্য্যগী খাংপোক্ত ইপা-পাখংনা। হঙ্গংলরে গুরুদেবদা,—“প্রভু, তোল্লব ননাইগী য়ুম্দা খোংদাবিরক্কুনা

অতিথি ওইবিরনি হায়না পাও পীনবিরক্‌পদাই। অদুবু করম্ব ননাইগী লঙজবদগী লৈথোক্‌পিখ্রিবা ননাইদগী? ননাইগী য়ুম্‌দা খুয়া-উফুল্‌ তাহন্‌বিদ্রে; সেবা ফংজবগী অধিকারসু পীনবিদ্রিবা?

খুম্বিরক্‌ই আচার্য্যনা,—"ইবুঙো, ঐগী শিষ্য অনীবু থাখিবনি ঐ থুংলবগী পাও হায়ননবা। অদুবু অঙক্‌পদি, নংনা মখোয়বু পীজ পিথক্‌ তৌদুনা তরাম্না ওক্লম্‌দে। ঐগী দমক্তা কা-হেন্না খন্‌খিদুনা চোক্‌থরবা অতিথিশিংবু নুংঙাইনা পোত্থা-হন্দুনা তৌখিদে পীজ-পীথক্‌। বৈষ্ণব নহাশিং অসিগী মফম্‌দা তৌখিদবরা বৈষ্ণব-অপরাধ? মরম্‌ অসিগী দমক্তনি ঐনা পাম্মম্‌দব নয়ুম্‌দা নংগী সেবা লৌববু। অদুগা অমরোম্‌দা অমুক্‌ য়েংউ,—পৈশা অমা ফাওবা মাগীনি হায়না লৈজব্রবা নংলবা ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাও অসিনা কয়াদা পেন্না তৌরিবা ঐখোয়গী সেবাবু। মখোয়গী লৈজদে মরিক্‌ অমত্তা চাওথোক্‌পগী। অসুম্না মখোয়না ওইরি ঐগী আত্মাগী থোইদোক্লা নক্লবা মীওই। লন্থ্‌মগী চাওথোক্‌পা পুম্‌থা থাদোক্তুনা বৈষ্ণব সেবাগী ব্রতবু লৌজো নপুন্সিদা। অদুতনা ওইগনি নংগী মঙ্গল।"

শ্রীশৈলতীর্থ দর্শন তৌবা লাক্‌পদা রামানুজনা লেন্‌খি হন্দক্তি চহী অমা চুপ্পা অহল্‌ ওইরবা আচার্য্য শৈলপূর্ণগী ময়ুমদা। শৈলপূর্ণ মহাক্তি মাম্মনি। অদুতসু নত্তনা, মহাক্তি মন্দোন্‌গী মচা অমসুং তম্মিন্নজরক্‌পা গোবিন্দসু মাগী শিষ্য ওইরে। মহাক অসি ওইখি পরম-ভক্ত সাধক অমা। অঙাং ওইরিঙৈদগী গোবিন্দ অসি রামানুজগা য়াম্না চান্নজরক্‌ই। আচার্য্য

যাদবপ্রকাশদা পূন্না লাইরিক্ তস্মিন্নরক্পনি। গোবিন্দ অসিমক্না গোঙা-উমংদা মাগী মথল্লাই কন্বিখিবনি। ঙসি মহাক্কি পুন্সিদা বৈষ্ণবকি দাস্য ভাবপু মকা-লাম্না ফুগাইনা শাৎকাইহন্বা থেংনবা অসিদা রামানুজনা হরাওজবনা লোইখরে।

নোংমদি গোবিন্দনা মহাক্কি গুরু শৈলপূর্ণগী ফমুং অতু মথুং মক্না থাবা হেক্ লোইবগা মাতুদা ঙাইহাক্কুং হিপ্পুনা লৈবা অতু রামানুজনা থেংনরুরে। গুরুসেবা তৌবদা মাসি কয়াদা লান্খ্রবা ফত্তবা মচৎনো!

ঋাফম্ অসি শৈলপূর্ণগী নাকোং য়ৌখরে। মহাক্না গোবিন্দবু কৌহল্লুরগা হায়রক্ই,—"গুরুগী ফমুংদা শিষ্যনা হিপ্পসি মহাপাপনি হায়বসি নহাক্ খঙদব্রা? খঙন-খঙনা মুতিগী ওইনা পাপ অসি তৌরিবা করিগীনো?"

গোবিন্দনা করিমত্তা পাখত্তনা ইংনা খুম্জরক্ই,—"প্রভু, মহাপাপ ওইবা য়াই হায়বা খঙনা খঙনা মসি ঐনা তৌবদা মতারি। ফমুং থাবা অসিদা অশোয় অঙাম্ য়েংবা তাই, প্রভুগী লাইমক্না ফংনদ্রবা হক্চাং অতুদা মুংঙাইনা থোক্দ্রা হায়বসি মুতিগী মসিদা ইশানা হিপ্পুনা য়েংবা তাই। প্রভুগী খজিক্কুং ফাওবা মুংঙাইতবা থোক্পগী মহুত্তা মহাপাপ অসি লঙ্জবদা ননাইনা থৌশাজদে; লোইব-খম্বা নাইদনা নরোক্ তাবা তারবসু ঐনা কিজদে।"

অথোইবা ভক্ত গোবিন্দগী গুরু সেবাদা পংনা থোক্তবা মওংদা মুপ্শিন্বা অসি উবদা রামানুজনা থোইদোক্না পেনখি।

নোংমদি রামানুজসু অসুম্ ফমতুনা লৈরি। মাগী মমাংদা

গোবিন্দনা হূ পুরবা লিন্ অমগী খায়াৎ মন্নুংদা মহাক্কি খুদোম্বী অদু থিংজিল্লগা খংশৎ শৎপা অদু মানা উরে।

গুরুখ্ত্রদুনা মহাক্না হায়রক্ই,—"ভাই, করিনো তৌরিবদুবো? লিন্গী ময়া মনুংদা খুৎ থিংজিন্বা অসিবু অঙাওবা থবক্ নত্রাও? শিদুনা তোক্লোইদ্রা? অদুগা য়েংউ, লিন্ অসিনা কয়া ৱানা খাঙ্লিবা?"

গোবিন্দনা নোল্লুক্লা হায়জরক্ই,—"মাসি তৌদবা ময়াদ্রদুনা তৌজবনি। লিন্ অসিগী মখনাওদা মরু (সরু) অমা পল্লে। অদুনা খুদোম্বী থিংজিন্দুনা লৌথোক্পিদ্রবদি মা শিবদা মতারবনি। মরু অদু লৌথোক্পিরবা মতুংদা মহাক্ খরা নুংঙাইজরিবা অসিনি।

জীবগী সেবাদা গোবিন্দগী মথৱাই লুপ্শিন্বা উবদা রামানুজনা মহাক্পু কয়া থাগৎলে। শ্রীরঙ্গমদা হল্লক্পা মতম্দা গোবিন্দসু মহাক্না লোইনরক্ই; মতম্ অদুদগী লৈজখি রামানুজগী আশ্রয়দা।

মপুন্সি চুপ্না রামানুজগী সেবা ফংজগে হায়না নিজরে গোবিন্দন। থবক্ অসিদা মহাক্কি ভক্তি লৈবা অমসুং মথৱাই য়াওশিন্বা অদু উবদা গুরুখি শিষ্য পুন্নমক্। নোংমদি মখোয়না গোবিন্দবু থাগৎনরক্লে মপান্-নাইদনা। মহাক্না চীং-লেম্না খুম্মক্ই,—"অচুম্বনি নখোয় খাইনা তাক্পিরিবদো; মাদুদা করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। ঐগী মনুংগী গুণ অসি অতাঙবনি তশেংনা; তশেংনমক্ থাগৎনিংঙাইনি।"

তাবদা গুরুরে ময়াম্দো। গুরু সেবাদা থৱাই য়াওই,

অশেংবনি, অদুবু ময়াই-কানা নাপলম্ন তৌরেনা। রাকম্ অসি য়োহল্লে ময়াম্ অদুনা রামানুজগী নাকোং।

গোবিন্দবু কৌহল্লুরে। গুরুগী রাহংগী পাওখুম্ ওইনা হঙ্গচ্চরক্লে,—"প্রভু, ঐনা হায়জরিবসে ময়েক্ অমত্তা শোয়নদনা পুংচুম্ চুম্নবনি। নহাক্কি মপান্-নাইদবা থৌজান্তনা ঐগী অফবা গুণ অসি ফুদোক্লক্লিবনি। ঐনা ইশাগী ওইনদি য়াম্না তোল্লবা রাখস্তা খন্বা মীশকৃনি; অদুনা ঐগী ইশাদা হৌজিক্ অসিদা করিগুম্বা অফবা মচৎ অমত্তং থেংনরবদি মাদো নহাক্কুগী ওই-গনি। মরম্ অদুনা ঐগী অফবা গুণশিং অমস্থং অফবা ইচৎশিং অসিবু ইশামক্লা থাগচ্চবা ওম্জে ফোংনা অমস্থং চিংনবা লৈজদনা। থাগৎলিবা অসিদি থাঙ্গেশেংবদি আচার্য্যদেব-বু থাগৎপনি।" ভক্তশিং অদু মাগী মরা তাবদা পুম্ডক্ ডক্লখি।

শুদ্ধাভক্তি অমস্থং দাস্য ভাবকি অহিংবা মূর্ত্তিপান্-না লৈরবা গোবিন্দনি। থুনমক্ রামানুজ মশামক্লা মহাক্পু সন্ন্যাস ধর্ম্মদা দীক্ষা পীবিরে। কা-হেন্বা মর্য্যাদা পীনবিদুনা ভক্ত অসিগী মমিং থোন্বিরে—'মন্নাথ'।

হৌজিক্ ফাওবা অসিদি ভক্তশিংনা রামানুজতবু মিং অসি হায়দুনা কৌনবনি। হন্দক্তি অনৌবা মিংথোন্ অসিদগী মথোং চাদনা চয়েৎ-খোইয়েংনবা অমা থোক্খরে। দাস্যভাব লৌজরবা পরম বৈষ্ণব গোবিন্দনা মহাক্কি প্রভুগী মমিংবু করম্না লৌগনি? মহাক্লা কন্না হেক্তা ময়াখিদ্রে। রামানুজনা মতম্ অসিদা পুথোক্লক্লে লৌশিং অমা। 'মন্নাথ' হায়বসি তামিলদদি 'এম-পেরুমা-নার'—হায়। মসিগী অহান্বা শরুক্ 'এম' অদুগা

অরোইবা শরুক্ 'আর',—অনী অসি তিন্‌শিল্লগা 'এমার' ওই। মতুংদা মাসিগী মতুং ইন্না মাবু থোন্‌বিরে "এমার" হায়না। মমৈদা পুরী ধামদা ফাওরবা মঠ অমা রামানুজনা লিংখৎলি ; মাদু থোন্‌খি, 'এমার-মঠ' গোবিন্দগী অনৌবা মমিং লৌদুনা।

রামানুজনা মতম্ অসিদা নুংঙাইনা লৈরি মাগী অথোইবা শিষ্যশিংনা ইকোই-কোইশিল্লদুনা। দাশরথি, কুরেশ, সুন্দরবাহু, শোট্টিনম্বি, সোম্যনারায়ণ, যজ্ঞ মূর্ত্তি, গোবিন্দনচিংবা অসিনা অথোইবনি। আচার্য্যগী মহান কর্ম্ম অসিবু মশা মশাদা পান্‌-শিন্দুনা চংপা অমসুং শন্দোক্লবা তৌরবদি সুপণ্ডিত অমসুং পরমত্যাগী ভক্তবীর-শিং অসিনি। দাক্ষিণাত্যগী বৈষ্ণব সমাজদা মখোয় অসিবু ইকাই খুম্নে "পীঠাধিপতি" কৌনদুনা। বিষ্ণু-পূজা অমসুং ভক্তিতত্ত্ব শন্দোক্‌পদা মখোয়গী হোৎনবগী অরোইবা নাইদে।

মতিক্-লৈরবা শিষ্যশিং অসিবু রামানুজনা লোইনা তামিলগী প্রবন্ধ-মালা হৈহল্লে। মখোশিং অসিগী মতেংনা তামিলদা লেংখিবা শাস্ত্রশিং অদু দক্ষিণ-ভারত তূনা খঙ্‌নখি দ্রাবিড়-বেদ হায়না। যামুনাচার্য্যগী হকচাংগী মনাক্তা রাশক্-রাহৈ ঙাংথোক্‌খিবা অদু দ্রাবিড়-বেদ-শিং অসি শন্দোক্তুনা অমথক্ পাংথোক্লবনি। অতোপ্পা রাশক্ অমা—শ্রীভাষ্য লেংবা—হায়বদো পাংথোক্তি হৌজিক্‌সু। অদুনা আচার্য্যনা মদু পায়খৎখরে হৌজিক্।

মহাভাষ্য অসি ইবদা বোধায়ন-বৃত্তি-গী মতেং য়াম্না দরকার ওই। অদুদা লাইরিক্ অসিদি মতম্ অসিদা পংনা ফংনদ্রে। কাশ্মীরগী সারদাপীঠ-দা অমত্তংদি লুনা তৌদুনা থম্লি হায়না তারে।

অথোইবা শিষ্য কুরেশগা লোইননা থিন্দনা কাশ্মীর তান্না রামানুজ লেঙখ্রে। অহুদা অরাইবা থবক্ ওইরম্দ্রে, মরম্দি কাশ্মীরগী পণ্ডিতশিংনা মহাগ্রন্থ অসি শিজীন্নগে হায়বদা য়াদ্রে। মঙোন্দগীতা নাম্বোক্লবা হায়হুনা, লাইরিক্ অসিদি তীন্-না চাহুনা মাঙখরে হায়না পণ্ডিতশিং অসিনা হায়জিল্লে। শ্রীরঙ্গম্দগী অমুক্ রানা লাক্লগা অরেম্বা তারে খন্দুনা মথরাই-নুঙাইখিদ্রে রামানুজদো।

অমুন্না হায়রৈ, রামানুজনা লাইরিক্ অসি ফংখি থোইদোক্লা অঙকপা মওংদা। চোকথরবা, মুংঙাইতবদগী মাইথোং লাংশিল্লবা রামানুজনা অহিং অথেংবদা হিপ্তুনা লৈরি; ফমুংদা খঙহৌদনা কা অহু স্বর্গদগী ওইবা মঙাল্ অমনা পুমঙাল্-ঙাম্বোক্লক্লে। দেবী সরস্বতী মশামক্লা মহাক্কি মমাংদা ফোং ফাওবিরক্লে; মখুত্তা পায়রি বোধায়ন-বৃত্তিগী খণ্ড অমা, ভাকৃপিবক্লে,—"ইবুঙো, মমল্ নাইদ্রবা লাইরিক্ অসি অসিদা অমুম মরৈবনি; অহুদা মখোয়না পীনিংদহুনা লৈতে হায়জিল্লিবনি। নংগী নিংজরিবা অহু থুংননবা লাইরিক্ অসি ঐনা পীররিবা অসিনি। অহুদনে নংনা মফম্ অসি হৌজিক্মক্ থাদোক্লবদি নখুৎতা থম্বা ঙম্জরোই।"

কুরেশ-কা লোইননা রামানুজনা অয়ুক্ ঙস্তানা হৌগত্তুন ময়ুম্-লোমদা যাত্রা তৌরকখি।

নুমিৎ খর হৌখরে। নোংমদি খঙহৌদনা লাইরিক অসিগী দম্মক্ মথুম্-মরাং হৌরক্লে পীঠদা। লাইরিক্ থম্ফম্শংদগী কদাইদনো মাসিনা মাঙখিবসিবো? দাক্ষিণাত্যগী পণ্ডিত অনী অহুনা ওইরম্বা তাই, চিংনরক্লে অমুম্না ময়াম্ অদো। কাশ্মীরী

খরনা শগোল্ তো হুনা মখোয়বু তাম্নরে।

লম্মখাংদা আচার্য্যগা থেংনরে মখোয়গা; নমহুনা পুখে লাইরিক অদু আচার্য্যগী মখুত্তগী।

থোদোক অসিদা নিংবা কাইখ্রে রামানুজ। শ্রীভাষ্য লেংবদি ঈশ্বরগী য়াথংমক্তি খল্লি মহাক্না। অদুদি করিগী অমুক য়াম্না ৱৈয়খাই-খিঙ্গাইবা থোক্লিবা? লম্বি মপান্দা ফম্লহুনা অৱাবা ৱাখল পুহুনা লৈরি মহাক্না। দেবীগী কৃপাদগী ৱানা ফংজরক্লবা মহাগ্রন্থবু অমুক মাওখিব্রকো!

গুরুদেবনা ৱানা লৈবা উবদা কুরেশনা মখুৎলোম্নয়া হঙ্গচ্চ-রকই,—"প্রভু, করিমতা ৱাবিগনু। নুমিৎ খবদং অসিদা বোধায়ন-বৃত্তি পাননবা খুদোং চাবা ফংজহৌরে। অহিংদা গুরুদেবনা হকচাং চোকথবদগী নুঙাইনা চেপ্লিঙৈদা মাহু পাননবগী খুদোংচাবা ফংজে, লোইনা পাজহৌহুনা চিন্ফা পুজরে। চিংনবিগম্নু করিমত্তা, লাইরিক্ অদু থুনা ইথোক্চগে লোইনবা।"

অৱাবগী লৈচিন্ হুম্দোখ্রে। মতিক্-মগুণ চেল্লবা শিষ্যবু ৱামানুজনা অশীর্ব্বাদ তৌবিরে হন্না হন্না। কুরেশকি মীথোই-মীহেন্বা মেধাগী মতেংদগী উদ্ধার তৌখি বোধায়ন-বৃত্তি। শ্রীরঙ্গম মঠদা হল্লক্লগা থুনা ইথোক্খি মহাক্কি মহাভাষ্য। অদুগী মতুংদা মহাক্না লেংখি মমল্ নাইদ্রবা লাইরিক কয়া অমসু,—বেদান্তদীপন, বেদান্তসার, বেদান্তসংগ্রহ অমসুং গীতাভাষ্যম্। মহাকি দার্শনিক মতবাদ অদু ভারত শীন্থুংনা খঙনখি "বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ" হায়না।

শ্রীরঙ্গমদা নোংমা গরুড়-মহোৎসব তৌবা নুমিৎ থোক্লে। গরুড়গী মরেংবান্দা তোংবা ৱঙ্গনাথজীবু য়াম্না আড়ম্বর চাওনা

য়েননবা, খোংননবা যন্ত্র পুম্নমক্কা লোইননা মীয়াম্গী শোভাযাত্রা চৎলক্লে। লম্বি অসি মীনা ক্রক্, ক্রক্ ইন্নখরে। আচার্য্যনা শিষ্যশিংগা অম্পুম্ লেঙ্লিঙৈদা পাখং অমগা লৈশাবী অমগবু হেক্ উরুরে। লৈশাবী অসি কাহেন্না মশক্ ফজৈ। গরুড় যাত্রা মথৱাই তানা য়েংহুনা লেপ্তুনা লৈরি। অদুগা সাবান্নুংবান্ ফজরবা পাখং অদুনা মাগী মনাক্মক্তদা মখুৎ নামদা পে, নামদনা হুমাই অমা পায়রদুনা লৈশাবী অসিবু হুম্লি ; অদুগা মিকুপ্ অমা ক্ষাওবা মমাই লৈথোক্পা তৌদনা য়েংহুনা লৈজরি মাগী নিংথিজরবী প্রণয়িনীগী মাইথোং অদু।

কা-হেন্না নুংশিনবগী দৃশ্য অসি মীয়াম্গী মিৎয়েংদগী নাম্থোক্পা নত্তে। অয়াম্বনা মখল্ কয়া থোক্লা নোক্লবা হৌরক্লে। নোক্লজে হায়বদু মঙাই পাখং অসিনা করিস্থু নাচুংবিদে।

রামানুজনা শিষ্য অমা থাহুনা পাখং অদুবু কৌহল্লুরে। হায়রক্ই,—"ইবুংঙো, নংনা লৈশাবী অসিগী মশাদা করম্বা অমৃত-গুম্বা পোৎশক্ ফংলবগে,—নংনা ইকাই-ইকি পুম্নমক্ হুন্দোক্খিব্রা অসিবো? মীয়াম্গী নোক্লফম্ মীশক্ অমা নশাবু করিগী ওইহঞ্জরিবনো?

পাখং অসিনা ইকোম্-কোম্না, ইতিং-তিংনা খুম্জরক্ই,— "প্রভু, পৃথিবীদা হেক্ লৈরিবা ফজবা অমস্থং পুক্নিংদা নুংঙাইবা পোক্হন্বা পোৎ হায়দুনা হেক্ লৈরিবা অমত্তনা প্রেমিকা অসিগী থম্বাল লৈনা মান্বা মমিৎ অসিনা ঐগী পুক্নিংবু চিংশিন্-বগুম্না চিংশিন্বা ওমদে। ঐনা বিশ্ব-জগৎপু পুম্কাও কাওহুনা মিৎ অনী অসিতবু য়েংহুনা লৈজনিংই।"

নুপী অসি পাখং অসিনা লুহোংলবী নুপী নত্তে। লৈশাবীগী মমিংনা হেমাম্বা, পাখং অসিনা ধনুর্দাস; পাখং অসিগী লৈকন্না শ্রীরঙ্গম্‌গী মনাক্তা নিচুল সহরদনি। লম্‌দম্ অসিদা মহাক্ অসি মল্লবীর অমনি হায়না মমিং চৎলি।

আচার্য্যদা করিমত্তা নুংঙাইতবা অমত্তা পোক্তে। মাইথোং মকা লাম্না নুংশিনা ইংনা তাক্‌পিরক্‌ই,—"ইবুঙো, ধনুর্দাস, অতুনদি নহাক্ অসি ফজবগী পূজারী অমনি। ফরে, ঐনা নংগী প্রেমিকাগী মমিত্তগী হেন্না ফজবা মিৎ অতোপ্পা অমা উহল্লবদি নহাক্ মাহুবু নংনা হৌজিক্ নুংশিরিবা অসিগুম্না নুংশিবা ঙম গদ্রাও ?"

ধনুর্দাসনা মশাবু য়াম্না থাজজবগা লোইননা হায়জরক্‌ই,—"প্রভু, মসিদগী হেন্না ফজবা অতোপ্পা মিৎ ঐঙোন্দা উৎপিবা ঙম্বিরোই। মতু ওইবা য়াবা ৱাফম্ নত্তে। অতুবু করিগুম্বা ঙম্বিরবদি, ঐনা ৱাশক্‌চরি, নুপী অসিগী মমিৎ অনী অসি হুন্দোক্‌না অতোপ্পা অতুদা ইশা অসি পুম্‌কং কখোক্‌চগনি।"

সন্ধ্যা মতম্‌দা ধনুর্দাসবু রামানুজগা উন্নরনবা তাক্‌পিখরে। পাখং অসিস্থু হায়নবা মতুং ইন্না মতম্ চপ্‌চানা থুংলরে। যতি-রাজনা মাগা লোইননা প্রভু শ্রীরঙ্গনাথগী মন্দিরদা থুংলরে। সন্ধ্যাগী আরতি কৎলক্লে। চন্দন, ধুপনচিংবগী মনম্না হারি মন্দির অদো। কর্পূরগী থাওমৈগী মঙাল্না য়ৈরবা শ্রীবিগ্রহদগী ঙসি চেম্বরক্লি ওইথোক্লরোইদবা অঙকৃপা ফজবা-ঈচেল্। লাওরবা মিৎস্না থম্বাল অনী অসিনা চাংদম্লিঙাই লৈতনা নিংথিজরি! মসিবু পৃথিবীগী নত্তবা মঙাল্লা ? য়েংনা, য়েংনা ধনুর্দাস মশাবু

পুম্‌কাও কাওখরে, ভাব-তা তাওহ্না লৈখরে; মমিং অনীদা তত্তুনা শিন্থরি প্রেমগী ঈরা।

শ্রীবিগ্রহগী নয়ন-যুগলদগী হৈথরক্‌পগুম্ তৌরি অমৃত-ঈচেল্।অসিগুম্বা অনুভূতি, অসিগুম্বা চিংশিন্‌বা ফাওখিদ্রি করিগুম্বদা ধনুর্দাসগী খমোইদা। মসিবু শ্রীরঙ্গনাথকি মরম্ য়াওদবা থৌজাল্ল, নত্রগা যতিরাজমক্কি অঙকৃপা বিভূতি লীলারা? মরম্ অতু যেছা অমনবু ওইরবস্থু নহা প্রেমিক ধনুর্দাসগীদি পুন্সিগী অথোইবা পুংফম্নি। মহাক্ ঙসিদি পুম্‌পেন্ পেঙ্গরে। শ্রীরঙ্গ-নাথগী দিব্য ওইরবা মিৎম্না থম্বাল অনৌগী শোয়নিঙাই লৈত্রবা চিংশিন্‌বা অতুনা মাবু পুন্‌খরে পুন্সিসিমগী ওইনা।

মুমিং অস্নিমক্তদা থোইদোক্না দৈন্য-ভাবনা থন্না ধনুর্দাসনা ওইজরে আচার্য্যগী শিষ্য। প্রেমিকা হেমাম্বাবুস্থু চিংশিন্‌খরে আচার্য্যগী চরণাশ্রয়দা।

মঠকি মনাক্তা খাংপোক্ মচা অমদা প্রেমিক প্রেমিকা অনিনা মথরাই চপ্-য়ুংনা সাধন ভজন তৌজখি। গুরুভক্ত, পুক্‌চেল্-তিংবা অমগুং চাওথোক্‌পা লৈতবা—গুণশিং অসিদগী ধনুর্দাস অমমুং মুপীমচা অসিনা ওইখি রামানুজগী কৃপাপাত্র।

আচার্য্যগী কৃপা অসিবু য়েংনদে মুঙাইবা মিৎয়েংনা ব্রাহ্মণ শিষ্য থরনদি। মাসি খঙলদুনা রামানুজনা থোদোক্ অসি লোখত্তুনা শান্নখি অঙকৃপা লীলা অমা।

অথেংবা অহিংনি। মঠকি ভক্তশিংনা লৈরি ইশি-শিনা তুম্‌তুনা। খুদক্ অসিদা রামানুজনা মখোয় খুদিংদগী কি মচেৎ অমমম্ কাটিনা চগুনা লোন্না লৌশিন্নে।

অয়ুক্তা হেক্ হৌগৎপগা সাধু ব্রাহ্মণশিং অসি অমগা অমগা শাথিনা খৎনরক্লে, থৈজিন্দুনা মরাল্ অমনা অমগী মথক্তা। মমৈদা উচিন্না তোক্লরে রামানুজনা খাম্বদগী।

মুমিৎ খরগী মতুংগী ৱানি। থবক্-ইন্থাং লোইনরবা মতুংদা অহিং অথেংবদা ব্রাহ্মণশিং অসিমক্তদা তাক্পিরক্লে ৱাফম্ অমা। মহাক্না ধনুর্দাসবু মনাক্তা কৌরুতুনা লৈহন্গনি, অতুগা চৈরক্ অতুদা ব্রাহ্মণশিং অসিনা হুরুগদবনি হেমাম্বাগী মশাদা পক্লিবা সনাগী লৈতেং পুন্নমক্। মাস্তম্ তৌবা অসিদা য়েংগনি মুন্না অথোইবা ভক্ত ধনুর্দাস অমম্তুং মহাক্কি প্রেমিকাগী পুক্লিংদা মুঙাইতবা পোক্প্রা হায়না।

ব্রাহ্মণ ভক্তশিং অসিনা হেমাম্বাগী মশাদগী লৈতেংশিং অতু লৌথোক্পা লাক্লরিঙৈ মতম অসিদা মহাক্ মিকপ থোক্লক্লে।

মঠকি সাধুশিং অসি ইকাইখিনি খম্বনা হেমাম্বানা কন্না তুম্শিন্নবা শাতুনা লেঙদনা লৈজরি। নাকল্ অমগী লৈতেং পুন্নমক্ লৌথোক্পা লোইরবা মতুংদা হেমাম্বানা মখোয়গী মতেং পাংবনা চুম্গদমাল্লে খন্দুনা অতোপ্পা নাকন্দা হেক্ য়াওল্লক্লে। শিষ্যশিং অসি মহাক্না মিকপ থোক্লবদি খঙখ্রগনি কিবনা থুনা য়াঙনা চেন্নখ্রে।

ঙাইহাক্ লৈরগা ধনুর্দাস হল্লক্লে। প্রণয়িনীগা মাগা করি করি ঙাঙনবগে হায়বা অদু তাগদবগী মফম্ অমদা শিষ্যশিং অসিনা মনাকোং থাঙ্গৎনতুনা ঙাইনতুনা লোন্না লৈজরি।

হেমাম্বানা ধনুর্দাসতা হায়রক্ই,—"নাকল্ অমদা য়াওন্দুনা মখোয়দা নাকল্ অতুদা শিরিবা লিক্-কোল্ লৌহন্নিংবনি;

অতুদা মখোয়না অরেম্বদা কিতুনা চেন্‌খরেদো। ঙসিদি ঐ অসি থোইদোক্না লাইরক্ থিবা হায়বা অতু ওইহৌরে।"

ধনুর্দাসনা তথি-তথিনা চৈরক্‌ই,—"তানিংদেদা, করিগীনো নংনা য়াওল্লুরিবা? নং য়াম্না লানখ্রে। নংগী নশাগী অভিমান হৌজিক্‌ফাওবা কোক্তিরকো! ঐগী হকচাং, ঐগী লৈতেং, ঐনা দান তৌগনি।" ফত্তবা রাখলশিং অসি হৌজিক ফাওবা খল্লিবকো? অমাংবগী মশক্ ওইববা সাংসারিক বিষয় অমম্বুং সনা পুবগী অরুম্বা অতুদগী কোক্লনবা অম্বুক খুদোং চাববু নংনা মাঙহঞ্জখরে অরেম্বদা; লৈতেংশিং অতু হূবা মতম্ অতুদা নংনা ভগবান্দা নশা অতু পুম্‌কৎ কথোক্কুনা তুমিন্না লৈরম্বা চুম্মম্‌বনি। নংগী হক্‌চাংগী রাখল্ থাদোকতরি, অতুননি অশেংবা ভক্তি প্রেমদা চংজবা ঙমদ্রিবা।"

হেমাম্বানা মশাগী মরাল্ খঙজরে। কপ্না কপ্না হায়রকই,-"চান্ন-থোইরবা, নহাক্না অচুম্বা রাফম্বু তাকপিরে। ঙসিগী অসিগুম্না ঐগী থমোই লকাদা অমুক্ হন্না অহংভাব চংদনবা ভগবান্না কৃপা তৌবিসনু।"

মকুম্‌দা থুপ্লিবা রামানুজগী শিষ্যশিং অতু পুম্‌ঙক্-ঙক্লখরে। মখোয়না হল্লক্লবা মতম্‌দা আচার্য্যনা মখোয়গী ফি কক্‌থিবগী রাকম অতু হৌদোক্লক্লে। হায়বিরক্লে আচার্য্যনা মোমোন—নোক্কুন,—"শাস্ত্র-হৈরবা, মচং ফরবা সাধকনি হায়তুনসু ফি মচেৎ অমা কক্‌থিবগী নুমিৎ অতুদা নখোয়না কয়া শাথিনা খৎনখরবা? অতুগা অমরোমদনা ধনুর্দাস অমম্বুং হেমাম্বানা মখোয়গী লৈজবা থিবিক মাঙহম্বা ঙম্‌দবগী মথরাই চাক্লি। অশেংবা বৈরাগ্যবান সাধক অসিবু নখোয়রা নত্রগা মখোয়রা?"

মাসিনি শিষ্যশিংগী চিণ্ড শেংদোকবা রামানুজগী চ্যেক্‌শিন্নগী রাকম, মাসিনি মহাক্কি অশেংবা ভক্তগী মমল্‌ লেপ্পবা বিচারগী থৌরাং।

চোল লৈবাক্কি নিংথৌ কৃমিকণ্ঠ শৈবনি। বৈষ্ণব য়েংথিবগী ফত্তবা মমিং ফাওরি। মহাক্কি ধর্ম্মমত চৎহল্লন্নিংই লৈবাক্‌ হুপ্পা। বিষ্ণু উপাসক রামানুজগী পাক্‌-চাওনা শন্দোক্লক্‌পা প্রতিস্থা অসিদা মহাক্‌ খাঙ্‌বা ঙম্লক্তে। শৈবমত অসি অথোইবা ওইনা চৎহল্লন্‌বা ঙম্মরোই খন্দুনা রামানুজবু লোইশিল্লগে খল্লক্লে।

রাজধানী কাঞ্চী নগরদগী চোল নিংথৌনা মী থাখরে রামানুজ কৌরুনবা। শ্রীরঙ্গম মঠকি ভক্তশিং অদু কিনবনা থরক্‌ হুঙ্গৎনখরে। আচার্য্যবু লৌশিংনা নত্রগা নমতুনা হাৎননবগী ফত্ত-লৌশিংনি হায়না পুন্নমক্‌ চপ্‌-মান্ননা চিংনখরে।

ভক্ত-অথোইবা কুরেশনা হায়রক্‌ই,—গুরুদেব, ঐখোয়না করিগুম্বদা শোইদনা থোক্লগদবা অপমৃত্যুগী খায়াত্তা নহাক্‌পু চংহন্‌বা ঙম্‌জরোই। ধর্ম্ম অমস্থুং সমাজ ঙাক্কনি নহাক্না হিংলবগদা। অদুগীমথক্তা, সংসার মৈরিনা চাক্লবা জীবগী চংজফম্বু নহাক্‌ নত্তনা হৌজিক্‌ কনা অমা লৈরিবগে? জীব-কল্যাণগী দমক্‌ নহাক্‌ হিংদবা শুক্য়া য়াদ্রবনি। মীওৎপা নিংথৌ অসিগী মনাক্তা ঐ ইশামক্‌ চচ্চগনি। নহাক্কি মচু শংবা ফি অদু শেত্তুনা রামানুজ হায়বদো ঐনি হায়না হায়রুগনি ভিক্ষা অসিতদি পীনবিয়ু ননাইদা। অদুগা ইথব্রাই শোক্লা হায়জনিংবা অমনা,—হৌজিক্‌মক্‌ শিষ্যশিংগা লোয়ননা লেংবিগদবনি মঠ অসি থাদোক্তুনা অথাপ্পা মনগী লমদম্‌ অমদা।

পুন্নমক্কা রাফম্ অসি কন্না হায়মন্খ্রুনা রামানুজনা য়াবদা মতাখরে। শিষ্যশিংগা লোইননা লেঙ্খরে অথাপ্পা বনগী লম্দম্ অমদা।

অসোম্দনা কুরেশ থুংখরে রাজসভাদা। নিংথৌনা খন্খরে মহাক্পু রামানুজনি হায়না। শাওনা হায়রকৃই—"ফত্রবা মচৎকি নিপা অসিগী দণ্ডদি,—'হাৎপা'। অত্তুবু নোংমা মহাক্না ঐগী ইচন্গী মথক্লাই কন্বিখি কোক্হন্দুনা তম্থিবা লাইনাদ শ্রী। অত্তুনা হাৎপমক্তি তৌবিদনা মহাক্কি দণ্ডদি পুন্সিচুপ্পা মমিৎ তাংহন্বা। অত্তুনা হৌজিক্মক্ কোৎথোক্লো মমিৎ অসি য়োৎচৈনা"।

মমিৎ অনীগী মহুত্তা গুরুদেবগী মথক্লাই কন্বা ঙম্জরে খন্বদা হরাওজবনা লোইরে কুরেশ। ইন্দ্রিগী সুখভোগকি ৱাখল্ থাদোক্খিবা কুইরবনি; অত্তুনা মিৎ উদ্রগা করি অমাঙ্বা লৈরবগে,—অস্থুন্না খঞ্জরে ভক্ত কুরেশনা।

নিংথৌগী য়াথং ঙাক্খরে। কুরেশনা নিংথৌ অমস্থুং ফম্নাই-বশিংদা হায়রজরকৃই,—"নখোয়তনি ঐগী অশেংবা মরুপ্। মিৎ হায়বসি থক্লাই-পান্বা হক্চাংগী মপোৎনি। পরম পুরুষকি মফম্দা মসিদি য়োৌবা য়াদে। অমরোম্দত্তুম্ মায়াগী সংসারদা চিংত্তুনা পুত্তুনা চৎলিবনি মাসিতনা। মাসি মীওইবগী অচোৌবা য়েক্লবনি। য়েক্লবা অসিগী মথুত্তগী নখোয়না কন্বিরে ঐবু, অশেংবা মরুপ্কি মচৎপু চৎপিরে নখোয়না। শ্রীরঙ্গনাথনা তৌবিসন্নু নখোয়গী মঙ্গল্।"

মমিৎ-তাংলবা কুরেশ হল্লক্লে শ্রীরঙ্গমদা মতম্খরদংগী মত্তুংদা। মীওৎপা চোলনিংথৌ মপুন্সি থম্খি তম্থিবা লাইনানা নাহুনা।

মতুং-পুন্সিদা গুরুগী থৌজান্দগী অথোইবা ত্যাগী কুরেশ-কি মমিৎতাংবা অতু ঙখি য়াম্না অঙকপা মওংদা। আচার্য্যনা মতম্ খরা যাদবাদ্রি কৌবা লমদমদা লৈরি। কুরেশনা মফম্ অসিদা গুরুদেবগী চরণ বন্দনা তৌবা লাক্লম্মি।

নুংশিজরবা শিষ্যবু মথাদা কোন্দুনা রামানুজনা নুঙাইবগী পি-শিন্থরি। হায়রক ই,—"ইবুংঙো, নহাক্না শ্রীবরদরাজগী মফমদা নমিৎ অনী অতু হজিনজগে হায়না নিজৌ; থিন্দনা ফংগনি লন্ অদো।"

গুরুগী য়াথং মতুং ইন্না কুরেশ থুংলরে বরদরাজগী মন্দির-দা। তৌইগুম্বগুং মহাক্না অঙকপা বর অমা নিরক্লে। "প্রভু, নিংথৌগী য়াথং তুংইন্না-ঐগী ইমিৎ মাঙহনবিবা নিপা অতুগী মঙ্গল ওইহনবিয়ু; মহাক্না লৈবা খুঙ্গং অতুগীসু মঙ্গল পীনবিয়ু।"

শ্রীবিগ্রহনা শং-শংনা চোংথোক্লক্কুনা মোমোন, মোমোন্ নোক্কুনা তাকপিরক্ই পরম ভক্তদা — "তথাস্তু।"

পাও অসি রামানুজ য়ৌখরে। মঙোন্দা মথাগী পাও অসি হায়রুনবা মী তন্না থাখরে রামানুজনা ঃ—"ইবুংঙো, নহাক্কি পুক্-চেল চাওবা অফবা ব্রাখলগী পাও তারে, অতোপ্পগী য়াইফনবগী প্রার্থনা তৌবদা নহাক্না নুংঙাইজরি। মাসিগী মন্নুংদা নশাগী ওইজবা থিবগী ভাব অমদি লৈরি। নংনা নশাগী খন্জনা ঐবুসু নুঙাইবা হায়বা অতু ফংহন্নবা তৌদ্রিবনা করিগীনো? ঐগী পরম আনন্দদি ওইগনি নংগী নমিৎ অসি হজিল্লবতদা। নং কাওরব্রা, নংগী হকচাং অমসুং পুক্নিং পুম্নমক্ অসি ঐগী নত্তরাও? নংগীদি ওইদ্রেদনা?"

ভক্ত কুরেশ পাও অসি তাবদা হরাওজবনা জগোই শা-রক্লে। " ঐ হৌজিক্তি পেল্লে। যতিরাজনা লৌশিন্‌বিরে ঐবু মহাক্কি মী ওইনা হন্দক্তি নিরগনি শ্রীবরদরাজগী মফমদা পীবি-নবা ঐগী মাঙ্‌খ্‌বা মিৎ।" বরদরাজগী কৃপাদগী মানা ফং-জখি মমিৎ অনী অদু।

মতম্‌ অমদা রামানুজনা যাদবাদ্রিদা ( হৌজিক্লা মেল-কোটা ) কোয়বা মতম্‌দা যাদবাদ্রিপতিগী মুংগী বিগ্রহ অদু লৈশোবুংদগী পুথোকৃখি। শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না সংস্কার অমস্মুং অভিষেকনচিংবা তৌদুনা অমুক্ হন্না পূজা তৌদুনা লিং-খৎখি।

বিগ্রহ অসিনা নোংমদি মাগী মমঙ্‌দা অস্মন্না তাকৃপিররে,— "হে রামানুজ, নংনা ঐবু অমুক্ হন্না লিংখৎপসি য়াম্না ফরে, অদুদা ঐগা চপ্‌ মান্নবা বিগ্রহ অমস্ম লৈরি, মমিংনা — সম্পৎ-কুমার। মাদু য়াম্না অথাপ্পা মফম্‌দা লৈখ্রে। ঐগী উৎসব-নচিংবা অসিদি মহাক্তনা কেন্দ্র ওইদুনা পাংথোকৃপনি, অদুবু মাদুদি হৌজিক্তি দিল্লিগী মুসলমান সম্রাটকি কোন্নুং-মনুংদা। মাদু নংনা থুনা মাসিদা পুরকৃউ।"

নক্নবা লুনা তৌজবা শিষ্য খরগা রামানুজ দিল্লিদা থুংলরে। লাইগী শকৃকম্‌ পুবা মহাপুরুষ অসিবু উবদা অমস্মুং মাগা ম্না অস্মম্‌ ঙাংনরকৃপদা সম্রাটনা মুঙাইজখি। আচার্য্যনা লুঠ তৌখিবা মুঙগী বিগ্রহ অদু পীবিনবা হায়জররক্লবদা খুদক্ অদু-মক্তদা সম্রাটনা মাদু মঙোন্দা হনবিখিনবা য়াথং তাকৃপিখি।

মতম্‌ অসিদদি বিগ্রহ অসি সম্রাটকি মচানুপী লছিমারগী

য়াম্না লুনা তৌজবা পোৎশক্ অমা ওইরি। মতম্ পুন্নমক্তা মথল কয়াগী ফিজেৎ অমস্তুং লৈতেংবু শেৎ-চাহন্দুনা চ্যেক্শিন্না লুনা সেবা তৌজরি। মতম অসিদা লছিমারদি দিল্লিগী মপান্দা চংখোক্খি। মশা লৈত্রিবৈঙে অসিদা সম্রাটনা বিগ্রহ অসি রামানুজদা হন্বিখিবনি। মতুং নোংমা কোন্বদদি লছিমারনা হেক্ হল্লক্পগা বিগ্রহ অসিগীদমক্ কপ্পনে লাওবনে মহা য়োৌনা ইরাং তৌররে। বিগ্রহ অসি মহাক্কি মথল্লাইগী মশক্কি। যেছা পাম্বৈ অমা তৌদুনা মাছু হন্না লৌরুদবা য়াদে হায়রে। পংকপ্তা কপ্পুনা মপাদা হন্না হন্না হায়জররে।

সম্রাটকি য়াথং মতুংইন্না শগোলতোংবা লান্মী কাংবু অমা রামানুজবু তান্নবা থাখরে। সম্রাটকি মচানূপী লছিমার অমস্তুং মাগী প্রণয়ী কুবেরস্তু কাংবু অসিগা লোয়নদুনা চৎখরে।

রামানুজনা থোক্লবা য়াবা খুদোংথিবা অসি হান্নরা খঙ্খি অদুনা থুনা য়াঙ্না চৎখিদুনা যাদবাদ্রিদা অনীশুবা বিগ্রহ অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না অভিষেকনচিংবা তৌখি। চৈরক্ অসিদা লছিমারস্তু মফম্ অসিদা থুংলরে। বিষ্ণুবিগ্রহ অসিগী মফমদা মুসলমান লৈশাবী অসিগী কাহেন্বা প্রেমভক্তি উবদা রামানুজনা ঙক্খরে। মণ্ডির মনুংদা চংদুনা মানা শ্রীবিগ্রহ দর্শন তৌবদা হরাওনা মাবিখি আচার্য্যনা। পরম ভক্তিমতী লছিমারগী হকচাং অদু তিন্শিন্খি শ্রীসম্পৎকুমার বিগ্রহগী মশাদা, অস্মনা হায়নৈ দাক্ষিণাত্যগী মীশিংনা। মহাক্কি প্রণয়ী কুবেরস্, মমঙ্দা তাক্পা মতুংইন্না নীলাচলদা চৎখি, অদুগা ওইখি সার্থক বৈষ্ণব সাধক অমা।

মহাক্কি লুনা তৌরবা শিষ্য অনন্তাচার্য্যবু পবিত্র তীর্থ শ্রীশৈলদা লৈরুনবা আচার্য্যনা য়াথং পীবিরে। শিষ্য অসিনা ইমুং-মনুংগা লোয়ননা মক্‌ম্ অদুদা চত্তুনা ঈশ্বর নিংদুনা লৈজখি।

মক্‌ম্ অসি ঈশিং য়াম্না তাংই। মীয়াম্না রানরিবা অদু উবদা অনন্তাচার্য্যনা মখুৎমক্রা পুখি অমা তৌরগে লেপ্‌খরে। থবক্ অসি মহাক্না মহাক্কি সাধনা অমস্তুং ভগবৎ সেবাগী শরুক অমনি হায়না লৌজে।

অনন্তাচার্য্যনা মশানা লৈপাক্ তৌরি, অদুগা মহাক্কি নুপীনা থুমুক্ অমদা মাদু হোঞ্জরি। অস্তুম্না চথরি চহী অমগী মতুংদা অমা।

মরক্ অসিদা আচার্য্যগী মতু অসি অঙাং-উন্নবা মতম্ নকশিল্লক্লে। লৈপাক্কী পোৎলুম্ পুবা অসি য়াম্না রানা থোক্‌চরে। অদুবু করি তৌনি, পুখি অদু লোইননবা তৌদবদি য়াদে। অদুনা চথরি থবক্ অদু হান্নগুম্।

নোংমদি আচার্য্যগী নুপী অসি কা হেন্না চোক্‌থরে। পোৎলুম্ অদু পুদুনা স্বর-মপী হোল্ল-হোল্লদুনা মথক্তা কাখচ্চরি। অনক্‌পদা অচৌবা বট পাম্বি অমা হৌরি; চোক্‌থমন্‌খরদুনা মাদুগী মখোংদা ঙাইহাক্তং পোৎথাগে হায়দুনা ক্ষমজরিঙৈদা ইশি-শিনা তুম্‌থোক্‌খরে ইথং-খঙহৌদনা।

অনন্তাচার্য্যনা হন্না য়েংলক্‌পদদি নুপী অদু হান্নগুন্না লৈপাক্ পুদুনা চৎলি। মাগী হান্নগী তপ্না তপ্না থাংবা খোংথাং অদু লৈখিদ্রে; হান্নদগী য়াম্না হেন্না থুন-য়াঙনা চৎলি।

হংলক্লে,—“ব্রাহ্মণী, ঙক্লেদা নংনা তৌরিবসিদে। করম্না

ওসি নংগী পাঙ্গল অসি খংহেন্ হেল্লক্লিবনো ?"

কোক্থক্তা পোৎলুম্ পুরিবী নুপী অসিনা অঙক্পা ঙ্ংবা মওংদা মোমোন্ নোক্তুনা থাপ্লপ্না হন্দোক্খরে।

করিনো তৌরিবসিবো ? আচার্য্যনা থুনা পুখিৃ মপান্দা কাখৎলক্তুনা কোইয়েং য়েংবদদি উরুরে মাগী নুপীবু মশা অহু ইত্তিং তিংথোক্তুনা ইশি-শিনা বট মখাদা তুমহুনা লৈরিবদো।

মাগী নুপীবু তন্না হৌদোক্লগা চেন্খিহুনা থিংলুরে লম্বি রহস্যময়ী নারীমূর্ত্তিগী। শাওনা হায়রক্লে আচার্য্যনা,—"মায়াবী, নংগী তম্থিরবা লীলা ওইরিনি, নত্রাও ? ঐখোয় অনীদি নংগী তোল্লবা মিনাইনুবা—মিনাইনুবীনি। দাস্যভাবতা অমস্তুং নংগী সেবাকার্য্যদা ইশা কৎথোক্চরবনি। অহুম্ব লাইরক্-ঙ্বা অহু ফাওবা নংনা মুন্গদবগী তৌররি ? মাহু শুক্য়া য়ারোই, প্রভু।"

মুংশিনা মোমোন্ মোমোন্ নোক্লগা রহস্যময়ী নুপী অসি মাঙ্থোক্খরে। অহুদগী তন্না ঙাম্থোক্লক্লে মতৈমনাওগী মমাংদা,—পরম রসগী মঙাম্না থল্লবা শ্রীবিষ্ণুমূর্ত্তি। অনীমক্পু আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা প্রভু তিন্খরে অতিয়াগী শুন্যদা।

আচার্য্য অসিনা তৌরম্বা পুখরি অসি ঙসিস্থু লৈরি তিরু-পতিদা ; কৌনরি অনন্ত-সরোবর হায়না। পুণ্য তাম্লি বা নুপী নুপাশিংনা পেন্নজরি মথর:ইদা পুখরি অসিগী ঈশিং শোক চহুনা।

নোংমদি মুক্তি তান্বা ব্রাহ্মণ অমনা রামানুজদা হায়জরৈ,— "প্রভু, নহাক্কি ননাই ওইজহুনা থরাই লুপ্শিন্না চরণ-সেবা তৌজগে। মসিতদা ঐগী সাধন-পুন্সি অসি ওইগনি পবিত্র, অসুম্না থাজজৈ ননাইনা। নহাক্তি লোকগুরুনি, অতোন্ববু

লান্‌বিবা মীনি, ঐবু থৌজান্‌বিয়ু।"

মোমোন্‌-নোক্তুনা আচার্য্যনা, "অথোইবা ব্রাহ্মণ, দাস্যভাব অমসুং সেবাতনা মীওইবনা শুদ্ধ ওইবা ঙম্মি; অদুনা নংগী নরা অসি অচুম্বমক্কি। অদুদা ঐগী অসিদা দাস্য-সাধন তৌবিগে হায়রবদি ঐগী রাফম্‌ অমা লৈজরি; মাদু য়াবিবা ঙম্বিগদ্রা।"

ব্রাহ্মণ অসিনা ইফিং-ফিংনা হায়রক্‌ই,—"প্রভু, ননাইনা তাক্‌পিবা য়াথং খুদিংমক্‌ খুদক্তা পাংথোক্‌চগনি।"

আচার্য্যনা হায়রক্‌ই,—"বিপ্রবর, ঙসিদগী হৌনা ঐনা বিষ্ণু আরাধনা তৌদ্রিঙৈদা পৃথিবীপুম্বা শেংদোক্‌পা ঙম্বা ব্রাহ্মণগী খোংজুম্‌ থক্‌চগে হায়না লেপ্‌চরে। লাইবক্‌ ফবদগী নহাক্কুম্বা থম্মোই শেংলবা ব্রাহ্মণ-না ফাওবিররে মাসিদা। নহাক্না মঠ অসিদা লৈবিদুনা নুতিগী নহাক্কি খোংজুম্‌ অদু পীনবিগদবনি ঐঙোন্দা। ঐগী ইফম্‌দা তৌবিগদবা অশেংবা সেবাদি মাদুনা ওইরসনু। ঐগী ইনাই ওইবিগে তাক্‌পিবদো খোংজুম্‌ পীবিবা অসিনা ওইরসনু ইনাই অদুগী থবক্‌।"

দাস্যভাবতা লুপ্‌খরবা পুক্‌চেল্‌ তিংলবা ব্রাহ্মণ অসিনা নুতিগী মথৌ অমা ওইনা ভগবৎ-আরাধনাগী মমাংদা মশাগী খোংজুম্‌ পীজরুই দেশপূজ্য আচার্য্যগী মফম্‌দা। লেঙ্‌দবা থাজবগা লোয়-ননা থবক্‌ অসি চৎথজে কাইদনা।

নোংমদি আচার্য্যনা অথন্নবা পুণ্যযোগ অমদা কাবেরীগী তোর্বান্দা লেঙ্‌খরে। নুমিৎ চুপ্পা পূজা-তর্পণ কত্তুনা লেল্লে। অহিংদসু ভক্তশিংগা ধর্ম্মগী মরমদা রারি শাবদা য়াম্না থেংদোক্‌খরে। য়াম্না থেংনা অহিং অদুদা মঠ-দা হল্লক্লে। অদুদা ব্রাহ্মণ অদুদি

আচার্য্যনা ঙ্গমিং অদুগী ওইনা মাগী খোংজুম্ লৌখিদ্রি হায়দুনা স্মৃতিগী হায়নবা মফম্ অদুদা অয়ুক্তগী লেঙ্‌দনা লেপ্তুনা লৈরম্লে।

রামানুজনা মহাক্কি মপুক্লিং চপ্-য়ুংনা তৌরিবা সেবা অদুদা পুম্‌পেন্-পেন্‌খরে। সেবক্ ব্রাহ্মণ অসিগী মখোংগী ঈশিং অদু হন্না হন্না থক্‌খরে আচার্য্যনা, অদুগা শিষ্যশিংবুস্নু পীথক্লে। অস্নুম্না রামানুজনা দাস্তসেবাগী মাহাত্ম্যবু য়েক্‌শিল্লি শিষ্যশিংগী সাধনসত্তাদা।

শাংলবা চহী চামা কুন্থ্রা পুন্সিখি আচার্য্যনা। মাসিগী মনুংদা পাংথোকখি যামুনাচার্য্যগী পাম্‌জরম্বা থৌরম্-পরেং। শক্তিধর মহাপুরুষ রামানুজ অসিনা কেন্দ্র ওইরদুনা শেম্‌গৎখি দক্ষিণ-ভারত শীন্‌থুংনা চাওরবা বিষ্ণুসেবী সাধক-কাংলুপ্। মশাগী ওইজবা থাদোক্‌পদা, খাঙ্‌ব-কন্‌বদা, শাস্ত্রজ্ঞানদা অমস্নুং বৈষ্ণবকি দৈন্যভাবতা চাংদম্নিঙাই লৈতে মখোয়গা। রামানুজ-পন্থীশিংগী আদর্শ অমস্নুং প্রভাব শন্দোক্‌খি ভারত-শীন্না।

খ্বাইদগী হেন্না চাঞ্জরবা কুরেশ শিবা-নাইবা পুন্সি মতোল্লোম্-দুনা চংখরে মতম্ অসিদা পরমপদ-দা। মহাক্কি মচানিপা প্রতিভা চেন্নবা পরাশরনা ওইরে মণ্ডলীপতি। রামানুজগী আশীর্ব্বাদ ফংদুনা ওইখরে লুচিংবা বৈষ্ণব-কাংলুপকি।

মতম্ অসিদা রামানুজদি য়াম্না অহল্ ওইরে। নক্লবা নুং-শিনা-তৌজবা শিষ্যশিংনা হঙ্গংচরক্লই,—"প্রভু, নহাক্কা নোংমা মর্ত্তলীলা অসি লোইশিন্‌বগী য়ুখল্ অদু খঙ্‌হৌদনা থাদরক্‌পা য়াই; অদুদা নহাক্কি দিব্য-মূর্ত্তিগা কায়নবগী অরাবরু করম্না

থাঙ্‌গনি ঐখোয়না ? কৃপা তৌবিদুনা মাসিগী মরম্‌দা শীন্‌বিরম্মু লম্বেন্‌ অমত্তা।

ভক্ত শিষ্যশিংগী হায়জ-ব্রাহৈ তাবদা ইপেৎ-পেৎখরে আচার্য্য-দেব। য়াবিরদুনা মহাক্না কৌহল্লুরে নুঙশুবদা হৈরবা নিপা অমা; শাহল্লে শ্রীরামানুজগী নুঙ্‌গী প্রতিমূর্ত্তি। আচার্য্য মশা-মক্না প্রাণ প্রতিস্থা তৌবিরে প্রতিমূর্ত্তি অসিদা।

গুরুদেবনা হিংলিডৈংগী প্রতিমূর্ত্তিনি,—মহাক্না হিংলিডৈদা শাবনি,—অদুনা ওইখি মূর্ত্তি অসি অথোইবা পবিত্র। মসিবু ফংজদুনা ভক্তশিংগী আনন্দগী লৈখিদে ঙম্‌খে।

মূর্ত্তি অসি লিংখৎলবা নুমিৎ খরদংগী মতুংদা আচার্য্য রামানুজগী লীলা-নাট্য মথক্তা চিংথরকখি অরোইবা য়ুখন্‌। শকাব্দ ১০৫৯ ( খৃষ্টাব্দ ১১৩৭ ) ব্রাকৃচিংগী পান্‌খৎলকপা তরানি পান্‌বা নুমিত্তা অধ্যাত্ম-মাতিয়াগী চাওখরবা মঙাল্‌-মতুম্‌ অদু তাইবং-মিৎয়েং ব্রাংমদা মশা মতোম্‌তা চিংথোক্‌চনা চৎখরে।



# শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য

নিমাই পণ্ডিত গয়াদগী নবদ্বীপ্তা লেংলক্লে। হান্নগী মীওং অতুদি নত্রে, পুম্ওন্-ওন্বা মীশক্ অমা ওইখ্রে। লাইরিক্ হৈবগী অভিমান অমস্তুং অরুবা মরৈ য়েৎনবদা পেন্বা, পুম্নমক্ পুম্মাঙ্ মাঙ্খ্রে। কৃষ্ণ-বিরহদগী মতম্ পুম্নমক্তা ইঙাও-ঙাওবা, জ্ঞান মাঙ্বা হায়বা অত্তু ওইখরে। মথরাই চাক্খিবনা তত্তনা পি শিন্থুরি। মশাগী বিদ্যাগী চাওথোক্পা, নরাংবা লিচৎ-শাজৎ পুম্নমক্ থাদোক্কুনা অঙকপা ফংনা অস্তুম্না খঙ্ওন্-ওন্বা। ভগবানদা পুমলুপ্-লুপ্শিন্বা অসিগুম্বা শক্ফম অসিবু নদিয়াগী কনাগুম্বনা হেক্ উবদা ঙক্পগী মপান্ নাইখিদ্রে।

মহাক্কি অস্তুম্না ওন্খিবগী ৱারি অসিদি য়াম্না ঙকুই, অতুগা পংনা থোক্খিদ্রিবা মওংদনি। গয়া হেক য়োবগা নোংগাখরবা পিতৃদেবগী হৌনবা কর্ম্ম লোইথোক্লে। মনাক্তা ভারত-তুনা ঙ্কাও-রবা বিষ্ণুপাদপদ্ম-মন্দির লৈ। পবিত্র স্থান অসিবু পূর্ণ্যার্থী পুম্নমক্না দর্শন তৌনৈ। নিমাইস্তু মাতুদা লেংলক্লে। তৌইগুম্বস্তুং মন্দিরদা হেক্ চংবগা, করি তৌবদগীনো, অমুক্তা থোক্খিদ্রিবা মওংদা ভাবাবেশ ওইদুনা চনিং-তাফম্ খঙ্দনা পুম্ঙাও-ঙাও-খিরম্মি। লৈ-স্তু, ধূপ অমস্তুং চন্দনশিংগী মনম্না মন্দির মনুং অত্তু হারে। ভক্তশিংনা শ্রদ্ধাগা লোইননা অর্ঘ্য কচ্চরি। নহা ওইরিবা নিমাইদি দিব্য ভাব অমগী ঈথক্তা তাউদুনা লৈরি। মশা পুম্নমক্ থক্, থক্ নিক্তুনা লৈরি—ভক্তিরসগী আবেশনা ওইরি মশাবু পুম্কাও-কাওবা। অরাওবা নয়ন অনী অত্তু থুম্নাংনা

তত্তনা শিন্থরি পিগী ঈচেন্না। মনাকোংদা তারি ব্রাহ্মণশিংগী স্তবগান ( লাইশোন্ ইশৈ )—'মাসিনি পরম প্রভুগী চরণ মহা-লক্ষ্মীনা সেবা তৌজবা অমদি মাহুবু থমোইদা কোঞ্জহুনা লাইগী অথোইবা শঙ্করনা ধন্য ওইরে খঞ্জবা। অসিগুম্বা চরণ কমলনি মাহুদগী চেন্থরকৃই-তত্তনা মুক্তি-পীনবী গঙ্গামাইনা, মহুতবু তান্নরি যোগীশিংনা মতম্ পুন্নমক্তা অথোইবা লন্নি হায়না।"

ভক্তিগী আবেশদা ইঙাও-ঙাওরবা, কপ্পুনা লৈরিবা নিমাই-রোম্দা ময়াম্ পুন্নমক্ অহু য়েংনরক্লে। করিগীনো মানা মথ-ৱাই অস্ুক শোক্লা কপ্লিবসিবো? জগৎ-শুঙ্কাৎনবগী মশক্ ওইরবা শক্ফম্ অসি হেক্ উরুবদা মিৎফম্ হোংবা-লাক্পা য়াবা নত্তে, অসিগুম্বা মীশক্লা কপ্লবদা মাহুবু উরুবা মীনা করম্না কপ্পহুনা লৈবা ঙমগনি? মী পুন্নমক্কি থমোই হূবা, থমোই থোৎপা নিংথিরবা পাখং অসিবু কনানো?

মন্দিরগী কাচিন অমদা পরম ভাগবত-ঈশ্বর পুরীনা মখুৎ লোন্নরহুনা লেপ্পুনা লৈরি। মতম্ অসিগী ভারতকি অথোইবা বৈষ্ণব-সাধক সন্ন্যাসী অমনি। প্রেম-ভক্তি ধর্ম্মগী ইফুৎনি, মহাত্মা মাধবেন্দ্রপুরীগী মনুং হুঙ্গিন্বা অচান্বা শিষ্যনি। তীর্থ কোয়-রক্পদা মহাকৃস্থ মতম্ অসিদা গয়া-ধামদা হেক্ থুংলবনি।

অসাইমখৈদি ঈশ্বরপুরী ধ্যান্দা লুপ্পুনা মমিৎ উইশিন্দুনা পাদপদ্ম বেদী অদোম্দা ওন্শিন্দুনা লৈরম্বনি। মানা হৌজিক নিমাইবু উরে। প্রেমভক্তিরস-দা পুম্নুপ্ লুপ্শিন্বা মওং অসি অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা মশক্নি। দৃশ্য অহু হেক্ উবমক্তদা ঈশ্বর-পুরী পুম্ঙক্ ঙকৃখরে। খুদক্তা তাউখ্রে আনন্দগী ঈথক্তা। পাখং

অসিদি অতোপ্পা নত্তেনা ; মহাক্কা হান্ননা মুন্না খঙনবা মীশক্লিনা।

নবদ্বীপ্তা ঈশ্বরপুরীদি কয়ারক্ চথোক্-চৎশিন্ তৌখ্রবনি। নহা ওইরিবা অধ্যাপক নিমাই পণ্ডিতকা মাগা কয়ারক্ হুন্না ৱারি-ৱাতাই শাখরে। কা হেন্না বুদ্ধি ফবতা নত্তনা মীথোই-মীহেন্বা প্রতিভাগী মপুনি মহাক্। নবদ্বীপকী পণ্ডিত সমাজদা মাগী অথন্নরবা অৱাংবা মফম্ লৈরবনি। মশাগী বিদ্যা অমস্তুং প্রতিভাবু নম্বত্তুনা ওসিদি মীনা তাম্বা ফংলরোইদবা ভক্তিরসকি ঈচাও অমনা মাবু থুন্মংলি। মীয়াম্ অদু মরক্ খায়দুনা লেংশিল্লক্লে ঈশ্বরপুরী নিমাইগী মাইকৈ তম্মদুনা।.

ইথাথাজদনা বৈষ্ণব মহাপুরুষ অসিগা খংউ হেক্ উন্নবদুদা নিমাই আনন্দগী ঈচাওদা তাওখরে। নোল্লুক্লা খুরমজরগা,— "প্রভু ওসি অসি ঐগীদি মহাভাগ্য হায়বদু ওইরে। গয়াদা বিষ্ণু-পাদ দর্শন তৌবা লাকৃচবদা অথোইবা বিষ্ণুভক্তগী দর্শনসু ফংজরে। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী অস্তুম্বা মরম্ অনী কান্নবা অসি ফংজরবদা, ঐনা নহাকৃপু থাদোকৃচররোই ; কৃপা তৌবিদুনা ঐঙোন্দা মন্ত্র পীনবিরো, শ্রীচরনদা চংজরি ; খুয়াখাদা ইশা অসি কথোক্চরবনি। হন্দক্তি সংসার সমুদ্রদগী বিষ্ণুপাদ পদ্মগী খোইহি চুপহন্দুনা ঐবু লান্বিরো।"

ঈশ্বরপুরীনা,—"নিমাই, নবদ্বীপ্তা লৈবা মতম্দা নহাক্কি অঙকৃপা ফংবা প্রতিভা অমস্তুং পাণ্ডিত্য উখরে। হৌজিক্লা মীওইবদা উখিদ্রিবা ভক্তিরস চেন্থরক্লি নঙোন্দগী। থৌজাল্গী মশক্ শ্রীকৃষ্ণনা থুংহল্লগনি থুনা নংগী নিংজবা পুম্বা।"

মতম্ খরদংগী মনুংদা নাম-মন্ত্রনা শক্তি সঞ্চার তৌদুনা

নিমাইদা পীবিরে দীক্ষা। শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরীগী ভক্তি-উহৈ থাখরে অথোইবা মফম্দা। উহৈ অসিগী মশা-মরেং, মপাল্-মহৈ কোন্নবা হৌগৎলকৃপা পাম্বিনা,—প্রেমভক্তি-ধর্ম্ম হৌদোকৃপা,—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।

শকাব্দ ১৪০৭ কী সন্ধ্যা মতম্নি। লম্দা থাগী পূর্ণিমাগী পুণ্য তিথিনি। নবদ্বীপকি আতিয়াদা স্থরধুনীগী মথবাক্তা হৌগৎলক্লে থাবল্গী ঈথক্। তোর্ব্বান অহু পুক্লিং হুনা নিংথি-জরি। হিদেল্, হিদেল্ খুদিংমক্ মশিং লাকৃঙম্দবা মীগী চথোক্-চৎশিন্। পণ্ডিতশিং অমসুং শিষ্যশিং ফম্লি কাংলুপ্ কাংলুপ্; মরৈ য়েৎনবা অমসুং নোক্-খেবগী নিন্-খোংবনা আতিয়া অমসুং নুংশিৎকি শউম্ খুদিংদা তোংহুনা ঙংলি। ঙসিদি চন্দ্রগ্রহণস্ থোক্লি; অহুনা মীয়াম্ তিম্বগী লোইবা নাইদ্রে। হরিনাম শোম্বগী খোঞ্জেন্না পুম্নিল্ নিল্লি।

মতম্ অসিদা মায়াপুরী শ্রীহট্টিয়া লৈকাইদা নুপীশিংগী হুলুধ্বনি অমসুং মোইবুং মখোল্ তোয়ন-তোয়না তারি।

পণ্ডিত জগন্নাথ মিশ্রগী ময়ুম্দা হৌজিক্ক মচানিপা অমা পোক্লে।

মিশ্রগী নুপী শচীদেবী অমসুং লৈকাইগী মচেম্-মনেম্ পুন্নমক্ নুঙাইবগী ঙম্খৈ খঙ্নখিদ্রে। নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী শচী দেবীগী অপোকৃপনি; অচৌবা পণ্ডিতনি, অহুগা জ্যোতি-র্বিদ্যাদস্ ওখাক্লা মমিং চৎলবা নিপানি। মশু পোকৃপগী পাও তারহুনা পাঁজিগী লাইরিক্-লাইশু পুরহুনা থুঙরে। পাঁজি খোৎলগা হায়রক্কই,—"অঙাং অসিগী মপোক অসিদি মমাংঙৈদা

থেংনখিদ্রিনা! চুম্নগী অথোয়বা বিদ্যাগী, বুদ্ধিগী মপু ওইবতা নত্তনা ধর্ম্ম-জগৎকি লুচিংবা অমম্ম ওইগদৌরি। মী কোঙ্গাই অমনা পূজা তৌনরগনি লাইমক্কি হায়না লৌহুনা।”

চাংদম্নিঙাই লৈতনা ফজবা অঙাংনি। ঙসিগী পূর্ণিমাগী থাবলদা তোংহুনা লেংঙকৃপনি, পূর্ণিমাগী সনা মচুগী থাবলনা মশা পুম্নমক্ তাহুনা শারবা সনাগী কুচৃনি।

মতুংদা ওইখি অঙাং অসিনা নদীয়াদা থোকৃপা গৌরাঙ্গ-চাঁদ। সুরধুণীগী তোর্ব্বান্ অনী পাথোক্লা থুম্মংখি প্রেমভক্তি-রসগী অইংবা অথুম্বা ঈচাওনা। অমুক্সু ওইখি হায়দোকপা ঙম্নদবা শকৃফম্নু নীলাচলগী সমুদ্র-তোর্ব্বান্দা। বিশ্ব-সংসারগী থম্মোই-সমুদ্র ঈথক্-হৌহন্দুনা মহুদা ঙান্দুনা লৈখি পূর্ণিমাগী থাজগী মতৌগুম্।

নিংথিবা শকৃফম্, অথুম্বা প্রেম অহুগা অথোৎপা অথুম্বা থৌজাল্,—পুম্নমক্ অসিদগী থোরকৃপা আনন্দনা মপং ওইনা মূর্ত্তিপান্না মহাপ্রকাশ তৌরকৃপা; মাসিবু পৃথিবীগী ইতিহাসদা করম্বা যুগতা থোকৃখরবগে? থোক্‌খিদ্রি; অতাঙবনি।

জগন্নাথ মিশ্রগী অহল্লমন্‌গী লৈফম্‌দি শ্রীহট্টগী ঢাকাদক্ষিণ কৌবা খুল অহুদনি। নবদ্বীপ্তা মহৈ তম্বা লাকপদগী মাগী ওঝা নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী মচানুপী লৌহুনা অহুম্ মফম্ অসিদা লৈখি। ইনাক্ পংখুন্-খুম্বামক্ নত্রবসু ব্লাৎত-পাদনা অহুম্ য়ুম্বাঙবনি।

মিশ্রগী অহান্বা মচাগী মমিং বিশ্বরূপ কৌই। মথংদা মচা নুপা-নুপী কয়া পোক্লগা শিখরবা তুংদা হন্দক্ মচানিপা

অসি পোক্লে ; অহুনা মমানা মচা অসিগী মমিং থোন্‌খি নিমাই হায়না। কোষ্ঠীগী মিংদি বিশ্বম্ভরনি।

নিমাই ইমুং-মনুংগী শুডাইবা হেক্সৎনবগী মমল্‌ নাইদবা লন্‌ ওইবতা নত্তনা লৈকাইগী মিৎকি মণিনি। জগৎ শুম্নৎপা মাগী মিনোক্‌নি ; ফজবনা মূর্ত্তি পান্‌বা শক্‌ফম্নি ; নুপা-নুপী, নহা-অহল্‌ পুম্নমক্কি থমোই হুখি চপ্‌ মান্ননা নিমাইনা।

লাইরিক্‌ তম্বা হৌগৎলবা মতুংদা মাগী প্রতিভা অমস্নুং মেধা উবদগী মী পুম্নমক্‌ শুক্লখি। অতুগা মচাগী মিংচৎ-তা মমা মপাগী লেমজবা অমস্নুং পেঞ্জবা ওইখি।

নিমাইগী চহী তরেৎলোম্‌ শুরক্‌পা মতম্‌দা মিশ্রগী ইমুংদা য়াম্না অৱাবা থোদোক্‌ অমা থোক্‌খি। মতম্‌ অসিদা মখোয়গী মচানিপা অহল চহীনা তরাতরুক্তগী হেন্দ্রিবা বিশ্বরূপনা সন্ন্যাসী ওইহুনা নোংমা ময়ুম্‌ থাদোক্তুনা চৎখি। জগন্নাথ মিশ্র অমস্নুং শচীদেবী অৱাবগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈহৌই।

সন্ন্যাস লৌরবগী মতুংদা বিশ্বরূপকি মমিংদি শঙ্করারণ্য পুরী কৌই। মপোক্‌ অহুমগীদমক্‌ মহাক্‌ য়ুম্‌দা অমুক্‌ হল্লক্‌-খিদ্রে ; কয়া থিহুনা হোৎনবদসু মাবু অমুক্‌ থিবা মফংখিদ্রে।

ইমুং অসিদা য়ৈরক্‌পা অৱাবগী চৈফু অসি মসিদা লোইয়ু তম্‌খিদ্রমাল্লে। নিমাইগী চহী তরা, তরামাথোইমুক্তা মঙাইরি ; মতম্‌ অসিদা ইনা-নারম্‌দনা খঙ্‌হৌদনা অহল্‌ ওইরবা মিশ্রগী পূন্সি মতোল্‌-লোম্‌খি। নহা ওইরিবা নিমাইবু মী ওইনবা শেম্‌-গৎপগী ভার পুম্নমক্‌ মতোম্‌তদা তারবনা শচীদেবীগী ৱাজবগী ওম্‌থৈ লৈখিদরে।

হৌজিক্ নিমাইতনা ওইরি মমাগী অমত্তা ঙাইরবা আশা ভরসা। গঙ্গাদাস পণ্ডিতকি চতুষ্পাঠীদা নিমাইনা তম্লি। বুদ্ধিদা চাংদন্নিঙাই লৈতে, মহাক্না নোংম-নোংমগী হৈজিল্লকপনা কা হেন্না হেঞ্জিল্লকই। অদুবু মাগী হাক্তক্তগী মীৱা তাবগীসু লোইবা নাইদে। পাঠশালাদা, লম্বিদা, লম্মখাংদা, গঙ্গাগী হিদেন্-শিংদা মানা ওৎপনা মী পুন্নমক্ নুঙাইনদ্রে;—কনাগী পূজাগী লৈ মুন্দুনা লংথোকই, কনা অমদনা ঈশিং চাইশিল্লমদুনা লোত্তুনা হেক্ লৈখি, কনাগী তোর্ব্বান্দা থমজবা মফি লাক্কুনা হেক্ চেন্খরগা অথাপ্পা মক্ষম্ অমদা থনমদুনা হেক্ চেন্খি। অঙাং অসিগী মথক্তা লৈকাইগী মীশিংনা ৱাকৎপগী ৱাফম্না মমা-ইবেম্মগী নাকোং অসি থল্লে। ময়াম্দা কয়া হায়জ-খোৎচ-দুনা থেম্জিন্বা লাক্লজরি মমা ইবেম্মনা।

হৌজিক্ নিমাই চহী তরানিপাল্ শুরে। চতুষ্পাঠীদা তম্বা লোইরে। মাগী প্রতিভাগী মঙান্দা মী পুন্নমক্ মমিৎ থক্কৎ-নরি। অঙাং ওইরিঙৈগী লম্হেন্বা, তথক্-তথকপা মচৎ লোইনা মাঙখরে। লাম্বা লৈতবা লাইরিক্ হৈবা মী,—অরুবা ৱাফম্ পুথোক্কুনা মরৈ-য়েৎনবা, অহেন্বা বিদ্যাগীদমক্ মরাই হাইগৎনা চাওথোক্লা চৎপা মীশক্ ওইখরে। লাইরিক্ হৈবনি হায়নবা মী খুদিংদা অরু-অরুবা মরৈ য়েৎশিন্দুনা মী পুন্নমক্ অৱাবদা তানরি। মমান্নবা তম্মিন্নবশিং অদু মাত উন্নদ্রগা হিংজরে খন্নরে। অহন্-নহা খাক্তনা পুম্নমক্না বিদ্যানগর নবদ্বীপ-ধামদা নিমাইবু মহৈগী থোংদা য়াম্না কিনখরে।

মুকুন্দ সঞ্জয়গী চণ্ডী মণ্ডপতা মহাক্না অনৌবা টোল্ অমা

লিংখৎলে। মশামক্ মাতুগী অধ্যাপক ওইরে। মহৈগীদমক্ খৌরাংনবা লম্দম্নি ; তন্না ছাত্র মশিং য়াম্না য়াম্খৎখরে।

মচানা অধ্যাপক-নি। লন্থ্ মস্থু মরাং কাইরক্লে। মমা ইবেম্মা মথক্লাই মুঙাইজরে। মচাগী য়ুম্বান্নবগী মুপী য়েংবা হৌজরক্লে।

বল্লভ আচার্য্যগী মচা ইবেম্মা লক্ষ্মীদেবী শচীগী পুক্লিং লৈতাজৈ। মাবু মমৌ ওইনা ফংজরে।

নিমাই খন্ননিঙাই লৈতনা নবদ্বীপকি অথোইবা লাইরিক্ হৈবনি। কাহেম্বা প্রতিভা ফোংদোক্লবগী মতম্ অসিদা খুদোং চাবা অমা ফংখি। থোদোক্ অসিদগী মুমিৎ-য়ুংবগী অকম্বা মশেক্ মঙাল্ পুরবা মুমিৎকুম্ ঙান্খি নবদ্বীপতা নিমাই পণ্ডিতনা।

আচার্য্য কেশব কাশ্মীরগী অরাংবা-অপাকৃপা মিংচৎ লৈখ-রবা পণ্ডিতনি। মহাক্না কোয়না চৎলি অক্ষাওবা বিদ্যাগী কেন্দ্রশিংদা আড়ম্বরগা লোয়ননা বিদ্যাগী দিগ্বিজয়। মহাক্ হৌজিক্ নবদ্বীপ্তা খোংদারক্লে।

মগুণ চাওনা তামন্বনা নবদ্বীপ-ধামগী পণ্ডিত পুম্নমক্ মিপাইনরে। মহাক্কি মথুক্তা নবদ্বীপকি মহৈগী মুমিৎকী-মঙাল্ মম্শিল্লগদ্রা ? নবদ্বীপ পুম্নমক শীন্না মথুম্-মরাং হৌনখরে। কনা-মত্তনা পণ্ডিতবর অসিগা লান্থা পাগে হায়না চোংথোক্লক্তে।

মুমিৎ অসিদা নিমাইদি ক্লারি শাতুনা লৈরি গঙ্গা মপান্দা ছাত্রশিংনা ইকোয়-কোয়শিল্লতুনা। দিগ্বিজয়ী কাশ্মীরী পণ্ডিতসু লাক্লি দোলাইদা তোংলতুনা মনাক্ অতুদা। প্রতিভানা ঙাল্লবা নহা ওইরিবা পণ্ডিত অসিবু হেক্ উরুরে ; তন্না লেংশিল্লক্লে পণ্ডিতবরনা নিমাই তন্না। মশা-মক্না ক্লারি-রাতাই শাবা হৌরক্লে।

ভারত-ফাণ্ডবা পণ্ডিতনা মাগী মমাংদা ঙাল্লরি ঙসি। নোল্লুক্না খুকুমহুনা উৎলি ইকাই-খুম্নবা নিমাইনা।

কয়া উাশৎ-থোৗশাদবা মওং উত্তুনা কেশবনা,—"নিমাই, নং ব্যাকবণ তম্মি অহুগা পণ্ডিতনি হায়না তাই। মীনা নংবু নহা ওইনা শাস্ত্র ব কা ফনা হৈজবে হায়না থাগৎনৈ।"

দিগ্বিজয়ীগী মচিন্দগী থোৗশাদবা ৱাঙাং তাবদা নোল্লুক্পগী ফিদম্নকম্ ওইনা। নিমাইনা,—"অবেম্বদা চাওজনিংবা ৱাখন্দগী তম্বিজৈ ব্যাকবণ। শিয্যশিংনস্নু খঙদে, ঐনস্নু তাক্পা হৈজদে। নহাক্তি শাস্ত্র পুন্নমক্ হৈববা কবিত্ব শক্তি লৈববা অহন্নি। ঐখোয়না নহা-মচা কবিস্নু হৈজাদ্রবা নহাক্তি ছাত্রনি। নংগী কবিত্ব ফোংদোক্পা ৱাফম্ খবদং তাজনিংই। চান্বিহুনা মাংদা চেল্লিবা গঙ্গাগী বণনা অমত্তা থিথবিয়ু।"

অঙক্পা মগুণ চেন্বা পণ্ডিতনি, সবস্বতীমক্কি অথোইবা মচানি। মিৎনা কুপ্পগী মন্নুংদা শ্লোক চামানি, ত্রং, ত্রং থিথ-ৱক্ই অপন্বা লৈতনা। হান্না লেংবা নত্তে শ্লোকশিংদো, খুদক্ অহুদা তন্না লে হুনা অপন্বা লৈতনা থিরিবনি। অতাবা পুন্ন-মক্ ঙরুখি। গঙ্গাগী স্তবপাঠ হেক লোইবগা উশিওবা মনোক্ নোক্তুনা লৈরি কেশবনা।

নিমাইনা হায়রক ই,— "নহাক্না মান্নবা কবি পৃথিবীদা অতৈ অমা লৈতে। শ্লোকশিং অসিগী অর্থদি সরস্বতী নত্রগা নহাক্তনা মুন্না খঙ্গনি। অর্থ অমুক্তং তৌবিরবদি ওম্বোক্না নুংঙাইজগনি।"

দিগ্বিজয়ী,— "করম্বা শ্লোককি অর্থ তানিংবগে ?" মাহু তাবদা নিমাইনা শ্লোক্ চামাগী মন্নুংদগী মখাগী অমত্তংসি থিথহুনা-,

মহাত্বং গঙ্গায়াঃ সততমিদমাভাতি নিতরাং যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণ কমলোৎপত্তিসুভগা। দ্বিতীয়শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরচ্চ্যচরণা ভবানী-ভর্ত্তুর্যা শিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা॥",—মাসিগী অর্থ হন্বিয়ু। পণ্ডিত অতুনা,—"নোংলৈ-ন্নুংশিৎকুম্ য়াঙ্না থিথবা শ্লোকশিংগী মরক্তগী নহাক্না ওন্থোক্না ঙক্না অমখক্কি চিন্ফা থিথরক্লেদা!"

নিমাই,— 'কনানা লাইগী থৌজান্দগী অথোইবা কবি ওই, অদুগা কনা অমনা অথোইবা তাবগা ফাবগা মান্নবা। হৌজিক্ নহাক্না শ্লোক অসিগী দোষ-গুণ তাকৃপিয়ু।"

দিগ্বিজয়ী মাতু তাবদা শাওবনা মৈ হৌখ্রে, হায়রক্ই,— ঐগী শ্লোকতা দোষ লৈবদি হায়রুন্নু, দোষগী মমি ফাওবা তাদে; অমরোম্দতুম্ গুণনা থন্না য়াওরিবনি।—নংদি ব্যাকরণ খরা হৈজবনি, অলঙ্কার শাস্ত্রদি নংনা করি খঙ্গনি?'

নিমাইনা,—"শাওদি শাওবিনু নংগী শ্লোক অসি দোষ-গুণ অনী মক্ য়াওই, গুণ মঙানি, দোষ মঙানি।"

অসুম্না রা খরা ঙাংনরবা মতুংদা নিমাইনা শ্লোক অসিগী গুণ মঙা, দোষ-মঙা পুথোক্লে।

অথোইবা পণ্ডিত কেশব ঙসিদি নিমাইগী মমাংদা ইপং পংথবরে। মাগী প্রাতিভাগী মঙাল্ মুৎখিবগুম্ তৌখ্রে।

পণ্ডিত অসিগী মতৌ উবদা নিমাইনা মখা তাবা তৌদনা,— "পণ্ডিতবর, রা য়াম্না পংঙাং-ঙাংনবদা য়াম্না চোক্থবিরম্লগনি। ঙসিগীদি মাসিরাইদা লোইশিল্লসি, পোথাবিরুরো। হয়েং অমুক্ দর্শন পীনবিদুনা ঐখোয় খ্বাইগী বুদ্ধি লৌশিং হেঙ্গৎহন্বিয়ু।"

মতুং নোংমা কোম্বদা পণ্ডিত কেশবনা লাকৃখি নিমাইগা

উরবা। হান্নগী দিগ্বিজয়ী পণ্ডিত অমু নত্রে ; হায়রজ্রে — লান্না পীয়ু, ঙংঙজ্রে,— 'লাল্ থেংননিংঙি ; হন্দক্মুক্তি থোইদোক্না নোল্লুকপা, পাণ্ডিত্যগী চাওথোক্পগী মহুত্তা, অহৈবা মীনা হেন্না হৈবা মীগী মফম্দা চৎপা হন্থবা ভাব উৎপা অনোন্বা মচৎকি—মীওং অমুনি।

অস্লুন্না হায়নৈ,—মমাংগী নুংদাংদা কেশবনা মঙ্খি মঙ্ অমা মাহুদা খঙ্খি নিমাইবু ভগবানমক্নি হায়না। নিমাইবু নোল্লুক্না খুরম্লগা দিগ্বিজয়ী অমু মনা-মনিল্ নাইরম্দনা নবদ্বীপ থাদোকখি। হেঙ্গৎখি নবদ্বীপকি পণ্ডিত সমাজদা নিমাইগী মতিক-মগুণ হেন্না হেন্না।

মতুংদা মতম্ খরা নিমাইনা পূর্ব্ব-বঙ্গদা লেংলুই। য়াম্না ইকাই-খুম্নবা ফংলক্পদা নত্তনা লম্থুম্‌স্থু য়াম্না তান্শিন্দুনা ময়ুম্দা হল্লকই।

ময়ুম্দদি ওন্থোক্পা অব্রাবা তাহুনা লৈরম্লে। লুহোংলুবা নৌরিবী লক্ষ্মীদেবী লীন্না চিক্নুনা নোংগাখিরম্লে মাগী মতুংদা।

হৌজিক্তগীদি মহাক্ লাইরিক্তা পুম্লুপ্-লুপশিন্খ্রে। অথাপ্পদগী ছাত্র কয়াস্ লাক্নুনা তম্লরে মাগী টোলদা। অস্লুন্না শন্দোক্খ্রে মাগী মিংচৎ হেন্না হেন্না অথাপ্পা লম্দম্ তান্না। অমুদস্থ নত্তনা ইমুং অসিগী লম্থুম্গী চাংস্ য়াম্না হেঙ্গৎলে।

অমুবু শচীদেবীগী পুক্নিংদা মুংঙাইকম্ খঙ্দে। ইমুং পুথিনবা মমৌ অমা নৈতনদি করম্না য়ুম্বানুগনি ? নিমাইগী নুপী অমা অমুক্না থিদবা ময়াজ্রে।

থুনা থেংনরে অফবা কন্যা। নবদ্বীপকি সনাতন পণ্ডিত

মিংচত্তা, লম্থ্‌ম্‌দা ৱাত্রবনি। কমা অমনা মাবু রাজপণ্ডিতস্থ কৌনৈ। মাগী মচা ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াবু য়াম্না পাম্মুরে শচী দেবীনা। শক্তা, চুদা জুং চাগনি য়াম্না নিমাইগা।

য়াম্না চাওনা, ইরাং তৌনা লুহোংলে। মমা ইবেম্মা পেঞ্জরে।

অৱা-অনা কয়া নংলুৱবগী মতুংদা মিশ্রগী ইমুংদা মুঙাই-বগী ঈচেল্‌ অমুক্‌ হন্না চেন্‌শিল্লক্লে। অহল্‌ ওইৱবী মমানা য়ুম্‌গী লাই রঘুনাথগী মমাংদা পুক্লিং ইংনা মালা জপ তৌজরি; গঙ্গাস্নান তৌরগা মুতিগী তুলসী-মখোংদা মচাগী মঙ্গল নিজতুনা খুরুম্‌জরি। মচাদা য়েংজতুনা অপেম্বগী মিনোক্‌স্থ মরক্‌-মরক্তা নোক্‌চরি।

নহা ওইরিবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী ৱাদি করি হায়গনি? পুন্সিদা মুঙাইবগী ঈথক্‌ হৌগৎলক্লে; স্বর্গগী অমৃত ঈচেল্‌ চেন্‌শিল্লক্লে। শক্তা চাংদম্নিংঙাই লৈতবা, মীথোই-মীহেৱা প্রতিভা অমস্থং পাণ্ডিত্যবু মাগী ওইরিবা অতুগুম্বা মীনা মাগী মপুরোইবা। অতুম্বা মপুরোইবা অহুনা থোইদোক্লা লুনা-চান্নস্থ তৌবিবা,— কনাগুম্বী মুপী ওইবিগী অতাওবা লাইবক্লি। অস্থুন্না হোম্বরী বিষ্ণুপ্রিয়ানা পুন্সি-সমুদ্রদা অপেম্বা-হি তোংতুনা।

য়ুম্বাম্বগী পুন্সিদা নিমাইমুক্‌ লাইবক্‌ ফববু কনা লৈবগে? মঙ্গলগী মশক্‌ ওইরবী অস্থুম্বা মমাগী মুংশি-মরুম্‌ থুপ্‌চবা মী কয়ানা ফংনবগে? অতুগা মাগী বিষ্ণুপ্রিয়া? কনাগী মুপীগা লাম্বা ওইনা লৌগনি? মপাম্থোংদা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা কন্ত্র-বগী ঐশ্বর্য্য, মন্নুংদনা মপুরোইবগী মকম্‌দা লৈজবা প্রেমগী মধুর রসগী ঈথক্‌।

মী অহুম্ অসিনা শাবা ইমুং মচা অসিগী পুন্সি অস্মুন্না চথ্খরি আনন্দ-য়ু থক্লতুনা। অতুবু নিমাইগী মীওইবা মরক্তা থক্ থোক্খিদ্রিবা ভাব অমদা পুম্ঙাও-ঙাওনা লৈবা খঙ্ওন্ ওম্বা মওং অমা তৌরকপা অসিনা ইমুং অসিগী নুঙাইবা পুন্নমক্ নোংলৈ নুংশিৎনা হুম্তুনা পুথোক্খরবগুম্ থোক্খরে।

গয়া-ধামদা য়ৌরুরবা মতুংদগী পুন্সিগা হান্নগী নিংথিরবা দালাল অতু নিংখাইখরবগুম্ থোক্খরে। হৌজিক্ নিমাই অসি হান্নগী নিমাই অতু ওইদ্রে। কৃষ্ণ-অনুরাগগী অঞ্জন কনাগুম্বা অমনা মমিত্তা তৈশিন্বিরববা? সংসারগী হান্নগী মচু পুন্নমক্, রস পুন্নমক্ ওন্খরে ৬ম্না মঙোন্দা।

মিশ্রগী ইমুংগী নুংঙাইরবা মকোন্দা হান্নগী নিমাইদো অমুক্ হন্না পাইরক্খিদ্রে। কুট-তর্কদা ময়াং কাবা নিমাইদো, মহৈ-য়াম্বা ওঝা অমা ওইবগী চাওথোক্না মরাই হাইগৎপা নিমাইদো, মমা নিংজবা, সহধর্ম্মিনীদা নুংশিবা-হৈজিম্বা নিমাইদো,- ঙসি কদাইদনো খংমাঙ্ নাঙ্খ্রে। কৃষ্ণ-কায়নবনা ব্রারবা, মহা প্রেমিক সাধক অমা ওইনা হল্লক্লে। মমা হবেম্মা শচীগী থমোই পেহলম্বা মচা ওইরম্বা অতুগী মখুওা মশিং লাক্-ঙম্দবা মীওইবগী থমোইগা আনন্দ-ধন; বিষ্ণুপ্রিয়াগী থরাহগা মবুঙোগা মহুত্তা জীব লখা, লখাগী প্রাণেশ্বর—প্রেমগা-ঠাকুর।

গয়া-ধামদা নিমাইগী মমাংদা খংফাউ-ফাউরক্খি ঈশ্বর-পুরীনা। ঈশ্বরনা তাক্পিবা থবক্ তন্না পাংথোক্লম্লগা থুনা মাঙ্খরে পরমভাগবত ঈশ্বরপুরী। মতুংদসু খঙ্নখিদ্রে কদাইদা লেঙ্খরবা মহাক্না।

ভক্তিসিদ্ধ মহাবৈষ্ণব নিমাইগী নাকোংদা হৈজিল্লম্বা নাম মন্ত্রগী হন্দোক্লা য়েরক্পা প্রভাবনা শন্দোকখি পাক্লা-চাউনা। লাইরিক্-হৈবগী চাউথোক্পা—অকম্বা মকু হুদোক্তুনা তাখরে, মাঙখরে। কৃষ্ণ-মিলনগী খোৎরাংবা, কায়নবগী খাঙমদ্রবা থরাই-চাক্পনা ওইহল্লি লাংতক্লবগী ঈথক্-ঈপোম্। জ্ঞান মাঙনা কাপ্লি, তারক্পা পিগা ঈচেন্না চোৎহল্লাল্লি হকচাং পুম্বা, হকচাং পুম্নমক্তা ফাওরাক্লি অঙক্পা ফংনা সাত্ত্বিক প্রেমবিকার।

শ্রীপাদ ঈশ্বরপুরীগী আশীর্ব্বাদ মপুংফানা মহে য়ান্খরে; মহাক্কি কৃপাদগী দর্শন ফংখরে ভসি নিমাইনা যুগ-যুগান্তর চুপ্পা তৌজরক্পা ধ্যানগা বিগ্রহ, থরাইগী ইষ্ট-দেবতা; মমাঙদা ফাওরকখি প্রাণপ্রভু কৃষ্ণনা 'নবকিশোর নটবর, মুরলীধর মনো-হর-গী মশক্ ওইনা। পৃথিবী শুম্মাংনবা ওইরবা রূপ অসিনা ঈথক্ হৌনা ফাওরকখি নিমাইগী মশা অপুম্বা থুম্মাংনা। কদাইদনো মহাক্লা ভসি তাওথদুনা চৎলিবা মপান্-নাইদবা প্রেমগী ঈপাক্ অসিদা?

হৌজিক্তি নিমাই অঙাওবগী পান্দম্মি; অহিং মুংথিল্, অনীদা—"কৃষ্ণরে, ঐগা প্রাণমন হুহনা পুখরগা হৌজিক্লা কদাইদ লোত্তুনা লৈখরবগে? থরাইগী মপু! লাও হান্নগুন্না অমুক্তা শক্ অদু উহল্বিয়ু,-অসুম্না লাওবগা ৱান্থবগা নত্তনা অতৈ তৌখিদ্রে।

"ঐগী থম্মোই-বৃন্দাবন থাদোক্তুনা মহাক্পু মথুরাদা লেংখর-বরা? হৈ, ভসিমক্ মথুরাদা চৎকনি; নখোয় ঐবু থাদোকউ, ফাগনু, খামগনু খাঙমদনা ঐগী থমোইদা চাক্লিবা অসি কনানা থঙবিগনি? অসুম্না অমুক্সু লাওরি নিমাইনা।

য়াম্না হায়ন-খোংমদুনা থেম্জিন্দুনা মমৈদা মহাক্ পু পুর-ক্খি নবদ্বীপ-ধাম তাম্না।

শন্দোক্খরে হৌজিক্ মফম্ খুদিংদা,—পাণ্ডিত্যগী গৌরবনা ময়াই কারস্বা মরাই হাইগৎলম্বা নিমাই পণ্ডিত-তো হৌজিক লৈখিদ্রে ; গয়া-ধাম্দা চৎলুবৈদগী পুমওন্-ওস্বা মী অমা ওইখরে, বৈষ্ণবকি "ঐনা মতোল্লে" হায়বা মূর্ত্তি অদুনি , মহাক্ হৌজিক্ পরম ভাগবতনি।

নবদ্বীপ-ধামগী বৈষ্ণব সমাজ অদু মহা অমা ওইনা ইরাং লাংনখরে, মথুম্-মরাং হৌনখরে। অথোইবা পণ্ডিত নিমাই হৌজিক্তি ভক্তি-ধর্ম্মদা মাই ওন্শিন্খরে। ভক্ত-সমাজ হরাও-নরে, ধর্ম্ম অসি চাওখৎলগনি হায়না আশা য়াম্নস্থ তৌনখরে।

খণ্ডন-চান্নবা মরুপ্-মপাণ্ড্ অমদি মরি-মতা--ভক্তি লৈবা মী করিগুম্বা ওইরবদি, নিমাইনা ভাগবতকি শ্লোকশিং থির-থির-দুনা তপ্থবা লৈতনা পংকপ্তা কপ্ই। "কদাইদনো ঐগী কৃষ্ণ কদাইদনো কৃষ্ণ" হায়দুনা অকম্বা প্রেমাবেশতা লুপ্পি ; অমুক্স্থ সনাগী কুচু ওইরবা হকচাং অদু হাইথখিদুনা লৈপাক্তা ওন্থোইনা লৈ। অমুক্স্থ 'ঐগী কৃষ্ণ, ঐগী কৃষ্ণ' হায়রদুনা য়ুম্বীব চেজেংনা হেক্ কোন্শিল্লি, অদুগা থব্রাই-শোক্না কপ্পি, 'হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ' হায়রদুনা।

নবদ্বীপধামগী বৈষ্ণবশিংনা মাসিদি সাত্ত্বিক প্রেমবিকারনি হায়না খনৈ। অদ্রাংবা থাক্কি সাধক নত্তনদি মাসিগুম্বা প্রেম কংদুনা লাইবক্ ফবা অমা ওইবা অসিদি পংনা থোক্তে। ভাগবত-তা হায়রিবা সাত্ত্বিক প্রেমবিকারগী মওংশিং অদুদি

মতম্ কুইনা সাধনা তৌরবা মতুংদা সিদ্ধ ওইরবা ভক্তগী হকচাংদতা ফাওবনি ; খুদম্ পুন্নমক্ অসিবু নিমাইগী মশাদা করম্না ফাওরক্লিবা ? অঙকৃপনি। থাঙ্গৈমক্ শেংনা মসিদি ভাবনা, ৱাখন্না লাম্বা ফংদবা থোৌদোৌনি। মুরারি, সদাশিব, দামোদরন-চিংবা ভক্ত সাধকশিংনা নিমাইগী মচিন্দগী গয়াধামদা মহাক্না ফংঙক্পা অধ্যাত্ম-অভিজ্ঞতাগী ৱা খরা তারে। অদুগা অঙকৃপা ফংলবা মহাক্কি প্রেম-বিকার অসি উবদগী নিমাইনা শোয়দনমক্কি মফম্ অদুদা ইষ্টদেব শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংলক্লম্লগনি হায়না মখোয় খ্ৱাইনা খন্নখি। নহান্মুক্কি মপোক্কি তুংশিল্লকৃপা পুণ্যগী মহৈনা অসিগুম্বা ভক্তিগী ঈচাওনা মাবু থুম্নৎখিবনি ; অতৎ-অখম্ নাইদনা থিংবা য়াদবা ঈর্চেন্নি, ঙসুম হায়না ভক্তশিং অদুনা খন্নখি।

তৌরিবা পুন্নমক্ অসিগী মনুংদা ভগবানগী করিগুম্বা অথুপ্পা ইঙ্গিত অমবু লৈরবরা ? শক্তিধর নিমাই অসিবু ঈশ্বরনা থারকৃপা মীশক্লা ? ভারততা ভক্তিধর্ম্ম মুথরক্পা মতম্নি। কনানা খঙবা মাসিবু অমুক্ হন্না মপাঙ্গল্ কন্খৎহন্নবা ভগবান মক্কি মপাও পুদুদা ঙসি নিমাইনা ফাওবিরক্লব্রা ?

তেন্না পাল্লবা উচেক্কি মতৌগুম্বা নিমাইনা কৃষ্ণবিরহগী মৈচাক্ পুবা ঙম্দনা ফ্রৎ, ফ্রৎ ওন্না-থোইনা খাঙলি।

হৌজিক টোলদা লাইরিক-লাইশু তম্বিবা লেপখিবা থা অনী, অহুম্ শুরক্লে। ছাত্রশিংনা নিমাইবু ইকোয়-কোয়শিন্দুনা ফম্লি। লাইরিক্ তম্বিবগী ৱাদি লৈত্রে। নিমাইনা মচিন্দা ভাগবতকি শ্লোকশিং অমম্ভুং কৃষ্ণ শোম্বা নত্তবা অতৈ তৌদ্রে। ভাবাবেশ ওইদুনা মপান্গী জ্ঞান য়াওদনা তুমিন্না ফম্দুনা লৈরি। পুং

অমগী মতুংদা অমা হৌখি। জ্ঞান হেক তারকপদা—"ইচিন্-ইনাওশা, হৌজিক্ ঐনা লাইরিক্ তম্বিতুনা কান্নররোই। মাঙদা লাইরিক ফাক্তোক্লি হায়বতু মঙাইরে। অদোম্‌দা পুক্লিং চংউ হায়বা ময়াদ্রে। মিং অসি হেক্ পাংথোক্‌পগা অমুবা নিপা-মচা অমা, মথুক্তা শুক্ষৎনবা বাঁশী, মকোক্তা রাহোংমতুগী চূড়া, মঙক্তা মালতী পরেং, অদুগা নিংথিবা মনোক্লা মাইকৈ মরিমক্ ইরং-ইরং, ইরং-ইংরং লংনা তনিক্-তনিক্‌হন্বা,—অদুগুম্বা শকফম অমবু য়েংখি-য়েংখিবা মাইকৈদা উদনতা লৈরে। মোমোন্, মোমোন্ নোক্লতুনা মুরলী খোংলতুনা ঐঙোন্দা মখুৎ হৎলতুনা কৌরি। ঐ অসি ঐদা লৈত্রবনি। নখোয়না ঐবু বিদায় পীনবিরো। অদুগা থব্রাই তানা আশীর্ব্বাদ তৌরি,—নখোয় পুম্নমক্ কৃষ্ণভক্তি লৈবা ওইরসন্মু।"

অতুদগী ছাত্রশিং অসিগা লোয়ননা নামকীর্ত্তন শকপা হৌগৎলি,—

"হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম মধুসুদন॥"

ভাবাবেশ অতুনা থমোই-তূনা মথক্ মখা ওলহল্লন্থরে। নিংথিজরবা ঙোরোক্-ঙোরবা হকচাং অতু লৈমাই-থক্তা হাইহত্তুনা তুথখরে। মিংকি পিনা হকচাং পুম্নমক্ পুম্‌চোৎনি।

মমা ইবেম্মা শচীদি খম্বদা লাম্বা ফংখিদ্রে। তৌফম্-লাকফম্ খঙদনা অমত্তা ঙাইজবা মচাগী তৌরিবা মতৌ অদু উবদা অৱাবগী ঙম্থৈ খঙখিদ্রে।

মপুরোইবাতবু নিংজবী, মথোক্ কারকপী বিষ্ণুপ্রিয়া খম্বদা

মপান্ লাম্বা ফংখিদ্রে। হায়দোক্ফম্ খঙদবা অকিবা, চিংনবা অমনা মাগী থমোইনুংদা ক্রুক্, ক্রুক্ শৌহুনা লৈবগুম্সু তৌরি। মথং করি অরাবা অমনা মাবু ঙাইহুনা লৈবগুম্ চিংনরি। ইকাইথিবী ওইবনা লোন্না লোন্না কপচরম্বদগী খাঙবা য়াদহুনা করিগুম্বদা মপাম্থোক্না কপচৈ। পুন্নমক্ অসি নিমাইদি করিমত্তা খঙখিদ্রে। অপুনবা অমনা পুখিবগুম্ তৌখরে।

শ্রীবাস পণ্ডিতকা মিশ্রগী ইমুং আসগা য়াম্না চান্নজে। অহল্ ওইরবা পণ্ডিত অসিবু শচী দেবীনা য়াম্না ভক্তি-শ্রদ্ধা তৌনা লোয়নজে। নিমাইগী অনৌবা ওইরক্লিবা ফিবম্ অসি পণ্ডিত অসিদা তম্জরুরে।

বৈষ্ণব পণ্ডিত অসি মশামক্ নোংমা লেংবিরক্লে। উরে নিমাইনা তৌরিবা পুন্নম্ক অহু। খঙখরে পঙনা থোক্তবা কৃষ্ণপ্রেম্না নিমাইদা ফাওরে হায়বদো। অরাংবা থাকী ভক্ত-সাধকশিংগী মরক্তা ফাওবা মসি পঙনা ফংনদবনি। মপোক্ কয়াগী তুংশিল্লকপা পুণ্যগী অপূন্বা মহেনি হায়বসি বৈষ্ণব অসিনা খঙখরে।

শচী দেবীনা কপ্না কপ্না শ্রীবাসকি মফম্দা,—"পণ্ডিত, ইপুরোইবা নোঙ্গাখরে, ইচানিপা অহল্ মাঙখরে, নিমাইতবু য়েংজহুনা হিংজরিবনি। অহুবু করিনো, ঐগী ইন্নাইবক্ অসি ওম্থোক্না থিখরেদা? ইচা অসিবু মমৈদা অঙাওবা হায়বা অহু ওইগদৌরিব্রা?"

শ্রীবাসনা ইশি শিনা নোক্তুনা,—"নত্তে, নত্তে, ইবেম্মা, মসি ঙাওবা নত্তে; মাসি য়াম্না লাইবক ফবগী রানি।

অসুম্বা লাইবক্ ফবা অসিগী মবিক অমত্তং ফংজবক্তদ্রা হায়দুনা ঐনা ঙিংজবিবনি। ইবেম্মা, অবেম্বদা নহাক্লা বাবিবনি। ৱাগদবা নত্তে, হবাওগদবনি। মাসি শাবৈ হৌবা নত্তে,—মহাভক্তিগী আবেশনি; নংগী নিমাইগী মশাদা মীনা তাম্বা ফংদবা সাত্বিক বিকাব ফাওবিবসিবু উদ্রব্রা?"

শচীদেবীনা সাত্বিক বিকাব মশক্ খঙজদে। নিমাইনা টোলগী ওঝা, বিষ্ণুপ্রযাগী মবুংঙো ওইদুনা যুম্নাম্বা অদুতবু পামজৈ। মচাগা মমৌগনা সেবা তৌদুনা তুলসী-মখোংদা, হবি-মন্দিবদা মালা চত্তুনা মচা-মচৌগী দমক্ মণাগী মুক্তিগীদমক্ নাম শোক্লবত্তবু পামজবনি। অদুবু কনানা থিংগনি ভগবানগী লীলা।

অহান্বদা নিমাইগী যুম্দা অহিং-নুংথিল নাইদনা শ্রীবাস, গদাধব, মুকুন্দনচিংবা বৈষ্ণব পণ্ডিতশিং অসি য়াওনা পুং কবতাল্ যাওনা কীর্ত্তন শক্পা হৌগৎলক্রে।

মতম্ অসিদা নবদ্বীপ্তা বৈষ্ণবকি বাংলুপ মচা অমা লৈবম্মী জনসমাজদা অদুক হাক্লা কন্বা মাসিগী প্রভাব লৈজ-বমদে। হৌজিক নিমাইগুম্বা মতিক মগুণ লৈবা, লাইপোক্ ওইববা নিপা অমনা কৃষ্ণনামদা ঙাওবে হাযবা অসি ভক্তসমাজ অসিগী মফমদদি থোইদোক্লা ফবা পাও ওইখবে। বৈষ্ণব পণ্ডিত অহল্ ওইববশিং অদু ঙম্না হরাওনবে।

নোংম-নোংমগী নাম-শোন্বা, কীর্ত্তন শক্পা বৈষ্ণব মশিং অসি হেঙ্গৎলক্রে। অদুদা খবা খুদোং চাগদবা মফম্ খন্নদুনা কীর্ত্তন শকফম্ অসি শ্রীবাস পণ্ডিতকি মযুম্দা হোংখি।

মতম্ অসিগী বাংলা দেশগী বৈষ্ণবশিংগী মরক্তা ওইরম্মি

আদ্বৈত আচার্য্যনা অথোয়বা লুচিংবা। আচার্য্য অসিগী সাধন পুন্সিদা ওইথি জ্ঞান অমস্থুং ভক্তিবস অনীগী অঙক্পা ফংনা পুন্সিন্বা। অথোয়বা প্রেমিক মাধবেন্দ্র পুরিগী ওইরম্মি মহাক্না অথোয়বা শিষ্য অমা। গীতা অমস্থুং ভগবতকি ব্যাখ্যা তৌবদা পঙনা থেংনদে মহাকমুক্ হৈবা। মতম্ অসিগী ভক্ত বৈষ্ণব কয়ানা পুন্সি মহৈ য়াম্নখি চংজহুন। মহাপুরুষ অসিদা, ফংনহুনা মহাক্কি মতেং। অথোযবা ভক্ত যবন হরিদাসস্থু ওইথি অমা ময়াম্শিং অহুগী মবঙ্গা।

শ্রীহট্টদগী হৌবক্লবস্থ শ্রীবাসনা শান্তিপুরদা খুন্দাহুনা লৈরি। নবদ্বীপস্থ মযুম্ অমা লৈ। মাসিদা লৈরিঙৈদা নোংমদি নিমাইনা চান্নজরবা মরুপ গদাধরগা লোয়ননা লেঙক্খি আদ্বৈতগী সঙ্গাইদা।

আচার্য্যনা তুলসী মখোঙদা পূজা পাঠ তৌহুনা লৈরি। হেক উন্নবমক্তদা অনীমক্কি থমোইদা প্রেমগী ঈথক্ হৌরক্খি। নিমাইদি খঙহৌদনা হাইথখরে লৈপাক্তা প্রেমাবেশ ওইহুনা, মশা পুন্নমক্তা ফাওরক্লে সাত্ত্বিক বিকারগী অতাঙবা খুদম্শিং।

মহু উবদা আদ্বৈতাচার্য্য পুম্ঙক ঙক্খরে। খল্লক্ই'— মাসিগুম্বা প্রেমবু তাইবং-মীগী মরক্ত ওইবা য়াগদ্রা? ভাগবত-তা শন্দোক্লা তাক্লিবা প্রেমবিকার পুন্নমক্ অহু লাইমক্লা তাম্বা ফংলরোইদোবা শকফম্না মাগী ওইবা পাখং অসিগী মশা পুন্নমক্তা শীন্বা থুংনা ফোংদোক্লি।

চহি অমগী মতুংদা চহি অমা, স্তুতিগী ওইনা আচার্য্য অসিনা ভগবৎ-চরন্দা মথৱাই শোক্লা প্রার্থনা তৌজরি, তুলসী-

চন্দন কচ্চতুনা কপ্পা কপ্পা হায়জরি,—হে প্রভু, নহাক্না শেম্বা পৃথিবী অসিদা ঙসি লৈখিদ্রে ভক্তি, লৈখিদ্রে প্রেম। পুন্সিগী লৈরোল্-লৈরোল্ খুদিংদা পৈশিন্দুনা লৈরে পাপ অমসুং অমোৎপা লৈনাংগী মপৈ, লাক্ও হৌজিক্ নংগী থৌজাল্গী ঈচেম্না শেং-দোক্পিরো ইংহন্বিরো পুন্নমক্ অসি। জীববু উদ্ধার তৌবিররো। নহাক্ নত্তনা মাসি পাংথোক্পা কনানা ঙম্গনি ?" ঙসি আচার্য্য অসিগী প্রার্থনাগী পাওখুম্ পীবিবা ওইনা লেংবিরক্লব্রা ভগবান মশামক্ ?

ঙসি মাগী (আচার্য্যগী) মমাংদা লেপ্লরিবা অসিবু ভগবান-মক্লা ? স্বর্গগী ফজবশিং অতুদগী হেন্না ফজবদা খন্দোক্কুনা মাতুনা শাগংলি মাগী হকচাং ; অরাওবা মিৎ অনীদগী শিন্থরি প্রেম যমুনাগী ঈচেল্। কৃষ্ণবিরহদগী কপ্লি, তেংথারি তত্তনা, মাতুনা শোদোক্হল্লি অকন্বা নুঙ ফাওবা মহি ওইনা, নুঙমুক কন্দুনসু মীওইবগী থমোইনা কদাইদগী ঙমজরুনি খাঙবা।

অদ্বৈত ( আচার্য্যগী ) থমোইগী লৈখাদগী কনানো অমনা মাবু কৌরতুনা অসুম্না হায়রক্পগুম তৌরি,—'হে আচার্য্য, নংনা মতম্ কুইনা গভবান্দা প্রার্থনা তৌজরক্পা প্রেমঘন বিগ্রহ ঙসি নমাংদা ফাওরক্লিবা অসিনি। সংসারগী মীওইবা পুন্নমক্কি অৱাবসু থমোইদা পুরতুনা অমসুং কৃষ্ণবিরহগী অৱাবগী মিকপ-মিরাওথোলবুনা মিৎকি পিগী মশক ওইনা পুরতুনা ঙসি মহাক্কি আবির্ভাবনি।"

অহল ওইরবা আচার্য্য আনন্দদা তাউতুনা ইঙাও-ঙাওখে,

তপথবা য়াখিদ্রে। নিমাইগী মশাদা মিৎনা-উবা সংসার অসিগী নত্তব করিগুম্বঃ পোংশক অমা উখরে; খঙখরে মহা বৈষ্ণব আচার্য্য অসিনা। জ্ঞান-য়াওদনা তাহুনা লৈবা নিমাইগী মমাংদা ফম্লহুনা হৌনবী পোৎচংগা কোন্ননা আ্বৈদতনা পূজা কৎখরে।

অহল ওইরবা অথোয়বা বৈষ্ণব অসিনা অসি য়ৌনা চংশিন্খরবা অহুদদি নবদ্বীপকি বৈষ্ণব সমাজ অসি মথুম্-মরাং হৌনখরে; নিমাইনা ফংখরে পুন্নমক্কি মফম্দগী পংনা ফংনখিদ্রিবা মর্য্যাদা।

হৌজিক্তি নিমাইনা ওইখরে ভক্তশিংগী থমোইগী প্রভূ শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ দেব,—প্রেমিক সাধক-কি—শ্রীশ্রীগৌরসুন্দর! শ্রীবাসকি মাঙ্গোন্দা কীর্ত্তনবিলাস হৌখরে, অঙক্-অঙক্পা অন্তরঙ্গ ওইবা প্রেমলীলা শান্নখরে।

করিগুম্বদা মহাক্না লৌই মহাভক্তগী মশক্। নক্লবা মনুং হুঙ্গিন্না-তিন্নবা মরুপশিংদা মথবাক্ পায়রহুনা পুক্নিংগী অচাক্পা খঙহন্ত্রে—মপুক্ অসি হেক্ শেগাইরগদবগুম্ তৌবা খোন্থোক্কি তেংথাখোন্ তাবদা মী পুন্নমক্ অহু ৱো-খোংনা কপ্নরি। অহু-দগী অমুক্সু নিংথিজরবা দিব্য চেতনাদা লুপ্খিহুনা মীরম্লেন্গী নত্তবা ভাব-ঐশ্বর্য্য অমসুং ভগবত্তা-বু মশাগী মনুংদা ইঙান্-ঙাম্না ফোংদোক্লি। য়োৎচাবীনা য়োৎ-মকুপ্শিংবু চিংশীন্বগুম্না শ্রীগৌরাঙ্গনা চিংশীন্খরে মহাক্কি লোইন্-খম্ইন্শিং অমগী মথংদা অমা। হৌজিক্তি মহাক্ প্রেমভক্তিরসকি সাধক অমা ওইবতা নত্রে—মহাক হৌজিক ওইখরে ভক্ত লিশিং লিশিংগী অধীশ্বর,

অনৌবা বৈষ্ণব-কাংলুপ্ অহৃগী লুচিংবা। মহাক্ হৌজিক ওই-খরে ‘প্রভু’।

য়াম্‌খিদ্রবা চহীমুক্তগী মন্নুংদা নবদ্বীপ্তা শেম্‌খ্রে চাউরবা বৈষ্ণব-কাংলুপ্; পুরক্‌খি মধুর ভজন, রাগা-নুরাগা সাধক অমদি নাম কীর্ত্তনগী পংনা থোকখিদ্রিবা ঈচাও অমা।

অখন্নবা ভক্তশিংনা অমমম্ ওইনা নিমাইগী খুয়াখাদা তুজররি। হান্নদগী চান্নরক্‌পা, নুংশিনরক্‌পা মীওই কয়া অমা, ইনৌ-নৌবা কয়া অমম্ব—পুন্নমক্ তিন্নহুনা নিমাইবু ‘প্রভু, প্রভু’ কৌনরহুনা, মহাক্কি ভক্তি-গঙ্গাগী অমৃত-ঈচেন্দা থন্নাই-তানা চোংথনরি।

নিমাইগী জগৎ শুদ্ধাৎনবা ওইবা শক্‌ফম অমসুং জগৎ-মঙ্গল ওইবা নাম-কীর্ত্তন-না চিংশীন্‌খরে মশিং লাক্‌ঙম্‌দবা ভক্তগী মপৈবু; শেম্‌গৎখরে মহাপ্রেমিক্ প্রভুনা কেন্দ্র ওই-হুনা চাউরবা বৈষ্ণব-কাংলুপ্ অমা। পুবক্লে ভক্তি-প্রেম্‌গী অনৌবা যুগ অমা।

শ্রীগৌরাঙ্গগী অঙক্‌পা শক্তি অসিগী হৌরক্‌ফম্ ইফুং অসিবু কদাইদগীনো? লেংদে শাস্ত্র অমদি ইদে শাস্ত্রব্যাখ্যানসূ মহাক্কা। কবন্না চিংশীন্‌খি মীওইবগী অচৌ-অচৌবা কাংলুপ্প, মহাক্কি লুচিং-মথাদা? থংনোয় পুন্নমক্‌পু চিংশিন্বা ঙম্বা, থমোয় পুন্নমক্‌পু পেৎহল্লবা ঙম্বা প্রেম-তগী মন্নুংদা লৈরি মাগী শক্তি অপূন্বা। শক্কি মাধুর্য্য অমসুং প্রেমগী মহাভাব অনী অসিগী অপূন্বা মূর্ত্তি ওইনা লৈরি শ্রীগৌরাঙ্গনা।

লাইমক্লা ফংলরোইদবা প্রভুগী হক্‌চাং কান্নাৎশিং, জগৎ

শুক্সৎনবা ওইবা শকফম্নি। শক্ অসিনা চিংশীল্লি মীওইববু কাংলুপ্, কাংলুপ; থুররি ইবুংঙোগী শক্কি লাংদা। কচ্চরি মহাক্কি খুয়া-খাদা পুক্লিং হক্চাং-থর়াই। প্রভুনা ওইরি মখোয়গী ধ্যানগী পোৎশক্ প্রেমগী মূর্ত্তি, পুন্সিগী লৈবা-খিবিক্।

কৃষ্ণপ্রেমরসতা মতম্ পুম্নমক্কা তাউত্লনা লৈরি প্রভুনা, অমুক্ কপ্পি, অমুক্ আনন্দরসতা তাউত্লনা জগোই শারি, অমুক্কা ভাবাবেশতা লুপ্তুনা লৈরি, অত্বগা অমুক্সু ৱান্থরি। অস্থুম্নদি তৌরগা থোইদোক্কা ঙক্পদি, মহাক্কি লীলাসঙ্গী থব্বদা মহাক্কি মন্নুং-হুঞ্জিন্না নক্নবা মীশক্ খব্বদা খজিক্তং ফাওবা অশোয়বা লৈতে।

শ্রীবাস, মুরারি, গদাধর, নরহরি, পুরুষোত্তম সঞ্জয়নচিংবা পুম্নমক্ মীশক্ চুম্না লৌশিন্খরে হান্ননা মশাগী মী ওইনা। মথংদা মখুৎ চন্শিন্খি আদ্বৈত আচার্য্য অমস্থুং হরিদাস। হৌজিক্কা ঙাইরি অথোইবা মীশক্ মশামক্কি মহুৎ-শিন্বা ওইরগদবা শ্রীনিত্যানন্দবু।

নোংমদি প্রভুনা ময়াম্ পুম্নমক্ কৌশিল্লগা,—"তাবিয়ু পুম্নমক্,—ঙসি খোংদাবিরে নবদ্বীপ অসিদা থোইদোক্কা আৱাংবা মহাপুরুষ অমা। অনিংবা অমদগী লোৎশিঞ্জরি মশাবু। নখোয় খ্াইনা থিবিরুরো মহাক্পু; চাক্লে ঐগী থর়াই উন্ননিংবনা মহাক্কা॥"

নৌনা লেংবিরক্পা মহাপুরুষপু থিনখি ময়াম্ হৌত্লনা। মীয়াম্ মরক্তা কনানা কদাইদা লোত্লুনা থম্খ্রবনো? মীনা কুঙনা তারবা নবদ্বীপ-ধামদা ফংখিদ্রে থিবা মহাপুরুষ অসিবু।

ভক্ত পুম্বা ৱানরে থিবা ফংদবগী পাওম্থ হঙ্গৎচরুরে প্রভুদা।

প্রভুনা লেঙথোক্লক্লে মশামক্ সহরগী লম্বিদা অচেৎপা মশাগী মী খরগা লোইননা ভাবাবিষ্ট ওইবা মওংদা। লেঙনা লেঙনা ইপন্-পন্দনা চুমগ্রিংনা থুংখ্রে নন্দন আচার্য্যগী ময়ুমদা। খম্বদা লাম্বা ফংনদে ময়াম্দো করম্না খঙতুনা প্রভুনা লেঙলিবা মফম্ অদু তান্না চুমগ্রিংনা। ময়াম্ অদু ঙক্লখ্রে উবদা ঙৌরোক্ ঙৌবা অমক্পা লৈতনা নিংথিজবা ফমতুনা লৈরম্বদো অবধুত অমা। প্রভুনা নোল্লুক্লা খুরুম্জরগা লেপথরে মমাংদা মখুৎ-অনী লোম্ননা।

মখোয় অনীমক্ সংত্রিক্ সংত্রিক্ য়েংনৈ; কাংথোক্লদে ৱাহৈ অমত্তা। খল্লক্লে প্রভুনা হাংদোক্কে অবধূতগী থমোই-পোৗরোল্ খঙনদবা লৌশিং অমা তৌহুনা; অদুগা য়েংজসনু ময়াম্সে কুম্মৈ অমা ওইনহুম্। অদুনা তাক্পিরক্লে প্রভুনা শ্রীবাসগী মফম্দা থিথরক্লবা ভাগবতগী ভক্তিরসনা থল্লবা শ্লোক্শিং।

শ্লোকশিং অদু হেক তাবদা করিনো মহা ওইনা ঙক্খরবা দৃশ্য অমা উনরে ময়াম্ অদুনা; থিংবা য়াদ্রবা প্রেমগী ঈচাউদা কদাইদনো তাউথখরে অবধুত। মমিৎ অনীদা পিনা পিচকারি কাপ্পগুম্ চেম্থরক্লি; মশা পুম্নমক্তা অঙকপা ফংবা সাত্ত্বিকবিকার ফাওরক্লে। অদুদগী গৌরসুন্দরনা মশাদা অমুক্তং হেক্ থেংলু-বদা অবধূত জ্ঞান-মাঙনা ৱাম্থতুনা তাখরে লৈমাইথক্তা।

মাসি উবদগী ভক্তশিং অদু তাক্লবা নাইদনা খঙখরে মহা-প্রেমিক্ অসিগী অরেপ্পা পরিচয়। মখোয়না লাইনা খঙখরে,

প্রভুনা য়াম্না খোৌরাংনা ঙাইজরক্পা মহাপুরুষ —শ্রীনিত্যানন্দ হায়বদো মহাক্ অসিনি হায়বসি।

ময়াম্না ঙক্লখি প্রভুগী দর্শন অমদি শোকৃপগী মনুংদা য়াও-বরা করম্বা লাইগী শক্তিগী মিত্রং ?

পুম্নমক্ থাদোক্খরবা শ্রীনিত্যানন্দ ঙসিদগী পুন্খরে পুন্সি-সিমগী প্রভুগী প্রেমগী থৌরিনা। মুমিৎ অসিদগী হৌরদুনা প্রেম-ভক্তি-লন্গী ওইবিখরে ভাগুারী সংসার থাদোক্লবা, অপাম্বা লৈত্রবা অবধূতনা। কুম্থবিখরে অনৌবা কর্ম্ম-যজ্ঞদা ওইরদুনা গৌরসুন্দরগী খ্বাদইগী হেন্না নক্লবা মী।

ভক্তিধর্ম্মগী মাইকৈ-ঙাকৃপা লাইগী মশক্ ওইরবা ভক্ত কয়া অমসু থুংবিররে অথাপ্ অথাপ্পা লম্দম্দগী লেঙলক্লনা। করম্বা থৌরিনা, করম্বা খঙনদবা লিচিংনা মখোয়বু চিংশিন্দুনা পুরক্লিবা কনানা হায়বা ঙম্গনি ? অদুগা ভক্তশিং অসিগী মতিক্-মগুণগী হিসাবপু কনানা খঙবা ঙম্গনি ! অদুদা অঙক্-পদি, মপোক্ কয়াদগী তিন্নরক্লবা মীওইগুম্ অথোইবা মীশকশিং অদুগী লাক্পগী মনুংগী অথুপ্পা ৱাফম্দি প্রভুনা লোইনা খঙই। ময়াম্না মশক্ খঙনদবা, মমিং তানদবা মীওই অমগীসু প্রভুনা মথৱাই চাক্লা ঙাইদুনা লৈবগুম্সু হেক্তৌই। অদুদগী মতম্ চারে হেক্ খম্বদা থিংবা য়াদবা মওং ওইনা কপ্-লাওদুনা মীশিং অদুবু কম্না থিগৎলক্ই। প্রভুনা অথাপ্পা, অনক্পা খায়দনা অথোইবা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংবু খঙদবা হায়বা লৈরম্দে।

নোংমদি প্রভুনা,—“পুণ্ডরীক, পুণ্ডরীক, নংগা উন্নদবসিদা থবাক্ শৈগাইগদোরে. থমোই কায়রে। নহাক্ অসি কয়াদা

তম্থিখরবা ! নং হৌজিক্মক্ ঐগা উন্নতুনা থমোইগী চাক্লিবা অসি অমুক্তা ইংহন্বিয়ু !"

ভক্তশিং অতু ঙক্লবা লোইরে। করিনো, মিং অসিবু অমুক্তা তাখিদ্রিনা ? মরাইবক্ ফবা নিপা অসিবু কনানো ?

মমৈদা প্রভুগী মফম্দগী খঙনরে,—পুণ্ডরীক অসি চট্টগ্রামদা লৈবা মীনি হায়বসি। নুংঙাইবা ৱাফম্ অমদি মহাক্ মচাক্ মরল্ য়াম্না লৈবা, শাজং-পুজংতা য়াম্না রাজসিক ওই। মহাক্পু হেক্ উবদা কনানসু মহাবৈষ্ণবনি হায়বসি খঙনদে। অত্বু থাঙ্গৈশেংবদি সাংসারিক বিষয় অসিদগী মমাই লৈথোক্লবা মহাবৈষ্ণবনি।

শ্রীবাসনচিংবা ময়াম পুন্নমক্ অতু অমগা অমগা য়েংনতুনা ইঙক্ ঙক্লতুনা লৈনখরে। পুণ্ডরীক হায়রিবা অসিবু কনানো ? নবদ্বীপ্তা কৈদৌঙৈ লাক্কদৌরিবনো ? ময়াম্ অতু প্রভুবু করম্না তপথহন্গদগে খন্নবদা ৱানরে।

মতম অসিদা পুণ্ডরিক্ বিদ্যানিধি নবদ্বীপ্তা থ্ংলরে হায়বা পাও অমা তন্না তানরে। ভক্ত মুকুন্দ অসি চট্টগ্রামদগীনি।

মুকুন্দনা চান্নজবা মরুপ গদাধরগা লোয়ননা বিদ্যানিধি থিবা লেংলক্লে। মহাপুরুষ অসিগী মতিক্-মগুণ তাবদা মাগী মশক্ অসি য়াম্না উনিংখরে। বিদ্যানিধি অসি ভক্তি-সাধনাগী মিংনা উবা বিগ্রহ-মক্লি। গঙ্গামাইদা মখোংনা শোক্কনি হায়বা অসিগী কিখিবনা মহাক্না গঙ্গাস্নান অমুক্তা তৌদে।

মখোয় অনী অসি বিদ্যানিধিগী মনাক্ য়ৌরক্লে। অহান্বা হেক্ক উবদা গদাধর পুঙক্ ঙকখরে।

মশক্কা নিংথৌমচানি ; ফজরবা কাংথোন্দা ঙৌরোক্-ঙৌবা ফমুংদা ঙাথরদুনা ফম্লি। মকোক্ মথক্তা য়েক্-খোৎলবা ফজবা থাকন, শেৎ-চারিবনা মমল্ য়াম্লবা ফি ঙাক্তা ; মনম্ নুংশিরবা পোৎশিংগী নুংশিরবা মনম্না য়ুম্ অদু হারি। লুপাগী শেম্পাক্তগী পানা খিলি অমা, অনী লৌখত্তুনা শায়র-শায়রদুনা ব্বারি শারি। মনাইশিংনা ব্রাহোং মতুগী হুম্মাই হুম্মদুনা থৌগল্ তৌরি।

গদাধর নিংবা কায়রে। কনাবুনো মহাক্না উন্নগে লাক্লিবা অসিবো ? মহা য়ৌনা কেথোক্-মৌথোকপা নিপা অসিরা ? মপুক্লিংদা য়াম্না তুক্কচবা, হঙ্গোইবা অমা পোক্খরে। ময়ুম্দা থুনা ব্রা অমত্তা ঙাংলম্দনা চেন্নিংলে।

মুকুন্দনা গদাধরগী ভাবভঙ্গী অসি উবদা পুক্নুংদা লোম্না নোক্লি। বিদ্যানিধিগী অশেংবা মশক্ থুনা উৎলগে খল্লক্লে। অসুম্ ব্রারি শানবদগী মতাং অমদা মুকুন্দনা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক্ মগুণ থাবা নিংথিরবা শ্লোক অমা থিখরক্লে।

মিকুপ অমগী মতুংদা ইমুং অদুদা খঙহৌদনা কাং-খোং চাইবগুম্বা অমা তন্না থোক্লে। পুণ্ডরিককি মশা পুম্নমক্ সাত্ত্বিক প্রেম বিকার ফুং লাওনা ফাওরক্লে। ফমুংদগী হাইথদুনা তাখরে ; মখোঙনা কাওদুনা মমল্ য়াম্বা পোৎশিং কয়া অমা থুগাইরে ; পানা শেঙ্গা অদু কাউখাইদুনা লোয়না ইচাই-চাইখরে ; মফি-মরোন্ ইতোই-তোইনা শেগাইরে, মশম-মনা ইফা-ফাখরে। হৌজিক্ কনানসু মাবু কেথোক্-মৌথোক্পা নিপা অদুনি হায়না খঙননবগী পাম্বৈ লৈত্রে।

জ্ঞান তারক্লবা মতম্দা পুণ্ডরীক্না নুংশিনা কপ্পা কপ্পা

হায়রকৃই,—“লান্‌বিগনি ঐবু কৈদোওৈ, ঐগী থব্লাইগী প্রভু? ঐগী ইথব্লাই অসি নুঙগুম্না কল্লি, মসিদা য়াওদে প্রেমগী মরিক্ অমা ফাও; তাকৃপিরো হৌজিক্ ফংজগনি কৈদোওৈ নহাক্কি থৌজাল্।”

মাসি উর-তারবা তুংদা গদাধর কপ্লক্লে। মশাবু লোত্তুনা থম্বা মহাপুরুষ অসিগী মশক চপ-চানা খঙলবা তুং অসিদা মহাক্না বিদ্যানিধিবু লান্না লৌহুনা তুকচরুবা অদু হৌজিক য়াম্না নিঙম্মক্‌ত্রে। বৈষ্ণবকি মফম্‌দা তৌখিবা অপরাধ ওইরগদ্রা হায়না অকিবম্নু পোক্লে। অদুনা লেপখরে গদাধরনা মাগী মফম্‌দগী দীক্ষা-মন্ত্র লৌরগে কোক্লনবা তৌখিবা অপরাধগী শরুক্ খজিক্ত ওইরবম্নু।

থুংলরে বিদ্যানিধি গৌরসুন্দরবু দর্শন তৌনবা শ্রীবাসগী মাঙোন্দা। অতোন্‌বা মীগী-ফিজেৎ শেৎ, মঙক্তা মক্কি য়েত্তুনা হাইথখরে পুণ্ডরীক প্রভুগী চরণ খাতুদা। হায়জরকৃই নুংশিনা,—“প্রভু, মী পুম্নমকপু উদ্ধার তৌবিবা অদুগুম্না ঐবুসু তৌবিরোদনা। ঐবু অমুক্ নহাক্ন থাপ্না থম্বিরন্নু, লৌনম্বিরন্নু।”

প্রভুনা পি ওরো-রো শিন্থনা,—“পুণ্ডরীক, নংগা উন্নজবা অসিদা ইংজরে ঐগী চাক্লবা থমোই; ফংজরে অনৌবা মপোক্ অমা।”

ঙাইহাক্ নুংশিননা কপগিন্নরবা মতুংদা ইংথনরে পুম্নমক্। অদুদগী প্রভুনা তাকৃপিরকৃই:—“ঙসিদি কৃষ্ণনা য়াম্না থৌজাম্বিহুনা ইপা শরুবা পুণ্ডরীক পীনবিরে ঐঙোন্দা, ইংহম্বিরে ঐগী চাক্লবা থমোইবু। খঙবিরো পুম্নমক্না ঙসিদগী, মহাক্ অসি ওইদ্রে

বিদ্যানিধি, ওইরবনি প্রেমনিধি। প্রেমভক্তিগী অথুপ্পা সাধনাবু শন্দোক্লবা হায়ৱুনা শেম্বিরকৃপনি মহাকৃপু শ্রীকৃষ্ণনা।”

শ্রীবাসকি ময়ুম্দা অস্থুম্না চথরি নুতিগী হাংদোক্লুনা প্রেমনাট্যগী অনৌ-অনৌবা দৃশ্য; চথরী প্রভুগী লীলা মখল্ মখল্। ভাব পুন্নমক্কি ভাবুকনি মহাক, ওইনি রসময় রস পুন্নমক্কি।

ভক্তকবি বৃন্দাবন দাসনা মতম্ অসিদা প্রভুনা ওইবা ফিবম্মু অস্থুম্না বর্ণনা তৌরি,—”

“দাস্যভাবতা কপ্পা মতম্দা প্রভুনা॥
হৌখি য়ুথক’মা গঙ্গা অনী পুরক্লা।
নোকৃপা কান্দা প্রভুনা য়ুথক্ অমনি॥
ৱাম্বৰম্মু অছুনি য়ুথক্ অমনি।
য়ুথক্ অমা ৱাম্বে নুংশাম্বর হোন্দনা॥
চাওথোক্লম্মু ফম্দোকৃই সানুভাবতা॥
ঐনি, মহাক ঐনি, লাওরি নোক্লত্নুনা॥

অয়াম্বা মতম্দা প্রভুনা তাউত্নুনা লৈরি ভক্তি অমস্মুং প্রেম রসতা। ভক্তগী তোল্লবা মশক্ অমস্মুং কৃষ্ণ-বিরহদগী পোকৃপা অৱাবা শক্ফম্গী তশেংবা মূর্ত্তিনি। করিগুম্বদা চাওথোক্লা, ময়াইকাপ্পা শাথেক্-শাওং লৌত্নুনা ভগবানগী ভাব অমস্মুং আবেশ লৌরত্নুনা লেঙশিন্দুনা লৈথোকৃই শ্রীবাসকি বিষ্ণুগী আসন অছুদা; ভক্তশিংনা পেঞ্জে প্রভুগী ঐশ্বর্য্যনা থল্লবা শক্ফম্বু দর্শন তৌজত্নুনা। মসিবু দর্শন ফংজবা মরাইবক্ ফবশিং অছুদি আদ্বৈতাচার্য্য, নিত্যানন্দ, শ্রীবাস, মুরারি, মুকুন্দ, হরিদাস-নচিংবা অসিনি।

নোংমদি মুতিগা ইমান্-মান্নদবা মওং অমা প্রভুনা উথোক্লক্লে।

ভাবাবেশ ওইদুনা মপান্থোংগী জ্ঞান মাঙবসু নত্তনা, ভাব ইতা-তানা, মনিংতম্না শ্রীবাস পণ্ডিতনা পূজা কচ্চরিবা বিষ্ণু বিগ্রহগী আসন্দা লেঙশিন্দুনা লৈথোক্খি প্রভুনা। মমাংদা ভক্তশিংনা কীর্ত্তন কৎলি, অদুগা প্রভুনা মতিক-মগুণনা ইরং-লংলবা মূর্ত্তিদা ফম্মদুনা মুংশিনা নোক্লদুনা মাইথোং মকাম্লাম্না ঙাম্থোইরি। ভগবানমক্কি লৌরদুনা ভক্তশিংনা অভিষেক স্নান পাংথোক্লা পেঞ্জরি পূজা কচ্চরদুনা। করিগুম্বদসু মনিং-তম্না থৌজাল্ কয়া উৎলি প্রভুনা মখল্ কয়াগী বিভূতি উত্তুনা নক্লবা মাগী ওইবা ভক্তশিংদা। অসুম্না তত্তনা চেন্শিল্লক্খি শ্রীবাসগী সঙ্গাইদা স্বর্গগী আদন্দগী ঈচাওদো।

নোংমদি ঐশ্বরীয় আবেশকি মসুংদা গৌরাঙ্গনা আড়ম্বর চাওনা ময়াম্ তিম্বা সভা অমদা ঙাম্থোইরি। লাইরিক য়াম্না হৈরবা পণ্ডিতশিং অমসুং মমিং চৎলবা ভক্তশিংনা ইকোই-কোইনা লেপ্লি মখুৎ লোন্নরদুনা। মতম্ অসিদা প্রভুনা ইফিং ফিংনা — "শ্রীধর, শ্রীধর" হায়না পংকৌতা কৌরক্লে।

শ্রীধর হায়বা নিপা অসি নবদ্বীপ্তা লৈবা মীনি। মহাক্ য়াম্না লাইরৈ, অচোই-অপা খরা য়োঞ্জদুনা দুকান মচা অমা ফম্জে। প্রভুগা মাগা হান্না খঙনবগুম্ তৌব্রা? করিনো ঙসি প্রভুনা মাবু অসুক্ থম্লাই তানা কৌরক্লিবা অসিবো ?

থৌজাল্না থল্লবা থোৎলবা খোম্থোক্লা প্রভুনা তাক্পিরক্ই— "থুনা ঐগী অথোইবা ভক্ত শ্রীধরবু নখোয়না থিদুনা অসিদা পুবিরকুউ। মহাক্ য়াম্না নংবনি। দুকান-মচা অমা ফম্জদুনা লফোই-ককা খরা খন্না য়োঞ্জদুনা হিংজরিবনি। লাইরবনি হায়দুনা

মাবু উশিং থৌশাদবা তৌরুগনু। ভক্তশিরোমনি অসিবু মীনা খঙবিদবনি; মতম্ পুম্নমক্ মাগী জীবনগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংদুনা, ধ্যান তৌদুনতা লৈজবনি; অথোইবা ভক্তনি। ঐগী শ্রীধরবু নখোয়না লৌবিরুচো।

ভক্তগী কাংলুপ অদু ইরাং-লাংনখরে। থোইদোক্না লাইবক্ ফবা শ্রীধর। মীনা কুংনা তাবা নবদ্বীপকী করম্না মফম্দনো লৈরিবা শ্রীধরনা? কোইথী থীনরবা মতুংদা মাগা থেংনকরে ভক্তশিংগা। মাবু পুবক্লে ময়াম্না প্রভুগী মাঙদা।

শ্রীধর ঙক্খিবনা ৱামচেৎ অমত্তা ঙাংথোক্পা ঙম্জখিদ্রে। হান্নদি মহাক্না নিমাই পণ্ডিত হায়না খঙজবা মী অদুনা ঙসিদি মমিং চৎলবা ভক্তশিংগী, বৈষ্ণব কাংলুপ অমগী অধীশ্বর শ্রীগৌরাঙ্গ। হান্নগীনা অধ্যাপক নিমাই, হৌজিক্না বৈষ্ণব লিশিং, লিশিংগী পুন্সিগী নিংজবা খিবিক, অমত্তুং পরম প্রভু। অদুগা থাঙ্গৈমক্ শেংনা মীওইবনা ভাবনা শাদুনা থমজবা ঈশ্বরগী শক্তকম্ অমত্তুং মত্তিক মঙান্ পুম্নমক ঙসি নিমাই পণ্ডিত-তা। নহান্গী অধ্যাপক নিমাই অদু ঙসিদি মহা সাধক অমা ওইবত্তা নত্তনা মীয়াম্না ভগবান-নি হায়না পূজা কৎনরি। মাসিদা শ্রীধরগী ঙকপগী ঙম্খৈ লৈখিদরে।

ময়াম অদুনা শ্রীধরদা,—"শ্রীধর, নহাক অসিবু প্রভুনা কয়া চান্থরবা! নঙুণ অমুক্ চেম্বনি হায়খসি কনামত্তা খঙনরম্দে। লাও, ঐখোয়গু অমুক্তং শোকপিরমদুনা পুণ্য খজিক্ত ফংজহৌগে।"

সনাতনা হৈদুনা শাবা মান্বা পাম্বোম অমী তিংথোক্লনা

প্রভুনা তফিং-তফিংনা চেন্‌শিল্লকুনা শ্রীধরবু হুংশিনা চেজেৎনা কোল্লগা,--শ্রীধর, নংদি ঐবু কাউরুরবোইরেকো! নংগী লফোই কয়া মুন্দুনা চাবা, নপোৎ কয়া মুন্দুনা লৌবিবদো নং কাউরব্রা? হুংশিনবগী খৎনবা মখংনা কয়াত্থু কাউরব্রা? ঙসিগী আনন্দগী মেলা অসিদা নংস্থু য়াওরো-লাওগবা।”

ভক্ত শ্রীধরগী মকোক্তা হোখরবা পুন্সিগী রাঙ্কম কয়ানা ক্রক, ক্রক ইন্‌শিন্না হোৎচিন্নরক্লে। অধ্যাপক নিমাইনা মাগী হুকান্দা লাক্কুনা হুতিগী ফম্লবা, পৈশা-অনী, মরিগী পোৎ লৈগে হায়বা, মমল্ হেঞ্জিন্না হায়জিল্লি হায়ত্থুনা খৎনবা হৌবা নোংমস্থু ফাগী ফারাং কয়া তৌনত্থুনা নোকমিন্নখিবা, নোংমনা লফোই লাক্কুনা হেক চাথোকপিবা, পোৎ ফত্তবা য়োল্লগা অফবনি হায়জিন্দুনা মিনম্মি হায়বগী থীন-থীনা হেক চৈবিবা,—করিগুম্বদা মিনম্বা ঙাংজদবা মচরিৎ অসি খঙনা খঙনা নিমাইনা হুতিগী মাবু মিনম্বা ঙাংইতা হায়জিন্বিবা, শাওবা হৈজদবা শ্রীধর,—নোক্লা-নোক্লা নিমাইগী চৈবা থাংবা পুন্নমক তাজখিবা হৌজিক লোইনা নিংশিংলক্লে।

নিমাইনা পোৎ অমগী মমল্ তঙ্খাইত্তা পীশিল্লগা, নত্রগা শুকপী পীরমদনা চেন্‌খিবা, অত্থুতা নত্তনা হুতিগী চৈবা-থাংবা পুন্নমক অত্থুদা নোংমত্তা অয়াকপা রাহৈ অমা ফাওবা হায়জদবা শ্রীধরনি। অস্থুম্না তোয়না ওৎ নৈবিরবস্থু মোমোন্ নোকপা মনোক্লা মকা লাম্না ইংনা নিংথিজরবা মাইথোংবু মাগী ওইবা অধ্যাপক পাথং অসিনা তোয়না তোয়না মাগী নিংশিং লম্বেন্দা ফাওরক্লে। নিংশিংবা খুদিং মথব্রাই পেঞ্জরম্মি শ্রীধরগী।

অহুম্বা নিমাইদো ঙসিদি মশক পুমওন-ওন্দুনা লৈরম্লে। মক্তরবা ঐশ্বরিক ঐশ্বর্য্য মশাদা পুষ্ফাও ফাওরি। পুন্নমক্কি জীবন প্রভু ওইনা ওইনা মাগুম্বা মী মচা-মগুশিংবুস্মু কাউবিদহুনা থৌজাল্গী মশক ওইবা প্রভুস্মু ওইবিরি। মশানা হায়জহুনা মীঙোন্দা প্রেম য়েল্লি।

ভাবতা তাউরে শ্রীধর; লেপ্তুনা লৈরি য়েংজহুনা গৌরসুন্দরবু মখুৎ লোন্ননা। আনন্দগী পিগী ঈচেন্না চেন্থরি মথজাই অনী থুম্নাংনা।

ভগবত্তা ভাবতা ঙসি প্রভুনা ইরং-লংনা মহা ভক্ত অসিদা পীরোইদবা মহাক্কি করিমত্তা লৈতে। ইরং-লংবা মিৎয়েংনা, শ্রীধর, নহাক অসি ঐগী পরম প্রিয়-নি। ঙসি ঐনা বর পীগনি নঙোন্দা। করি পাম্মি, শেংনা হায়য়ু, রাজ্য পাম্বরা? সিদ্ধি নিপাল পাম্বরা? হায়য়ু চিংনদনা ফংগনি শোয়দনা, পুন্নমক লৈরিবনি ঐগী খুত্তা।”

ভক্তিনা ফুঙ্গৎলবা খৌনাউদগী মতেক মতেক ওইবা ৱাহৈনা শ্রীধরনা হায়রকই,—“প্রভু, হন্দক্তি নংনা ঐবু শুম্নাৎপা ঙম্লরোই। নহাক পরম বস্তুনি হায়বা অসি ঐনা মখা তানিঙাই লৈতনা খঙলে ঙসিদি। ঋদ্ধি-সিদ্ধিগী ৱা পম্বিহুনা ঙসিদি ঙম্মরোই ঐবু শুম্নাৎপা।”

লেম্না তোক্তে প্রভুনা, হন্না হন্না তকশিল্লকই, “শ্রীধর, কন্নিনো বর অমদি নিদবা শুকয়া য়াদে।”

ইচম-চম্বা প্রেমগী ইচম-চম্বা লম্বিদা চচ্চহুনা ভক্ত শ্রীধরনা ঙসি পরম প্রভুগী চরণখা য়োৎজরক্লবনি। বিধিনা থৌজাম্বিহুনা

ফংহন্বিরে নিংজবা লন্। অদুদা প্রভু মশানে, মহাক্কি নক্লবা মীওইশিং অদুনে কন্না হেক্তা মতকৃশিল্লক্লবা অদুদা শ্রীধরনা করিনো ৰর অমদি নিদবা ময়াখিদ্রে।

মমিৎ অনী পিনা পুংলুপ-লুপ, মথুৎ অনী লোন্নজরদুনা ভগবদ্ভাবনা ঙাম্থোইরিবা মশেক মঙাল পুরবা শ্রীগৌরসুন্দরগী মাইথোংদা চিংন য়েংজরদুনা শ্রীধরনা হঙ্গচ্চরকই অসুম্না :—

" ঐগী পোৎকম্ চাইখাইৰিবা ব্রাহ্মণ অদুনা।
ঐহাক্কি ওইসনু নাথ মপোক খুদিংমক্তা॥
ঐহাক্কা খৎনবিরম্বা ব্রাহ্মণ অদুমক্কি।
চরণ অনীদো প্রভু ওইসনু ঐহাক্কি॥

সিদ্ধি নত্তে, ঐশ্বর্য্য নত্তে—অশেংবা ভক্তি, প্রভুগী চরন্দা লৈজবা রতি,— মাসিতনি অমত্তা ঙাইবা পামজবা তোল্লবা শ্রীধরগী পুক্সিদা। প্রভুগী ঐশ্বর্য্যনা থল্লবা শক্ফম্সু মানা পাম্মুদে দর্শন তৌজবা। চনিং-তাদবা, তথক্পা লীলা শাল্লগে থৰনা মনাই শ্রীধরদা তত্তনা খৎনা হৌবদা ওইখিবা শক্ফম্, নোক্-খেদুনা, ফাগি-ফারাং তৌখিবা শক্ফম্, লাইররবা মাগী হুকান মচা পিশক অদুগী লক্কোই মুন্দুনা চাবিবা, পোৎ-লৈরগা মমল্ তঙ্খাইতা পীরম্লগা চেন্বদা ওইখিবা প্রভুগী শক্ফম্, পোৎ মুন্দুনা লৌবগা লোয়ননা মাগী পুক্লিং, থমোই হুদুনা চেন্খিবা প্রভুগী শক্ফম্ অদু লৈখরে মতম্ কুইনগীদমক্ য়েক্তুনা মাগী থমোই লাইয়ুম্দা।

ভক্ত পুন্নমক্ নিন্নখরে 'ধন্য, ধন্য' হায়না পোৎকম মচা অমত্তং কম্জবা লাইরবা শ্রীধর য়েংলদুনা।

প্রেমভক্তিগী অথোইবা ধর্ম অসি মশাগা মরুবা মীওই খরতগী ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বগী মহুত্তা মীয়াম্‌গী ওইনা শন্দোক্লগে লেপখরে গৌরাঙ্গনা।

শন্দোক্লবগী থবক্লা শিন্নখরে অথোইবা মীশক্‌ অনীদা—নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস। মশাগীনি হায়বা পুন্নমক্‌ থাদোক্লবা, গৌরহরিবু মথন্নাইদগী হেম্বনি খঙ্গরবা অনীনি। অদুগীসু মথক্তা অমনা হিন্দু; অতোপ্পনা মুসলমান।

মখোয় অনীবু কৌশিল্লগা প্রভুনা তাক্‌পিরকৃই য়াথং ঃ—'ঙসিদগী কৃষ্ণনাম প্রচার তৌবিরুরো নখোয়না নবদ্বীপকি মফম্‌ খুদিংদা। য়ুম, য়ুম্‌ খুদিংদা চৎলগা, মখোং পায়তুনা নিরুচো কৃষ্ণনাম ভিক্ষা। নুতিগী হন্দোক্লো মাতুগী অতাবা মহে।"

নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস নগরগী লম্বি খুদিংদা চৎলক্লে নাম কীর্ত্তন শক্তুনা পরমানন্দ ওইনা। হায়ঙ্গহনা, তাক্তুনা, কপ্তুনা মী পুন্নমক্কি মখোঙ পায়তুনা কৃষ্ণনাম লৌহল্লি।

অদুবু মাসি নত্তে অরাইবা থবক্‌। কনানা করেম্‌-কথাইনরক্লি, কনানা শুগত্তুনা ফাগি; কনা অমনা তথি-তথিনা চৈথাংতুনা তান্থোক্লকৃই। অয়াম্বনদি ওক্‌চৈ থন্নাই তানা ভক্ত শ্রেষ্ঠ অনীবু। ভক্ত অমসুং প্রেমগী অরাইবা লম্বি কনানসু করিগুম্বদা অসুম্না তাক্‌খিদ্রি! অধ্যাত্মগী অমুক্‌ থুম্বা লম্বি, অমুম্বা আনন্দগী ন্নাবু কনাস্‌ খঙনরম্‌দে। কৃষ্ণকথা, গৌরাঙ্গকথা তাবদা মখোয় ইশুম্‌ শুক্কৎখরে। হরিনামগী ভিখারী, তোল্লবা অমসুং অন্নাবগী মুর্ত্তিগী মশক ওইরবা নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাসবু উবদতা, কন্নিগীনো খঙদে, মীরামগী মিক্তগী পি শিম্থরি।

নোংমদি ভক্ত অনী অসি য়াম্না খুদোংথীবা অমদা তারে। মখোয় অনীনা ময়াই কানা প্রেমদা লুপ্তুনা নাম কীর্ত্তন শক্তুনা চৎলি। কয়া থাপ্‌ফাত্তনা নিপা অনীখক্‌ যমগী দূতকুম্না লেপ্তুনা লৈবা উরে। মখোয় অনী অসি জাতিদদি ব্রাহ্মণ-নি, মচিন্‌-মনাওনি; অহন্না জগন্নাথ, অতোম্বনা মাধব কৌই। লুট তৌই, মী হাৎলি। পাপকি থবক্‌ তৌবদা নবদ্বীপ্তা মখোয়গা মান্নবা লৈত্রে। য়ু থক্তুনা অয়াম্বা মতম্‌দা ভাওহুনতা লৈ। মখোয়বু কিদবা মী তাঙই।

নিত্যাইনা খল্লি,—পাপী অনী অসিবু হরিনাম্‌ লৌহন্দবা ইয়া-ময়াদ্রে।·মখোয়না মনাক্তা চংশিন্দুনা লাউনা হরিনাম শক্লুরে। মাহু হেক্‌ তাবদা পাইশিল্লক্লে পাপী অনীদো।

নিত্যাইনা পান্থমক্‌ থোক্লে। কুম্মে পাম্বা নিত্যাইনি; কুম্মে থোক্লগতা হরাওই মহাক্না। হরিদাস পুরহুনা তিঙ্খত্তুনা চেন্‌খরে নিত্যইচাঁদ স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা য়ৌখরে প্রভুগী নাক্‌। লাওনা হঙ্গৎলকই,—"প্রভু, নহাক্না তৌবা থবক্‌ অসিমক্তবু ওন্না-তৈনবা ঙাক্তা। ভক্ত অমস্তুং সাধুদতা নহাক্না নাম য়েল্লি, মাহুদা নহাক্কি করি মিংচৎনো, করি লেম্‌জবনো? মখোয়দি নাম অহু লৌননবা মতম্‌ পুম্নমক্তা শেম্‌-শাহুনতা লৈবনি। জগাই, মধাইগুম্বা ফত্তবা, তম্‌থিবা মচৎ-চৎপা মীবু নাম লৌহম্বা ঙম্মবতদা নহাক্কি নগুণ থঙনগনি। অহুনা হন্দক্তি মাহু তৌরো, ইবুঙো।"

প্রভুনা হুংশিনা মোমোন্‌ মোমোন্‌ নোক্লহুনা হায়রক্‌ই,— "শ্রীপাদ, মখা অমুক্‌ তানিঙাই করি লৈত্রে; নহাক্না থৌজান্‌গী

মিৎয়েংনা য়েংবিবশিনদি কৃষ্ণনা মরাইনা পাপী অনী অসি উদ্ধার তৌজখরনি। নহাক্কি দর্শন ফংজরবা করম্বা পাতকীনা অরাম্বা খুবম্ ফংলোইদবা লৈবগে ?”

নুমিৎ খরগী মতুংগী রানি। নুমিদাংনি ঃ—নামকীর্ত্তনদা লুপ্তুনা চৎলি নিত্যাই অমসুং হরিদাস। জগাই, মাধাইগী মমাঙ্‌মক্তদা কোক্‌ হেক্‌ তারুরে। য়ু-ঙাওদুনা মমিত্তি ঙাংশং ঙাংশং ঙাংলদুনা লম্বিদা ফৈরেং তুরেং হাইরদুনা চৎলি। কৃষ্ণ-নাম হেক্‌ তাবদা ময়াই কাখরে মখোয় অনী, পাইশিল্লক্লে ভক্তশিং অদু তম্না। ঙংলদুনা লাওরকৃই,—হাই, নখোয় কনা কনানো নখোঙনা থোংনা নমং থিরিবা ? ঐখোয়বু নামকীর্ত্তন তাহন্বা লাকৃপা শারি ?

নিত্যানন্দনা থৌদোক্‌ অমা খরা হেন্না লূন্না, লুশিল্লা থোক্‌হল্লিংখ্রে। থুনা য়াঙনা হোৎচিল্লক্তুনা নিতাইনা, “ইচিন্-ইনাও অনীমক্‌, ঐখোয় কৃষ্ণনাম তাহন্‌গে লাক্লিবনি নখোয়বু। ঐখোয়দি ইশাগী খন্দ্রবা সন্ন্যাসীনি। নামগী মাধুর্য্য য়েন্বা চৎ-লিবনি।”

মাধাই মী-হাৎনিংবনা প্রোক্‌ প্রোক্‌ চাল্লক্লে। হৌজিক নাম্থোক্‌-কদবা অসিবু কদাইদনো ? লম্বি ময়াদা চফু অকায়বা মচেৎ অমা তাদুনা লৈবা উরে। মাদু তম্না থুঙ্গৎলগা তিংখত্তুনা নিত্যাই তম্না লংলক্লে।

উবদা থৱাই-শোকৃপা দৃশ্যনি। নিত্যানন্দগী মরাইবক্‌ অদু শাথিনা শোক্তুনা ঈনা ওরোরো শিন্থরক্লে। খজিক্ত ফাওবা পাখত্তনা অশোক্‌পা অদু মখুৎনা নম্লগা নিতাইচাঁদনা মোমোন

মোমোন্ নোক্তুনা মুংশিরবা মিৎয়েংনা মাধাইদা অমুক্ জগাইদা অমুক্ য়েংলদুনা চপ্ লেপ্তুনা লৈরে,। পাষণ্ডী উদ্ধারগীদমক্ গৌরাঙ্গগী কৃপা ঈচেন্‌বু পুথরক্কে থন্‌থরে ভগীরথনা গঙ্গাবু তৌবগুম্। অদুনা পাম্মি মহাত্মা থোক্লিবা অৱাববু মপুং ফাহন্বা য়ারিবমখৈ ; মরক্ ময়াদা তোক্পা য়াদে থুংড্রিবা মখৈ নিংলিবা অসে।

মী য়াম্না তিল্লক্লে ; কনানা শাওনরে, কনানা কপ্পরে। চৈরক্ অদুদা চেন্‌থরে অমদি, তম্মুরে প্রভুদা,—ফত্রবা য়ুথক্পা মচিন্-মনাওনা তম্থিনা ফুদুনা মকোক্ কাইদুনা লৈহোরে য়াম্থদুনা শ্রীপাদ নিতাইদো।

হৌজিক্ ফাওবা হন্দ্রি মাধাইগী অশাওবা, মমিৎ অনী ঈমুক্ ঙাংথরে শাওখিবনা। নিত্যাইদা মুন্না য়েংলম্বদগী পাই-শিন্‌থরে অমুক্তা হন্না ফুননবা ; লোইশিল্লগে হায়বগী মতাম্নি। থম্‌থেংনা ময়াই কাথরে মাধাইদো।

তৌরিবা পুন্নমক্ অদুদা জগাই অমুক্ হৈনরক্ত্রে। থুৎ-লাই পায়দবা, তপ্‌চথরবা নিত্যাই য়ৈরগা মখোয়গী করি লেপ্বা লৈরিবা ? অদুম্না থন্‌থরে জগাইনা। মাধাইগী মমাংদা লেপ্তুনা খান্নগা, — "হাই, কন্নিনো তৌ'সারিবদুবো ! করি ফান্নদবদা লাঞ্জত্রবা বিদেশী সন্ন্যাসীবু অদুক্ শাথিনা ফুবা শারি ! মাসিদা নংগী করি তোংজরবগে ?"

মচিন্ মনাও অনী লৈরাক থমাং অদুদা শান্নিনা থৎনরক্লে চিন্দা-পাওদামদুনা। মতম্ অসিমক্তদা থুংলরে শ্রীগৌরসুন্দরসু। নিত্যানন্দগী কোক্তগী শিদুক্লিবা ঈ-মদু উবদা প্রভু শাওরনা

মৈ হোৎখরে। ঙংলদুনা হায়রক্লে,—"ঙসি শ্রীপাদগী মশাগী পবিত্র ওইরবা ঈ লৈবাক্তা তাহন্বা পাপীশিং অদু মতিক্ চপ্‌চানা লাক্লদনা করিগুম্বদা লেম্না তোক্লোই। প্রভু শাওখিবনা থক্ থক্ নিক্লক্লে।

মাদু উবদা নিত্যাই ইপা পাখৎখরে। প্রভুগী থৌজাল্ লীলা মন্নাম্দা ফোংদোক্লবা হোৎনবরা হায়বধু ঙম্না কাংখোং চাইদুনা মাঙখিবা তারে, "পাতকীশিং লাম্বিনবা অস্মুক্ চাউনা লাংখৎলক্লগা ঐমক্তা মরম্ ওইদুনা লোইনা থুগাইবা তাগদৌরেনা।"—অস্মুম্না খন্‌খরে মতিক্ চাওরবা নিতাইচাঁদ।

থুনা হোৎচিল্লক্কু্না, প্রভু, তপ্‌থৌ; মখোয় অসি মহাপাপীনি; নহাক্কি থৌজান্‌গী প্রসাদতি মখোয় অসিদনি ইহান্ হান্না পীবিগদবা। অদুগী মথক্তা ঙসি ঐ শোয়দনা শিরম্লগদবনি; মাধাইনা হাৎলগে হায়দুনা হোৎচিল্লক্‌পদা জগাইনা ঐবু কম্বিখিবনি। ঐগী অশোক্‌পা অসিদি মরাইনা ফজখিগনি। নিপা অনী অসিগী মথল্লাই অসি ঐনা ঙসি ভিক্ষা নিরগে।"

গৌরসুন্দর নিত্যাইগী মতৌ উবদা থমোই ঈপেৎ-পেৎখ্রে। জগাইনা মাগী মথল্লাইদগী হেন্না নুংশিজরবা নিত্যাইবু মাধাইগী মখুত্তগী কন্‌খিবা! অদুদি মাদি অথোইবা মরুপ্নিদনা, মাগী অশেংবা মীনিদনা! খল্ল খল্লগা পি ওরোবো শিন্থনা হায়রক্লে প্রভুনা,—"ভাই জগাই, নিত্যাইবু কন্দুনা নংনা ঐবু লৈরেদনা মমজ্ য়াওদনা। আশীর্ব্বাদ তৌরি, থৌজাল্‌গী মশক্ ওইরবা

কৃষ্ণনা নংবু চান্‌বিরসন্থু। ঙসিদগী নং প্রেম-ভক্তি ফংবা ওই-জরো।"

প্রভুনা মুংশিনা মাবু আলিঙ্গন্ তৌবিরে। করম্বা শক্তিবু য়াওরিবা প্রভুগী মিৎয়েংদা অমস্তুং শোক্‌পদা? জগাই হাই-হত্তুনা তাখরে নৈপাক্‌থক্তা প্রেমাবেশ ওইহনা।

মহাপাপী জগাইগী মরাইবক্ ফবা উবদা ভক্তশিংগী মুঙাই-নবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। গৌরাঙ্গগী জয়ধ্বনিনা লম্‌দম্ অহু নিক্‌খরে।

মাধাইগী তম্‌থিরবা থমোইদো তৌনরিবা অসি উবদা মওং অমা ওন্‌খরে; য়াম্না ইরাং-লাংখৎলক্লে। নিমাই পণ্ডিত। কনানো নিপাসিবো? মমিৎতা স্বর্গগী শুদ্ধৎপা পুম্নমক্! মচিন্দা থুম্নবা কৃষ্ণনাম! মুংশিবগী মিত্রংগী লাংদা মী পুম্নমক্ থুরি। শোক্‌পতদা মহাপাপীনা তন্না সাধু ওন্বা, অহুগা প্রেমাবেশতা ব্রান্থবা! অহুদগী অমুক্ হেন্না ঙক্‌পনা নিমাইগা থবক্ তৌমিন্ন-রিবা মহাপ্রেমিক্ অবধূত অসিমস্তু! মখোয় অসিবু মীরা, নত্রগা লাইমক্লা?

অনুতাপনা চাক্লবা মাধাইগী থমোই হৌজিক্ পেৎশিন্বা হৌরক্লে। পিগী ঈচাওনা মাগী মথবাক্ থুম্‌খরে। অন্নাবা খোম্থোক্লা হন্না হন্না হায়জহুনা প্রভুগী চরন্দা মশা অহু কথোক্-চরে। মরাল্ পুম্নমক্ ঙাক্‌পিহুনা মহাকৃপুম্থু প্রভুনা কোম্বিরে।

মখোয় অনীদা প্রভুনা তাক্‌পিরক্ই, "ভাই, ঙসিদগী নখোয়না তৌখিবা পাপ পুম্নমক্কি অরুম্বা অহু ঐগী কোক্‌থক্তা

থোংগৎলো ; মুঙাইনা কৃষ্ণনাম শোন্দুনা লেল্লো। নখোয়গী নিংজবা খিবিক থুংগনি।

প্রভুগী কৃপা ফংঙৈদগী মখোয় অনী অসি পরমভাগবত ওইখি। লম্থ্ম্নচিংবা বিষয় পুম্নমক্ থাদোক্লুনা লৌখৎখি কান্থাকরঙ্গ ; অস্নুম্না ওইখি লাইরবা বৈষ্ণব। মতম পুম্নমক জপ-ধ্যান অমস্থুং বৈষ্ণব সেবাদা লেন্খি মখোয়গী পুন্সি। মখোয়না অস্নুম্না বৈষ্ণব ওইখিবা অসিদা নবদ্বীপকি মীশিংগী ঙকপগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে।

মতম্ অসিদগী হৌরদুনা স্নুতিগী গঙ্গাগী ঘাট-তা য়াম্না থল্লাই শোক্পা দৃশ্য অমা উবা ফংই। জগাই মধাই মচিন্-মনাও অনী অসিনা য়াম্না তোম্না গঙ্গাদা ইরুজবা কুম্মক্পা মী খুদিংদা খুরুম্জরি, মখুৎ লোন্নরদুনা হায়জরি,—"খঙনা নত্রগা খঙদনা নহাক্কি নফম্দা করিগুম্বা অপরাধ তৌবা লৈখর-বদি, কৃপা তৌবিদুনা ঐখোয়বু ঙাক্পিয়ু।"

গঙ্গাস্নান কুম্মক্পা মীশিংগী সেবাগীদমক্ অথোইবা ভক্ত মাধাইনা য়োৎপাক্ হেক্ পায়রদুনা হিদেন্ অমা শেমজৈ, হিদেন্ অসি ঙসি ফাওবা মাধাই-ঘাট হায়না খঙনরি।

জগাই মাধাই-অনীবু অস্নুম্না ওল্হল্লবা অসিদা নবদ্বীপ্তা বৈষ্ণব-ধর্ম্মগী প্রভাব শন্দোক্খি পাক্না চাউনা ; প্রেমভক্তিগী ধর্ম্ম অসি অস্নুম্না ওইরক্লে হেন্না হেন্না শক্তিশালী। মাইকৈ মরিদা তত্তনা তারি হরিনামগী জয়-ধ্বনি। মফম্ খুদিং শন্দোকখি খোল-করতাল-গা কোম্ননা শক্পা নাম-কীর্ত্তন।

কাজী বার-বাহক্ মতম অসিদা নবদ্বীপকি শাসকনি।

মানা হিন্দুশিংমু য়েংখিবা তৌদে; অতুবু বৈষ্ণব-কাংলুপ অসিগী চরাং-খোইরাংনবা, নিনুখোংবা অসি মতোন্দা মুঙাইত্তবা অমা ওইনা থোক্কই। মী ময়াম্ পুল্লগা ভিন্দুনা কীর্ত্তন শকপা অসিদা করি তৌরক্কদৌরিবনো হায়না অকিবম্ পোক্পগুম্ তৌই। নোংমদি মহাক্না মন্নুংদা ইন্শিন্দুনা ভক্তশিংগী খোল, করতাল থুগাই-হল্লি। অতুগা সরকারগী ওইবা হুকুম অমনা মীয়াম্ পুন্দুনা কীর্ত্তন শকপা থিংখি।

ভক্ত পুন্নমক্ য়াম্না কিনরে। কাজীগী ওং-নৈবদগী মমৈদা ধর্ম্ম, লম্ছুম্, থরাই, ইজ্জৎ পুন্নমক্ মাঙবা তারব্রা? গৌরাঙ্গদা হঙ্গৎলুরে,—"প্রভু, কাজীগী মীশিংনা লৈরক্-খুল্লক্তা কোইচৎ-চত্তুনা কীর্ত্তন থুগাইরে। ঐখোয়বু করি তৌজৌ হায়বগে? নবদ্বীপ ধাম অসি থাদোক্কুনা চৎপা তারব্রা?

প্রভু শাউবনা রুদ্রমূর্ত্তি লৌখরে। নিত্যানন্দ কৌরগা তাকপিরক্ই,—"শ্রীপাদ, ঙসিমক্ নবদ্বীপকি লৈরক-খুল্লক্ থুংনা নগর-কীর্ত্তন চৎকদবনি হায়না শিন্থুংনা লাওথোক্হন্নিয়ু। ঙসি য়েংনবা তারি, কনানা হরিনাম-দা অপন্বা পীবা ঙম্বগে হায়বদো।"

প্রভুগী য়াথং তাবদা ভক্ত পুন্নমক্ মথুম্মরাং হৌনখরে। হৌজিক্ য়াথং অসি ফংলবদা কনানা কাজীবু কিবিগনি? ভক্ত পুন্নমক্ হরিনামগী মর্য্যাদা ঙাক্লনবা চপয়ুংনা অমত্তা ওইনা পুন্শিন্নখরে।

মিত্রং-গুম্বা প্রভুগী য়াথং, অদুগা নিত্যানন্দগী অঙকপা ফংবা শেম্গৎ-শাগৎপা—শক্তি-অনী অসিনা শেমখরে অকিবা ঋংনা য়ামখরবা ভক্তগী তেঙ্গোল্। নবদ্বীপ অপুম্বা মুপী-অঙাং

অহল্ খাক্তনা লোইনা ঙাওনখরে, শেম্-শাথরে ধর্ম্মগী আন্দোলন-অসিদা। দৈবীশক্তি অমনা হোইদুনা পুবগুম্ তৌখরে। মসিবু থিঙ্গদবা কনাগী মতিক্ লৈবগে?

খোল, করতাল, মোইবুং, কাংশি, ফিরাল্ পুরদুনা মী কালুপ, কাংলুপ তিল্লরে শ্রীবাসগী ময়ুম্দা। মথুত্তা মৈরা অমমম্; মরাইবক্তা চন্দন অমসুং মঙকৃশমদা নিংথিজরবা লৈগী পরেং, পুক্লিং হুরবা ফিজেৎ,—য়েংবদা অঙক্পা ফংখরে ময়াম্ অদো।

ঙসিগী থমোই-ঈরাং হৌনরিবা অসি মুপীশিংদসু ফাওখরে। থোঙ্গান্ খুদিংদা লফু পাম্বি অমসুং মঙ্গল-ঘট, অদুগা থাওমৈ পরেং পরেংনি। অসিগুম্বা অঙক্পা দৃশ্য থোকৃখিদ্রি, থোক্লক্লরোই। নবদ্বীপ ধামগী উথিদ্রিবা শক্‌ফম্নি। পুন্নমক্ অসি থোক্ল-নবগী শক্তিগী ঈফুংনা নাম প্রেম অমসুং প্রভুগী লেংফদ্রবা চিংশিন্নবা শক্তি ওইরিবা মহাক্কি মাধুর্য্য-মূর্ত্তি।

ইন্বিদ্রে শাসন কর্ত্তাগী হুকুম, অদুবু আইন থুগাইবশিংগী পুক্লিংদা লৈতে অশাওবা, পায়দে মথুত্তা খুৎলাইসু। অসুম্না হাইগৎখরে বিদ্রোহগী ফিরান্ শ্রীগৌরহরিনা ইনৌ-নৌবা মওংদা। মাসিদা লৈতে শয়েং পাম্বোম্ ঙাম্নবা, য়াওদে শাওনবগী থেঙ্গাইনবা, অমদি পুক্লিং শাওগৎপা,—মীওইবনা ঙম্নদ্রবা প্রেম-নাট্যগী অনৌবা দৃশ্য অমা হাংদোকৃপনি। হান্নবা অদুম্ ওই-জরি মীওইবগী পুক্লিং হুবা, জগৎ শুম্হৎপা শকৃফম্। অদুগী মথক্তা ঙসিদি প্রভুনা থোন্খরে রঙ্গীয়াগী ফিজেৎ জগোই শাগ-দবা, লীলা য়াওগদবা মীশকুম্। ভক্ত কবি বৃন্দাবন দাসগী চাংদম্লিংঙাই লৈতবা তুলিকানা মী পুন্নমকি পুক্লিং শুম্হৎনবা ওইবা

হুমিং অসিগী প্রভুগী শকৃকম্বু য়েক্লি ময়েক্ লানা :—

জ্যোতির্ম্ময় সনা-মূর্ত্তি বেদগী সারনি।
চন্দম্না লৈতেংবা চন্দ্রগী মওং মাম্বনি।।
ঙাল্লি অখোয়বা শম্লাংদা মালতীগী মালা।
নোক্লি মোমোন্ মোমোন্ নক্ষাত্তুনা চন্দ্রকলা।।
লংলি চন্দন লাইবক্তা আবির বিন্দুগা।
শোল্লি 'হরি' শ্রীমুখনা পাম্বোম্ থাঙ্গৎলগা।।
খুকুউ য়ৌনা চোম্বা মালা হাইরি শ্রীঅঙ্গদা।
মিৎস্না-থম্বালগী ঈরানা শিন্থরি অঙ্গদা।।
সনা-পাম্বোম্ অনী সনা য়ুম্বি অনীগুম্বি।
তুজুংবগী নিংথিজবা সনাগী কদম্নি।।
মচু-ফজবা চিম্বাম্লি ফজবা য়া-তা নি।
নাকোং মরুদা নিংথিরি পিশুমগী মমৈনা।
শামুয়াইশ ঙমজৈ লেংবান্, অফম্বা থবাক্লি।
ঙাল্লি'হৃদা ঙৌরবা লুগুণ য়াম্না পিক্না।।

কনানা হায়গনি ঙসি প্রভুনা কুম্লি অচৌবা শয়েং-পাম্বোম্ ঙান্নবা থবক্তা লাকৃশিন্নবা বাদশাহগী মহুৎশিন্বা কাজীবু? য়েংবদা মাল্লি লেঙলিবোই থমোই-শুম্কৎপা প্রেমগী অভিসার।

মীগী সমুদ্র অসি থুংলরে হৌজিক কাজীগী ময়ুম্ মমাংদা। নবদ্বীপকি ব্রাদি থাপ্পা থমখরো, ভারতকি ইতিহাসদা, করি-ঙম্বদা তিন্‌খিদ্রি অম্মুক্ য়াম্বা মীগী মপৈ রাজবিদ্রোহী অহিংস অভিযান অমদা। হৌজিক কাজী মাঙখরে কিখিবনা।

কিদনবা থাজহন্দুনা কৌহল্লুরে কাজীবু। প্রভুগী জগৎ

শুদ্ধাৎনবগী মশক ওইবা শক্ অদু হেক্ উবদা কাজী অদু জ্ঞান মাঙনা শুদ্ধাৎখরে। ঙকৃপা, কিবা অমসুং হায়ফম্ খঙদবা চিং-শিন্বগী শক্তি অমনা মহাক্পূ ক্রক্ ক্রক্ চিংশিন্‌খিবগুম্ তৌবা,—পুন্নমক্ অসিনা মশা অদু লৈফম্-লাক্‌কম্ খঙখিদ্রে কাজী অদো। মানা খঙ্গখি,—মহাক্ অসিবু মর্ত্তগী জীব-রা নত্রগা স্বর্গগী দূত-লা?

তপ্না, ইংনা-হায়জবগী শুরদা গৌরাঙ্গনা তাক্‌পিরক্‌ই কাজীদা,—"ঐনদি নংগা উন্নগনি হায়তুনা চেল্লক্লি অদুগা নংনা কদাইদা মাঙ্‌রিবা? মাসিবু হৌনবা মচৎলনে?"

ইচম্ চম্বা য়াহৈ অনী মরিতনি। অদুবু মাদুদা করি য়াওবা? করম্বা অমৃতগা তোৎনদুনা ঙাংথোক্লক্‌পনা, করম্বা মিত্রংগী মন্ত্রবু য়ান্‌শিন্‌খিবননো খঙদ্রে,—কাজী অদু ইপেৎ-পেৎখরে।

কাজীনা অশুম্না খুম্‌জরক্‌ই,—নংনদি শাওরে, অদুগা কদাই-দগী মীগী মহাসমুদ্র অমা পুদুনা লাক্লে। মাসিদবু কিরোই-দৌবা মী লৈব্রা? অদুনা লোৎপনিদনা! হৌজিক্ নহাক্ শাওদে হায়না তাক্লরে; অদুনা লাক্‌ইবসিনিদনা। অদুগা নংদি অঙাংনি, খঙইরোই নংগা ঐগসে মরিদা য়াম্না নক্লরিবনি। নহাক্কি নপুবোক্ নীলাম্বর ঐগীদি খুরা থোক্‌ই; অদুগা নহাক্ অসি অমরোম্‌দদি ইচন্‌গী মচানি। নংনা শাওরে হায়রবদি ঐনা নংগী নমাই খজিক্কুম্ য়েংফম্ থোক্‌ই। ফরে, কান্নদে,—হৌখরবা য়ানি। নংনা করি পান্নিবা? ঐবু করি তৌহন্নিংবগে?'

অঙক্‌পনি প্রভুগী শক্তি। ইচম্-চম্বা অথুম্বা য়াহৈ অনী মরিতনি;

অদুবু কাজীবু পুন্খরে মতম্ কুইনগী প্রেমগী থৌরিনা।

গৌরসুন্দরনা অমুক্তা ভাক্পিরক্ই, "ঐভোন্দা নহাক্না চান্-বিদুনা দান অমত্তদি পীনবিয়ু। নবদ্বীপ অসিদা কনা অমত্তনা সংকীর্ত্তন শক্পদা অপন্বা পীদনবা নহাক্না হুকুম্ অম থোক্-পিয়ু।'

মন্ত্রনা শুদ্ধাৎখরবা মীগুম্ কাজীনা হায়রক্ই,— "ঐনা রাশক্লিবা অসিনি, ঐগী শাগৈগী কনাগুম্বা অমত্তনা নহাক্কি কীর্ত্তনগী করিগুম্বা অপন্বা, অথিংবা অমত্তা তৌররোই।"

প্রেমগী শক্তিনা কাজীবু লাক্শিল্লগা মাগী মীশিংগা লোয়ননা প্রভুনা হল্লক্লে। মাইকৈ মরি ইনিম্লিন্না লাওখরে জয় জয়-কার।

হিন্দুশিংনা অপন্বা লৈতনা মখোয়গী ধর্ম্ম চচ্চবা অসি মুসলমান শাসন কর্ত্তাবু নম্তুনা য়াহল্লবা অসিদা নবদ্বীপ্তগী হেন্দোক্তুনা বাঙ্গালা দেশ অদুগা ভারতকি মফম্ খরদস্তু গৌর-সুন্দরগী মতিক্ মগুণগী রা অসি শন্দোক্খি। থুনা লৌনখি মহাক্পু জীব উদ্ধার তৌননবা লেংবিরক্পা মহামানব ওইনা।

প্রেমগী ঠাকুর শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলা অসিদি ইনৌ-নৌবা মওংগীনি। মহাক্কি মিংয়েন্দগী শিন্থরি স্বর্গগী অমৃত-ঈচেন্; মহাক্না শোক্পনা ওইরি মী অমবু পুমওন্-ওন্নবগী মিত্রং। মনাক্তবু নক্লুরবদা অনৌবা মীশক্ অমদা ওন্দুনা মশামক্ পুম্নক্কৎ কখোক্তনা লৈবা ঙম্লদে।

মহাক্কি মতম্গী পদকর্ত্তা বাসুদেব ঘোষনা মশামক্না উহৌবা প্রভুনা শান্নবা অলৌকিক লীলাগী মরমদা ইরিবম্মি অসুম্না ঃ—

ঐগী পরশমণিগা চাংদম্নি করিগা।
পরশমণিগী গুন্না জগৎকি জীববু
শাহল্লি, শকৃহল্লি, ওম্হোকই লোয়ন সনা॥

মুতিগী তৌবা অদুগুম্বা নুমিৎ অসিদদু শ্রীবাসকিদা নাম-কীর্ত্তন চখরি। শ্রীবাসকি মচানিপা অঙাং অমা য়াম্না কন্না নারম্মি। ইমুংদা কপ্পরকৃপা তাবদা শ্রীবাস পণ্ডিতনা ইমুংদা লেংশিন্থরে। অঙাং অদু শিরম্মে মচানিপা শিবা অদুদা খজিক্তা পাখৎপা তৌদনা মহাবৈষ্ণব অসিনা প্রভুগী নাম্-শোম্বা অদু কায়গনি খম্বনা নুপী-অঙাং কপ্-লাউবা তৌদনবা খাম্জিল্লে।

মহাক্না নুপীশিংগী কপ্পরিবা অদু খাম্নবা হায়রকৃই,—"তাও, প্রভুমক্কি খনাওদগী নাম-শোম্বগী ইশৈ তান-তানা ইচা অসিনা শিখিবনি; মাসিদি মহাক্কি থোইদোক্না মরাইবক্ ফবনি। অদুদা নখোয়না কপ্-লাওদুনা তৌরবদি প্রভুগী কীর্ত্তন কায়রনি, অদুম্ তৌরবদি ঐদি গঙ্গাদা চোংথদুনা হেক্তা থন্নাই থাদোক্কনি। হৌজিক্ তুমিন্না লৈগদবনি, কপ্পা তারগম্মু মতুংদা কপ্কদবনি।"

কীর্ত্তন য়াওরিবা কাংবুদু করিমত্তা খঙনখিদ্রে। শ্রীবাস-সু মপান্দা লেংথোক্নুনা কীর্ত্তন অদু য়াওররে। ভক্তশিং অদুদা প্রভুনা হায়রকৃই,—"করিনো ঙসি অসিবু ঐগী পুক্নিং অসি ইরাং-লাংইদা? অস্নুন্না রস-কায়বগী করি ময়ম্ লৈবগে? শ্রীবাসকি য়ুম্ অসিদা খুদোং থিবা অমা শোয়দনা থোক্পা তারে। নখোয় করিমত্তা থুপ্পা তৌদনা ঐঙোন্দা হায়যু।"

হৌজিক্তি থুপ্পা য়াদ্রে। পণ্ডিত অসিগী ইমুং মমুংগী মী পুম্নমক্ মচানিপা অমা শিরদুনা য়াম্না রাম্নরবনি; অদুদা প্রভুগী

কীর্ত্তনানন্দ কায়গনি ব্রাজবনা শ্রীবাসনা কনা খঙহন্দনা থুপ্তুনা থম্বনি হায়না প্রভুদা হঙ্গচৈ।

প্রভু হৌজিক প্রেমগী ধারা শিন্থরক্লে। কপ্না-কপ্না হায়রক্ই—"কৃষ্ণনা ঐবু ওন্থোক্লা চান্বিদা! মাগী থৌজান্দগী ফংজরি শ্রীবাসগুম্বা অতাঙবা মীবু ঐগী ওইনা। ঐগী মরম্গী দমক্ নখোয়গী করি লৈতে থাদোক্পা ঙম্মোইদৌবা ওইজবা করিগুম্বদা ইপুন্সি ঙম্মোই হিংজবা নখোয় অসি য়াওদনা।"

প্রভুনা লেঙশিন্খরে ইফিং-ফিংনা শিরিবা অঙাং অদুগী মনাক্ তম্লা। শ্রীবাসকি ইমুং মন্নুং মালিনী দেবী অমস্তুং ইমুংগী মী অতৈদো লোন্না লোন্না কপ্নহনা লৈরম্লে। থৌজান্না প্রভুগী থম্মোই ইপেৎ পেৎখরে মাদু উবদা। ময়াম্ অসিবু থেম্জিন্নবা হায়দুনা উথোক্লক্লে প্রভুনা অঙক্পা মীরম্লেন্গী নত্তবা লীলা মওং অমবু।

শিরিবা অঙাং য়েংলদুনা প্রভুনা,— "নপা, নমা অমস্তুং মরিমতানা কয়া ব্রানরবা। হায়য়ুদনা ইবুঙো, করিগী নংনা চৎলিবনো হায়বদুস্তু।"

হিঙ্গৎলক্লে তম্না অঙাং অদু পুম্ঙক্ ঙক্হন্না ময়াম্-পুম্ববু। মমিৎ পাংথোক্তুনা পীজরক্লে পাউখুম্,—"অসুক্ কুইবা অসি, প্রভু, শ্রীবাস পণ্ডিতকি মচা ওইনা নহান্-মুক্কি মপোক্কি কর্ম্মফল চাজরক্পনি। হৌজিক মাদু লোইজরে; অদুগা লোইন-লোইননা চচ্চরিবা অসিনি অতোপ্পা মফম্ অমদা, কনাগসু করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈজদ্রে। নহাক্ অমসুং তুং-ইল্লিবা নহাক্কা নক্লবা মীশিং অসিবু ঐনা খুরুম্জরি। অদুদি বিদায় লৌজরগে অরোইবা ওইনা।" অঙাং অদু তম্না অমুক্কা শিরে।

শিবা অমসুং চংবা অনী অসিগী খেন্নবা লৈতে হায়বা অসি তাক্লনবা প্রভুনা অঙকৃপা মওংগী লীলা অসিবু ফোংদোকৃখি। শ্রীবাসগী ইমুংগী মীশিংগী অৱাববু অস্থুম্না কোকৃহন্‌বিখি প্রভুনা। পণ্ডিতকি নুপী মালিনী দেবী য়েংলহনা "ইমা, ঈশ্বরগী খুৎশিল্ মতুংইন্না চৎখরেদো নখোয়গী নগা অমা। অদুবু ইমা, ঐগা নিত্যাইনন্দগা নচা অনীদি লৈরিদনা। মাসি খন্বিদুনা নখোয়গী অৱা-অনা কাউননবা হোৎনবা য়ারোইদ্রা?"

প্রভু মশামক্ য়াওনা অঙাং অসিগী সৎকার তৌখিরম্মি।

প্রভুনা গয়াদগী লেংলকৃপা অসি চহী অমবু ফাবাল্রি। মাসিগী মনুংদা শেম্‌গৎখরে অকিবা ফংনা চাউরবা বৈষ্ণব-কাংলুপ্ অমা। হৌজিক্তি ওইখরে মহাক্না ভক্তশিংগী অথোইবা লন্, হিংলিভৈগীসু, শিরগসু অমত্তা ঙাইবা প্রভু।

প্রেমধর্ম্মগী ঈচেল চেহ্লন্‌বা হৌবদা মঙাইরি, অদুবু প্রভুনা পাম্বদি ঈচেল্ অসি মী খুদিংগী থমোইদা চেহ্লন্‌বনি। অদুনা শ্রীবাসগী ময়ুম্‌দা মশাগী ওইবা মনুংগী মী খরগতা প্রেমগী লীলাদা তাউদুনা লৈবনদি প্রভুগী নিংবা থুংলোইদৌরি। অদুগা নবদ্বীপ-কুম্বা অপিকৃপা লমদম্‌দা মমল্ নাইদ্রবা প্রেমধন অসি য়েল্লগা তোকৃপনদি প্রভুনা করম্না পেন্‌গনি?

বিশ্ব মানবকি মঙ্গলগী দমক্ মহাক্কি প্রেমভক্তিগী ঈচেল্ অসি জগৎ শীন্বথুংনা চেহ্লন্নিংই। অদুদা য়ুম্ থাদোক্তনদি, নবদ্বীপ থাদোক্তনদি হেন্না পাক্-চাউবা কর্ম্মক্ষেত্রদা মহাক্না করম্না চোংথগনি?

অচৌবা ৱাকম্ অমস্থু লৈরি। গৌরাঙ্গ মশানা সংসারীনি।

মমাগী মুংশিবা, তনৌ-তনৌবী মতুগী প্রেম, অদুগা ভক্ত শিষ্য-শিংগী চংজরক্পগী বন্ধন,—ময়াম্ অসিনা মহাকপু মাইকৈ মন্নিদা কোয়শিন্দুনা লৈরি। পুল্লিবা ময়াম্ অসিদগী নাম্থোক্ত্রিবামথৈদি মীনা করম্না তাবিগনি মাগী মন্না? সংসার থাদোক্তনদি মীনা মাবু কৌগনি মায়ানা পুন্বা জীব হায়না। অদুনা লেপ্‌খরে প্রভুনা সন্ন্যাস থীন্দনা লৌরগে। কাটোয়াগী সন্ন্যাসী কেশব ভারতীবু বরিরগে লেপ্‌খরে দীক্ষাগুরু ওইনা।

পুক্লিংগী ব্রাফম্ অসি ফোংদোক্লে নিত্যানন্দনচিংবা প্রভুগী নক্লবা মন্নুংগী মীওইশিংদা। অদুগা হঙ্গৎলুরে মমা-ইবেম্মা শচী দেবীগী চরন্দা। চাক্লবা পাও অসি তাবদা আতিয়া কিন্থরক্‌ুনা নম্বগুম্না থোক্খরে ময়াম্ অদুদা।

হায়জবা, কপ্পা অমদি মিৎকি পি, পুম্নমক্ অসিনা গৌরাঙ্গনা তৌরগে হায়না চপ্-য়ুংনা থল্লিবা অসিদগী খজিক্ত ফাওবা খোংফম্ লেংহন্বা ভস্বগী ব্রা লৈত্রি। তথোৎ-তথোৎপা লৈদগী হেন্না থোৎপা পুক্চেন্নি; অদুগা অমুক্শু বজ্রদগী হেন্না কন্‌খি পুক্চেন্দো। থবক্কি মতাংনা য়াদবনা বজ্রদগী হেন্না কন্‌শিন্‌খরে প্রভুগী থমোই।

ব্রাক্চিংগী পান্‌থৎলক্পা মতম্নি। অহিং নোংয়াইগী মতমদা গৌরসুন্দর লেংথোক্লক্লে মপান্দা থাদোক্তুনা ময়ুম্‌দো পুন্সি অদু-মগীদমক্; মতুংলোম্‌দা তাদুনা লৈহৌরে মমা-ইবেম্মাগী থমোই শোক্পা তেংথাখোল্ শক্হেল্লবী, তনৌ-তনৌবী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মথবাক্ শেগাইনা হোন্দোক্লক্পা নুংশাস্বর অমসুং ভক্তশিংগী মিকপ-মিরাওখোল্। চেন্‌খরে প্রভুনা কাটোয়াগী লম্বী তুং-ইন্না।

কেশব ভারতীগী ময়ুম্ য়োরবা মতুংদা অথোইবা ভক্ত নিত্যানন্দ, গদাধর, মুকুন্দ, মুরারিনচিংবা লোইনা থুংলরে মফম্ অতুদা।

লু-কোক্পনচিংবা হৌনবী পুম্বা লোইরত্বনা থোন্খরে প্রভুনা কৌপীন, বহির্ব্বাস, অতুগা লৌখরে সন্ন্যাসকি দীক্ষা-মন্ত্র। অনৌবা সন্ন্যাসীগী মিং থোন্খরে —শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।

প্রভুগী বয়সতি ওইরে চহি কুনমরি মতম্ অসিদা।

নীলমাধবকি বাশরী খোঞ্জেল থুংলরে, য়ৈররে প্রভুগী থমোই লৈখাদা ; চেন্খরে নীলাচল তম্না থাদোক্লম্তুনা কাটোয়া। প্রভুগী ওইরিবা ফিবম্দি খাইনা-মৈচাক্লা চাক্লবী, অঙাওবীগী পান্দম্গুম্লবী ইবেম্মা রাধাগী মওংনি।

নবদ্বীপকি শ্রীবাসকি ময়ুম্না ওইদ্রে অমুক্ মহাক্কি লীলা শান্নফম্,—ওইখরে হৌজিক্ দারুব্রহ্ম শ্রীজগন্নাথকি মহাধাম্-না প্রভুগী রঙ্গমঞ্চ।

লম্বিদা হুমিৎ তরানিদং পন্থি প্রভুনা শান্তিপুরদা অদ্বৈতাচার্য্যগী শঙ্গাইদা। পাও ফংবগা লেংলক্লে শচী-দেবী অমদি ভক্ত অপূম্বা। অতুদগী ময়াম্ পুম্নমক্কী বিদায় লৌরগা লেংলক্লে উড়িষ্যাগী লম্বিদা।

ভাব-বিহ্বল ওইতুনা চেম্না চেম্না লেঙলি প্রভুনা। থৌগল্লি নিত্যাই-নচিংবা অথোইবা ভক্ত মরিনা। প্রভুদি পুম্থাও-থাওখরে মম্নিৎকি মণি নীলমাধবকি দর্শন ফংনিংবনা।

খুদোং-থিরবা শাংলবা লম্বেল্ লাম্থোক্লক্কুনা পুরীধাম নক্শিল্লক্লে ; উরক্লে শ্রীজগন্নাথগী মন্দির মতোন্। প্রেমদা

ঙাওখরদুনা প্রভুনা মশাগী অরাবা চোক্থবা খন্বা তৌদনা চেন্না চেন্না লেঙবা হৌরক্লে। কনানা ঙমগনি প্রভুগী তুংইন্বা? সঙ্গী অপুন্বা ঙম্না শোথহৌরে ফনা য়াম্না।

মন্দিরদা হেক্ লেঙশিন্বগা মহাভাবতা তাউখরে প্রভুদি। মতম্ কুইনগী নিংজরক্পা অমত্তা ওইরবা পুন্সি লন্না মাঙদা ঙাম্হোইরি। উনা শাবা প্রতিক নত্তে, গোলকপতি মদনমোহনগী চিন্ময়নি, অথোইবা রসনা ঙাল্লবা রূপ-নি। বিশ্ব সংসারগী নিংথিজবা, অথুম্বা পুন্নমক্ খোম্জীন্দুনা শাবনি বিগ্রহ অসিদি।

শক্লাইদবনা শক্লাইবা, সচ্চিদানন্দ-না মাসিদা ওইররি মূর্ত্তি-পাম্বা! পরম প্রভুনা মাসিদা ওইররি মূর্ত্তিপান্না ফোংদোক্-পিবা, শান্নবিরি লীলা মতম্ কুইনগীদমক্।

প্রেম্না ঙাওখিদুনা প্রভুনা লাওরক্লে মন্দির অদুমক্ হেক্ নিক্পমখৈ। তন্না মপাম্হোংগী জ্ঞান মাঙখরে; পাম্বোম্ অনী থাঙ্গত্তুনা বিগ্রহবু চেজেৎনা কোল্লগে হায়না লেঙশিল্লক্লে প্রভুনা।

পাণ্ডা অমম্মুং সেবা চৎলিবা মীশিং অদু ইরাং-লাংনরক্লে, শাওনবস্থু কোঞ্জাইনি। লম্হেন্বা সন্ন্যাসী নহা অসিগী থৌনা-শিদে!—বিগ্রহমক্পু হেক শোক্কদবগী হোৎচিল্লক্পা! ময়াম্ অদু হৌরদুনা থৎখরে মমাংদা লেপ্তুনা প্রভুগী। জ্ঞান মাঙনা লৈপাক্তা তুখরে প্রভুনা। মীয়াম্ অদুনা কোয়শিন্দুনা লৈখরে প্রভুবু য়াম্না লাও-খোংলদুনা।

পণ্ডিত অথোইবা বাসুদেব সার্ব্বভৌম মতম্ অসিদা শ্রীজ-গন্নাথ খুরুম্বা লাক্লম্ই। সন্ন্যাসী নহা অসিনা তৌরিবা, অমদি পাণ্ডাশিংনা লাও-খোংনরিবা—থৌওং অসি তুমিন্না য়েংদুনা

লৈজরম্মি। মীয়াম্ অতু হাইদোক্তনা মাওদা চংলক্লে পণ্ডিতবর।

পুরীদা প্রতাপ চাওবা সার্ব্বভৌমনি। উৎকলগী নিংথৌ প্রতাপ-রুদ্রনা নবদ্বীপতগী পুরক্তনা পুরীদা লৈহল্লিবনি; গুরু-মক্কা মান্ননা ইকাই-খুম্নৈ মহাকপু। ভারত অপুম্বগী নৈয়ায়িক্ অমসুং বৈদান্তিক সমাজদা মপান্-নাইদবা মিং চৎলি মহাক্কি। আচার্য্য, সন্ন্যাসী, ছাত্র কাংলুপ, কাংলুপ্পি,—লাক্লরি শাস্ত্র তম্ননবা মঙোন্দা। উরিষ্যাদা ধর্ম্মগী মরিদা করিগুম্বা অমত্তং হেক্ য়েৎ-নরকপদা মহাক্কি সিদ্ধান্ততনা অরোইবনি। নিংথৌ অমসুং প্রজা চপ্ মান্ননা ইকাই-খুম্নৈ মহাকপু।

মহাকপু উবদা ময়াম্ পুন্নমক্ অতু লোইনা থৈদোক্তনা লৈনখরে। অতুদগী সন্ন্যাসী নহা অসিনা ওইরিবা ফিবম্; থোইদোক্লা মহাক্কি জগৎ শুস্নৎনবা ওইবা শক্‌ফম্ অতু হেক্ উবদা পণ্ডিত অসি ইঙক্-ঙক্‌খরে। অতুগী মথক্তা মীওইবা মরক্তা পংনা থোক্‌পা হৌনদ্রবা অঙকপা ফংবা প্রেম বিহ্বলতা।

পণ্ডিত অসিগী থমোই অসি ইপেৎ পেৎখরে। মী খরা নেক্তনা সন্ন্যাসী অসিবু মহাক্কি ময়ুম্ তান্না পুহন্দুনা মশামক্তা লাক্‌মিন্নরে।

ঙাইহাক্তং লৈরগা প্রভুগী লাক্‌মিন্নবা সঙ্গীশিং অতুসু থুংলরে। মহাক্ অসি নবদ্বীপতগী লাক্‌পনি তাবদা পণ্ডিতনা মরমগী মীনি খঙবদা য়ান্না নুঙাইরে। বাসুদেব সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী লাক্‌মিন্নবশিং অসিনা প্রভুদা থোইদোক্লা ভক্তি শ্রদ্ধা উৎলিবা অসিসু খঙজিল্লে।

প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান লাক্লবা মতম্দা সার্ব্বভৌমনা হায়রকই,—

'য়েংউ নংগুম্বা সন্ন্যাসী কয়া কয়ানা ঐঙোন্দগী অদ্বৈত-বেদান্ত তম্মৈ। অদুগা থাঙ্গে শেংবা সন্ন্যাসী ওইগে হায়য়বদি বেদান্ত-তত্ত্ব হৈগদবনি, নং মাসি খক্ কাউগন্নু। ঙসিদগী নহাক্ স্মুতিগী ঐনা বেদ-বেদান্ত ব্যাখ্যা তৌবসি তাও। করি হায়-বগে? মাসিদা নংগী য়াম্না কান্নজগনি।"

শ্রীচৈতন্য খুমজরক্ই নোল্লুক্না, "আচার্য্যবর, নহাক্কি পণ্ডিত-শিংগী কোক্থক্কি লৈতেংনি, মহাজ্ঞানী অমনি। ঐ অসি নহাক্কি নফম্‌দদি অঙাং মচা অমাগুম্বনি। ঐগী ফননবা তাক্-পিবা অদুতা ইপ্পগনি। নহাক্কি নফম্‌দা ইশা অসি কথোক্-চয়বনি।

বেদান্ত তম্বিবা হৌরে সার্ব্বভৌমনা স্মুতিগী লুর-লুরবা ব্যাখ্যা কয়া তৌরি; অদুগা তারি প্রভুনা পুক্লিং চংনা। অসুম্বা চথরি তুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা; পণ্ডিতনা পংতাক্তা তাক্লি, প্রভুনা তাবদগী হেন্দে, নোংমতা ব্রাহং অমা ক্বাওবা হংলুবা তৌদে; খণ্ডলেম্মু হায়দে, খংদেস্মু তাক্‌পিদে; তুমিন্না তাবতনি প্রভুনা তৌম্লিবা। বাসুদেব পণ্ডিত চিংনবা অমা পোক্লে, সন্ন্যাসী নহামচা অসিনা করিমত্তা খণ্ডনমাল্লে হায়না অদুগা খল্লি অমুক্ লুবা ব্যাখ্যাশিং অসিবু মহামচা অসিনা কদাইদগী করিবু খণ্ড-নমগবনো।

তাক্‌পিরক্লে পণ্ডিতনা,—"স্মুতিগী ঐনা অরুবা শাস্ত্রতত্ত্ব তাক্লি, অদুগা নংদি তাবদগী হেন্দে; করিনো, নোংমতম্মু নচিন্দগী ব্রা অমত্তস্ কাংথোক্লক্উদনা। ঐগী ব্যাখ্যাশিং অসিবু মরেক্ শেংনা খণ্ডন্দনা? নঙোন্দগী ব্রা অমত্তদি তাবা ফৈদনা, নত্রা?"

নোল্লুক্লা হায়জরকৃই চৈতন্যনা,— "আচার্য্যবর, নহাক্লা তাকৃপি অদ্বৈত তত্ত্ব তাবা মথৌনি সন্ন্যাসী অমগী। নহাক্কি য়াথংবু কোকৃথক্তা হাপচরি, অতুনা তাজরি নহাক্কি ব্যাখ্যা তুমিন্না অতুবু নহাক্লা করি তাক্লিবা ঐদি খঙজদে করিমত্তা ; হেঞ্জদে চুন্না তাজবদগী।"

সার্ব্বভৌম য়াম্না হেক্তা মশাওখরে। চীংলেম্না হায়রকৃই,— "করিনো নংনা ঙাংলিবতুবো? খঙদ্রগা খঙদে হায়বদি করি তৌই? ঐঙোন্দা হংবা য়াদ্রা? ঐদি নহাক্ খঙিমান্নে খল্লুই ; তুমিন্না লৈরগবু খঙই খঙদে হায়বদো ঐনা করম্না খঙগনি?"

প্রভুনা ইংনা, তপ্না, চীংলেম্না হায়রক্ই,— "তাবিয়ু অথোইবা পণ্ডিত, অচুম্বা হায়জৌ হায়রবদি, শাস্ত্রগী সূত্রগী অর্থ থোইদোক্লা লাই খঙবদা। মশাগী পোপ্ পোপ্ তাবা অর্থতু ঐঙোন্দদি থক্ থক্ হেক্তা মফাওজরক্ই। অতুদা, মায়াবাদী শঙ্করগী তুংইন্না নহাক্লা ব্যাখ্যা তোবিরি মাতুনা ওন্ন-তৈনবা অর্থমক্তা পুশিন্বিরক্লি। মশাগী তপ্-তাবা মরু ওইবা অর্থনা হুন্দোক্পিরগা তৌবিরি ভাবনা শাবা অর্থ ঙাক্তা। ভগবান্ ব্যাসদেবগী সূত্রশিংদি মশানা তপ্ তাবা অর্থ অতুম্ ফোং-দোকৃচবনি। চপ্ চাবা ভাষ্যনা কুপ্শিন্দুনা, নম্শিন্দুনা থম্বিরগা তৌবিরি নহাক্লা নশাগী ওইবা ভাবনা শাবা ভাষ্য।"

পণ্ডিত অতু শাওবনা মশা নিক্খরে। নহা অসিগী লম্ মহেন্দি। বাসুদেব সার্ব্বভৌম,—কনা খঙদবা য়াওবগে ভারত থুংনা পূজা তৌনরবা মহাপণ্ডিত! মহাক্কি ব্যাখ্যাবু নহা মচা অসিনা লাল্লি হায়না থক্ হেক্তা হায়বকো। মাহুদম্ন নত্তনা

শঙ্কর-ভাষ্য অমস্থুং পণ্ডিত মশাগী ব্যাখ্যাবু ভাবনা শাবনি হায়ত্নুনা লংথোক্‌পা !

অশাওবা পুম্নমক্ ক্ষাজিন্দুনা হায়রকৃই,— "ক্ষরে, ক্ষরে, সূত্রশিংগী চপ্‌ চাবা অর্থ হায়বদো নং অমুক্ হায়রো, তারসি।"

প্রভুনা হৌরক্লে মহাক্কি ভাষণ। দিব্যশক্তি পুম্নমক্ ফোং লাওনা ফাওরক্লে। মহাক্কি চাংদম্নিঙাই লৈতবা ব্যাখ্যা অমস্থুং বিশ্লেষণগী মন্নুংদা লিংখৎলে প্রেম ধর্ম্মগী অথোইবা; ব্রারেপ্‌খরে তত্ত্ব— শ্রীভগবাননা ওইরি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ, অদুগা মঙোন্দা লেঙদবা প্রেম লৈজবতনা ওইগনি জীবগী পঞ্চম পুরুষার্থ।

মকালাম্বা মাইথোং-থম্বাল অদু ইরং-লংখরে ঙাংথোক্লকৃপা শব্দ খুদিংমক্ জ্ঞানগী মশক্কি। ভাবকি লুশিন্‌বদা, ব্রাঙাংগী মিৎয়েং-নায়েংদা করিনো অঙকৃপা মিত্রংগী মশক্কি। অসিগুম্বা লাম্বাদি সার্ব্বভৌমনা পোক্লকৃঙৈদগী থেংনখিদ্রি। ভক্তি, শক্তি অমস্থুং জ্ঞান— অঙকৃপা ফংবা মওংদা চহী কুনমরিতা মঙাইরিবা পাখং অসিদা পুক্লপা লৈবা ! থেংনখিদ্রি মহাক্কা মাসিগী মমাঙদা করিগুম্বদা। ঙাংথোক্লকৃপা ব্রাক্ষম্ খুদিংমক্ পণ্ডিত অসিনা পাক্‌খঙবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে।

মহাপণ্ডিত বাস্থদেব মতু-মমান্ ইশোন্-শোন্থখরে। মশা কঞ্চনবগী পান্বে অমত্তা পুথোক্‌চবা ঙমখিদ্রে। ন্যায় অমস্থুং বেদান্তগী অপূম্বা থৌরীবু মখুৎ চন্দুনা লৈরিবা, দেশ অসিগী পণ্ডিত সমাজগী মকোক্‌থংবা মফম্ লৈতেংলিবা মহাপণ্ডিত সার্ব্বভৌমনি। মহাক্কুম্বা নিপাবু ঙসি সন্ন্যাসী নহা অমনা অকংবা নাপীগুম্ ফু লাওনা কাম্‌থোক্‌পা !

অঙকৃপা, অকিবা অমস্তুং শ্রদ্ধাগা লোইননা সার্ব্বভৌম য়েংজহূনা লৈবদগী হেন্খিদ্রে জ্ঞান মাঙনা। খঞ্জরকৃই,—মাসিবু মীরা, নত্রগা মীগী শকৃফম্বু লৌরহূনা ফাওরক্লিব্রা লাই অমনা? পণ্ডিত অসিগী চাওথোকৃচবা, মশাবু থাজবা পুন্নমক্ মহাপ্রেমিক সন্ন্যাসী অসিনা লোইনা থ্রক্ কংহন্খরে। বেদ-শাস্ত্রদা লাম্বা লৈত্রবা নিপা অসি ঙসিদি নহামচা অসিগী মমাংদদি অঙাং মচা অমা ওন্দুনা লৈখরে। অনৌবা ভাষ্য, অনৌবা মওংগী মমল্ মঙোন্দদি ঙসি তাজরিবা অসিনা অহান্বনি।

সূত্রগী প্রেমভক্তি ব্যাখ্যা লোইরে। প্রভুনা মুংশিবা খোম্থোক্তা,—"হে অথোইবা আচার্য্য, ভগবদ্-ভক্তিতনা মীওই-বগী অথোইবা সাধননি; অহূনা আত্মজ্ঞানী মহামুনীশিং ফাওবা মাসিগী দমক্তা লাংতক্করিবনি। শ্রীমদ্ভাগবতনা মহাসত্য অসিবু লাওথোক্লি অস্তুম্না,—

"আত্মারামাশ্চ নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরি॥

"শ্রীহরিগী মীওইবগী থমোই চিংশিন্বা অসিগুম্বা গুণ-নি মাহূনা অবিদ্যাগী (অমকৃপা) কিশি য়াওদ্রবা আত্মারাম ওইরবা মুনিশিং অহূ ফাওবা হরি মহাকৃপু পেহ্লন্নবা হায়হূনা অহৈতুকী ভক্তি কচ্চৈ মঙোন্দা।"

পণ্ডিতনা নোল্লুক্লা হায়জরকৃই,— "অথোইবা সন্ন্যাসী ফজ-খরেদা শ্লোক অসিদে! মাসিগী মমুংহুঞ্জিন্বা অর্থ ওম্থোক্লা তানিংলে নহাকৃমক্কি নচিন্দগী। থৌজাম্বিহূনা মাহূ তাকৃপিরো ঐঙোন্দা।"

প্রভুনা খঙলে, সার্ব্বভৌমগী পাণ্ডিত্যগী চাওথোকৃচবা

তুকৃথরে, মরাইচাইরে ; তৌইগুম্বস্নং পুম্মাঙ হেক্ মাঙখিবদি নত্রি। প্রভুনা মাবু লেম্না থাগেদি খন্খিদ্রে। অতুনা লৌশিং তৌনা তাকৃপিরকৃই,—"য়াম্না ফবা রানি ; অতুবু নহাক্কি চহীদস্ন জ্ঞানদস্ন ঐঙোন্দগী হেল্লিবনি ; নহাক্কি ব্যাখ্যা হান্না তৌবনা চুম্মি। ঐনা কোন্না তৌজগে।"

পণ্ডিত অসিগী মথৱাইদা অনৌবা পাঙ্গল্ অমস্নং থৌনা খরা লাক্লে। মহাক্কি পাণ্ডিত্যগী শক্তিনা শ্লোক্ অসিগী ব্যাখ্যা মথল কয়া থোক্লা তৌদুনা তাহল্লগে খল্লক্লে। মাসিনা কনানা খঙবা, মাগী মান মর্য্যাদা ঙাক্লবস্ন য়াই। লোল, ভাব অমস্নং তত্ত্বগা অর্থ মথল কয়া পুথোক্তুনা শ্লোক্ অসিগী ব্যাখ্যা মথল্ মাপল্ থোক্লা তৌরে। হৌজিক্ পণ্ডিত অসিনা খঞ্জরে,—কনানস্ন অনৌবা ব্যাখ্যা অমুক্ তৌবা ঙম্মরোই।

কয়াদা অৱাবনো। মাগী আশা অসিমস্ন শ্রীচৈতন্যনা অরেম্বদা তাহল্লে। প্রভুনা মোমোন্ নোক্তুনা,— "আচার্য্যবর, শ্লোক অসিগী অর্থ মথল্ কয়া অমস্ন থোক্লা তৌবা য়ারি ; কৃপা তৌবিদুনা অমুক্তা তাবিয়ু ; ব্যাখ্যাশিং অতু হায়জরগে।"

প্রভুনা ব্যাখ্যা তৌবা হৌরক্লে। পণ্ডিতনা মনাকোং থাংগৎতুনা থৱাই য়াওনা তারি ; খল্লকৃই—মাসিদি তাইবং মীওইবনদি ঙম্বা হৌনদে, লাইগী শক্তিতনা ঙম্‌গদবনি ; মাসিদি ভারনা ফাওবা লাম্বা ঙম্‌দে। সন্ন্যাসী নহা অসিবু লাইরা, নত্রগা মীমক্ ওইরিগদ্রা ? অস্নুম্না চিংনখরে পণ্ডিতবর।

প্রভুনা অনৌবা ব্যাখ্যা মথল্ তরানিপাল্ থোক্লা তৌরদুনা তাহল্লে। সার্ব্বভৌমগী মহৈগী চাওথোকৃচবা অসি ঙাম্না চাকৃপা

মৈরিগুম্বনি; অদুবু প্রভুনা তপ্না তপ্না খজিক্ খজিক্ ওইনা তুক্থহল্লি; মমৈদা ফু লাউনা কাম্ছুনা মুখৎখরে।

মশাগী অভিমানগী মৈরি মুৎখরে। মহাপণ্ডিত অসিগী মমিত্তা ফাওরক্লে ভক্তি প্রেমগী পিগী ঈরা। মাগী অরংবা থমোই-মিংশেন্দা ময়েক্ শেংনা তাখরে সন্ন্যাসী নহা অসিগী শক্ফম্ অদু; উবা ফংজখরে প্রভুগী মশাদা লৈরিবা ঐশীভক্তি, জ্ঞান অমসুং শক্তি; খঙখরে ভগবান মক্লি হায়না।

ভক্তিনা থুমহল্লৎলবা থমোইনা মাগী ওইখরবা সার্ব্বভৌম প্রভুগী চরণ-খাদা ৱান্থদুনা তুথখরে; মতম্ কুইনগী দমক্ কত্থোক্চরে মশাবু প্রভুগী মফম্দা। লৌজখরে শ্রীচৈতন্যবু মাগী অমত্তা ঙাইবা চংজফম্ ওইনা হিংলিদৈদসু, শিরগসু।

মতৌ অসুন্না বাসুদেব সার্ব্বভৌম মখুৎ চন্শিন্খি প্রভুনা। শক্তিধর সার্ব্বভৌমনা মশাবু পুম্কৎ-কৎথোক্পা অসিনা ওইখি প্রভুগী নীলাচল লীলাগী অচৌবা মরু ওইবা অধ্যায় অমা। মহাক্কি মাইথিবা অসিনা পুরক্খি মথুম্-মরাং হৌবা অমা ভারত শিন্থুংনা লৈরিবা বৈদান্তিকশিংগী মরক্তা। চৈতন্যগী মিংচৎ শন্দোক্খি মফম্ খুদিংদা। মহাক্না অসুন্না ওইখি ভারত-তা প্রেম-ভক্তি-ঈচেল্ পুরক্পা ভগীরথ।

নীলাচলদা থা অনী অসুন্না লেল্লে প্রভুনা। হৌজিক থল্লক্লে লেংলগে হায়না দক্ষিণাত্যদা তীর্থস্থান দর্শন তৌনবা।

সার্ব্বভৌমনা,—"প্রভু, খা-রোম্দা চৎকনি হায়বদো য়াম্না কবা ৱানি। লম্দম্ অদুদা লৈবা ৱামানন্দ ৱায়গা অমুক্তদি উন্নরকুউ। মহাক্ শূদ্রনি, অদুগা সংসারগী বিষয়দা থৱাই

য়াওশিন্বা ওইনা উগনি। অত্থু মহাক্পু থোশাদবা তৌরুগনু। মহাক্ অসি প্রেমভক্তি সাধনাগী অথোইবা মীশক্ অমনি। পৃথিবীদা মামুক্ রসজ্ঞ ভক্তদি অনী শুদ্রবনি। বৈষ্ণবনি হায়বগী-দমক্ঐনা মাবু মতম্ অমদা কয়া নোক্লরুরবনি; হৌজিক্তি নহাক্কি থোজান্দগী মহাক্পু মন্নুংথিংনা খঙজরে।

আচার্য্যনা তাক্পিবা হরাওনা য়াজরে প্রভুনা। হৌজিক লেংথোক্লক্লে তীর্থ-দর্শনগীদমক্।

কৃষ্ণনামরসতা তাউত্থনা লেঙলি প্রভুনা। ভক্তি, প্রেমগী হৌরক্ফম্, মা নত্তনা অতৈ চংজফম্ লৈতবা কৃষ্ণগী রাখন্দা ভাওরত্থনা লেঙলি প্রভুনা; তত্তনা শক্লি কীর্ত্তন,—

"রাম রাঘব রাম রাঘব রাম রাঘব রক্ষ মাম্।
কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব কৃষ্ণ কেশব পাহি মাম্॥"

নামগান, প্রেমাবেশ অমস্তুং কীর্ত্তন,— অসিগী মতেংনা প্রভুনা চিংশীল্লি থেন-থেংনবা মী পুন্নমক্পু প্রেম-ভক্তি-রসদা। কনানা কীর্ত্তন তাজবদগী, কনানা মহাক্কি দিব্যরূপ উজবদগী, কনা অমনা মরাইবক্ ফত্থনা প্রভুগা শোক্লবা ফংজবদগী প্রেমগী ঈচেন্দা তাউথনখরে। খুঙ্গং কয়াদা, সহর কয়াদা অস্থুন্না লেঙলি প্রেম-ভক্তি য়েল্ল-য়েল্লত্থনা।

মতম্দি তেল্লি, চৎকদবা লম্বীদি শাংই; য়ৌগদবা মফম্দি য়াম্না য়াম্ই। মফম্ মফম্ খুদিংদা নামগী মরু হুন্গদবনি, প্রেমগী ঈচেল্ চেহ্লন্গদবনি। থুনা ঈশ্বরনা তাক্পিবা শিন্থা পাঙথোক্পা তারি।

দক্ষিণাত্যগী লম্বীদা অস্থুন্না লেঙলি প্রভুনা মাইকৈ মরিদা

শন্দোক্তুনা প্রেমগী মিত্রং। কনাস্থ নাম্থোক্‌পা ঙম্নদ্রি মিত্রং অসিদগী। তার্কিক, শাস্ত্রজ্ঞ পণ্ডিত অমস্থং সংসারগী বিষয়দা লুপ্তুনা লৈবা ইনাক্‌খুম্বা—লোইনা চিংশিল্লি প্রভুনা; পাপী-পাষণ্ড, হুরান্‌বা অমসুং লম্‌চৎ-ফত্তবা মী কয়াস্‌ লোইনা মশা কথোক্লরি প্রভুগী চরন্দা। শৈব, শাক্ত, বৌদ্ধ অমসুং মায়া-বাদী, পুম্নমক্‌ কাংবু, কাংবু লোইনা ঙাশুনরে প্রেমরস থক্তুনা।

গোদাবরী মপান্দা বিদ্যানগরগী ঙম্‌খৈ অমদা প্রভুনা নোংমা পোত্থাহুনা লৈরি। মতম্‌ অসিদা রামানন্দরায়না দোলায় তোংহুনা তুরেন্দা ইরুজবা লাক্লি, মনাই-মশন, থৌগন্‌-লাংগন্‌ কয়াস্‌ য়াওরি।

তর্পণনচিংবা লোইরহুনা তুরেন্দগী কারক্‌পদা মানা উরুরে উখোংদা সন্ন্যাসী নহা অমবু। সন্ন্যাসীগী লাইমক্কা মান্নবা অঙক্‌পা ৎংনা নিংথিজরবা শক্‌ফম্‌ অহু হেক্‌ উবদা চংশিল্লক্লে প্রভুগী নাক্‌ তান্না, খুরুম্‌জরে নোল্লুক্কা।

মনাই-মশন্‌ অমসুং আড়ম্বর-পুম্নমক্‌ অহু উবদা প্রভুনা তন্না খঙখরে মহাক্‌ কনানো হায়বদো। নুংশিরবা খোম্থোক্লা হংনিরক্‌ই,—"নহাক্‌পু উৎকল-রাজগী মহুৎ-শিন্বা রামানন্দরায় নত্তরা ?

"মানি অহোই, ঐ তোল্লবা শূদ্র অহুনি।"

"বাসুদেব সর্ব্বাভৌমনা তাকপিরক্‌ই নহাক্কা উন্নজো হায়না। ঙসিদি ঐগী নিংবা অহু থুংজরে। নহাক্‌ অসি পরম ভাগবতনি। নশক্তা উবদা কৃষ্ণপ্রেমরসতা তাওরি ঐ অসে।"

প্রভুনা লেঙখৎলক্তুনা রামানন্দবু আলিঙ্গন তৌবিরে।

খুদক্তা রামানন্দ মশা অদু তনিক্ তনিক্লে, মতু চুংলে পিগী ধারা শিন্থরক্লে—প্রেমবিকারদা তাওখরে। মহাক্পু মবুক তপ্পা, প্রতাপ চাউবা শাসন কর্ত্তা অমনি হায়না খঙনবনি। অদুবু প্রভুগা শোক্লুবদগী স্বর্গগী ওইবা প্রেমাবেশতা পুম্ঙাও ঙাওখরে। দৃশ্য অসিবু উবদা ঙক্লরে মীয়াম্দো।

জ্ঞান তারক্লবা মতম্দা রামানন্দনা হন্না হন্না নিজরক্ই প্রভুগী কৃপাবু; "প্রভু, চাম্বিদুনা লেঙবিরক্লে তোল্লববু শেং-দোক্পিনবা, লানবিনবা; অদুগা হৌজিক্ত মুমিৎ থরদংদি পম্বিরো ননাইগীদা পীনবিয়ু নখোং থম্বান্দা চংজফম্।'

পুম্নমক্ খঙবা প্রভুনি; তন্না খঙখরে রামানন্দবু ব্রজগী মধুর-রসগী ভাণ্ডারীনি হায়বদো; অমদি মহাক অসিনা ওই-রগনি প্রভুগী অথোইবা লীলা পরিকর। চথোক্লক্পদা রাজসিক ভাবনা থল্লবস্থু, মথৌ-না ওইরবস্থু লৈবাক্ ঙাক্পা অমস্থুং কূট-নীতি মাসিগী মরুম্দা লৈরি ইরং লংনা মহাবৈষ্ণব— প্রেম-ভক্তি লম্বীগী চাংদম্নিঙাই লৈভবা মহা সাধক ওইনা।

প্রভুনা লেপ্লে পবম ভাগবত অসিগী তরানি, মঙানিদং লৈমিন্নদুনা কৃষ্ণরস উপভোগ তৌরগে হায়না। রামা রায়না শীন্খরে ভক্ত ব্রাহ্মণ অমগী ময়ুম্দা প্রভুগী লৈফম্।

মুমিৎ তরানিদং লেন্খি মফম্ অসিদা। অহিং অহিং অচিক্পদা চুংশিন্নখি অনীমক্ প্রেমরসগী ৱারি ৱাতাইদা চেন্থ-রকৃখি বৈষ্ণবকি ভজন অমস্থুং সাধ্য-সাধনগী অথুপ্পা তত্ত্ব।

নোংমদি মপু মনাই অনীমক্ কৃষ্ণকথাদা ঙাওদুনা লৈরি। প্রভুনা পাম্মি মধুররসগী ভজন তত্ত্বগী পৌরোন্ হাংদোক্হন্বা

রামা রায়বু, অদুগা মাদু শন্দোক্নিংই জীবগী কল্যাণগীদমক্।

অদুনা হংবা হৌরক্লে মথং মথং থৌগত্তুনা রামানন্দবু; অনীগী ৱাহং-পাউখুম্গী মনুংদা সাধ্য-সাধন তত্ত্ব সমুদ্র-নৈবা লাক্লরি। ফাওগৎলক্লে অমৃত প্রেম-ভক্তিগী অমাং-অতা লৈর-রোইদবা জগৎতা।

প্রভুনা,—"রামা রায়, সাধন-ভজনগী মতেংনা জীবগী অথোইবা থুবম্ ফংনিংঙাই ওইবা ৱাফম্ অদু হায়য়ু, শন্দোক্লা।"

কৃষ্ণপ্রেমগী মনুং-হুঞ্জিন্বা রস খঙবা রামানন্দনি। প্রভুনা পান্মি তত্ত্ব অসিবু মকা লান্না ময়েক্ শেংনা মহাকৃপু হায়-দোক্হন্বা। অদুনা য়াখিদ্রে রামানন্দনা মশাবু অতোপ্পা মীনি করিম্নু খঙজদবনিনচিংবা হায়জবা খিবিক্। অহান্বদা রায়না স্বধর্ম্মাচরণ হায়বদি বর্ণাশ্রম-ধর্ম্ম অদুদগী শ্রীকৃষ্ণদা কর্ম্মার্পণ, জ্ঞানমিশ্রাভক্তি মথং মথং কয়া কয়া সাধ্য-বস্তু ওইনা হায়জবদা প্রভুন ময়াখিদ্রে। প্রভুগী তকৃশিল্লকৃপা অদু খাঙবা ঙমজ-দ্রবা রামা রায় মথং মথং হায়থজরক্লে। মানা হঙ্গৎচবা, ৱাফম্দো প্রভুগী মনিং থুংবা লৈখিদ্রে। অদুনা রায়না হায়-জবা খুদিংদা প্রভুনা তাকপিরি,— "রায়, পূন্নমক্ অদুদি—মপান্গী ৱাফম্ ঙাক্তনি। অথুপ্পা তত্ত্ববু তাকৃউ হায়বনি।"

মথংদা একান্ত ভক্তি, দাস্য-সখ্য-বাৎসল্যময় ভক্তি অসি-নচিংবা সাধন মখল কয়াগী মরমদা রামা রায়না হায়রক্লে। অদুবু প্রভুগী পুক্নিংদা পেন্বা কৌবা লৈখিদ্রে। ভাবাবিষ্ট ওই-রবা প্রভুনা তাক্পিরক্ই অম্নুম্না;—"রামা রায়, মাদুদা লেপ্পা তৌগনু; মথা হায়থো, মথা চথো, খরগা হায়রথখো, খরগা,-

য়াম্না অথূপ্পা অরুবা ব্রাকমদো, তানিংবনা ঐ য়াম্না লাংতক্লরে।"

খুরমজরকই রায়না,—"প্রভু, হৌজিক ব্রাৎলিবা হায়ববু, বৈষ্ণবকি অথোইবা সাধ্য হায়ববু মধুর কান্তা প্রেম-নি।" শ্রীমদ্ভাগবত-তা হায়রিবা প্রেম-ভক্তি সাধনগী মরমদা চিদাই অমদগী অতোপ্পা চিদাই অমা ফাওবা অমত্তা চিৎথদনা রায়না থিথরক্লে। মাহু পুন্নমক লোইরবদা রায়না খঞ্জরম্বনা প্রভুনা মথা অমুক তাঝিরক্লরোই; মথা তানা মথং অমা হংবিরক্লরোই অসিনি।

অহুবু প্রভুদি মাহুদা লেপ্পগী ব্রা লৈতে। তাকপিরকই,—"রায়, সাধনাগী ওমথৈ-লৈই মাসিদা চিংগনি হায়বদো অচুম্বনি। অহুবু মাহুনদি ঐনা চপ-চানা নিংবা থুংনা পেল্লে হায়বহুদি থোক্তি। মাসিগী মথংদা অতৈ করিগুম্বা অমা লৈরবদি মাহুগী থোঙ হাংদোকউবা।"

রামানন্দ রায় ওকপগী খম থেংখরে। মাসিদগী হেন্না অথূপ্পা প্রেম সাধনাগী ব্রাদি কনা অমত্তম্ব খঙনিংবা লৈনদে। প্রভুনা ওসি নুমিত্তা চরম সাধ্য-সাধন তত্ত্ব অসি রামানন্দ মশাবু লেপহল্লনগে খন্বিখরমাল্লে হায়না রায়না খঞ্জরে। হায়জরকই,—"প্রভু, অসিগী মথং লৈরিবা হায়ববু রাধা-ভাবকী প্রেমতা মওাইরে। মাসিদি প্রেমগী পরম সার-নি, সাধ্য-শিরোমণি-নি। ব্রজেন্দ্রনন্দন কৃষ্ণগী স্বরূপনা সৎ-চিৎ-আনন্দ; অহুগা মাগী আনন্দগী শরুক অহুনা—হ্লাদিনী শক্তিগী মশক লৌরহুনা ওান্থোইরি শ্রীরাধানা। রাধাপ্রেম-না মহাভাব ওইরহুনা প্রেম সাধনাবু চিংখত্নুনা পুখৎলি খাইদগী হেন্না ব্রাংবা থাক তান্না।

কৃষ্ণরসগী রসিক, মহাসাধক রামা রায়গী মমাংদা লেওশিল্ল-হনা প্রভুনা প্রেমরস থক্পগী পেম্বা লৈখিদ্রে, খোরাংবা অহ্রু অসুম্ অসুম্ হেঙ্গৎলক্লি। শুম্নাংলবা মিৎয়েংনা য়েংলহনা প্রভুনা তাক্পিরক্ই,—"রামরায়, অসিগী মখাদা হায়নিংঙাই লৈরবদি মাহ্রু তাহন্দুনা ঐগী খোরাংবা অসি কোক্হল্লু।"

পুম্নোই লোইরবা মতুংদসু করিনো প্রভুনা তৌরক্লিবা অসিবু। রামানন্দ রায় মখা তানিংঙাই লৈজদ্রে। মানা পন্দবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরিদা লাইরিক্, শ্লোক্ লৈরক্লে। মানা খঙ-জবা অরোইবা রাফম্ সিড়ি পরেংগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্—লোইনা পন্নখরে। মশামক্না লেংজবা ইশৈগী মতেংনা রাধা-কৃষ্ণ প্রেমগী অরোইবা ঙমখৈ, অমত্তা ওইশিন্খিবা রস অহ্রু মহাক্না হাংদোক্লক্লে। স্বরূপ অমসুং শক্তিনা তোঙান্ তোঙান্বা তত্ত্ব ওইনা লৈখিদ্রবা, রাধা অমসুং কৃষ্ণনা যুগলসত্তা ওইখি-দ্রবা রাফম্ অহ্রুনি। রামারায়গী ইশৈ অসিগী মরু ওইবা রাফম্দি,— 'ন সো রমণ, ন হাম রমণী ; অসিনি। রস রাজ অমসুং মহাভাব,—অনী অসিনা অমত্তা ওইখিবা রূপ—মফম্ অহ্রুদা পুম্নমক্ অমত্তা ওইখিবা।

মতাং অসিদদি লীলা হায়বদো লৈখিদ্রে। বিষয় অমসুং আশ্রয়—গোলকপতি কৃষ্ণ অহ্রুগা রাধাগা মতাং অসিদদি অমত্তা ওইখরে। অহ্রুদি দ্বৈতগী রস চুপ্নবগী বিলাস অহ্রুদি কদাইদগী লোক্লগনি? অহ্রুনা ইশৈ অসি রামানন্দ রায়না হেক হৌ-গৎলক্পদা প্রভুনা ইফিং-ফিংনা লৈহাও-লৈরেন্ মাম্বা মখুবাক অহ্রুনা রায়গী মচিন্ অহ্রু মেন্শিন্দুনা থম্খরে।—"মাসি

হাংদোক্‌চবগা গুরু কৃপাদগী ফংই উজবা ননাইনা,— ঐগী শ্যামসুন্দরনা রথগী মমাং-থংবা শরুক্তা লেংশিল্লহনা অর্জ্জুনগী মফম্‌দা তত্ত্ব উপদেশ পীনবিবা অদো। মক্ত্রবা মঙান্‌গী মূর্ত্তি অদুবু উজবদা প্রেমাবিষ্ট হেক্তা ওইজবনি। থমোই-লৈখাদগী ফাওগৎলকপা প্রেমগী-ঈথকপু ননাইনা করম্না থিংগনি। মহাগ্রন্থ অসি পাহনা লৈরিবমখৈ প্রভুগী দিব্যরূপ অসিবু উজে। অহনা পারিঙৈ মতম্‌দা ইথল্লাই অসি শ্রীরূপ দর্শন অদুদা পুংলুপ লুপ্‌শিন্দুনা লৈজে।”

প্রভুনা প্রেম তৌরহনা পাম্বোম্ তিংথোক্তুনা ব্রাহ্মণমচা অসিবু আলিঙ্গন তৌবিরে। পিগী ঈরা চেল্লহনা তাক্‌পিরক্‌ই,— ‘হে মহাভক্ত ব্রাহ্মণ মচা, নহাক্‌পু কনানা মূর্খনি হায়রিবা? কনানা নংবু শ্রীগীতা খঙদে হায়রিবা? নহাক্কি থমোই মন্নুংদি মক্ত্রবা-মঙান্না পুম্‌ঙান্-ঙাল্লে। গীতা অর্থ মুন্না খঙবদি নংতনি; মহাগ্রন্থ অসি পাবগী মহৈ চপ্‌-চানা ফংবসু নংতনি। পরম প্রভু, শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংহল্লিবা অদুগুম্বা লাইরিক্ মপা অদুবু অশেংবা, অথোইবা মপা কৌই।”

শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদগী প্রভুনা রামেশ্বর, ত্রিবাঙ্কুর, পন্‌ঢর্‌পুর-নচিংবা দক্ষিণাপথগী লমদম্ কয়া কয়া কোইরম্মি। অম্মুন্না চহী অনী কোইরুরবা মতুংদা নীলাচলদা লেঙলক্‌খি। প্রভুগা অমুক্ হন্না উন্নজবা অদুদা ভক্ত-সমাজ অদু থোইদোক্না হরাওনখি।

প্রভুগী অথোইবা নক্লবা মীওই পুন্নমক গৌড়দগী হৌজিক প্রভুগা অমুক তিন্ননবা কাংবু কাংবু লাক্লরে। রথযাত্রাগী উৎসব মতম্‌দা কীর্ত্তনগী খোঞ্জেল্তনা পুরীধাম অসি পুম্নিল্ নিন্‌খরে।

কাংগী মমাংদা পান্বোম্ থাঙ্গত্তুনা প্রভুনা কীর্ত্তন শকৃপা অমস্থুং প্রভুগী প্রেমাবেশ অহু উজবদা ভক্তশিং অমস্থুং জগনাথ দর্শন তৌবা লাকৃপা কাংবু মী লাখ, লাখ অহুগী থমোইদা লাইতগী ওইবা আনন্দগী ঈচেন্ চেন্‌শিল্লি।

উৎকলরাজ প্রতাপরুদ্র মতম্ অসিদা প্রভুগী চরন্দা চংজহুনা মশা অহু কথোকৃচরে; প্রেমভক্তি-ধর্ম্ম অসিবু চুম্না লৌজবদা নত্তনা মাসিবু শন্দোক্লবা থবক্ ফাওবা লৌখংথি। প্রভুগী অথোইবা ভক্তশিংগী মরক্তা শিংথানবা ভক্ত অমা ওইজখি।

অম্থুম্না প্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা আনন্দগী লীলা শান্নহুনা মতম্ থরা লেল্লে। গৌড়দেশদগী ভক্তশিংনা কাংলুপ্ কাংলুপ্ লাক্তুনা রথযাত্রাগী উৎসব খুদিংদা প্রভুগা তিন্নজগে লাকৃচরি। উৎসব লোইরবা মতুংদা অমুক্ হন্বা তাররুবদা পুন্নমক্কি মচিন্বান্ কংনরি, মথন্নাই শোক্লা কপ্ল-লাওনরি। প্রভুগী মনাক্তা লৈজহুনা স্বর্গগী নুঙাইবা ফংজবা থাদোকৃপা অসি কনা-অমত্তা পান্নদে।

নোংমা প্রভুনা শ্রীপাদ নিত্যানন্দবু কৌরহুনা চিক্লা ব্রা তানরম্মি,—"শ্রীপাদ, ঐদি মপোক্-সিমগী সংসার থাদোক্লবনি। অহুদা নহাকৃম্ম অবধূত-বৃত্তি চত্তুনা কোইচৎ-চত্তুনা লৈবিরবদি সংসারী জীবশিং অসিবুদি কনানা লান্বিগনি। করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে, মুন্না তাবিয়ু। নহাক হৌজিক্ গৌড়দা হন্বিরো, অহুদা লেঙদনা লৈবিরুরো। অহুগা চহী খুদিংগী মীয়াম্ অহু পুহুনা নীলা-চলদা লেংবিরকৃউ; অহুগা ঐগা উন্নবিরো। অহুগা ব্রাফম্ অমনা, নহাক্ য়ুম্ পান্বিদবা য়াদ্রে। মশিং লাকৃঙম্‌দবা গৃহীভক্তশিং অসি

নঙোন্দা চংজসন্নু ; নহাক্কি ফিদম্ লৌদুনা মখোই পুম্বা অশেংবা বৈষ্ণব ওইজসন্নু। য়ুম, য়ুম, খুদিংদা ফিদম্নফম্ ওইবা য়ুম্বাম্বা বৈষ্ণব শেম্বিরুরো। ঐগী ইছুৎশিম্বা ওইবিদুনা সমাজগী পুন্সিগী লৈরোন্ খুদিংদা নহাক্না নাম প্রেমরস য়েম্বিরুচো।”

নিত্যানন্দগী কোক্থক্তা বজ্র তারে। পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচারী অমস্তুং অবধূত ওইনা লৈরক্লগা হৌজিক্পূ মুপী থিবা, য়ুম্বাম্বকো? সংসারগী থৌরিস্তু ঙমশম্দা হুক্চিম্বা? করিনো, হন্দক্ প্রভুনা তাক্পিরিবা অসিবো?

নিত্যাইনা অৱাবা খোম্থোক্লা, প্রভু, নহাক্না ঐগী ইফমদা অম্মুক্ য়াম্না তম্থিবিবা অসিবু করিগীনো? ঙসি শংনা তাক্পিয়ু, করিগীদমক্ ঐঙোন্দা অম্মুক্ লুম্বা দণ্ড পীবিরিবা?

“শ্রীপাদ, মী পুম্নমক্না নংগা ঐগা হকচাং খাইদোক্নরবস্তু ইশা অমত্তনি হায়বসি খঙনরি। ইবান্নিমক্ সন্ন্যাস লৌদুনা অবধূত-বৃত্তি চত্তুনা য়ুম্বান্দনা লৈরবদি, য়ুম্বাম্বা জীবশিং অসিনা প্রেমভক্তি-ধর্ম্ম অসি লৌবা ঙম্নররোই। প্রেম-ধর্ম্ম অসি করম্না শন্দোক্কনি? য়ুম্বাম্বগী পুন্সিদা চংবা হায়বসি নঙোন্দা য়াম্না লুনা থোক্লগনি ; অতুবু জগংকি কল্যাণগী দমক্ অৱাবা অসি খাঙবিবা তারি। নহাক্না অসিগুম্বা থোজাল অসিবু তৌবিদ্রবদি, মীওইবনা করম্না পরম-বস্তু ওইবা প্রেম-ভক্তি ফংনগনি?”

হন্দক্ প্রভুনা তাক্পিরিবসি—হায়জবা নত্তে, হুকুম্নি হায়বা অসি নিত্যাইনা মুম্না খঙই। য়ুম্দা হম্না চত্তবা য়ারোইদৌরি।

নিত্যানন্দ, গৌড়দা লেঙখরে। প্রভুগী য়াথং মতুংইন্না য়ুম পাল্লে। মহাক্কি হুঙ্কারদা অমদি নামকীর্ত্তনদা মী পুম্নমক্ ঙাওনখরে। য়ুমথোং খুদিংদা প্রেমভক্তি-ধর্ম্ম য়েন্‌বা হৌরক্লে। খঙনখরে মহাকৃপু প্রেমদাতা 'দয়াল নিত্যাই' হায়না।

প্রভুনা বৃন্দাবন অমসুং মথুরাদা লেঙগে খল্লকৃপসি মতম্ কুইরবনি। সেবক ভক্ত অমত্তং লোইনত্না ঙসিদি প্রভুনা মথুরা অমসুং বৃন্দাবন তম্না লেঙলক্লে।

বৃন্দাবন হেক্ য়ৌবদা লুপ খে, প্রভুনা নৃত্যকীর্ত্তন অমসুং প্রেমাবেশদা। মফম্ খুদিংদা ষন্বী ষন্নাউনা খোংবা তাবদা, ব্রাহোং লাবা-অমোম্না জাগোই শাবা উবদা প্রভুগী থমোইদা ফাওরক্লে কৃষ্ণ-লীলাগী ভাব; তুথখে লৈপাক্‌থক্তা বাহ্যজ্ঞান মাঙনা ব্রাম্বত্না।

মতম্ অসিদা প্রভুনা থাইনগী মাঙখ্‌বা ব্রজমণ্ডলগী তীর্থ কয়া অমুক্ হন্না উদ্ধার তৌবিরে। উত্তরভারতকি প্রেমভক্তিধর্ম্মগী মরাই-হাইগৎনবগী লম্বিদা মহাক্কি অবদান অসিগী মমলদি মপান্ নাইদে।

ব্রজমণ্ডলদা অসুম্ কোইরকৃপদা নোংমদি প্রভুনা লাংতক্লনা হংলক্লে,—কদাইনো রাধাকুণ্ড? মতম কুইনা কাউনরুরে পবিত্র ওইরবা মফম্ অসি। থিবা খঙবগী ব্রা লৈখিদ্রে। মমৈদা ভাবা-বিষ্ট ওইনা মহাক্কি রাধারাণীগী স্মৃতিনা শেংদোক্লবা কুণ্ড অসি থিবা লেঙথোক্লক্লে। মীয়াম্ অমসুং ভক্ত বৈষ্ণব কাংলুপ্ অমনা থৌগনজরি।

অসুম্ অসুম্ চৎলক্লবদগী মফম্ অমা য়ৌরকপদা খঙলেপ্ লেপ্‌খি প্রভুনা। মাইকৈ মরিদা ফৌগী লৌবুক্লি; ময়াইদা অপিকৃপা ঈশিং কোম্ অমা থেংনরে। প্রভুনা ইফিং ফিংনা লাউরক্লে,—"র্মসিনি, অসিদা লৈরে, রাধারাণীগী স্মৃতিগা য়েৎশিন্নহুনা লৈরিবা থাইনগী রাধাকুণ্ড অদো।"

রাহৈ খরসি ভাক্‌পিবা ফাওবা লোইফাত্তনা প্রভুনা চোংথখরে কুণ্ডদা; ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শক্কৎলক্লে নামকীর্ত্তন।

প্রভুনা হন্দক্ পুথোক্লিবা রাধাকুণ্ড অসি ভারতকি সাধক-সমাজনা, সম্প্রদায় খাইবা নাইদনা, য়ানখি, লৌনখি থাইনগী রাধাকুণ্ড অহুমক্লি হায়না।

মথুরা অমস্তুং বৃন্দাবনগী ফিবম্‌দি মতম অসিদা য়াম্না ফত্তনা লৈরম্মি। মীস্থ খজিক্তা খুন্দানহুনা লৈ; মফম্ অয়াম্বা অকুঙবা বন্না কুপ্তুনা লৈরি। মুসলমানশিংনা তোইনা তোইনা লান্দারকৃপা অমস্তুং লুট তৌরবনা নিংথিনা লৈতা-খুন্দাবা ঙম্নরমদে। মরা-তপ্না পাম্বা অমস্তুং চাওখৎপা হায়বা অহু পুম্মাঙ-মাঙখরে।

বন্না কুপ্তুনা লৈবা পবিত্র ওইরবা লম্‌দম্ অসি শ্রীচৈতন্যনা থাঙ্গৎপিরক্লে ভারত পুম্নমক্কি মমাংদা। মাঙখরবা তীর্থশিং উদ্ধার তৌরকৃপা অমদি কাউনরুরবা পুণ্যস্থানগী মতিক্-মগুণ শন্দোক্লকৃপা অসিদা ভক্তসমাজদা অঙকৃপা ফংনা ইরাং অমা হৌগৎনরক্লে। প্রভু অমস্তুং মাগী ভক্ত গোস্বামীশিংনা হোৎনবদগী শ্রীধাম বৃন্দাবন নৌনা মিকপ থোকখরে অমস্তুং বৃন্দাবনগী

শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমুক্ হন্না লিংখৎখি ভারতকি ভক্তশিংগী থমোই মন্দিরদা।

মতুংদা বৃন্দাবন থাদোক্তুনা লেঙলক্লে প্রভুনা প্রয়াগকি লম্বিদা। লোইনরিবনা বলদেব ভট্টাচার্য্য অমস্যুং অনৌবা ভক্ত মমিংনা কৃষ্ণদাস, জাতিনা রাজপুত, অনী অসিনি।

নোংমদি প্রভুনা অসুম্ চৎলকৃপদগী ভক্ত অনী অসিগা লোইননা উজাও অমগী মখোংদা পোত্থারি। মতম অসিদা যনজেন্-নহা অমনা বাঁশী হেক খোংলক্লে। হৌজিক্ নাম্থোক্কদবা অসিবু কদাইদনো? হান্ননা বৃন্দাবনগী ব্রাখন্দা ঙাওহুনা লৈরিবা প্রভুনি, অহুদা মাঙদা যনশেন্বগী দৃশ্য, অহুদগী অমুকৃস্থ বাঁশীগী খোঞ্জেল। মহাভাব অহুনা থমোই থুস্বাত্তুনা ব্রাস্থখরে প্রভু; স্বর থিংখরে, ময়াদা কোঙ্গোন্ কাখরে। হক্চাংদা থব্রাই লৈবগী খুদম্ লৈখিদ্রে।

বাদশাহগী শগোল-তোংবা লাম্মী মপৈ অমা মফম্ অহু লান্দুনা চৎলম্মি। লম্বোইবা অহুম্না তৌরিবা ফিবম্ অহু উরে। লম্বোইবা অমা ব্রাস্থরে, শিগদোরে; অনী অমনা মনাক্তা ফম্মহুনা লৈরি। লাম্মীশিং অহুনা য়াম্না চিংনরে,—অনী অসিনা অমা অসিবু হূ পীজহুনা হাৎকে থৌরাংবা তাই। লাম্মীশিং অহুনা বলদেব অমসুং কৃষ্ণদাসবু তন্না ফাহুনা পুল্লে।

মখোয় অনীনা কয়া হায়জরে,—"ব্রাস্থরিবা অসি ভাবাবিষ্ট ওইহুনা তৌবনি। ঐখোয়না সেবা তৌরিবনি। মাসুম্না তোইন-তোইনা তৌরিবনি। ঙাইহাক্তুং লৈরগা বাহ্যজ্ঞান লাক্কনি। ঐখোয়বু পূন্গন্নু, থিনা ফুবা-চৈবা তৌবিগন্নু।"

পাঠানশিং অদুনা হায়জরিবসি মনাদা হাপ্তে। সন্ন্যাসী অনী অসিবু তন্না হাৎননবা ব্রা ঙাংনরক্লে। সন্ন্যাসী অনী অসিস্থু কন্না মরৈ য়েৎচ্ছদুনা মখোয়বু হাত্তনবা হায়জরি। মতম্ অসি-মক্তদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান লাক্তুনা তপ্না লেঙখৎলক্লে। পাঠানশিং অদুনা হায়রক্ই,-- সাধু, নং নরাইবক্ কৈদা! মখোয় অনী অসিনা নংবু হু পীজদুনা হাংলগা নরন্ মুন্গে থৌরাংলম্বনি।”

প্রভুনা তফিং-তফিংনা,— “নত্তে, ভাই, নখোয়না লান্না খঙলে। মখোয় অসিদি ঐগীদি খম্-থেংনা নক্লজবা মীওইনি। ঐ অসে মরক্ মরক্তা অস্থুন্না ব্রান্থে; মতম অদুদা মখোয়তনা সেবা তৌবিদুনা হিঙ্গচ্চে।”

সাধু অসিগী মব্রা অসি থাজদবা ঙমদ্রে। বলদেব অমস্থুং কৃষ্ণদাস অনীবু পুল্লিবা অদু তন্না থাদোক্লে।

পাঠান্গী সেনাপতি অদু নিংথিবা পণ্ডিত অমনি। হিন্দু-শাস্ত্র খরস্থু হৈজৈ। শ্রীচৈতন্যগী দিব্যকান্ত অমস্থুং অঙকৃপা প্রেমাবেশ উবদা মহাক্ ইশুম্-শুন্নংখরে। প্রভুগা অধ্যাত্মগী মরম্দা নৈনবা হৌরক্লে।

প্রভুগী অমৃতচেম্বা ব্রাহৈ, ব্রাঙাং, খোম্থোক্ অমদি মুংশিবা মিৎয়েং, থোইদোক্লস্থু প্রভুগী ব্যক্তিত্ব— পুম্নমক্ অসিনা সেনা-পতিগী থমোই মথক্-মখা ওন্দুনা মশা খঙজদনা প্রভুগী চরণ তম্না জর্ জর্ চিংশিন্খিবগুম্ তৌরি। মুক্তি ফংনিংবনা প্রভুগী চয়ন্দা তন্না মশা কথোক্চরে। আশ্রয় পীনবিদুনা মমিং থোন্-বিখরে,— রামদাস হায়না।

লাম্মী মরক্ অসিদা ধর্ম্মদা মথরাই লুপশিঞ্জবা পাখং অমস্থু

য়াওরি—মমিংনা বিজ্‌লি খান্। মহাক্ অসি মমিং চৎলবা মুসলমান ওমরাহ অমগী মচানি। বিজ্‌লি খান অসিস্তু প্রভুদা চংজত্তুনা প্রেমভক্তি ধর্ম্মগী মরম্‌দা পাওতাক্ তাজত্তুনা প্রভুগী কৃপা ফংবদগী মরাইবক্ ফবা ওইজখি।

খর লৈরগা প্রভু প্রয়াগতা থুংলরে। মহাক্কি মনাক্তা দর্শন ফংনিংবা মীয়াম্ তিল্লরে। মতম্ অসিমক্তদা শ্রীরূপস্তু থুংলরে। গৌড়গী বাদশাহ হুসেন শাহগী অরিবা মন্ত্রি অমনি মহাক অসে। ফমগী মিংথোল্লা 'সাকর মল্লিক।' মহাক্কি ময়াম্বা অহল্লা সনাতন, বাদসাহগী প্রধান- সচিবনি, দবীর খান হায়নস্তু খঙৈ।

রূপকি কবিত্বশক্তি অমস্তুং সনাতনগী পাণ্ডিত্যদি মপা লৈতে; অত্তুগা মচিন্-মনাও অনীমক সাংসারিক থাদোক্তুনা মখোয়না প্রভুদা মশা কখোক্‌চনিংই; লাংতক্লবনা খাঙবা ঙম্‌দত্তুনা চিঠি হান্নলা কয়ারক্ ইজত্তুনা রাফম অসি প্রভুদা হুঙ্গচ্চখরবনি।

মমৈদা খাঙবা ঙম্মকত্রত্তুনা মন্ত্রীগী মর্য্যাদা, লন্‌গী ঐশ্বর্য্য, সাংসারিক ভোগ,—পুম্নমক্ মখোংনা কাওথোক্লম্‌ত্তুনা প্রয়াগ তান্না চেল্লকপনি। প্রভুদা মশা পুম্‌কৎ-কখোক্তুনা ফংজখি চঙজফম্ খুয়াখাদা।

অথোইবা বৈষ্ণব অসিগা তিন্নরবদা প্রভুগী মুংঙাইজবদা মপা লৈখিদ্রে। তাক্‌পিরক্ই,—"ফরেদা রূপ, অস্তুক্ কুইরবা মতুংদা কৃষ্ণনা নংবু কৃপা তৌবিরেদো; লৈখোম্‌গী মশক্ ওইবা বিষয়দগী নংবু চিংখৎপিরবনি।"

মতম খরা মনাক্তা থম্‌ত্তুনা ব্রজরসতত্ব তাক্‌পিরে। মতুংদা

শক্তি হাপ্‌চিন্বিদুনা মহাক্‌পু থাখরে শ্রীবৃন্দাবন ধামদা। অদুগা মতুংদা নীলাচলদা প্রভুগা উন্নরনবা য়াথংস্তু তাক্‌পিখরে।

অসিগী মতুংদা থুংলরে মহাক্কি বৈষ্ণব মণ্ডলীগী য়ুম্বিগী মশক্‌ ওইরবা— সনাতন।

সনাতন অমসুং রূপ অনী অসি বাদশাহ হুসেন শাহাগী য়াম্না থাজবা অমসুং থবক্তা হৈ-শিংলবা মন্ত্রিনি। রূপনা ফম্‌ থাদোক্কুনা চেন্‌খিবা অসিদা বাদশাহগী য়াম্না অমাঙবা অমা ওইখরে। সনাতনস্তু মনাওদোনা তৌখরবদি লৈবাক্‌ পুবদা ব্রারগনি খন্দুনা সাংসারিক বিষয়দগী মমায় লৈথোক্লবা সনাতনবু কন্না শেন্নদুনা কৈশুম্‌শংদা বন্দী থম্‌খরে।

সনাতননা লোন্না চিঠি চংনদুনা মনাওগা থাদোক্লবা লৈতনা মন্নুং-মন্নুংদা ব্রা তান্নদুনা লৈরি। মনাও অসি প্রভুগী চরন্দা আশ্রয় ফংজখরে হায়বা অসিস্তু মানা খঙলি। অদুনা মহাকসু মনাও অসিগী মরাইবক্‌ ফবা অসি ফংনিংবনা মথল্লাই অদু প্রোক্‌, প্রোক্‌ চাক্লে। চেন্দবদি ময়াদ্রে। অদুদা করি উপায় তৌগনি? মমৈদা সেন্নরিবা মীশিং অদুদা শেল য়াম্না পীজরদুনা উচিন্না কারাগারগী চ্যেক্‌পল মপান্দা থোক্‌চরক্লে।

শেংলি-ইল্লিবনা লাইরবা ফকিরগী ফিজ্জেংনি। মুংশিং-মুংশা, অকন্বা নোং-নুংশিং, অশোঙবা বন-জঙ্গল,—পুম্নমক্‌ অসিবু থৌশাদনা, মুক্তি ফংনিংবা ব্রাখন্তনা খোন্দুনা চেঞ্জরি সনাতননা। মতম্‌ অসিদা প্রভুদি বারাণসীদা লৈরি। মহাক্‌পু দর্শন ফংনিংবা ব্রাখল্‌ অদুতনা ইন্দুনা পুরি সনাতনবু বারাণসী তম্না।

বাদশাহগী লাম্নীনা মহাক্‌পু ফাননবা মতুং ইল্লক্লগনি হায়নসু

কিজরি। অতুনা চেঞ্জরি অস্থুকৃপা জঙ্গল ফাওরতুনা। মখোঙ অনী অতু ইখেৎ খেৎবাৎলে, পোকৃথোক্লে ; চাদ-থক্কবা অমস্থুং লমশাঙ চৎলকৃপা অতুনা মশা অসি কা হেন্না চোকৃথখরে। অতুবু সনাতন— চেল্লি ; চেন্বা লেম্নগী ব্রা, পোথাবগী ব্রাকম্ ফাওদে মপুক্লিংদা।

বারাণসী য়ৌখরে অস্থুন্না ; হেক্ য়ৌবগা সনাতন মতম্ কুইনা নিংজরক্পা পুন্সিগী অথোইবা আশা থুংজরে হায়তুনা হোৎচিন্খরে প্রভুগী চরণ তম্না। পংনা থোক্তবা প্রেমগী ঈথক্লা থমোই থুক্কৎখিতুনা প্রভুগী চরণদা তুথখরে সনাতন। অনীমক্ পিনা পুংলুপ্ লুপ্ চেজেৎ কোন্শিন্দুনা কোন্খৎপিরে প্রভুনা ; তাউমিন্নরে প্রেমগী ঈপাক্তা। মপু-মনাইগী মিলন অসিদি অউবা মী খুদিংগী থমোই-শোকপা মওংনি।

প্রভুনা তাক্পিরক্লে,— "ঙসিদি ঐদি কা হেন্না লাইবক্ ফবা হায়বদো ওইরে ; মহাবৈরাগ্যবান সাধক অমা শ্রীকৃষ্ণনা পুবিরক্কুনা পীনবিররে। মহাক্পু মরু কোক্পিতুনা কৌপীন বহির্ব্বাস শেৎহল্লল্লো।"

সনাতনদি মশানা কা হেন্না বৈরাগ্য ওইরবা, মুক্তি ফংনিং-বনা ঙাওরবা মীশক্নি। অনৌবা কৌপীন বহির্বাস শেৎপগী ব্রা মঙোন্দদি চংদে ; অমম্বা কি অমা ময়াইদা শেগাইতুনা শেৎখ্রে। চাবগী মরিদস্ কা হেন্না পুক্লিং-লাক্লবা মীওংনি। করি-গুম্বা নুমিৎতনা প্রভুগী প্রসাদ খরদং চাজৈ, অতোপ্পা নুমিৎ অমদা মাধুকরী তৌজতুনা লেঙ্গে। ভক্ত পুন্নমক্লা সনাতনগী বৈরাগ্যগী ব্রা ঙাংনরক্পা তাবদা প্রভুনা থোইদোক্লা পেঞ্জরি।

ময়াম্না পংথা-থাগৎনরবস্থ, প্রভুগী পুক্লিংদা ইচিংচিংনবা, মুংঙাইতবাগুম্বা অমা হেক্ হেক্ ফাওবগুম্ তৌরি। সনাতনগী মরেংবান্দা কম্বল অহম্বা অমা য়াল্লিবা অসিবু করিগীনো? প্রভুনা চিংনরিবদি কম্বলগী ৱাফম্ অসিনি।

য়াম্না শিংবা সনাতননি। প্রভুনা মাগী মঙ্গলগী দমক্ চ্যেক্শিন্বিরিবা অসি তাপ্ হেক্তা খঙবা ঙম্জৈ। অচুম্বনি, বিষয়া থাদোক্লবা বৈষ্ণব বৈরাগী অমনা মমল য়াম্বা অফবা কম্বল? শেগাইবা কাম্থানা মহাক্কিদি চপ্ চাবনি। পোৎলুম্ অসিবু অস্থুম থাংহনা লৈরিবা অসিবু করিগীনো? মহাক্কি নক্লবা ভক্ত-শিংগী য়াইফনবগীদমক্ প্রভুগী চ্যেক্শিন্না শেন্নবা মিৎয়েংনি।

তৌবমক্তি, সনাতননা অস্ুম চেল্লক্পদা মহাক্কি ওইরিবা ফিবম্ অহুদা বাদশাহগী ফম্নাইবা অমনা মুংশিহনা কম্বল অসি পীরক্পনি। অহাম্বদা মহাক্ ফনা য়াঙ্গরম্দে; অহুদা নম্হনা মরেংবান্দা য়ান্শিন্বিরম্বনি।

সনাতন চেন্খরে গঙ্গাগী ঘাট তম্না। অস্ুম্ কোইয়েং য়েংজবদা উরুরে লাইররবা নিপা অমগী শেগাইরবা কান্থা অমা গঙ্গা মপান্দা ফৌহনা লৈবা। নোল্লুক্না হায়জরকুই সনাতননা,— "ভাই, ঐবু থৌজাম্বিয়ু, নংগী কান্থা অসি ঐগী অসিগা ওন্নরসিবা? নং করি হায়বগে?"

কান্থা মপু অহনা ঙক্পগী লোইরে। করিনো নিপা অসিনা ঙাংলিবা অসিবো? মাসি অঙাওবরা নত্রগা অতৈ করি? সনাতননা ক্রক্ ক্রক্ তক্শিন্দুনা নিপা অসিবু নম্হনা য়াহল্লে।

হৌজিক্ সনাতন মথুরাই পেঞ্জরে। মরেংবান্দা শেগাইরবা কম্বল য়াঞ্জরদুনা প্রভুগী মাঙদা লেপ্‌চররে।

চৈতন্যদেব মাইথোং মকা লাম্না মোমোন্ মোমোন্ নোক্তুনা ফোংদোক্লে পুক্নিংগী অপেম্বা। ব্রজমণ্ডলগী তুংগী বৈষ্ণব সমাজগী কর্ত্তা অমসুং শিক্ষাগুরু ওইবিরগদবা সনাতন ! মহাক্না যু রাখল্ শোয়বা হৌনব্রা ? মহাক্কি শাজৎ-পুজৎতা অহো-অরাক্ লৈবদি কৈদগী য়াগনি ? সনাতননা মশাগী অশোয়বা থুনা চুমথোক্‌চবা অসি উবদা প্রভু ইপেন্-পেন্‌খরে।

প্রভুনা থা অনী বারাণসীদা লৈরে। চৈরক অসিদা সনাতনবু ব্রজরস সাধনাদা চংহল্লে। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শাস্ত্র ইরগদবা সনাতনবু অসুম্না শেম্‌গৎখি প্রভুনা।

সাধক সনাতন বৈরাগ্যগী অফোংবা বিগ্রহগী মশক্নি। বাঙ্গালাদেশগী প্রধান মন্ত্রিনা ঙসি কাম্থা-কবঙ্গ শেৎ-ইম্বা, রাজৈশ্বর্য্যদা ঙারাংতা লুপ্তুনা লৈরম্বা অদুনা পুম্নমক্ অদু কাওথোক্লম্দুনা ঙসি চেং খুয়া অমগীদমক যুম্‌ যুম্‌দা কোইনা চৎপা। দৃশ্য অসি হেক্ উবদা অঙকপা পোক্‌ই।

শ্রীগৌরাঙ্গগী প্রেমভক্তি অসি কাশীদা খর খর শন্দোক্‌পা হৌরক্লে। অহান্বদা বৈদান্তিক সন্ন্যাসীশিং অদুগা পণ্ডিতশিং অদুনা মহাক্‌পু চুম্নগী ভাবুক্ সাধক অমা ওইনা লৌমৈ। মাসিগী দর্শন অমসুং মনুং-হুঞ্জিন্বা রাফম্‌ অদু কনাসু খঙনদে অমসুং খন্‌নদে। মহাক্কি সাধন-পদ্ধতি অদুসু কনানসু নিংখিবা মিৎয়েংনা য়েংনদে। মমৈদা প্রভুবু ভক্তশিংনা তৌরিবা ভক্তি,

শ্রদ্ধানচিংবা অহু খর উরক্পদগী মহাক্পু খরদি ভক্তি মতৌনরক্লে।

কাশীদা মতম্ অসিদা প্রতাপ চাওনা লৈরি সন্ন্যাসী প্রবোধানন্দনা। মীনা ইকাইখুম্নরবা মীওই কয়ানা মাগী শিষ্যনি। আশ্রমদা মতম্ পুম্নমক্তা মীয়াম্ তিল্লি মঙোন্দা বেদান্ত তম্নবা। মতম্ অসিদা মহাক্না চৈতন্যগী মরম্দা ৱা কয়া তারে; অহুধু কয়া থৌশাদে। মপান্থোক্লা মীয়াম্ অহুগা প্রভুবু ফাগিগী মীশক্ তাহন্দুনা কয়া কয়া নোক্লরি ৱা, ৱা।

নোংমদি প্রভুনা বিন্দুমাধব দর্শন তৌরগা মহারাষ্ট্রীয় ভক্ত অমগী ময়ুম্দা লেংলক্লে। শ্রীবিগ্রহ দর্শন তৌরুবা অহুদা প্রেমাবেশদা লুপ্খরে। অহুদগী নামকীর্ত্তন শক্তুনা প্রেমভক্তিরসগী ঈথক্তা তাউখরে। মীয়াম তিম্বা হৌখরে। প্রবোধানন্দশু শিষ্য খরগা লম্বি অদোম্দা চৎলি; অহুদা কীর্ত্তনগী নুংশিরবা স্থর অহু তাবদা মাবুস্থ চিংশিন্খরে।

কীর্ত্তন শক্লা শক্লা চৈতন্য প্রেমাবিষ্ট ওইহুনা লৈপাক্তা তুথখ্রে। মশা অপূম্বা শীম্বা-থুংনা ফাওখরে সাত্বিক বিকার। তপ্না তপ্না জ্ঞান পুম্মাঙ-মাঙখরে; হিংলি হায়বগী খুদম্ অমত্তা লৈখিদ্রে। প্রবোধানন্দদি মাহু উবদা ঙকখরহুনা লৈখরে চপ্লেপ্তুনা য়ুম্বীগুম্।

অকুপ্পা বিচার লৈবা মায়াবাদী আচার্য্যনি। করিনো তৌরিবসিদে। যাহুমন্ত্র অমনা শুক্কাৎখ্রবরা? মহে, মতিক-মগুণ, মশাবু-থাজবা,—অঙক্পা ওইনা লৈরিবা আচার্য্যনি। অহুবু

পুন্নমক্ অসি মহাপ্রেমিক সন্ন্যাসী অসি উবদা লোইনা মাঙখিবগুম- তৌখরে।

ঙাইহাক্ লৈরগা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান ফাওরক্লে। হৌজিক্না কৃষ্ণবিরহগী কপ্পা, তেংথাবা হৌরক্লে। ওস্থোকৃপা মকপ্পি,— মী পুন্নমক্কি থমোই চিংশীল্লে, থব্রাইদা থক্, থক্ পাল্লরি। থমোই কংলবা, জ্ঞানমার্গ চৎপা সন্ন্যাসী আচার্য্যগী থমোই অদু মথক্ মখা ওন্‌খরে; পুম্‌পেৎ-পেৎখরে। মরম্ খঙদনা মমিং অদু পিনা থুক্সাৎখরে। মশা খঙদনা চৈতন্যগী প্রেম অদুনা পুন্‌শিন্‌খরে।

অহল্ ওইরবা বৈদান্তিক অদুবু হেক্ উবদা প্রভুনা ইকাই খুম্নবগা লোইননা মহাক্‌পু খুরুম্‌জৈ। মদু উবদা প্রবোধানন্দ অসি কোক্‌চাউবী কাখরে। অসুক্ মগুণ লৈবা, প্রেমসিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষ অমনা মহাক্‌পু খুরুম্বা! মাসি মাগী পাপ লঙজবনি। খন্না, খন্না বৈদান্তিক পণ্ডিত থুনা য়াঙনা চোংশিন্- খিদুনা প্রভুগী চরন্দা তুরুরে।

প্রভুনা মখুৎ লোন্নরদুনা, "যতিবর, করিনো তৌবিরিবা অসিবো? জগৎ-গুরুমক্না মান্নমা ইকাইখুম্ননরবা নহাক্কি; অদুগা ঐদি নহাক্কি শিষ্যগী শিষ্যগুম্বনি। ঐবু খুরুম্বিদুনা পাপ- লঙজ- হম্বিগনু।

প্রবোধানন্দনা নোল্লুরা,— 'খঙজদদুনা নহাক্‌পু কয়াম্সু নোক্করুরবনি; কয়াম্সু নিন্দা তৌরুরবনি। মাদুগী মরাল্ কোক্লনবা লৌজরি নখোঙগী ডফুল্।"

হৌজিক্ হৌরে ধর্ম্মগী মরম্দা ৱারি শায়া। হায়না প্রভুগী অথোইবা প্রভাবনা য়ৈবদগী প্রবোধানন্দ ময়াই চম্‌থুনা লৈবনি।। হৌজিক্লা শ্রীমুখমক্তগী ব্যাস-সূত্রগী ভক্তি-ব্যাখ্যা তাবদা পণ্ডিত অদো খণ্ডহৌদনা প্রেম-বিহ্বল ওইখরে। করিগুম্বা মহাভাব অমগী মৈরি কারক্লিবা অদু মশাতনা খণ্ডজবনি। থিন্দনা প্রভুদা মশা কথোক্চরে।

প্রভুগী কৃপাদগী অস্থুম্না ওন্‌খরে প্রবোধানন্দ মহাপ্রেমিক্ সন্ন্যাসী ওইনা। কাশীদা শন্দোকৃখি খরদা ওইরবসু প্রেম-ভক্তি ধর্ম্মবু মহাক্কি মতেংনা।

হৌজিক্তি চৈতন্যনা নীলাচলদা লেঙলক্লে। ভক্ত পুম্নমক্ হরাওনরে। মাসিদগী হৌনা চহী তরানিপাল চুপ্পা লৈখি প্রভুনা মফম্ অসিদা লেঙদনা।

খ। অমসুং অরাং ভারত অনীগী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতি অনীমক্কি তিন্‌নফম্, সমুদ্রনা-চুপ্লিবা লম্দম্নি। দারুব্রহ্ম শ্রীভগ-বাননা ঙাম্থোইরি মফম্ অসিদা যুগ কয়াগী মমাংদগী। পুরাণগী ওইবা মহাধাম অসিদা প্রভুনা ফোংদোকৃখরে ঈশ্বরমক্লা তাক্লকৃপা ভক্তি-প্রেমগী লীলা অদো। শ্রীক্ষেত্রগী মথবাক্ অসিমক্তদা হৈথবা হৌপি প্রেম-ভক্তি-ধর্ম্মগী অমৃত-রস।

জগোই অমসুং কীর্ত্তন-দা নম্বা অধ্যাত্ম-ভারতকি কাওনখরবা মিৎয়েংদো, প্রভুগী মথক্তা ননখরে অমুক হিঙ্গৎহন্নবগী ভার। অদুগা প্রভুবু থুনা নীলাচলদা খঙনখি কোইচৎ-চৎপা জগন্নাথ হায়না। নক্লবা, মনুংগী ওইবা ভক্ত খরদংগী প্রভু ওইরম্বদগী হৌজিক্তি ওইখরে মীওইবা লখা-লখাগী পুজা-কৎনকম্—মহাপ্রভু।

থা অমগী মতুংদা থা অমা, চহী অমগী মতুংদা চহী অমা মশিং লাকৃঙমদবা তীর্থ-চৎপা মীশিংগী ঈচেম্না তত্তনা চেম্বুরি জগন্নাথগী সিংহদ্বার ফাওরকুনা। থাপ্প-থাপ্পবা লম্‌দমগী মীওইশিংনা মথন্নাই পেম্না হঞ্জখি ময়ুম্ ময়ুম্‌দা দর্শন তৌজকুনা লেঙদবা চত্তবা জগন্নাথ অমস্তুং অ১ৎপা-লেঙ-খোৎপা জগন্নাথ অনীমক্‌পু পুল্লপ্পা।

প্রভু-চৈতন্যগী জগোই-ঈশৈদা পুন্নমক্না মথন্নাই পেন্‌নরি, অতুগা মথল্-নিপালগী সাত্বিক প্রেমবিকার উবদা অমুক্‌স্নু ইঙক্-ঙক্নরি। প্রেম অসিনা মতোম্মতা শন্দোক্লক্লি লৌনগন্না লাইনাগী মশক্ লৌরকুনা মাইকৈ মাইকৈদা।

প্রভুগা নক্লনা তিন্‌নরিবা পরিকরগী মীওই অমমম্ অসি প্রভুনা শন্দোক্লক্লিবা প্রেম-সাম্রাজ্যগী মাইকৈ ঙাক্‌পা লাইগুম্বা অমমল্লি। ভক্তি অমস্তুং প্রেমগী মঙান্‌না, মশাগীনি হায়বা য়েংদ্রবা বৈরাগ্যগী মতিক্ মগুণনা মঙাল্-পুরবা বৈষ্ণব অমমল্লি। বৈষ্ণব সাধকশিং অসিগী শাজৎ-পুজৎ অমস্তুং সাধনা—পুন্নমক্ অসিগী প্রভাব অসিনা য়ৈররি মীওইবা লখা লখাগী মথক্তা, শন্দোক্লি ভক্তি-প্রেম-ধর্ম্ম মীওইবা সমাজদা মাইকৈ থুংনা।

নামপ্রেমতনা মশাগী পুম্‌ওই-ওইজখরবা অহল ওইরবা হরিদাসনা হৌজিক লৈরি নগরগী চিদাই অমদা। 'ঐনা মতোল্লে' হায়বা মচৎ অতুগী মূর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লবা মীশক্লি। প্রভু অমস্তুং অতৈ ভক্তশিংনা মহাকপু অথোইবা ভক্তনি হায়না লৌনরবস্নু মশানদি মুসলমান শাগৈদা পোক্‌পনি হায়বা ব্রাহ্মণ-সিমদি থক্ কাউদে, অতুনা জগন্নাথ-মন্দিরদা থক্ চংদে,

কনাগুম্বগা শোক-পন্‌না তৌরগা দোষ ফংগত্রা হায়না মপুক্লিংদা কিজরি। মতম্ পুম্নমক্তা কৃষ্ণনাম রসদা তাওহুনা লৈজৈ। নোংমদা মহাক্না লক্ষ অহুম নামজপ তৌজৈ। অহুগা অথাপ্পদগী মন্দিরগী মতোল্ য়েংজহুনা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌজৈ। মুতিগী প্রভুনা লেঙবিরকৃই মনাইগী মরম কয়া থিগৎপা; লেঙশিন্দুনা ফম্বি মনাইগী মমাংদা, অহুগা তাউমিন্নৈ আনন্দ-ঈপাক্তা পরম ভক্ত অসিগা অথুপ্পা তত্ত্ব ৱারি কয়া শামিন্‌নহুনা।

শ্রীরূপ হৌজিক নীলাচলদা লাক্লে। প্রভুগী মনাক্তা মতম্ খর লেঙ্গবা পাম্মি। মুসলমান বাদশাহগী মন্ত্রি ওইহুনা দরবারদা মুসলমানশিংগা অমক্তা ওইশিন্দুনা মতম কুইনা লৈমিন্নরকৃপনি। অহুনা অথোইবা বৈষ্ণবকি "ঐনা মতোল্লে" হায়বা পুক্‌চেল্ অহুনা মী-পোং পাক্ পাক্ শন্নজদে; শোক্নরগা পাপ লঙ্‌জবনি খঞ্জে। অহুনা মহাক্না পুক্‌চেল তিন্নবা হরিদাসকি খাংপোক্তা চংহুনা লৈমিন্নজৈ।

কবিগী গুণ ফজনা চেল্লবা শ্রীরূপনা রাধাকৃষ্ণ লীলা-নাট্য ইরি। প্রভুনা মাহুদা য়াম্না ময়াই কানা হরাওবা ফোংদোক্লুনা রূপ-পু থোগৎপিরি। রামানন্দ, স্বরূপনচিংবা ভক্তশিংগা লোইননা প্রভুনা মুতিগী রূপ-কি কাব্যরস মহাও তংলি; প্রেমানন্দদা ময়াই কানরি। প্রভুগী থোগৎপা অমম্বং শক্তি হাপচিন্বা—অনী অসিনা থোইন্‌শিন্ ওইরহুনা রূপ মশক্ ওন্‌থরে লীলারস-তত্ত্বগী মরু ওইবা পাও পুবা মীশক অমা ওইনা। মতুংদা প্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না বৃন্দাবন্দা চৎখিহুনা লেঙ্‌দনা অহুম্ মরৈখ্রে।

অসিগী মতুংদা সনাতন থুংলরে প্রভুগী চরণ দর্শনগী দমক্।

ঝারিখণ্ডগী শুক্লবা বন লান্দুনা লাকৃপা কান্দা ফত্তবা ঈশিং থকৃপদগী পাৎপা, ফুরি থুংবা—হেক্ লাইকোকৃপদা ব্রারগদবা লাই-নানা শাথিনা নারে। হরিদাসগী থাংপোক্তা সনাতন চংজত্নুনা লৈজখরে। প্রভুনা জগন্নাথকি মন্দিরদগী হল্লকৃপদা নুতিগী মহাকৃপু অমসুং হরিদাসবু উন্নখি। অরাকৃপা খুদিংগী হরাও হরাওনা সনাতনবু কোন্‌বি। মাগী মশাদি ঈ-নাই, লেকৃ, অসিনা পুম্‌চোৎ চোৎলি; অত্নুনা কোন্বিবা খুদিংগী প্রভুগী হকৃচাংদা ঈ-নাই অত্নুনা ইতৈ-তৈরে। প্রভুনা মাত্নুদা হন্না ফাওবা য়েংবিদে। সনাতনবু আলিঙ্গন তৌবিবা অত্নুতদা পেঞ্জরি।

সনাতন মথব্রাই চাকৃখরে। প্রভুনা মহাকৃপু আলিঙ্গন তৌবিগে হেক্ নক্শিল্লক্পদা তুং-লোম্‌দা খংহন্-হন্দোক্চরগা তত্তুনা হঙ্গৈচ্চে,—"প্রভু, চরণ-না কৃপা তৌবিয়ু, ননাইবু শোকৃপি-গনু; শোক্পিত্নুনা ননাইবু পাপ লংজবা ওইহন্‌বিগনু। ইশানা মুসলমানশিংগা তোরোৎ-খোইরোৎনত্নুনা লাক্পনি; অত্নুগীমথক্তা ইশা অপূম্বা তুক্কচরবা পাৎ-নোম্বনা কিম্বরে। নহাক্কি লাইমক্লসু ফংলরোইদোবা নিংথিজরবা হকচাং অত্নুদা ঈ-নাই ওাক্তা তৈবা তারে; মাত্নু ঐ খাওবা ওমজদে ননাইগী হকচাং অসিদদি শোকৃ-পিগনু।"

অত্নুবু প্রভুনা নিংখ্রবদা থিংগদবসি কনা লৈবগে? নমত্নুনা মনাই ভক্তবু চিংশিন্দুনা চেজেৎ, চেজেৎ কোন্‌বিরি। নোক্লা নোক্লা তাকৃপিরক্ই প্রভুনা,—"হে সনাতন, নহাক্কি পরম ত্যাগী মহা-বৈষ্ণবনি; নহাক্কা শোক্লজবদা ঐহাক্ অসি খরা হেন্না পবিত্র ওইরে থঞ্জরিবনি"

সনাতন তৌফম্ খঙভ্রে ; অৱাবদা তারে। প্রভুনা মাবু নীলাচল থাদোক্লবস্থ য়াথং পীবিদে ; অদুগা নুতিগীস্থ আলিঙ্গন তৌবিরি ; অদুদা শ্রীঅঙ্গদা ঈ-নাই ইতৈ তৈরে। মসিদি মীনা খাঙবা ঙম্বা হৌনদ্রে। তুরুচববা হকচাং অসিগা প্রভুগা শোক্লগদৌগী শরুক্তি মাসিতা হেক্ লংথোক্থরগা লোইরে ; হন্দক্ লাক্লিবা রথযাত্রা অসিদা কাংগী চাকা মখাদা চংহুনা শিঞ্জখরগে—অস্থুম্ হায়না সনাতননা খঞ্জবে।

পুন্নমক্ খঙবা প্রভুনি। মঙোন্দা করি অথুপ্পা লৈগনি? মুমিং অদো লেঙবিবক্লে প্রভুনা হরিদাসকি খাংপোকশংদা ; তাক্পিরক্লে অস্থুম্না মনাই সনাতন য়েংলহুনা,—“সনাতন, নংগী অৱান্বা ৱাখল অদু থাদোক্উ ; হকচাং অসি মাঙহল্লগা ফ গদবা নত্তে শ্রীকৃষ্ণবু ; ফংগদবনি মহাক্পু ভক্তি অমস্থং প্রেম,—অনীসিতনা। অদুগী মথক্তা নংমা ৱাফম্ অমা ইকাও-কাওখৱমাল্লে,— নংনা নশা অদু ঐঙোন্দা পুম্কৎ কৎখরবা নত্রা? অদুদি নংগী হকচাং অদুদি ঐহাক্কিনি, নংগী ওইদ্রবনি হৌজিক্তি। আত্মহত্যাদি মহাপাপনি, নংগী ৱাখল অদু থাদোক্উ।

সনাতননা হৌজিক্ মুন্না খঙজবে, মাগী ৱাখল্গী পিক্লবা ঈথক্ অমা ফাওবা প্রভুনা খঙজিল্লি। মহাক্পু খঙহন্দনা করিগুম্বা অমত্তা লোন্না তৌগে খন্বা ফাওবা ওইথাক্তবনি হায়বা অসি সনাতননা মুননা খঙজরে।

অঙকপা ৱাফম্ অমনা,—তৌনরিবা অসিগী মতুং মুমিং খরতগী মতুংদা সনাতন মপুং ফানা লাইকোক্খরে। মখাদা হায়কম্ খঙদবা লাইতগী ওইবা মঙাল্ ফাওরক্খি।

চহী অমরোম্ সনাতনবু মনাক্তা থম্বিত্না প্রভুনা তম্বিরে প্রেম সাধনাগী অথুপ্পা তত্ত্ব কয়াবু। মতুংদা অম্নমা তাকৃপিরক্লে, —"নহাক্কে, রূপনে-অনীনা ব্রজমণ্ডলদা চৎলগা মাঙখরবা তীর্থ-পুম্নমক্ উদ্ধার তৌরুরো। বৃন্দাবনগী অনৌবা পুন্সি শেম্গৎপগা লোইন-লোইননা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলামৃত অসি মী খুদিংগী থমোইদা খিক্লুরো, অনৌবা মঙাল্ পীরুরো; থোল্লুরো নিংথিবা য়ুম্ফম্ বৈষ্ণব-ধর্ম্মগী।"

রূপ, সনাতন অমসুং মখোয়গী মতুংদা ফাওরকপা সাধক কয়াগী পুংলুপ-লুপ্শিন্না হোৎনজবদগী অরুবা থবক্ অসিবু পাঙথোক্পা ঙমজখি। কান্থা, কৌপীন—শেৎচবা, করিম্নু লৈজদ্রবা বৈষ্ণব বৈরাগীশিং অসিগী পে মখাদা চংজফম্ ফংজখি বৈষ্ণব লখা লখানা।

শ্রীচৈতন্যগী শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্ অসিদা করিগুম্বা অহো-অরাক্ শুক্লে লৈতে। মশানা নীলাচলদা ঙান্থোইরি; প্রেম-ধর্ম্মগী মরু ওইবা ইফুৎনি। মহাক্কি রসগী মঙালগী মশক্-ওইরবা, খোঁজান্গী মপং-ওইরবা শকফম অত্নদগী থোরক্লি প্রেম-রস-ঈচেল্ মাইকৈ থুংনা, মশিং লাকৃঙম্দবা মীওইবগী পুন্সিদা ভক্তি অমসুং প্রেম সাধনানা ঙান্থোক্লক্লি।

মশাগী ওইজবা পুম্নমকপু থাদোক্লবা, শাস্ত্র-হৈরবা অমসুং সাধনদা মথৱাই লুপ্শিঙ্গরবা মহাক্কি নকবা মীওইশিং অত্ন প্রভুনা থাখরে বৃন্দাবন-ধামদা। লোকনাথ অমসুং ভূগর্ভ পণ্ডিতনা মহাক্কি য়াথং মথুং ইন্না হৌগৎখরবনি মাংজোননা থম্ম অসি শন্দোকপা ব্রজ মণ্ডলদা। হৌজিক্না থবক্ অসিদ৷ য়াওশিম্বিররে

প্রভুগী অনৌবা মীশক্ অনী—রূপ অমসুং সনাতন। মতুংদা রঘুনাথ ভট্ট, গোপাল ভট্টনচিংবা শক্তি লৈরবা বৈষ্ণব সাধক-শিংবুস্থ বৃন্দাবন-ধামদা থাবিরক্লে প্রভুনা। হৌজিক্তি লিংখৎখরে চাউরবা কর্ম্মকেন্দ্র ব্রজধাম অসিদা।

মতম্ অসিদা ব্রজমণ্ডলগী গোস্বামীশিং অসিগী প্রভাবনা য়ৈখি ভারত অপূম্বগী অধ্যাত্ম-পুন্সিদা।

অতোপ্পা অচৌবা কর্ম্মক্ষেত্র অমনা গৌড়দেশনা ওইখি। প্রভুনা মশামক্তি থল্লবা নিত্যানন্দনা মাসিগী লুচিংবনি। কয়ারক হন্না চাং য়েংখরবা অথোইবা ভক্তগী কাংলুপ্—আদ্বৈত আচার্য্য, শ্রীবাস, মুরারি, নরহরি, রাঘব পণ্ডিত, সিবানন্দ সেন অসিন-চিংবনা শ্রীপাদ নিত্যাইগী পাম্বোম্লি।

মীরম্লেন্ অমসুং লাইরম্লেন্-অনীগী লীলা মথল অনীমক্ নীলাচল-ধামদা শান্নরি তত্তনা প্রভুনা। গৌড় নত্রগা ব্রজমণ্ডল্ অনী-মক্তা প্রভুনা স্থূল দেহ পুত্থনা লেঙঙুদে হায়বতনি, ভক্ত কয়া কয়া অমদি মফম্ অসিদা লৈনা লৈনা মথল্লাই পেঞ্জরি মহাক্কি অলৌকিক ওইবা দর্শনবু ফংজত্থনা। করিগুম্বদনা শচীদেবীগী লাইশং মনুংদা, করিগুম্বা মতম্ অমদনা শ্রীপাদ নিত্যাইগী কীর্ত্তন সভাদা সূক্ষ্ম-দেহ ওইনা প্রভুনা হেক্ হেক্ ফাওরক্ই। শ্রীবাসকি মাঙ্গোন্দা, পানিহাটিদা রাঘব পণ্ডিতকি ময়ুম্দস্থু তোয়ন-তোয়না মহাক্কি আবির্ভাব-নি। অতুদগী হেন্দোক্তুনা, বৃন্দাবন্দা তপস্যাদা লুপ্তুনা লৈবা গোস্বামীশিংগী পুন্সিদস্থু প্রভুগী অলৌকিক দর্শনদি তোয়না থোক্লি।

কাংগী য়াম্না মমাঙদগী হৌনা বাঙ্গলাদেশতগী ভক্ত কাংলুপ্ কাংলুপ্ লাক্লে নীলাচল-ধামদা চহী হেক্ খুদিংগী। প্রভুগী মনাক্তা নক্লবা মীওই ওইনা থা কয়া লুঙাইনা লেপ্লে। মীওইবগী মশাগী ওইবা, থমোইদা ইচম্-চম্না হেক্ পোক্চবা ভক্তি অমস্যুং ভাব— অসিনা মহাক্পু ইরাই হেক্ লাইনা পুন্দুনা থম্মি। অদুনা প্রভুনা মখোয়গী লুনা তৌবা, নুংশিনা তৌবা অদুদগী হঙ্গোই-দদুনা ওৎপা অদু মচিন্ ফাজিন্দুনা খাঙবা তারি তোয়ন-তোয়না।

গৌড়দেশতগী ভক্তশিংনা প্রভুগীদমক্ পুরক্লরি পোৎ মখল, মখল কোক্থোং, কোক্থোং মাসিবু কনানা শিংথাগনি। মাসিগী মনুংদা রাঘব পণ্ডিতকি নুপী দময়ন্তী দেবীনা মহাক্কিদমক্ থারক্পা পোৎনা খ্বাইদগী হেন্না পুক্নিং চিংশিন্নিংঙাইনি। দময়ন্তী দেবীনা প্রভুবু থোইদোক্লা মচাগী ভাবতা নুংশিজে। অৱাবা কয়া খাঙজ-দুনা শেম্জে, শাজে চাননবা মখল্, মখল্; ঘীদা ঙৌবা, চিনিদা থোংবা অকংবা চানবা পোৎশক্ কয়ানি। অতৈ নুপী কয়া অমনস্তু থাজরক্ই চানবা মখল্ কয়া অমস্তু মাগী মাগী ওইবা মীওইশিংদা, নুমিৎ কয়া, থা কয়া প্রভুনা হানবগী দমক্তা।

নীলাচলগী মন্দিরদা শ্রীজগন্নাথগী বিগ্রহনা কেন্দ্র ওইরদুনা নুতিগী চথরি উৎসব মখল্, মখল্। উৎসব অসিদা প্রভুগী লোইবা নাইদবা লীলারঙ্গনি; ভক্তশিংগীনা মপান্-নাইদবা আনন্দ। শকৃফম্ কয়াদা, ভাব কয়াদা, রস মখল্ কয়াদা মখোয়না উজে প্রভুগী মোহনমূর্ত্তি; মাদুদা পেঞ্জে মশাবু পুম্-কাও কাওথোক্লা।

জগন্নাথগী গুণ্ডিচাবাড়ী রাইশিংপা অমস্যুং তৈবা চৈতন্যগী

অঙকৃপা ওইবা সেবা-লীলানি। পুরীগী নিংথৌদা হায়জত্নুনা থবক্ লাসি প্রভুনা মশরুক্ ওইনা নিজবনি। কাংগী নোংম-নিনিগী মমাংদগী মথুংমক্তা শুম্জিৎ পায়রত্নুনা লাইশংগী অকোয়বা শেংদোকই। ভক্ত চাম, চামনা মথুত্তা ঈশিং-চফু অমমুং শুম্জিৎ পায়রত্নুনা মহাক্কা লোয়নননা শিংলি, তৈরি। মতাং অসিদা ফাওবা প্রভুনা তত্তনা শক্লি, শোল্লি কীর্ত্তন। মাত্নুদা য়েংবদা, তাবদা ওইরি অচৌবা কুম্মে পুক্লিং হুনবগী মশক্ ওইবা।

কাং মুমিৎ অসিদা ওইখরে চৈতন্যগী দিব্য ভাবাবেশ। মাইকৈ মরি ফুন্‌খরে মী লখা, লখানা। শ্রীজগন্নাথনা অঙকৃপা ফংনা নিংথিজরবা কি-লৈতেং থোল্লত্নুনা কাংগী মথক্তা ভাম্থোইরি, অত্নুগা উৎকলগী নিংথৌ মশামক্তা মথুত্তা শুম্জিৎ পায়রত্নুনা চংলিবা কাংগী মমাংদা ৱাই শিংল-শিংলত্নুনা চচ্চরি। য়েংবদা অঙকৃপা দৃশ্যনি। অত্নুবু চাউরবা উৎসব অসিগী শ্রীচৈতন্যনা ওইরি মধ্যমণি। কীর্ত্তনগী আনন্দদা তাওরি প্রভুনা; মহাভাবতা লুপ্তুনা শারি জগোই, শক্লি কীর্ত্তন কাংগী মমাঙদা। ফজবা হায়বা অত্নুতনা তাত্নুনা শারবা ৱাং-চাওরবা প্রভুগী হক্চাংনি; অত্নুগুম্বা হক্চাং অত্নুগী কায়াৎ খুদিংদা হৌজিক্ ঈথক্ হৌবগুম্ তৌরি। সনাতনা পুম্‌হৈ ওইনা শাবা মান্‌বা পাম্বোম্ অনী অত্নু ৱাংনা থাঙ্গৎলি; মিৎ অনীদা তত্তনা পিগী ঈরা শিম্থরি। পংনা উবা ফংলরোইদবা অঙকৃপা দৃশ্য অসিবু উজরিবা মরাইবক্ ফবা কাংবুদো ওসি লোইনা তাউথনখরে আনন্দগী ঈচাওদা। মীদি লাইরত্নুনা কাং মথক্তা লেঙশিল্লিবা দারু ব্রহ্ম অত্নু ফাওবা

শ্রীচৈতন্যগী ওসি ওইরিবা মওং অসিগী প্রভাবনা কন্না য়ৈরক্পদা চৈতন্যময় ওইখরে।

বাংলা উড়িষ্যা অমসুং ভারতকি মফম্ কয়া অমদগী চহী খুদিংগী কাংগী উৎসবতা তিন্নবিবা ভক্ত-থমোইগী পাক-চাওরবা ঈতিন্নফম্ অসিদা হৌরি স্বর্গগী আনন্দগী ঈথক। অতুদগী মশাপুন্বা তুজুং-মান্জুংনা, মিংকি পিগা কোন্ননা পুণ্য চেন্নবা থুন্নবা প্রভুগী স্মৃতিবু থমোইদা চেৎনা কোঞ্জরতুনা হন্নখি মরৈবাক, মরৈবাক্তা।

মতম্ পুন্নমক্তা কৃষ্ণকথা অমসুং প্রেমাবেশদা চংতুনা লৈরবসু প্রভুগী মুতিগী তৌবা থবক্তা খজিক্তা য়ৌনা অহো-অরাক্ লৈহন্দে। অয়ুক্ অঙন্বদা ভজন অমসুং কীর্ত্তন; মথংদা জগন্নাথ দর্শন ; অতুদগী লেঙ্ই চাঞ্জরবা হরিদাসকি থাংপোক্-শং তান্না শাননবা মনাইগা অথুপ্পা ৱারি। করিগুম্বদা ভক্তশিংগা লোয়ননা লেঙ্ই সমুদ্রদা, করিগুম্বদা ইন্দ্রদ্যুম্ন-পুখ্রীদা শান্ননবা জলকেলি।

পুবীগী চিদাই অমদা টোটা-গোপীনাথগী মন্দির লৈ। মসি প্রভুগী অথোয়বা নক্লবা মীশক্ ওইবা গদাধরগী ভজন তৌফম্নি। মসিদা প্রেমিক ভক্ত অসিগী সেবাদা লুপ্শিন্বা অতুদগী গোপী-নাথ বিগ্রহ অসি থোইদোক্না অরুবা লাই ওইনা লৌনখি। গদাধরনা ভাগবত পাবা থোইদোক্না মুংশি। ভক্তগী কাংলুপ্ অমা পুবতুনা নুতিগী লেঙ্লকই প্রভুনা মফম্ অসিদা, চেইন্থে কৃষ্ণ-কথাগী ঈচেল্।

নুংদাং খুদিং লেঙ্ই প্রভুনা জগন্নাথগী আরতি দর্শন, অতুদগী হল্লকই মাগী লৈফম্ তান্না মিৎকি পিনা পুংলুপ্-লুপ্পা।

স্বরূপ দামোদর, রামানন্দ অমসুং ভক্ত অতৈ থরাই-য়াওনা তিন্নরে। কীর্ত্তন শক্‌ই, শ্লোক পানৈ, খন্নৈ রসতত্ত্ব কয়াস্থ। রাধাকৃষ্ণলীলা নিংশিংনহুনা প্রেমানন্দদা তাউনৈ মখোয় খুদিংমক্।

মধুর ভজন, রাগানুগা ভজনগী ফিদস্থু শন্দোক্‌ই প্রভুনা মশাগী পুন্সি লীলাতনা। শ্লোক অমা অনী নত্তনা ইরমদে প্রভুনা করিগুম্বা ধর্ম্মগী লাইরিক্ অমত্তা ; লৈতে লাংতক্লবস্থ পাউতাক্ পীনবগীদমক্। পীরমদে কনাদস্ মন্ত্রদীক্ষা। অতুবু অঙক্‌পনি, মী লিশিং লিশিংনা মশা খঙ্‌জদনা চিংশিন্‌খিবগী মওংদা হোৎচিন্নরি লোয়না মঙোল্লোম্‌দা,— হেক্ নক্‌শিন্ন-খিবগা অনৌবা মীওং অমদা ওন্‌খি মহাক্কা শম্নজবদগী। প্রেমধর্ম্মগী পাও-পুবা চাউরবা ভাগবত-কাংলুপ্প্ শেম্‌গৎখি অস্থুম্না। ধর্ম্ম সমাজ অমস্থুং সাহিত্যগী মথক্তা শন্দোক্কা য়েখি মহাক্কি অমস্থুং মাগী নক্লবা মীওইশিংগী অকন্বা প্রভাব।

মশাগী পুন্সি মরেন্না অমস্থুং বাণীতনা প্রভুনা লিংখৎখি পঙনা ওইররোইদবা ভজনগী আদর্শ। শ্রুতিনা হায়রিবা আনন্দা-ঘন, রসঘন ওইবা পরমতত্ত্বগী ব্রাফম্ অদো, মাধুর্য্য অদো শন্দোক্কা চাইথোক্‌খি মীওইবগী থমোই-লৌবুক্তা। মহাক্কি লৌকিক অমস্থুং অলৌকিক পুন্সিগী মমি তাহন্দুনা প্রেমধর্ম্ম অসিগী মথরাই হাপচিন্‌খি, শন্দোকহন্‌খি পাক-চাওনা

প্রভুনা তাক্‌পি,—"মাধুর্য্য ভগবত্তা-সার," হায়বদি মাধুর্য্য-তনা ভগবানগী মরু ওইবা শরুক্কি, স্বরূপনি। শ্রীভগবানদি মপান্নাইদবা ঐশ্বর্য্যগী মপুনিদি হায়ববু ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্ অসি মাধুর্য্যগী মথা ভাক্তুনি, হায়বদি মাধুর্য্যতনা অথোইবা স্বরূপনি।

মহাক্কি বাণী অসিনা পুরক্কুনা থম্বিররি পরম আশ্বাস অমা জীবশিংগী মফমদা। বাণী অসিনা শন্দোক্লি—ভগবান হায়বা অসি শাস্তিদাতা নত্তে, কিনিঙাই ওইবা করিস্তু লৈতে মঙোন্দা; মহাক পরম করুণনি, পরম প্রেমিকনি। মহাক্কি নাম স্মরণদি (নিংশিংবা) থস্থু থমখো, নাম অসিগী মশেন্মরাংবা মঙাল্ অতুতনা খজিক্তং য়ৈবদস্থু পাপ-তাপ লোইনা কোক্লিবনি। মায়ানা পুন্দুনা লৈবা জীবগী উদ্ধার হায়বা অসিদি ভগবান মশাগী মরম্নাই ওইবা মথৌনি। অতুননি প্রভুনা তত্তনা লাউ-রিবা,—“তাইবং-মীবু লাম্বিবা হায়বসিদি ঈশ্বরগী স্বভাবনি (মশাগী ওইবা চরিৎ, মচৎ)।” প্রভুগী মোত-তদি,—জীব অসি ভগবানগী নিত্যদাসনি, ভগবানগা মহাক্কা নিত্যসম্বন্ধব লৈ, সম্বন্ধ অসিমক্তনা মহাক্কা মহাও তংবা ঙম্জৈ ভগবানগী স্বরূপ অমস্থুং মাধুর্য্যবু।

নামকীর্ত্তন, বিগ্রহ সেবা, অতুগা তত্তনা ব্রজধামগী রাধা-কৃষ্ণ— লীলাবু নিংশিংবা, মাসিগী মরমদা রাখল্ তৌবা—সাধনকর্ম্ম অসিতগী মতেংনা মহাক্কা নৌনা শন্দোক্লিবা মধুর ভজনগী থোন্গৎলি য়ুম্ফম্।

প্রেমভক্তি ধর্ম্ম অসিদা জাতিবর্ণ খায়বগী রা থঙদে; প্রভুনা কৌরি মী খুদিংবু ধর্ম্ম অসি চৎনবা।

“অতোম্বা শাগৈদা পোক্পনা ওইদে ভজনগী মতিক্চাদবা; রাংলবা শাগৈগী বিপ্রনস্থু (ব্রাহ্মণস্থু) ওইদে মতিক্-চাবা ভজনগী। ভজন তৌবনা অচৌবা, তৌদবনা অতোন্বনি। কৃষ্ণ ভজনদা লৈতবনি জাতি-কুল বিচার।

মাসিনি প্রভু্গী উদারতাগী ব্রাফম্ ভক্তি সাধনাগী অধিকারী-শিংগী মরম্দা। সাধনাগী লম্বি-তাকপিবা গুরুগী মরম্দস্তু প্রভু্গী পুক্লিংদি চংনবীনা পুন্বা লৈতে। মহাক্না শন্দোক্ই,—

অদুনা প্রভু্না শেম্গৎলিবা ভাগবত গোষ্ঠীদা য়াওরিবা নরহরি সরকার অসি বৈদ্য ওইদুনস্তু অথোইবা আচার্য্যনি হায়না শ্রদ্ধা তৌনৈ, ইকাই-খুম্নৈ। হরিদাস যবননি; অদুবু বৈষ্ণব পুম্নমক্কি খুরম্নফম্নি; প্রভুগী নাম প্রচারগী মহান্ব্রত অসিগী লুচিংবনি ; অসিদস্তু নত্তনা রামানন্দ রায় অসি শূদ্রনি, অদুবু মহাক্কি অথুপ্পা তত্ত্ব-কথা পুম্নমক্ ফোংদোক্হল্লি মহাক্কি (রায়-গী) মচিন্দগী। মতম্ অসিগী অচপ্পা চংনবী, ধর্ম্ম, সমাজ অমস্তুং সংস্কৃতিগী মথক্তা মহাক্কি উদার নীতি অসিগী প্রভাব অসি শন্দোক্খি।

চৈতন্যনা হোৌদোক্লিবা ভজন-পদ্ধতি অসিদা য়াওরিবা অনৌবা মওং অসি ইয়াম্-য়াম্দবা নত্তে। মাসিনা চিংশিল্লি মীওইববু; লাইনা থোক্ই মতুগী মতিক সাধনাদস্তু। দেশ কাল পাত্র খায়দনা লৌনবা ওম্নরি মাসিবু। বিগ্রহ সেবা অমস্তুং ভক্তিগী অঙ্গগী মনুংচন্বা থবক্ অদু পাঙথোক্পগা লোইন-লোইননা মমিৎ পাংথোক্লক্ই কৃষ্ণপ্রেম মথং মথং ওইনা। নাম-বু পাম-শিন্বা অমস্তুং কৃষ্ণপ্রেম হেঙ্গৎলক্ই সাধক-পুন্সিদা; লোইন-লোইননা চাকথেক্তনা উৎ ওইহন্খি বিষয়বাসনা অমস্তুং মাগী চিংশিন্বা পুম্নমক্।

প্রভু মশানা তাক্পিরি অকায়বা, অচম্বা লম্বিবু,—করম্বা লম্বি চৎলগা পোক্কদগে নাম্প্রেম্, —"তাও, হে স্বরূপ রামরায়,

মাতুগী লক্ষণ অপুন্বা,— নাপীদগী হেন্না তোন্না, উদগী হেন্না খাঙবা কন্না ( ইশাগী ) মান-বু থাদোক্তুনা, ( অতোপ্পদা ) মানবু পীতুনা হরিনামবু তত্তনা শক্-শোন্গনি।"

প্রেম ধর্ম্মগী অথুপ্পা অমস্তুং তত্তনা তৌগদবা ভজনাঙ্গ হায়ববু অষ্টকালদা লীলা স্মরণ তৌবনি। লীলা অসিদি রসময় ওইরবা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-নি। ভাগবতী লীলা অসি চৈতন্যনা শন্দোকৃই মহাক্কি নর-বপুগী ( মীওইবগী হকচাং ) মতেংনা; মহাক্ মশামক্ কাহেন্বা মাধুর্য্যনি, অতুগী মতিকস্তু অমুক্কা মপান্নাইদবা রস-বৈচিত্র্যনি। সাধকশিংগী মপুক্কিং অসি মাধুর্য্য অসিদা, রস অসিদা ইলাই হেক্ লাইনা হেক্তা চিংশিন্খি; য়ুথক্ নিপাল্ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা আচরণ অমস্তুং লীলারঙ্গ নিংশিংবদা অমসুং ব্রাখলদা প্রভুনা লুপশিন্দুনা লৈ; অতুদগী মথং, মথং ওইনা মহাক্না লুপ্তুনা লৈখি কৃষ্ণ-প্রেমরস সাগরদা।

প্রভুগী ভজন-লম্বি অসিগী তোপ্-তোপ্পা মরু ওইবা ব্রাফম্দি ভক্ত অমস্তুং ভগবান অনী অসিগী মন্নুংদা লৈনরিবা মরি (সম্পর্ক) অসিনি। "ঐ অসি ভগবানগীনি" হায়বা ভাব অসিনদি হায়রিবা মধুর সাধন অসি ওইবা য়াদে। সাধন অসিদা লৈগদবদি, —"ভগবান অসি ঐগীনি" হায়বা ভাব অসিনি। "নবকিশোর নটবর শ্রীকৃষ্ণনা ইষ্টদেব ওইনা মাসিদা লেঙদনা লৈবিরে, অতুগা জীবগী থবক্না মহাক্কি আনন্দ হেন্‌ঙৎহন্বনি; লীলা সুখ পোক্-হন্বনি। অতুনা মধুর ভজনগী সাধক-কি মফম্দদি 'মহাক্ অসি ঐগীনি' হায়বা অসি অচৌবা ব্রাফম্নি। ভগবানগী প্রীতি পোক্‌হন্বগী মন্নুংদা লৈরি ভক্ত অমগী থ্বাইদগী চাওবা মথৌ,

খ্বাইদগী চাওবা সাধনা! 'ঐগী' হায়বা ভাব অসিবুত ওইহল্লি প্রভুনা সাধনাগী য়ুম্ফম।

অথোইবা ভক্ত রঘুনাথ দাস হন্দক নীলাচলদা প্রভুগী চরন্দা চংজরগে হায়না লাক্চরি। সপ্তগ্রামগী মপুশিং অসি মতম্ অদুগী বাংলাগী অথোইবা জমীদারশিংগী মরক্তা অমনি। ইনাক্-কৈরাক্ খুন্নদা অমম্তুং তৌবা ওমবদা য়াম্না শিংথানবা জমীদাররনি। রঘুনাথনা শাগৈ অসিগী অমত্তা ওাইরবা উত্তরাধিকারীনি। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা বিষয়াদা পুক্নিং চংদবা, পাম্দবা মওং উবা ফংই। মহাক্না অসিগী মমাঙদা অমুক্ শ্রীচৈতন্যগী মফমদা চংজরক্খি; অদুদা প্রভুনা মহাক্না হায়জবা অদু য়াবিখিদ্রে। মুমিং খরগী মমাঙদা রঘুনাথগী মরাইবক্ ফবনা নিত্যানন্দগী থৌজাল্ ফংজখি। হন্দক্তি মপান্নাইদবা লন্থুম্ অমম্তুং তনৌ-তনৌরিবী ভার্য্যা (মতু) থাদোক্লুনা বৈরাগ্য লৌদুনা থাংদোক-লক্লে মখোং সাধনাগী লম্বিদা।

নীলাচলদা নোংমা শ্রীচৈতন্যনা ভক্তশিংগা লোয়ননা অমত্তা ওইবগী মওংদা ৱারি-ৱাতাই শানরি। রঘুনাথনা মতম্ অসিদা লাক্লুনা প্রভুগী চরণ বন্দনা তৌজরৈ। পুম্নমক্ খঙবা প্রভুনা মতাং অসিদদি পন্খিদ্রে মহাক্পু অথোইবা মশাগী নক্নবা মীওই অমা ওইনা লৌশিন্বিবদা। স্বরূপ দামোদরদা শিন্নবিরে অনৌবা ভক্ত অসিগী ভার অপুন্বা। অদুগা ভৃত্য গোবিন্দদম্ম তাক্পিরে রঘুনাথনা কাইদনা মহাক্কি মুতিগী প্রসাদ ফংজনবা।

অম্মুন্না মুমিং খর লেপ্লে। অথোইবা ভক্ত রঘুনাথগী পুক্নিংদা অকন্না বৈরাগ্যগী মৈরি চাকখংলক্লে। অম্মুন্না প্রভুগী প্রসাদ

ফংহুনা মুংঙাইনা পুন্সি লেব্বসি চুম্‌দ্রে হায়হুনা, মন্দিরগী সিংহ-দ্বারদা লেপ্ত্‌না লৈজরগা ভিক্ষা নিহুনা অকংবা খরা চাজরগে হায়না খঞ্জরক্লে। মথং মথং মুমিৎ খরনিদং রঘুনাথপু উথিদ্রবদা, প্রভুনা মাবু থিবিরক্লে।

মাহুদা গোবিন্দনা খুম্‌জে,—'প্রভু, ঐনদি প্রভুগী প্রসাদ অহু রঘুনাথদা পীজগে হায়না তৌজবনি; অহুদা মা মশানা শুক্‌য়া ময়াখিদ্রে। তোল্লবা, লাইরবা, বৈষ্ণব অমগুম্না মহাক্না ভিক্ষা তৌহুনা চাগনি; সিংহদ্বারদা লেপ্ত্‌না মাহু নিজগনি। ঐনা থিগত্তুনা খঙজরে—সিংহদ্বারদা অহিং য়াম্না থেংলক্লবা মতম্‌দা জগন্নাথগী সেবা চংবা কাংথুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরক্‌পা মতম্‌দা মহাক্না মখুং-লোন্নহুনা মচি অমদা লেপ্ত্‌না লৈজে। কনা কনাগুম্বনা দোকান্দগী লৈরগা চাক-নচিংবা পীবিরম্বসু য়াওই। অস্থুম তৌহুনা হন্দক্‌-মরক্‌ অসি মহাক্না লেঞ্জরি।'

পুক্লিংদা প্রভুনা য়াম্না পেঞ্জরে। মতম্‌ অহুগী লুপা লাখ তরা-নিথোই অসি কাবা জমিদারগী অমত্তা ঙাইরবা উত্তরাধিকারী রঘুনাথনি। গৌড়দেশতা লন্দা-থুম্‌দা অমদি ইকাইখুম্নবদা মাগী লাম্বা লৈতে। অসিগুম্বা মীনা ঙসি সিংহদ্বারদা অচৎ-অওক্‌ সাধারণ মীওই খুদিংদগী ভিক্ষাগী দমক্‌ মখুৎ-লোন্নহুনা লেপ্ত্‌না লৈবা হায়বসি তরাই-তরাইবা ৱাফম্‌ নত্তে। মসি মহাক্কি অচেৎপা বৈরাগ্য অমদি চাওথোক্‌পা ৱাখল্‌ শুক্লে লৈতবগী অরাবা খুদম্নি।

প্রভুনা মতাং অসিদা বৈরাগ্যগী মরম্‌দা মসিবু পাংথোক্লবা তাক্‌পিথিবা ৱাফম্‌ অসিদি বৈষ্ণবশিংগী মফম্‌দদা নত্তনা

মতম্ পুন্নমক্তা সাধক পুন্নমক্না কাউবা য়াদবা ৱাফম্নি ঃ—

বৈরাগীনা তত্তনা তৌগনি নাম সংকীৰ্ত্তন।
নিত্নুনা চাগনি পুন্সি হিংনবগী দমক॥
বৈরাগী ওইরগা তুংগী খাক্তুনা (থম্বশিং)
ওইরোই করিস্নু পাংথোক্পা, থৌশারোই কৃষ্ণনা॥
বৈরাগী ওইরে হায়রগা লৈ-গী মিহৌবদো।
পরমার্থ মাঙখি মাদা রসগী খুত্নুমা॥
বৈরাগীগী মথৌদি নাম-সংকীৰ্ত্তন তত্তনা।
শাক-মনা-মশিং-উহৈৱাহৈনা থন্গনি পুক্॥
লৈ-গী মিহৌচাওবনা কোয়েং কোয়েং য়েংবশিং।
পুক্নিং কারাম্ চাওবশিং ফংলোই কৃষ্ণ কৈদৌঙৈ॥

ভক্ত রঘুনাথদাসকিভিক্ষাবৃত্তিগী ৱাফম্ হৌজিক্ য়ৌথরে সপ্তগ্রাম ফাওবা। মপাইবুঙো গোবর্দ্ধনদাস চাকখরে মথৱাইদো মচাগী পাও অসি তাবদা। "ঙাওবু ঙাওরব্রা ইচা অসিবু? লম্বি অসি নত্তনা সাধন ভজন অসিবু ময়াদ্রব্রা?" মচাগী দমক্ মুদ্রা চামরিগা, ব্রাহ্মণ চাক্থোংবা অমগা তন্না থারক্লে।

রঘুনাথ তৌফম্ খঙদ্রে; পুক্নিংদা অৱাবা অমা পোকখরে। ময়ুম্ পুম্থা থাদোক্লম্লে; বৈরাগ্য সাধননা মুক্তি ফংগে হায়না চপ-য়ুংনা লেপখরবনি। অত্নুনা শেল্ অত্নু মশাগী মুংঙাইনবা লম্বিদা শিজিন্নবদি য়াদ্রবনি। অমুক্স্নু খল্লকই, নীলাচলদা ভক্ত কয়া অমদি প্রভুবু লুনা তৌত্নুনা পিজ পিথক্ তৌজত্নুনা মথবায় পেঞ্জরি। মহাক্স্নু মাত্নুম্ তৌবা য়ায়দনা। লেপ্খরে, শেল অসি প্রভুগী সেবাদা শিজীন্নজরগে হায়না।

রঘুনাথগী ভজন-তৌফম খাংপোক্শংদা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌজরে মরক্ মরক্তা। নোংমদি মাগী মপুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা পোক্লে। মানা খল্লে,—"করিনো ঐনা তৌরিবসিবো? বিষয়ী অমগী লন্না লৈবা চাক্পু ঐনা প্রভুনা হাননবা কৎল-বকো! নত্তে, মাসি অমুক্ তৌবা চুমদ্রে!"

রঘুনাথনা অমুক্ প্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎত্রে। খোৎ-খোৎপা খঙবা প্রভুনি অদুবু করিমত্তা খঙদবা শাশিন্নদুনা স্বরূপ দামোদরদা হংলক্ই,—"স্বরূপ, রঘুনাথনা হন্দক্ মরক্ অসিদি ঐবু নিমন্ত্রণ খক্ তৌখিদ্রে: নং মাসিগী মরম্ককা খঙলাক্প্রা?"

স্বরূপনা প্রভুদা রঘুনাথগী মপুক্লিংগী ৱাফম্ অদু হঙ্গচ্চরে।

প্রভুনা হরাওনা তাক্পিরক্ই,—"স্বরূপ, রঘুনাথনা তৌরিবা থবক্ অসিদি য়াম্না চুম্মি। বিষয়ী অমগী চাক্ চারবদি পুক্লিং অসি মোৎলি। অদুগা পুক্নিং লাসি মোৎলবদি শ্রীকৃষ্ণ স্মরণ য়াম্না ৱানা থোক্ই। অদুতমক নত্তনা বিষয়ীগী চাক্ হায়বা অসিদা অরুবা ৱাফম্ অমগা লৈরি। মাসিদা য়েৎশিন্দুনা লৈরিবনি রাজসিকতা। অদুনা দান তৌরিবমক, অচাবা মীমক —অনীমক্কি পুক্লিং অদু মোৎহল্লন্দনা তোক্তে। রঘুনাথগী মথৱাই নুংঙাইখিরোই হায়দুনা ঐনা মাগী নিমন্ত্রণ ঙাক্পনি। য়াম্না ফরে, হৌজিক্ মহাক মশানা খঙনা তোকখিবা।"

অসিগী মতুংদা রঘুনাথনা সিংহদ্বারদা ভিক্ষা তৌবমক তোক্-খরে। প্রভুগী চোক্শিন্বা মিৎয়েংগী মখাদা মহাক্পু শেন্নদুনা থম্মি। প্রভুনা খঙদবা করিমক লৈতে, অদুবু নোংমদি হংবিরক্লে

অম্মুন্না,— "রঘুনাথ অহুবু হন্দক্ মরক্ অসিদি সিংহদ্বারদা ভিক্ষা-কক্ নিদ্রে হায়নৈ ; অহুদি মহাক্তি কদাইদগী করি চাহুনা হিংজরি ?"

স্বরূপ দামোদরনা খণ্ডহঞ্জরকৃই,— 'প্রভু, মহাক্তি হৌজিক্ চাক্ নিবশিংগী মরক্তা য়াওশিন্দুনা পুন্না ফম্মিন্নহুনা চাজরি।"

শ্রীচৈতন্যনা চীংলেম্না খুম্মকৃই,—"য়াম্না ফরেদা। ভিক্ষা তৌগ-দবা লৈরবদি কাচিন্ অমদা ফম্হুনা তৌবনা ফৈ। সিংহদ্বারদা ভিক্ষাগীদমক্ লেপ্‌নুনা লৈবদি বেশ্যাবৃত্তিগা অক্সানি। অহুগুম্বা মীয়াম্না তিম্বা মফম্দা লেপ্‌নুনা দাতাশিংগী পুক্নিং চিংশিন্বদি অফবা নত্তে।"

প্রভুগী পেন্‌বগী লোইজখরে ভক্ত রঘুনাথগী ত্যাগ, বৈরাগ্য অমস্তুং সাধন-দা লুপ্‌শিন্বা মওং উবদা। বৃন্দাবনদগী পুরক্পা গুঞ্জামালা অমস্তুং গোবর্দ্ধন শিলা দান তৌহুনা মাবু তরাম্ তরাম্না তৌবিখি। অনৌবা ভক্ত রাঘুনাথগী পুক্নিং খোগৎপগী অমস্তুং আনন্দগী ডম্খৈ লৈখিদ্রে।

সংসারগী বিষয়-গুহাদা অস্নক্ কুইবসি তাহুনা লাক্পনি, বাসনাগী লৈখোম্দা পুক্নিং-হক্চাং পুথহুনা লৈরক্পনি। মতম্ পুম্নমক্তা রাখল্ অসি মাগী থমোইদা তত্তনা পোক্চরি। খম্-থেংবা মশানা মতোঞ্জরে খন্বা রাখল্ অমস্তুং কা হেন্বা সাধনাগী মতেংনা অমোংপা অসিগী অরোইবা ময়ি ফাওবা মুখৎপা পাম্জরি মহাক্রা। ধ্যান, ভজন অমস্তুং লীলা স্মরণদা অহিং-মুংথিল্ লেঞ্জরি ; জগৎ অপুম্বা পুম্-কাওনি।

মতম্ অসিদা মহাক্রা হিংলিবা-মহিং অসিদি অঙকৃপগী

মশক্তি। জগন্নাথ মন্দিরগী চিদাই অমদা শ্রীবিগ্রহগী প্রসাদ য়োম্বা পোৎকম্ খব লৈ। মুতিগী লোইননবা য়োম্বা খক্ ঙম্নদে; মখাক্ অদু শম্বীশিংদা পীজনবা হৈদোকৃই। শম্বীশিং অদুনা লোইনবা চাবস্থ ঙম্নদে। রঘুনাথনা লেঙ্খোবা লুখাক্ অসি মঙ্কিদা য়োমজনা পুজবকই; অদুগা মরু অমমম্তা লৌখত্তুনা মাদু ঈশিংদা চাম্‌থোক্লগা থম্জৈ। অদুদগী অহিং অথেংবদা ভজন তৌফম্-শং অদুদা মাদুনা ওইজৈ মাগী নোংমগী চিঞ্জাক্।

স্বরূপ অমসুং গোবিন্দগী মচিন্দগী প্রভুনা তারে রঘুনাথনা লেল্লিবা মরেল্ তোল্লবা চিঞ্জাক্ চাজদুনা। থমোই-সুংদা পেল্লে প্রভুনা মপান্নাইদনা,— রঘুনাথগী বৈরাগ্যময় সাধনা থাঙ্গৈমক্ শেংনা চংশিল্লি মহৈ য়াম্বগী লম্বিদা। নোংমদি প্রভুনা করিমত্তা চিংনদনা রঘুনাথগী চিঞ্জাক্ মশামক্লা হারে; অদুগা তাকপিরকই থৱাই-তানা,— "রঘুনাথ, অসুক্ হাওবা প্রসাদ অসিদি নংদি কদাইদগী ফংলুই? ঐদি করিগুম্বদা অসুক্ হাওবা পোত্তি চাখিদ্রি!"

লম্বিদগী খুল্লক্‌পা লুখাক্কি চাক অদুবু ঙসি প্রভুগী শ্রীমুখদা তারববকো। থম্বদা রঘুনাথ ৱাখিবনা কোক্‌চাওবি কাখরে।

ঙাইহাক্তগী মনুংদা খঙজখরে রঘুনাথ প্রভুনা শান্নৱিবা থৌজাল-লীলাদো। রঘুনাথগী অথেংবি লাইর-পুন্সি মরেম্ব্ অমসুং মাগী বৈরাগ্যবু ময়াম মমাঙদা ৱাংনা থাঙ্গৎকে থম্বনা প্রভুনা খুৎ থাখিবনি ফত্রবা চিঞ্জাক্ অদুদা। পরম ভক্ত রঘুনাথগী থজাই অনী থুম্মংনা চেম্ব্খি পিগী ঈরা।

প্রভুগী মিৎ অনীদা, মাইথোংদা মুংশিনা নোক্‌পা মিনোক্লা

ঙাল্লি। রঘুনাথনা হন্দক্ চৎলিবা খাংঙমদবা মচৎ অসিমক্কি প্রভুনা চৎহল্লম্নিংঙম্বা। মহাক্পু খোন্দুনা পুনিংই খম্-থেংবা বৈরাগ্যগী মন্নুংদা, মতম্ কুইনগী দমক্ নাম্থোক্লবা পুল্লিবা থৌরিগী কিশিদগী, অত্তুগা লুপ্তুনা লৈননবা কৃষ্ণ-প্রেমরসতা। প্রভুনা পাম্বমক্কি অসুম্না চোৎহল্লব্বা ভক্তিরস-অমৃতনা মশাগীনি হায়বা করিমত্তগীসু মপু ওইদনা।

নহা ওইরিবা বৈষ্ণব সন্ন্যাসীশিংবু প্রভুনা ওইহন্নিংই খ্বাইদগী হেন্বা অচেৎপা বৈরাগ্য য়াবা মথৈ চাদ-থক্তবা ব্রতগী মন্নুংদা। মখোয়গী আচার-আচরণদা অমদি সাধন পুন্সিদা খজিক্তং কোম্থোক্পা ফাওবা প্রভুনা খাঙবা ঙম্দে।

ভগবান আচার্য্য প্রভুগী অথোইবা ভক্ত অমনি। মানা নোংমা প্রভুবু নিনম্ত্রণ কচ্চরুই। অত্তুদা মনম্ মুংশিবা, অকুপ্পা চেং নত্তনদি য়াবা পোৎ নত্তে। কোইথি-থিজবদা প্রভুগী অথোইবী ভক্ত শিখি মাহিতিগীদা য়াম্না ফবা, মনম্ মুংশিবা চেং লৈ হায়বা তারে।

ছোট হরিদাস, নহা ওইরিবা ভক্ত অমনি। মখোল্ ফৈ অমশুং ভাবুক অমনি হায়দুনা শ্রীচৈতন্যনা য়'ম্না চাশ্লে। ভগবান আচার্য্যগসু য়াম্না চান্নজে। আচার্য্যনা মঙোন্দা হায়রক্ই,— "ভাই, ঙসি ঐগীসিদা প্রভু লুক্ হাগদৌবি; নহাক্ করিগুম্বা থবক্ অমত্তা তৌবিয়ুবা। শিখি মাহিতিগীদা অফবা চেং লৈ হায়না তারি। মহাক্কি মনাও মুপী মাধবীদাসীদা ঐগী মিং পন্দুনা হায়নরগা চেং অত্থু খিত্তা লৌবিরুচোবা।"

প্রভুনা হান্নবা শীল্লিবনি। ছোট হরিদাস খম্ থেংনা

মথুরাই য়াওজখরে। হৌতুনা চেন্‌খিতুনা চেং অদু লৌজরুরে। ভগবান আচার্য্য মথুরাই য়াম্না পেঞ্জরে। মনম নুংশিবা অকুপ্পা চেংগী চাক্ অমসুং অথন্নবা এঞ্জাং কয়া খোংজরতুনা প্রভুবু আসন্দা লেওশিলহল্লে।

লুক্ হানা-হানা প্রভুনা তাক্‌পিরক্‌ই,—"পণ্ডিত, নহাক্না ঙসি খোংলিবা খুদিংমক্ অসি ওন্থোক্লা হাওখরেদা। পুন্নমক্ অসিদগী চাক্ অসিদি ওন্থোক্লা অঙকপা ফংনা হাওবা হেন্‌গরে। অসুক্ কুপ্পা, অসুক্ মনম্ নুংশিবা চাক্ অসিদি পংনা থেংনখিদ্রি। কদাইদগী লৌরুবগে মাসিবো?

"প্রভু, চেং অসি শিখি মাহিতিহোইদগী লৌজরুবনি। মাধবী দাসীদগী হৌজিক্ত নিজরুবনি।"

"মাতুরা? কৈ, চেং অসি নিরুনবা কনাবু থারুবগে?"

'প্রভু, ঐনা অতৈ অতৈ শীল্লাঙতুনা লৈজবনা ছোট হরিদাসবু থাজরুবনি।'

তুমিন্না লুক্ হাবা লোইবগা প্রভু লেঙখরে মহাক্কি খাংপোক্তা। অতুদগী মনাই গোবিন্দ কৌরতুনা য়াম্না চৌং লেম্বা খোম্থোক্তা তাক্‌পিরক্লে,—'নখোয় পুন্নমক্ তাহৌরো, ঙসিদগী হৌনা ছোট হরিদাসনা ঐগী খাংপোক্তা চংবা থিংলবনি; মহাক্‌পু করিগুম্বদা ঐগী মিৎকি মমাঙদা লাক্‌হল্লোইদবনি। ঐ মাগী মাইথোং অমুক্ য়েংলরোইদবনি।'

কন্নিনো তৌরিবসিদে? নোং মংদনা বজ্র তারেনা! খঙহৌদনা অসুক্ তম্‌থিবা য়াথংদে! অসুন্না তৌবসি পংনা

থেংনখিদ্রি। প্রভুগা য়াম্না নক্লনা তিন্নবা ভক্ত পুম্নমক্ ঙক্নখিবনা জ্ঞান মাঙনরে।

প্রভুগী থোংজাও থিংজিন্খরে ছোট হরিদাসকি মফম্দা। খাঙবদা ৱাবা চাক্লবা থমোই পুরহুনা নহা ওইরিবা ভক্ত অহু অমরোম্দা অমুক্, অমরোম্দা অমুক্ কোইচেন্ চেন্দুনা খাঙজরি। হুমিৎ-হুন্নি চুপ্পা করিমত্তা চাখি-থক্খিদ্রে। মহাক্কি কংশিল্লবা হক্চাং, লাংশিল্লবা মাইথোং উবদা ভক্ত অপূম্বা মপুক্লিং ইরাং লাংনখরে, ৱানখ্রে। অহুবু উদে প্রভুদি খজিক্ত য়োনা পাখৎপা, চীংজাউগুম্না লেঙদনা লৈরি। ঙাক্পিগদবগী করিগুম্বা ভাবতাম্রু উবা ফংদে।

স্বরূপ দামোদরনা নোংমদি মথৌনা পুম্নমক্ খোম্জিঙ্গরহুনা হায়জরুই,—“প্রভু, ছোট হরিদাসগী করি মরান্নো? অহুগা করিগীদমক্ অস্রুক্ তম্থিবা দণ্ডবু মঙোন্দা পীনবিরিবা?”

প্রভুনা লাওনা খুম্লক্ই—“তারোসে, অহুদি! বৈরাগী ওইরগা মুপীগা কৌনবা অমম্বং ৱারি-ৱাতাই শাবা মীগী মাইথোং ঐদি থক্ য়েংনিংদে। তোল্ল-তোল্লবা, শোল্লবা জীব ঙাক্তা। তাৎ তৌশিন্নহুনা বৈরাগ্য লৌরগা সন্ন্যাসগী ধর্ম্ম, বৈরাগী-পুন্সিগী হৌনবীদি ঙাক্পা তৌদনা সন্ন্যাসীনি হায়জিন্নহুনা কোইচৎ-চৎপা মীওই লৈরে। অসিগুম্বা মীওইশিংগী মাইথোং মুক্য়েং য়েংনিংদে।”

ভক্ত পুম্নমক্ অয়েক্পা লাইগী মতৌগুম্না তুমিন্-তুমিন্ লৈনখরে।

শিখি মাহিতি অমসুং মাগী মনাও মাধবী দাসী অনী অসিদি প্রভুতবু চপ্‌যুংনা নিংজবী ভক্তনি। অতুতসু নত্তনা ভক্তশিংনা খঞ্জবদি—চৈতন্যগী মধুর সাধনাগী মন্নুং হুঞ্জিন্বা অর্থ খঙবা, মহাক্কি প্রেমরস লৌবদা মতিক চাবা পাত্রদি নীলাচলদা মী অহুম-মখাই-তনি। স্বরূপ দামোদর, রায় রামানন্দ, শিখি মাহিতি—অহুম্ অসিগী মথক্তা অর্দ্ধ-পাত্র অমদি শিখিগী মনাও মাধবীনি। মাধবী দাসীদি অহল ওইরবীনি, অতুগীসু মথক্তা নীলাচলগী ভাগবত সমাজদা মহাক্কি অৱাংবা মফম্নি, থোইদোক্লা ইকাই-খুম্নরিবী মুপীনি। মঙোন্দগী প্রভুনা হাননবা চেং খজিক্তং নিরুবগীদমক্তা অসুক্ য়াম্না শাথিবা লৈরাবদা তাহন্‌বা!

অসুম্না মুমিৎ খরা হৌখরে। ভক্ত ময়াম্মক্ পুম্না লাক্লতুনা শ্রীচৈতন্যদা হায়জররে অমুক্তা,—“প্রভু, তয়াং তয়াংবা পাপ তৌরুবগীদমক্ অসুক্ লূম্বা দণ্ডবু করিগী পীবিবনো ছোট হরিদাসগী মথক্তা? হন্দক্কি অসিতদি ঙাক্‌পিয়ু ননাইবু।”

শ্রীচৈতন্যদেব অশাওবগী খোন্থোক্তা,—“চৎখরো নখোয় পুম্নমক্‌ নশা নশাগী নথৌদা! কনাগুম্বনা রাফম্ অসি অমুক্ হন্না ঐঙোন্দা হায়জররবদি খুদক্ অহুদা ঐ নীলাচল থাদোক্‌-কনি, মাসি মুম্না খঙউ; অহুদগীদি নখোয়না ঐবু অম্‌ক্ উবা ফংলরোই।”

মহাক্লা লেপ্‌খরবা রাফম্‌দা লেঙখিদ্রে প্রভুনা। মুমিৎ খরগী মতুংদা ছোট হরিদাস ত্রিবেণীদা আত্মবিসর্জ্জন তৌখি মথৱাই চাক্‌খিবনা। থোদোক্‌ অসিদগী নীলাচলদা ভক্ত বৈষ্ণব সমাজ মন্নুংদা পুক্নিং ইরাং-লাংনখি। বৈরাগ্য সাধনগী মরিদা

প্রভুগী অচেৎপা নিয়মদা অকিবা কোঙ্গাই পোক্লখি। মুপীগা বা ঙাংনবা, রারি-রাতাই শাবগী লম্বিদা থোইদোক্লা চোক্শিন্নরি ভক্তশিংনা।

নহা ওইরিবা বৈরাগী ছোট-হরিদাসগী মফম্দনা প্রভুনা বজ্রগা মান্ননা কল্লবা মূর্ত্তি লৌবিখি, অতুগা রায় রামানন্দগী মফম্দা মাহুগী ওন্ন-তৈনবা। রামানন্দদি শক্তিধর সাধকনি—প্রেম ভক্তিরসগী মহা অধিকারী পুরুষনি। মানা মুপীগা নকুবা, শম্ন-বদি প্রভুনা খজিক্ত য়োনা খুদোং থিবনি হায়না লৌদে; করি গুন্বা অকন্বা নীতি অমত্তা উত্তে।

ভক্ত প্রত্যুম্না মিশ্রনা শ্রীচৈতন্যদা প্রভু মশামকি শ্রীমুখদগী কৃষ্ণ-কথা তাজগে হায়জরুই।

অতোন্বা অমম্লুং নোল্লুক্পগী অভিনয়দা হৈশিংলবা প্রভুনি। তাক্পিরক্ই—"হে মিশ্র কৃষ্ণ-কথাবু ঐনা করি খঙগনি। নংনা মাহু তাগে মহায়রবদি রামানন্দগী মফম্দা চৎলু। লীলারসগী অচৌবা ভাণ্ডারীদি মহাক্তনি। ঐসু মহাক্কি মচিন্দগী তাবনি।"

নুমিৎ অসিমক্তদা থুংলরে প্রত্যুম্না পণ্ডিত রায় রামানন্দগী ময়ুম্দা। য়াম্না কুইনা ঙাইরবগী মতুংদা রামানন্দ রায়দি নুমিৎ অসিদা থবক্ য়াম্না চিল্লি হায়না মনাইশিংনা হায়ররে। কৃষ্ণ-লীলাগী মরিদা রসমধুর ওইরবা নাটক অমা লেংহুনা মাহু শাম্ন-নবা তম্বিহুনা অমম্লুং শীল্লাংহুনা লৈরি রামানন্দনা।

মিশ্রনা মফম্ অহুদা অতুম্ ফম্হুনা ই-পাও খোম্জিল্লি। ফজরবী নহা ওইরিবী মুপী অনীনা নুতিগী রামানন্দগী মফম্দা জগোই-ইশৈ অমম্লুং অভিনয় তল্লি। লীলানাট্যগী অভিনয় অসি

থাঙৈমক্ শেংনা থোদোক্পা চুননবা, মথন্নাই পান্নবা রামানন্দগী লোইবা নাইদবা হোৎনবনি। স্তুতিগী মথুৎমক্তা তনৌ-তনৌবী দেবদাসীশিংবু ফিজেং-লৈতেংবী ; হাবভাব অমস্তুং মিৎয়েং-নায়েংগী মনুংগী অর্থ অথুপ্পা অহু মখোয়বু তম্বনা কন্না তম্বিরি। শ্রীকৃষ্ণ সেবাগী ব্রাখন্দত লুপ্তুনা লৈবা রামারায়নি। নাটক অসি নাটক নত্তে মঙোন্দদি—চং চং লাউবা অহিংবগী লীলানি ; (হায়বদি থোদোক্ অহু মাহুমক্তি হায়না লৌবনি।) মহাক্কি মিৎয়েংদা নহামচা অনী অসিনা নায়িকা— কৃষ্ণ-সুখ হেঙ্গৎনবগী থবক্তা মখোয়গী ভূমিকানি, অহুগা রামারায় মশামক্তা নায়িকাশিং অসিগী সখীনি।

প্রদ্যুম্ন মিশ্রনা, ব্রা পুম্নমক্ অসি তারে ; মপুক্লিং অসি করিনো ইনুং-হেক্ সুংঙাইতবা, থক্তোক্পগুম্বা অমা ইতৌ-তৌরে। করম্বা মওংগী বৈষ্ণবনো অসিদে, প্রভুনা করম্না মাবু থাবিরক্ইবা মাসিগী মফম্দা ?

মাগী মথৌ লোইরগা য়াম্না থীন্না রামরায় মিশ্রগা উন্নবা থোক্লক্লে। ব্রারি ঙাইহাক শারগা মিশ্র পণ্ডিত অসি মাগী চিংনবা অহু থরা থরা ইরৈ-মরৈনা ময়ুম্দা হল্লক্লে।

মিশ্রনা প্রভুগী মফম্দা ব্রা পুম্নমক্ শেংনা হঙ্গচ্চরুরে। মাহুদা প্রভুনা খুম্মকই,— "ঐ সন্ন্যাসীনি—সুপীবু য়েংবগী ব্রাদি থন্নহুনা, মমিং ফাওবা থৈদোক্তুনা থন্নবনি। অহুগা য়েংঙু; রাম্না রায়গী পঙনা উখিদ্রিবা শক্তি অসি! মশক্ ফজরবী নহা ওই-রিবী সুপীগী মশা পায়রবস্তু মাগী পুক্লিংবু খজিক্ত য়োনা লেঙ-হম্বা ঙমদে, ইরাং হোদে। মাগুম্বা সাধকতনা মাসি ঙম্বনি।

ভক্তি প্রেম সাধনাদা সিদ্ধি ফংলবা মাগুম্বা মীতনা অৱাংবা অবস্থা অসিদা কাখৎপা ঙম্বনি।

মতুং নোংমা কোম্বদা মিশ্রনা রায়গী ময়ুমদা অমুক্কা লাক্লে। প্রভুগী য়াথংনি; রামরায়না কৃষ্ণকথা তাহন্বিগদবনি। কৃষ্ণরসবু নৈনরক্পদা (মন্থন তৌবদা) ভাবকি ঈথক্ হৌগৎলক্পনা রামরায় পুম্ণাও-ঙাওখরে; আনন্দগী সমুদ্রদা তাউখরে। হৌ-জিক্তা রামরায়গী অশেংবা মতিক-মগুণবু প্রত্যুম্ন মিশ্রনা ভাব তানা খঙজরক্ই।

শ্রীচৈতন্য মশানা সন্ন্যাসীনি। সন্ন্যাসীগী হৌনবা মশাগী ওইজবা থাদোক্পা, খাঙবা কন্বা অমম্পুং সাধন-ভজনদা কা-.হন্না চ্যেক্শিল্লি। মধুর ভজনদা ভাবাবেশদা লুপ্তুনা লৈরবস্মু মশাগী শাজৎ-পূজৎ অসি অকন্বা য়োৎহ্লিংনা পুন্দুনা থম্দবা য়াদে। মরম্দি লম্ অসিদা খজিক্তুং কোম্থোক্তুনা অহো-অৱাক্ লৈখর-বদি বৈষ্ণব-কাংলুপ্কি মরক্তা কাং খোং চাইবা অমা থোক্লক্পা য়াই। লম্ অসিদা শ্রীচৈতন্যনা চ্যেক্শিন্না য়ে শিন্দুনা চৎলি।

লফু-লকা অকংবা অমগী মথক্তা প্রভুনা মুতিগী চেপ্পি। অতোপ্পা ফমুং অমদা চেপ্পিয়ু হায়বদা মহাক্না খক্ য়াদে। মাসি উবদা ভক্ত জগদানন্দ পণ্ডিতকি মথৱাই অসি য়াম্না চাক্খরে। মহাক্না প্রভুনা মশাগী হক্চাংগী সুক্খন্-খন্দনা তৌরিবা মওং অসি অমুক্ চথহল্লরোই, থিংলগে হায়না লেপখরে।

অমোন্বা মোম্পাক্, মোন্ তুহন্দুনা প্রভুনা চেপ্পদা নুংঙাই-নবা শীল্লুরে। অতুগা ফমুং অতু গেরুয়া শঙবা বহির্ব্বাসনা কুপ্শিল্লবদি প্রভুনা য়াবিরক্পা য়াই হায়না খঞ্জরে।

চেপকে হায়না লেঙশিল্লক্পদা তৌরম্মিবা অদু উবদা প্রভুনা শাও মন্খরদুনা ঙংদুনা হায়রক্ই— "সন্ন্যাস ধর্ম্ম অসি খরতং ঙাক্চদুনা লাক্চরিবনি : অদুবু মাদু ফাওবা নখোয়না তৌহল্লোইদৌরি। জগদানন্দনা ঐবু বিষয় ভোগ তৌহন্নিংলি, কেথোক-মৌথোক্পগী মসুংদা ঐবু লুপ্শিন্হন্দুনা ধর্ম্ম মাঙহন্গে লাক্লরি।"

ফমুংগী পোৎশক্শিং অদু লোইনা লাক্তুনা লংথোক্খরে প্রভুনা; অদুগা নীলাচল থুনা থাদোক্তুনা কদাইদনো লেঙ-খরগনি হায়না য়াম্না শাওনা তাক্পিরক্লে।

ভক্তশিংনা হায়জ-খোচ্চদুনা প্রভুবু য়াম্না ব্রানা নেম্থহল্লে। অদুদা ভক্তশিংনা ব্রাজরিবা অসিদি করম্না কোক্হন্গনি? মমৈদা স্বরূপ দামোদরনা মরক্-খত্তুনা অমস্থু অমস্থু ফননবা শীন্খরে। ভক্তশিংনা লফু-লাকা অকংবা লৌরুরগা মাদু খুজিন্না পিক্লা পিক্লা শেগাইরদুনা মথক্তা গেরুয়া-শঙবা ফি অমনা কুপশিন্দুনা প্রভুগী ফমুং শেম্খরে। মতম্ অসিদগীদি প্রভুনা মাদুদা তত্তনা চেপ্খরে।

প্রেমিক ভক্ত জগদানন্দ অসিবু প্রভুনা য়াম্না ইক্লাই খুম্নে। মহাক্না নুমিৎ খরগী মমাঙদা গৌড়দা চৎলুবা মতম্দা মনম্ নুংশিরবা চন্দন-থাও চকু অমা পুদুনা লাক্লে। প্রভুনা নুমিৎ চুপ্পা জগোই শাবা অমস্থুং কীর্ত্তন শক্লুরবা মতুংদা য়াম্না চোক্থনা উই; মরক্ মরক্তস্থু ভাবাবেশ ওইদুনা হেক্ লৈথোক্খি। জগদানন্দনা খঞ্জে প্রভুগী শারবা কোক্ অসিদা করিগুম্বা কবি-রাজী থাওককা তৈরবদি মহাক্কি মথব্রাই পেঞ্জগনি হায়না। অদুনা মহাক্না য়াম্না ব্রানা থাও অসি নীলাচল তাম্না পুজরক্পনি।

প্রভুগী মনাই গোবিন্দদা চফ্ অদো শিন্নহুনা জগদানন্দনা হায়রক্ই,—“ভাই, নঙোন্দা শিন্নরিবা অসিনি, নহাক্না শোয়দনা প্রভুগী কোক্তা থাও অসি নুতিগী তৈগদবনি; মাসি কাওবা-ককা য়াবা নত্তেকো।”

ৱাফম্ অসি হেক্ তাবদা প্রভুনা ইপা-পাখংনা তাক্পি-রক্লে,—“সন্ন্যাসীনা থাও শিজিন্নবা হৌনদে হায়বসিবু নখোয় খঙদবরা? অহুগীশু মথক্তা মনম্-নুংশিবা থাও! মাসিদি য়াম্না থিনা নিন্দা তৌনিংঙাইনি।”

ভক্তপুম্নমক্ তুমিন্-তুমিন্ লৈনখরে। অহুবু জগদানন্দ লেম্না তোক্কদবা মী নত্তে। মহাক্না অমুক্তা হন্না প্রভুগী সেবা চংলিবা মী অসিদা তৌদবা য়াদে হায়না ইন্শিল্লে।

মুমিৎ তরানিমুক্তি মতুংদা গোবিন্দনা ৱাফম্ অসি অমুক্তা হৌদোক্চরে,—“প্রভু, জগদানন্দ পণ্ডিতকি মথৱাইদা থাও অসি প্রভুগী কোক্তা ওস্থোক্না তৈহঞ্জনিংই। থাও অসি মাহুগীদমক্ মহাক্না য়াম্না ৱানা বাংলা দেশতগী মাসি তান্না পুজরক্লবনি।”

প্রভুনা শাওনা খুম্লক্ই,— “করিগী থাওদনো, ঐগী নুংঙাই-নবগীদমক্ থাও অদো তৈননবা-মী অমগা হাপ্নদনা; মাহুগুম্বা হকচাংগী নুংঙাইবা অহু কংননবা হায়হুনা ঐনা সন্ন্যাস লৌ-রিবা নত্রদো! নখোয় খ্বাই চংহুনা ঐগী মাঙননবা তৌরবতদা নখোয়না পেন্গদৌরি। ঐনা মনম্-নুংশিবা থাও অসি তৈরগা সরোক্তা চৎপা, অহুগা মীয়াম্না ভোগী সন্ন্যাসীনি হায়হুনা নোক্লবা,—অসিনি নখোয়না পাম্বিক্তা।”

জগদানন্দ কৌরগা অম্‌ক্না হায়রকই,— "নহাক্না য়ান্না য়ানা গৌড়দগী থাও অসি ঐগী দমক্কি হায়ত্নুনা পুরকপনি হায়না তারি। ঐদি সন্ন্যাসীনি— মাসি শিজিন্নবা চুম্‌দে। ফরে, নং থবক্‌ অমা তৌরো। থাও অসি জগন্নাথদেবগী মন্দিরদা থাওমৈ থান্নবা ওইনা কৎলুরো, অদুু ওইরবদি নংগী নোমজ-রক্‌পগীশু মহৈ ফংজরগনি।"

অভিমানী ওইবা জগদানন্দনি; অসিগুম্বা পাওতাক্‌ তাগদবা মীওং নত্তে। শাওবগা, য়ারৌবগা মশা অদুু থক্‌, থক্‌ নিক্‌খরে। ময়াইকানা খুম্মক্‌ই,— "গৌড়দগী ঐনা থাও অসি নহাক্কিদমক্‌ পুরক্‌ই হায়না কনানা হায়রিবা? থাও অসি কনামত্তুনা তৈবা শুক্‌য়া য়ারোই।"

কা হেন্না মপুক্‌চেন্‌তিংবা জগদানন্দনা মশাবু অমুক্‌ লোইশিন্‌-খোমজিন্দুনা ফাজিন্দুনা থম্বা ডমজখিদ্রে। প্রভুগী শংদা চংলগা থাওগী চফু অদুু মাঙ্গোন্দা চিংথোক্‌উরে; অদুুগা ময়াম্‌ মমাঙদা থুগাইরম্লগা ময়ুম্‌দা হন্‌খিত্নুনা থোঙ লোন্‌শিন্দুনা লৈথোক্‌খরে।

জগদানন্দ হুমিৎ হুম্নি-চুপ্পা চরা হেন্দুনা লৈখরে। মী পুম্নমক্‌ য়ানবনা থরক্‌ হুঙ্গৎনখরে। করম্‌ তৌরগা মহাক্‌পু থেমজিন্‌শিগে হায়বদো লাম্বা ফংনখিদ্রে।

ভক্তশিংগী প্রেমাভিমান অসিনা প্রভুবুদি থক্‌-খা খঙদনা ডাওহল্লি। লৈবা ডম্মক্তুনা প্রভু মশামক্‌ জগদানন্দগী ময়ুম্‌ তান্না চেল্লক্লে। থোঙ কন্‌না থীন্দুনা লাওরক্লে,— "পণ্ডিত, পণ্ডিত, ডাইরে, থুনা মপান্দা থোরক্‌উ। ঐ ডসিসে নহাক্কিসিদা

চাক্ চারা অমত্তা চাগে। খরা থুনা থোং-থাক্লবা শীল্লাংলরোসে, ঐনে শ্রীমন্দিরদা থুনা হন্দবা য়াদ্রি।"

প্রভুনা মহাক্কি ময়ুম্‌দা অতিথি। জগদানন্দগী শাওবা, ওইনবা— পুম্নমক্ মিৎনা-কুপ্পদা তাউথোক্‌খরে। য়াম্না চ্যেকশিন্‌না মখুৎ-মক্লা মথেন্, মথেন্, থোং-থাক্‌পা হৌগৎলে। করি হায়নি, মুমিৎ অসিদা প্রভুনা কংখিবা দণ্ডদি ইয়াঙয়াঙই হায়বা য়াদে। পণ্ডিতপু কিখিবদগী হেক্সিন্‌না চাবা তাখিরম্মি। ভক্ত অসিগী মান ভঞ্জনগী মতাং অসি মাসিদা লোইশিন্‌খি।

রামচন্দ্র পুরী অসি শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্যশিংগী মরক্তা অমনি। অরূম্-অয়াংগী জ্ঞান অসি মঙোন্দা য়াম্না ৱাংলি; ৱারি-ৱাতাই শাবদসু অপম্বা, অথিংবা কয়া লৈতে। অতোপ্পগী মরান্ থিবতনা মথৌ ওইনা তৌই। থৌজাল লৈরবা, পুক্‌চেল্ ফাবা ঙম্লবা, খাঙবা কম্বা মাধবেন্দ্র পুরী ফাওবা মহাক্কি শিবা-নাইবা হক্‌চাং থাদোক্‌ত্রিঙৈগী মমাঙদা লম্‌হেন্বা শিষ্য অসিবু তাম্থোক্‌পা তাখিরম্মী। হায়রিবা রামচন্দ্র অসি নোংমদি পুরীধাম্‌দা থুংলরে।

প্রভু অমসুং মহাক্কি ভক্তশিংনা রামচন্দ্র পুরীবু ক্বনা ইকাইখুম্ননা লুনা তৌজে হায়বদু মঙাই মশাগী স্বভাব মতুং ইন্না মী খুদিংবু নিন্দা তৌহনা মীগী ফত্তবা কয়া কয়া ঙাংবা হৌরক্লে। শ্রীচৈতন্য মশামক্ ফাওবা মাগী মচিন্ ফত্তবা অহৃদগী নাম্থোক্‌হন্বা তৌদে।

প্রভুনা ভক্তশিংগী ময়ুম্‌দা তোইনা তোইনা লুক্ হাই। ভক্তশিংনসু প্রভুগী হাওননবা মথেন্ মকোই কয়া তৌজে।

রামচন্দ্র পুরীনা ৱাকম্ অসি পল্লত্থনা প্রভুবু নিন্দা তৌবা হৌরক্লে। "সন্ন্যাসীনবু চাননবগী নিমন্ত্রণ অম্মুক্ তোইনা লৌবা করিগীনো? অত্থগা সন্ন্যাসীনা অম্মুক্ হাওর-হাওরবা মথেন্মকোই করিগী চাগনি?"

চৈতন্যনা গোবিন্দ কৌরগা তাক্পিরক্লে,—"ঙসিদগী কনাগুম্বা ভক্তনা ঐবু নিমন্ত্রণ তৌররবদি করিগুম্বদা শরুক্ মরিগী অমদগী হেন্না পীরোইদবনি হায়না তাক্খো।" ভক্ত পুন্নমক্ য়াম্না পাঙ্খৎনরে। রামচন্দ্রপুরী হায়বসিদি মীগী মরাক্তা থিবা মীনি হায়বসি মখোয় পুন্নমক্লা খঙই। প্রভুদা মখোয়না হায়জরক্লে,—"প্রভু, পুরীজী অসিদি জগৎ পুন্নমক্পু নিন্দাতা তৌত্থনা লৈবা মীওইনি, মাসি মী পুন্নমক্লা খঙনরিবনি; অত্থগা অসিগুম্বা মীওইগী মরাদগী করিগীদমক্ লুক্ খজিক্-খজিক্ত হাবিরিবনো?"

প্রভুনা তাক্পিরক্ই,—"নখোয় খ্াইনা পুরী মহারাজবু অরেম্বদা মরান্ শীবিরি, অরেম্বদা মাবু শাওবিরি। মহাক্না হায়বনা চুমদ্রাও? সন্ন্যাসী ওইরগা লৈ-গী কারাম্ চাওবদি চুমদেনা। সন্ন্যাস ধর্ম্ম ঙাক্কে হায়রবদি চাবগী চাং অসি য়াম্না হুম্থহন্গদবনি।"

প্রভুনা কা-হেন্না য়াম্দনা চাবা অসি উবদা ভক্তশিং অত্থ য়াম্না মুংঙাইনদ্রে; অকম্বা আন্দোলন হৌরক্লে। ভক্ত পুন্নমক্লা ময়াদ্রত্থনা মমৈদা প্রভুগী চানবগী চাং অত্থ খরা হেন্গৎহন্বদা মতাখরে।

অত্থদগী মুমিৎ খরগী মতুংদা রামচন্দ্র পুরীনা নীলাচল

থাদোক্তুনা চৎখরবদা ভক্তশিং অদু স্মর চনিং তাজরে।

সন্ন্যাস ধর্ম্ম ঙাক্লনবা অমম্তুং নিয়ম মতুং ইন্না থবক্ তৌননবগী লমদা শ্রীচৈতন্যগী নক্লবা ভক্তশিংগী হোৎনবা অসিদি খজিক্ খরাক্কি রা নত্তে। করি করিগুম্বা মতম্দদি নিয়ম্ ঙাক্-পগী মতাংদদি মখোয়গী আদর্শ অসি প্রভু মশা ফাওবা লৌবা তাখিরম্মী। অম্নুম্না অতৈ অতৈ তুং-ইম্বা বৈষ্ণবশিংসু ক্দিম্ অদু লৌতুনা চপ্ চানা চৎলি।

সুদর্শন কৌবা উড়িয়া নিপামচা অমা ঙাইহাক্ লৈতনা প্রভুগী মনাক্তা চৎখোক্-চৎশিন্ তৌই। য়াম্না ভক্তিদা মাই-ওন্শিল্লি মহাক্। প্রভু অসি মহাক্কিদি মথব্রাইনি। মুতিগী হেক্ লাক্তুনা প্রভুগী চরণ বন্দনা তৌজে; পুং কয়া চুপ্পা মহাক্কি মফম্দগী প্রেম মধুর কথা কয়া তাজে। নিপামচা অসিবু প্রভুনসু য়াম্না নুংশিবিরে হৌজিক্কি।

দামোদর পণ্ডিত অসি প্রভুগা তত্তনা লোয়নদুনা লৈবা নক্লবা ভক্ত অমনি। শাজৎ-পুজৎতা নিয়ম নাইবা বৈরাগ্যবান বৈষ্ণব সাধকনি হায়্রনা মমিং চৎলিবনি মহাক্ অসে। মহাক্না উড়িয়া নিপামচা অসিনা প্রভুগী নাক্তা তোয়ন-তোয়না চখোক্-চৎশিন্ তৌবা অসি কয়া পাম্দে, তৌহন্নিংদে। মরক্ অসিদা নিপামচা অসিবু লাক্তনবা থাম্মু হায়্রক্লবনি। অদুদা নহা অসিবু প্রভুগী নাক্তা কন্না থিংবা ঙম্দবা মওংদা চিংশিন্‌বগুম্বা অমা তৌদুনা পণ্ডিতকি মরা অসি মানা মনাদা হাপ্তে। থিংন-থিংনা অদুম্মক্ মরাক্লে। অরুবা অমনা, রা অসি প্রভুমক্তা কন্না কাংখোক্কনি ?

নুমিৎ অসিদসু সুদর্শন হেক্ উবদা প্রভুনা য়াম্না তরাম্-তরাম্না কৌশিল্লিরে; নুংশিনা মনাক্তা কম্হন্দুনা ৱারি-ৱাতাই শাবা হৌরক্লে। প্রভুগী মনাক্তা য়াম্না কুইনা লৈরম্লগা মহাক্ হন্থরে।"

নুমিৎ অসিদদি দামোদর পণ্ডিত খাঙবা ঙম্মকৃত্রে। হায়জ-রকই অম্মুম্না,—"প্রভু, প্রভু, মী পুম্নমক্না প্রভুগী অফবা গুণজা শক্ শোন্সনু; নীলাচল অপূম্বা শীন্থুংনা মাসি হেঙ্গৎপদা ওইনা লৈহন্গদবনি।"

শ্রীচৈতন্যনা তাক্পিরক্লে,—'দামোদর, নহাক্ করিনো অমা হায়গে তৌমান্নে; মাহু ময়েক্ শেংনা হায়য়ুদনা, তাসি।'

'করি হায়নি প্রভু? নংদি ননিং-তম্বা ঈশ্বরনি। ননিং-তম্না তৌনিংবদা তৌবা ঙম্মি হায়বসু ঐনা মুম্না খঙই। অহুবু নিপামচা অসিগা অসুক্ নকনা তিন্নবা অসিবু চুম্মিব্রা? মাগী মমা অসি ব্রাহ্মণ-ইমুংগী লুখ্রাবীনি। চুম্না লুখ্রাবী ওইবতা নত্তে,—মহাক্ নহানি, মশকসু কা-হেন্না ফজবীনি। মুপী অসি লম্চৎ-ফবী, ধর্ম্মদা মাইওন্শিন্বী ওইরম্বসু য়াই। অহুবু ৱাখল্ তৌহনা য়েংবিয়ু মশক্ ফজবী ওইবতা নত্তনা নহাসু ওইরিবীনিদো। অমরোম্দা নহাক্সু চাংদম্নিংঙাই লৈতনা নিংথিজবা পাখংনি। মীওইবা হায়বসিদি ফত্তবনা কোঙ্গাইনি নত্ত-নত্তবা পংঙাং-ঙাংনরকপা য়াই। প্রভু, খন্দুনা য়েংউ, নহাক্ নশানা নত্ত-নত্তবা ঙাংনরকপা য়াবগী খুদোং-চাবা অসি পীদে হায়বদি য়াদেদনা?'

শ্রীচৈতন্যগী মাইথোংদা মপান্নাইদনা পেম্বগীমনোক্ অহুনা ঙাম্থোইরে। দামোদরনা মহাকপু মথৱাইদগী হেন্না

মুংশিরি ; অদুগা অকম্বা, থিম্বাৎপা ঙম্মরোইদবা লানৃফীগুম্না (বর্ম্ম) মহাকৃপু য়োমৃশিন্দুনা শেন্‌নবিরি মহাক্কি শাজৎ-পুজত্তা অহো-অরাক্ লৈহন্দনবা, কনানম্ভ মহাক্কি মাঙনবা তৌনবগী খুদোংচাবা কংদনবা। মহাকৃপু চ্যেকৃশিন্‌নবা হায়ররিবা অসিগী থৌনা লৈরিবা অসিবু মহাকৃপু নুংশিমম্বদগী নত্রা ? অদুগা দামোদর পণ্ডিতনা হায়রিবা অসিদা অরাম্বা করিস্ভু য়াওদে। মহাক্না হায়জবনি অচুম্বতা। মহাক্না চ্যেকৃশিন্নবা হায়ররিবা ব্রাফম্ অসি প্রভুনা য়াবিখি চুম্মি হায়না।

অচেৎপা মচৎনা মাগী ওইবা লাকম্বা তপস্যাদা লুপ.শিম্বা ভক্ত দামোদরগী মফমদা অরুবা দায়িত্বগী থবক্ অমবু শিন্নরক্লে শ্রীচৈতন্যনা। নবদ্বীপ্তা লৈরি মমা ইবেম্মা শচীদেবী, অদুগা ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়া ; অদুগা মশিং লাকৃঙমৃদবা ভক্তশিং। ময়াম্ অসি শেন্নবা মবুকৃচেন্ চেৎপা মী অমা পাম্মি।

মরম্ অসিনা অচিকৃপদা কৌরে দামোদরবু মুমিৎ অসি-মক্তদা প্রভুনা ; তাকৃপিরক্লে অস্তুন্না :—

"মিচঙ-মিখাই নাইদবা কনা লৈতে নংগুম্বা।
পুকৃচেল্ অসি নত্তনা ঙাকৃপা ঙম্নদে ধর্ম্ম ॥
ঐনা ঙমৃদবা থবকৃপু নংনা ঙম্মি লাইনা।
ঐবু দণ্ড পীবা অতৈ কনানা ঙমৃগনি ॥
ইমাই নাক্তা লৈরুরো চরণ মাগী সেবাদা।
নমাংদা ঙম্মোই কনাস্তু মনিং তম্বা মচৎপু ॥"

প্রভুগী মনাক্তা লৈবগী মুংঙাইবগী মিহৌবা থাদোক্তুনা শিন্নবিবা দায়িত্ব কোকৃথোং-নানা পুজহনা চৎখরে দামোদর গৌড়দেশ

তাম্না। প্রভুগী চরণ দর্শনগীদমক্ মরক্ মরক্তা লাকই দামোদরনা। অমুক্ তন্না হল্লক্ই নৌনা হাপ্পিবা অভিভাবকগী থবক্ পুননবা।

রামানন্দ অমসুং বাণীনাথকি মনাও গোপীনাথ অসি সরকারগী অচৌবা ফম্নাইবা মী অমনি। মহাক্ হন্দক্তি য়াম্না অন্নাবদা তারে। সরকারদা থিগদবা কাহন লাক্ক অনীরোম্ মহাক্কি বাকী তারে। য়াম্না কম্না থৌগৎলবদসু মাসি থিগৎলক্কনি হায়বা উদ্রে। অদুগীসু মথক্তা গোপীনাথ অসি য়াম্না বিষয়ী ওইবা চাওথোক্পা মীশক্কি। মতম্ অসিদা মহাক্না নিংথৌ প্রতাপ রুদ্রগী মচানিপা অমবুসু শাথিনা ইকাইবা পীরুরে।

নিংথৌমচা অসিনা শাওদুনা গোপীনাথবু মথোং-মখুং পুন্দুনা শগাই মথক্তা পুখৎহন্খরে। মাদুগী মখাদা চাওরবা থাংপাক্ অমা থম্মল্লে। থাং অসিগী মথক্তা মহাক্পু থাদদুনা হাৎকদৌরিবনি। নিংথৌনা ফংফম্ থোক্পা শেল্ থিগত্তবগী (শিংদবগী) দমক্কি। গোপীনাথকি মচিন-মনাও অতৈসু লোইনা ফাবিরে। মখোয়গী মরক্তা প্রভুতবু নিংজরবা ভক্ত বাণীনাথসু য়াওরি।

ময়াম্ পুম্নমক্ চেল্লক্তুনা প্রভুদা হঙ্গৎলরে,— "প্রভু, মখোয়গী ইমুংগী মী পুম্নমক্ নহাক্কি ভুং ইগ্গবনি, নঙোন্দা চংজবনি। অদুবু নহাক্ লৈনা লৈনা গোপীনাথপু শগাইদগী থাদদুনা হাৎকদৌরি।"

মাদু তাবদা প্রভুনা য়াম্না শাওরে, তাক্পিরক্ই,—'নিংথৌগী বিষয় চারগা লৌনম্বা মচৎ চৎপা মীবু করম্না কন্গনি? নিংথৌগী করি মরাম্লো? মহাক্কি ফংফম্ থোক্পা শেন্দি লৌখৎনবা

হোৎনদবা য়াবনি। মাতুস্থু থম্মো, মাসিদা ঐগী করি ইথৌনো? ঐদি বিষয় থাদোক্লবা সন্ন্যাসীনি,— ভিক্ষুকনি। ঐনবু করি তৌবা ঙম্‌গনি? গোপীনাথকি মথব্রাই অসি মকল্লগে হায়রবদি নখোয় পুন্নমক্লা জগন্নাথগী চরণদা চংজৌ। অদুগা ঐদি অসিগুম্বা হাবি-জাবি মরক্তা চংবা ঙম্মোই।'

ভক্ত পুন্নমক্ মথব্রাই য়াম্না ব্রানা ময়ুম্ ময়ুমদা হন্নখরে। অসোম্‌দা মন্ত্রি হরিচন্দননা নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদা ব্রা হঙ্গচ্চরি,— "গোপীনাথকি মরান্ ফনা লৈতুনস্থু মহাক্তি নহাক্তি সেবকনি। অদুগা মহাকৃপু হাৎলগা করি কান্নগনি? মাবু হাৎলগা রাজ সরকারগী শেল লৌখৎপা য়াগদবস্থু লৈতে! মহাক্তি মথব্রাইস্থু কন্বিবা, অদুগা শেলস্থু লৌখৎপা য়ানবা থৌশীল অমত্তং তৌবিবনা কৎলোইদরা?"

নিংথৌনা মানা হঙ্গচ্চরিবা ব্রাফম্ অসি চুম্মি হায়না লৌবিরে। গোপীনাথকি মথব্রাই কন্বিবগা লোইন-লোইননা শেল্ তপ্পা তপ্পা লৌখৎননবা থৌশীল্‌স্থু তৌরে।

মতিগী মতৌগুম্না রাজগুরু কাশীমিশ্রনা মুমিৎ অসিদস্থু চৈতন্যগী চরণ দর্শন তৌবা লাক্লি। প্রভুনা মহাকৃপু কৌরগা হায়রকৃই,— "য়েংউ, মিশ্র, মখোয় ময়াম অসিনা ঐবু মফম্ অসিদা লৈহন্নোইদৌরি। পুরী থাদোক্তুনা হন্দক্তি আলালনাথতা চত্তুনা লৈরুবা নত্তনা উপায় লৈত্রে। মফম্ অদুদগী য়েংগনি জগন্নাথকি মন্দির মতোন্, অদুগা তৌগনি অচিকৃপদা ভজন কীর্তন। ঐঙোন্দদি মাতুনা য়াম্না হেন্না ফরগনি। গোপীনাথ-নচিংবনা নিংথৌগী কংফম্ থোকৃপা শেল্ অদু ফাওবা পীদনবা

তৌরি, অদুগা বিষয়ীগী পাও অসি পুরদুনা ঐবু ওৎকনি,—মাসি ঐ খাঙবা ঙমদ্রে।"

"করি ৱানো তাকৃপিরিবসিবো, প্রভু! কনানো মূর্খ অদো, নহাক্কি নফম্‌দা অসিগুম্বা বৈষয়িক্, ৱাফম্ পুশিল্লকৃইবা? মখোয় অসিবু মমিং পান্দ্রবরা,—রামানন্দনা নহাক্কদা তিন্নজগে হায়বগী দমক্ নিংথৌগী অচৌবা শাসনকর্ত্তাগী ফম্ থাদোক্তুনা লাক্‌খিবনি, অদুগা বাদশাহগী মন্ত্রিগী ফম্ থাদোক্তুনা লাকৃখিবনি অমসুং ওক্টখিবনি লম্বিগী চাক্লিবা, নিংথৌগী মচা নিপা রঘুনাথনা নহাক্কি চরণ ফংনবগীদমক্ মফম্ মফম্ খুদিংদা ভিক্ষা নিদুনা চারি। প্রভু, কনানসু নংবু সাংসারিক বিষয়গী ৱাফম্ পুশিল্‌লক্তুনা ওৎপা য়ারোই। বাণীনাথকি মরুপ্‌শিং অমসুং ভক্তশিংনা খুদোংথিবা অদুদা তৌফম্ শঙদদুনা নহাক্কি নফম্‌দা চেন্‌শরকৃপনি। অদুগা ৱাফম্ অদুদি হোৌজিক্কি ইফ-ফনদুনা লোইনখরবা ৱানি।"

"নত্তে মিশ্র, মাদু লোইনদ্রি। বাণীনাথনা কিস্তি থিদুনা শেল্ অদু হৌজিক্কগী হৌনা শিঙ্গৎকদৌরি হায়না তারি। মহাক্কি শেল্ য়াম্না খরচ তৌগম্বা মীনি; মানা শেল্ অসি শিঙ্গৎপা ঙমগনি হায়বা থাজদে; অদুনা অমুকৃসু মখোয়শিং অসি ঐঙোন্দা চেল্লকৃখিগনি; অদুগা ওংলখিনি।"

কাশী মিশ্রনা প্রভুবু থেম্‌ঙ্কিঙ্গরগা ময়ুম্‌দা হন্‌খরে।

নিংথৌ প্রতাপরুদ্রনা মুতিগী মুম্লিং য়ুংবা মতম্‌দা গুরু কাশীমিশ্র খুরুম্বা লাকৃই। মুমিং অসিদসু লাক্লম্মি। মিশ্র পণ্ডিতনা হায়রকৃই,— "মহারাজ; প্রভুনা শ্রীক্ষেত্র থাদোক্তুনা

আলালনাথতা লেঙখরগনি হায়না: তাজরে। গোপীনাথকি মথক্তা তৌবা দণ্ডগী ৱাফম্ তাবদা ময়াম্ অমা চৎলত্থনা মহাক্পু কন্ননবা তৌবিয়ু হায়না প্রভুদা হায়জরুরমান্নে। মহাক্কি পূন্নমক্ থাদোক্লবা সন্ন্যাসীনিদো। সাংসারিক বিষয়গা মরি লৈবা নত্ত-নত্তবা ৱাফম্শিং অসিগী মন্নুংদা য়েৎশিন্দনবা মহাক্ মফম্ অসিদা লৈররোই হায়না খল্লমান্নে।”

নিংথৌ অত্থু খংপ্রেক্ খংখরে, হায়জরকই,—“করিনো তাক্-পিরিবসিবো গুরুদেব, ঐগী হেক্ লৈজরিবা লম্থ.ম্ পুন্নমক্ থা-দোক্পা ঙমজগনি প্রভুগী চরণ দর্শনগী দমক্, থম্বিখো থাপ্না করিস্থু লৈতবা কাহন লাখ অনীগুম্বগী ৱাদি। গোপীনাথনা শিংগদবা শেল্ পুন্নমক্ কোক্থোক্চরবা অসিনি ;প্রভুনা অতোপ্পা মফম্দা লেঙখিদনবা তৌবিদবা য়াদে।”

“অত্থুবু, মহারাজ; নহাক্কি ফংফম্ থোক্পা শেন্ অত্থু লৌদ্রগা প্রভুনা পেন্গদবা নত্তে। প্রভু মশামক্লা মরম্ ওইত্থনা নহাক্কি শেল্ মাঙহম্বনি খন্গনি।”

“অত্থুদি গুরুদেব, গোপীনাথকি মপা অমস্থুং মচিন্মনাওশিং অসি ঐনা স্থুংশিজৈ, অত্থুগা ঐগী মী ওইনা থম্জরিবনি ; অত্থুনা শেল অসি মখোয়না ভোগ তৌজসন্থু হায়না পীথোক্-খরবনি ইশামক্লা,— অস্থুন্না তম্বিয়ু প্রভুদা।”

প্রতাপরুদ্রনা গোপীনাথদা তোল্লিবা শেল পুন্নমক্ কোক্-পিরে। মফমস্থু হঞ্জিল্হন্বদা নত্তনা তলবস্থু হেঙ্গৎপিরে।

মত্থুংদা প্রভুবু কনা অমত্তনা বৈষয়িক্ ৱাফম্ পুশিল্লক্কনা প্রভুগী পুক্নিং চোয়নবা ওৎলবা তৌখিদ্রে।

নাম-মন্ত্র শন্দোক্পগী অথোয়বা নিপা, প্রভুগী নক্লবা ভক্ত অথোয়বা হরিদাস হৌজিক্তি য়াম্না অহল্ ওইরে। মী শম্নদনবা, (উনদনবা ) হায়দুনা থাপ্লবা অচিক্পা কাচিন্ অমদা চ্যেক্শিন্না লৈজরি। নোংমদা নাম লাখ অহুম, অহুম্ শোঞ্জৈ, অদুদগী মহাপ্রসাদ খজিক্তং ফংজৈ। হৌজিক্তি মহাক্তি য়াম্না অহল্ ওইরে, অদুনা হায়রিবা নাম মশিং অসি শুননবা শোন্বা ঙম্জদ্রে; অদুনা মহাক্ মথরাই য়াম্না সুঙাইজদ্রে।

নোংমদি প্রভুনা তত্তনা তিন্নবা ভক্তশিংগা লোয়ননা হরিদাসগী থাংপোক্তা ফোং-লাওনা ফাওবিরক্লনা তাক্পিরক্লে,—"হরিদাস, নহাক্কিদি নামতনা সিদ্ধ ওইরবা হক্চাংনি, অদুগা করিগীনো অস্থক্ য়াম্না জপ-তপ তৌরিবা অসিবো? নামগী মহিমা শন্দোক্লবা য়াম্না তৌরবনি নহাক্না। হৌজিক্তি অহল্ ওইরে; জপ তৌবা অসি খরা হন্থরো। অদুগা নংগী অনিংবা অপাম্বা অমত্তদি ঐঙোন্দা হায়য়ু।"

"প্রভু, শোক্ল-পন্না য়াদবা পাপ চেল্লবা ননাইবু অস্থক্ ব্রাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপিরে! ঐগী হৌজিক্ করি নিনিংঙাই, হায়নিংঙাই লৈগদগে? অদুবু করিনো অমত্তদি হঙ্গচ্চনিংই।"

"হায়য়ু, হায়য়ু, হরিদাস, নঙোন্দা পীরোইদৌবা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে ঐগী।"

"প্রভু, ঐনা খঙজরে, নংনা নহাক্কি লীলা অসি থুনা লোইশিল্লগনি হায়বা।"

শ্রীচৈতন্য ব্রা ঙাংখিদ্রে; ব্রাখন্দা লুপ্খরে। ভক্তশিংনা হরিদাসকি মব্রা হেক্ তাবদা কোক্চাওবী কানখরে। ব্রা অমত্তা

ঙাংনদনা ইণ্ডক-ঙরহুনা অহল্ ওইরবা ভক্ত হরিদাসবু য়েংনহনা লৈনখরে মিৎ কুপ্পদনা।

হরিদাসনা মথং মথং হায়খজরক্ই,—"প্রভু, কৃপা তৌ-বিহুনা ঙসি মমিৎ অসিদা ভিক্ষা অমত্তদি পীনবিয়ু — নহাক্কি লীলা লোইশিন্দ্রিবৈগী মমাঙদা ঐগী শিবা-নাইবা হকচাং অসি থাদোকচবা ওইজগে। অতৈ অতোপ্পা হঙ্গৎনিঙাই করি লৈজদে ননাইগী।"

চীংলেম্না তাক্পিরক্লে প্রভুনা,—"হরিদাস, ঐগী কৃষ্ণ থৌজাল য়াম্না লৈবনি। নহাক্কুম্বা মহাভক্তগী নিংজবা পূম্বা থুংহন্গনি শোয়দনমক্।"

মতুং নোংমা কোম্বদা অয়ুক্ ঙস্তাদা লেঙবিরক্লে প্রভুনা লোইন্-খম্ইন্ পুবহুনা হরিদাসকি মাঙ্গোন্দা লাউনা শরুৎলক্লে নামকীর্ত্তন। কীর্ত্তন হেক্ লোইবগা শরুৎলক্লে প্রভুনা হরিদাসগী মাহাত্ম্য। পরম ভক্ত অসিগী গুণগান্দা পান্খরে মচিন্ মঙা প্রভুগী।

তিল্লিবা ভক্ত পুম্নমক্ খঙনখরে ঙসিসে মহাবৈষ্ণব হরি-দাসগী নিংজবা পূম্বা থুংলগনি। প্রভুবু কৌশিঙহনা মমাঙদা লেপ্লিয়ু হায়জরে। মথবাক্তা কোন্খরে চরণযুগল, মমিৎ অনী থম্খরে মাইথোং-থম্বাল অহুদা, মথনাওদগী তত্তনা থোরক্লে প্রভুগী চৈতন্যময় ওইবা মিংথৈবু। ঙাইহাক্ অস্‌ম্না লৈরগা চংখরে নিত্যলীলাদা মহাপ্রেমিক্ হরিদাস।

জগোই অমসুং সংকীর্ত্তনগী মনুংদা চেম্থরক্লে অকম্বা হরি-নামগী ঈচাও অমা। মুংশিজরবা ভক্ত হরিদাসগী অশিবা মশা অহু প্রভুগী তম্পাক্তা লৈরি। প্রভু হৌজিক পুমুঙাও

ঙাওনা প্রেমাবেশ ওইখরে। দৃশ্য অসিবু উজরিবা মী খুদিংমক্ আনন্দদা লোইনা তাওনখরে।

সমুদ্রগী তোর্ব্বান্ অদু মীনা ক্রক্ ক্রক্ ইন্নখরে। মীয়াম্গী জয়ধ্বনি অমস্তুং হরিনাম শোন্‌বগা লোইননা ইরাং চাওনা হরিদাসগী সমাধি তৌরগা প্রভুনা মশাগী সঙ্গাইদা লেপখরে।

নুমিৎ অসিদা হরিদাসগী মহোৎসব তৌগদৌরি। প্রভু মশামক্না ভিক্ষাগী ফি তিংথোক্লক্লে। মী পুম্নমক্ ইরাং লাংনরক্লে; মানা মানা ঙম্জবা পুনরক্তনা কৎনররে। মী পুম্নমক্পু খৌরি য়োনা পেন্নবা পীজ-পীথক্ তৌরে। উৎসব লোইরবা মতুংদা মী পুম্নমক্না লৌনখরে ভক্ত-বৎসল প্রভুবু কল্পতরুমক্কি হায়না।

প্রেমাবিষ্ট ওইখরদুনা বর অসি পীনবিরক্লে প্রভুনা ঃ—

দর্শন তৌজখিবা হরিদাসগী বিজয়োৎসব।<br>
জগোই শাবা য়াওখিবা, কীর্ত্তন শক্পা য়াওখিবা॥<br>
সমাধিদা চৎপা য়াওখিবদি ভক্তবীরগী।<br>
ভজন তৌখিবা মহোৎসবতা হরিদাসগী॥<br>
লোইনা ফংগনি শোয়দনা শ্রীকৃষ্ণবু।<br>
হরিদাসগী দর্শনদা ফংগনি শক্তি সিবু॥

মিত্তা পিগী ধারা শিন্থনা হায়বিরক্ই প্রভুনাঃ— "থৌজালগী মপং ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা পীনবিখিবনি ঐঙোন্দা হরিদাসগুম্বা মহাবৈষ্ণবকি সঙ্গবু; সঙ্গ অদু মহাক্না অমুক্ লৌশিন্বিখরে। হরিদাস মশানা চৎনিংলে হায়বা অদুদদি ঐনা মাবু খাম্দুনা কুইথনা থম্বা ঙম্খিদ্রে। মহাক্কি মহাপ্রয়াণ অসিদি দ্বাপুর যুগকি

ভীষ্মগী ইচ্ছা-মৃত্যু অদুমক্কি। মনিংতন্না থোক্‌খিবনি হক্‌চাং-দগী প্রাণ।"

প্রভুগী প্রকট লীলাগী অরোইবা অধ্যায় য়োরক্লে। অধ্যায় অসি অপ্রাকৃত বৃন্দাবনলীলাগী রসনা থল্লি; য়াম্না মধুরনি য়াম্না করুণনি।

অচীক্‌পা "গম্ভীরা" শঙ্গাইদা রাধাভাবতা বিভাবিত ওই-দুনা প্রভুনা লেল্লি নোংমগী মতুংদা নোংমা। থম্মোই লৈখাদা হৌরি জোয়ার-ভাটা ব্রজগী যুগলমিলনগী অমসুং মাথুর বির-হগী। কাইন-মৈচাক্‌ কম্বাগী মতিক্‌ ওইরি মিলন রসগী ঈথক্কি শাফুস্থ। অমুক্‌ কায়নবা, অমুক্‌ তিন্নবা, অসুম্না চত্থরি মহাভাব সমুদ্র মন্থন অমগী মতুংদা অমা, নোংমগী মতুংদা নোংমা থোরক্লি কৃষ্ণ-সুধা-রস। অসুম্বা গম্ভীরা লীলাসি চত্থরম্মি চহী তরানিথোই চুপ্পা।

প্রভুগী প্রকট লীলা অসিগী মকোক্‌ ওইবা লোইনবা নিপা অনীনি,— স্বরূপ দামোদর অমসুং রামানন্দ রায়। স্বরূপ ব্রজরসগী অনীশুদ্রবা মর্ম্ম খঙবা সাধকনি, প্রভুগী লুনা তৌ-জরবা ভক্তনি, প্রভু মশামক্কি অনীশুবা স্বরূপ-নি। অদুগা কৃষ্ণ-লীলা তত্ত্বগী বিচারদা রামানন্দগা মান্নবা অতৈ লৈত্রে। কৃষ্ণ বিরহদগী চাক্লবা প্রভুনা মখোয় অনীগী মরেংবান্‌ পায়র-দুনা কপ্লি; থম্মোই মন্নুংগী রা কোত্থোক্তুনা হায়দোক্কে হোৎন-বদা অরাবা অমা ওইরি। ভক্ত-অনী অসিনা থেম্‌জিন্দুনা তপ্‌-থনবা হোৎনজরি। স্বরূপকি মুংশিরবা ইশৈ অমসুং রামা রায়গী লীলা বর্ণন অনী অসিনা প্রভুবু খরমখৈদি নেম্‌থহন্বা ঙম্মি মরক্‌-মরক্তা।

প্রভুগী দশা অসিদি থাঙ্গৈ-শেংবা 'রাই-উন্মাদিনী'গী দশা অদুমক্তি। বিদ্যাপতি, চণ্ডীদাসগী কাব্যদা প্রেম্না ভাওবগী রস-ঘন ওইবা চিত্র অসি নিংথিনা মকা লাম্‌হল্লি। জয়দেব অমসুং বিল্বমঙ্গলসু শ্রীমতিগী দশা ইবদা করুণ-রস চাওনা শন্দোক্‌-পিরম্মি। তৌইগুম্বসুং বিরহ-রস অসিবু জীব-বু খঙহন্বিরি প্রভুনা মশাগী চাক্লবা থম্মোই হাংদোক্কুনা, অদুগা অষ্ট সাত্ত্বিক বিকারগী মপুংদা। রাহৈতনা নত্তে, শৈরেংতনসু নত্তে, পুন্সিগী মিকুপ্ খুদিংদা ব্রজরস অদুগা কৃষ্ণবিরহগী স্বরূপ অদুবু মহাক্লা ময়েক্ শেংনা, মকা লাম্না ভাম্থোক্‌হল্লম্মি। মর্ত্তগী উফুল-রাই-ফুল্ অমোৎপনা থল্লবা মাঙ্গোন্দা য়েন্বিররে স্বর্গগী অমৃতবু। অসুম্না কনা কৈদৌঙৈ ভম্‌খরবগে য়েন্বা অমৃত? অপ্রাকৃত বৃন্দাবনবু কনানা ভম্‌থরবগে অসুম্না মূর্ত্তি পাম্না ফোংদোকৃপা? অসুম্বা থৌজাল্‌বু কনানা পীনবিখরবগে? চৈতন্য লীলাবু মমিৎ-মক্লা হেক্ উহোবা ভক্ত পদকর্ত্তা বাসুদেব ঘোষনা প্রভুগী অসিগুম্বা থৌজাল অসিগী মরম্‌দা মখাগী অসুম্না ইবিরম্মি:—

গৌরাঙ্গ নত্তনা করিবু ওইরম্‌গবা।
করম্না ফারম্‌গবা॥
রাধাগী মহিমা প্রেমরস সীমা।
খঙহল্লম্‌গনি কনানা জগত্তা॥
থুম্লবা-বৃন্দা বিপিন-মাধুরী।
চংনবা-লৌশিং-অথোইবা॥
বরজ-যুবতী-ভাবকি ভক্তি।
কনাগী লৈগনি শক্তি॥

রসনা থুম্নবা ব্রজলীলাবু শক্লাইনা উৎপিরি প্রভুগী মন্নুংদা! মাইকৈ অমদা শ্রীকৃষ্ণগী কা-হেন্না ৱাংবা মাধুর্য্য, অদুগা অতোপ্পা অমরোম্‌দনা শ্রীমতিগী পুন্নমক্তগী পুম্‌হেন্ হেন্‌খরবা প্রেম—মাধুর্য্য অসিগা প্রেম অসিগা অনী অসি তোৎশিন্নদুনা প্রভুগী হকচাং কায়াৎ পুম্বদা, পুক্লিংদা অমস্তুং থমোইগী আ: লৈখা ফাওবদা পাথোক্লা লৈরি। মহাভাবকি খম্‌থেংবা মওংদো লৈরি মহাক্কি মন্নুংদা।

"গম্ভীরা-গৃহ'-দা নোংমগী মতুংদা নোংমা প্রভুনা শন্দোক্লি অথুপ্পা ব্রজরস-বু। থমোই-শেগাইনা কপ্পা-লাউবা অমস্তুং প্রেম-বিকারগী মন্নুংদা লেংলি কৃষ্ণবিরহগী মথৱাই পান্বা (অহিংবা) ভাষ্য। রাধাকৃষ্ণ-প্রেম অমস্তুং যুগোল ভজনগী আদর্শ অদু ভপ্পা তপ্পা ভান্থোক্‌হল্লি মীওইবগী চৈতন্যদা।

তৌইগুম্বস্তুং করিগীনো অদুদে প্রভুনা অস্‌ক য়াম্না ৱারিবা, অস্‌ক্ মথৱাই শোক্লা কপ্লিবা? কদাইদনো লৈরিবা মহাক্কি থমোই-চাক্লিবা অসিগী মরম্? কৃষ্ণরসনা থল্লি মশাদা, সচ্চিদানন্দ সমুদ্রদা তাওরি তত্তনা মহাক্লা, অদুদি করিনো মহাক্কি অৱাৎপা অসিবো? কদাইদনো মহাক্কি থাজৈমক্ শেংনা অৱাৎপা?

কৃষ্ণরস-থক্লবগী মপান্-নাইদবা খৌরাংবা তত্তনা ফাওরি প্রভুগী থমোইদা, মরম্‌দি রাধাগোবিন্দগী মিলন-বিরহ অমস্তুং যুগ্মলীলাগী (অনীগী অপূন্বা লীলা) মখল্ মথেলগী মন্নুংদা অতৎ- অথম্ লৈতনা থোরকপনি রস অসি। ভক্ত কবি কৃষ্ণদাস কবিরাজনা বর্ণনা তৌবিরম্মি অম্মুন্না প্রভুগী ভাবচাঞ্চল্য অসিবু ঃ—

"ওইরবস্ প্রভুনা মরেপ সমুদ্র কোটিগী
হৌরি ঈথক্ থোক্পদা ভাব-থা মথল্ কয়াগী।

কৃষ্ণলীলারস মহাও-তংনবগীদমক্ মহাভাবসিন্ধু শ্রীচৈতন্যগী লাংতক্লবা, প্রেমবিরহগী থমোই-ঈথক্ হৌবা— পুন্নমক্ অসি ওইরিবনি তাইবং-মীওই-পুক্নিংদা রস অসি ফাওরক্লবা হায়রুনা।

নির্ব্বিশেষ (পোৎশক্ নাইদবা) ওইবা পরমতত্ত্ব নত্তে, নত্তে ঐশ্বর্য্যময় ভগবান—রসগী মশক্ ওইবা, মাধুর্য্যময় ভগবানবু নিংননবা লম্বিবু প্রভুনা শন্দোক্খি অনৌবা মওংদা, অনৌবা ভঙ্গিমাদা। রস অমস্তুং মাধুর্য্যনা ওইরবদা অরোইবা তত্ত্ব, চৎনবা য়াদে মাহু লীলাগী মতেং নত্তনা। অহুগীস্থু মথক্তা, যুগল (জোড়া) নত্রবদি ওইদে লীলাস্থু নিংথিবা অমস্তুং মপুং ফাবা, ওইদে মপুং ফাবা রসগী মহাও-তংবস্থু।

লীলা অসিনা, খেন্নবা (ভেদ) অসিনা ওইদে পরমসত্তাগী, অদ্বয়তাগী (অনী-গুদবগী) করিগুম্বা মাঙনবা অমত্তা। খেন্নদবা (অভেদ) অমস্তুং খেন্নবা অনীমক্ ওইরি সত্য মওোন্দা। অসি-গুম্বা ভেদাভেদ (ভেদ+অভেদ) অসি ৱাখন্না লাম্বা ফংদে,— ৱাহৈনা হায়দোক্পা ঙমদে।

অপ্রাকৃতিক ব্রজলোক-কি কৃষ্ণ অহুনি প্রভুগী কৃষ্ণদি। "সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ', 'অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্' মাসিতনি প্রভুগী কৃষ্ণদি। অহুগা অমুক্স, মহাকি (শ্রীচৈতন্যগী) ৱাধাদি কৃষ্ণ অসিমকি স্বরূপ-শক্তি, হ্লাদিনী অহুনি। অনী ওইরবস্থু থাঙ্গে শেংবদি মখোয় অমত্তনি। কবিরাজ গোস্বা-মীগী বর্ণনা মতুং ইন্না:—

"রাধা পূর্ণ শক্তি, কৃষ্ণ পূর্ণ শক্তিমান।
খেন্নবা লৈতে অনীসি শাস্ত্র প্রমাণনি॥
মৃগমদগা মনম্‌গা থাদোক্লদবগুম্‌।
মৈগা চাক্‌পগা স্নুক্‌খেন্‌ খেন্নদবগুম্‌॥
রাধা-কৃষ্ণ ওইরি অমত্তা মতম্‌ খিবিক্তা।
লীলারস তংনবা লৌরী শক্তম্‌ অনী থোক্লা॥"

রস মহাও তংনবা অতৎ-অথম্‌ লৈত্রবা লীলা অসিবু লিংখৎলি অপ্রাকৃতিক ব্রজদা। কৃষ্ণ অমসুং মহাক্কি স্বরূপ শক্তিগী প্রেম অমসুং বিরহগী পালা চেন্থরি লেপ্তবা ঈচেন্‌ ওইনা। বিরহগী মতুংদা মিলন রস চেন্থরক্‌ই, মিলনগী মতুংদা বিরহ—প্রেমগী চাক্‌পা হেঙ্গৎপা। রাধাগী মিংকি পিবু গোবিন্দনা তৈথোক্‌ই হন্না হন্না, তৌইগুম্বসুং মাতু তারক্‌ই হন্না হন্না। কংবা নাইদে করিগুম্বদা। লীলাগী ঈচেন্দা অস্নুম্না চেন্থরি গুম্‌খৈ লৈতবা মতম্‌গী মথবাক্তা।

রাধাপ্রেমদা বিভাবিত ওইরবা প্রভুনা লীলা অসিমক্কি বিরহ-মিলন-দা পুক্লিং ইরাং-হৌরি। ময়াই কামন্‌খিত্নুনা অমুক্‌স্নু লুপ্‌খৈ, অমুক্‌স্নু তাওখৎলি। প্রভুগী অধ্যাত্ম-জীবন-সাগরগী লৈখাদদি করিগুম্বা ঈথক্‌ অমত্তা হৌদে—পরমসত্ত্বাগা তিন্ননা চির প্রশান্তিনা ঙাম্থোইরি মাতুদা সাগর অসিগী ঈমাই থক্তা হৌরি ঈথক্‌ অমগী মতুংদা অমা, রাধাগোবিন্দগী লীলারঙ্গনা মাতুদা তৌরি তত্তনা ইরাং।

প্রভুগী 'গম্ভীরা গৃহ-দা চহী অমগী মতুংদা অমা অসিগী মসুংদা ফোংদোক্লি রাহৈনা হায়দোক্‌পা ঙম্‌দবা লীলাদো—প্রেমবিকার অমসুং মহাভাবকি মস্থন।

অপ্রাকৃত ওইবা রাধাপ্রেম মীওইবগী পুক্নিংদা লৈরম্মি অম্নক্ কুইরবা অসি কোংদোক্কবা তত্ত্বভাবনাগী মশক্ ওইনা। হৌঙ্কিক্তি ক্ষোংদোক্লরে মশক্ পাম্না ময়েক্ নাইনা প্রভু শ্রীচৈতন্যগী মহাজীবন মন্নুংদা। কৃষ্ণ-বিরহগী চাক্লবা থম্মোইবু নোংমগী মতুংদা নোংমা মীয়াম্ মমাঙদা হাংদোক্পিহ্নুনা প্রভুনা জীববু ওইহল্লে ভগবন্মুখী; অহুগা প্রভুনা ভগবানবু ওইহল্লিংই জীবমুখী কৃষ্ণগী স্বরূপ-শক্তি, ইবেম্মা রাধাবু মাঙদা থাঙ্গত্তুনা ভক্তি প্রেম সাধনাগী।

রাধা কৃষ্ণশক্তিনি, কৃষ্ণ-প্রেমগী ময়েক্ পান্না মশক্ নাইনা চোংথোক্পীনি। শ্রীমতিবু শ্রীচৈতন্যনা ওইহল্লে সাধ্যসারস্ব-রূপিণী (নিংনবগী অথোইবা মশক্)। অহুদা নত্তনা, রাধা-কৃষ্ণ যুগলভজনগী সাধনাবু অনৌবা ভাবতা, অনৌবা মঙান্দা হৌদোক্পিরে প্রভুনা। ভারতকি অতৈ অতৈ বৈষ্ণব-সমাজদা রাধাতত্ত্ব অসি প্রভুনা উৎলিবা, হৌদোক্লিবা মওং অসিদা উৎপা ঙম্দে। শ্রীনিম্বার্ক, বল্লভীনচিংবা সম্প্রদায়দা কৃষ্ণগা রাধাগা অহুম্ লৈমিন্নে, পুন্না আরাধনাসু তৌই, অহুদা প্রভুনা শ্রীমতিবু পীরিবা প্রধান্য অসিমক্তি অতৈ বৈষ্ণব সম্প্রদায়দদি লৈতে। অতৈ অতৈ সম্প্রদায়দদি মুপী খিবিক্তি কোক্থক্তি মণি ওইরিবৌ ইবেম্মা রাধা প্রেমতা নত্তনসু শান্ত, দাস্য, সখ্যনচিংবা ভক্তিভাবকি মথক্তা অরুম্বা পীশিল্লি। তৌইগুম্বসুং শ্রীচৈতন্যনা পুম্নমক্কি মথক্তা ভগ-বানগী মাধুর্য্য উপাসনাবু অমসুং লীলাবাদ-তবু অথোইবা ওইনা লৌরি; উপাসনা মপল পুম্নমক্কগী ইহেল্-হেহ্নল্লি। অচুম্বনি, প্রভুনা খ্বাইদগী ব্রাংনা থাঙ্গৎখরে। মদনমোহন-মোহিণী শ্রীরাধাবু

লীলাময়ীগী মশক্ ওইনা, সাধ্যসার ( নিংনফমগী অথোইবী ওইনা। অসিগুম্বা রাধাভাব অসিনা বিভাবিত ওইদুনা প্রভুগী মথৰাক্তা অম্বুক্ কম্না চাক্খিবনি বিরহনা মরম্ ওইদুনা, অম্বুক্ কম্বা পিগী ঈহৌনি নয়ন অনী থুঙ্কৎনা।

গোপী প্রেমগী ৱাক্কম্, মহাভাবকি ৱাকম্ মীনা পানৈ ভক্তি-শাস্ত্রদা; অদুগা তাম্ব-তানৈ ৱাফম্ অসি ভক্তসাধক অমসুং ভক্ত কবিশিংগী মফম্দগী। অদুবু হায়রিবা প্রেম অসিবু কনানা করিগুম্বদা ফোংদোক্খরবগে প্রভুনা ফোংদোক্লিবা অম্মুম্না? করম্বা মীওইবগী হকচাংদা মাসিবু অম্মুম্না ফাওখরবগে? প্রভুগী ভাগ-ৱতী হকচাং অসিতদনি প্রেম অসিবু উৎখিবা মপুং-ফানা। উজদুনা মাসিবু পোক্চবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জরি মীওইবনা।

হায়রিবা প্রেম অসি মশানা য়াম্না মধুরনি—'রতিরানন্দ রূপৈব'। মরমদি প্রেম অসি হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তিনি হায়বদি মশাগী ওইবা মচরিৎনি; শক্তি অতৈদা লৈবনা মচরিৎ অসি মহাক্তগী ওইবা তোপ, তোপ্পনি। প্রেম অসিনা লুবগী (deep) মতিক মাগী মাধুর্য্যস্ব হেঙ্গৎপনি অসিনা সাধারণ মীওইবগী মাধুর্য্য অসি করম্না উপলব্ধি তৌগনি?

মীওইবনা প্রেম অসিগী প্রমাণ ফংজগনি, মমুং-হুম্বিবা ভাবপু ফাওগনি, খঙগনি পি-তাবা-হবচাং তনিক্-তনিক্পা-তু-মান্ চুংনচিংবা সাত্ত্বিক প্রেমবিকারগী মমুংদা। শ্রীচৈতন্যগী হকচাংদা হম্না হম্না উনখি মখোয়না মহাভাবময় প্রেম-চিহ্ন অসিমক্।

মহাপ্রেম অসিদা লুপ্তনা প্রভুনা ময়াই-কাখৎলকই তোয়বা তোয়না। লাওরবা নয়ন অনীদগী চেম্ব্রকই পিগী-ঈয়া পিচ্কারী

থারাগুম্। মহাভাব অসিদা তাউহ্নুনা প্রভুনা উরু-রু লৈনা জগোই শারি, কীর্ত্তন শক্লি ; অদুগা কীর্ত্তন-শক্‌মিন্নরিবা ভক্ত-শিং অদু ইচোৎচোৎনবি প্রভুগী মিৎকি পিত্তনা।

হক্‌চাং পুম্নমক্ শীন্থ্‌ৎনা তু-পুম্নমক্ চপ্‌চপ্‌ য়ুংখৎলক্‌ই ; তুখোং খুদিংমক্ পোম্‌খৎলক্‌ই ; মখোয় খুদিংদগী পোম্‌খৎলিবা অদুগী মত্তোন্দগী ঈ শিন্থরক্‌ই। অমুক্‌স্তু প্রভুগী নিংথিজরবা অঙোবা কুচু অদু ওইখি হেন্না ঙোবা ঙোরোক্-ঙোবা মোইবুং-গুম্না, অমুক্‌স্তু হেক্ ওন্‌খি কুচুদো অঙাংবা জবাকুসুম্‌গুম্।

প্রভুগী হক্‌চাং অদু নিক্লকপা মতম্‌দা অকিবা অমস্তুং অঙক্‌পগী মশক্লি। ব্লাং-চাওরবা হক্‌চাংগী ফজরবা কয়াৎ খুদিং-মক্ থক্, থক্ নিক্লি উরিগুম্ য়ৈবক্‌পদা অকন্‌বা সুংশিৎনা। শাথিরবা অকম্বা ভাবাবেশদা করিগুম্বদস্তু কুইনা জ্ঞান মাঙ-হুনঃ তাহ্নুনা লৈখি, মতম্ অসিদা হক্‌চাংগী তাং খুদিংমক্ ইহিক্-হিক্লোক্তুনা হক্‌চাং অসি খরা হেন্না শাংদোক্লক্‌ই ; অমুক্‌স্তু নিংথিরবা হক্‌চাং অসি ক্রক্, ক্রক্ হেক্ চিংশীন্‌খিহ্নুনা থেঙ্গু-গুম্না মতুম্ তাশিন্‌খি।

সাত্ত্বিক প্রেমবিকারগী অতাঙবা লক্ষণশিং অসি শ্রীচৈতন্যগী অথুপ্পা মকমদ্দা লোন্না ফোঙবা নত্তে, মী লিশিং লিশিংগী মমাঙদা তত্তনা ফোঙহ্নুনা উনখরবা ঙাক্তনি। মহাভাব অসি উবদা মীওইবনা শুরুখরবনি, অদুগা শুস্নাৎনখরবনি। প্রেমবিকার অসিবু মখিৎমক্লা হেক্ উজরুবগী মহৈ ওইনা মশিং লাক্‌ঙম্‌লবা মন্নাইবক্ ফবশিংগী থমোইস্নুংদা পোকখি কৃষ্ণরস।

প্রভুগী মনাক্-নক্পা মাগী ওইবা মীওইশিং অসি হন্দক্ মরক্সি মহাক্পু শেন্নবদা মহা ওইনা ব্রানরে, দিব্যোন্মাদ (লাইতগী ওইবা মঙাও) ওইবা ফিবম্দা মতম্ অয়াম্বদা লৈরি। স্বরূপ দামোদর অমস্থুং রামানন্দ রায়না প্রভুগী তেংথাবা অমস্থুং কপ্পা অতুদা তপ্থনবা লাক্লরি (প্রভুবু থেম্জিন্বা হোৎনরি)। কৃষ্ণকর্ণামৃত, বিদ্যাপতি অমস্থুং গীতগোবিন্দগী থুম্লবা শ্লোকশিং অমস্থুং ইশৈশিং মহাক্পু তাহল্লি। ইশৈনা শুম্বাৎলবা লিন্না মতোক্ থাঙ্গত্তুনা লৈবগুম্ প্রভুস্থ ভাবাবেশদা লৈ শুক্লেঙ-লেঙদনা অমস্থুং ব্রা-মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা। অতুদগী খঙহৌদনা অমুক্ হৌগৎলক্ই মহাক্কি প্রেমগী তেংথাবা অমস্থুং থমোই-কায়বা বিরহ-বিলাপ।

মিলন অমস্থুং বিরহগী রস মন্থন তৌবদা তত্তনা থোরক্ই অনৌ-অনৌবা ভাব, অনৌ-অনৌবা রস,—থোরক্ই কৃষ্ণমাধুর্য্য সার। মুতিগী অহিং য়াম্না থেংলবা ফাওবা প্রভুবু ইংথনবা য়াম্না হোৎনরবা মতুংদা "গম্ভীরাগৃহদা" তুম্থহল্লম্লগা স্বরূপ অমস্থুং রামারায়না ছুটি ফংজরিবনি।

নোংমা অহিং নোংয়াইদা চৈতন্যনা ফমুংদা ফমতুনা লৈরি—য়াম্না হৌনা মহাক্না সংকীর্ত্তন শক্পা অতু মপান্দগী তাবা ফংলি। অতুদগী ইখঙ-খঙহৌদনা ইশৈ অতু খংলেপ্-লেপ্খিতুনা ইচিক্-চিক্খরে। স্বরূপ অমস্থুং প্রভুগী সেবক গোবিন্দনা প্রভুগী শঙ্গাইগী মপালগী থোংজাও মনাক্তা হিপ্তুনা মুতিগী প্রভুবু শংজরি। মথোয়গী পুক্লিংদা য়াম্না চিংনবা অমা পোক্লে।

করিনো তৌরিবসিবো? মহৌশাগা মান্নদনা প্রভুনা করিগীনো ঙসি তুমিন্না খঙলৈ-লৈখি্‌বা অসিবো?

শ্রীচৈতন্যনা ভাবাবেশদা খঙহৌদনা মপান্দা চেম্থোক্‌খিদনবা হায়দুনা শঙ্গাইগী থোংজাও অদু মরোন্‌-মরোন্‌ ওইনা অহুম্‌-থক্‌ পৌরোন্‌ লোন্দুনা থম্মি। অদুবু প্রভুদি ফমুংদা লৈরম্দ্রে। থোংজাও পুন্নমক্তা লোল্লি; স্বরূপ অমসুং গোবিন্দসু মমাঙ-কাদা হিপ্লি; অদুবু প্রভুনা কদাইদনো নাম্থোক্‌্না মাঙখি্‌ব-সিবো? মাইকৈ মরিমক্তা ইরাঙ-লাঙনরক্লে মহা-য়ৌনা, মৈরা পায়দুনা প্রভুবু থিবা চেন্নরে মাইকৈ-থুংনা।

সিংহদ্বার মনাক্তা থেংনরুরে প্রভুবু। অঙকৃপগী মশক্‌ ওইবা প্রেমবিকারদা প্রভুনা জ্ঞান য়াওদনা অশিবগা পাংথক্‌ ওইনা তাদুনা লৈরিবা অদু উবদা ভক্তশিং ঙক্লখরে। হক্‌চাংগী শরূ, তাং পুন্নমক্‌ পুম্‌হিক্‌ হিক্‌থরে। হক্‌চাংগী মরেপ্‌ অদু হেঙ্গৎখরে। মিৎ-নহানা থক্‌-লোম্‌দা কাখত্তুনা লেঙদনা লৈরে। য়াম্নুংদগী তত্তনা শীন্থরক্লি তিন। প্রভুগী ওইরম্লিবা ফিবম্‌ অসি উবদা ভক্তশিংনা থবাই শোক্লা কপ্লরি।

স্বরূপ দামোদরনা প্রভুগী নাকোংদা তত্তনা তাহল্লি কৃষ্ণ-নাম। তপ্না, তপ্না ফাওরক্লে হৌজিক্‌ প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান। হান্নগী হক্‌চাংগী চপ্‌চাবা ফিবম্‌ অদুসু থুনা হণ্ডিল্লক্লে। পুক্ষ-ক্লবগা লোইন-লোইননা —'হরিবোল' হায়না জগোই শানা হৌগৎ-লক্লে। ভক্তশিংগী মপুক্লিংদা ব্রাজরম্বা অপুম্বা থুনা লোইনা কোক্‌চরে।

অপ্রাকৃত বৃন্দাবনগী দিব্য দৃশ্য অদু তত্তনা প্রভুগী মিৎকি মমাঙদা ইঙান্-ঙান্না ফাওররি। রাধা গোবিন্দগী নিত্যলীলা অমসুং মাদুগী মখল্-মথেল্ কয়াগী তোঙান্-তোঙাম্বা রসদা মহাক্ পুম্ণাও-ঙাওনা লৈখরে। করি করিগুম্বা শুমিত্তা প্রেম-বিকার অদুনা কম্মন্খিবনা প্রভুনা মন্দির-থোঙ্গান্দা অশিবা শদুম্ অমগুম্না তাদুনা লৈরি। হক্চাং পুম্নমক্ অদু ওইখি তোর্বোৎকি মতৌগুম্। করি করিগুম্বা মতম্দা প্রভু অসি পরম-চঞ্চল ওই, ইঙাও-ঙাওই অমসুং মহাভাবনা মপান্-নাইদনা ফুঙ্গত্তুনা লৈখি। নোংমদি চটক পর্ব্বত উবদা প্রভু গোবর্দ্ধন-গিরিবু খংনিং নিংশিংলক্কুনা হৌদুনা চেন্খরে। চীংখোং অদুদা অশিবগুম্না তাদুনা লৈখি। অদুদগী হক্চাং পুম্নমক্ শীৎ-থুংনা ফাওরক্খি সাত্ত্বিক বিকার।

নোংম নোংমগী প্রভুনা অনৌ-অনৌবা মওংদা ভাবাবিষ্ট ওইনা লৈরক্পনা নক্লবা মনুংগী ওইবা ভক্তশিংগী রাজবদা মপান্-নাইরম্দে প্রভুবু শেন্নজবদা।

পূর্ণিমাগী অহিংনি। আইটোটারোম্দা ইঙাও-ঙাওবা মওংদা কোইবা লেঙলি। অথাপ্পদগী থাবল্না চাম্লিবা সমুদ্র উবদা প্রভু থোইদোক্না ময়াই-কাখরে। ভাবনিধি ওইবা শ্রীচৈতন্যগী পুক্নিংদা ভাব-তরঙ্গ হৌগৎলক্লে, থল্লক্লে,— শারদ-পূর্নিমাগী অহিংদা যমুনানা ইরং-ইরং লংখৎলক্লে— অদুগা প্রাণপ্রভু শ্যামসুন্দরগী বাঁশীগী খোঞ্জেন্দগী যমুনানা হঙ্গৎনা চেল্লি। অঙাওবগুম্না কন্না চেন্খিদুনা প্রভুনা সমুদ্র গর্ভদা চোংথখরে।

হুমিৎ অসিদা মহাক্কি হক্চাং অদু অকংবা উগুম্ য়াংখরে।

ঈথক্লা য়ৈর-য়ৈরহুনা, অকনূবা ঈচেন্দা তাউহুনা চৎখরে মহাক্না কোনার্কগী মাইকৈরোম্দা।

প্রভুনা খঙমাঙ মাঙথিবা অহুদা ভক্তশিংদি অমুক্তোইবা ইঙাও-ঙাওনখরে, চেন্নখরে মাইকৈ মরিদা মহাক্পু থিবা। মখোয়না থিদবা মফম্ লৈরক্তে।

য়াম্না খন্নরবা মতুংদা ভক্ত কাংবু অমা সমুদ্র তোর্ব্বান্-লোমদা লাক্লে। প্রভু অসিবু সমুদ্রদা হেক্ মচোংথরম্লগদ্রা, নত্রগা তোর্ব্বান্ মতুং ইন্না কদাই কদাইদা পংলেঙ-লেঙলমগদ্রা? কনা অমত্তা করিস্নু হায়বা ঙম্নদ্রে।

লম্বিদা ঙা-ফাবা অমা থেংনরে—মরেংবান্দা ইন্, মথ্বাংদা তুঙ্গোল্; তোর্ব্বান্দা লেপ্লহুনা অঙাওবদৌনা নোক্লি, জগোই শারি; অহুগা অমুক্সু হেক্, হেক্ কপ্লি; মরক্-মরক্তা মচিন্দা হরিনাম শোঞ্জরি।

স্বরূপ দামোদরনা তাপ্তা খঙলে—পুম্নমক্ অসি প্রভুগী থৌশীল ঙাক্তনি, মাতনা তৌহল্লিবনি। ঙা-ফাবা নিপা অসি ঙসি পরশমণি শ্রীচৈতন্যগী মশা শোক্লুরেসে, অহুনা ঙসি মহাক্ মহাভক্ত অমা ওইখরে।

ভক্তশিং অহুনা লাংতক্লনা হংলক্ই,—"ভাই, করিনো নংনা তৌরিবসিবো? করি ওইবা তৌরবগে থুনা মরম্ অহু ঐখোয়দা তম্মু।"

ঙা-ফাবা,—"করি হায়নি নখোয়দা? সমুদ্রদা ইন্ হুব্বা চৎলুই, অহুদা অঙকপা নিপা অমা কদাইদগীনো তাওথরক্তুনা ঐগী-ইন্দা লক্লে। মশা অহু য়াম্না রাং-চাওই; মোইবুংমুক্

হেক্ ঙৌই। অমুক্সু মহাক্না হেক্ ৱাম্বৈ, অদুগা অমুক্সু জগোই শার-শারদুনা শোম্বাংননা কৃষ্ণনাম শোল্লি; অমুক্সু হেক্ গোঁ-গোঁ লাওনা জ্ঞান য়াওদনা তাদুনা লৈখি। মাগী মশা অদুগা হেক্ থেংনবদগী ঐস্নু করিনো অমা তৌখরে, কোক্ অসি ইঙাও ঙাওই; কৃষ্ণনামতা পংশোম্ত-শোম্লিংই।”

ভক্ত পুন্নমক্ হৌজিক্তি চনিংতানা সুংশা-স্বর হোঙ্গরে। হৌজিক্তি কিনিংঙাই-লৈত্রে; প্রভু শোয়দনা অনকৃপা মক্ষম্ অমদা লৈরম্বা তারে। থিন্দনা মখোয়গা প্রভুগা থেংনরে। হরাওনরে ময়াম্ অপূম্বা। হরিনাম শোন্বা তাবদগী প্রভুস্নু জ্ঞান লাক্কুনা লেঙখৎলক্লে।

স্বরূপনা লাংতক্লনা হংজরক্পদা প্রভুনা খুম্বিরক্ই অস্নুন্না,— “পুক্লিংদা কালিন্দী থংনিং নিংশিংলক্ই; অদুদগী অদুম্ চৎলে বৃন্দাবন তান্না। য়াম্না কুইনা রাধা-গোবিন্দগী যমুনা-লীলা সম্ভোগ তৌরুরে। মতুংদা জ্ঞান তারকপদদি নখোয় ময়াম্ ইরাং-লাঙ-দুনা ঐবু কৌনদুনা লৈরম্মিবা অসিনি।”

“মাধুর্য্য ভগবত্তা সার’ (হায়বদি ভগবানগী মশিং লাক্-ঙম্দবা শক্তিশিংগী মনুংদগী হ্লাদিনী-শক্তিদগী পোক্পা ‘মাধুর্য্যনা অথোইবনি) হায়বা পরমতত্ত্ববু শ্রীচৈতন্যনা পুন্সি চুপ্পা শন্দোক্-পিরম্মি। মশাগী পুন্সিদা পান্শিন্দুনা অমশুং মশাগী সাধনাদা লীলা মাধুর্য্য অসিবু মহাক্না মপুং ফানা উৎপিরম্লে, শন্দোক্-পিরম্লে। হৌজিক্না প্রভুগী পুন্সি লোইশিন্বগী মতাং য়ৌরক্লে।

থুপ্খরবা, লুখরবা লীলাবু অরেপ্পা লৈতনা চহী তরা-নিথোই চুপ্পা আস্বাদন (মহাও-তংবা) তৌবিরে মহাভাবময়

পুন্সি লেপ্বিহুনা অমৃত-মন্থন তৌবগী লীলা অহু হৌজিক তপ্না তপ্না চংশিন্খরে লোইশিন্বগী মতাংদা।

শকাব্দ ১৪৫৫ নি ইঙেন্ থাগী পান্খংলক্পগী তরেৎনি পাম্বনি। রথ যাত্রাগী মতুং মঙানি কোম্বা নুমিৎনি; নুংথিলগী য়ুথক্ অহুম্ চৎলবা মতম্ অহুরাইদনি। মতম্ অসিদা প্রভুনা দিব্য ভাবাবেশদা লুপ্খরে; গুণ্ডিচা বাড়ীগী থোংজাও হাং-দোক্না লেঙশীন্খরে শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দির মনুংদা। মখুৎ লোন্নহুনা পুরুষোত্তম বিগ্রহগী চিন্ময় রূপসুধা থক্চহুনা মিত্তা পিগী ধারা শিন্থনা লেপ্নুনা লৈখরে প্রভুনা। করিনো, ঙসি প্রভুনা বেদী-কোটা তান্না প্রপ্, প্রপ্ হেক্তা লেঙশীন্খি্রবা অসিবো? নুতিগী মতৌগা মান্নদ্রিবা অসি করিগীনো?

ভক্তশিংনা প্রভুনা তৌরিবা মতৌ অসি য়ান্না ঙক্লা য়েং-নহুনা লৈরি। তন্না পাঙ্গা পুন্নমক্ তাম্থোক্লগা মনুংগী থোংজাও লোন্শীন্খরে। পুন্নমক্ মপান্দা লৈখরে মনুংদা লৈরে প্রভুগা মহাক্কি শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগা।

মাঙদা ঙাল্লি চৈতন্যময় দারুব্রহ্মনা—শ্রীচৈতন্যগী ধ্যানগী লল্ "ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ"—গী দিব্য শ্রীবিগ্রহনি। মহাপ্রেমদা ভাবাবিষ্ট ওইখরহুনা খংলাউ লাউরম্মগা হোৎচিন্খরে শ্রীবিগ্রহ তম্মা।

চহী কুম্নিথোইগী মমাঙদা প্রভুনা অহাম্বা শ্রীবিগ্রহ দর্শন ফংবা নুমিত্তা অমুক্কি মতিক্ অঙাওবগুম্ মশাবু পুম্নকাউ কাউ-খিরম্মি, পুরুষোত্তম বিগ্রহবু কোন্গে হায়না হোৎচিল্লম্ই। নুমিৎ অহুদগী হৌনা হৌগৎখি নীলাচল-লীলা শান্নবগী অহাম্বা মতাং।

ঙসিগী অসিনা অমুক্ করম্বা লীলাগী করম্বা মতাংনো? মাসিবু নিত্যলীলাদা চংনবগী শৈহৌরা?

নুমিৎ অসিদসু শ্রীচৈতন্যনা শ্রীবিগ্রহ অদুবু মথাদা কোন্‌শিন্‌গে হায়না হোৎচিন্‌খরে। মিৎনা কুপ্পা অমগী মন্নুংদা মহা-য়োনা অঙকৃপা থোদোক্ অমা থোক্‌খরে। শিবা-নাইবা জগত্তগী মাঙখরে প্রভুদো মতম্ কুইনগীদমক্।

ময়াম্ হৌরদুনা কয়া থিনরে মফম্‌খুদিংমক্ হন্দুনা-হন্দুনা প্রভুগী অশিবা হক্‌চাং; ফংনখিদ্রে কদাইদসু হক্‌চাং অদো। ভক্ত লিশিং লিশিংগী মথক্লাই চাক্লা থিনবা, নিংথৌ প্রতাপরুদ্রগী মথক্লাই-খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবা পুম্নমক্ ওইখি অরেম্বদা তাবা। অঙকৃপা ওইরবা মাঙখিবা খুৎমাঙ অসি লৈখরে অদুম্ মতম্ কুইনগী দমক্ মীইওবগী খঙবগী ৱাংমদা।

ভক্ত লিশিং লিশিংগী নুমিৎ অসিগী অৱা-তেংথাখোল্ অদু তিন্নদুনা লৈখরে সমুদ্রগী পোত্থাবা-নাইদবা ঈরাওখোল্‌গা। জগৎ-শুদ্ধাৎনবা শক্‌ফম্ব পুরদুনা প্রেমগী শুদ্ধাৎনবা ওইবা মিত্রংবু শন্দোক্‌পিরম্লগা সংসার অসিদা অমুক্ হল্লক্‌খিদ্রে প্রভুনা।

প্রাকৃত লীলা লোইখরে। অদুবু প্রভুগী অপ্রাকৃত লীলাদি? লীলা অসিগী ধারাদি অতৎ-অথম্ লৈতবনি—মাসি শাশ্বত-নি। সাধক কবিনা সত্য অসিমক্তি জয়গান শক্লি:—

"ঙসিসু শান্নরি লীলা অদু গোরা রায়না।
উজবা ফংই মরাইবক্ ফবা কনানা॥"

# গোস্বামী তুলসীদাস

আতিয়া নোংনা কুপ্‌খরে। সন্ধ্যাগী অমম্বস্থ কুম্‌থরক্লে। তুলসীদাস দ্বিবেদী মপুক্লিংদা য়াম্না অৱাবা পোক্লে। য়াম্না অথাপ্পদা লৈবা যজমান অমগী ময়ুম্‌দা থবক্ অমা চৎলুবনি; মুমিৎস্থ য়াম্না থেংদোক্‌খরে। রাজাপুরদা লৈবা ময়ুম্ তাম্না হল্লক্তুবস্থ য়াদ্রি। কিন-কিনা চেন্দুনা চচ্চরি।

উচিন্না ময়ুম্ য়োক্তরক্‌পা মতম্‌দদি মতু অহু লৈরম্‌দ্রে, কদাইদনো চথোক্‌খিরম্লে। অম্বুম্বা মতম্ অসিদদি মহাক্কি মতু রত্নাবলীদি কদাইদস্থ চৎফম্ থোক্তেনা! ইমুং, মাঙ্গোন্—কয়া থিজরে, ফংদ্রবদা লৈকাইদা মহাক্‌পু থিবা থোরক্লে তুলসীনা। তাজরে, মহাক্কি মকু শিগদোরে, অহুনা চৎখরে রত্নানা মপাম্‌দা।

অঙাং ওইরিঙৈদগী মমা-মপা কায়নরক্লবা তুলসীনি। রত্না নত্তুনা মহাক্কিনি হায়বা কনা লৈজদ্রবা মহাক্কি। হৌজিক্কি মহাক্কি সংসারদা রত্নানা ওইরি মহাক্কি জীবন-সর্ব্বস্ব। মহাক্‌পু ঙাইহাক্তুং উদবা ফাওবা ৱানা থোক্‌চরি তুলসীদা।

রত্না য়াম্না মশক্ ফজবী নুপীনি, গুণগী মাইকৈদস্থ ৱাত্তবী মহাক্কি। মথৱাই-মপুক্লিং লুপ্‌শিন্না তুলসীনা মুংশিজে মহাক্‌পু। মহাক্না কেন্দ্র ওইদুনা লৈদুনা চথরি তুলসীগী পুন্সি।

লুহোংলবা মতুংদা মকু ময়ুম্‌দগী মরক্ মরক্তা রত্নাবু লৌবা মী মরক্ মরক্তা লাক্ই। অহুবু মতুগা ঙাইঙাক্তুং ফাওবা কায়নবা ঙম্‌জদবা তুলসীনা থক্ য়ারম্‌দে। লৈকাইগী

মীনা মহাক্‌পু মতুদা ঙাওরবা, মতুদা শুদ্ধৎলবা মী হায়না কয়া থিনা থিনা চৈবি; মাসি পুন্নমক্‌ অসি মহাক্না মনাদা হাপ্তে।

রত্নানা মপাম্‌দা চত্তুবা ময়াদ্রবস্থু মপুরোইববু ঙাইহাক্তুং ক্ষাওবা ঙাইরম্‌দ্রিবসিবো। অভিমানদগী কপ্লিংবনা মথবাক্‌ শেগাইগদৌরে। মকুবোক্কি অনাবা নুঙাইরক্‌ত্রে। মতু অসিনা মপাম্‌দা কয়া কুইনা লৈগদগে হায়বগী অরেপ্পস্থু খঙদে। মপুক্লিং অসি লৈত্তাবা য়াদনা মহাক্‌ ইঙাও-ঙাওরক্লে।

নোং-ন্থুংশিৎ অত্থু হেন্না হেন্না কন্‌শিন্না হৌরক্লে। অত্থুবু মতুগী ব্রাখন্দা ঙাওরবা তুলসীনি; থোরক্লে ঙসি ফি মচা অমত্তা ইল্লত্থুনা মতুগী লৈফম্‌লোম্‌দা।

অকম্বা নোং-ন্থুংশিৎকি মহাতাণ্ডব অত্থু মহাক্কি মপুক্লিংদা সুকৃখয়্‌ খন্দে। আতিয়াগী মপুক্‌ হোৎপাইত্থুনা অরংবা লিন্‌-অমোম্‌গুম্‌ ঙংলি নোংথাংনা। বজ্র তাবগী মখোন্না নাকোং শেগাইরগদবগুম্‌ তৌরি। গুরুং,গুরুং লাউবা মখোন্‌গা লোয়ননা য়ুম্‌-কৈ, উ-ব্রা বোম্‌,বোম্‌ তুথরি, ৎেক্লি। তুলসীগী মশা অত্থু ইখে-খেবাৎলে। নোং-ন্থুংশিৎকি অঙাওবা মচৎ অত্থুগী চৈক্ফু অত্থু ঙসি তুলসীগী মথক্তস্থু হৈথবগুম্‌ তৌরি।

মশা অত্থু পুম্‌চোৎ-চোংলে, মফি-মরোন্‌ ইশে-শেগাইরে; অঙাওবগুম্না মানা থুংজররে মক্থু ময়ুম্‌দা। তৌরক্লিবা মওং অত্থু উবদা ময়াম্‌ পুন্নমক্‌ ঙক্‌পগী ঙম্‌খৈ লৈখিদ্রে। মতু-নিংবা নিপা অসিগী মরম্‌ য়াওদনা অঙাওবা শাজৎ? ইকাইবা, ব্রাবা, হৈন-দবা— পুন্নমক্‌ অসিনা রত্না অত্থু লৈম্ভুংদা চংনিংলে। মপাম্‌গী

মরিমতাশিং অত্থনা করেম্-কথাইননা ঙাংবা, নোঙ্গবা পুন্নমক্ অসিগী মরম্ অসি তুলসীগী মথক্তা হৈথরে।

রত্নাগী অরাওবা মমিৎ অত্থু শাউবনা ঙাংশিনখরে। অঙাও-বগীস্থু ঙম্‌খৈ অমা লৈবা হৌনৈ! নত্তে, মাসি মীনা খাঙবা ঙম্বা হৌনদে। অয়াক্‌পা খোন্থোক্তা মপুরোইববু থিনা চৈবা হৌরক্লে ঃ— "তাউ, ঐ লোইনা খঙলে, নংনা ঐগী ইফম্‌দা তৌরিবা অসি মোহগী চিংশীন্বনি, প্রেমগী নত্তে। লূ অমস্থুং তোংনা শাবা হক্‌চাং অসি, অস্থুক্ য়াম্না পাম্‌শিল্লবা, মাসিগী তুং ইন্নিংলিবা অত্থু ভগবান শ্রীরামচন্দ্রগী চরন্দা কথোক্‌পা ওইরগদি নহাক্ শোয়দনা সর্ব্বসিদ্ধি ওইগনি। ঐবু নংনা মুক্তি পীনবিরো।"

ৱাখল্ খজিক্তা ফাওবা খন্থদনা রত্নানা অস্থুক শাথিনা ফুবা। চৈফু অসিনা তুলসীবু পুংতুক্-তুকথহন্‌খরে। শুম্ফাৎখরত্থনা অপুনবা অমনা পুবা মীগুম্ মখোং তপ্পা তপ্পা থাংলত্থনা থোরক্লে য়ুম্‌দগী লম্বি তান্না। অমরোম্‌দনা রত্নানা গম্-লাওনা থোংজাও অত্থু থিংজিন্দুনা লোন্‌শিন্‌খরে।

তুলসীদাসকি মমাঙ-মক্তুদা মপান্‌গী থোঙ লোন্‌খরে, অত্থুবু মনুংগী থোঙ অত্থুদি ইরাও-লাওনা খংহাং হাংদোক্লক্লে। পুন্সিদা ঙসি মহালগ্ন অমা থুংলরে, রত্নানা থিনা তৌত্থনা ইকাইবা পীবা অসি ওইখি মঙোন্দা মহা চৈতন্যময়। খাঙঙম্‌দবা অরাবা অত্থুদা তুলসী মমিৎ উইশিন্‌খরে। পুন্সিগী কেন্দ্র ওইরম্বা পোৎ-শক্ অত্থুস্থু নাম্থোক্‌খরে! ৱাখল্‌গী জগত্তা অস্থুম্ তাউত্থনা লৈরিঙৈদা ইখঙ-খঙহৌদনা নবদূর্ব্বাদল-শ্যাম ওইবা শ্রীরঘুনাথগী

মূর্ত্তি অতু মমিংকি মমাঙদা তাউখৎলক্লে। মূর্ত্তি অতুনা মখুৎ-হৎলতুনা কৌরি,— কদাইদনো মাবু পুতুনা চৎনিংব্রা ?

কদাইদা চৎকদৌরিবনো হায়বা মহাক্না খঙদে ; অতুবু য়ুম্ থাদোক্কনা মপান্দা লম্বিদা লাক্কবদি ময়াখিদ্রে। অন্তরাত্মানা কৌরে, য়াদবা ঙম্বগী উপায় অমা লৈত্রে।

মকু ময়ুম্‌দগী থোরক্কনা থুনা কদাইদনো চৎপা হৌরক্লে। তুংলোম্‌দগী নিংঙম্‌দবী নুপী অমগী অপিক্‌পা খোঞ্জেল অমা মুংশিত্তা তাউতুনা লাক্লি। অতুবু হন্দুনা চৎনবগী পাম্বৈদি লৈত্রে। বন-লম্মাং কয়া ফাওরতুনা থুঙংগী মপান্দা থুংলরে।

মুমিৎ অসিদা ময়ুম্ থাদোক্কনা থোরক্লিবা পাখং অসি মমৈদা গোস্বামী তুলসীদাস হায়না খঙনখিবা অতুনি। অরাং থংবা ভারতকি মী লখা লখাগী পুন্সিগী মরুদা রামনামগী রস ধারা খিকৃখিবা, সমাজগী লৈরোন্ খুদিংদা অকন্বা ভক্তি-ঈচেল্ চেহ্লন্‌খিবা অথোইবা ভক্ত-কবি অতুনি।

তুলসীগী অধ্যাত্ম-পুন্সি অসি ওইখি পবিত্র ওইরবা তুলসী পাম্বিমক্। ভক্ত সাধক অসিগী মঙ্গলগী মশক্ ওইবা শক্তম্‌বু মহাক্‌মক্কি মতম্‌গী মহাবৈদান্তিক মধুসূদন সরস্বতীগী শ্লোক অসিনা মকা লাম্না, ময়েক্ শেংনা ফোংদোক্লি :—

"আনন্দ কাননে হ্যস্মিন্ জঙ্গমঃ তুলসী তরুঃ।
কবিতা মঞ্জরী যস্য রাম-ভ্রমর-ভূষিতাঃ॥"

বারাণসীগী আনন্দ কানন্দা তুলসীদাসনা ওইরি কোইচৎ চৎপা তুলসী পাম্বি ; পাম্বী অসিগী কবিতা-মঞ্জরীনা লৈতেং রামরূপ থোইমুবু।

রাম ভক্তিরসগী অমৃতবু তুলসীনা অরিক্পা লৈতনা মথুৎ থাহ্নুনা য়েল্লি। অহ্নুগা লোয়ননা শক্তি,—'কলিবিটপ কুঠারী'—উ-পাম্বীগী মশক্ ওইরবা কলিবু য়াম্থ্নবা শিংজং ; রামশক্তিগী মতিক্-মগুণ। ভাবকি ঐশ্বর্য্যনা, লোন্গী ফজবনা রামরাজ্যগী বর্ণনাবু কাউবা য়াররোইদবা মওংদা ইহ্নুনা ৱাংনা থাঙ্গত্নুনা থম্খি। ভারতকি অধ্যাত্মক্ষেত্রদা শন্দোক্নুনা থনম্বা রামরাজ্যগী ধর্ম্মরাজ্যগী বাণী অহ্নু চহী চহীগী মতুংদা দেশ অসিগী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা আদর্শ অসিমক্পু লিংখৎলম্মি মহাত্মা গান্ধীনা।

রঘুনাথজী সাধন তৌজবদগী মহাসাধক তুলসীদাসনা সিদ্ধি ফংখি ; অহ্নুগা মীওইবনা ফংনবা পংনা ঙম্নদবা যোগবিভূতিস্থু ফংজখি। অহ্নুদগী রামনাম শন্দোক্লবা পীরক্পা থৌদা অহ্নুদা লুপ্‌শিন্দুনা লৈজখি।

প্রয়াগকি মনাক্তা বান্দা জেলাদা রাজপুর কৌবা খুল লৈ। খৃষ্টাব্দ ১৬৪৬ তা খুল অসিদা তুলসীদাস পোক্খি।

মপা ইবুংঙোগী মমিংনা পণ্ডিত আত্মারাম দ্বিবেদী, মমা ইবেম্মাগীনা হুলসী দেবী। দ্বিবেদী পরাশর গোত্রগী ব্রাহ্মণনি। ধর্ম্মদা মমাই ওন্শিন্বা য়াম্না হৈবা পণ্ডিতনি হায়না লম্দম্ অসিদা মমিং চৎলি।

মহাক্না ইবা লাইরিক্কি মতাং অমদা অম্নুম্না ইরম্মি,—'মাতু পিতা জগ জায় তজ্যো' হায়বদি, মহাক্কি মমা-মপা অনীমক্ মহাক্না পোক্পা মতম্ থরগী মতুংদা নোঙ্গাখি। মাহ্নুতা নত্তনা অৱা-অনং অমস্থুং থৌশাবিদবগী মস্থুংদা মহাক্কি অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি লেপ্পখি। অৱা-অনং ময়াম্ অসিগী খোম্থোক্ অসি তাবা ফংই মহাক্কি শৈরেংদা অমস্থুং ইশৈদা।

মমা-মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা তুলসীদাস অসি মপাগী গুরু-দেব নরসিংহ দাসনা য়োকৃপিখি। মশক্ ফজরবা চংজফম্ লৈত্রবা নিপামচা অসিবু অহল্ অসিনা য়াম্না হেক্মক্ মনুংশি-রুরে; মচামক্কা চপ্ মান্নবা লুনা তৌনা য়োকৃপিখি। মহাক্কি শিক্ষা-দীক্ষা, শাস্ত্র তম্বনচিংবা পুম্নমক্ অসি অহল্ অসিগী চ্যেক্শিন্না শেন্নবগী মখাদা চত্থখি, পাংথোক্খি।

তুলসীদাস অসি নহাদি য়াম্না ওইরি, অদুবু মহাক্পু সংসারাশ্রমদা চংহন্দ্রিবামখৈ নরসিংহদাসগী মপুক্কিংদা ইনুং হেক্-মক্ মন্নুংঙাইখিদ্রে। য়াম্না তরু-খোৎনদুনা মহাক্কা তুলসীদাস লুহোংবিরে।

খুল্ খরা লান্থোক্লগা দীনবন্ধু পাঠককি ময়ুম্ লৈ। অচুম্বা চৎপা ধর্ম্ম লৈবগীদমক্ মহাক্ মমিং চৎলি। ব্রাহ্মণ অসিগী মচা ইবেম্মা রত্নাবলীবু তুলসীদা লুহোংবিরে।

মথোক্-কারক্পী রত্নাগী শক্-তি চাংদম্নিঙাই লৈতনা ফজৈ, লম্চৎ-ব্যবহার অমসুং মচরিৎসু অদুমঙাই—থুম্না নুংশি। তুলসী মতুদা পুংলুপ্-লুপশিন্বা, মতুনা পুম্চিং-চিংশীন্খিবা পুন্সি অমা লেন্খরে।

অঙাং ওইরিঙৈদগী তুলসী য়াম্না অচৌবা ভাবুকনি, কাব্যদা কা-হেন্না পাম্শিল্লম্মি। রত্নাগী-শক্তি শুদ্ধৎপা, মপুরোই-ববু নুংশিনা লুনা তৌবা পুম্নমক্ অসিনা মহাক্ ইরায়-লাইনা নুপী অসিদা পুংলুপ্-লুপশিন্খিরম্মি। মহাক্পু মিকুপ্ অমত্তা উদবদা থাঙবা ঙমদ্রদে। মহাক্ অসিমক্কা ঙসি মহাক্কি (তুলসীগী) মথক্তা থাংঙম্দবা চৈকু!

চৈফু অসিমক্কা মঙোন্দা পুবিরকৃখি অশেংব। চৈতন্য; মাসিমক্কা মহাকৃপু য়ুমগী মপান্দা ইম্থোকৃখি ইষ্ট ফংনবগী অচুম্বা লম্বিদা।

মুমিৎ অসিদা মহাক্কি থম্মোই মমুং ইঙান্-ঙাম্থোক্লক্লে চংজক্ষম্ লৈতবশিংগী চংজফম, রঘুবীরজীগী মূর্ত্তিনা। মহাক্কি পুন্সিগী থোঙ্গান্দা থুংলরে অরোইবা আহ্বান। অঙাওবগুম্না তুলসীনা মপান্ থোক্লক্লে। কদাইদা চৎকনি, কনানা ইষ্ট ফং-নবগী লম্বি তাকৃপিগনি? মহাক্ কঙাওনরে। অঙাং ওইরি-ভৈদগী মহাক্না তাজবা অমদি লৈজৈ,— বারাণসীধাম অসি ভারতকি প্রাণ কেন্দ্রনি; সাধক অমস্মুং আচার্য্য কয়াগী লৈফম্নি। মাইকৈ অসোম্দা মমাই-ওল্লহুনা মহাক্স্থ চৎপা হৌরক্লে। থমোইদা চপ্য়ুংনা লৌজরি মুক্তিগী সংকল্প, মচিন্দা তত্তনা শোঞ্জরি রামনাম।

আতিয়াদা প্রকৃতিগী তাণ্ডব-জগোই লোইশিন্খরে। তুলসীগী পুন্সিদসু অর্রা-অনা মুংঙাইতবা পুম্নমক্ লেইরহুনা ফাওরক্লে পরম প্রশান্তি অমা। শাংলবা লম্বি লাম্থোক্কুনা মহাক্ থুংলরে ব্রানা কাশীদা। ইষ্টদেবগী নামবু ময়েক্ শেংফাত্তনা ঙংল-ঙংলহুনা তত্তনা থোরক্লি মহাক্কি মথনাওদগী।

কাশীদা থিন্দনা চংজফম্ ফংজরে। ফাওরবা শাস্ত্রবিদ সনাতনদাসকি অথোবা মিৎয়েংনা তাখরে—ভক্তিমান ওইরবা সর্ব্বত্যাগী পাখং অসিগী মথক্তা। য়াম্না মুংশিনা আচার্য্য অসিনা পীনবিরে চংজফম্ পাখং অসিবু মহাক্কি টোল অহুদা।

মাসিদা তুলসীনা শাস্ত্র তম্জরে, অদুগা তত্তনা মাগী ইষ্ট-দেব রঘুনাথজীগী নাম কীর্ত্তন তৌজবা অমস্নং লীলা পাঠ তৌজদুনা নোংমগী মতুংদা নোংমা চখজরি। টোল্ অসিদা মাইকৈ পুন্নমক্তগী, দেশ কয়াদগী মী লাক্তুনা পুল্লরি। সাধন ভজনগীদমক্ দরকার ওইবা অচিক্পা অদু মফম্ অসিদদি লৈতে। অদুনা তুলসীনা সহরগী মপান্দা বন অমদা আশ্রয় লৌজরি।

মশাগী অরা-নুঙাই অমদি শেৎ-চাবগী মরম্দা মহাক্না খল্লুবা তৌদে। পুক্নিং-হকচাং লুপ্শিন্না তুলসী হৌজিক সাধনাদা চংখরে। অদুবু ইষ্ট ফংননবা লম্বিনা কদাইদনো? মঙান্না কদাই-দনো? পরম প্রভুগী দর্শন অদুবু করি তৌরগা ফংগদগে? অরাবা রাখন্ অসিনা মহাক্পু তপথবা কৌবদা মপীখিদ্রে।

অয়ুক্তা ভজন-শংগী মনাক্তা মোংশোং অমদা মুতিগী হক্চাং শেংদোকই। খুজাইদগী অরেম্বা ঈশিং অদু মাঙদা হৌবা উজাও অমগী মখোঙদা মুতিগী হৈদোকই। মাসি মহাক্কি তত্তনা তৌরবা অভ্যাসনি।

উ অসিদা ব্রহ্মদৈত অমা লৈ। মহাক্না মুতিগী তুলসীনা হৈদোক্লিবা ঈশিং অসি থকচদুনা খোৗরাংবা কোক্লে। নোংমদি অহিং থেংখরবদা প্রেত অসিনা তুলসীগী মমাঙদা ফোং হেক্ ফাওরক্লে। হায়রকই,—"তুলসী, নংবু ঐনা ওম্বোক্লা পেল্লে। উ অসিগী মখোঙদা নংনা মুতিগী হৈদোক্পা ঈশিং অদু থক্তুনা ঐনা পেগ্গরিবনি। ঐনা তৌবা ঙমগদবা নংগী কান্নগদবা রাফম্ অমত্তদি তাক্উদনা।"

তুলসীনা নোল্লুক্লা,— "সুক্ষ্মলোক অমদা লৈবিরিবা অমা অমবু ওইবিরবসু ঐনা নহাক্‌পু খুরুমজরি। থাজ্ঞমক্‌শেংনা ঐগী করিগুম্বা কান্নবা অমত্তং তৌবিগে হায়রবদি ঐগী ইষ্ট-দেব অদুবু থুনা ফংজো হায়না বর পীনবিয়ু।"

প্রেত অসিনা ইশি-শিনা নোক্লগা,— "করিনো হায়রিবা অদুবো? ঐগী শক্তি অদুক্ য়াম্না লৈরগবু ঐনা অসুক্ য়াম্না অৱাবা খাঙদুনা লৈগদরা? মাদুদি ঐদি ঙম্‌দেবো। অদুদা নঙোন্দা, ঐনা রঘুনাথজী ফংননবা লম্বিদি তাকপা ঙম্‌গনি।"

তুলসী য়াম্না লাংতক্লনা লম্বি অদু খঙজনিংলে।

ব্রহ্মদৈত্যনা হায়রকই,—"কাশীগী দশাশ্বমেধ ঘাটকি অৱাংদা খজিক্তং হাইগৎলগা নুতিগী রামায়ণ পাঠ তৌরি। সভা অদুগী কাচিন্‌ অমদা হনুরবা ব্রাহ্মণ অহল্ অমা কাচিন্ অমদা তুমিন্না ফম্‌-দুনা লৈবনি। মী ময়াম্ থুংলদ্রিঙৈদা মহাক্না নুতিগী ইহান্-হান্না লাক্লনা ফম্বনি, অদুগা পাবা লোইরগনা মানা ইকোন্-কোন্না থোকপনি। মহাক্কনা নংনা নিংজরিবা পোৎশক্ লৈফম্ তাক্-পিবা ঙম্‌গনি।"

তুলসী পুম্‌ঙক্-ঙক্‌খরদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈজরি।

প্রেত.—পুরুষ অদুনা মোমোন্-মোমোন্ নোক্লদুনা হায়রক্‌ই,—"তুলসী, তাওসে, মশক্-ওন্থোক্লিবা হনুবা অসি অতৈ নত্তে,— ভক্তরাজ পবন-নন্দন হনুমান-মক্লি। মঙোন্দা চংজো, অদুতদা শ্রীরামচন্দ্র খিন্দনা দর্শন ফংজগনি।"

তাক্‌পিরক্‌পা রামায়ণ পাঠ তৌরিবা য়ুম অদুদা তুলসী থুংলরে। অচুম্বনিনা অসিদে। অহল্ অমা কাচিন্দা ফম্মদুনা

ভক্তিগা লোইননা পুক্লিং চংনা রামায়ণ তাহনা লৈরম্লে।

পাবা অদু মুমিৎ অদুগীদি লোইরে। সভা মফম্ অদু মী অমত্তা লৈত্রে। খ্যাইগী মমৈদা অহল্ অদুস্থু থোরক্লে। খরা থাপ্পা চথোক্লক্লগা অচিকৃপা মফম্ অমদা তুলসীনা মহাকৃপু ফারে। পরমভাগবত ওইরবা তুলসীগী কপ্চবা, লাউজবা অদু লেপ্পা লৈখিদ্রে। থৌজান্না থল্লবা ভক্তরাজ মারুতিনা খাঙবা ঙম্দহনা মশাবু ফোংদোক্লে; তুলসীগা মথক্তা থৌজান্গী ধারা হৈথবিরক্লে।

ভক্তবীর মারুতিনা প্রভু রঘুনাথজী ফংনবগী থোঙ পায়হনা লৈরিবনি। মহাকৃপু সদ্গুরু ওইনা ফংজহনা তুলসী মরাইবক্ ফবা ওইজরে ঙসিদি।

তুলসীগী ভক্তশিংগী মোত মতুং ইন্নদি, মারুতি মশামক্না থৌজাহ্নিহনা মীগী মূর্ত্তি লৌবিহনা তুলসীদা সাধন মার্গ তাক্পিরম্বনি। রাফম্ অসিবু পন্দুনা তুলসীনা অস্মুম্না ইরম্মি:—

'বন্দউঁ গুরুপদ কঞ্জ
কৃপাসিন্ধু নররূপহরি।

ভক্ত তুলসীগী ধ্যান-কল্পনাদা ভক্তরাজ অঞ্জন তনয় অসি অতৈ নত্তে শৈব শক্তিগী অফোংবা বিগ্রহনি। মহাক্কি মোততদি মহেশ্বর মশামক্না রামনাম কীর্ত্তন তৌনিংবদগী মহাবীর হনুমানগী রূপ লৌখিবনি।

সূক্ষ্ম লোক-তা চত্না লৈরিবা মহাবীরজীগী আশীর্ব্বাদনা ওইথি তুলসীগী পুন্সিগী অথোইবা লন্। অসিদস্থু নত্তে, তুলসীগী সাধন-পুন্সিগী চংগদবা পুন্নমক্ মশামক্না মঙ্গলময়

আবির্ভাব ওইবিত্নুা তাকৃপিরৈ, অত্নুগা থৌজান্‌বিত্নুা অরুবা মতাং কয়াদসু লম্‌জিংবিরৈ।

ভক্তরাজ অসিগী মরম্‌দা তুলসীনা অশুন্না ইরম্মিঃ—

ধীর বীর রঘুবীর প্রিয়
সুধীন সমীর কুমার।
আগম সুগম সব কাজকর
করতল সিদ্ধিবিচার॥

হায়বদি,— শ্রীরামচন্দ্রগী চাঙরক মনাই, মপুক্‌ তপ্‌খরবা কল্‌-থৌরবা নুংশিৎকি মচা হনুমানবু ধ্যান তৌজো, সাধনা পুন্নমক্‌ অমসুং সিদ্ধি পুন্নমক্‌ নথুৎ চঙ্গগনি।

থা অমগী মতুংদা থা অমা হৌখরে। অদুবু মহাক্তবু ফংগে হায়দুনা পুন্নমক্‌ থাদোক্লম্লগা, মহাক্তি কদাইদনো? ইষ্ট দেববু হৌজিক্‌ ফাওবা মশক্‌ উজদ্রি তুলসী হৌজিক্তি কাহেন্না মপুক্লিংদা লাংতক্লরক্লে।

মশক্‌ ওন্থোক্তুনা লৈরিবা মহাবীরজীবু নোংমদি তুলসীনা ফাজরদুনা কন্না হেক্‌ মতক্‌শিন্নক্লে। রঘুনাথজীগী দর্শন পীনবিগদবনি নত্রবদি তুলসীনা ভক্তরাজবু সুকৃথা থাদোক্লরোই হায়জরি। অসুন্না তুং-ইন্নদুনা লম্বি য়াম্না শাংনা চৎলক্লে।

মহাবীরজীগী মাইথোংদা লোন্না মোমোন্‌ নোক্লম্লগা সুংশিনা,—"ইবুংঙো; নং হল্লো, অমুক্‌ ঐগী তুং-ইন্নক্লগনু। হংচিৎ অসি পবিত্র ওইরবা রামনবমী তিথিনি। নুমিৎ অসিদা নংগী থাংপোক্তা লৈন-লৈনা নংনা রামচন্দ্রজীগী দর্শন ফংজগনি।

রাম-নবমী তিথি থুংলরে। য়াম্না কুইনা হেক্ মঙাইজরবনি অদুবু ইষ্টদেবদি আবির্ভাব ওইবিদ্রে। মহাবীরজীগী য়াথংবু মিনম্বা ওইগদ্রা ? নত্রগা মহাক্কি আবাহন্দা অশোইবাককা য়াওদুনা প্রভুনা পেন্‌বিখিদ্রবরা ?

মপাল্লোম্‌দা খংনিল্-নিম্নরক্‌পা অমা তারে। মানা থোং হাংদোক্তুনা মাঙোন্ তান্না চেন্থোক্লক্লে। বেদে অমগা বেদিণী অমগা মফম্ অদুদা য়োং-জগোই উৎকদবগী লাক্লি। মখোয়গী মতুংদা ভিক্ষাগী ঝুলি অমা মরেংবান্দা য়াল্লদুনা নিংথিজখ্রবা পাখং অমা। গোস্বামীবু জগোই অসি য়েংহন্দবা ময়াদ্রে হায়বগী মওংনি ।

ইষ্টদেবগী দর্শন ফংদবগী খরগা নুঙাইতনা লৈরিবৈদা করিনো তৌখৎলরিবা অসিবো। নুমিৎ-চুপ্পা লাংতরুনা লৈজরক্লি। নিংবা কাইবদগী তুকৃথগরবা তুলসীনি। অদুগা কদাইদগীনো-য়োংগী জগোই ! শাওবনা মৈ হৌরবা তুলসীনা,— "চংখ্রো চৎলো হৌজিমক্, জগোইককা স্নকৃয়েং য়েংজনিংদে।" মাসি হায়বগা লোইন-লোইননা তুলসী মাগী খাংপোক্কী থোঙ অদু চেৎনা লোন্‌শিন্দুনা মনুংদা লৈখরে।

থমোই মনুং প্রোক্ প্রোক্ চাক্‌খ্রে। মশানা থোইদোক্লা তোল্লবা ওইবগা, মবুদ্ধি লৈজদবা অপংবা ওইবগা অদুনা মরম্ ওইরদুনা ওসি মহাবীরজীগী বাণীসু ওন্ন-তৈনরব্রা ?

রামায়ণ পাঠ হেক্ লোইবগা মশক্-ওস্থোক্‌পা ভক্তরাজবু তুল-সীনা অমুক্কা ফারুরে। কপ্তুনা, লাওদুনা চরণ-অনী কোন্দুনা শ্রীরঘু-বীরগী দর্শন পীবিনবা অমুক্কা হায়জক্লরে। পবননন্দন-না নুংশিরবা

খোম্থোক্লা,—"করি রানো তুলসী নংনা হায়রিবা অসিবো? রামচন্দ্র, ইমা জানকী, লক্ষ্মণ, অতুগা ঐ ইশামক্ লাক্লম্বতুদি। নংনা তাম্থোক্লক্তুনা চংহন্দ্রবদা ঐখোয় অতুম হল্লেদনা। থাজদ্রা? সে, সে, হৌজিক ফাওবা ঐগী ঙকৃশমদা থৌরিগী দাগ লৈ-রিবসিনি। বেদে-কাংবু অতুবু নংনা মশক খঙদবননি। জ্যো-তির্ম্ময় রূপ দর্শন তৌবদি নংনা খাঙবা কদাইদগী ঙম্গনি? অতুদা শক্ ওন্থোক্তুনা থৌজানগী মশক্ ওইবা প্রভুনা দর্শন পীনবিবনি। অরুবা, অচেংপা সাধনাদা লুপ্‌শিঞ্জো; পরম প্রভুগী চিন্ময় রাজ্যদা চংজো। ঐনা থোঙ থাদোক্তুনা থম্বিরগে।"

রামনাম জপ তৌবদা অমসুং অকম্বা তপস্যাদা তুলসী লুপশিন্দুনা লৈখরে। অতুগা লোইননা চথুরি মহাক্কি ভজন অমসুং মথরাই শোকপা প্রার্থনা। নোংমগী মতুংদা নোংমা হৌখিতুনা শাংলবা থা কয়া চহী কয়া হৌখরে, নিংবা থুংদবগী চাকপনা শিন্থরি তত্তনা মমিত্তা পিগী ধারা। অরাবা খোঞ্জেন্না হায়জরক্‌ই, ইষ্টদেবদা :—

"সঠ সেবক কী প্রীতি রুচি রখিহহিঁ রাম কৃপালু।
উপল কিয়ে জলযান জেহিঁ সচিব সুমতি কপি ভালু।

হায়বদি,—হে থৌজাল্ হৈরবা শ্রীরাম ঐগুম্বা তোল্লবা সেবককি মফমদা ফাওবা মহাক্কি মপান্নাইদবা থৌজান্নি। প্রভু! নংদি মহাশক্তিধরনি: মহাক্না ঙমদবা করিসু লৈতে। মুঙবু নংনা তাউহল্লি ঈশিংদা, য়োং-শয়োন্সু ওইহল্লি অশিংবা মন্ত্রী; অতুদগী হেন্দোক্তুনা মতিক্ চাদ্রবা ঐগুম্বা ফাওববুসু থৌজান্বিরি।

কা-হেন্না কন্বা তপ তৌজতুনা তুলসী হৌজিক্তি ওই-জরে নামসিদ্ধ। মহাক্কি হকচাং, পুক্নিং, প্রাণ—অস্তিত্ব পুম্নমক্ রাম-নাম-মালানা অতৎপা লৈতনা কোইশীন্দুনা লৈখরে। মহাক্কি সাধন সত্তা পুম্নমক্ ওইখরে ইরং-লংবা রামনাম মঙান্না। মঙান্ অসিগী জয়গান তাবা ফংই মহাক্কি ইশৈদা ;—

রামনাম মণি দীপ ধরু জীহ দেহরীদ্বার।
তুলসী ভীতর বাহরহুঁ জৌচাহসি উজিয়ার॥

হকচাংগী মনুং মপাল্ অনীমক্ ঙাহ্লন্গে নিংলবদি মণিগী থাওমৈগী মশক্ ওইরবা রামনামবু নরৈ মথক্তা থম্জো। তুলসী মনুং-মপাল্ অনীমক্ ইঙান্-ঙান্ খিবনা সৃষ্টি পুম্নমক্ অসিবু রাম ঙাক্তা ওইনা খঙখিবনা মহাক্না রামগী চরন্দা খুরুম্জরি।

সাধনাগী কন্শিন্বা মওং অদুদা মহাবীরজীনা পেন্বিরে। তাক্পিরক্লে,—"তুলসী, নং হৌজিক্ চিত্র-কুট পর্ব্বত-তা চৎলো। শ্রীরামগী অবতারলীলাগী হৌদোক্ফম্দি চীং-লম্দম্ অদুদনি। মফম্ অদু মহাক্কি চরণগা শম্নবদগী পবিত্র ওইরবনি। অকোইবা অদুস্মু সাধনাগী খুদোং চাগনি। মাদুদা ফম্দুনা নংনা মতম্ খরা তপস্যা তৌরু ; কমল-লোচন শ্রীরামনা দর্শন পীনবিদুনা নংবু থৌজাল্বিগনি।"

সূর্য্যগ্রহণ থোক্লুনা মেলা তৌরম্মি চিত্র কূটদা। মশিং লাকৃঙম্দবা সাধুশিং তিল্লরে। রামনাম শক্পদা, রামায়ণ ব্যা-খ্যান-দা মফম্ অদু পুন্নিল্ নিন্দুনা লৈখরে। তুলসীনা চীংগী কাচিন্ অমদা পিল্লবা ভজন-তৌফম্ থাংপোক্ অমা শাজরদুনা মুংঙাইনা লৈজরে।

মুমিৎ খরগী মতুংদা মেলা অতু লোইরতুনা মী পুন্নমক্ হন্নখরে। চীল্লবা মফম্ অসিদা তুলসীদাসনা পুংলুপ্ লুপ্ শিন্না অচেৎপা তপস্যা-তৌবা হৌজখি।

অয়ুক্ অঙন্বদা হৌগত্তূনা ঈফুৎ অমদা ইরুজথোক্লগা ভজনদা লুপ্ শিন্দুনা লৈজে। মুমিৎ তারম্‌দাইদা উহৈ খরদং চাজতুনা অরাম্বা কোক্‌চৈ।

নোংমদি তুলসীনা অয়ুক্ অঙন্বদা হৌগত্তূনা পূজাগী পোচং লাংখৎপা হোৎনজরি। ঝুলিদগী চন্দন অমম্মুং মুঙ লৌথোক্তূনা পুক্লিং চংনা চন্দন তকৃচরি। মতম্ অসিদা ইখঙ-খঙহৌদনা কদাইদগীনো নিপামচা অমা চেন্থোক্লক্তূনা মমাঙদা লেপ্লরে। কনানোসিদে অম্মুক্ ফজবা, অম্মুক্ য়াম্না মিৎ পেন্নফম্ ওইবা শক্। তুলসী পুম্ঙক্ ঙকখ্রে; মিৎফম্ হোংবা ঙম্‌দনা য়েংজতুনা লৈখরে।

কুচুদি মুরৈনৈ, হক্‌চাং কায়াৎ খুদিংদা ফজবা হায়বা অতুনা মহী-চেন্দুনা লৈবগুম্ তৌরি। কোক্তা জটা, শেৎপনা উকু অরাওবা মমিত্তা লাইগী ওইবা মঙান্; অতুগা খুউয়ৌনা চোম্বা মখুত্তা লিরুং।

ফত্তবা নিপামচা অসি বনগী উচেক্ ফাগদবগী লাক্লিমাল্লে? মানা তুলসীবু ওৎপা হৌরক্লে, "য়েংঙোই, নংনা তক্লিবা চন্দন অতু ঐগী লাইবক্তা নম্লো লাউ।" হায়না হায়না খর-খরা অম্মুম্ নক্‌শিল্লক্লে। তুলসী হৈনদবগী খম্ থেংলে। ফুসি কদাই, চৈসি কদাই। অসিদা অমুক্‌স্তু খম্‌থেংনস্নু মুংশিব্বা খংপোক্ হেক্ পোক্লি। তাম্থোক্‌ই য়াদে, অম্মুম্‌তা মনক-

শিল্লক্ই। ইষ্টদেবগী দমক্লি হায়দুনা তক্লিবা চন্দন অদুতবু নহামচা অসিনা মঙোন্দা তুলসীগী মখুৎমক্লা নমদবা শ্বুক্য়া য়াদে হায়রে। তুলসী তৌকম্ খঙখিদ্রে। করিনো, নিপামচা অসিনা চন্দন অসিতবু অস্তুক্ য়াম্না পাম্লিবা অসিবো?

তুলসীগী পুক্লিংদা থংফাও ক্লাওরক্লে রামনবমী নুমিত্তা লীলাময় না শান্নখিবা তাৎ কি লীলাদো। অদুগা নিংশিংলক্লে ভক্তরাজগী আশীর্ব্বাদ। মশা পুম্নমক্ মতু চুংখ্রে; ভাবাবিষ্ট সাধক অসিনা লিরুং পায়বা নিপা মচা অসিগী লাইবক্তা নমখরে চন্দনগী বিন্দু। অদুগী মতুংদা মখোল্ অদু থক্ থক্ নিক্লা হংজরক্ইঃ—

বালক শুনহু বিনয় মম এহুঁ।
তুম-শ্রীরামচন্দ্র কি দুসর কেহুঁ?

"তাও, হে নিপামচা, ঐনা নোল্লুক্লা হংজরি,—নহাক্ অসিবু শ্রীরামচন্দ্রমক্লা নত্রগা অতোপ্পা কনানো?"

নিপামচা অসিগী থম্বাল-মাম্বা মমিৎ অনীদা ফাওরক্লে নোক্লি-নোক্লি তৌবগী নিংথিবা মঙাল্। অমৃত ঈচেল্ হৈথরক্-পগুম্ নুংশিরবা খোম্থোক্তা,—"পুম্নমক্ অসি শ্রীরামগী অবতার ঙাক্তনিদনা!"

অঙকপা অনুভূতিগী ঈচেল্ অমনা মহাক্কি মনুং-মপান্ থিৎনা চেম্থরক্লে। মঙাল্গী মপান্নাইদবা ঈপাক্তা কদাইদনো তাউথখরে মহাক্? মঙাল্ অসিগী, আনন্দ অসিগী ঙমখৈ লৈতে। তুলসী মপান্গী জ্ঞান পুম্নাঙ-মাঙখরে।

মতম্ কুইনা অশুম্না আনন্দ-ঈপাক্তা তাউরুরগা জ্ঞান তারক্পা মতমদদি তথক্পা নিপামচা অহু বনগী লম্বি অমদা কদাইদনো মাঙথোক্খরে।

মমিত্তা তন্তনা প্রেমগী পি শিন্থরি; মাহু তৈথোক্চরি হন্না হন্না, হায়জরক্ই অশুম্নাঃ—

চিত্রকূট কে ঘাট পর ভই সন্তন কী ভীড়।
তুলসীদাস চন্দন ঘসৈ তিলক দেই রঘুবীর॥

'চিত্রকূটকি ঘাট-তা সাধু সন্ত কয়া কয়া তিল্লি; অহুগা তুলসীনা চন্দন তক্চহুনা মাহুনা থিন্বী রঘুবীরবু।"

তুলসীদাস কপ্পগী লোইবা-খম্বা নাইদ্রে। স্বর-ফুঙ্গৎনা তনিক্পা খোন্থোক্তা হায়জরক্ই,—'হে পরম প্রভু, নংগী লৌ-নম্গী লীলাসি অঙক্পনি! তুলসীগী পুন্সিদা ঙান্থোইবিদবা করিগীনো পুবিরক্তুনা অতৎ-অথম্ লৈতবা লীলা বিলাস অদো?

মতম্ অসিদা প্রভু রঘুনাথজীনা নোংমা মহাক্কি মমাঙদা ফোং ফাওবিরক্লে। থৌজান্গী খোন্থোক্তা তাক্পিরক্ই,— "তুল-সীদাস, ৱারুগনু; নংনা ঐবু ফংগনি, ঐগী লীলাসু নংগী থমোইনুংদা মতম্ পুম্নমক্তা লৈগনি মিকপ্ থোক্তুনা। হন্দক্তি ঐগী লীলাগী ৱারি অহু মীওই-পুক্লিং মমাঙদা থম্মু ৱাংনা থাং-গৎতুনা; নংগী চাংদম্নিংঙাই লৈতবা ভাবৈশ্বর্য্য অমস্থং শৈরেং নিংথিজবা পুম্নমক্তা লৈতেংহুনা মাহুবু য়েন্থোক্উ সমাজগী লৈরোন্ খুদিংগী মীওইদা। লেংলো ঐগী অনৌবা রামায়ণ কলিযুগকি কাম্নবগী দমক্, কলিগী পাপ কোক্হন্দুনা।

রামনাম অমস্তুং রামলীলা শন্দোক্লবগী ফংজরে য়াথং। তুলসীনা হৌজিক্ কোয়বা হৌরক্লে প্রভুগী লীলা শান্নফম্ চিত্র-কূট অমস্তুং দণ্ডকারণ্য-দা। মফম্‌শিং অসি রঘুনাথজীগী পদধূলিনা শেংদোক্লবা তীর্থ ওাক্তনি। মশিং লাকৃওমদবা সাধকনা মফম্‌শিং অসিদা অরান্-খুবম্ ফংজখরবনি। প্রভুগী-স্মৃতিগা য়েৎশিন্নহ্নুনা লৈরবা মফম্‌শিং অসিদা কোয়না চৎচবগী মহৈনা হৌজিক্তি তুলসীগী পুক্লিং, হকৃচাং অমস্তুং মথলাইদা লৈখরে ওন্ন-থোইনা প্রভুগী লীলামাহাত্ম্য অপূম্বা।

দণ্ডকবন উবদা ইষ্টদেব রামচন্দ্রগী স্মৃতিবু মহাক্কি থমোইদা ঈথক্ হৌবগুম্ কাখৎলক্লে। চাংদম্নিওাই লৈতবা স্মৃতি অমস্তুং অনুভূতি অসিবু শৈরেংগী মালিকা পরেংদা লেংহ্নুনা শকৃচরি ভক্তবীরনা :—

দণ্ডকবন প্রভু পীন্হ সোহাবন।
জন-মন অমিত নাম কিয় পাবন।
নিসিচর-নিকর দলে রঘু-নন্দন।
নামু সকল কলি কলুষ নিকন্দন॥

“দণ্ডকারণ্যগী ফজববু ঐগী ইবুঙোনা হেঙ্গৎহন্বিরম্মি। অহ্নুবু দণ্ডক-তি শুপ্নগী অমত্তনিদো— মহাক্কি নাম-না ওইহল্লি মশিং লাকৃওমদবা মীওইবগী পুক্লিং-বনবু পবিত্র। কন্-থোবা অমস্তুং থোনাগী মতিং উত্তুনা নোংমা নৈহৎপিখি রাক্ষসকুল, অহ্নুগা হৌজিক্লা মাঙহন্বিরি হিংচা-য়াইতম্ ওইরবা কলিগী পাপকি মপৈবু।

নাম প্রচারগীদমক্ অনৌবা রামায়ণ লেংবা তারি। মাসিগী দমক্ মশাস্থ শেম্-শাজরে। ইষ্টদেব রঘুনাথকি ধ্যান-দা, জপ-তা মতম্ পুম্নমক্তা লুপ্ শিন্দুনা লৈজরিবনি। মপুক্ মনুংদা য়েক্তুনা থম্জরি মহাক্কি মঙ্গল-মোহময়-মূর্ত্তি; মমিত্তা থন্না পুজরি মহাক্কি কাজল-থাবা মিংকি মঙাল্, মখনাওদা থম্জরি অমৃতদগী হেন্না থুম্লবা মহাক্কি নাম। তুলসীগী সত্তা অপূম্বা ঙসি ওইখরে রামময়।

অনৌবা রামায়ণ লেংদ্রিঁঙদা অরাং-থংবা ভারতকি শরুক্তা লৈবা তীর্থ পুম্নমক্ দর্শন তৌগে হায়না মানা লেপ্খরে। পরিক্রমা অসিগী মহৈ ওইনা ইষ্টদেবগী মফম্দা রতি পোকনি; মাহুগী মতিক্ প্রভুগী পুক্লিং হূনবগী মশক্ ওইবা লীলাগী ৱারিগী মচাক্ অহু খোম্জিল্লকপস্থ ঙমগনি।

রঘুনাথকি পোক্নফম্ লম্দম্ অযোধ্যাগী সরযূ তোর্ব্বান্দা মহাক্ন মতম্ খরা লেঞ্জরে। মতম্ অসিদগী হৌরহুনা শ্রীরাম-চন্দ্রগী থৌজাল্ অমস্থং অপ্রাকৃত দর্শন অসি মহাক্কি পুন্সিদা ইতত্তুনা থোক্খি।

মহাসাধক অসিগী পুন্সিদা যোগবিভূতি কয়া পোক্খি; অহুবু মাহুদা মহাক্কি পুক্লিং চংননবা অহাঙবা মতম্বু কদাইনো? রাম-ভক্তি রসদা লুপ্তুনা লৈজরি মশা অপূম্বা। চিন্ময় ইষ্টমূর্ত্তিগা লোয়ননা পরমভক্ত অসিগী আনন্দ লীলাগী ঈচেল্ চেস্থরি অতৎ-অথম্ নাইদনা।

তীর্থ কয়া মথং মথং অস্থম্ কোইরকপদগী হন্দক্তি মহাক্না শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা থুংলরে। মাইকৈ মরিদা তারি রাধাকৃষ্ণগী নামগী ধ্বনি। নোংমতম্থ মহাক্কি ইষ্টদেব সীতারামগী মমিং

শোম্বা তাবা ফংদে ; মন্দির অমত্তদস্থ কীর্ত্তন শক্তে শ্রীরাম-চন্দ্রগী মিং পল্লহুনা। তুলসী মমাই মকৃশিল্লে। নোংমদি বৃন্দাবন অসিদা য়াম্না চাওবা উৎসব অমা কৎকদৌরি। নিংথিজরবা ফিজেৎনা লৈতেংলে শ্রীবিগ্রহ। মরুপ্ অমনা তুলসীদাসবু পুবিরক্লে মদনগোপালজীগী মন্দিরদা।

শ্রীবিগ্রহ খুরুম্বা তারি ; তুলসী চংশিল্লক্লে আসন মমাং তান্না। অদুবু করিনো তৌরিবসিদে ? শকৃফম অসিদদি মহাক্কী পুক্লিং লৈতাদ্রে ; মূর্ত্তি অসিদা মকোক্ অদু নোম্থৌ হায়বা ময়াদ্রে। তুল্সীগা মতম্ কুইনা অমত্তা ওইশিন্দুনা লাক্লবা শকৃফম্, হকচাংগী ভঙ্গী, অমদি অদুম্বা লীলা স্মৃতিনা মহাক্কী সত্তা-পুম্নমক্তা চঙহুনা লৈখরবা অদুতবু মানা ঙসি পামজরুবনি। মতম কুইনা পামজনা কোঞ্জরক্লবা রঘুনাথজী অদু নত্তনদি মহাক্কী ভক্তি, ভাব পোকৃউ হায়বা ময়াখিদ্রে। ভক্তচূড়া-মণিনা মতম্ অসিদা বংশীধারী মদনমোহন মূর্ত্তিদা য়েংজরহুনা হায়জরকৃই মখুৎ-লোন্নানা :—

কহা কহৌ ছবি আজকী ভলে বনো হো নাথ।
তুলসী মস্তক জব নবৈ ধনুষ বান লো হাথ।।

‘হে নাথ! ঙসিগী শোভা অসিবু ঐনা করম্না বর্ণনা তৌগনি ? চাংদম্নিংঙাই লৈতবা নিংথিবা ফিজেৎনা লৈতেংহুনা লৈবিরি। অদুবু প্রভু, তুলসীনা শ্রীচরণদা মকোক্ হেক্ নোম্থ-জরকৃপা মতমদা খুত্তা লিরুং-ত্তেন্ পায়বিগদবনি বাঁশী পায়বিবদি স্থুকৃয়া য়াবা ঙমজরোই।’

মদনগোপালজীনা নুমিৎ অসিদা মহাভক্ত অসিগী মনিং থুংননবা লিরুং-তেন-পায়বা মূর্ত্তি পুথোকপিখি হায়না হায়নৈ। মশানা ইজরম্বশিংগী মনুংদা তুলসীনা মাসিগী প্রমাণ খম্বিরম্মি:—

ক্রীট মুকুট মাথে ধর্‌য়্যো ধনুষ বান্ লিয় হাথ।
তুলসী নিজ জন কারনে নাথ ভয়ে রঘুনাথ॥

'মহাকবি ভক্ত তুলসীদাসকি ৱোইনবগী ৱাক্ষম ওাক্‌পিনবা মদনগোপালনা লৌখি রঘুনাথকি রূপ উতুনা কোক্তা রাজমুকুট, পায়তুনা খুত্তা লিরুং-তেন্।'

বৃন্দাবন অমসুং নৈমিষারণ্যনচিংবা তীর্থ কয়া কোয়রুরবা মতুংদা লাক্লে তুলসীনা কাশীধামদা। অহান্বদা মশাগী চহু পাতী লিংখৎলে হনুমান ফটকতা। লমদম্ অসিগী মীগী ওৎ-নৈবা অতুদা মফম্ অসি থাদোক্লুনা গোপালমন্দিরদা আশ্রয় লৌজখি।

মফম্ অসিগী বল্লভকূলী গোস্বামীশিংঙি অকন্বা সাম্প্রদায়িক ভাব লৈ। মখোয়গা মোত খেননদগী মহাক্তা অসিবাটতা চংখি। ঘাট অসিগী গুহা অমসুং মন্দিরদা মহাক্তা পুন্সি লোইবা ফাওবা লেঞ্জখি।

তুলসীগী সাধন-স্থল অসিনা মতম অতুগী বারাণসীগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী পুন্সিদা অকক্পবা অথোইবা মফম ওমা কন্‌শিল্লম্মি। অসিঘাট-তা হৌজিকস্ মহাক্কী সাধন-গুহা অমসুং স্মৃতি-চিহ্ন ময়াম্ অতু লৈরি।

কাশীধামদা তুলসী অহান্বদা সংস্কৃত-তা রামায়ণ লেংবা হৌই। হায়নবা লৈ,— মতম্ অসিদা প্রভু বিশ্বনাথজীনা আমজনতাগী লোন্দা রামচরিত ইননবা য়াথং পীবিখি।

কাশীধামদগী তুলসীনা অযোধ্যা দর্শন তৌবা চৎলম্মি। মফম্ অসিদা মরাইবক্ ফবদগী যোগী অমগা উন্নরম্মি। অহান্বা হেক্ উন্নবদা যোগী অসিনা মহাকৃপু ‘অনৌবা যুগকি বাল্মীকি’ হায়না কৌবিরম্মি। মহাক্ অসিমক্কি পুক্কিং থৌগৎপা ব্রাহৈ অমসুং শৌগৎপিবদগী তুলসীদাসনা অমর কীর্ত্তি ওইরবা ‘রাম-চরিত মানস’ লেংবদা লুপ্‌শিঙ্খি।

তুলসীগী নৌনা ফংজবা যোগী-মরুপ্ অসি নোংমা যোগ-শক্তিনা মনিং-তম্না দেহত্যাগ (শিবা) তৌখরে। অতুদগী অযোধ্যাগী সরযু-তোর্বান্দা যোগী অসিমক্কি খাংপোক্তা মহাক্না লৈরদুনা রামায়ণ লেংবদা চংশিন্‌খি।

মতম্ অসিদা ‘রামচরিত মানস’ লেংবগী থবক্ অসিদা ঙম্বা-মথৌ পুক্কিং হকচাং লুপ্‌শিন্না হোৎনখি। রাম-চরিত্র অমসুং রামায়ণগী ব্রারিগী মন্নুংদা ফাজিন্দুনা ইবগী মহুত্তা ভক্ত-কবি অসিনা পাক-চাওখরবা ব্রাফম্ কোন্‌শিন্দুনা লেংখি।

মহাগ্রন্থ অসিদা তুলসীনা শ্রুতিনা য়াবা আদর্শগী অমসুং আচারানুষ্ঠানগী মাহাত্ম্যবু ব্রাংনা থাঙ্গত্‌না থম্মি। মহাক্কি অচৌবা সাহিত্য-কর্ম্ম অসিগীদমক্ মহাক্না নৈনখি বাল্মীকি রামায়ণ, যোগবাশিষ্ট, অধ্যাত্মরামায়ণ, অরিবা সংস্কৃত ধর্ম্মগ্রন্থ, পুরাণ অমসুং কাব্য কয়া কয়া। অসিগীসু মথক্তা প্রসন্ন রাঘব, হনুমন্নটিকা, রঘুবংশ, শ্রীমদ্‌ভাগবত অমসুং উত্তর-রামচরিতনচিংবসু নৈনদুনা মশিং লাক্‌ঙম্‌দবা তত্ত্ব অমসুং রসবস্তু খোম্‌জিন্‌খি। খোইমুগী লিচৎ অসিদগী ওইখি ইনৌ-নৌবা নিংথিরবা সৃষ্টি। পুন্নমক্কি মথক্তা আউধী হিন্দী অমসুং ব্রজবুলি অনী য়ানশিন্নবা মরম্না

থগুবদা লাই অমসুং সাধারণ-মীওইবগী মরক্তস্ থোইদোক্না পাম্নরি।

নাকল্ অমরোম্দা তুলসীদাস কবি অমসুং দার্শনিক, অতোপ্পা অমরোম্দনা ভক্ত-সাধক অমসুং শক্তিমান যোগানি। মহাক্কি মিংচৎ অসি মাইকৈ পুন্নমক্তা অতৎ অথম লৈতনা শন্-দোক্নি। চতুষ্পাঠীদা ছাত্র, অতুগা চুন্না মাগী দর্শনগীদমক্ লাক্লনি মশিং লাকৃণ্ডম্দনা মীনা।

মহাক্কি মিংচং অমসুং সমাজদা ব্রাংখরবা মফম অমা লৈখিবা অদুদা কাশীগী গোড়া ব্রাহ্মণশিং অদুগী মফম্দা মহাক্ অসি মমিৎ-নাবা হায়বতু ওইরে। মখল্-মখা অয়াম্বা পাৰৈনা মহাক্কি মাওননবা শীল্লক্লে।

হিন্দীদা ইবা তুলসীগী রামচরিত মানস হায়বা অসিনি মখোয়গী পুক্কিং চিংশিল্লিবা অমসুং মখোয়বু নুংঙাইহনল্লিবদি। লাইরিক অসিদা সাধারণ প্রজাদা রামায়ণ অসি ইরাই-লাই-হল্লে। লাইরিক লেংতুনা চাজবা কাংবুগী পুক্কি দা অরাব লাং-তক্লবা অমা পোক্হল্লে।

কত্তবা মীশিং অসিগা অকাওবা হুরাম্বা অনীগা ফও রা তান্নখরে। হুরাম্বা অনী অসিদা তুলসীগী লাইরিক্ (অইবা) অসিগা মাগী থা পোক্তা ফ বা পোৎচৈশিং অদু হুএান্নবা শীন্নবে।

হুরাম্বা অনী অসিনা অহিংদা আশ্রমদা চংলক্লে। কনানো, লাইগী মণ্ডল্ পুবা মুন্ত্রং শেভাবা পাশং মচা অমা মখোয়গী। মমাংদা চপ্ লেপ্পুনা লৈবিবা? মখুত্তম্ লিকং-তেন্ পায়রি। মহাক্ অসি তুলসীগী আশ্রমগী অকোয়বদা চংলদুনা

ঙাক্-শেল্লিবা নত্রা ? হন্না হন্না অহিং চুপ্পা হোৎনরবদা ফাওবা মখোয়না পাখং-মচা অসিদগী নান্থোক্পা ইঙম্ মঙম্খিদ্রে। চৎখি-চৎখিবা মাইকৈদা মহাক্না তেক্তা মথেংনৈ। মহাক্কি ব্রাবা, চোক্থবা করিমত্তা লৈতবগুম্ তৌরি ; অহিং চুপ্পা কন্না শেন্নদুনা ঙাক্ শেল্লি !

মতুং নোংমা কোৎনদদি ডাকু অনী অসি তুলসীগী মনাক্তা লাক্লে। মখোয় অনী খঙনিংবনা লোইরে পাখং মচা লিরুং তেন্ পায়বা অসিবু কনানো হায়বদো ? অসিগুম্বা মশেক্-মঙাল্ পুবা লাইগী শক্‌যম্না মাগী ওইবা মীওই অসিদি কদাইদস্মু থেংনখিদ্রি ! মহাক্কী মিৎয়েং খুদিংদা মখোয় অনীগী থমোই পেঙ্গরি ! খঙনিংবা লাংতক্লবতা নত্তনা নিংঙম্‌দবা অমস্মু মখোয়গী পুক্নিংদা পোক্লক্লি।

হুরান্বা অনী অসিনা লৌনম্-লৌথুপ লৈতনা মখোয়না তৌগে হোৎনবগী অমস্মুং নুংদাং অদুদা মখোয়না থেংনখিবা ব্রাফম্ পুন্নমক্ তুলসীগী মফমদা শেংনা হায়দোক্চরে।

তুলসীনা পুক্নিং চঙনা মখোয় অনীগী ব্রাফম্ অদু তাজরি, অদুগা মমিত্তা মপি ওরোরো শিন্থরি। অন্নাবা খোন্থোক্তা হায়জরকই,— "ইচিন্-ইনাওশা ; নখোয় ওন্থোক্না নরাইবক্ ফৈ ! নখোয়গা উনবা ফংজরিবা অমস্মুং ব্রা ঙাংনজরিবা ঐ অসিস্মু ধন্য-নি। মপোক্ কয়াগী-তুংশিল্লক্পা পুণ্যগী মহৈনা নখোয়না রঘুনাথজীগী দর্শন ফংজরে। লাও, চংশিল্লকুউ, ঐবু অমুক্তা কোৎথিদুনা ঐবুস্মু পবিত্র ওইহন্বিয়ু।"

প্রভুবাম মশামক্না তুলসীগী করিস্সু লৈত্রবা লন্থুম ঙাক্লনবা অহিংচুপ্পা মীৎশেন্-খাঙবকো! মাসি খন্বদা তুলসী খাঙবা ঙম্জখিদ্রে। আশ্রমদা হেক্ লৈবিবা চান-থক্লবা পোৎ চৈ, কোল্লিক্নচিংবা লোইনা লাইরবশিংদা তন্না য়েন্থোক্লে তুলসীনা। অদুগা খুংনা ইজবা রামচরিত মানস অদুনা থৈদোক্খ্রে, মরুপ্ অমগী ময়ুম্দা। হৌজিক্তি মহাক্ চনিং তানা লৈজরে।

তুলসীদাসগী অচেংপা শাজং-পুজৎ অমস্তুং অকন্বা তপস্যা—পুন্নম্ অসিনা মাল য়েংথিবা মী খবা ইশেম্-শেমগত্তবস্নু নত্তে। মতম্ অমদা মহা পল্লক্লুনা তান্ত্রিক খরনা ফত্তবা পান্থৈন মাবু হাৎননবা হোৎনখি। অদুবু মহাবারজীগী থৌজান্দগী মাবু কন্না ঙাক্-শেন্থিদুনা করিস্নু তোবা ঙমখিদে।

রামনাম শন্দোক্লবগী লন্বিদা তুলসীদাস পুম্ঙাও ঙাওখরে। বাকসিদ্ধ মহাপুরুষনি হায়নস্নু মহাক্কি মিচং অসি নোংমনোংমগী অস্তুম শন্দোক্লক্লি। মহাক্না পীবা রামমন্ত্র অসি মফম্ খুদিংদা চৈতন্যময় ওইরক্লে। মন্ত্র অসিগী মতেংনা অঙক্-অঙকৃপা থৌদোক্ করয়া অমস্ থোক্লি।

নোংমদি অয়ুক্ অঙন্বদা নিপা অমা কপ্ল-কপ্লদুনা তুলসীদাসগী মফমদা হঙ্গচেনরে। ব্রাহ্মণ অমা হাৎলদুনা মহাক্ অচৌবা পাপ অমা তৌরে। অনুতাপকি মৈনা চাক্লুনা মহাক্ খাঙবা ঙমজদ্রে। অদুদা অরাবদি, করবস্না প্রায়শ্চিত তৌজরগা পাপ অসি কোক্কদগে হায়বা মহাক্ খঙজদে। কাশীগী হাম্নগী চৎনবীদা হায়বা, গোঁড়া পণ্ডিতশিং অদুনদি মশা মতোম্তা হান্তোক্চবা নত্তনা পাপ অসিদগী কোক্লনবা পান্থে অতৈ লৈতে তাক্পিরে।

নিপা অসিনা তুলসীদাসগী খুয়াখাদা চংজরক্তুনা কপ্ চররে। মহাক্লা নিপা অসিগী পুক্লিংগী অৱাবা অকিবা পুন্নমক্পু কোক্-হন্দুনা থেম্‌জিন্বা ৱাহৈনা তাক্পিরকৈ,— ইচিন্-ইনাও, করিনো হায়রিবা অদুবো! পাপ পুন্নমক্পু কোক্পিবা ঙম্বা রামনাম লৈরিঙৈদা করিগীনো নংনা আত্মাঘাত তৌগদৌরিবসিবো?”

তুলসীনা মহাক্কি মনাকোংদা কাপ্পিরে রামনাম মহামন্ত্র।

রক্ষণশীল ওইবা মীওইশিং অদুনা তৌরিবা অসিদা স্থক্য়া য়ানিংদে; অদুবু তুলসীনদি নিপা অসি পাপ পুম্নকোক্ কোক্লে হায়না লাওথোক্লে। মহাক্না হায়রি, পৃথিবীদা রামনাম-না উৎ ওইনা তুম্মান্বা ঙম্মে'ইদৌবা অসিগুম্বা পাপ অমত্তা লৈতে।

করি খুদম্ উরগা, করি তৌরগা নিপা অসিনা পাপ অসিদগী পুম্নকোক্ কোক্লে হায়বসি মখোয়না থাজগনি? পণ্ডিত পুন্নমক্ শাওনবনা ময়াই-কানরে,— ‘মখোয়না হায়ররে, “য়াম্না ফরে, তুলসী, নংগী রামনাম অসিনা অস্তুক্ মগুণ লৈ হায়রবদি মীরম্লেন্‌গী নত্তবা অঙকপা শক্তি অমা উত্তুনা ময়ামগী চিংনবগী মৈথু অসি হুম্‌দোক্‌খো। ব্রাহ্মণ হাৎপা পাপী অসিগী মখুৎ-মক্লা মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা লৈরিবা নুংগী শল্-লাবা অসিদা শজিক্ ইহল্লু—অদুদা শল্ অসিনা অহিংবাদৌনা হেক্ মচারবা অদু ওইরবদি নংগী রামনামগী মাহাত্ম্য অসি মপান্নাইদে হায়না য়ারগে। অদুদতা ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপতগী নিপা অসি পুম্নকোক্ কোক্লে হায়বসি ঐখোয় থারগে।”

তুলসীনা হায়রকৈ.—“মাদুমক্ ওইরসনু।” অসুম্না হায়নৈ তিল্লিবা মীয়াম্ অদুবু ইঙক্ ঙক্‌হন্না তুলসীদা চংজরক্লিবা নিপা অসিগী মখুৎমক্তগী শজিক্ অদু নুংগী ষণ অদুনা তন্না চাখরে।

নোংমদি মণি কর্ণিকা ঘাটতা লুখ্রাবী অমা মপুরোইবগা শিমিন্ননবা হায়দুনা লাক্চরম্মি। তুলসীশু ঘাট অসিগী মনাক্তা চৎলম্মি। মপুরোইবা কাইনরবী নুপী অসিনা মহাক্কি চরণ বন্দনা তৌজরে। মপুরোইবা অদু পোৎলোইদ্রিবনা মপাল্ অঙাংবা শাড়ী শেৎলি, সরাইবক্তা সিন্দুর নমজরি।

তুলসীদি ভাবাবেগ ওইদুনা লৈরি; অদুনা নুপী অসিনা মাগী আশীর্ব্বাদ নিজবিমান্নে খল্লুরে। থোরক্লে মহাক্কি মচিন্দগী বাণী,—'ইমা নপুরোইবা অমসুং নচা, অসি পুন্নমক্কা নুংঙাইনা য়ুম্ পান্দুনা লৈজবা ফংবা ওইরো।"

অঙকপা আশীর্ব্বাদনি! মপুরোইবা শিবদা ঙাইরিবী নুপীনি হায়বদো তন্না খঙহল্লে তুলসীদাসনা। যোগৈশ্বর্য্যগী শক্তিনা নিপা অসিবু হিঙ্গৎহনখি।

শ্রীরামচন্দ্রগী ঐশ্বর্য্যগী স্মৃতিনা তুলসীগী থমোই অসি মতম্ পুন্নমক্তা পুম্থন্-থন্না লৈরি। অদুনা মানা খাঙবা ঙমজরমদে লাইরবশিংগী অৱা-অনং ৱাফমদা। মহাক্কি ইশৈদা তাবা ফংই মাসিগী স্বর,—নহিঁ দরিদ্র সম জগমাহীঁ। (সংসারদা লৈতবনি অৱাবা লাইরবগা মান্নবা।)

খুদোংচাবা হেক্ ফংবগা মহাসাধক তুলসীনা লাইরবা, অৱা-অনং তারবশিংগী মতেং পাংনবা তত্তনা হোৎনজে।

নোংমদি কাশীদা লৈবা চান-থক্রবা লৈজদবা লাইরবা ব্রাহ্মণ অমনা মহাক্পু অঙকপা যোগবিভূতিগী মপুনি হায়না খঙলদুনা কপ্-লাওরদুনা তুজররে মাগী খুয়াখাদা কোক্পিনবা লাইর-মৈচাক্কগী। তুলসী লৈরি মতম্ অসিদা গঙ্গা মপান্দা লুপ্লদুনা

রামনাম জপতা। গঙ্গামাঈদা হায়জরক্লে ব্রাহ্মণগী দমক্ লম্ খরা পীনবিনবা। অথাপ্লদা তপ্না হন্দোক্তুনা চেন্‌খি গঙ্গাগী ঈচেল্। অস্থুন্না ফংবা লম্ অসি দান তৌখি লাইরবা ব্রাহ্মণদা।

চিত্রকূটদা ধ্যান তৌদুনা লৈরিঙৈদা লাইরখরবা নিপা অমনা ফংজখি মাগী থৌজাল মিৎয়েং। পীনবিদুনা লাইরবা-কোকৃপা নুঙ অমা মহাক্না কোকৃপিখি নিপা অদুগী লাইর-মৈচাক্পু। নুঙ অসিগী মতেংনা নিপা অসি ওইখি অচৌবা লন্‌থুম্‌গী মপু।

তুলসীদাসগী পুন্সি লোইরম্‌দাই মতম্‌দা মহাক্কি যোগৈশ্বর্য্যগী রা তাবদগী মশিং লাক্‌ঙমদবা মীনা চংজরকৃখি মাগী থুয়া খাদা। মতম্ অসিদা ঙাংনরকৃখি অঙক্-অঙক্পা রাফম কয়া কয়া মহাক্কি মরম্‌দা। মীনা প-ঙাং ঙাংনরক্পা রাফম্‌শিং অসি য়ৌখি দিল্লীগী বাদশাহ সাহাজাহানগী নাকোং। নিংথৌরেন্না মঙোন্দা অঙক্পা শক্তি খরা উৎননবা হায়জরকৃখি।

তুলসীনা নোল্লুক্না হায়জরক্ই,—"সম্রাট, ঐদি শ্রীরামচন্দ্রগী তোল্লবা সেবক অমনি। ঐনবু করি অঙক্পা থৌদোক পু উৎপা ঙমজগদগে।"

বাদশাহ শাওখরে তুলসীগী পাওখুম তাবদা; লৌখরে তুলসীনা মহাক্পু উসিং-থৌশাদে হায়না। ফাদুনা থন্‌খি মহাক্পু কৈশুম শংদা। মতুং নোংমা কোন্বদা বাদশাহগী কোন্নুং অদুদা য়োং মপৈ অমা কদোম্‌দগীনো ফাওরক্তুনা মথল্ মথল্‌গী উৎপাত তৌরদুনা মীপাইনহন্‌খি কোন্নুংগী মীয়াম্বু। অখন্নবা হিন্দু লুচিংবশিংনা বাদশাহদা খঙহল্লে, পুন্নমক্ অসি রামভক্ত তুলসীগী যোগবিভূতিগী লীলানি; মথংদা মখোয়গী পাওতাক্

হঙ্গৎলে নিংথৌবেন্দা তন্না থাদোক্লবা ভক্ত তুলসীবু। নিংথৌরেন্নসু অস্মন্না থাদোকৃখি অথোইবা ভক্তবু।

হৌজিক্তি তুলসীনা থুংলরে মহাক্কি শাংলবা পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা। প্রভু রামচন্দ্রগী নাম-মহাত্ম্য অদুগা ধর্ম্ম-রাজ্যগী আদর্শ শন্দোক্লবা য়াথং যংজখিবনি। য়াথং অদু পাংথোক্লে; মহাব্রত অদুদা মপুন্সি লেঞ্জরে।

মতম্ অসিদা ফাওরক্লে তম্থিবা লাইনা। অহল্ ওইরবা মল্লবা হক্চাংনা মাসিবু মুন্নবা ঙম্জদ্রে। অদুদি শ্রীরঘুনাথনা মহাক্কি চাঞ্জরবা ভক্ত অসিবু মথাদা কোনশিন্দুনা লৌশিন্বিগে খল্লবরা? মুমিৎ অসিদা তুলসীনা সেবকশিংদা হায়রকই :—

রামনাম জস বরনিকৈ হোন চহ্তৈ অব মৌন।

তুলসীকে মুখ দীজিয়ে অবহী তুলসী সৌন॥

—"রামনামগী মিংচৎপু তত্তনা বর্ণনা তৌজরিবা ইরৈঅসি ঙসি-দগী তুমিন্না লৈনিংলে। হন্দক্তি তুলসীগী মচিন্দা ইন্বিয়ু তুলসী মনা অদুগা সনা।"

অসিঘাটকি আশ্রমগী কাদা তুলসীদাসনা মাগী পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ্তা হিপ্লি। মিলন অমসুং বিরহগী ঈথক্লা ওন্ন-ওন্না য়ৈরবগী তুংদা পুন্সিগী অরোইবা শরুক্ অসিদা চিরমিলনগী পুংফম্সু ঙাইদুনা লৈজরি তুলসীনা।

অনকৃপদা ইঙেন্ থাগী মবুক্ চোল্লবা গঙ্গানা শাফু কন্না চেন্থরি সাগর সঙ্গম তান্না অভিসারগীদমক্। মহাভাগবত তুলসীগী পুন্সি-ইচেল্সু অসিগুম্না চেন্থরি তিন্নবগীদমক্ প্রিয়-মিলন সাগরগা।

খৃষ্টাব্দ ১৭৩৭ কি নোংনা মখোং-ফুইনা তাবা নুমিৎ অমদা মহৈ য়ানখি মহাক্কি মিঙ্গনযাত্রা। পান্‌খৎঙ্গক্‌পগী ভরেৎনিপান্বদা ভক্ত কবি তুলসীনা শিবা নাইবা হক্‌চাং থাদোক্তুনা লেংখ্রে, মতম্ কুইনগীদমক্।

---

লোইরবা